# শক্তম মচা মচাশিং



ডা নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ
(নোংমাই পণ্ডিত)

# শকুম মচা মচাশিং

ডাঃ লোংমাইথেম তোম্বী সিংহ
( লোংমাই পণ্ডিত )



[illegible]
[illegible]

Saktam Macha Machashing ( A Collection of Profiles in Manipuri ) By : Dr. NONGMAITHEM TOMBI SINGH ( Nongmai Pandit ) and Published by P. S. and Tamra Publications, Sagolband Moirang Leirak Machin, Imphal, 795001.

1st Edition : 2001.

**Rs. 140/- (Rupees one hundred forty) only.**

অহানবা থূংনম : ডিসেম্বর. ২০০১

কোপী মশীং : ৫০০

অফোঙবা : পি. সরৎ থুমম্বা পি. এস. অমসুং তাম্রা পব্লিকেসন্স, সগোলবন্দ মোইরাং লৈরক মচিন. ইম্ফালগীদমক ফোঙজবা।

হক : অতৈবা মশা

মমল : লুপা ১৪০/-

নম্ফম ·

পি, এস, প্রিন্টিং এন্দ ষ্টেসনরী

সগোলবন্দ মোইরাং লৈরক মচিন ইম্ফাল

লাপলোন : ২২৮৭৩৪

# অইবগী ৱারোল থৱা

লাইৱিক অসিদা য়াওবিবা অতেনবা পুন্সিগী শকয়েক ৬৬ অসি নৌন ইবা নত্তে, হায়না খবর অমসুং চেফোঙশিংদা ফোঙখ্রবশিং অদু অমুক হন্না খোমজিন্নগা থোঙবনি। খোমজিনবগী মওংদি থিম অমগী মখাদনি — য়াম্না তেনব পুন্সিগী শক্লোন মচা মচাশিং, অতেনব পুন্সিশিং মীওই কয়াগী অতেনব শক্তাক। মসি প্রোফাইল (Profile) অমসুং স্নেপ শোংকী (Snap Shot) মওংনি। অদুনা চেফোঙশিংদা ফোঙখিবা পুন্সি ৱারী অমা/অনী নত্তুনা অপাবশিংনা লাইৱিক অসিদা য়াম্ন শাংবা মপুং ফারবা পুন্সি ৱারীশিং থোইনা থেংনবিরোই। অদুগা ইজবিবা শক্তম মচা মচাশিং অসিসু ফিবম অমসুং মতমগী মখা পোনবা ঙাক্কনি। হায়বদি, খবরগী মচাক ত্তনবা ৱারেংশিং ওইবনা মনা-মথুম ফংলকপা, খুদক্তা শিথি-নাথিবা, মমি চংলকপ, করিগুম্বা হীরম অমদা ফাওগংলকপা মীওইশিংগী মরমদা ইবা তাখি। খবরগী ৱারেংদি মতমগী ওইদবা য়াদে, ফোং ফোং শাদবসু য়াদে। মতুদা মতম কুইনা হিংত্তুনা লৈগদবা মচাক খৱা য়ানশিনবা হায়বত্তুনা অইবগী হৈশিংবদা লৈরে। মরম অদুনা, লাইৱিক অসিদা য়াওরিবা পুন্সি শক্তমশিং অসি মণিপুরগী মমিং চংলবা মীওইশিং লোইনা খোমজিন্দুনা বুপ, শন্দোক্লা। ইবগী মওং অদু নত্তে। মতম মতমগী মতুংইন্না ইরকপা মংন্না ভারত অমসুং পৃথিবীগী মমিং চংলবা মীওই খবগী শক্তাকসু থেংনবিগনি পুন্সি শক্তমশিং অসি ইরকপা মতমদা মরী লৈনবা মীওইশিং, মরী মতাশিং উন্নত্তুনা মখোয়দগী য়াম্না ৱানা পাউ অমসুং মচাক কয়া খোমত্তুন, ইবা কয়া ৱাওখি। মতুদসু হুংঙাইরবা এক্সপিরিয়েন্স কয়া যংখি।

খুদোংচাদবা ত্তনা, ইজরিবা পুন্সি শক্তম মচাশিং অসি খবরগী অকন্নবা মফম (limited space) অমগী মনুংদা ইবা ভাবনা য়াম্ন

শম্না তেনশিন্ন' ইবা তাখি ; হায়নীংবা রাকম কয়া হান্নবা ঙমখিদে, কয়া অমম্ু চুন্দোকপা তাখি। ঐগী নীংতম্না শাংদোক্লবা খূৎ লৈখিদে। ..হৌজিক্তি খররু ফবে, মরোশা খু কু. ১৯৯০ গী মতমগী 'পোক্নফম' খবরগী লামায় শনীখক্তা পাল্লিভে মতমদদি ঐগী রারেং অসি য়াম্না তেম্না পারেং ৩০ মুক্তা মন্নংদা চবা তাখি। অপাবশিংনা হৌবকপগী রারেংশিংদা মসিগী মওং অসি থেংনবিগনি। মসিম্ু খূৎই মওং অমনি। মসিগুম্বা কিরম ময়াম অসিদগী জর্নেলিষ্টিক ষ্টাইল হায়বসি ওইরকখিবনি।

ঐগী রারেংশিং মসিন কোল্লিবা মতম অসি চহী ৯নি খু কু. ১৯৯১ দগী ২০০০ ফাওবনি। মপুং ওইবদি 'পোক্নফম' খবরদগী লৌথোকচবনি। অতৈনা 'দি সঙাই এক্সপ্রেস', 'সনগোঙ' ( থাগী চেফোঙ ) অমসুং 'পোক্নফম' গী চহীগী চেফোঙ অসিনচিংবদগীনি। রারেংগী অবোয়বদা শোরন্তারিব। .বান্নমা খবর নত্রগা চেফোঙগী মমিং থারি। হৌবনা, অঙনবা মতমদগী হৌরগা মথং মথং অকোন-অহান নাইনা থম্নি। রারেংশিং অসি অমুক নৌনা শেমদোক—ইথোকপা অমত্তা য়াওদে, হান্নগী অত্থ কায়দনা যোঙজরি। মসিদা লিশাং শিংনা চংথরকপা ঐগী খূৎইগী মওং অমম্ু থেংনবিগনি।

খবরগা ( জর্নেলিজম ) ঐগা লেপ্পুনা শয়ভবকপা অসি চহী ২৯ হেল্লক্লে। অহানবদা, 'গোল্লাপ' খবরদা 'খোংনাংথাবা' হায়না মিংথোনবা পেন নেমগী মখাদা 'মুনশকৈশগী সংস্কৃতি লামায়' হায়না মমিং থোনবা লামায় ( কলম, ফিচর ) অসি ইবা হৌজখি। খু কু ১৯৭২, মে ৩ দগী ফেব্রুরাবী ৬, ১৯৭৯ ফাওবা চহী ৭ লেপ্পুনা ইরম্মী। মথংদা 'পোক্নফম' খবরদা 'নোংমাই পণ্ডিত' কী পেন নেমদা 'চুম্না য়েংব' হায়বা লামায়। কাথন ( কলম ফিচর ) অসি খু. কু. ১৯৮৮ গী মাচ ২১ দগী ইবা হৌখি। হৌজিকফাওবা চহী ১৩ অসি লেপ্পা লৈতনা ইজরি। মরক্তসু, চহী ১ গা থা ৪ —'দি সঙাই এক্সপ্রেস' তা 'সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি' কৌবা লামায় অসি ঐগী অশেংবা মিংদা ইজখি।

'পোরুক্‌ম' গী নোংমাই পণ্ডিত' অসি অপাবশিংনা মুংশিবিবগুম তৌই। ঐগী মিং 'নোংমাই পণ্ডিত' হায়না খঙনরকখি। অপাবা কয়ানা ঐগী লামায়গী মরমদা রারী কয়া শারকই। মোত কয়া লোঙদোকপিরকই। চৈবসু য়াওরকই অতুগা থাগৎপিবসু য়াওরকই। মরুওইনা সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিদা থরায় য়াওবা অপাবশিংনা তত্তনা হায়বিরকই— ঐগী লামায় পাদনা থক তোক্তে। অথাপ্পা লমদা সাহিত্যগী থৌরম য়াওবা চৎপদা, ঐবু 'নোংমাই পণ্ডিত' নি হায়বা খঙবশিং নহারোল অইবা কয়া থওইনা রারী শাগদবগী ভাইরম্বা কয়া থেংনখ্রে। মীয়াম্না ঐবু মুংশিনিবা অমসুং চানবিবা নাসিদা মুংভাইবা পোকচৈ।

খবর্গী কলমনিষ্ট ওইবগী অরা-মুংভাই অমসুং থুদোংথিবা কয়া লৈ। খবা ফজনা থাগৎতুনা ইরুরগা মীশিং অতুগা মুংভাই; খরা কল্লপ, চৈ-থাংতুনা শিংবতুনা ইরুরগা শাউই। মথোয়গী মরমদা থাগৎতুনা ফজনা ইবিররুবা রানোম্বা কয়ানি। ঐগী রারেং কয়া রাখোক ওইবা য়াম্না য়াওখি, মীওই কয়াগা মরৈ তৌনতুনা থুম্নতুনা থরায় অথুম তৌনখিবা য়াওই। কেশ ভৌরকপা কয়াসু লৈখ্রে। ঐবু থুংশিবা মুংশিদবা, চান্নব মরুপ অমসুং য়েরুবা নশাং হেঙ্গংলকই। অতুবু খরা কুইনা, মতম শাংনা মীয়ামগী সেবা তৌজবা ওম্বগী মরমদি ঐন থম্মোয় শেংনা ইজখিবা অহুননি খনজৈ। পুকচেল শেংনা, মীচঙ মীথায় নাইদনা ইবা ওয়্রবদি মতু থুয়দগী অথোইবা গুনি। মীওইবসি শোয়গল্লি অমসুং লানগল্লি। ঐহাক কয় য়াম্না চুম্নায়েংবা ভল্লিবগে হায়নসি খঙজবা ভমজদে। মসিমদি শোয়দ্রে — খবরদা ইরিবসিগী কান্নবা লৈতবা নত্তে। খবর পাবা মীশিং হেঙ্গৎলক্লে, জর্নেলিজমগী থাক্সু রাংথংলক্লে। মতম অসিদা অকবা কলমনিষ্ট, ফিচর-রাইটর, হেন্না ফবা রারেং মখল-মথা কয়া ফোঙনবা হোৎনবা দরকার ওইরে। মণিপুরদা অকবা কলমনিষ্ট, ফিচর রাইটর য়াম্না রাংলি।

পুন্সি ৱারী ( Biography ) অসি ঐনা য়াম্না পামজবা হীরম অমনি। মসিগী মরমদা পাবা অমসুং ইবসু পামজে। মীওইবগী পুন্সিদা অঙকপা শুমহৎয়াই যাম্ল অমা লৈ। মসি অচৌবা মীওই অমসুং মীওই মচা অনীমক্তা চপ মান্নবা লৈ। অদুনা পুন্সি ৱারী ইবদা অচৌবা, অফাওবা মীওইশিংগী ঙাক্তা ইগদবনি হায়বা অসি অরানবনি। মীনা খঙবিব্রবা মীচমগী পুন্সিদা। ঙক্না ফজরবা মচাক কয়া য়াওরম্মোই করম্না হায়গনি? খঙবা ঙমদ্রবা মীওইবগী মগুণশিং, পুন্সিগী ময়ায়শিং অদু নীংথিনা পুখোক্তুনা ফজনা ইব ঙম্লবদি মদু ফজরবা পুন্সি ৱারী অমা হেত্তা ওইবা য়াই। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা পুন্সি ৱারী মচাশিং অসি ইজবদা ঙমসুং মীশক অমবু মশক তাক্লবা হোৎনজবদা, মাগী মতম অমসুং সনাক্সগী ফিবম কাউথোকপা ঙমজদে। মসিগা লোয়নন মী অদুগী হোৎনবা কনবা, লাম্লেং অদু য়াম্না মরুওই হায়না খনজে। ঐনা পুন্সি ৱারী অমা ইরকপা মতমদা ৱাফমশিং অসি মপুংওইবা মীংয়েং ওইনা থমজে অদুগা মী অদুগা তোপ-তোপ্পা মরমচং অদুস্ত পুথোক্লবা হোৎনজে। Edison না হায়বদু থাজজে—"Genius is one percent inspiration and 99 percent perspiration" Pasteur না হায়রম্বদু করম্না লাক্লি হায়গনি—'Chance favours only the mind that is prepared." হোৎদনা করম্না অফাওবা মী ওইগদৌরিবনো? অফাওবা মী থুদিংমক হোৎনবা কনবা ঙাক্তনি

পীকপ্রবা ইরমদম অসিদা মগুণ লৈরবা, শীংথানবা য়ারবা, অঙকপ মীওই কয়া লৈরম্মী অমসুং লৈরি হায়বসি খঙবদ, ঙকপগা লোয়নন চাউথোকচবা অমা পোকচে। মণিপুরদা মগুণ লৈরব মী ৱাৎপ নত্তে; ৱাৎলিবদি মখোয়বু পুথোকপা অমসুং মশক তাকপা অসিনি। ঐখোয়না থিবা ৱাৎপা, পুথোকপা ঙমদবগী ৱাতনি। তুংগী মীরোল্লা, মরুওইনা নহারোলশিংনা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা পুন্সি ৱারীশিং

অসি থেংনবদা, মখোয়গী পুন্সিগী লমজিং মৈরা ওইহন্দুনা হেন্না মপুংফাবা মী অমা ওইরক্নবা হোৎনবদা খজিত্তংদা ওইরবসু তেংবাংবা ওন্নবদি লাইরিক অসি ফোংদোকপগী মহৈ য়াম্লে খনজগনি।

অমরোমদা, খবরগী পুন্সিদি য়াম্না তেল্লি। পাবা লোইবগা মাগী পুন্সি লোইরে, নোংমা ফানা চত্তে। অসিগুম্বা তেল্লবা খবরগী পুন্সিদা অমদি মল্লবা খবরগী চেনাশিংদা পক্নুনা লৈথ্রবা ঐগী রারেং খরা অসি খোমজিন্নগা ফোংবিগে হায়না চোংথোকপিরম্লিবা পি এস. অমসুং তাম্রা পব্লিকেসন্সগী ইনাউ শরত খুমনবু হন্না হন্না থাগৎচরি। মহাক্না ঐগী শিথ্রবা পুন্সি রারীশিং অসি অমুক হন্না তগৎ তগৎ তেক্না হিন্নংহল্লে। ঐনা পাংথোক্কে খল্লগা ওমজ্রহুনা অসুম লৈবা খবক অমা ইনাউনা পাংথোকপিরে। মসিগীদমক্তা ইনাউবু ওংখৈ লৈতবা থাগৎচরি। অদুগা থোইদোক্না 'পোক্নফম' গী এদিটর ওইরিবা শ্রীএস. গোপাল শর্মাবুসু রারেংশিং অসি ফোংবা য়াহনবিবগীদমক্তা ইশাগী মায়কৈদগী থাগৎচরি। মসিগা লোয়ননা 'দি সঙাই এক্সপ্রেস' অমসুং 'সনগোং' গী এদিটর/পব্লিসরশিংবুসু তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

ইম্ফাল,
দিসেম্বর ১৫, ২০০১

ডা নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ
( নোংমাই পণ্ডিত )
কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকায়, ইম্ফাল

# অফোঙবগী মায়কৈদগী

পি. এস অমসুং তাঙ্গ্রা পব্লিকেসন্স, পব্লিসর মরাঙ কাযনা লৈত্রিবা ইরমদমসিগী অইবসিং মরুওইনা ইরুরগা মশাগী থৃংই লাইরিক অহু ফোংজবা ঙমদবদগী নীংহন্নররুব। অইব, বয়াবু পুক্লিং থৌগৎচবগা লোয়নননা অফবা লাইরিক কয়া পুথোকচহুনা মতম মতমগী ওইনা মীয়ামদা শীন্নজবা অমদি মণিপুরী সাহিত্যগী অঙন্বা সেবা তৌজবনি। পান্দমসিগী মথাদা ১৯৮৬ তগী লেপ্তুনা লাইরিক ফোংজরক্লি।

ঐথোয়গী অতোপ্পা পান্দমসিংগী মমুংদা চহীগী ওইনা লৈখিদ্রবা পুথ্রম্ব ৺জয়চন্দ্র সিংহগী মিংদা ক্লাব/লাইব্রেরী কয়াদা মথল কয়াগী লাইরিকশিং মমল লৌদনা লাইব্রেরীগী ঈহৌ শাগৎপদা তেংবাংজবা ওইনা খুদোল তমজবনি। পান্দমসিমক্তু ইরমদমসিগী ইকায়খুম্নজরবী অমসুং ইকাইখুম্নজরব, অইবী অমসুং অইবা বয়াগী তেঙবাংগা লোয়নননা ১৯৮৮ দগী লেপ্তুনা চৎথক্লরক্লি।

অনীসুবদা ইরমদমসিগী শক্লাইরবা মীওইশিংবু সেলগী মনা পীহুনা ইকায়খুম্নজবা পান্দমসিগী মথাদ ১৯৯৯ দা ইরমদমসিগী শক্লাইরবা মীওই অহুম মথংশিংনা:

১। শ্রীসলাম ভারতভূষণ, এডিটর, হুইয়েন লানপাউবু তাং ১।৮।৮৩ ইংদগী লেপ্তুনা এডিটোরিয়েল কলমদা মীতৈ ময়েকী শক্ক অমা হাপ্পীহুনা ময়েক অসিবু চাওখৎনবা হোৎনবীবগীদমক, লুপা ৩০০০/-,

২। শ্রীডাঃ পাউনম গুনিন্দ্রো 'পোক্কফম'গী কলমনিষ্টপুস্ত অরিবা মণিপুরী সাহিত্যবু নোংহোননা নৈনবীহুনা শক তাকপীবগীদমক, লু ৩০০০/- অমসুং

৩। শ্রীঙাঙোম দিঙ্কুসুত্র, এসিয়ান গেমসতা গোল্ড মেদল লৌরকপগীদমক সেল ওইনা লুঃ ১৬৬৬/- অমসুং লাইরিক ওইন লুঃ ৫৫৫/- খুদোল তমজখি। হৌজিক হৌজিক অকক্রবা শেলফম অমা লেঙদনা থমহুনা চহীগী ওইন শেলগী মনা পীনবা থৌরাঙ তৌজরি।

অহুমস্থবদা, মণিপুর সরকারগী এল, পি, স্কুলসিংদা ওন্নিব। অঙাং শিংবুস্ন পুক্নিং থৌগৎচবা ওইনা ১৯৯৬, ১৯৯৭, ১৯৯৮ দা চহী খুদিংগী ওইনা য়াওশঙগী শান্ন-থোংনবগী মনা য়েক্সোকপগী থৌরমগা লোয়নন। Exercise Book কয়াস্থ মমল লৌদনা য়েক্সোকচখি।

হন্দক পুথোকচরিবা ইকায়খুম্নজবা গুরু ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ ( নোংমাই পণ্ডিত ) কী শক্তম মচা মচাশিংহ অসিনা পব্লিকেসন্স অসিগী ৪৩ সুবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসিবু খোঙজগে চায়জরুবদা হরাও হরাও য়াবীরকখিবদা নত্তনা পুক্নিং থৌগৎপাংকপগীদমক ওজাবু ওমথৈ লৈতনা থাগৎচরি। লোয়নন লাইরিক অসিদা য়াওরিবা বারেংশিং কোঙবগী অয়াবা পীবিরকখিবশিং এদিটর 'পোক্নম' এদিটর 'সঙাই এক্সপ্রেস' এদিটর 'সনথোঙ' এদিটর 'ডি ইম্ফাল ফ্রী প্রেস' পুস্ন পব্লিকেসন্স অসিগী মায়কৈদগী থোইদোক হেন্দোক্না ইকায়খুম্নজবগা, লোয়নন তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

অরোয়বদা লাইরিকসিবু পুথোক্না তৌংনবদা, হকাবা কয়া মায়োক্নবিখিবা পি, এস, প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরীগী শিন্নসিং অমদি মরী লৈনবা খুদিংমকপুস্ন অমুক্না হন্না থাগৎচবগা, লোয়নন তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

পব্লিকেসন্স অসিগী কোঙথবা লাইরিকসিং অমস্থং মরী লৈননা হীরনসিংদা অথঙ অহৈশিংনা তাকপীরকপা রাকম খুদিংমকপুস্ন হরাউ তয়াম্না লৌজগনি।

থাগৎচরি।

ইম্ফাল

তাং ২৭–১০–২০০১

খ্বাইগী,

পি, এস, অমস্থং তান্না

পব্লিকেসন্স

## য়াওরিবশিং

# ওঝা ꣺মাইবম ইবুংঙোহল সিংহ

মণিপুরী জগোই ( মরুওইনা রাসলীলা ) থোংলি, মেওই। লাস্যমা মপুংনি। অহবু নিপা থোকপা, অকনবা নিপা-জগোই (তাণ্ডব) লৈতবা নত্তে। মসিদি মরুওইনা নট সংকীর্ত্তনগী তুহার চোলোমদা উবা ফংই। নিপাপালা চোলোম অমস্তং তুহার চোলোম ক্লাসিকেল ওইরবা মণিপুরী তাণ্ডব জগোইনি। হৌখিবা খৃঃ কুঃ ১৯৯১ গী জুনগী তাং ৮ দা, মশাগী চহী ৯২ শুবদা ওঝা মাইবম ইবুংঙোহল সিংহনা তেংবান থাদোকখিবা অসি মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী লমদা অহল ওইরবা, মগুণ লৈরবা, হৈ-শিংলবা তুহার অমা মাঙজরবনি হায়না লৌদবা ঙমদে। ঙশেংনমক নট সংকীর্ত্তনগী লমদা অচৌবা অমাঙবা অমনি। মাগী লাম্বা ওইনা হৌমিল্লরকপা, মমিং চৎলবা তুহার ওঝা থাংজম চাউবা সিংহ (চহী ১০০ শুরে) শিবগী মতম ঙাইহনা লৈরবনি। মখোয়গী ঙমথং ওইনা লাক্লিবা ওঝা অঙাংহল অহল ওইরে, চোলোম তৌবা ঙমত্রে। নহারোলশিংগী মরক্তা কাহেল্লা ফরবা, মগুণ লৈরবা তুহার থোক্লকপা থোইনা উদে। মাইবম ওঝা ( অমস্তং করিগুম্বা থাংজম ওঝা ) অনীনা থুপখিবদা, লংলবা তুহারগী থবানমিচাক অনী মুংথ্রে হায়না লৌবা য়াই। তাঙলবা তুহারগী মীরোল অমা মাঙজরগদবনি।

খৃঃ কুঃ ১৮৯৯, নবেম্বরদা, শিংজমৈ মথা নিংথৌম থোঙজাউদা পোকখিবা ওঝা ইবুংঙোহলনা রাম্মা পীক্লিঙৈদগী হৌনা নট সংকীর্ত্তনদা

খোঙদাবা হৌরকখি। মহাক ওঝা চাউবা, ক্ষেত্রী অচৌ, য়েংখোম মাঙোন, সোয়েবাইবম ইবোচাউবানচিংবা গুরুশিংদগী মহৈ তম্লকখি। শ্রীগোবিন্দগী পালাহনবী হুহায় ওইখি। সঙ্গীত নাটক একাদমী, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী মনা মথুম কয়াম্থ ফংখি। মাইবম ওঝাগা অতৈ হুহায়গা খেন্নবনা— মাইবম ওঝাদি চোলোম হৈবদা নত্তনা ঈশৈসু কননা শকপা ওস্তা। মসিগী মথক্তা মহাক্না চোলোম হায়বা কলা অসি মণিপুরগী মপান্দা য়াম্না পাকশন্না শন্দোক্লম্মী।

চোলোম, মণিপুরী জগোইগী য়াম্না কন্নবা অমসুং তাঙলবা কলা অমনি। মৈতৈগী অরিবা লৈথেং জগোই, খেঞ্জোরোন, খোশারোন, মুক্না, থাঙ-তা, শা-উচেকী শাজং কয়াদগী শাগৎপা চোলোমগী শাখেক, খোঙথাঙ, শাথুপ, ফিয়েপ, অভিনয় অসি তাণ্ডব জগোইগী চপচাবা মরমচং চেন্নি। শ্রাদ্ধগী নট পালাদা হুহায়গী চোলোম মঙেক থন্না উবা মতুনা মসিগী কলা অসি নোংমা নোংমগী মাঙথরক্লে। মসি কনবা অমসুং হিংহনবা চোলোম ভাক্তগী ওইবা কেষ্টাবেল শীনবা দরকার ওইরে। চোলোম কনসি অমসুং চাউথংহনসি ☐

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্কম', তা° ১।৬।১৯৯১

# রাঙ্‌ খোংনাংঃ অশৈবা অমা

লৌকোম্নগী হন্নকপদা সন্না খোংনাং মখোৎতদা পোকখি। অদুগী রাঙ্‌ খোংনাং হায়না খঙনখি। হন্দক্তা মশাগী চহী ৮২ তবদা, তাং ২০ | ৬ | ৯১ ইং দা নোঙাখি। মহাক খোংজোম পর্ব্ব শকপদা লৈবাক্না শকখঙনরবা অশৈবা অমনি। পাম্মুই। অশৈবা অমা চৎখরে।

শমজেংশাবম খোবী লৈমৌনা খৃঃ কুঃ ১৮৯১ গী খঙ্গোয় কায়নিংঙাই ওইরবা খোংজোম লানগী খৌদোকশিংবু নীংশিংদুনা ঊখোঙদা নজপা লম্পাক্তা, খুদা নত্রগা ঊকক অমদা তান থাদুনা শকপা শৈশক অসিনা অতাবশিংগী খঙ্গোয়বু তক্কংখি। শৈশক অসি মমৈখংদা, হৌজিক খোলকা কোমনা শরুম্বা 'খোংজোম পর্ব্ব' ( ballad singing ) অসি ওইরকখি। খোংজোম পর্ব্ব হৌদোকপা খোবী লৈমৌ বৃটিশ ওফিসারশিংগী কি তুবগী থবক তৌরম্মী। মফিংমক্তা খোংজোমগী লান ঊহৌই। হৌজিক্তা ডাযনা শাবদা খঙবা তদ্মী— খোবী লৈনৌগী খোজেল কয়াদা নুংশিরমগবা! কয়াদা প্রতিভা লৈরমগবা! কয়াদা রাশি-গুণ চঙখোয়রমগদবা!

খোংজোম পর্ব্বগী শৈশক অসি মখং মখং চাউখংলকপদা হৌজিক কাওখদা মীয়োল মরী তয়ে হায়না লৌবা য়াই। অহানবা মীয়োম্দা—
১) খোবী লৈনৌ। হৌদোকপা; ২) মখংদা, খুমহেম চাউবা, লৈম-

পোকশম হেরাচন্দ্র, কুলিঙ্গাউনচিংবগী মীরোল। মসিদা ওঝা চাউবগী অবদান য়াম্না চাউই। ( মহাক রাজ, খোংনাংগী গুরুনি )। মানা 'বন্দনা' অমদি সীতা বনবাস, জিপা দরবার, কৌক্রু শানচিংগী রারী কয়া হাপ-চিন্দুনা খোংজোম পর্ব্ব শৈশক্কী কলা অসি পাকথোক চাউথোকপগা লোয়ননা য়ুম্ফম চেৎলবা কলাগী মওং অমা ওইনা শেমগৎলম্মী; ৩) মথংদা, নিংথৌজম অমুয়াইমা, তোম্বীসনা, অঙোম খোংনাং, ইবেনী দেবী, মাঙ্গোলজাউনচিংবগী কাণ্ডব; ৪) হৌজিক হৌজিক শরিবা, অহুমশুবা মীরোলগী সেবকশিং, নহারোলশিং।

অহুমশুবা মীরোলগী মরক্তা অঙোম খোংনাং অচৌবা কলাকার অমনি। লৈরোন শকপদা ফাওরবা অশৈবা অসিগা থেংনরুবদা শুঙ্কং-খিত্নুনা শ্রীযুৎ বোদ্ধচন্দ্র মহারাজনা মহাকপু কোম্নুংদা কৌখৎতুনা থমখি। ওঝাসিনা মশাগী চহী ২১ শুরকপদা খোংজোম পর্ব্ব শকপা হৌদ্রিঙৈদা অহানবদা নটকী ঈশৈশু শরুম্মী। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী 'সঙ্গীত রত্ন' (১৯৬৯); এম. এস. কে. এ. গী এরার্ড (১৯৮১), সঙ্গীত নাটক একাদমীগী 'স্ক্রোল ওফ ওনর' ফংখি। ওঝা খোংনাং মাইবম্নু শাই। মশা য়াম্না নাপ্লি, লুই। রাণী দেবীগা রারী শাবদা হায় ( রিসার্চ স্কোলারনি, মুমিং থরা মযুমদা লৈরুরবনি )— "হৌনা লোনচৎ থৌ-গল্লোন য়াম্না খঙই। ঈরুজবা অমসুং ময়া অমথক্তং হৌরিবতু ফেংবদা পুং চাওরেৎ চঙই। মগুণ য়াম্না লৈ।" হৌজিক, শৈশকসিগী মরমদা য়াম্না কৃপথনা খিজিল্লিংঙাই কয়া লৈরি। খিজিনবা তৌসি। ◘

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোরুফম', ১।৭।১৯৯১

# লাইশ্রম নেত্রজিৎনা লৈখিদবদা

লাইশ্রম নেত্রজিৎ সিংহ ( মে: ২, ১৯১৪ – জা: ২৩, ১৯৯২ ) রূপমহলগী মগুণ লৈরবা, অচৌবা থিয়েটরগী এক্টর ( অভিনেতা ) অমনি। চহী ১৩ শুবদগী 'পৃথিরাজ' কৌবা লীলাদা শরুক য়াবা হৌরকপদগী পুন্সি লোম্বা ফাউবা লীলাদা মথবায় কখোকখি। লীলানা মাগী পুন্সিনি অমসুং ষ্টেজবু অশেংবা লাইশঙ ওইনা ঈরাংচখিবা কলাকার অমনি। রূপমহল আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন লিংখৎপদা থৌদাং য়াখিবা মরুওইবা মীশক অমা ওইনা (খৃ: কৃ: ১৯৪৩ দা লানহুংদা লিংখৎখি), মানা ইবা অমসুং দিরেক্সন তৌবা 'নিংওমদবা' কৌবা লীলা অসিনা তাং ২৩।১২।৪৩ দা শাম্লহনা রূপমহলগী অহানবা লীলা ওইনা শঙ্গাবা হৌখি। মতুদগী হৌনা রূপমহলগী লীলা তরাগী মথক্তা দিরেক্সন তৌখি। মখোয়গী মনুংদা 'বি: এ: খিবা' ( মানা ইবনি, ৮।১১।৪৭ দা শাম্লখি ), 'বর ইন্টর্ভিউ' ( ১৩।৪।৭৭ দা শাম্লখি ) থোইদোক্লা মমিং চৎখি। থোইদোক্লা 'বি: এ: খিবা' য়াম্লা মমিং চৎখিবা লীলা অমনি। রূপমহলগী নত্তনা অতৈ থিয়েটর সংস্থান কয়াগী লীলাশিংগীসু ডিরেক্টর ওইখি। মাগী পুন্সিদা লীলা নিফুগী মথক্তা ডিরেকশন তৌখি।

নেত্রজিৎতি ডিরেক্টর অমা ওইনা মমিং চৎপদগী এক্টর অমা ওইনা মীয়ামা শীংখানবনা হেল্লি। মণিপুরী থিয়েটরগী ইতিহাসতা মাদি থোইদোক হেন্দোক্লা মগুণ লৈরবা, লাইপোককুম্বা মীশক, মাগী মহৎ শিনবদা

থানা থোক্লগদবা এক্টর অমা ওইনা মুৎপা লৈতনা লৈহৌরগনি। মাবা কুমথিবা 'ইবেম্মা' গী ইবোচৌবা; 'সীতা' গী রাম; 'নোংদম' গী শেজোই; 'থিঃ এঃ থিবগী শ্রীগগন (জজ); 'মাইমু পেমচা' গী থম্বৌরা; 'বীর টিকেন্দ্রজিৎ' গী রসিকলাল কুন্দু অসিনচিংবা রোলশিং, এবটিং হসি কাউবা কাউনজি, শোয়রি। অমর ওইরি।

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা 'নাট্য বিশারদ' (১৯৭৩), এমঃ এসঃ কেঃ এঃ গী এৱার্ড (১৯৭৮), এমঃ দিঃ যুঃ গী "ললিত লীংশিং খুদোল" অসিনচিংবা উপাধি, মনা মথুম কয়া ফংখ্রবা কলাকার অসি 'ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা', 'ওকইকো নওসে' অসিনচিংবা মণিপুরী ফিল্মশিংদসু মপা শাহনা শরুক য়াথি। মসিগী মৎক্তা, রেডিওগী লীলা ১০০ গী মথক্তা য়াউথি। লীলা ইবা অমা ওইনা থোইনা মমিং চৎত্রবসু লীলা মতা হেম্বা ইয়গী।

শিনবয়া, জুডিসিয়েল কমিশনারগী কোর্টতা একাউন্টেন্ট-কম-কেসিয়ার ওইনা থবক্তগী পোথাথি। কলাকার অসি য়াম্না চম্মী, মীতোপ্পা লানবা হৈনদে, তাওবা শকপা তাবা য়াম্না মুংঙাই, য়াশি লৈ। মাগী অতিনয়দি থৈজদনা নত্তে, মকম খুদিংদা পুক্নিংগা লোয়নহনা লৈ। মাগা অমুক্কং উরকয়বা, থাগী শাকয়বা, পাক্না কাউথোকপা তয়াইবা ওইরোই। নেত্রজিৎনা মণিপুরী থিয়েটরদা (মরুওইনা রূপমহলগী ইতিহাসতা) চাউরবা পম্পুপ অমা কন্নুনা লৈহৌরগনি। মাগুম্বা এক্টর অমা অমুক করবা মতমদা থোক্লকনি? ▣

— নোংমাইথ পণ্ডিত, 'পোক্নফম' ৩। ২। ১৯৯২

# ওস্তাদ মৈস্নাম থম্বো সিংহ

(১০০ শুবা মপোক কুমওন)

মোংযা নহা অমা, মমা লুখ্রাবী হন্দোক্লগা মীরৈবাক্তা ঈশৈ তমবগীদমক্তা ইম্ফাল থাদোক্তুনা তোংজৈ মরীন্দা চৎখি। অকনবা পুক্নিংনা অপাম্বনা লমজিংহনা মখোঙ ফুক্লগা থোক্লকখিবনি। নহা অসিনা অতাং ওইরিবৈদা লাইরিক তম্বা চৎলগা থোংবান্দা, থোং মথাদা নক্রগা ক্ন্‌লগী মচি অমদা ঈশৈ শক্তুনা, ওন্নাইহনা হেক্তা লৈরম্মী। ওঝানা চৈথনা কোজায়নি। ইম্ফাল থাদোকত্রিবৈদা ওঝা গুরুশিংগী মফমদগী ঈশৈ তমজে— ওঝা ঝুলন মচা, রেবতী ঠাকুর, থুমজাউপুরেমচিংবা। মরু-ওইনা গোপিমোহন ঠাকুরদগী শাস্ত্রীয় সঙ্গীত তমই। পুং অমসুং ঈশৈগী মরমদা তম্বা য়াবা তমজরে। অদুবু বিদ্যাগী ঈথৌলাংবদি কোকত্রে। অহনা মযুম থাদোক্তুনা লাক্লে। লংফৈদা চেনখ্রে।

য়ানা হোৎনহনা কলিকাতা য়ৌরে। হংবদা থগুলে— মতমহুগী অকাওবা গুরুদি ঢাকাদা লৈবা রাধিকামোহন গোস্বামীনি। মণিপুরদগী লাকপা, চমোৎনরবা, লায়রবা নহা অসিদু ঈশৈ তম্বা লাকপনি হায়বা করম্না থাজগনি? গুরুসিগী মযুমদা মতম থম্না মীনায় ওইনা লৈরে। মথৈদা থগুলকই — ঈশৈ তম্বা লাকপনি। মাগী মগুণ থগুবদগী মচাদৌনা হুংশিনা লোয়নখি। থাকপা লৈতনা ঈশৈ তম্বিখি। থম্বোগী মসিং সঞ্চ

সিংহ হায়না মমিং থোনবিরে। অহানবা লাঙ্গাওগী মতুংদা সম্ভ. মণিপুরদা থোরক্লে। মমৈথংদা মহাক মণিপুরগী ওস্তাদ থম্বৌ হায়না ফাওখি। মণিপুরদা মগুনা আসাম, বেঙ্গল— নোংপোক ভারত্তা ওস্তাদ থম্বৌ ( মপান্দনা সম্ভ. হায়রগা খঙৈ ) খঙদবা য়াওদে।

শাস্ত্রীয় সঙ্গীত অসি লান মমাঙদা মওং তানা চাউখৎলমদে। 'কলাবাতী' হায়না খঙনরম্বা শাস্ত্রীয় সঙ্গীত অসি মওং তানা, নিয়ম চুম্না, য়াম্না বৈজ্ঞানিক ওইনা শম্জোক্লনা অচেংপা য়ুম্ফম অমা থোল্লম্বদি ওস্তাদ থম্বৌনি। মহাক তশেংবা ওস্তাদ, গুরু অমনি। পুং ( তাবল ), ঈশৈ, ইশরাজ, সিতার, বাঁসি শুনা হৈ। মাগী নাকোংগী তাবা হৈবগী শক্তি অঙকপনি। হেক তাবদা হেক্তা খঙই খুদক্তা। নোটেশন তৌবা ঙম্মী। কোম্নুংগী ঝুলন্দ', ত্রিনাৎ খুরুম্বদা, সরস্বতী পূজাদা, মীরৈবাক্তগী লাকপা গায়ক কয়াগা ঈশৈ ফাংনবদা ওস্তাদ থম্বৌ তত্তনা ঈশৈ শকই। মহাক্না লাম্বা তৌই। য়াম্না কাগি জুগাই তৌগনবা, শু-নোম্বা কনবা ওস্ত দকী সেবক কয়া মণিপুর অমসুং মণিপুর বাংমদা থনম্মী।

চহী ১০০ শুবা কুমওনগী মরী লৈননা মানা লেংলম্বা, শেমলম্বা নোটেশন তৌরম্বা ঈশৈ কয়া থোমজিনহুনা ফোঙনবা হোৎনবা চুম্মী। মাগী পুন্সি অমসুং অবদানগী মরমচস্থ লাইরিক অমা ফোঙগদবনি। য়ারবদি গোভর্নমেণ্ট ম্যুজিক কলেজ অসি 'ওস্তাদ থম্বৌ ম্যুজিক কলেজ' হায়না ওন্থোক্লনা মঙোন্দা ইকায়খুম্নবা হোৎনরবদি য়াম্না ফগনি নীংই। মসিগী মথক্তা, 'ওস্তাদ থম্বৌ সম্মান' হায়হুনা শাস্ত্রীয় শঙ্গীতকী লমদা শন্নাইরবা কলাকারশিংদা মনা নম্রগা উপাধি অমা সরকারনা পীনবা শীনবিবা কৈ। ঐথোয়না ওস্তাদ থম্বৌ কংজরে। অদুগা ঐথোয়গী তৌকম থোকপা কয়াদি তৌদ্রি। ▣

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্ফম', ২০।৪।১৯৯২

# ক্ষেত্রী তোম্বী দেবীঃ
# নট সঙ্গীতকী তাঙলবা কোর্বেক অমা

ক্ষেত্রী তোম্বী নোঙ্গাঙ্গে তাবদা নীংশিংলকই ভাবনা শাহনা চহী ৬০ হেল্লবা দৃশ্য অমা। পৌদোক অসি বিলাত্তকী যুবরাজ ( Prince of Wales ) না ভারত্তা লাকপদা মাবু তরাম্না ওকপগী থ:চাবা থৌরাং দা কলিকত্তাগী চৌরঙ্গী রোডত্তা মণিপুরগী মু বসন্তরাস উৎথিবা অহুনি। মসিনা মণিপুরগী মপান্দা উৎপা অহানবা জগোই রাসনি। মসিদা ক্ষেত্রী তোম্বী ম:কোকচোংবী শাখি। পোম্বশাৎনবী লৈরাংগুম মথোং কায় ক্লিবী ক্ষেত্রী তোম্বীগী ঈশৈ অমসুং জগোইগী খূংথেক অতু মিন্থা শং শং উরকই। পেনহুনা যুবরাজ মশামক্না ক্ষেত্রী তোম্বীদা লুপা ৫০০/- পীখি। জগোই অসি য়েংখিবা ভাবোকশিংগী মনুংদা কবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর য়াওরি। কবিগী থম্মোয়হু গুঙ্গাৎখ্রে। মমৈথংদা শন্তিনিকেতন্দা মণিপুরী জগোই তমহনখি। মসিগী মমাঙদা বিশ্বকবিনা ত্রিপুরাদা মণিপুরী জগোই উরকপ্রবনি।

ক্ষেত্রী তোম্বী ( ১৯০৭–১৯৯২ ) মণিপুরী নট সঙ্গীতকী তাঙলবা কোর্বে´ক ( treasure, heritage ) অমনি। পরমপরাদগী শরুয়কপা তাঙলবা, লিয়বা, ওঝা গুরুশিংগী শৈশক, শৈদা কয়া মাগী মচান্দা লোইনা পুই। মশাগী সহি ফাওবা তৌবা হৈতবা ঈশৈ শকপী অসিগী

নোংশিংবগী শক্তিদি অঙকপনি। মজাইবেম্মা তম্ফাম্নাগা মতা শান্নদুনা কোন্নুংদা কুইনা লৈরক্লুনা ওঝা গুরু কয়াদগী ঈশৈ তম্বগী থুদোংচাবা কয়া ফংখি। মসিগী মথক্তা মণিপুরগী মমিং চংলবা ওঝাশিংগী মকমদা চঙজদুনা ঈশৈ তম্লকখি। অদুগা মতম শাংনা রাসকী সূত্রধারী ওইরকপা ময়ম্না ঈশৈ পুম্নমক ঈ-তোংদা চুশিন্দুনা লৈখি। ক্ষেত্রী তোম্বী রাস, থুবাক ঈশৈদা নত্তনা গোষ্ঠগী মমাশাবী ওইনস্থ মমিং চংলি। খৃঃ ১৯৫৪ দগী চহী ১৫ হেন্না শ্রীশ্রীগোবিন্দজি নর্ত্তনালয়গী ঈশৈগী ওঝা ওইরম্মী। মরক মরক্তা ঝাবেরী মচিন মনাউগন্থ লোয়নৈ। খৃঃ ১৯৭২ দা সঙ্গীত নাটক এৱাৰ্ড পীদুনা ইকায়খুম্নখি।

ক্ষেত্রী তোম্বীগী থোইদোকপা মগুণ অমদি ঈশৈদা মথৱার পুংলুপ লূপ্পা অসিনি। শিরমদাই সুমিৎ ৪ নিদং ভাইরবা ফাওবদা সেবকাশিংদা ঈশৈ তম্বিখি। ঈশৈনা মশাবু কাউথোকহন্দুনা চহী ৮০ হেল্লবী মানা খিং খিং লাউরিবী তনোবী লৈশাবী ওন্থোক্লকই। ঈশৈ শকপদা প্রেম পোকই; মপোপ কৈ, খোনপোক্তা য়োনা মজৈ। সুত্র কম্বদা চীং লেম্বা মতৌ অমা লৈ। হৌজিক শ্রীজিঃ সুরচান্দ শর্ম্মনা সম্পাদক ওইবা, ক্ষেত্রী তোম্বীনা ফোঙবা মৈতৈ জগোই ১৩ শুবা শরুক' (১৯৯২) অসি 'ক্ষেত্রী তোম্বীগী কোরেক' হায়না মমিং থোল্লি। মসিদা ক্ষেত্রী তোম্বীনা ওঝা কয়াদগী তম্লকপা তাওলবা ঈশৈ কয়া য়াওরি। মপুরোইবা শিঞ্জকা মতুংদা (মচা-মগু অমত্তা লৈহৌদ্রে)

.. , .. মানা নাইতোম হিংখিবী ঈশৈ শরুপী অসিনা হৌজিকী ভক্তি-প্রেমদা কায়থরক্লিবা নটকী ঈশৈশিং অসি ভারগা থম্মোয় শোক্না তেংথারম্মী। য়াম্না তেংথারম্মী। ◻

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্লফম', তাং ২৭। ৪। ১৯৯২

# সত্যজিৎ রায়ঃ অতোপ্পা মায়থোঙ অমা

ফিল্মগী জগত্তা লাইপোক ওইপ্রবা সত্যজিৎ রায় ( ২।৫।২১ – ২৩।৪।৯২ ) মায়থোঙ য়াম্না লোংবা মণি অমগুম্বনি। ফিল্মগী তাইবঙদত্তা নত্তনা সত্যজিৎ রায়গী অতোপ্পা মায়থোঙ কয়া লৈরি। করিগুম্বা মানা ফিল্মগী জগত্তা খোঙদারমদ্রবস্তু মাদি লাইয়েকপা, অইবা অমসুং ম্যুজিক কম্পোজর অমা ওইনা শোয়দনা মমিং চৎলগদবা মীশক অমনি। অহুমসিমক নত্ত্রে, শিনকম অমথক্তনস্তু মাবু লোৎপা য়াদনা চীংখৎলগদবা গুণ চেনবা মীশক অমনি।

কমর্সিয়েল আর্টিষ্ট অমা ওইনা সত্যজিৎ রায় মমিং য়াম্না চৎলি। লাইয়েকপগী কলা অসি মপা-মপুগী ঈদগী লোরকপদোনা ত্তোই। সত্যজিৎকী মপা ( সুকুমার, মপাগী মরমদা দোকুমেন্টরী ফিলম অমসু নম্মী ), মপাপোকপা মপুবোক ( উপেন্দ্রকিশোর ) অনীমক লাইয়েকপা ঙাক্তনি। মপা সুকুমাররদি শৈরেংসু ই। মপুবোক্না 'সন্দেশ' কৌবা অঙাংগী চেকোঙ অমা ময়ুমদা প্রেস থমত্তুনা ( য়ুঃ রায় এন্দ সন্স ) ফোঙই। সুকুমারনা শমথহোই। সত্যজিৎ রায় ( ময়ুমদা মণিক কৌই ) না চহী ৬ শুবদা ফোঙবা লেপখি। মাসদা মখাম্নিগী অয়েকপা লাই কয়া ফোঙই। সত্যজিৎ রায় চহী অনী ( ১৯৪০ ) শান্তিনিকেতন্দা নন্দলাল বোসকী মখাদা লাইয়েকপা তম্মী। খৃঃ কুঃ ১৯৪৩ দা সাহেব মচাশিংনা চলাইবা এদভটাইজমেন্ট ফার্মদা ( D: I: Keymer ) থাদা লুপা ৮৫/- কংহুনা

থবক তৌবা হৌই। খৃঃ কুঃ ১৯৫০ দা ফার্ম অসিগী আর্ট ডিরেক্টর ওইথি। ফার্ম অসিগী হেদ ওফিস ওইরিবা লন্দন্দা থা ৬ চৎপগী ট্রেনিংগী খোঙচত্তা মসিং চৎলবা মাগী ফিল্ম 'পথের পাঁচালি' গী স্ক্রিপ্ট ইখিবনি। লাইব্রিক কোঙবা ফার্ম কয়াগী দিজাইন তৌই, লাই য়েকই। মাগী ফিল্মশিংগী সীন কয়াসু অহানবদা লাই ওইনা য়েকথোকই।

তশেংবমক সত্যজিৎ রায় মসিং চৎলবা অঙাংগী লাইরিক ইবা অমনি। মানা ইবা ভুট অমসুং ডিতেকটিভ স্তোরীশিং, সাইন্টিফিক ফিকশন মসিং য়াম্না চৎলি। হৌরমসিদা আনন্দ পব্লিসরনা মাগী লাইরিক ৩৮ কোঙলে। সত্যজিৎ রায়না অঙাংগী সাইকোলোজি য়াম্না য়ুম্না খঙবা মরম্না অঙাংগী সাহিত্য ইবদা য়াম্না মাং পাকথি। মাগী লাইরিক্কী চরিত্র 'ফেলুদা' জেমস বোন্দগী মতৌগুম্না অঙাংশিংনা পাম্না শোল্লে।

ঈশৈশদা করি হায়রকনি— মথবায় পূংলুপ লুপ্পনি। চহী ৮ শুবদগী Beethoven, Mozart, Bach নচিংবগী রিকোর্ড তাবা হৌই। খৃঃ কুঃ ১৯৩৫ দা গ্লোব থিয়েটরদা থিথোবেনগী ফিল্ম অমা য়েংলুবদগী ভাওথি। সত্যজিৎকী ফিল্মশিংগী ম্যাজিক মানা পানবা ঙাক্কনি। মহাক ঈশৈগী সুর, রিদম, খোঙথাং ড্রামাটিক ওইবা মগুণশিং অতু ফজনা খঙই। সত্যজিৎ রায় অশেংবা কলাকার অমদা চেনগদবা মগুণ শুনা য়াওরবা, অতাঙবা মীশক অমনি। মাবু বেঙ্গলগী সিনার্সাগী অরোয়বা মীশক অমসুং অচৌবা হয়োনিষ্ট অমনি হায়না শীংথানরিবসি অচুম্বনি ▣

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্নফম', তাং ৪।৫।১৯৯২

# তা তোম্বা, তা লুখোই অমসুং তা ব্রজচান্দ

মুশি মুশিবা থৱাননমিচাকশিংগী মরক্তা তোপ্প লংনা ভানবা থৱাননমিচাক্‌ম অনৌশবা লংঙ্গাউ মতুংদা জি: সি: তোংবানা মণিপুরী ড্রামাগী জগত্তা ভাস্তোক্লকই ক্রাংতারাগী মতান্দা অতুগা পাম্নমী নিংথৌরেল ওইনা মতম কুইনা অনৌবা ফীনোমেনোন অমা ওইনা। মাগী মতুংদা থোকলকদবা লীলা ইবসিবু কনানা হুন্তনা হংনখি। অতুবু থোক্লকই অশাম্বম সমরেন্দ্র। তোংবাগুম্না মহাক্না অনৌবা অচৌবা অহোংবা অমদি পুরকপা ওমদে। সমরেন্দ্রগী মতুংদা থোক্লকখি পুখ্রম্বা শামু (১৯৪২–১৯৮০) অনৌবা লীলা ইবা অমা ওইনা। অদুবু, সমরেন্দ্র অমসুং শামুদি ফাগি চঙদে, ফাগি তৌদে, ফাগি তৌবা হৈত্তে। তোংবাগী মতুংদা ফাগি তৌবা হৈবা, অনৌবা লীলাগী থৃংই ষ্টাইল অমগা লোয়ননা চাংয়েং তৌদুনা থোক্লকখিবা লীলা ইবা অমদি, হন্দক্তা মশাগী চহী ৪৫ শুবদা লৈখিদ্রবা খুন্দ্রাকপম ব্রজচান্দ সিংহ (১।৬।১৯৫২—১৫।৩।১৯৯৭) নি। মানা লীলা ইবা হৌবা খৃ: কু: ১৯৭২ দগী হৌজিক ফাওবা চহী ২৫ অসিদা মতোন্দা পূম্নমক্না মীৎয়েং থমহনা লাক্লি ময়ামগা মান্নদবা অনৌবা লীলা ইবা অমা লোৎতুনা লৈরি হায়না। মানা কেকু ফোঙলকদবা, মণিপুরী নাট্য সাহিত্যদা মশাগী লীলা ফোঙদুনা চঙলকদবা তাঞ্জা থোরাংনা ভাইদুনা লৈনখি। অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা, মনুং মতম চাদনা তেংবান থাদোবগে হায়রংগী পাউ তাবদা

য়াম্না হুংঙাইজবা অমা ফাওখি। মাবু ঐনা মশক নাইবা, তুংগী আশা কয়া লৈবা, মণিপুরী সাহিত্যদা মকম চাউনা কন্নগদবা লীলা ইবা অমনি হায়না পুক্কিংদা থম্দুনা লংকখি। চহী ২০ মুক্তী মমাংদা, মানা লো ওম্লিরৈদা মাগী অহানবা লীলা অমা য়েংখি। (কাউরে লীলাহু 'হৈরাংখোইনিদ' ওইরম্না য়াই)। লীলাহু ঐহোক্দা য়াম্না মুংঙাইখি, অনৌব থুংই অমা ওইনা পেংনখি। লীলা লোইরগা অইবহু কনানো হায়না ঐনা কোয়চং হংখি। মহাক হৈক্কদা কম্পোার অমা ইল্লগা কমহুনা লৈরম্মী। ঐনা হংই, "করি তৌবিরি?" খুম্মী "লো ওম্মি।" এগৈদি মসিনা অহানবা অমম্থং অরোইবা উংহুনা ব্রাম্রী শাবনি। অতুংগা মানা ইবা লীলা শিংগদি তক্তনা উহৈ, ব্রাম্রী শারৈ। মাগী লীলা মথং মথং য়েংলকপা. হৌজিক ফাওবদা লীলা ১৩ হেল্লা ইহুনা শান্নখ্রে। ১) অশিবগী বাকৎ (১৯৭৩) ২) মথংগী য়েম্লিংথাদ (১৯৭৪), ৩) নগুংলাংগী (১৯৭৬) ৪) হৈরাংখোইনিদা (১৯৭৭), ৫) নাইতোম তাবা তি-হোনবা (১৯৭৯), ৬) ভুরেল ব্রাংমগী অহল (১৯৮০) ৭) অতিথি অহু নোংঙানবদা হনখিন (১৯৮০), ৮) তিংখং (১৯৮১), ৯) স্নমথ্যা অমমুং মথোক্পা সনা তেম্মা থাও (১৯৮২) ১০) তোম্বা অমম্থং কৈ (১৯৮৪), ১১) চিঠি পুবা উচেক, ১২) তোম্বগী য়ুম, ১৩) শ্রী লৈখত্রবা তোম্বা এসনচিংবা)। মাগী লীলাশিং অসি ছাপা তৌহুনা থুনা ফোঙচল্লিংবগী বাথল অমা ঐহোন্দা কমা কাউরকখি। মাগী লীলা শান্নবা লানচাংদা পৌদাকই লাইরিক ফোঙনবা। মানা খুম্মী— "শামে ব্রজচান্দদি মওং অমনি। কয়া থৌশাদে। মী অমনা থওইনা হোৎনত্রবদি য়ারোই।" নোংমন্না মাগী মরুপ থাংমৈবন্দগী উকীল তেজকুমার হোদাম লৈরক মচিন্দা থেংহৈ। টেম্নাসকী টুপী, টাইও কয়িও আমেরিকাংদগী নৌনা থুলবা মীশক মাল্লি। ঐবু ব্রা ভাঙবগী খুদাংচাবা কংহন্দে, মানা অসুম ভাউহুবা, শুমহত্তুনা লৈরে। মিনিট ২০ মুক্ত মাগী ব্রাম্রীসি তাবা য়াম্না নুংঙাই, কাউবোইগী অনৌবা ফিলম, এদভেনচরগী

ক্রিকশন অমা শাবদগী হেক্না মুংশাই। ঐনা মরক থংত্তুনা য়াম্না য়ানা পৌদোকই— "ব্রজচান্দা লাইরিক ফোংনবা থর হৌদোবউ।" মরম চাদনা ঐনা অশুংশঅপা শাকই। হেজকুমারনা বরি কল্লিনো য়াম্না খুম্মকই— "য়াররোই, ওইররোই, থা মৈবম্গী পাচা ওল্লা মাদি... ।" অসিনচিংবা। অরোইবা ওইনা ব্রজচান্দনা লাইরিক ফোংগে হায়বগী আশা তৌখি মানা শিক্রিবৈগী মমাংদা। এস, কে, মঙাংদা অ'রী শাম্মী হায়— "কেদোনা তদা তহা তৌগদোরিবনো? হৌজক্তি য়ারে।" শিরোই হায়বগী আশানি।

ব্রজচান্দ মীওং অমনি। মী অহৈগা মান্নদে। মাগী মীংয়েং, বাখল তোপ-তোম্নী। কাল্লদবদা বা কয়া ডাডদে। অনৌবা, অুঙকপা, নাইতে চাদবা, নোক্লিংবা বা কয়া হায়গল্লি। অর্থ লৈবা ফাগী তৌগল্লি। পুক্নিং চং য়েংগদবনি থল্লি চপ চানা মহাও তংনবা হোংনৈ। মাদি, মানা ইবা লীলাগী অহানবগী শো অতুতমক য়েংই মথংগী অনৌওবা শোংদনি তোক্নগী মপান্দা ফমতুনা লৈ। য়েংউ য়ারে। মাগী লীলা লুংশাইরবদি ফুরিংখাউদগী পৈশা পুংথাক্তুনা লীলা পাটিদা পৈশা পীরম্মী অচা-অথক লৈনবা। লীলা তল্লিনৈদা অচা-অথক লৈরকপা যাওই। লীলা ইবগী পৈশা লৌ হায়বা য়ারে। মানা ফংবা মাগী লীলাগী ( মনা ফংখিবশিংদি— ১) তিংথং ( বেষ্ট স্ক্রিপ্ট, ১৯৮১ ), ২) মগুংলাংগী ( সেকেন্দ বেষ্ট রাইটর ১৯৭৬ ), ৩) হৈরাংখোইনিদা, ( বেষ্ট রাইটর, ১৯৭৭ ) হেইজদা কাখত্তুনা মনা লৌ হায়বা য়ারে। মাগী মমিং কৌথাক্লকপদা মমায় লোংতুনা থাডই, অতোম্বু লৌহল্লি। মিংচং, মীমাউ খোকপা, পাব্লিসিটি কয়া পামদে। বার্কসোপ, সেমিনার য়াও য়াদে। মাগী তাইবঙ অমদা মতোমত্তা হিংজরগা লুংশাইজবা মীশক অমনি।

মহাকী শিনকয়া জর্জনি। ( খৃঃ কুমঃ ১৯৭৩ দা বিঃ এঃ পাস তৌরবা মতুংদা খৃঃ কুঃ ১৯৭৬ দা লক্ষনৌ বিশ্ববিদ্যালয়দা এমঃ এঃ বিঃ

তম্মী। খৃঃ কুঃ ১৯৮১ দা জুদিসিয়েল মেজিষ্ট্রেট ওইনা থবক তৌবা হৌবদগী সিভিল জজ, সেনিয়ার দিভিজন টু, মণিপুর ইষ্ট ওইনা গৌহাটি দা লায়েংবা চংপদা তাং ১৫।৩।১৯৮৭ দা লৈথিদবনি। পোক্লফম্না থাংমৈবন্দ মৈস্নাম লৈকায়, ইম্ফাল। অপোকপা ছাম্নগী ইম্ফাল ম্যুনিসিপালিটিগী চিয়ারমেন ওইরম্বা অপাবী সিংহ। অপোকপী কৈন্যাহনবী দেবী। মচিন-মনাউ ৯ গী মনুংদা ৫ শুবনি। অহুবু মাবু জজ্‌রা লীলা ইবরা? মাগী নকুবা, লীলা তৌমিন্নবা লৈকায়গী মীশিংনা মাবু জজ, অমা ওইনা উবা ঙমদে। ব্রজচান্দবু লীলা ইবা, লীলাদা মথৎয়ায় লুপচবা মীশক অমা ওইনা উই। জজ, ওইবগী চাউখোকপা, পোঙবা হৈতে। য়াম্না ফবা, চৎপা শাউগন্দবা মীশক অমনি। খৃঃ কুঃ ১৯৭২ দা থাংমৈবন্দগী প্রিন্স থিয়েটর হৌদোকপা মেম্বর অমনি। সংস্থান অসিনা শান্নবা অহানবা লীলাদা (তোংব্রাগী 'য়াওশঙ কাডৌ') এক্টর ওইনা মনাউনিপাগী রোল শাথি। মসিনা অরোইবনি। অহুদগীদি প্রিন্স থিয়েটরগী লীলা ইবা অমা ওইনা লৈরকথি। শান্তিকুমার শর্মনা সংস্থান আসগী ডিরেক্টর ওইনা লৈরবসু লীলা তম্বা, পানখৎপা, ডিরেকশন কয়াদা মাগী পুক্লংদা কাওরকপা অনৌবা কয়া কোঙদেক্লনা তক্লনা তেংবাংই। ব্রজচান্দদি য়াম্না ইমাজিনেটিব ওইবা ক্রিয়েটিব আর্টিষ্ট অমনি। মাগী কল্পনাদা ইনৌ-নৌবা মহাও, মীৎয়েং, তোপ-তোপ্পা মশক অমা য়াওই।

মণিপুরী নাট্য সাহিত্যদা ব্রজচান্দগী তোপ-তোপ্পা অবদান করিনো? লমদম অসিগী লৈহাওগা চানবা ফাগি, অদুগা ক্ষেবল, মিথ কয়া শীজিন্নদুনা হৌজিক্কী সুংগী পুন্সিগী অচৎপা মশকপু নন-রিয়্যালিষ্টীক ওইনা উৎতুনা লায়না চয়া, নোকহন্নবা হোৎনবা অসিন মাগী লীলাদা মঙগা তাইবংগা, মুংগা পানগা, রিয়্যালিজমগা সিম্বোলিজমগা য়ানশিন্নবা থেংনৈ। ফাগিদা— ফার্স, রিট, হিউমর, পেরোদি অসিনচিংবা কয়া শিজিন্নবা থেংনৈ। মাগী লোন, অরায়-অথুমদ শৈরেংগী

মহাও, লিরিকেল ওইবগী থোং নৌবগা লোয়ননা শম্নদবা, তাবদা হুক্রা থোকপা বাকয় কয়া য়াওই। অতোপ্পা খূৎই ষ্টাইল অমনি। তশেংবমক ব্রজচান্দনা হৌজিক মতমগী মণিপুরী ড্রামাদা অনৌবা থিয়েটরগী লোনং অনৌবা থিয়েটরগী মেতাফোর ( Metaphor ) অমা পুশিল্লকই। মানা লঙনহনা চৈৎনা করেম্নহনা অমস্তুং নোকহন্দুনা মীওইবগী তুংদা য়াওরিবা 'অচুম্বা' অহু পুথোক্লবা হোংলৈ। Absurdity of situation with convincing realism, insight into the soul of man—অঙকপা থৌদোক্কা লোয়নরিবা অচুম্বা অহুগা মীওইবগী অশেংবা মথরায় অহু তত্তনা থি। পান্দা উৎলিবনা এবসার্দিটি, নেগেটিব অহুগা তুংগী অচুম্ব-দনা পোজিটিব ওইবা অনী অসিগী মন্নী, চীংথ'য়নবা অাসি তুংতিগী বাঙাং শাঙাঙদা, লিচং-শাজংতা, চুম্না হিংবদা, ওকিস অমস্তুং য়ৄমদা থাদোক্লবা য়াদনা শাগোরৈ। অহুনা মাবু ময়াম্না তুংঙাইনা লোয়রৈ— বার এসোসি-য়েসন্দা, লীলা তৌকমদা, কলাকারশিংগা বাম্নী শাবদা, মকম খুদিংমক্তা মাবু শোয়দবা য়াওদে।

মাগী লীলাবু মায় পাক্লা শাম্নখিবা থিয়েটর মিররগী ডিরেক্টর নব রারেপ্পনা, ব্রজচান্দগী ইকোন কোম্না ইবা লীলা 'উ চৈরাগী তা লুখোই' অসি পীরম্মী হায়। লোইশিনবগী শরুক অসি মতোন্দা মেন তাখিল্লি, থম্নখিসি হায়রম্মী হায়। ব্রজচান্দগী লীলাদি হৌবা অমস্তুং লোইশিনবা য়াম্না মরু ওই। মসিদা মাগী পূক্লিং য়াম্না থম্মী। তা লুখোই মীতোন্দগী পৈশা হাংতুনা হিংবা মীনি। মাবু কায়ে, হাংকে তৌয়ে। হাংতৌ শরুক ভোট লেপহল্লু পৈশা শীংদোক্লবা হায়বদগী, পৈশা পান্দগী ময়াম্না মাবু ভোট লেপহনবদগী লুখোই ভোট কাখি। ল.উাথ— লুখোয় অকবা মীনি, অচুম্বা মীনি। মাদি পোলিটিকেল টোন য়াম্না য়াওবা পামজদবা অইবনি, মীওইবগী সমস্যালি মানা পাম্না নৈনরিবদি। অহুনা অরোয়বগী শরুক অসি থজানখিবা ওইরম্বা য়াই নীংই।

চহি ৯ গী মযাওদা ( ৯। ৫। ১৯৮৮ দা ) মাগী 'চিঠি পুবা উচেক' কী রিভিউদা ঐনা ইজাথ- "ব্রজচান্দনা অনুম অনুম তুংগী ওইবা থম্মোয়গী

লমদম অমদা চঙশিন্দুনা থিবগী খোঙচৎ অমা থেংনৈ। মণিপুরী থিয়েটরনা অনৌবা লীলা ইবা মীশক অমা থেংনরে"। তাং ৮। ৬। ১৯৯২ দা মাগী 'ঐগী য়ুম' (তোম্বগী য়ুম) গী মরমদা ঐনা ইথি- 'ব্রজচান্দগী য়াথন্দি অরুবনি, মসিবু ফোঙদোক্লিবা ফোম'না অরায়বনি। অদুবু মাগী লীলাসি অনৌবা চাংয়েং অমসুং মীংয়েং অমনি হায়দবা ওমদে।" লীলা ইবা ব্রজচান্দ মাগী সিম্বোলিক কেরেক্টর তাভোম্বা অমনি— পুন্সিগা সম'জগা হিংবগা ভত্তনা লাম্বেংনরিবা মীশক অমা তাভোম্বা। অদুবু, সিষ্টেম অসিনা, সমাজনা নৈহৎপীরবা, অয়ানবা তাহল্লবা, অঙাওবা তাংলবা তাভোম্বনি। তাতোম্বা ট্রেজিক কেরেক্টরনি, অনোকপা—অরাঙবগী ময়ক্তা পীরাংনি। তাতোম্বা শেম্মীবা অইবসিবু ট্রেজিক কেরেক্টর অমা ওইনা পুন্সি পিথম্মুথি। তাতোম্বা, তালুখোয়, তাব্রজচান্দ ঐঙোন্দদি পুন্সিগী পাউখোং অমনি। পাউখোং চল্লবা অইবহু ঙসিদি চৎত্রে লাইরমলেন্দা। ঐনা থব্বা নীংশিংহুনা ইজরিবসি ব্রজচান্দগী আত্মানা পেনখিবা ওইগনি। মহাক্কী খুৎশেম 'তাভোম্বা' দি মতম চুম্মগী ওইনা, অমর ওইহুনা লৈহৌরগনি। ◻

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্নম', ৯। ৬। ১৯৯২

# নোঙ্গাঙ্খ্রবা থোকচোম ꣲযোগেন্দ্র সিংহ

হৌখিবা তাং ১৬। ১০। ৯২, ঈরাই নুমিংকী অয়ুক পুং ১০.৫০ য়োম তাবদা, মণাগী ময়ুম্‌ শিংজমৈ থোকচোম লৈকায়দা থোকচোম যোগেন্দ্র সিংহনা ভেংবান থাদোকখ্রে হায়বা ভাবদা য়াম্না থাজদবা অমা পোকখি। তৌবগীদি থা খরগী মমাঙদা লিবর সিরোপসিসনা নারে হায়রহৌবা দিল্লিদা লাক্লেংবা চৎলুই। ফরে হায়ত্নুনা থোরকই। সাহিত্যগী ফংসন, থবক-থৌরম য়াঙবা থেংনৈ। মশাদি খন্না তাইনা উই, ফরগদৌবোই মীংলুই। খঙহৌদনা পাউ তারে— ওঝা যোগেন্দ্র লম্ফেলগী আর: এম: সি: হোসপীটালদা পুথংখ্রে। হোসপীটালদা অরোয়বা উরবহু তাং ১° দনি। গ্র্কোজ কাপত্নুনা লৈরম্মী। বা ঙাঙদে। য়াম্না চোকথনা উই। ঐখোয়সু বা ঙাঙদে, তুমিন্না কমত্নুনা লৈ। ভাই-হাক লৈরগা ঐবু কৌশিল্লকই, য়াম্না তপ্না ঙাঙই— রেডিওগী প্রোগ্রাম রৈথোক্লবনি। নুমিংতুদা ফোঙবা লাইরিক "হন্নুবা অমম্তং সমুদ্র" অহু ঐনা মঙোন্দা য়েংহল্লি। তপ্না হায়রকই "য়াম্ন ফজে"। শিরবা মতুংদা পাউ তারকই য়াম্না য়ারবা, শিগদবা নকশিল্লক্রবা মতম ফাওবা দিল্লিদা থানবা চিঠি অমা চিন্না ডিকটেক তৌরম্মী।

অচুম্বনি, থোকচোম যোগেন্দ্র থবকী মীনি। থবকীদমক্তা পোক-লকপা পুন্সিনি হায়বহু মাগী পুন্সিদা উবা ফংই। থবক তৌবদা য়াম্না কুপ্পী, চেংশিন্নী, মথন্নায় মঙামক হেক্তা লুপ্না জাংনি। মঙোন্দদি থবক থুদিংমক অরায়না অমত্তা য়াওদে, ভক্রবগী ভক্রবা ঙাক্তনি। হায়রুবা

অমসুা ওম্মোই হায়না খুম্বা হৈনদে। অতুনা থবক কয়া পাংলবা হোৎনবদা চাবা থকপা থওদনা ওয়ুবা নোরা মীশক অমনি। অতুনা কোলেজগী (ডি: এম: কোলেজ ওফ আর্টস এন্দ কমর্স) থবক কয়া, পরীক্ষাগী থবক কয়া মানা শীনবা ওাক্তনি। মশা য়াম্না ওমদনা কলেজদা কারকপা ঊবদা মমাল্লবনা য়ুমদা পোথাক্রো হাংরুবদা মানা খুম্নবই হায় "য়ুমদা পোথাক্রম খওদে। সিদা লাক্রগা পোথাল্লিবসিনি।" মীওোন্দা লানবা হৈত্রবা, মী খুদিংমক তিম্নবা য়াবা। য়াম্না চম্বা ওঝা যোগেন্দ্রগী লমচৎ কাউওমন্ত্রবা মশক অমনি। অশেংনমক মাদি উপন্যাসদা য়াওবা চরিত্র অম ওম অতুম নীংশিংতুনা লৈরগনি।

থোকচোম যোগেন্দ্র (১৯০৭—১৯৯২;) অপোকপা অচৌবী সিংহ, অপোকপী চাউবী দেবী) মণিপুরী সাহিত্যদা কুত্তিক অমা ওইনা অচৌবা থোদাং য়ারম্মী। সাহিত্যগী সেমিনার কয়াদা চে পাখি। চেক্কোও কয়াদসু নৈনবা য়ারেং কয়া কোওখি। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী (সভাপতিসু ওইরম্মী) জেনেরেল সেক্রেটরী ওইতুনা সংস্থানশিং অসি চাউখৎলবা কয়া হোৎনরম্মী। মসিগী মথক্তা, 'ঋতু', 'য়াথল' গী সম্পাদকসু ওইরম্মী। এম: এল: ডি: সি: গী অহানবা কনভেনীর ওইনা মণিপুরী লোন্না ৮ শুবা সিডুলদা চন্নবা হোৎনবদা অচৌবা থোদাং য়ারকখি। শিনকম্না ওঝানি' চীঙামথা হায় স্কুল, থোবাল কোলেজ, জি: পী: উমেন্স কোলেজ অমসুং অরোয়বদা ডি: এম: কোলেজদা মণিপুরীগী সেনিয়র লেকচর ওইখি। শান্নবগী লমদসু মাগী থোদাং লৈ। য়াই: এম: সি: এ: দা ফিজিকেল এডুকেসনদা চহী অমা ত্রেনিং তৌরকখি। ঈরোয়বা, মুং লংবা অমসুং কবাদিগী শান্নরোইনি। কবাদী ফেদেরেসন লিংখৎপদা শরুক য়ারকখি। এন: এস: এস: গী অহানবা ত্রেনীং ফংবা মীশক অমসুনি। অশেংনমক থোকচোম যোগেন্দ্র ৎবক্র' পুন্সিগী আদর্শ ওইখিবা সাহিত্যগী অচঙবা কর্মী, কুত্তিক অমসুং শান্নরোই অমনি। পামুই, মাগী পুন্সি পাম্মুই। ▣

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্নফম', তাং ১৯। ১০। ১৯৯২

# তোম্বী বাবু চাউবা
# ঘুগ পুবা ফাগি তৌবা অহুম

( বান্নেং অসিদা ডা: নোংমাইথেম তোম্বীনা হাকথেংননা উঃহুনা বাল্লী-বাতায় কয়া শাক্লরবগী মতুংদা মমিং চৎলবা কমেদিয়ান অহুমগী পুন্সি বারী, শুধাং লীলাগী থোউচংকা লোয়ননা পুথোরক্লি । )

ঘুগ পুবা কাগি তৌবা অহুম তোম্বী, বাবু, চাউবা, ফাগিগী মহা-প্রথী অমমমনি । মায়কৈ ভাকপা লাই অমমমগুম্বনি । মমম্বাই শক্তম চেপ্পরবা, মশাগী তোপ-তোপ্পা মগুণশিংনা য়োম্নবা মীশকশিং ভাক্তনি । অহুবু মথোয়গী ফাগি থুত্তো থেন্নৈ, মথোয়গী ষ্টাইল অমম্তুং টেকনিক খায়দে । মাম্বরিংদি নোকহনবনি ।

ময়াংইস্কাল তোম্বীগী থোইদোকপা মগুণনা ভাতবা শকপাদা লৈ । ভাউবদা ঈশিং লিক্তে । মথং মথং, মম্বী মম্বী, পয়েং পয়েং কাপথোক-লকপদা ভাবোকপু ওক্না সুংভাইহল্লি । থুংলং ঈশৈ হৈবনা মরক্তা ঈশৈ থেৎচিল্লি, সংস্কৃতকী শ্লোক কয় হাপগৌল্লি, অরিবা থুংলংগী প্রমাণ-পাট্টে পাউরো, পাউথোং কয়া পুথোক্লকই । মাগী চীনগী লান অণ্ডকপনি । চোইডাড ভাউবদা ম্নাম্না পকচে । মাগী মচীন্দা মাগী ফাগিগী মথবায় লৈ ।

ওইনাম বাবুদি হেক্তা য়েংবদা নোক্লীংবা মীশক অমনি । মী পীকই । শাবান মূর্তি শোয়বদোনা উই । মানা কাগি তৌগ্রবনু অতাবা

মীনা ফাগি তৌবোই নীংই। মাগী বাঙাঙ-শাঙাঙ, শাজঙা একটিং য়াওনা ফাগি তৌই। নোকহনগে হায়রবদা হেক্তা নোকহনবা ঙম্বা, শক্তি লৈবা মীশক অমনি। মাদি লীলাগী ডিরেক্টর অমসুং স্ক্রিপ্ট ইবা মীশক অমসুনি।

তথেল্লম্বম চাউবগী ফাগিদি— রাশি লৈনা, ঈংনা তপ্না, মোং হাদনা তৌবা ফাগিনি। খা ঙাওবদা রাশি লৈ। মীনা তানীংই। লুম-লুম্লগা, ঙাই-ঙাইদুনা মতেক-মরাদা ঙাংখোক্লকপা য়াম্না হৈ। মাহৈ অমগা রাঙাং অমগা নোকপগা পাই। নোকত্রবদি লৈবা ঙমদে। মানা নোকপদা ভাগোকস্ত্র অতুম নোকই। সুপী অঙাংনা পামজবা, খোয়দাজবা শক্তি। সুপী অঙাংনা য়াম্না য়াই।

তোম্বী বাবু চাউবা— মখোয়না মণিপুরগী মীপুম থুদিংবু চহী কয়াদগী পুক্নি পায়দুনা নোকহল্লক্নি। মখোয়গী রাশি লৈরবা ফাগিগী মীনেৎক্না মণিপুরগী মফম কয়া শীনবা থুংনা শন্দোক্লি। গুমাঙদা, কোসেটতা, কিসমদা মখোয়গী ফাগিনা ঙসিফাওবা ময়েং তাবা লৈতনা ইপোম গৌরি। মখোয় অহুমগী ফাগি অতাওবনি। পাক্না খোক্লোইদবা, মচুং শীনবা রারগদবা, লাইপোক্পী মগুণ চেনবা য়ুগসিগী ফাগি তৌবা মীশক অহুম্নি।

### ভারতা ফাগিগী পরম্পরাঃ

ফাগি হায়রবসি পুন্সিগী থাদোক্লবা য়াত্রবা শরুক অমা ওইরবসু, ভারতকী মপূং ওইবা পুন্সিগী মীংয়েং অসি য়াম্না আধ্যাত্মিক ওইবা মরম', ভারতকী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী পরম্পরাদা ফাগি হায়রবসি য়াম্না মরু ওইবা মচল অমা ওইনা লৌনরক্তে। নোংচুপকী সাহিত্যদা এরিষ্টোটলনা কমেদিগী মওং তাবা ক্য়াং, রাখল্লোন পুথে ক্রুনা মথং মথং ওইনা এরিষ্টোফেনিস, সেক্সপিয়ারনচিংবা অষ্টবা কয়া খোরক্লুনা ফাগিগী অরাংবা, পাকচাউরবা সাহিত্যগী মশক অমা শাগৎতুনা লাক্লবা

অসিগী মতৌগুম্মা ভারতকী অতোপ্পা সাহিত্যদা লৈবা থেংনদে। সংস্কৃত সাহিত্যগী রস মখল্ ৯ গী মনুংদা 'হাস্য রস' হায়দুনা অথম্বা রস মখল অমা ওইনা মশক খঙলবন্নি, মসি অথোইবা, মনিং-মখা তম্বা রস অমা ওইনা লৌনদে, অয়াম্বদা 'শৃঙ্গার রস' কী তেংবাংবা, মখা পোল্লবা রস অমা ওইনা লৌনরকই। সংস্কৃত সাহিত্যদা য়াও-রিবা ফাগি তৌবা চরিত্র 'বিদূষক' অসি চাইহাক নোকৰা শেম্বা চরিত্রনি, মানা মপুং ওইবা ওমদে।

## মণিপুরদা ফাগিগী পরম্পরাঃ

মীওইবনা ফাগিবুদি থাদোকপা ওমদে। অদুনা, মমাঙতৈগী নিংথৌশিংনা মখোয়গী রাজসভাদা ফাগি তৌবা মীশক কয়া থম্মী। মণিপুরগী কোম্মুংদা লৈরম্বা ওইনা বিজাম্দো, থিংবাই মেম্মা, বাংলা লৈবাক্কী লাকপা গোপাল ভাড়গী মমিং তসিফাওবা অমর ওইরি। মণিপুরগী সাহিত্যদা লৈরিবা 'শোরা', 'শোইবোল', 'তোম্মো' ফাগিগী চরিত্রশিংনি। মণিপুরদা ফাগিগী শাংলবা অমসুং ফজরবা পরম্পরা অমা উবা ফংলিবনি, মৈতৈগী কুম্মৈ পীশারেন ওইরিবা শুমাঙ লীলাদনি। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি মতমদগী 'ফাগি লীলা' ওইনা হৌরকখিবা শাক্ত লৈরবা, মীয়াম্না পাম্লবা কোক থিয়েটর অসিদা ফাগিগী মশক অসি তসিফাওবা ঈচেল কায়দনা চেম্বরি। হৌরকপদগী হৌনা শুমাঙ লীলাদা ফাগিনা মথক্কায় ওইদুনা লাকপা মরম্মা বলা অসিগী ইতিহাসদা শক্লাই-রবা, মতীক-মগুণ লৈরবা ফাগি তৌবা ( ফাগি পুনা, কমেদিয়ান ) কয়া থোরকখি। মখোয়গী মনুংদা শীংথানবা য়াবা, অতোপ্পা মতমগী ফাগি তৌবশিংদি— চেংবা ( চেংবা ফাগিগী তেংবা শাবা ), পাঙম্বা ( পাঙম্বা ফাগি ), ( য়োংশুগী ফাগি, ফাঞ্জোবম চাউবা ), হৈনিং মরু, অবুজাম্বা শাইতোন, চুংথা হৌদোং, খরি ( খরি ) লাইশুবা, লাইথংবা, অমুথোই, কোলু থাঙপাক, অসিনচিংবা অসিনি। অসুম্মা চংথরকপনা

২০ শুবা শতাব্দীগী ময়াম চনবা মতম ( খৃঃ ১৯৫০ ) ফাওবদা অরেম্বা লৈতনা শুমাং লীলাগী ফাগি তৌবা কলাকার কয়া থোরকখি। মখোয়গী মনুংদা শীংথানবা য়াবদি— খুত্তামচা ( ঠগ লীলা ), মায়পাক ( থেঙ্গলংবা, সত্যচরিত ), গন্ধার ( সত্যচরিত ), ব্লাথোসিং ( সত্যচরিত ), বোব্রি ( শক্রেগী চাইশ্রা ) অসিনচিংবনি। ফাগিগী নিংথৌ খুত্তামচানা থূপখিবদগী শুমাং লীলাগী ফাগিগী অচৌবা পন্দুপ অমা লোইখিবগুম তৌখি। অছুবু মুৎপা নাইত্রবা ফাগিগী ঈফুৎনি।

খুত্তামচাগী মতুংদা, চৌজিক মতমাসগী যুগ পুবা, মগুণ লৈরবা ফাগি তৌবা মীশক অহুম চোংথোক্লকই। ময়াংইম্ফাল তোম্বী, ওটনাম বা'বু অমনুং তংখেল্লবম চাউবা। করম্বা লাইগী থৌইনশিন্না, অমমম লৈবদা ওক্লবা, লিজেন্দরী কিগর ওইরবা ( লাইগুম্না শোম্নরবা ), মীশক অহুমসিবু মতম অমতদা মতম অসিগী মীরোম্না ফংজরিবা! মখোয়গী হোৎনবা, লাম্চেং, বক্লনা শক্তি, পাইরকী শক্তি অঙকপনি। ফাগিগী কলাদা কখেক্লবা মখোয়গী পুন্সিনা ফাগিগী মমলবু মশক তাক্লিবসি ঐখোয়না য়েংবা য়াই।

## ময়াংইম্ফাল তোম্বী

ময়াং ইম্ফালদা বোধচন্দ্র মহারাজগী ইংথোল অমা লৈ। মরক মরক্তা লেংঙক্লুনা মন্দিদা পোথাই। ইনিংথৌনা নোংমা হংই— "তাগোপাল, সিবাইদা ফাগি তৌবা হৈবা অমত্তা লৈত্রা?" "অজ্ঞ', ফাগি হৈবা নিপামচা অমদি লৈ।" "অদুদি অমুক্তা পুরকউদনা।" "ফগনি অজ্ঞা" বীরগোপালনা খুম্মী। মহাক্কা থীন্দনা শগোলশেম তোম্বীগীদা লাক্লে অদুগা হায়রম্লে— "হাই তোম্বী, নিংথৌগী মমাংদা নত্ত পেনা শকপা তারে।" অতাং ওইরিবা তোম্বীনা পাখৎপনা লোইরে। "মাম্বা, ঐ কিজে, ভম্মোই।" মাম্বা থোকপা বীরগোপালদা হম্না হম্না হায়জে। তোম্বীনা কিমনঙ্ঙনা পাৎয়াদা চেন্দুনা জুমিৎ চুম্না অহুম্না লোৎতুনা লৈরে। নিংথৌ মনাই লাম্লম্লোই হায়রবা কান্দা অঙীং

অথেঙবদা ময়ুমদা হন্জিন্দুনা ইপা পাখৎনা চাক চান্নম্মী। মতমহুদা সিকাই অনী লাক্কুনা তোম্বীবু কৌরয়ে। তোম্বী নাম্থোক্‌পা য়াম্রে। পোদোম্মা মরু, বাশানা চৈজিং শাবা মাগী পেনা অহু পুন্নহনা চৎলে। ময়াংইম্ফাল তোম্বীনা হুমিদাং অহুদা, পাৎপান শঙ্গায়না সেবা তৌহুনা চেপলিবা নিংথৌগী মমাঙদা, ফক মচা অমা থান্নগা শিনি নানি খুঙদনা, অকিবা অমা য়াওনা পেনা পঙশক্কা শক্লে। মাগী পেনাদো ইনিংথৌদি থোইনা তাবিবা নত্তে, ঙাইহাক্তী মহুংদা চেপখ্রে। নিংথমথংগী নোং-ঙাম্লমদাই মতম য়োরকদোরে। শঙলিবা সিকাইনা অঙাং অসি শিবা তারে হায়রহুনা তপ্না হায়রকই— "হাই অঙাং, ইনিংথৌ চেপখ্রে চংচ-হৌরো।" তোম্বীনা পেনা অহু শুপথোর থোমজিন্নগা মথুন থাজৎতুনা চেন্নক্লম্মী।

তশেংনমক, ময়াংইম্ফাল তোম্বী পীথোক্লকপা অমা য়াওনা, অঙাং শুইরিইঙদগী হৌনা, থওইনা তমলুবা লৈত্তনা পেনা, খুৎলং ঈশৈ শকপা য়াম্না ফজনা হৈয়রকই। শঞ্জেন শনঙাক ঙম্নকপদগী মমাম্নবা ময়াম্না কোয়শিন্নগা মাগী ঈশৈ তাগদবগী তত্তনা ঙাইহুনা লৈ। মশাগী চহী ১৮/১৯ শুবদা ইহান হানবা ওইনা 'খুয়োমহাওবা' লীলা য়াওজিইঙো খুৎসং ঈশৈ ফজনা শক্লম্মী। শৈহেক শৈদাদ, মন্থায়দা হেক চীংগে, লৈথেং, লৈশি-লৈথোন হাপকে কায়বা লোইনা ঙমলম্মী; হুমিদাং-য়াইরমগী নীংথিরবা দৃশ্যদা পুক্লুং ঈন্নাং হৌবা মীৎকুপশিং অহুদা, হিথক্কা তোংলগা ঈশৈ শকপদা পাখং-লৈশাবীগী থম্মোয়দা দং দং পানহনবা ঙম্মী। মাদি ঈশৈ শকপা হৈবদা নত্তে, হিথক্কা লোঙনা শিন্নগা ঙা ফাবা য়াম্না হৈ।

শঞ্জেন শনঙাক ঙম্নক্লবা মতম্নি। মাবু পোকপা ইতো মৈতৈনা তোম্বীদা যণ থিরুচো হায়হুনা থবক শীন্নে। তোম্বীনা শঙ্গোল মহুংদা, খুদেং থিন্নগা লীলা শাম্নহুনা, থাঙ হাইবী শাম্নহুনা লৈথোকই। মাগী মত্তৌ উবদা মাগী বাজিনা ঘুম্নম্মী, চৈন্নম্মী। মমৈথংদা, মচানা লীলাদা

মথথায় লূপ্না উবদা, মূক্না যাত্রা ওইরিবা মাগী বাজিনা বর পীখি—"ক্রবুংঙো নঙ লীলা তৌরো। লীলাদা লৈবাক্না শকথঙবা, মমিং চৎপা ওইজরো।" তোম্বীনা মাগী বাজিগী মখোঙ পায়দুনা খুরুম্মী। মানা হায়, "ঐবু ঙসি লৈবাক্না সুংশিবিরিবা অসি বাজিগী বর অদুদগীনি হায়না লৌজে। অদুনা ঐহাক বাজিবু কাউজরে, খুরুম্বা তোকচরে।"

চহী ৬৯ শুরবা শগোলশেম তোম্বী খৃঃ কুঃ ১৯১৪ দা (পোইহু থাদা) ময়াংইম্ফালদা পোকই। মমাগী মমিং রজনী দেবী কৌই। অহানবা ওইনা থৌবালখোংদা লৈবা ওঝা চন্দম নিমাইদগী লীলা তম-জরকখি। ওঝানা তাকপীবনা চাউরাকপা বারী পরীং অমথক্তনি। লীলাগী ফাগিগী শরুক্তি মশানা শেমজবা, লেংশিঙবা অমসুং পুংথাকপা ঙাক্তনি। মনা ইহান হান্না য়াওবা "থুরোল হাওবা" লীলাদা পাঙ-লাকপগী রোল শাখি। অদুগা, মাগী মমিং চৎলবা 'ধাতু রামায়ণ' (ফাগি বারী) সু লীলা অসিদা মশানা লেংশিঙদুনা কোঙদোকখি। মথং মথং ওইনা 'চাক তাংবা', 'চিফ মিনিষ্টর চাক্লোবা', 'চাগী খুজি' নচিংবা লীলা কয়াদা য়াওরকপনা ঙসিফাওবদা লীলা ১০০ গী ময়া শুরে। মসিগী মথক্তা ওদিও কেসেট কয়ানি। ভি দি ও ফিল্ম অহুমদসু কুমখ্রে। শুমাঙ লীলাগী ফেষ্টীবেল কয়াদা (বেষ্ট কমেদিয়ানগী য়াথংনা) মনা-মথুম, সার্টিফিকেট, গোল্ড মেডল কয়াসু ফংখি।

তোম্বীগী ফাগিদি মশানা য়াম্না বানা হোৎনদুনা শেমজবনি। মানা হায়, "... সুমহায়না তৌরবদি ভাবোক্না নোকপা য়াই, পেনবা য়াই হায়না থল্লগা নোক্নবা বাহে-বাতা, বারী, থৌদোক কয়া শাগৎপনি। ঐনা ফাগি তৌজবদা ভাবোক্না নোকপীবা, ক্লেপ তৌবসি ঐহাক য়াম্না সুংঙাই। ...কজবা বাহেমা ফাগি তৌনবা হোৎনজে। অমোৎপা, করা ওইবা, ভাবোক্না তাবদা সুংঙাইতবা কয়া লৌথোক্নবা হোৎনজে।" হায়রিবসি অরায়বা থবক নত্তে। য়াম্না হোৎনবা চৎই। মানা ততুনা হায়, "ফাগি অমা নক্ত্রগা পাখোং অমা শেমগৎপা হায়বসি হায়রেং কোক থুগাইবনি। ঐহাক য়াম্না হোৎনজে, কম্না হোৎনজে।"

ময়াংইন্ফাল তোম্বীগী অঙকপা মগুণ অমনা অমুক্তং তাখিবদা ফাউগন্দব', চীনফা পুবা ওম্বা অসিনি। মাগী নীংশিংবগী শক্তি অঙকপনি। লাইরিক ময়েক চঙবা, মশাগী সহি তোৗবা হৈত্তবা মানা শাংলশাংলবা সংস্কৃত শ্লোক কয়া চীনফা পুই। তাবদা মীনা লাইরিক হৈত্তে হায়বা থাজদে। বামোন লৈকায়দা ডাওনৈ— "তোম্বীগী মমাঙদা সংস্কৃত শ্লোক থীরুগ্র।" সংস্কৃত হৈবা অজ্ঞা বামোন অমদগী হেম্না ফজনা থীবা ওম্মী: মাগীদি পুন্নমক চিনফানি। তাবগা কাবনা হাল্লি। নোংমৈ মতোন্দগী গুলি কাপথোক্লকপগুম লৈগী মিং পরেং, মুয়াক পরেংনচিংবা, ব্রং ব্রং থিদরকই। ইথা থাজদনা ইংরেজী লোনথোক্লকই। মাগী লোনগী, ভাঙবগী শক্তিনা অভাবা ভাবোক পুন্নমকপু গুস্থংলি।

তোম্বীনা শুমাং লীলাগী ফাগি অসি য়াম্না অকুবা আর্ট অমনি হায়। "ফাগি হায়বসি তম্বিরগা থোক্তে। মীবু নোকহনবা, নুংঙাইহনবা হায়বসি অরায়বা থবক নত্তে।" মানা য়াম্না চেৎশিম্না হায়বা বাহৈনি। শুমাঙ লীলাগী ফাগি হায়বসি মানা "সমাজগী মিংশেল্লি" হায়। ফাগি ওইনা সরকারগী অশোয়বা পুথোক্লবদি শাউনিংবা পোক্তে, নুংঙাইনা থোকই। লীলাগী পুন্সি অসি মঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইনা থোকই। মীনা মাবু য়াম্না চানবি, নুংশিবী হায়। মসিদস্থ নত্তনা হিংবদস্থ শুমাঙ লীলানা য়াম্না মতেঙ পাংই। মানা হায়— "অঙাং ময়াম থাক্লবা, (মচা তরুল্লি-মুপা ৩, মুপী ১), লাইরিক-লাইশু তমহল্লিবা, হৌজিকফাওবা হিংবা ওমহুনা সমাজগী সেবা তৌবা ওমজল্লিবসি শুমাঙ লীলাগী মপান্দগীনি।" হৌজিক ময়াংইন্ফাল তোম্বীনা হৈগী মমিং ময়ামগী ফাগি অম্না শেম্নবা হোৎনল্লি।

ওইনাম বাবু

ওইনাম বাবুনা চহী মাপনয়োম গুম্নকপা মতমদা মাবু পোকপা পম্বোগা (কাহ্নাই) কায়নখি। ওম্বোকপা মতৌনি— মথোয়গী য়ুমজাও শাবগী কৌবিলিয়া ম্নানবদা কৌবিলিয়ানা নন্দুমা শিখিবনি। মাবু

পোকপা কাহ্নাইদি চাউ শাংই, ঈশৈ হৈ। কোম্লুংগী লাল্লুপ পুন্থুনা অমুক্তী, লুম্বিদাংবাইরমগী ঈশৈ শকপা চংলি। পীক্লিবা বাবুন্থ মপাগী মতুং ইন্দুনা অয়াম্বা লন্তমদা চংলি। মাঙোম্বা, শুমাঙদা, ঈশৈ তিন্নবা য়াওই। অমুম্না মঙোম্বা ঈশৈগী সুর, ছন্দ, তাল চঙথি। লুপ্তাবী মমানা মচাশিংবু (মন্নীনি। বাবুনা অহন্নি। লুপা অহুম, লুপী অমা। মন্নক্তা লুপা অমা লুপী অমা লৈখিদ্রে।) য়াম্না রানা য়োক্লকই। কক্লাং থাদবা, খোঙ পান্দবা, বোয়ানা থাবা য়ুম অতুদা মতম কুইনা লেল্লকই। মমানা কৈথেম্বা মনা-মশীং য়োন্দুনা মচাশিংবু হিংনবা হোৎনরকই। লান মরুংদা, মথোয়গী অরাবা ফিতম উবদা, সিক্কাইশিংনা চান-থক্কবা চেঙ-চাক, থুম পুরকতুনা পীরে।

নিংথেমচা কারোংদা ক্লাস টু কাওবা তম্নবা মতুংদা, মমাম্নবনা লাইব্রিক হুরানবিখিবদগী লাইব্রিক য়াওদবতুদা হেদ পাওজনা স্কুলদগী তাম্থোকপীরকখি। মপাগী চহী ১৯ শুবদা লুহোংলে। শিনকম অমা পাম্লবদি মাওবা তারে হায়রতুনা লৈকায়গী মবাই থোকপা অমগী ময়ুমদা সনা শুবা তমহল্লি। সনা শাবগী শেনকম পাকম থঙদে। লৈ অমা শাবদা লুপা ৩/- ফংই। লীকল্ অমদা লুপা ৩০/-, মরৈ পরেং অমা শাবদা লুপা ১০০ গী ময়া ফংই। লীকল্ পরেং অমা শাবদা তুমিং ১০ নিমুক চঙই।

লুহোংলবা মতুং থা অহুম শুবদা সনা শাবা মরূপ অমনা হোৎতুনা কাছারদা খোংজোম পর্ব্ব শকপা চংলি। ঈশৈ য়াম্না হৈবা নত্তে। সনা শাকম ইমুংগী মবাই অহন (ইবোতোম্বী) অসি ঈশৈ তৌই। মাগীদা ঈশৈ শকপা, ঈশৈ তিম্নবা অহু সনা শারিবা বাবুনা তম্ভনা তাই। কাবক শাবক থরা থঙই। থোক্লবা অমা তৌগনি অসিনি। মরুওইনদি এ'য়াপ্লেন তোংতুনা চংকনি হায়রতুদা হৱাউমনগ্রতুনা চংপনি। ভাড়া লুপা ১৫ গী টিকেট'ন, কোইরেঙৈদগী তোংই। লাক্ষিপুরগী মফম থরদা খোকমোক তৌতুনা ঈশৈ থরা শক্লকই। থা অনিয়োম লৈরগা মমুংদা হল্লকই।

চাউরাক্লা খৃঃ কুঃ ১৯৫০ অতুবাইদা, মশাগী চহী ১৯/২০ শুরকপদা, লৈকায়গী যষ্ঠি পূজা মমদা, লৈকায়গী কাণ্ডবুনা শান্নবা 'শংল্লেন্বী চাইথ্রা' লীলাদা অহানবা ওইনা য়াওই। লীলা য়াওবা মী অমগী পার্ট হাণ্ডহুনা মাগী মহুৎ শীনবা ওইনা অস্তাওবা শাহনা থোকই। অহানবা থোকপদা মেক্সপ অমা ফংখি। লীলা অসি চহী ৭/৮ রোম শান্নে। ওঝা ভূতনাথ লাকতুনা ভাকপী তম্বিরবসু য়াওই। লীলা পার্ট অসিদা - ভথেম্লম্বম চাউবসু মথং মথং ওইনা, 'থোরি ফাবা', তোংব্রাগী 'মচিন-মনাউ', 'কলি মহাভারত', 'লমন' ( মশানা ইবা অমসুং ডিরেকশন তৌবা ), 'নোংইন ফাবা', ( ডিরেকশনসু তৌই ), 'শ্রীবস চিন্তা', তোংব্রাগী 'মৈতৈ চনু', তোংব্রাগী 'নিঙোল মরা পাস' ( ডিরেকশনসু তৌই ), এঃ তোমচৌগী 'প্রোফেসার' ( ১৯৬৮, ডিরেকশন তৌই, প্রোফেসার শাই ) অসিনচিংবদা শরুক য়ারকপনা হৌজিক ফাওবদা লীলা ১৫০ রোম শুরে। খৃঃ কুঃ ১৯৬৫ দা ইহান হানবা ওইনা থিয়েটর সেণ্টর, মণিপুরনা শীনবা 'ওল মণিপুর যাত্রা ফেস্টীবেল' দা বেষ্ট এক্টরগী মনা ফংখি মথং মথং চংথরকপা শুমাং লীলা ফেস্টিবেল কয়াদসু বেষ্ট কমিদিয়ান, বেষ্ট এক্টর অমসুং ডিরেক্টরগী মনা কয়া ফংখি। বেষ্ট কমেদিয়ানগী মনা ৬ লক ফংখি। মসিগী মথক্তা, তোংব্রানা ইবা 'থুথাং লমজেল' ( ফিল্ম ), অদুগা অতৈ ভিডিও ফিলমশিংদা য়াওই। ওদিও কেসেট কয়াম্ম পুথোকই।

চহী ৬২ শুরবা ওইনাম বাবু খৃঃ কুঃ ১৯৩১, ফেব্রুয়ারী ৬, কোঙ্গং লৈকায়দা পোকই, অপোকপীনা তম্ফা। ফাগি শেম্বগী মস্তাঙদা মানা হায়— "ফাগিগী চোইডাঙ, ময়ামসি শেম্বদা য়াম্না লুই। চুম্না থনবদদি য়াম্না লায়না উই অদুগা থবক ওইনা থোক্লগা য়াম্না লুই। মীনা নোক্লীংনবা থৌদোক, বাহৈ-বাতা, পরীং অদু ভাবনা শাগৎপনি। বাহৈ বাতা ফজবা, ডাইলোগ ফজবা লাকপা অদু অহিং হৌগৎলগা থোং-চিনহৌবা য়াওই। থায়নগী ইপা-ইপুনা তৌরম্বা ফাগি, মথোয়গী ভাব অদু লৌশিল্লগা শেমজবনি। চৈতেগী ইপা-ইপুশিংগী মায়য়োক বা, যন্ত্র-মন্ত্র শান্নবা, চুপী কোয়মগী থৌদোকশিং অদু হৌজিকী মতমগা

চায়নবা শেঙনি। ইপা-ইপুশিংগী ফাগিশিং অসি নোক্রবা ওয়পোৎ নত্তে। তাবদা হুংচাইগদবা চোইঙাও ময়ামদু শাগৎপনি।" বাবুদি য়েংবদা হেক্তা নোক্লীংবা মীওইনি। মানা তৌথোক্লকপদা হেক্তা নোক্লীংবা অমা য়াওই।

বাবুনা হৌজিক লৈরিবা চেক্তী য়ুম অসি খৃঃ কুঃ ১৯৬০ দা শাবনি। মমাঙ শঙ্গোয় অচৌবা অমসু লৈ। মতুদা ফিশাকোন ২/৩ সু লৈ। অরাংদা চেক্তী মন্দির মচ অমা লৈ। ঐনা হংই— "ওজা, মন্দির অসিদা করি লাই লাংলি? পাখংবগী থুম্না লীন য়েক্লিবসি?" মাগী মহৌশা শকক্তম হজিল্লগা, মায়থোঙ শুক্তক তৌনা খুমই— "শোক ১৯৭৬ তা শাবনি। মহাদেব লাংলি। হিন্দু ওইরবসু মৈতৈ ওইরবসু ইয়া য়াই। ঐংসে 'খুংথাঙ লমজেল' ফিলম নম্বগী অহুরাইদা ভাওক্লে। ঐগী ল ইসিনা মঙদা ইমুংদা লৈনিংত্রে, চংলগে পংহাল্লদা হায়। হরিদাসনা মাইবা অমা পুবিরক্তনা পূজা তৌবদগী ফখি।" পুক্তা নুং লৈ হায়তুনা ওপরেশন তৌরুই। মশা অহু থরা চেংকথনা উই। মচানুপী অমা মমুম পানরে। মচ নুপা অনীগা মাগী নুপীগা য়াম্না নুংঙাইনা, ঈংনা লৈবা বাল্লি। "হৌজিক করি তৌবিরি ওজা?" মানা খুম্মী— "হৌজিক ভিদিও ফিলম অমা নম্নবা হোৎনরি। বারীনা অথোকপম তোমচৌনা ইবনি।"

**ভাথেল্লম্ম চাউবা**

তথেল্লম্ম চাউবদি লীলাগী মী, ফাগি তৌবা মীশক অমা ওইবগী মথক্তা শাবা থোংপা, খুংশা হৈবা কলাকার অমসুনি। লৈবাক্তা শাবা শাম্নপোৎ (মহাদেব, থুম্ব, য়েম্নচিংবা), উ-বানা শাবা লৈতেং কম্না মাগী মযুমদা পীক থম্না লৈ। মহাক চীঙামথাগী ওঝা বে তোম্বীগী সেবকনি। ওঝাগা লোয়ননা মুর্ত্তি শাবা য়াওরকই। য়ুম শাবসু হৈ। মানা হায় "মতম চঙনা থবক শুবা ওমদবদগী অসিগুম্বা শাবা-থোংপগী থবক অসি তোকখিবনি। ঐগীদি অসিগুম্বা ফরক অসি তৌজয়গা হুংঙাইজে। থবায়না য়াম্না পামজে।"

চাউবা বা ভাঙবদা রাশি লৈ। চৌং লেম্মী। মাগী থোইরুম খোমোন ত্তৌবা, রাশি লৈবা মীনোক, বা ভাঙবদা মরক-মরক্তা নোকপা ঈশ্বরনা পীথোক্লকপা গুণনি। মানা লীলা পামজরকপা অসিদি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌরক্লবনি। মানা হায়— "ইমাগী অনী অহুম পুনশিন্নগা মীগী মতৌ তম্বা, লুমহুনা য়েংবা, লাঙবা, কোক্তাক তৌবা অসি পীক্লি-ঙৈদগী হৌরক্লে। কন্নিগুম্বা থৌদোক অমা থোকপদা চঙশিন্নগা মুম্না য়েংগল্লি। খঙনববা হোংদৈ।" অহুম্না হৌরকপনা মশাগী চহী ১৯/২০ গুবদা (পোকপা খৃ: কু: ১৯৩১, ডিসেম্বর, ২১; অপোকপা- তোমাল; অপোকপী যুবতী) 'শন্দ্রেনী চাইশ্রা' কৌবা লৈকায়গী মী থব্রনা খোম-জিন্নগা শান্নবা (ওইনাম বাবুসু য়াওই। লৈকায়গী মন্নাম্বনি।) লীলা অহুনা অহানবা ওইনা য়াওই। থোইদোকপা রোল শান্নক্লে। মতাঙ মতাঙগী ওইনা পঙকুমদা কুমই। থরায় রাম্না য়াওরকই। অহুমগী মথং মথং ওইনা, 'লৈবা য়েংলিঙৈ খুমু কাবা', 'কোম্মোজম লাইরেম্বী', 'থোন্নিফাবা' অসিনচিংবদা য়াওরকই। হৌজিককাংবদা লীলা ১৪০ গী মথক্তা শরুক য়াহুনা শান্নক্লে।

অহানবা হৌরকপা 'শন্দ্রেমী চাইশ্রা'দা মমা অমসুং শজিকালোই-নচিংবা শাহুনা মথং মথং লাকপনা খৃ: কু: ১৯৬৫ দা 'মৈতৈ চনু' দা 'পাথৌ' শাবা হায়না লৈবাক্তা শকখঙমথি অমসুং পাথৌ শাবদা বেষ্ট কমিদিয়ানগী মনাসু ফংথি। 'মমিদা থৌশাবা' (বেষ্ট সপোর্টিং এক্টর), 'জমিন্দার সাহেব' (সেকেন্দ বেষ্ট কমিদিয়ান), 'লৈকায় অনী থংনবা' (বেষ্ট কমিদিয়ান) অসিনচিংবা অসি মাগী মমিং চংলবা লীলাশিংনি।

চাউবনা হায়— "অহানবদা লীলা শান্নবা অসি থোঙনা চংলম্মী। অহুমগী সাইকল তোংনরক্লে। অরাপ্পদা শাম্নগ্নবা ওইরবদি বান্নোদগী হাইথৈ। হৌজিক্তি লুনা, স্কুটর, মিনিবসতা চংনম্নে। মতমগী হোংলক্লিবা মশক হায়রবহুনি। মতমগী হোংলক্লিবা ঈরাংগী মতুংইন্না চাউবসু ভিদিও ফিলম কয়াদা কুম্মী। "য়াকৈথেল' কৌবা ফিচর ফিলম অহুমসু মতেক অমা থোকই। ওদিও কেসেট ৫০ গী মথক্তা পুথোকক্লে।

ওসিক্কাওবা লীলা য়াওয়কপা অসিদা চাউবনা অৱাবা, খুদেংথিবা থোইনা থেংনরক্তে। লীলাগী দক্ষিনা পীবদা থেংনা লাকই হায়দুনা মমল তানা পীগনি হায়বগী মতাংদা মহৌশা কেশ অমা তৌনখি। কেস'তু মথোয়না ওমখি। অয়াম্বা মঙ্গল ওইরকই। সমাজনা মুংশবি। অদুবু লাইবক থিবা থৌদোক অমদি — চহী ৪/৫ মুক্তী মমাংদা, য়াই-রিপোক্তা 'ইপোম' শায়রুরগা হল্লকপদা, নাউরেম লৈকায় মপানা, মানা তোংলিবা ওটো রিক্সো অদু গুরুং চংতুনা শাথিবা এক্সিদেন্ট অমা থোকখি। মতুদা মাগী মথোঙ শাথিনা শোকখি। ডিব্রুগড় য়েনা লায়েংবা চংলুই। হৌজিক্কা ভগাবিটিজ অমসুং ব্লদ প্রেসরনা নাত্তুনা লৈরি। মশা শোক্ত উই। বা ওাত্তবদা হেক হেক কাউবা, মরী শমুনবা অ। য়াওই। মাগী অপোকপগী মমিং হংবদা পাক খুম্বা ওমদে, নীং-শিংদুনা লৈ। মানা হায় — "করিগুম্বা অকাউবা অমা লৈ। ওসি নোংনিনি অসিদা তৌরিবনি। মসিগী মমাংদা লাক্লমবদি কয়াদা মুংডাইরমগদবা। অসুম্না ওাওজরগা, লাওজরগা, বারী শায়গা নুংঙাই-জরবনি। ... তৌরিসি করিনো থওজে। লায়না ন'টৈ চাদেদা ...।"

চাউবগী কাগি চাউবনা শেমজবা কনানি। কাগিগী মতাংদা মানা হায়, — "করি হায়রগা নোকপা য়াবগে হায়বসি অসুম খল্লগা পুথোক-পনি। মথক-মথা ওয়বা, মপা চাবা বাহৈ-বাতা অসি মীনা তাবদা য়াম্না মুংডাই। অসিগুম্বা ফরক ওাওবা, ফৈরেংনবা, কারন ওাওবা অসি য়াম্না লুই। মসিগী অইবা লৈতে। অসুম খল্লগা শেম্বনি।" অদুনা চাউ-বনা অয়াম্বা মতমদা - লম্বীদা, য়ুমদা, চংপদা, ফম্বদা কাগিগী মচাক থিদুনা লৈ। মানা হায় — "লীলা চংলুরগা নোংঙানবদা তুমিন্না উ'দুনা লৈবা য়াওই। মীনা ওাওরব্রা হায়না খনবা জাংনি।"

ওমাং লীলাগী অইবা স্ক্রুপ্ট লৈরমদে। ওন্না অমনা চাউরাকপা বারী অম', পরীং অমা লীবনি। ময়াম তাম্নরগা শেম্বনি। লীলাগী স্ক্রপটকী মতাংদা মানা হায় — "লীলাগী স্ক্রপট লৈবা হৌথিবসি ওন্না নিংথৌমজাউগী মতমদগী ওইরম্বা য়াই। মাগী 'লৈশেম্বা' হায়বা লীলা

অহু ৱারী অকবনি, পাল্লা ফাবা মুংঙাইনবা ইশিন্দুনা থমসি হায়রদুনা ইশিল্লি। অদুদগী মথং মথং ওইনা — মাইবম রামচরন ওঝা গীতচন্দ্রখোয় খোল্লক্লে।" অসুম্না হৌজিক্কী মতমদা শুমাঙ লীলাগী অইবা স্ক্রীপট, লীলা ইবা মী হায়বা অমা খোল্লক্লে। অদুগা চহী থরগী মমাঙদা 'ঈশৈ লীলা' হায়না খঙনবা শুমাঙ লীলা মওং অমসু খোল্লক্লে।

ঈশৈ লীলাগী মতাংদা চাউবনা হায়— "ঐনা পামজন্দ্রবনিনা কয়া হ'য়নিংঙে। ইনাউশিংনা তৌরিবহু ফজ্জে হায়নিংদে। ঐনা পামজবদি শুমাং লীলা হায়বসি থরা ফাগি-যুনাই তৌরগা মাল্লি পকচে। হৌজিককালগী দিটেকটিব, রোমান্স অসিদি ঐহাক কয়া পামজদে। তোপ্পনা চাউনা হোংবা অদুনা ঙরাং ঙাঙবদু, চোংবদু মুংঙাই হায়বদু পামজে। মসিনা ফরক ঙাক্লা তৌরসি হায়বগী রা নত্তে। মমাঙঙৈগী লীলাদা য়াম্না মুংশিবা, কপ্লিংবা কয়া য়াওখি। অদুবু লীলাদা ফাগি অসি য়াম্না মরু ওই নোকহনসি, ময়াম ঙাইহাক মুংঙাইসি হায়বগী শুমাঙ লীলা কৌরিবনি।

**ইপোমঃ**

মণিপুরগী ফাগিগী ইতিহাসতা ইনৌ নৌনা থোরকপা ইপোমগীসু মফম অমা পীদবা য়াররোই। নোংমাইথেম ৺সুধির লৈরিঙৈদা খৃঃ কুঃ ১৯৬৯-৭০ গী অদুদাইদা আকাশবাণী ইম্ফালনা ফাগি'গী প্রোগ্রাম অমা ওইনা হৌদোকখিবনি ইপোম। মিংসি জিঃ সিঃ তোংব্রানা থোনখিবনি হায় ওইনাম বাবুনা। (চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা লৈরম্বা ফাগি লীলাগী পরম্পরা অদুগী মওংনি হায়বা য়াই।) রেডিওদা ঙানরকপদগী শুমাঙ লীলা শান্নবদা 'ইপোম' হাপ্লগ হায়দুনা লীলাগী অয়োয়বদা ছাপ্পনদগী থোরকখি তোঙান্না শুমাংদা কলা অমা ওইনা ইপোমগী মীথীং অতৈ থরা লৈরবসু, ইপোম হায়রগদি তোম্বী বাবু চাউববু ওইনা খঙনরবনি। ইপোমগা তোম্বী বাবু চাউবগা অমত্তা ওইনা লৌনৈ। অহুম অসিগী অপুনবা ফাগি অতাঙবনি। ◻

'পোক্কফম' গী ১৮ শুবা চহীগী অথম্নবা চেফোঙ, তাং ১। ২। ১৯৯৩

# শ্রীনরেশ মেহতা

শ্রীনরেশ মেহতা গুজরাত মচানি। খৃঃ কুঃ ১৯৯১ দা মধ্য প্রদেশকী মালবাদা পোকই। হিন্দীনা মমালোন ওইহুনা সাহিত্যগী লমদা খোঙদাবা হৌরকখি। হন্দক্না ভারতকী মমিং চৎলবা সাহিত্যগী এৱাৰ্ড জ্ঞানপীঠ ফংখি। (প্রভাকর মাচয়েস্বৰকী মচানি — হিন্দীনা সাহিত্য লোন ওইখি।) শ্রীনরেশ মেহতা এলাহাবাদতা মহৈ তম্লকই। অহুনা হিন্দী সাহিত্যগী মমিং চৎলবা অইবা কয়াগা খঙনবা, ভিন্নবগী খুদোংচাবা ফংখি। মহৈ তম্বা লোইরবা মতুংদা মধ্যপ্রদেশ সরকারগী মথাদা শিক্ষা বিভাগতা থবক মচা অমা তৌরম্মী। মমৈথংদা থবক থাদোক্লুনা freelance writer অমা ওইখি।

শ্রীনরেশ মেহতা হিন্দী সাহিত্যগী মমিং চৎলবা কবি অমস্তুং উপন্যাসকারনি। খোইদোক্না কবি অমা ওইনা মতম কুইনদগী শকখঙ্গদুনা লাক্লি। কবি অমা ওইনা মশক খঙবা হৌখিবদি— আজ্ঞেয়না সম্পাদক তৌবা "তুসরা সপ্তক" (১৯৫১) দা মাগী শৈরেং য়াওবা হৌখিবদগীনি। 'সপ্তক' (তরেৎ) হায়বসি অখন্নবা কবি ৭/৭ কী শৈরেং খঙ্গৎলগা ফোঙবা, আজ্ঞেয়না লুচিংবা ওইদুনা হৌরকখিবা হিন্দী কবিতাগী অচৌবা ঈহৌ অমনি। হিন্দী সাহিত্যদা মোদর্নিজমগী ঈচেল পুরকখিবা অন্দোলনগী মশক অমনি। অদুদগী মথং মথং ওইনা, প্রভাকর মাচবেনা সম্পাদক ওইরম্বা 'চৌথী দুনিয়া' (ইন্দোরদা ফোঙবা) গী সম্পাদককী থৌ পুদুনা শ্রীনরেশ মেহতানা হিন্দী সাহিত্যদা চপচানা খোঙদাবা হৌরকখি।

শ্রীনরেশ মেহ্তাগী মশিং চৎলবা শৈরেংগী লাইরিকশিংদি ১) বন পাখী সুনো ( মাগী অহানবা, মতোমতগী ওইবা শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক্ ) ২) অশ্বকী বলগা, ৩) সবর দেবতা, ৪) মেরা সহর্পিত একান্ত, ৫) তুম মেরা মৌন হো, ৬) উৎসবা, ৭) সংশয় কী এক রাত ( খণ্ডকাব্য ), ৮) প্রবাদ পর্ব ( খণ্ডকাব্য ) ৯) মহাপ্রস্থনি ( খণ্ডকাব্য ) ১০) অরন্য ( মসিদা সাহিত্য একাদেমী মনা কংথি ) অসিনচিংবনি। অহুগা মাগী মশিং চৎপা উপন্যাসশিংদি— ১) রহ পথ বনথু থা, ২) উত্তর কথা, ৩) টুটতে মস্তুল অসিনচিংবনি।

কবি অমা ওইনা শ্রীনরেশ মেহ্তা রোমান্টিক ওই। মহাক আদর্শবাদি অমসুনি। মাগী কাব্যগী থোইদোকপা মগুণদি— বৈদিক-সাহিত্যগী মমি তাবা অমসুং বৈষ্ণব চেতনাদগী শেম্নকপা থৃংশেমশিং অসিনি। অহুবু মাদি আধুনিক কবিনি। বৈষ্ণব অমসুং রামকথাদা য়ুম্ফম ওইবা কাব্যশিংদা মতমগী সমস্যা, হিংবগী অকুবা রাহং কয়া হংই— চপচাবা মোদর্ন সেনসিবিলিটি কোঙদোকই। অহুগা শ্রীনরেশ মেহ্তাগী থোইদোকপা কাব্যগী মগুণ অমদি— মাগী লোনগী মকোঙদোক, শৈলী অসিনি। মশিং চৎলবা পণ্ডিত ডাঃ জগদিশ গুপ্তনা শ্রীমহেশ মেহতাগী মরমদা হায়— "মাগী লোন অঙকপা কংনা ফজে। মাগী পার্সোন্যালিটি আজ্ঞরগীগা চপ মান্নবা থম্না য়াই।" মণিপুরী লোন্দা শ্রীনরেশ মেহ্তাগী ফজরবা কবিতা খরা হন্দোক্লবদি কয়াদা নুংঙাইগনবা!

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্নফম' ৩।৫।১৯৯৩

# ওইনাম বাবুঃ নীংশিংলকপা অমা

হৌখিবা তাং ২৭।১০।৯৩ দা শুমাঙ লীলাগী মশিং চংলবা কাগি ত্তৌবা ওইনাম বাবু ( পোকপা কে: ১৯৩১ ) শিংর হায়ুধা পাঙ তাবদা য়াম্না ফুংডাইতে। মিত্তা শং শং উরকই মাগী লীলা কয়— মৈতৈ চনু, ইজ্জৎ; নিংভোল মবা, মোংফমদা শেন থৌব; অদুগা ভিদিও ফিলমশিং— উলতা পুলতা; ইলেকশন, বোই কপ্রিং অসিনচিংবা। অদুগা মরুওইনা নীংশিংলকই চহী ১ ফাগদৌয়ে; তাং ১৯।১২।৯২ দা মাগী য়ুমদা উমতুনা বারী শারুবগী থোদোক অমা। মতু মাগী মরমদা কন্নিগুম্বা থরা ইবগী মতাঙদা উমরুবনি। ইমুংদা হিপতুনা পোথারম্মী; মুং লৌথোকপগী ওপরেশন ত্তৌরুই হায়তুনা মশাদো ইচোক চোকথনা থোরকই। শুমাঙদা ফক মচা অমদা থুউ শৌহুনা ফম্মী। থুদৈ মতং অমা শেংলি, অমোংপা ফি অমা ইম্লি। য়েংবদা মচান ইতুম তুম্নহনা, মতু শোম্না, তুম্বক তাশিন্দুনা অশোনবা মীওম ফমহূনা লৈ। য়েংবদা কলাকার মাঙ্গে; শোম্লি-মাম্লি তৌবা, মোংতাইনবা কুলিমচা অমা মাম্লি। অদুবু, মানা শুমাঙদা থোরক্লনদি লাই ওম্লি। মসিনি কলা-কারগী গুণ, অঙকপনি! ঐনা হংই মাগী কুটি, সার্টিফিকেট অমসুং অতৈ দোকুমেন্ট কয়া। মাগী মুপী অমসুং মচানুপীনা করি করিনো ময়োম মচা মচা থরা পুথোকলক্লুনা পীরে— লীলা বাঙন লৌবগী রসীদ, বোই, সার্টিফিকেট ময়োম, ফোটো। ময়ামহু ফাক-ফাবতুনা মাগী মহৌশা

শুক্লোকপা শক্তমগা লোয়ননা ঐভোন্দা হায়— "বাবু, মকম মরাঙ থঙবা পোৎ নত্তে। চেশিংসে মাঙথিবস্ল য়াওরে।" মাগী বার্ত্তন লৌবগী রসীদতা থেংনৈ 'নোংইন ফাবা'গী দক্ষিনা লুপা ৩৫/-, 'থোম্বিফাবা' (১৫। ১১। ৫৯) গী দক্ষিনা লুপা ৪৫/-, ইং ১৯৬৫ গী 'মৈতৈ চনু' গী দক্ষিনা লুপা ৮০/- অসিনচিংবা। পূম্না সার্টিফিকেট ১৫ রোমনি— বেষ্ট কমিদিয়ান, বেষ্ট প্লে, বেষ্ট ডিরেক্টরনচিংবা তাবনী। মেডলসু ১৪ গী মথক্কি। সার্টিফিকেটশিং অস্তুদা অমা থেংনৈ— "Sangeet Natak Akademi, 6th Lok Utsav, 1989. Phagi Leela: O. Babu and Group : The farcical skit "Chingaiwa". মসি দিল্লিদা শান্নখি হায়। লীলাগী বার্ত্তন রসীদ অমদি মানা নীংশিংবা কয়াদগী শান্নখিবা লীলাগী মিং পরেং অমা শাগৎলি। খৃঃ কুঃ ১৯৫০ গী অহুরাইদগী, মশাগী চহী ১৯/২০ শুবদা য়াওবা হৌথিবা 'শন্দ্রেম্বী চাইশ্রা' দগী হানা নীংশিংলবদা লীলা ৫০ হেনবগী মমিং কংলে। মসি য়াম্না থাংলি হায়। পূম্না (শুমাঙ লীলা, ইপোম, ফিলম, ভিদিও ফিলম) থারগা ১৫০ গী মথক্কি হায়।

ওইনাম বাবু হৌজিক মতমগী, মপা লৈতনা মগুণ লৈরবা, মীয়াম্না পাম্নরবা ফাগি তৌবা মীশক (কমেদিয়ান) অমনি। বাবুদা লৈরিবা ফাগিগী মগুণ অসি চরিত্র থুদিং শাবা ঙম্বা অসিনি। মানা কপটে, থাক্কে — ময়াম্না নোকই। মাগীদি সেরিয়স এক্টিংনি। মাদি এক্টর অমা ওইবগী মথক্তা। লীলা ইবা অমসুং ডিরেক্টর অমসুনি। মহাক শিখিবদা য়োৎশুবী মথোঙ অহনগী (তোম্বী, বাবু, চাউবা) মন্নুংদা অমা তেকখ্রে, পাম্মুই। ▣

— নোংমাই পাহেং, 'পোক্কম', ১ ১০। ১৯৯৩

# নোঙ্গাথ্রবা নোংমাইথেম তোম্বা সিংহ
## ( মনোহরশাইগী অরোয়বা পন্দুপ )

লৈবাক্তা শকখঙনরবা মনোহরশাইগী ঈশৈ শকপা ওঝা নোংমাই-থেম তোম্বা সিংহনা তাং ১৮।২।৯৪ দা, মশাগী চহী ৮২ শুবদা থূপখিবদা, চহী কয়া লিশাং শিংমা লাক্রবা মনোহরশাই হায়বা মণিপুরী সংকীর্ত্তন অসিগী অরোয়বা য়ুথন হায়থখিবদৌনা তৌখ্রে। মনোহরশাইগী অরোয়বা পন্দুপ অমা লাক্রে, মমিং চৎলবা ওঝা-গুরুগী পল্লীংদা মহাক্কা অরোয়বা ওইরে। পাম্মুই, মুংশি, মনোহরশাইনা মরায় চায়থরকপা উবদা।

মণিপুরী সংকীর্ত্তনগী মরুওইবা মখল মরীনি— ১) বংদেশ ( অরিবা পালা ); ২) নট সংকীর্ত্তন ( অনৌবা পালা ); ৩) মনোহরশাই অমসুং ৪) চপ। নট সংকীর্ত্তনদি বৈষ্ণব ধর্ম্ম লৌরবা মতুংদা লাকপনি, মরুওইনা ১৫ শুবা শতাব্দীগী ক্যাম্বা মহারাজনা পানবা মতমদা ( ১৪৬৭-১৫০৮ ) বিষ্ণু লাংপগী মরী লৈননা কীর্ত্তন শকপা হৌখিলনি। রাজর্ষি ভাগ্য-চন্দ্রগী মতমদা ( ১৭৬৩-১৭৯৮ ) নট সংকীর্ত্তন শেমখি অদুগা মনোহর-শাইদি চন্দ্রকীর্তি মহারাজগী মতমদা ( ১৮৫০-১৮৮৬ ) লাকখিবনি। চন্দ্রকীর্তি মহারাজগী মতম অসি মণিপুরী সংস্কৃতিদা সনাগী যুগনি। জাগোই-ঈশৈ কলা বিদ্যা য়াম্না চাউখৎখি। রস ৬৪ ফাংনখি। মপান্দা মৈতৈ মচা কয়া থাদুনা বিদ্যা তমহল্লি। মপান্দগী ওঝা-গুরু কয়াসু

কৌথোকই। মাগী মতমদা গৌরচান্দ গোষাই, ব্রহ্মানন্দ গোষাই কৌবা মনোহরশাইগী ওঝা অনী কৌথোক্লনা মণিপুরদা মনোহরশাই তমহনখি। বেঙ্গলদগী লাকপা কীর্ত্তনগী শৈশক ওইরবস্থু মনোহরশাই অসি মণিপুরী সংকীর্ত্তনগী মশক অমা ওইরকখি।

মণিপুরী সংকীর্ত্তনগী বিচার, ক্রম, চৎনবী য়েংউরগা নট সংকীর্ত্তনগা মনোহরশাইগা মাপ্লৈ। মপুংদা থেপ্পবনা— মনোহরশাইগীনা কোয়য়েট য়েংতে, পুংদা খোল চৈ, বাংলা কীর্ত্তনগী শৈশকনি, ভক্তিনা মপুং ওই, চোলোমনচিংবা মিংকী কুপ্মৈগী শরুক য়াম্না য়াওদে। ঈশৈগী ফজব', নুংশিবা কয়াদি মনোহরশাইদা ফংই। মতম অমা মনোহরশাই মপান য়াম্না ফরম্মী। মতমগী মতুং ইন্না চংপ্রে মমিং চৎলবা ওঝা-গুরু কয়া— লাইশ্রম গোপাল, ঙাঙোম যোগেন্দ্র, রাসবিহারী শর্ম্মা, জপান তোম্বু (লালবাবু শর্ম্মা) স্নামচা, কুলো অসিনচিংবা অমম্নুং হন্দক্লা ওঝা তোম্বা।

ওঝা নোংমাইথেম তোম্বা (১৯০২-১৯২৪), নাগামপাল লমাবম লৈকায়দা পোকখিবা. ঈশৈ নোংমাই পামজবা কলাকার অমনি। চহী ১৫ শুবদা 'জগোই শাবী লোইশঙ' কাহুনা মার্বাক জগোই শাবা হৌরকখি। চহী ২১ শুবদা ওঝা লাইশ্রম গোপালদগী মনোহরশাইগী ঈশৈ তম্বা হৌখি। মাগী ঈশৈ তম্মিংবগী ঈথৌ লাংবা অতকপনি! লোম্না ময়ম থাদেক্লনা, বেঙ্গলদা ঈশৈ তম্না চৎলি। ময়নাদালদা (বর্দ্ধমান জিলা) শ্রীহরিদাস মিশ্র ঠাকুর, শ্রীখণ্ডদা শ্রীগৌর-গুনানন্দ অমম্নুং বাবাজী গদাধরদাসকী মফমদগী মনোহরশাই তমলকখি। বেঙ্গলীগী ওঝা-গুরুশিংদগী হাকথেংননা বাংলাদা য়াম্না থানা ঈশৈ তমলকখিবনি। মাগী মগুণবু শীংথানবা ওইনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা খৃঃ কুঃ ১৯৭৪ দা 'সঙ্গীত রত্ন' হায়বা উপাধি অসি পীখি।

ওঝা তোম্বা মীওই-মীতৌ য়াম্না ফজে, বাং চাউই। খোঙ্গেলগী য়াম্না হৌই, লুম্মী। মাওপ পুম্বা মাগী খোঙ্জেম হেক্তা নীঙ্গি। ঈশৈগী রস, তাল কুপ্পা খঙই। য়াম্না কুইনা নারম্মী। চপ চাবা বৈষ্ণব অমগুম শিথি। হিংলিঙৈদা হায়থিবা ৱাকম অমা নীংশিংলি— "ঐাদ সত্যযুগ ৱাওথিনি। অদুনা হোটেলগী চা থকত্রে। অমাং-অশোাই, ধর্ম্ম নত্তবা অমত্তা তৌত্রে, শম্নত্রে।" মাগী আত্মানা সত্যযুগকী লমদম পাংদুনা, শান্তিগী লমদমদা লৈদুনা ঈশ্বরগী নাম শোনবা ওইসনু। ওঁ শান্তি।

— নোংমাইথ পণ্ডিত, 'পোক্নফম', তাং ২৮। ২। ১৯৯৬

# বেন্দ মাস্টর গোলমৈ থম্বৌ

বেন্দ মাষ্ট্র ( Band Master )! মাগী শক্তম নীংশিংবা য়াম্না লায়না থোক্কনি। মহাক বাজাই পাটিগী মাঙ থাদুনা, ময়াংলেন চপ তিংনা তাম্থা অমদা নোমজুনা চৎকনি। মিৎ থক্রবা লৈতেংগী ফুরিৎ, মথুত্তা ফজরবা চৈতুপ। ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা বেন্দ মাষ্টর ওইবা পামখি। মরমদি, মহাক য়াম্না চাউবা, থৌনা ফবা মীশক অমা ওইং রমগদবা মাল্লি। বেন্দ মাষ্টর য়েংবদা মিৎকী কুম্মে ওইদবা কনা লৈগে ?

মণিপুরগী অহানবা বেন্দ মাষ্টর কনানো ? মহাক মৈতৈ মচা নত্তে, পাঙ্গনসু নত্তে। কৈশামথেংদা লৈবা থম্বৌ কবুইনি। তশেংনমক মহাক মতৌক চারবা বেন্দ মাষ্টর অমা ওইখি। শাবান মুত্তি ফজে, ৱাং চাউই, কুচু ভৌই। বেন্দ মাষ্টর হায়বদো মঙোন্দা হৈজিনবদৌনা থোকখি। মতমদু চূড়াচান্দ মহারাজনা নিংথৌ ওইদুনা অনৌবা, অহোংবা কয়া শেমগৎলকপা তাঙ্গানি। ( খ্বঃ কুঃ ১৯০৭, মে ১৫ দা লাইরিক তম্বা থোক্লক্লগা লৈবাক ঙাকপা হৌই। ) চূড়াচান্দ মহারাজ মীগী মগুণ থঙই অমসুং অফবা মী শেমগৎলনা হোংলৈ। মতমদুদা সিকাই খন্দুনা লৌরিবা থম্বৌবু বেন্দ মাষ্টর ওইনা শেমগৎপা য়াগনি হায়বসি মহাক্কা থঙখি। মসিগী মথক্তা কবুইদি জগোই ঈশৈ পাম্মী। মথোয়গী শিংলিদা সঙ্গীতকী ঈচেল অমা য়াওরি। চূড়াচান্দ মহারাজনা থম্বৌবু সদিয়াদা চহী অহুমগী ওইনা বেন্দ খোংবা তম্বা থাম্মী। ( কাদুজিক কৌবা নিপা অমগা লোয়ননা থাবনি। মতমদুদা সদিয়া অসি মিলিটরীগী ট্রেনিং ভৌথম সেন্টর ওইদুম্মী। মানা সদিয়াদা চৎপা মতমসিদা

থোমজাম ধনচন্দ্রসু পুলিসকী ট্রেনিং তৌবা লাকই হায়।) তম্মা লোই-রহুনা থোরক্লে। বৃটিশকী মথাদা তম্নকপনিনা মথল মথাগী ইংরেজী ঈশৈ অমসুং ম্যুজিক থোঙবা হৈ। ব্রাস বেন্দগা মরী লৈনবা যন্ত্রশিংসু নীংথিজনা থোংই। মতম থরা লৈরগা জমাদ্দার হাপলে। মসিগা লোয়ননা বেন্দ মাষ্টর। থাগী তলবনা লুপা ৩। নিংথৌনা লেঙথোকপা লৈবাকী কূইম্মে, থবক থৌরম কয়াদা বেন্দ থোংই। ধর্মগা মরী লৈনবা থৌরমশিংদসু বেন্দ থোংই। মতমগী ঈরাং চুরবা চূড়াচান্দনা নিংথৌ অমা ওইবগী মতীক চাবা থৌদাং উংনবা হোংনখি।

থম্বৌ, নিংথৌনা য়াম্না চানবা, লুনা তৌবা অমসুং নকশিন্না লোয়নখিবা মীশক অমা ওইখি। চুম্না বেন্দ মাষ্টর ওইহনবগীমক নওনা চূড়াচান্দনা মঙোন্দা 'ক্রোস বেল্ট' পীদুনা ইকায় খুম্নখি। বেন্দ মাষ্টর থম্বৌ থাঙশাং য়াম্দুনা লৈবাক মমাঙদা ইজ্জৎ লৈনা চৎখি। মতম থরা লৈরগা থম্বৌ শুবেদার ওইরে। জপান লান্দা শুবেদার ওইনা চৎলি, বর্মাদা সুবেদার ওইনা থবক্কী পোংথাখি। খৃঃ কুঃ ১৯৭৭ কী অক্টোবরদা নোঙ্গাখি হায়।

লান মমাঙ, ওল্লিইং মতমদা বেন্দ থোংবিনবা মী লৈরম্দে। য়েন্দ্রেম্বম অঙাংজাউ, ভাঙবম শ্যামকিশোর (য়াইস্কুল লাকপা), মৈনম কামিনীনচিংবা অসিনা অঙনবা মতমগী সাহেবকী (নোংচুপকী) যন্ত্র থোংবা মীওকশিংনি। মতমতুদা শউন্না শাবা সাইত্রম, ঢোল, সাহেবকী যন্ত্রশিং থোংবা অসি মাংই হায়না লৌনরম্মী। অসিগুম্না মতমসিদা মহারাজগী বেন্দ মাষ্টর ওইনা অচৌবা থৌদাং য়াখিবা থম্বৌবু কাউফম থোক্লে। মহাক মপুন্সিদা শাংঙা চাথিদে, য়ু থকখিদে। নিংথৌনা তত্তনা খেম্মি— "মৈতৈ ওল্লো, শেংদোকপীরগে।" য়াখিদে। কবুই ওইনা পোক্রকখি, কবুই ওইনা শিখি।

[ থারেং অসি ইবন্দা ৺থম্বৌগী মচানুপী চন্দ্রমুখী, মচানিপা থানিলজাউ অমসুং কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্রগা বারী শাজখি। মসিগীদমক থাগৎচরি ] ◻

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্রফম', তাং ৪। ৭। ১৯৯৪

# আচার্য্য বিনোবা ভাবে

( চহী ১০০ শুবা মপোক্র কুমওন )

কৈদৌরে তুমিন লৈরে। খবর, রেডিও, টি ভি— মৌনব্রত তৌরে। অদুগ কনা নঙেনে-আচার্য্য বিনোবা ভাবেগী চহী ১০০ শুবা মপোক কুমওন্নিনে হন্দক ডারিবসে। তাং ১১দা ভারতকী রাষ্ট্রপতিনা অইবা ভুবন মচা অমখক পাংথোকখি অপীকপা সভা মচা অমদা। রাজিব গান্ধীগী, ইন্দিরাগী, নেহরুগী মপোক কুমওন্দি কয়াদা চাউনা, মথুম মরাঙ হৌনা পাঙথোকলিবা। ভারত সরকার ওন্তোক্লসু কাউজন থি, ভারতমচা করিগী অসুক তৌবিমল খঙগ্রিবা? বিনোবা ভাবেদি ভারতকী অনীশুবা গান্ধীনি। অমম্লোমদা গান্ধীজী-দগী হেল্লি হায়রবা য়াই— মহাক্তি চহী ১০ শুবদগী লম্বোইথি, মখম মকৈ থাদোকখি দেশসেবাদা। গান্ধীনা মসিমক ঙমখিদে। মতাঙ অমদা গান্ধীনা হায়খি— "গুরুনা শিষ্য থাদোকতুনা চংগ্রে। অশেংবা মপানা মপাদগী হেনবা মচা পোকই।" বিনায়ক নরহর ভাবেবু ( ব্রহ্মণনি, মহারাষ্ট্রদা পোকই-সেপটেম্বর ১১, ১৮৯৫-নবেম্বর ১৬/১৯৮২ ) গান্ধীনা মুংশিনা কৌবি 'বিনোবা' (পরম প্রিয়) মচা মীনা লৌখিনখি, মাগী সবরমতী আশ্রম শেম্মনখি। বিনোবাগী অপোকপা নরহরি শম্ভুরাও লাই যেকপা, ঈশৈ শকপা অমসুং টেক্স-টাইলগী মরমদা খংহৈবা মীশক অমনি। মমানা ( রুক্মিনীবাঈ ) লাইনিংবী, ভজন শকপা অইবীনি। অঙ্কদা বিনোবাগী বুদ্ধি অঙকপনি, ওঝাশিংনা খবাক য়েংনাখি। খৃঃ কুঃ ১৯১৬দা বোম্বেদা আই, এ, গী পরীক্ষা থাবা চংলগা পরীক্ষাদি থাদ্রবুনা কাশীদা লাই নীংবা চংখি।

অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মঙোন্দা মরৈবাক মুংশিবগী অহেৎপা রাখল লৈখি, বিপ্লবী ওইনিংখি, সাহেব অমত্তা ওইরবস্থ হাংকে থনখি। অমরোমদনা অমুক সন্ন্যাসি ওইতুনা ব্রহ্মজ্ঞান থিবগী (লাইনিংবগী) লম্বীদা চৎনিংখি পূন্নমক থাদোকতুনা। লম্বী অনীসিগী অমদা ওইনা তিন্নফম গান্ধীজী থেংনবদা ফংখি। খৃঃ কুঃ ১৯১৬ তা কাশী হিন্দু বিশ্ববিদ্যালয় লিংখৎপগী উৎসবতা গান্ধীগী ভাষণ তাবদা, বিনোবানা থিরকপা লম্বী গান্ধীজিনা পীখি। তিলকনা অঙাং ওইরিঙৈগী মাগী রাজনীতিগী গুরুনি, হৌজিক্সা পুন্সিবু লমজিংবিবা অনৌবা গুরু গান্ধীবু ফংজরে। পৃথিবীগী ইতিহাসতা ঐথোয়না ফংই—প্লেটো অমসুং অরিষ্টোতল, রামকৃষ্ণ পরমহংশ অমসুং বিবেকানন্দ, গান্ধী অমসুং বিনোবা গুরু-শিষ্যগী ফজরবা মরী অতাওবনি।

মী অমগী পুন্সিদা অমথক্তং পাওথোকপদা মারগদবা থবক কয়া বিনোবা ভাবেনা তৌরম্মী। গান্ধীজীগী অচানবা শিষ্য অমসুং অয়োকপা মচা ওইনা মানা সবরমতী আশ্রমগী থবক কয়া তৌরম্মী; যমুনালাল বাজাজনা লিংখৎপা রাধা আশ্রম মানা মাকোক ওইনা পুখি; গীতা প্রাচারদা মথৌরায় লূপখি, থুঙং কয়াদা গীতা শন্দোকপা চৎলি (মাগী 'গীতা প্রবচন' মমিং চৎলি); থাদিগী অন্দোলনদা অচৌবা শরুক য়াখি (মনাগী মুশিরবা সাড়ী মৈ থাদোকখি); সত্যাগ্রহ লানফমদা চোংশিনখি, জেলদা কয়াবক চঙখি; কেরেলাদা হরিজনশিংবু লাইশঙ চঙহন্নবা হোৎনবদা মানা লুচিংখি; গ্রামসেবাদা পুক্নিং লূপখি, ভূদান যজ্ঞ তৌহনা লম লৈজদবশিংদা লম কয়া পীখি; সর্বোদয়গী অনৌবা মাথলোন শন্দোক্লম্মী; চম্বলগী ডাকুশিংবু লানবিখি; ভারত শীনবা থুংনা পদযাত্রা চৎখি। অসিনচিংবা কয়া। মঙোন্দা দেশ সেবা অমসুং ঈশ্বর প্রেম, অমদি শান্তি অমসুং ক্রান্তি অনী পুনশিনবগী ফজরবা মশক উবা ফংই। মাদি যোগ পুরুষনি। অহিংসা অমসুং মুংশিবগী লোয়ননা মান্নবা সমাজ অমা পুরকপা ওমগনি হায়বসি মাগী থজবনি। বিনোবানা পামজবদা ভারত, মঙজরম্বা থুঙংগী পূন্নমক চাউখৎপা; শান্তি মুংশিবা অমসুং অহিংসানা পূন্নমক জয় তৌবা ওমগনি হায়বসি ওসিন্থ চুম্মি। য়াম্মা চুমলি। ◘

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোরযম', ১৯। ৯। ১৯৯৪

### অনৌবা মণিপুর শেমগৎলম্বা

## শগোলসেম ওঝা ইন্দ্রমণি সিংহ

### ( মাল্লপ্রোং কয়া লোঙবা সমাজ সেবক অমা )

অনৌবা কয়া হৌদোকপা মীশক অমা।

মতম অমা হকচাং শাগৎলি হায়হনা মণিপুরদা অবাথবী চানরমদে। ওঝা শগোলশেম ইন্দ্রমণি সিংহনা অবাথবী চাবগী কান্নবা মীয়ামদা থগুহনখি। হায়নৈ— ইন্দ্রমণি থোরকপদগী বাজারদা অবাথবী তাঙবা হেন্‌গৎলকখি। অবাথবীদ নত্তে— হৈগ্রু, তোরবোং, উটৈশিং, মনা-মশীং চাবগী কান্নবা অমসুং মহৌশাগী পাম্বৈনা লায়রেংবা অসি ডাক্তরসু নত্তবা অতুগা লায়য়েংবগী মরমদা মপূংফাবা ট্রেনিংসু ফংদবা ওঝা ইন্দ্রমণিনা হৌদোকপনি। মণিপুরদা লৈরিবা নহারোলশিংবু হকচাং শাজেল তম্বিদুনা মশা ফনবা হোৎনবা ওঝা ইন্দ্রমণিনা হৌদোকপনি। মহাক্না মণিপুরদা অহানবা ওইনা মেন-বিল্ডিং অমসুং ফিজিকেল কলচরগী ঈহৌ পুরকখি। মসিগা মরী লৈননা মণিপুরদা অহানবা ওইনা 'মিষ্টর মণিপুর' অমসুং 'মিস মণিপুর' থনবগী চাংয়েং পাঙথোকখি। অয়ুক্তা নিয়ম নাইনা মোনিং থোকিং চৎপা মমা হৌদোকপনি। মহৈ তম্বমশঙ লিংখৎতুনা নহারোলশিংদা মহৈ তমহন্নবা হোৎনখিবা অঙনবা মতমগী শিক্ষা য়োকখৎপা মীশক অমনুনি। অনীশুবা লাঙ্গাও মমাঙদা, হকশেলগা মরী লৈনবা 'মৈতৈ মাইবা'

কৌবা অহানবা চেকোও অমসুং শান মভুংদা 'মাদর মণিপুর' কৌবা জুমিং খুদিংগী কোঙবা পাউজেল চে কোওহনা মণিপুরগী জর্নেলিজমগী ইতিহাসদা লেওত্রবা মফম কল্লিবা মীশক্নি। মণিপুরগী রাজনীতিদসু অচৌবা থৌদাং য়াল্লমী। মৈতৈ জাতিগী মশক ওাল্লবা হোৎনখিবা, মজাতিবু থম্মোয় শেংনা লুংশিজবা রাজনীতি তৌবা মীশক অমনি। মণিপুরদা মৈতৈ নেশনেলিজমগী ঈহৌ শাগৎলম্বা খুৎমাবশিংগী মনুংদা অথোইবা লুচিংবা অমনি। পূন্নমক অসি য়েংউরগা শ্রীসলাম তোম্বী সিংহনা হায়— "অনৌবা মণিপুরবু শেমখিবগী মনুংদা... ইন্দ্রমণিসে শরুক ফজনা য়াখি।... হৌজিকী মণিপুরগী মহুংদা মশা ফবগী ঈহৌ অসি মাদনা পুরকপনি। মাইস্নাম অচৌবা, বোদি বিল্ডিংগী চেমপিওন ওইখিবা, মীনা থওনরবা রাজবাবু শর্মা, মোহরী, ইন্দিয়াগী চেমপিওন ওইখিবা মায়পাক, ডাঃ এন, আই, সিংহ, অমেরিকাদা লৈখিবা, দিল্লিগী কালাম আজাদ মেদিকেল কোলেজগী বোদি বিল্ডিংগী গোল্ড মেডালিষ্ট অনীরক ওইখিবা মহাক্কী ঈহৌদগী থোরকপনি। মণিপুরদা মশা ফবগী ঈহৌ অমা মানা পুরক্লমী। বোক্সিংগী থবকসু মানা পুরকই মণিপুরদা—। হৌজিকী মণিপুর শেমগৎপদা মাগী মথৌদাং ফজনা তৌখিবা নীপা অমনি।" (বসন্তলিল্লা, জুন ১৯৯২, লাঃ ১৫-১৬)। মসি হেজিনবা থাগৎ-য়াহৈ নত্তে। মশামক্কী পুক্সিনা খুদম ওইনা ময়েক শেংনা উৎপ্রবা অচুম্বা অমনি। ইন্দ্রমণিদি হৌরম কম্নাদা খুৎমাম্বা অনৌবা মণিপুর শেমগৎনবা হোৎনবদা মরুওইবা থৌদাং য়াম্বা মৈতৈ ইমাগী অচওবা মপাম্রী অমনি। পূন্নমক্কী মথক্তা মাদি ময়ামগী ওঝানি- ওঝা ইন্দ্রমণিনি।

পাম্বী-পুম্বী ঃ

ইন্দ্রমণিগী মপা পোকপা মবুথৌবু পোক্লিবা থাবল অসি (থাবল, বীরা, ইবোচাউবা) নিংথৌ পাল্লিভৈদা 'পোইলা' ওইরম্মী। শগোল-শেম পোইলা হায়না থওনৈ। 'পোইলা' হায়ব কম অসি মুবেদোয়দগী

চাউবা অহুগা মেজোরগী মখাদা লৈবা মিলিটরি ওফিসার অমনি। মাগী মতমদা নিংথৌনা লাইরেম্বী ( দুর্গা ) শীরকুনা ময়মদা লাংথি। হৌজিক ফাওবা মাওব অমসুং লাইশঙ শাম্বুন', নিংথৌ লাই অসিবু শগোলসেম লাইরেম্বী হায়না খঙনহুনা চহী খুদিংগী দুর্গ পূজা তৌরি। অঙনবা মতমদদি কুম্মে, ঈশৈ-নোংমাই চাউনা তৌরম্মী। লান মমাঙদা খোমজাম ধনচন্দ্রথোয়রগী রাম লীলা, মহাভারত অহুগা উর্ব্বসী, শাপ-মুক্তিনচিংবা লীলা কয়া শাম্নথি। অসুম্না ইন্দ্রমণিনা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মাগী মমদা অসোই ঈশৈ, কলা-বিদ্যা অসি শাগোম্নহুনা হৌরকই।

ইন্দ্রমণিবু পোক্লিবা শগোলসেম ইবোচাউবা সিংহদি ইচম চম্বা লৌউ-শিংউবগী থবক তৌজবা মীশক অমনি। লমদেংদা লৌ উই। ধন গাড়ী চৎলি। মচ শমগু লাইব্রিক ওস্থিবদা কা হেন্না পূক্লিং চঙলে। মৈথৈগী থাঙ-তা, মুক্তা শান্নবা রাম্না পামজে। মশামক থাঙ-তা রাম্না থৈ। মচাশিংবু মুক্তা শান্নবদা পূক্লীং থৌগৎলি, মুক্তা থারকপগী পাউ তাবদা রাম্না হরাওজে। মচানিপা অহন কালিদমনবু ( লৈবাক্লা শক-খঙনরবা মটকী ঈশৈ শকপা ওঝা ) ওঝা নাইনা মুক্তা তমহল্লি। অপোকপা ইবোচাউবা মুপী অহুম লোল্লি। মচিন-মনাও তরুক্কী মসুংদা ইন্দ্রমণিদি মুপী অহন চমুনা ( চমুরৈ ) পোকপা অহুমগুবা মচানি। ( কালিদমন, নিত্যাই, ইন্দ্রমণি, ইবোমচা অহুগা লৈবাকলৈমা দেবী, প্রিয়োশখী দেবী। মুপা মনী অসিদি মমা অমত্তগী মচানি )।

ইন্দ্রমণিগী মমা চমুদি তশেংবা মৈতৈ মুপী অমনি— মুপানবা হৈবী, ওবা-নোম্বা কনবী, মচা-মগুশিংবু মুংশিনা নাওকোনবী। থাংমৈনন্দগী মুগ্রাম নিঙোল চমু দেবী রাম্না বাংদে, শীরুক-চেংহক তৌই। পুলৈ ফুচুনি। মশম মুশিন মুই, শিবা ফাওবা পোক হৌথিদে, মমা তেক-খিদে। থবক কল্লি, নোংমদা হাউখি অমমম শাই। চেংবোন্দা হাপ্লগা কৈথেলা রোল্লি। মপুরোইবনা অতোপ্পা মুপী পুশিল্লকপদা মথরায়

শোকখি। মচাশিংগা লোয়ননা মপুরোইবগী ময়ুম থাদোক্লমম্লনা মপামদা মতম কুইনা মপুরোইবমা শিবা কাওবা লৈখি। অনীগুবা লাম্লাও মতুংদা ইন্দ্রমণিগী মচিন-মনাও, মচাশিং পুরগা মপা-মপুগী ইংখোল থাংমৈবন্দ সিনাম লৈকায়দা লাকখিবনি। লান মতুংদা ইন্দ্রমণিগী য়ুম অসি সিকাইশিংগী শোংতৈ থক্তম গোদাউন ওইনা শীজিন্নম্মী। মকমসিদা ঝিলিটরীনা জীতক অকোনবীগী য়ুম থুরা শান্নম্মী। মপাবুং মতোমতা লৈবা মন্নমনা চাউরবা ইংখোল অসি জগলদোলা শোংইং উপাল-বাপাল উন্নিনা পীক থম্লম্মী।

পোকপা:

ইন্দ্রমণি খৃ: কু: ১৯০৭, মে ২ দা থাংমৈবন্দ সিনাম লৈকায়দা পোকই। লান মমাঙদা মণিপুরগী শেন-থুমগী ক্রিবম য়াম্না কংলমদে। চাউরবা য়ুমল্লাও অমদা পোদোন মচা অমথক্তা থাম্লি, মচুম্ন তেরসিং অংতৌবনা থানবা তমম্লহুনা মৈখু য়াম্না কাবা অঙাঙবনা থানবনা নম্মী। মচা-মগুশিং লাইরিক তমহনবা ওয়রমদে— লাইরিক লৈনবা পৈশা লৈতে। পীক্রিবা ইন্দ্রমণিনা লাইরিক তমনিংবা উবদা লৈকাইগী অকন অমনা মতোম্না হায়খি— "নমাগী চেংথোক্তগী কি অমা কুরাম্লকউ, লাইরিক তমহনগে।" লাইরিক তমনিংবনা মরম ওইহুনা ইন্দ্রমণিনা তৌহৈদবা থাক অক্তু তৌরে। কিন্তু য়োম্নগা কংলকপা পৈশাহুনা মিং চন্নগা লাইরিক তম্না হৌখি। ইন্দ্রমণি ছাত্রগী পুস্তিদা মীথোই মীহৈনবা, অরুবা থক'নমিচাককুম লাকখিদে, য়ায়মরপ ওইবা ছাত্রনি। খৃ: কু: ১৯৩০ দা জোনস্টোন স্কুলদগী মেট্রিক পরীক্ষা পাস তৌখি। মাগী মতমদা পুম্না ছাত্র ৩০ পাস তৌখি। মথংদা গোহাটিগী কটন কোলেজদা আই: এ: তম্মী, পাস তৌখিদে। মাগা হায়স্কুলগী মতম-দগী আই: এ: ফাওবা তম্মিন্নরকপা জি: ।স: তোংবা'না (মহাক মেট্রিক পরীক্ষাদা মকোক ওইখি) ইন্দ্রমণিগী ছাত্র ওইরিবৈগী পুস্তিগী মরমদা

হায়— " মশা য়াম্না কৈ। মশা য়াম্না নাল্লি। লাইরিক্তি কা হেন্না কবা নত্তে। লাইরিক তম্নিমরবসু ঐগোম্বগী চহী ৬ লোম হল্লি। মরৈ য়াম্না তোগল্লি। মী তিন্নবা য়াম্না হৈ। মী চান্নবা-তোংনবা য়াম্না হৈবা মীশক অমনি।" ( মশাগা উন্নবা )।

য়ুম্ন পানবা :

ইন্দ্রমণিনা ক্লাস টেন কাবা মতমদগী চাংথেরোং কারাম লৈকায়দা লৈবা কারাম গস্তিনী দেবীগা লুহোংখি। গস্তিনীগী মপা পোকপা মখো কারাম যামিনী হায়রবসি নিংথৌ খনবা, লৌয়াম চাবা ইনাক খুনবা মীশক অমনি। মগুনুপী গস্তিনীনা পীক্লিদৈদা মাবু শাথোং হাপ্লা শংগোল্দ মচা অমদা তোংহল্লগা কোমুং কাথদা হেক হেক পুখি। গস্তিনীনা মথোং কারকপা মতমদদি মী পুন্নমক্কী মীতাকম ওইখি। মহাক শাবাম মুস্তি কক্তৈ, তোন্নোক তোই, তাং চাউই, মশম শাংই, মশক য়াম্না ফজৈ। অত্থুগা ইন্দ্রমণিনা মুশিন মুই, মশক য়াম্না থী। অনৌ অসি করম্নবু লোন-লৈনম্নিবা! ঈশ্বরগী অগুকপা খুজিল থোক্লাগু হায়বত্থুনি। নোংমা গস্তিনীনা অগোই য়াস য়াওবা অাস মশক থীরবা পাথং ইন্দ্রমণিনা উখি। মাওপ ময়ায়দা তাল্লিবা গস্তিনী উবদা তাওখি, থম্মোয় গুম্নাংখি। মতৌ করম্না গস্তিনীবু ফংগদগে হায়বগী চিন্তা তোল্লুমা লৈদ্রে। উপায় অমা কংলে— গস্তিনীগী মুখদা লাংলিবা লাইশঙগী পুজারী অস্তা শংলাকপম ইবোয়াইমা শর্মাগা তিন্নশিন্নে, অকক্তা ওইমা চান্নে। ইবোয়াইমা শর্মাগী মতেঙ লৌত্থুমা চিঠি পীন্নে। অসুয়া মন্নী লৈনখি, অত্থুগা গস্তিনীবু চেনখি। গস্তিনী চেনখিবা পাউ তাবদা মমা লক্মিনা মথবাক থৈত্থুনা কপখি— "মাওজরে, লমহাংদা মণশেনবা নীপা অমদা ইচা চেনখ্রে।"

গস্তিনী লমচৎ ব্যবহার ফজবী, ছোনা খঙবী, মীওক মীচাম য়াম্না ফজবী নুপী অমনি। মখুং-মশা হৈশিংই। মোইরাংকি হুংপদা মমিং চংলি। মচা তম্নেং ( তরুনী দেবী, কিনাদিনী দেবী, ইন্দ্রকুমার সিংহ,

স্নেহ প্রভা, রাজেন্দ্র সিংহ, মেনা দেবী, নোনী দেবী ) থাকপা ওয়বা থবক কয়া ওই। ইন্দ্রমণিদি য়ুমদা ভাইহাক্তা লৈত্তে। লায়য়েংবা, রাজনীতি অমদি সমাজ সেবাদা থবক য়ায়া চিল্লি। মণিপুরগী মকম থুংনা চংলি। মচাশিংগী লাইরিক তম্বগী কী-নচিংবা পীগদবা পৈশা অহু মাগী হুমিদাংগী অথেংবা চাকলুক্তা থনম্মী। মরমদি নোং ডান-ড্রিভৈদা মাদি চংশ্রগনি, য়ারী শাবগী তানজা ফংলরোই। য়ুমগী অবাবা পোংলুম পুন্নমক গস্তিনীনা পুন্থনা লাকখি।

হুমিৎ খুদিংগী মযুমদা হকচাং শাজেল তম্বা লাক্রিবা অঙাংশিং অহুবু গস্তিনীনা মচাদৌনা খাল্লি, লুনা চান্না ত্তৌই। ইন্দ্রমণিগী চাল্লবা সেবক ইরোম লৈখেন্দ্রনা ( মহাক মণিপুরগী অহানবা মিষ্টর তাখি ) গস্তিনীগী মরমদা হায়— "ইমাদো হুপীদা হুপীনি হায়বা য়াই। নোংমতা শাউবা, মমিৎ ওকপা থেংনদে। ঐখোয়বু মচাদৌনা লুনা ত্তৌই। ওবা নোম্বা য়ান্না কল্লি।" ( উঠবদা হায়বা )। নোংমা লৈখেন্দ্রগা ওঝা ইন্দ্রমণিগা উরিপোক্তা থেংনৈ। মতম অহু মাগী হুপী গস্তিনী শিগ্রবা মতুংদনি। গস্তিনীদি মপুয়োইবগী মমাঙ থাহনা, মপুয়োইবনা শিগদবা চহী ৫ বাংলিডৈদা খৃঃ কুঃ ১৯৮২দা ( এপ্রিল থা, শজিবুগী ২০ নি পানবা ) মোজাপ্রে। লৈখেন্দ্র মাগী ওঝাবু হোটেলদা পুশিন্দুনা শজোম পীথকই। মতম কুইনগী ভুংদা থেংনবা মচা শক্লবা লৈখেন্দ্র উবদা মাগী লোয়নবী গস্তিনী নীংশিংলকখি। অবাবা মশক খঙলক্লবা, থৌনা করবা ইন্দ্রমণিনা লৈখেন্দ্রদা থম্মোয় শোক্লা হায়রকখি,— "লৈখেন্দ্র, ঐগী থম্মোয়দা য়ান্না হুংঙাইহবা, পেন্দবা অমা ওসি কাওবা কোকপা ঙমদনা লৈরি। ঐহাক মীনা শিবা-নাবদা থোইনা থন্দবা, করিস্থ মাচুংদবা মীশক অমনি। অহুবু নমাগী মতাঙদদি পেন্দবা অমা লৈহৌরে। নমা নীংশিংলগা ঐহাক য়ান্না হুংঙাইতে। মহাক য়ান্না বাঞ্ঝে, নীংবা থুংখিজ্রে। অমুক্তা মেন তানা য়ান্নী শাবা ফংখিদে। মাগী থম্মোয়গী অপাম্বা, অনীংবা

করিনে। খঙবগী ভানজা ফংখিত্রে…।" রায়ী শানা শানা মখিত্তগী শিরাং শিন্থরকথি। কনগ্রবা নোংশাহু কপখি মুমিৎতুদা।

মেন-বিল্ডিংগী ঈহৌ ঃ

সমাজ সেবক অমা ওইনা ইন্দ্রমণিগী খ্বায়দগী শীংথানিংঙাই ওইবা দাশ্চি মণিপুরদা ফিজিকেল কলচর, মেন-বিলডিং, হকচাং-শাজেল, মশা ফবা নহারোল কয়া শেমগৎলম্বগা লোয়ননা মসিগী ঈহৌ অমা পুরকপা অসিনি। মহাক্না চেৎনা থাজে— হকচাং ফবনা লম্নি। মসিগা লোয়ননা মীওইবগী পুন্সিবু য়াম্না মমল লৈনা লৌই। ম'না হায়,— মীওইবগী পুন্সি অসি শূপ্নগী অমতনি। মসিবু খ্বায়দগী নীংথিবা মওংদা শীজিন্নগদবনি।… পুন্সিগী শাংগ্রবা খোঙচক্তা অচুম্বতনা ওইবা খোঙথাঙনা পাম্দম য়েনবা লাক্লগদবনি।" লাইরিক্তা বাহৌদোক অমদা মানা ই— "মীওইবগী পুক্নীং, হকচাং অমসুং আধ্যাত্মিক অসি চাউখৎহন্নবদি শাগী শা ওইনা লৈবা মশানা ভাবনি।" হকচাং ফবা অসি ইন্দ্রমণিনা চুম্নগী অনাবা ঙাকথোক্নবা পাম্নে অমা ওইনা শীজিন্নবগী মথক্তা অরাংবা রাথলোন অমগা লোয়ননা জাতি অমা শেম্দা, মীওইবনা চ'উখৎপগী লম্বীদা চৎপদা চঙব্রবা য়াত্রবা অমনি হায়না চেৎনা লৌই। মাগী ফিজিকেল কলচরদা লমচৎ-শাজৎ শেমগৎপা, ইন্দ্রি খূদুম চনবা, অফবা, মরীংজেল লৈবা জাতি অমা শেমগৎপগী রাথলোন য়াওই। মশামক পূক্নীং র'রকপা ওন্না মীশক অমনি। নোংমা মবোক্না শরেং চানিংই লৈরকউ হায়। মশুগীদমক শরেং অমা লৈরক্লুনা খো'লে। তেঙ্গোং পীক থম্না হাপ্নগা পুথোক্লক্লে। "সে, ইগুগী শরেং লৈরেসে, নবুক পীক থম্না চারো।" ইন্দ্রমণি শরেং হাপ্না তেঙ্গোংতা মুম্না য়েংদুনা লৈরে, চাদ্রে। মুংশা খিজরবী মবোক্না হায়রকই— "কৈদোরে ইবোবী, (মুমদা কোবা মিং) চাদ্রবদি?' ইন্দ্রমণিনা খূমখি— "অবোক কৈম্বু তৌদে। য়াম্না চানিংগ্রবা, হাউগ্রবা পোৎ অসি উনা উনা চাদবা তম্লি-বনি; ঐহাক শরেং চায়রোই।" ইন্দ্রমণি শরেংহু চাখিদে।

মাগী বাখল্লোন অসিগা চান্নবা মাগী মূমদা ( লান মতুংদা থাংমৈ-বন্দদা লাকত্রিৈভৈগী হৌনা ) নহারোল কয়াব্র ময়ূমদা লেম্না মখল-মখা কয়াগী হকচাং শাজেল তম্বী। মণিপুরগী মকুম রুমাদগী ( মণিপুরগী মপান্দগী লাকুনা তম্নবা মাওই ) ছাত্রশিং ময়ূমদা লাকই। মাগী থাংমৈবন্দগী লাইরেম্বীগী অচৌবা মাওপ্রতা ময়াম পুন্নি। নোংমদা ছাত্র, নহারোল ৪০/৫০ রোম তিন্নি। নোংমাইজিং ছুমিত্তদি গ্রূপ ২/৩ থোক্না থায়দোকই। নহারোলশিং অহূদা ফ্রিহেন্দ এক্সর্জাইজ, স্বর শাংনা হোনবা, সূর্য নমস্কার, বুকদন ইনবা, পেরেলেল বার, রো-মানরিং, হোরাইজন্টেল বার, মুক্না, থাঙ-তা, গদা হাইবা, বোক্সিং, অরুম্বা থাজংপা অসিনচিংবা অসি তম্বী। লাক্লিবা নহারোলশিংগী রোল কোই, ফিজেং য়েংই, চুরুপ-রেড়ী থকপা য়াদে। লাক্লিবা নহা-রোলশিংগী অপাম্বা অমসুং হৈশিংবা মতুং ইন্না হৈনবা হীরমদা মখা তানা তমথহন্নি। ওঝা ইন্দ্রমণি মশামক মুক্না, থাঙ-তা হৈ। মশা য়াম্না কৈ। তা লংবসু য়াম্না শান্নি।

মণিপুরগী মমিং চংলবা বোক্সর অমা ওইখিবা শ্রীসাপম বাবু সিংহ ( বাবু ওইনা ) না হায়— "ঐদি রেসিদেনসিয়েল স্কূলগী ছাত্রনি। ওঝা ইন্দ্রমণিনা হকচাং শাজেল, বোক্সিং তম্বী। মরুওইনা ওঝাগী সেবক অমা ওইরিবা মৈমম অচৌনসু তম্বি। কি লৌথোক্লবদি ওঝাগী হকচাং য়েংবা য়াম্না নুংঙাই। ওঝাদি বারী য়াম্না লীগন্নি। তত্তনা পাউতাক পী— হকচাং ফহনগদবনি। মীচোন্দা ওইদবা ঙাওগনু। নরৈবাকীদমক্তা থল্লু। ওঝানা অতৈ থন্দে— মণিপুরদা লৈরিবা নহা-রোলশিংগী মশা ফনবতা থন্নি।" অশেংবমক্তি, ওঝা ইন্দ্রমণিনা রোমান রাজ্য অমসুং জর্মনগী মতৌগুম্না মীখা পোন্দবা, অকনবা জাতি অমা শেমগংপা পাম্নখি। চুমগী হকচাং শাজেল্ল তম্বিবদ নত্তনা লমচৎ-শাজৎ শেমগৎনবা হোৎনৈ, মৈতৈগী ইতিহাস, অকন-অথোগী বারী কয়া খঙহন্নি। হীরম কয়াদা লমজিং-লমতাকই। অশেংবমরুসু মহাক্না মী কয়া শেম্লমী, মকম কয়াদা সেবক-শখা কয়া থনমী।

### মাস্টর ওফ মোর্নিং ৱোকিংঃ

হৱঁচাং ফবা অমস্তং শাজেলগা মরী লৈননা ওঝা ইন্দ্রমণিনা ভাব ভানা অমস্তং নিয়ম চুম্না চৌদোক্লম্বা অমনা অয়ুক অঙনবদা মোর্নিং ৱোকিং চংপা অসিনি। য়াম্না ওম্না ওম্না চৌগৎলগা য়াম্না শাংনা শাংনা চৎলি। করিগুম্বদা ভারিয়ান চীং লাম্থোক্লগা থৌবাল য়ৌই। করিগুম্বদা মচাশিং পুরগা চৎলি— কংলাগী মফম য়ৌরকপদা (মতমগুদা ৪ শুবা আসাম রাইফলস মনুংদা চঙবা য়া'রম্মী) থরায় শোক্লা মৈতৈনা মীথা পোনখিবগী ৱা'রী শাই। মহাক্না হায়— "ঐনা ৱোকিং চৎপদা নোংমনা নেতাজী নীংশিংদুনা মাগা চৎমিমৈ। নোংমনা বিবেকানন্দগা চৎমিমৈ। ৱোকিং চৎপা অসি মায়কৈ হোং হোংদুনা চৎকদবনি।" অয়ুক ৱোকিং চৎপনা মরম ওইদুনা অয়ুক অঙনবদা ওঝা ইন্দ্রমণিবু ময়ুমদা উম্নবা শুককং ফংদে। মোর্নিং ৱোকিং চৎপদা অন্নক থরায় য়াওবা, চাং নাইবা অমস্তং নোংমক্তা লেপথিদবা অসি অতাওবা অমনি। অদুনা মহাকপু ময়াম্না 'মাষ্টর নত্রগা কিং ওফ মোর্নিং ৱোকিং' হায়না খঙৈ। অয়ুক্তা ৱোকিং চৎপদা নত্তনা চীং কাব', পিকনিক চৎপন্থ য়াম্না পাম্মী। নহারোল কয়াগা লোয়নন‍া চীং কায়, মফম কয়াদা পিকনিক চৎলি।

### ইন্দ্রমণিগী গুরুঃ

ফিজিকেল কলচর অমস্তং মী লায়েংবগী মরমদা ইন্দ্রমণিগী গুরু নত্রগা ওঝা অমত্তা লৈতে হায়বা য়াই। মহাক্তি মহাকী মরাম্নবকপু মশানা শেমজবা মীশক অমনি। অদুবু, হীরম অসিদা মচোন্দগী মাঙজিল থানা লৈরবা পৃথিবীগী অফাওবা মীশক থরদি শোয়দনা লৈ। হাকখেংননা মথোয়দগী জমত্রবম্ন মথোয়না ইবা লাইব্রিক কয়ানা মাগী লমজিং ওইথি। মথোয়গী মনুংদা মীশক অনীথক্তি য়াম্না মক ওই— কৃষ্ণরাও অমস্তং বর্নার মেকফেদ্দন ( Bernarr Macfadden )। মসিগী মতাংদা ইন্দ্রমণিগী মনাওনীপা শ্রীএস: ইবোমচা সিংহনা হায়— "তাদগী ওঝাদি মহিগুরগী কৃষ্ণরাওনি হায়না লৌবা য়াই। মহাক মতম অদুগী

ভারতকী খ্বায়দগী মখিং চৎপা মশা ফবা নিপা অমনি। মহাক্না ইবা লাইরিক কয়া চেন্দুনা পাই। মঙোন্দগী হকচাং শাজেল, মশল পুখোকপগী চার্ট, অয়েকপা লাই কয়া চেল্লি অতুগা মতু উৎতুনা ছাত্র-শিংদা তগী। ঐখোয়না কলিকতাদা (লোয়র চিৎপুর রোড, ৯৪) কারবার তৌতুনা মতম খরা লৈরম্মী। সাইকল, হিজ মাষ্টরস ভোইস-নচিংবগী কারবার তৌরম্মী। মতমতুদা তাদনা মহিগুরদা চৎতুনা কৃষ্ণরাওগা উন্নব্রা থল্লি। চিঁনচিংবদি তোয়না থানৈ। অতুগা আমে-রিকাগী বর্নার মেকফেদ্দমা ইবা লাইরিক কয়া পাই, মৈতৈলোন্দা হন্দোকই। মেকফেদ্দনা মাগী স্পিরিচুয়েল গাইদনি হায়না লৌবা য়াই।" বাফম অসি অচুম্বনি। ওঝা ইন্দ্রমণিনা ইবা লাইরিকশিংদা মেকফেদ্দনগী বা য়াম্না পল্লি। মাগা থা ও জেলদা লৈমিন্নবা শ্রীবাহেংবম প্রহলাদ সিংহনসু হায়— "জেলদা লৈরিবৈদা ওঝানা মেকফেদ্দনগী লাইরিক মৈতৈলোন্দা হন্দোকই। ঐঙোন্দসু হকচাং শাজেল তম্বী।" খৃঃ কুঃ ১৮৬৮, আগষ্ট, ১৬ দা Wayne Country, Missouri, U. S. A. দা পোকখিবা Bernarr Macfadden দি ফিজিকেল কলচরগী মরমদা মখিং চৎলবা মীশক অমনি। খৃঃ কুঃ ১৯৩১ দা মহাক্না ইদিটর-ইন-চিফ ওইদুনা "The Encyclopedia of Health and Physical Culture" ভোলুম ৮ দা কোঙই। মসি নত্তবা অতৈ লাইরিক কয়াসু ইরম্মী। ওঝা ইন্দ্রমণিগী খূৎইদা মেকফেদ্দনগী প্রভাব য়াম্না তাবা থেংনৈ।

ফুটল লিংখৎপা :

ইন্দ্রমণিগী য়ুও অমা লৈখি— নহারোলশিংবু মহৈ তম্বা কংচনবা অমসুং শেমগৎপা। মসিগী মতাঙদা ইয়োর হায় স্কুলদা (তোম্বীস্না হায় স্কুল) ইন্দ্রমণিগী ছাত্র ওইরকখিবা কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্রনা হায়— "ঐনা ক্লাস থ্রি-ফোর তম্মিদৈদা ওঝা ইন্দ্রমণিনা লাইরিক তম্বিবগী মতুঙ্গা হকচাং কবা, শাজেলগী মরমদা লেকচর তৌহুনবা লৈ। মানা

পাংক্রম মঙলান অমগী মরমদা তম্নরা হায়। মঙলান অতুদি— ছাত্রশিংগী অংচীবা হোষ্টেল অমা লিংখৎপা। মতুদা টরোয়যম, শামকম মখল শুনা খম্না। ম্সিদসু নাত্তে, ওঝা ইন্দ্রমণিনা স্কুলগী চহীগী ফংসদ্দা ছাত্রশিংগী মখা কবা তারুহল্লি। মী অমগী মথক্তা মী কয়ানা কাবা, য়ান চিক্কনা মী থ ঙংপা অসি মানা তোঁদোকই। মশাম্ন য়াম্না কল্লি। কসম মথুম চল্লোকপা ওমদবমথৈ ওঝাদা হাংদোকচল্লি। ওঝানা অমুক্তং ঙৈবদা চেক্কা য়াই। কসম মথুম লৈখোকপিনবগীদমক্তা অস্তাপ্পা স্কুলদগী ছাত্রশিং লাকতুনা ওঝাদা হায়জরে।" মতম অতুদা মচৈ শক্ষৰশঙ মতীক চানা লৈতবা মরম্না অরাবা অমা ওইরম্মী। মসিগী অরাবসি কোক্লবা চায়তুনা মহাক্না মরুওইনা হোৎনহুনা খৃ: কু: ১৯৪৬ মার্চ ১ দা 'শিক্ষম শিরশঙ রেসিদেনসিয়েল হায় স্কুল' লিংখৎখি। স্কুল অসি লিংখৎনবা হোৎনবদা য়ুম্নাম দিনমনি, ভাঙোম গোবিন্দ সিংহ, রা: কু: প্রিয়োগোপালসনা, এস: ইবোমচা (মনাউনিপা, মহাক স্কুল অসিদা চহী ১০ রোম ওঝা ওইরম্মী) অসিনচিংবা মীওই কয়া য়াওখি। রা: কু: প্রিয়োগোপালসনানা মাগী অহানবা বেলে 'হেলোই' অমদি অগোই কয়া লীপাসিং খোংনাংথোংদা চেয়িটি শো কয়া উংতুনা পৈশা তাল্লি। অমুম্না চীংমৈরোংগী চীংথক অসি সরকারদগী লৈখি। চীংথক অসি ল'ন মপুংদা মিলিটরীগী লৈকম ওইরম্মী। পৈশা পীতুনা লৈবা মতমদা মখোয়না শারম্বা য়ুম মচা ৯ সু য়াওখি। ইন্দ্রমণিনা ময়ুমদগী জীংঘ ককতুনা স্কুল অসিদা কুপখি। ইন্দ্রমণিগী শিক্ষাগী পান্দমদি— ভোকেশনেল এডুকেশনগী মওং অসিনি। চুম্না লাইরিক তম্বিবদা নত্তুনা অগোই-ঈশৈ, থাঙ-তা, হকচাং শাজেল, ফাইন আর্টসনচিংবসু তম্বী। স্কুল তোরমদাইদা ড্রিল তৌই। মথংদা মানা 'দি নিউ গার্লস এন্দ এডল্ট স্কুল' খৃ: কু: ৯৫২ দা লিংখৎলি। স্কুল অসিদা জাতি কয়াগী ছাত্রশিং তমই। মাগী রাজনীতিগী শিষ্য ওইখিবা— "রংমাশো শৈজা (হেড মাষ্টর ওইরম্মী) অমসুং "র': কু: মায়পাকসনা স্কুল অসিদা ওঝা ওইরম্মী।

**আনাথ আশ্রম লিংথংপা ঃ**

'শিনদম শিনশঙ রেসিদেনসিয়েল হায়স্কুল' লিংখৎপগী মতম অসিবাইদা 'লৈ ইংখোল' হায়না খঙনবা চাংমৈরোংগী চীংখোংদা ওঝা ইন্দ্রমণিনা মমা-মপা লৈতরবা, কনানা নাউকোনবিত্রবা অঙাংশিংগী-দমক্তা আনাথ-আশ্রম ( ওরফানেজ ) অমা লিংখৎলম্মী। লম অসি F.F. Pearson অমসুং লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহনা পীরম্মনি। 'লৈ ইংখোল' অসি অকুবা লাইফম ওইনা লৌনৈ। য়াম্না শোঙলম্মী, শা-কৈনা থম্না লৈরম্মী। থম্বালসু য়াম্না শাংলম্মী। চূড়াচান্দ মহারাজনা মকমসিদা কৈ কাপতুনা হাৎখি। মহৌশা ইম্ফাল তুরেলগা শম্নরম্মী, তুরেল মরীন ওইরম্মী হায়নৈ। ( ইন্দ্রমণিগী মরাম্বা ওঝা কালিদমনা মশাগী চহী ৭ শুবদা লৈ ইংখোল অসিদা কালিদমন শান্নবদা কৃষ্ণ শাখিবদগী মাগী মমিং 'কালিদমন' হায়না অহুম থংনবে )।

ইন্দ্রমণিনা লৈ ইংখোল শেমগৎলে। লৌ উরে, পুক্রি ভোঙুমা ঙা য়োংক্লে। লৈকম আশ্রম শেমলে। মসিদা লৈরিবা অঙাংশিংবু মহৈ মশিং তম্বী, মী ওইনবা শেমগৎলি। মখোয়গী চান-থকপা হায়বা হোৎনবদা য়ুমগী চেকফুদগী চেগ কোংলগা পুবা য়াওই। 'লৈ ইংখোল' গী লমহাংদা লমজেল, তা-লংবা, শান্ন-থোংনবগী থৌরম কয়াসু পাঙথোকই। মণিপুরগী অঙনবা আনাথ-আশ্রম অমা ওইরিবা অসি মহাক্না খৃঃ কুঃ ১৯৫৩ দা জেল চঙখিবদগী য়েংশিনবিনবা লৈতবদগী মুংখি।

**মেন-বিল্ডিং ইনস্তিটুয়াট লিংথংপা**

ইন্দ্রমণিনা খৃঃ কুঃ ১৯৫১ দা 'মণিপুর মেন-বিলডিং ইন্সটিট্যুট' লিংখৎতুনা মণিপুরগী ইতিহাসদা অহানবা ওইনা 'মিষ্টর মণিপুর অমসুং 'মিস মণিপুর' খনবগী চাংয়েং পাঙথোকতুনা মুংপা নাকৈরগোইদবা পম্মুপ অমা হাংদোকপিরম্মী। লাইশ্রম মনাউবীনা অয়াম্বা পৈশা পুথোকতুনা মপান কাওজেবুংদা 'মিঃ মণিপুর' খনবগী তাংমবা কুম্মৈ

পাঙংথাকলে। কাঙজৈবুং মীনা পীক থনখ্রে। মণিপুরগী তারজাব হায়না থঙনবা শ্রীইরোম লৈখেন্দ্র সিংহনা মণিপুরগী অহানবা 'মিঃ মণিপুর' খল্লে। থংব-থংননা মহাক্না চহী অহুম 'মিঃ মণিপুর' ওইরবা মতুংদা খৃঃ কুঃ ১৯৫৪দা ৺সোইবম মেঘ সিংহনা 'মিঃ মণিপুর' উপাধি কংখি। চৌজিকমক 'ওল মণিপুর বোদি বিল্ডিং ইন্সটিট্যুট' কী সভাপতিনি ওইরিবা শ্রীলৈখেন্দ্রনা হায়—"ওঝা ইন্দ্রমণিনা ঐবু থরায় য়াওনা হকচাং শাজেল অমসুং মেন-বিলডিংগী নিয়মশিং অসি তম্বিখি। তাবাবুনা (বোক্সর) ঐবু ওঝা ইন্দ্রমণিগী মনাক্তা পুশিনবিতুনা শক খঙনহনখিবনি। ওঝাদি হকচাং অমসুং চীনজ কী মরমদা য়াম্না মুন্না খঙই। ঐহাক অহানবদা শা চাবা হৈরমদে। ওঝানা প্রোটিন য়াওবা শা চাত্রবদি য়াররোই হায়দুনা শা চাবা তম্বিখি। ওঝাদি অতাওবা মীশক অমনি।"

'মিঃ মণিপুর' তাবদা মতীক চাবা মনা-মথুম কয়া পীখি। মসিগী মতাঙদদু শ্রীলৈখেন্দ্রনা হায়—"মনাদি লুঃ ১৫০০/- য়োমগী মমল ওইগদবা ট্রোফি অমা পী। শেল ওইনা লুঃ ৫০০/- ফংই। থা খুদিংগী ওইনা লুঃ ১৫/- চহী অমা চুম্না পী। কৌয়ু পী। শঙ্গোম শুথী বন মপী-মচা অমসু কংই।" ওঝা ইন্দ্রমণিনা য়াম্না পাক্ল-শন্নবা মওং তানা বোদি বিলডিংগী ঈহৌ অসি মণিপুরগী মকম কয়াদা শন্দোকখি। ওঝা ইন্দ্রমণিনা মণিপুরগী কাচিন-কোয়য়া কয়াদা চঙ্গনা শজিকেল শো তৌই। নুপাশিংগীদা নত্তনা নুপীশিংগীসু হৌজিকী কারাতিগী মান্নবা মওং কয়াগী শো উৎহল্লি। মহুদা শরুক য়াখিবা নুপীশিংগী ময়ুদা—বিনোদিনী (মচানুপী), বানী, মোমোম দেবীগী মমিং পনবা য়াই।

নেচর কিওরগী লায়য়েংঃ

... ইন্দ্রমণি নেচর কিওরগী লায়য়েংবু (মহৌশাগী লায়য়েং পথা... ...চংনা থাজবা অমসু মসিগী লায়য়েংসিগী মরমদা য়াম্না

খওবা মীশক অমনি। লায়য়েং অসিগী মরমদা মহাক্না ওঝা নাইনা তম্মুরবস্থ মশা মতে মতা করা হোৎনজহুনা, লাইরিক মেগাজিন কয়া পাহ্‌না নৈনরগা মৈতৈ মাইবগী লায়য়েংগা চুশিন্নরা মখল অসিগী লায়য়েংসি মণিপুরদা হৌদোকখিবনি হায়বা য়াই। মেট্রিক পরীক্ষা থারমদাইদা ইন্দ্রমণি য়াম্না কম্না নাখি। মসি মৈতৈ মাইবা অমনা লাই থাজিন্দুনা থওইনা নাহনবনি হায়না থাজরহুনা মপাবুংনা মাইবহু কৌরগা ইমুংদা থম্মী। (মহোশা মাইবনা লাই থাজিন্দুনা নাহনবা অহুগা মহু করবা লায়য়েংবা অসি চংনরম্মী।) ফুগে চৈগে তৌবদগী মাইবহুনা মন্ত্র শোল্লগা লাইহু লৌথোকখি হায়। অনাবহু শেংহৌ-ব্রিডৈদা মাইবহু শিখিবনা হানত্রে। মসিদগী থম্মোয়গী লায়না অমা লৈখিত্রা হায়না চীংনখি। ওঝা ইন্দ্রমণি মশানা থম্মোয়গী লায়না অমা লৈ হায়রা। মসিনা মরম ওইহুনা মহাক্না লায়য়েংবগী মরমদা পুক্নীং চঙখি অমসুং খিজিনবা হৌখি। অনীশুবা লানজাও মমাঙদা মহাক্না 'মৈতৈ মাইবা' কৌবা চেকোঙ অমা কোঙলম্মী। মসি মহোশা লায়য়েংগা মরী লৈনবা অহানবা চেকোঙ অমনি। মরুওইনা মহাক্না আমেরিকাগী মেককেন্দনগী লাইরিকশিং য়াম্না পাই। মেককেন্দন হায়বসি টি, বি, নাবদগী মশা মতোমতা লায়য়েংহুনা করখিবা, হোৎনবা কনবা মীশক অমনি।

ইন্দ্রমণিগী লায়য়েংদি য়াম্না চম্মী। মনা-মশীং, উহৈ, ঈশিং, চান্না হেনবা অসিনচিংবনি। চাগদবা মনা-মশীং চাগদবা মতম ইহুনা শীগনি। মতম নাইত্রবদি য়াম্না শাউই। লায়য়েংবগা লোয়নম্না মনা-মশীং অহুগী কান্নবা, শীজিন্নবা শন্দোক্না তাকই। লায়য়েংবদা পৈশা লোদে, থওইনা মনতিরুদে। মুমদা কয়া য়েংবা লাকই, লমদা চঙ্না কয়া য়েংই। মনা-মশীং, অশং-অতেক য়াম্না চাগল্লি। শজোম, য়েরুম, শা-ঙা অহুম চাই। হকচাং কবগী মীৎয়েংদগী মশম থাকখিবনি হায়নৈ। মহোশাগী লায়য়েংগী লমদম্ মাগী সেবক কয়া থনম্মী। ওঝা ইন্দ্রমণিনা নেচর কিওয়গা মরী লৈনবা লাইরিক থরম্ কোঙলম্মী।

মথোযগী মনুংদা মমিং পনবা য়াবদি—১) 'চায়া হেনবা অমসুং চাবা' ১৯৮৬, লামায় ৯৯২, মমল লুঃ ১৮৭; ২) 'লায়না অমসুং লায়রেং' ১৯৮৬। মহাক্কা মতম কুইনা অমসুং নকশিন্না লোয়নখিবা ৺রাঃকুঃ মায়পাকসনানা হায়, "মহাক অসি হকচাং ফবা অমদি নাদ য়েক্কবনা অথোইবা লম্নি হায়না থাজবা অমদি মচু থবক্তা ওম্মোক্তুনা পুন্সি লেনখিবা অথোইবা কর্মযোগী অমনি"

## রাজনীতিঃ

মণিপুরগী রাজনীতিগী ক্ষেত্রদা শীংথানবা য়াবা নেতা অমা ওইবা ওমখিত্রবসু ইন্দ্রমণিগী রাজনীতিগী পুন্সিদা মতমচুগী মাওজিল থাবা অনৌবা য়াথল থর্বদ হৌদোক্লম্বা মীশক অমনি। মহাক মণিপুরী জাতিবু য়াম্না নুংশি। মৈতৈগী অশেংবা মশক ঙাক্লবা হোৎনরম্বা মীশক অমনি। মৈতৈগী অরিবা সংস্কৃতি, ইতিহাস, ইপানাৎ-ইপুনাৎ, চাউখৎলম্বা কয়া, অমসুং থৌনা ফরবা মৈতৈ নিংথৌশিং, মপান্নশিংগী মরমদা ওত্তনা পল্লম্মী। অসিগুম্বা জাতি অসিবু নোংম-নোংমগী লৈথা তারকপা উবদা থম্মোয় শোকখি। মাগা থা ৬ জনদা লৈমিন্নরুবা শ্রীরাহেংবম প্রহলাদ সিংহনা হায়—"ওঝাগী গুণদি শৈথাবা লোইরোই। অনৌ-অনৌবা কজবা রা য়াম্না ঙাঙবা মীশক অমনি। মানা ঙাঙলবদি শুমহৎতবা লৈতে, শক্তি অমা লৈ। মীগী থম্মোয়বু হেক্তা চোংশিনবা, শুমহৎপা ওম্মী। নহারোল অতাবশিংনা পুমঙাও ঙাওবজাৎমি। ইংরেজী য়াম্না হৈ। রা ঙাঙবদা ইংরেজী য়াম্না য়াওই। বৃটিশ, আমেরিকাগী রা, থৌদোক, থুদম য়াম্না পীগল্লি। মণিপুরগী মাওনবা তৌবশিংবু য়াম্না থীনা চৈ, শাথিনা শিদোকই। থীগ্রবা শক অহুনা রা ঙাঙলকপা মতমদদি মগুণ অমা লাক্তুনা মশক কয়াদা কজনা উগ্রবা!"

ইন্দ্রমণি অহানবদা কংগ্রেস য়াওরম্মী। খৃঃ কুঃ ১৯৪৬, অক্টোবর ৪দা রাজনীতি দল ময়াম পুনশিন্দুনা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস কৌবা

দল অমা শেম্বগী মতাংদা এরিয়ান থিয়েটর হোলদা মিটিং তৌবদা য়ানখিদবা, কায়নখিবদগী কংগ্রেসতগী তোকখি অদুগা 'নেসনেল য়ুনিয়ন' (মণিপুর নেসনেল য়ুনিয়ন) কৌবা রাজনীতি দল অমা শমখি। মথংদা খৃঃ কুঃ ১৯৫২ দা মণিপুর নেসনেল য়ুনিয়নগা গন্ধী সেবক সমাজগা পুনশিল্লগা 'রিভোলুসনরী নেসনেলিষ্ট পার্টি ওফ মণিপুর' কৌবা দল অমা অমুক শেম্মী। খৃঃ কুঃ ১৯৫২দা পাংথোকখিবা অহানবা লোক সভাগী মীথন্দা ওঝা ইন্দ্রমণিখোয়গী পার্টিগী ওইনা শ্রীহরাইবম নীলমণি সিংহবু মীয়েপ অমা ওইনা থাগংখি। (সিম্বোলনা 'লীরুং-তেন' ওইখি। মীথন্দুদা শ্রীলাইশ্রম যুগেশ্বর সিংহ (কংগ্রেস) অমসুং রিশাং কৈশিং (সোসিয়েলিষ্ট) ইমর অমসুং আউটরগী এম,পি, ওইনা থনখি।) অদুগা ইলেকটোরিয়েল কোলেজগী ওইনা পার্টি অসিদগী কেনদিদেট ১২ থকসু থাগংখি। অমত্তা কাখিদে। লোকসভাগী মীথন্দা লেপখিবা শ্রীহরাইবম নীলমনি সিংহনা হায়—"ঐদি অহানবদা রাজনীতিদা থরায় কয়া য়াওদে। রূপমহলদা লীলা তৌদুনা লৈজনি। ওঝা ইন্দ্রমণি রূপমহলদা ছন্নো লাকই অদুগা ঐবু রাজনীতিদা চৌংশিনখি। মাদি মী শেম্মী, থবক তৌবা ওমগদবা মী উরবদি থক থাদোক্কে। মী থেম্বা, থাজহনবা য়ায়া দৈ। মঙোন্দা মৈতৈ জাতি অসিবু মশক তাক্লিংবগী অকনবা কিলিং অমা লৈ।" (মশাগা উরবদা হায়বা)

খৃঃ কুঃ ১৯৫৩, এপ্রিল ১৯, নোংমাইজিং শুমিৎকী শুংথিল পুং ৩ তাবদা মী লিশিং অহুমলোম তিনবা মপান কাঙলৈবুংদা ইন্দ্রমণিখোয়গী কাঙবুনা মীয়ামগী মিটিং অমা পাঙথোকখি। মিটিং অদুদা সরকারবু লৈবা, মণিপুরদা লৈরিবা ময়াংশিং মণিপুরী নত্তে মীতোপ্পি মখোয়না মণিপুরবু করিন্থু লুংশিবা নত্তে হায়বগী রাখল কোওদোকপা অমদি শুমিৎ ১৫ মিগী মনুংদা মণিপুরবু রাষ্ট্রসংঘগী ট্রসটিশিপকী মথাদা বফর ষ্টেট (Buffer State) অমা ওইনা লাউথোকত্রবদি সত্যাগ্রহ —— লৌরগনি হায়বগী রায়েপ লৌবগীদমক্তা সরকারগী মায়কোক্তা

লান হৌবগী চার্জ তৌতুনা শগোলসেম ইন্দ্রমণি, য়ংমাসো ইসজা, ব্রাহ্মংবম প্রহলাদ সিংহ অমসুং ব্র'ঃ কুঃ মায়পাকসনা সিংহ মরীবু পুলিসনা ফাখি। থা ৬ জেলদা থমখি। মথংদা জুদিসিয়েল কম্মিস্নারগী কোর্টনা কেশ অদু ককতুনা জেগদগী থাদোকখি। মসিগী মতুংদা ওঝা ইন্দ্রমণিনা খৃঃ কুঃ ১৯৬৫ দা 'মণিপুর পিপলস কনভেন্সন' কৌবা দল অমমুক শেমখি। গ্রেটর মণিপুর অমসুং মপুং ফাবা রাজ্য অমা ওইনবা দাবী তৌখি। খৃঃ কুঃ ১৯৬৭ তা অতৈ লুচিংবশিং থরগা লোয়ননা ফাজিন্দুনা থা ৩ রোম জেলদা থমখি। মসিগী মতুংদসু খৃঃ কুঃ ১৯৭১ দা প্রিভেন্টিব দিটেন্সন এক্টকী মখাদা ফাজিন্দুনা মতম খরা জেলদা থমখি। ওঝা ইন্দ্রমণি এসেমব্লি মীথপ্পা অহুমুক লেপখি অদুবু মায়থীখি। রাজনীতিগী মতাংদা মতোপ্প থবক্তা ৱাথনগা চাম্নবা অমা লৈবদোনা তৌই। রাজনীতি তৌমিন্নবশিংনা তক্তনা হায়বা অমা লৈ— "ওঝা ইন্দ্রমণিদি অহানবদা ইনশিনবা য়াম্না থোই। ইনশিল্লগা থবক মখাদি তাগন্দে।" মতম পূম্নমক্তা মৈতৈ লংগী ফেজোম, কুরিৎ, তৌযোং ইনতুনা লেনখিবা মীশক অসিগী রাজনীতিগী বাখলোন মতম চারগা মথি ফোংলকখিবা য়াই। তুংলমচংনা মহাকপু হাইরি।

**শিন্না ঃ**

ইন্দ্রমণি মথোনা, মরিংজেল লৈনা চিংখিবা নিপা অমনি। শিবগী মরমদা করিসু নাচুংদে। মানা হায়— "মীনা শিবা অসি অমুনবা উচে অমা কেন্নকতুনা পোপ লাউনা তারকপগুম্বনি ..... শিন্নমদাইগী মতম ফাওবা মেকফেন্দনদি মাগী কুপীবু থাজংপা ওমখি।— ঐদি ডাক্তধনা লায়য়েংতুনা শিরোই।" কুইনা লায়কয়খিদে, চয়োল অমরোমদমক নারম্মী। অনাবা হংবা লাকপা শাউই— মাদে হায়না খুম্মী। মায়ইৈ মতমদা লাইরিক পাবা লেপতে। লাইরিক পাবসি মাগী হৈনবীবি, শিগদবা মুমিং অদু ফাওবা ঈশিং গ্রাস অমা থল্লগা লাইরিক পাতুনা লৈ। মীওইবা নোংমদি শোয়দনমক্তী শিবা তাবনি। ওঝা শগোলসেম ইন্দ্রমণি সিংহ মশাগী চহী ৮০ শুবদা খৃঃ কুঃ ১৯৮৭, নবেম্বর ২৭, ঈরাই মুমিং তেংবানবা থাদোকখি

**রাজোইশিন :**

ওঝা ইন্দ্রমণিনা মণিপুরগীদমক্তা কয়ামমুক থন্নমগে হায়রবসি মাগী লাইরিকী হাংজোক্লা মতেক মতেক পল্লম্লিবা অসিদগী ময়েক শেংনা থগবা ওম্মী। মানা ইরি— "... মৈতৈগুম্বা, পৃথিবীগী মনুংদা শ্বাইদগী মরায়বক থীরবা, লৈথা তারবা জাতি লৈরম্লরোই। জগৎকী চাউথং লমজেল থুদিংমক, হিরম পুম্নমক্কী ওইনা শোথহৌরে, মাওঙিংজ্রে মমায়বগা থেংনবা থুদিং চেনখ্রগে থনথরে। ... মরৈবাক্কা মীরৈবাক মচ ওনখ্রে। ...পৃথিবীগী মনুংদা শ্বাইদগী লিরবা পোলোগ্রাউণ্ডী দশা হৌজিক কাওবা কংলা য়েক্রুবনা ওরাংদা লাই চনবগুম থাম্লি। ... মী হাংলগা বিচার তৌদবনা নমলে। শেল পীরগা মী নেকতুনা হাংহল্লে ... মণিপুরদি কুণ্ডলিনী জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী মপু ব্রহ্মাগী লৈকল্লি। .. মণিপুর ইউরোপ্তা লৈরম্বা লৈবাক অমা ওইরম্লবদি মীৎনা উবা স্বর্গ ওইরমগনি এশিয়াদা লৈরুবনা উংতা তুবদনি। ...ঐথোয় কনানো হায়বহ্ ইপ ইপুনা তাক্লরহ্ উৎসি হায়বনি। ...মৈতৈ ধর্মগী মহুৎ শিনবা ওম্ব অমত্তা লৈতে। মৈতৈ ধর্মদি থুংরাইনি ..।" মহাক শিবগী পার্ট তাবদা শ্রীকৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহনা থম্মোয় শোক্রবা বাহৈনা অদুম ফোঙদোকখি — "লৈখিদ্রবা ওঝাসিবু হৌজিক্তি নুমিত্তু', নুংশাদা লম্বীদা, শান্নবুংদা, স্কুলদা, পোলট্রি কার্মদা, উহৈদা, ঈশিংদা মফম থুদিংদা উতুনা ওাক্তা লৈরি, করিগুম্বদা কাউবা ওম্মরোই।" ▣

**উম্নদুনা রাম্বী-রাতাই শারুবা মীশকশিং :**

১। শ্রীশগোলসেম কালিদমন সিংহ, চহী ১০০, (ময়াম্বা)
২। শ্রীশগোলসেম ইবোমচা সিংহ, চহী ৮৩, (মনাওনিপা)
৩। শ্রীমতী সোইবম ওংবী বিনোদিনী দেবী, চহী ৫৮, (মচানুপী)
৪। শ্রীশগোলসেম ইন্দ্রকুমার সিংহ, চহী ৫৫, (মচানিপা)
৫। শ্রীহরাইবম নীলমণি সিংহ, কোংবা, চহী ৮২, (ইন্দ্রমণিগা অহানবদা রাজনীতি য়াওমিন্নরম্বা)

৬। শ্রীবাহেংবম প্রহলাদ সিংহ, বাহেংবম লৈকাই, চহী ৬৪, ( ইন্দ্রমণিগী জেলদা চঙখিল্লবা সেবক অমা )

৭। শ্রীকৈসাম কুঞ্জবিহারী সিংহ, কৈশামথোং, তোপ লৈরক, চহী ৭৯, ( ইন্দ্রমণিগী লোয়নল্লকপা সমাজ সেবক অমা )

৮। শ্রীজি: সি: তোংব্রা, জেলায় লৈরক, ইম্ফাল, চহী ৮২, ( ইন্দ্রমণিগা লাইরিক তম্বিল্লরকপা মমাল্লবা )

৯। শ্রীরা:কু: প্রিয়োগোপালসনা, থাংমৈবন্দ, চহী ৮৫, ( ইন্দ্রমণিগী লৈকায়দা লৈবা থবক তৌমিল্লরকপা মীশক অমা )

১০। শ্রীভাঙোম মহেন্দ্র সিংহ, খোয়াথোং, এক্স-এম: পি:

১১। শ্রীলাইশ্রম সমরেন্দ্র সিং, য়াইস্কুল, চহী ৭০, (ইন্দ্রমণিগী ছাত্র অমা)

১২। শ্রীসাপম বাবু সিংহ, কৈশামপাৎ, চহী ৬৮, ( ইন্দ্রমণিনা বোক্সিং তম্বিরকপা ছাত্র অমা )

১৩ শ্রীইরোম লৈথেন্দ্র সিংহ, চৌংভামখা ('মি: মণিপুর' অহানবা তাখিবা ইন্দ্রমণিগী সেবক অমা )

## লাইরিকশিং

১। বসন্তা সিকলা, সলাম তোম্বী, ১বা কোংবা, জুন ১৯৯২

২। লায়না অমসুং লাযবেং, শগোলশেম ইন্দ্রমণি সিংহ, ১৯৮৬

৩। চারা হেনবা অমসুং চাবা, শগোলসেম ইন্দ্রমণি সিংহ, ১৯৮৬ লা: ৯৯২,

৪। লময়ানবা ইন্দ্রমণি, পুন্সি রিকলিগী সপপ্লিমেন্ট, ১৯৮৬ ডিসেম্বর ১০

৫। The All India Reporter, 1955 ( Vol 42 ). The All India Reporter Ltd., Nagpur, M.P., PP. 9-16.

৬। The Encyclopedia of Health and Physical Culture, Editor-in-Chief, Bernarr Macfacden, 8 Vols , reprinted 1947.

'পোরুক্ষম' গী ২০ শুবা চহীগী অথমবা চেফোঙ, তাং ১। ২। ১৯৯৫

# পণ্ডিত কালাচাঁদ শাস্ত্রী

( মণিপুরগী বেদব্যাস )

( ১ )

অঙকপা পুস্তি অম্না ঃ

মাগী পুস্তিগী মরমদা হংবদা চহী ৯৩ শুরবা শ্রীচিঙ্গাবম কালাচাঁদ সিংহ শাস্ত্রীনা হায়—"ঐগী পুস্তিদি অঙকপনি· লাইনা তম্বা ঙাক্কনি" মসি অচুম্বনি। কালাচাঁদ শাস্ত্রীগী পুস্তিদি অঙকপা খোদোক কয়ানা পীক থিল্লি। অম্না-অনা কয়াগী লাম্তেং, মখোঙ হুক্কবা খোদোক কয়া, মুম্বানবগী ( তুরোনবগী ) শুংঙাইরবা লীলা কয়া, লীলা-কলা, ঈশৈ-নোংমাইগী সংসার, পণ্ডিত ওইবগী অকনবা সাধনা, অইবা অমা ওইবগী সাহিত্যগী পুস্তি—মচু কয়ানা লৈতেংবা, মায়খোঙ কয়া লোঙবা পুস্তি অমনি। ওঝা কালাচাঁদ, পণ্ডিত কালাচাঁদ, লীলা য়াওবা কালাচাঁদ, লীলা ইবা কালাচাঁদ, ঈশৈ ইবা কালাচাঁদ, লাইরিক ইবা কালাচাঁদ; পুম্নমক্কি মথক্তা লৈরি—মহাভারত ইবা কালাচাঁদ।

মুম থাদোক্নবা চেনবা ঃ

খৃঃ কুঃ ১৯২৪ দনি। চহী ২২ শুরবা নহা অমনা, মেট্রিক পরীক্ষাদা মায়থিরে হায়বগী মহুনা, অহুমশুবদা ( থার্ড পোজিসন ) লাকপগীদমক্তা নীংবা ক্যাররহুনা ময়ুমগী মী কনা অমত্তা তাক্রমদনা লংবৈদা চেল্লম্মী। মতমমহুদা মেট্রিক পরীক্ষাদা অহানবা অমসুং

অনীশুবা তাবা ছাত্র অনীখত্তমক খঙ্গৎলগা বৃত্তি পীতুনা মণিপুরগী মপান্দা মহৈ তম্বা থারম্মী। শেল-থুমগী ফিবম য়াম্না ফত্তবা মরমনা, সরকারগী স্কোলারশিপ ফংত্রবদি মপান্দা মরমাই লাইব্রিক তম্বা চংপা ওয়রমদে। চহীহুদা সিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহনা মকোক ওইরে অহুগা (ডঃ) গুলাপচান্দ সিংহনা মথং ওইরে। চহী খুদিংগী মকোক তাহুনা লাকপা কালাচাঁদনা অহুমগুবা তারে। মহাক মথা অমুক তমববা ওম্বগী আশা লৈত্রে। আই.এ. তম্বগী মতুত্তা সংস্কৃত তম্নগে খল্লহুনা, ময়ুমগী মী কনা অমত্তা খঙহল্লমদনা লংকৈফদা চেন্নমই। চংকদৌরিবা মকম্না নবদ্বিপ, ফুরিংখাওদা য়াওরিবা পৈশানা গুপ্নগী লুঃ ৫/- খক্তং। সৌগাইজম মেম্বরগী কাওবুনা চলাইবা, গুপ্নগী লোরী অনীখত্তং চেনবা গাড়ীগী লাংওম তোম্বী কৌবা ড্রাইভর অমমা মাবু দিমাপুর ফাওবা লেম্না পুবিরে। নহানি, অহানবা লংকৈফদা থোরকপনি, লোন-লি থোইনা খঙদে। য়েংখি য়েংখিবদা অঙকপগী অঙকপা ঙাক্তনি। অঙকপনা থল্লবা পুন্সিগী অহানবা খোঙচৎ অমদা নহা ওইরিবা কালাচাঁদনা ময়ুম থাদোক্তুনা চৎলি পস্থংকম খংদ্রেবা লমদম অমদা সংস্কৃত তম্বা। কনানো অমনা ইনাশিল্লক্তুনা, কনানো অমনা কৌরক্তুনা খোঙ থাংখিবগুম ফুগ হৌগৎলগা চৎখি। শকখঙবা নঙবু কনানো ?

নবদ্বিপতা :

লেম্না, পৈশা পীদনা হুরান্দুনা তোংলকপা রেলগাড়ীত্তু উচিন-নাচিন্না নবদ্বিপ য়ৌরে। কদায়দা থুংলুনি ? কনাগীদা লৈরুবন ? নবদ্বিপতি তীর্থস্থাননি, যাত্রিক কয়া থুংফম্নি। পোৎয়োম মচা অমা পায়হুনা কিথুক-কিরুম চৎলিবা কালাচাঁদবু নৌনা থুংলবা মীতোপ যাত্রিক অমনি হায়বসি হেক্তা খঙলহুনা হনুবী অমনা মাগীদা কৌশিন্দুনা লৈহল্লে। চানিংবা কয়া পংপিদা পীজরে অহুগা মুংঙাইনা পোথাহল্লে। কালাচাঁদনদি খল্লি — খোজাল লৈশ্রবী হনুবীনি। নোং ঙাল্লগা কালাচাঁদনা হনুবীগী য়ুমথুদগী তুমিন্না করি অমত্তা হায়রমদনা থোরক্ত।

অনৌবা যান্ত্রিক লাকপদা পীজ-পীথক তৌহুনা পৈশা ত'নজরিবী হন্নবীহুনা মাগীদা থুংলরম্বিবা মীশক অসি পং তৎপা মীশক্কি খংলক্লহুনা কালাচাঁদবু তামহনা ফারে। ফুরিৎ পায়হুনা চীংলে, পৈশা পীরম্বা অকনবা রাহৈ কয়া শীজিন্নরকলে। কালাচাঁদকী মকমদ' লৈরদা হন্নবীগী থৌজাল লৈবগী রাখন্দো উন তাকপগুম খুদক্তদা মাংল্লে। ইক'ই-মুংশি য়াম্নরে, তৌকম খঙল্লে। মঙোন্দা পীনিংঙাই পৈশা অমত্তা য়াওদে। ঈশ্বরং মচা অমা থোকলে। কালাচাঁদনা পূকচেল শেংনা হায়জরে—"ঐদি সংস্কৃত তম্বা লাকপনি, পৈশা অমত্তা য়াওদে।" ঈশ্বরগী থৌজাল্লি। নবদ্বিপতা মরম্নাইগী পাঠশালা লিংহুনা ছাত্রশিংদা লেম্না সংস্কৃত তম্বিবা দূর্গাদত্ত ব্রহ্মচারী কৌবা সংস্কৃত পণ্ডিত অমনা থোক্লিবা নাতৈচাদবা ঈশ্বরং অসি থেংনরে। মণিপুরদগী য়াম্না থাপা সংস্কৃত তম্বা লাকপনি হায়রবসি খঙবদা থোইদ'ক্না মুংশিরহুনা হন্নবীহুগী পৈশাহু মানা শিংকিরে অহুগা কালাচাঁদবু মাগী মনাক্তা থমহুনা মাগী 'বেদ বিদ্যালয়' দা লেম্না সংস্কৃত তমহল্লে। নোংদম্বগী থৌশিল্লি—কালাচাঁদনা মক্তিকচাবা গুরু অমা ফংজরে অহুগা দূর্গাদত্তনসু তুংগী সংস্কৃত পণ্ডিত অমা ওইনা লৈব'ক্না শোম্নগদৌরিবা শিষ্য অমা থেংনরে।

দূর্গাদত্ত ব্রহ্মচারী রাজস্থানদগী রাজপুত মচানি। মহিং পূরতাও তাওই। মাগী যটাদি চাউরে, ফজরে। মহিং চৎপা সংস্কৃত গুরু অমনি—বেদ মরী মচিন্দা পুই। মাররালী মযাম্না মথোঙদা হেক্তা তুবা জাংনি—দান করা কৎলি। মহাক্না নবদ্বিপ, কাশি অমসুং জয়পুরদা মরম্নাইগী ওইবা পাঠশালা (বেদ বিদ্যালয়) লিংখৎহুনা ছাত্রশিংদা লেম্না সংস্কৃত তম্বিরম্মী। কালাচাঁদনা নবদ্বিপতা মাগী পাঠশালা চহী অনীয়োম সংস্কৃত তম্মী। অহুদগী মহাক্না কালাচাঁদবু রাজাস্থানদা অমুক পুখিরে। চীংনা ইকোর কোরশিনবা রাজাস্থানগী লোহারগঞ্জ হায়বা লমহুদা লৈহুনা মতম খরা সংস্কৃত

তমলে। মমৈথংদা মাগী গুরুনা শীনবিহুনা কাশিদা মাব্র সংস্কৃত তম্নবা থারক্লে। কাশিগী মিরঘাটতা লৈহুনা 'মারবালী সংস্কৃত কোলেজ' দা (এলাহাবাদ বিশ্ববিদ্যালয়গী মথাদা লৈ) মিং চন্দুনা চহী তরেৎ চঙনা সংস্কৃত তম্নবা মতুংদা (মধ্যম চহী ৪, শাস্ত্রী চহী ৩) খৃ: কু: ১৯৩৬ দা 'শাস্ত্রী' পাস তৌখি। তম্বিবদি হিন্দীদা তখী। মহে তম্লৈভদা ছাত্র বৃত্তি ফংই— মসিব্রু 'সিধা চাবা' নত্রগা 'ক্ষেত্র চাবা' চায়না থগুনৈ। য়াম, হবাই, থাউ থুমনচিংবা লেম্না ফংই। কালাচাঁদনা য়ুমদগী নয়া পৈশা অমত্তা তান্দনা 'শাস্ত্রী' তম্নখ অমম্নুং পাস তৌখি। নবদ্বিপ, রাজাস্থান অমম্নুং কাশিদা পূম্না চহী ১২ চঙনা সংস্কৃত তমলুরবা মতুংদা নহা ওইরিবা সংস্কৃত পণ্ডিত অমা সংস্কৃতকী জ্ঞান কয়া তানশিনগুরবা তুংদা মণিপুরদা খোরককখি। মহাক মতুংদা ওইরকখি লৈবাক্না থগুনরবা— কালাচাঁদ শাস্ত্রী।

## পারী-পুরি

শ্রী চঙ্গাবম কালাচাঁদ শাস্ত্রী খৃ: কু: ১৯০২, আগষ্ট ২০, য়ুমশকৈশ নুমিৎ (শকাব্দ ১৮২৪), ভদ্রগী তারিখ ৪, থরানগী ১৮ নি পানবা; (মৈত্রক থাবগী একাদেমিক এজনা— খৃ: কু: ১৯০৫ দা পোকপ) তা শগোলবন্দ, সলাম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। অপোকপা চিঙ্গাবম মোনো সিংহ, লৈবাকী মমিং চৎলবা নটকী ঈশৈ শকপা অমনি। ওঝা মোনোগা নানবম লৈশংগা লাম্বা তৌনবা— মোনো লৈশং চায়না শোম্নবা মতম্নি। লৈশং চায়ম্রিবসি নানবম খোংলেনগী ময়াম্ননি। অপোকপা মোনোনা উৎলো, লম্মাংদোংনচিংবা মফমশিংদা য়াম্না তোম্রনা ঈশৈ শকই। মোনো লৈ লোম্মী অতুব্রু ঈশৈ শকপদদি অপনবা ওইদে। কালাচাঁদগী অপোকপীগী মমিংনা চাউবী দেবী, মরেপ বাংহ, ফিয়োনকম ফম্মী। মোনো মুপী অনী লোম্নি। কালাচাঁদদি অতোনবীনা পোকপনি। মচিন-মনাউ অনীনি— বোকুল অমম্নুং কালাচাঁদ। ময়াম্না বোকুলদি লাইরিক লাইগু খোইনা তমদে, ঈশৈ তৌই। মৈতৈ

ঈশৈদ মগুনা আসামী অমসুং বাংলাগী ঈশৈ শকপা তম্মী। মোকুলনা মনাক্ত কালাচাঁদবু য়াম্না নুনা-চান্না তৌই। ঈশৈ-মোংমাই তৌবা ইমুংদা চাউরকপা মরম্না কালাচাঁদগী থম্মোয়দা ঈশৈবু য়াম্না পামজবা, নুংশিবা অমা ঈরোয়ননা হৌরকই। মতোন্দা ঈশৈগী গুণ য়াম্না লৈ। মহাক ঈশৈদা তাওকৈ।

## লাইরিক তম্বা

মশাগী চহী ৭ শুবদা কালাচাঁদনা ময়াম্বা মোকুলগী মকমদগী য়ুমদা লাইরিক তম্বা হৌই। অতুদগী তেম্না কৈথেল এল: পি: স্কুলদা তম্মী। হেদ মাষ্টরনা মকু বাবু। ছাত্রশিংনা মকু মালি, মনাতোন য়াম্না তুম্মী হায়দুনা থোনবা মিংনি — মকু বাবু। য়াম্না ফুগনি, মকু বাবু হায়না মমিং চৎলি। মথংদা থাংমৈবন্দ য়ু. পি. দা তম্মী। অতুদগী জোনষ্টোন মিদল ইংলিস স্কুলদা ক্লাস নাইন ফাওবা তম্নগা ক্লাস টেম্না পোৎচাটিদা চৎলগা থাই। মতমদুদা যামিনী সুন্দর গুহনা হেদ মাষ্টর ওইরি। মানা হায় স্কুলদা তম্নকপা টেক্সবুকশিংগী মনুংদা 'সীতা বনবাস', ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরগী 'ব্যাকরণ কৌমুদী' হৌজিককাওবা নীংশিংলি। লাইরিক ক্ষবগী ছাত্র বৃত্তি থাদ লুপা ৩ ফংই। শুপ্নমী ছাত্র তরুক থরুংলগা পীবা বৃত্তিনি। মতমদুদা কৌ শংবাইদা শিকি পৈশামরী পীরম্মী।

## মুখ পানবা

খৃ: কু: ১৯৩৬ দা 'শাস্ত্রী' পাস তৌরগা মরুমদা থোরকতুনা লৈরে। ময়াম্না শোম্নরে— ওন্থোক্লা হৈবা, সংস্কৃত পণ্ডিত অমা মণিপুরদা লৈরে। লাইরিক-লাইশু হৈবা য়াম্না তাওবা মতম ওইবনা বি, এ, এম, এ, পাস তৌরবা মীওই খরা অতুবু মীয়াম্না ওক্লা য়েংলৈ, শোম্নৈ। হৌজিক মনুমদা ব্রাহ্মণ মরাম লাকতুনা সংস্কৃত তম্নরে। কালাচাঁদ শাস্ত্রী শিখা চাইনা থাকই। হৈনখিবদগী ঙা তাওবদা অহানবদা ময়াংদৌনা মতোন বাংলপ বাংলপ তৌরম্মী। অচৌবা সংস্কৃত পণ্ডিত অমগুম লাক্তিনা চানু মরামদ সংস্কৃত তম্মী। মরমদা 'পাণিনি ভবন' লিংখৎজনা

আসাম সংস্কৃত বোর্ডকী মখাদা সংস্কৃত পরীক্ষা থাবা য়ানবা থোরাঙ তৌরম্মী। মুʼমং খুদিংগী লাক্লিবা ছাত্র ৩০/৪০ অহু লেম্না মহৈ তম্বী—বিদ্যা দাম্নি। লাক্লিবা ছাত্র খুদিংমকপু সংস্কৃত ঙাঙহল্লি, সংস্কৃতনা খুমহল্লি। ‘লঘু সিদ্ধান্ত কৌমুদী’ চিনকা পুহল্লি। অস্তুম্না মতম খয়া লৈরগা চৌজিকী সি, সি, হায়র সেকেন্দরী স্কুলদা সংস্কৃতকী ওঝা ওইরে।

মতম অতুগী ফম্নাইবা অমস্তুং অঙম-অথোশিংনা লাইরিক-লাইগু হৈবা নত্রগা ঈশৈ-নোংমাই তৌবশিংদা মচা-মশু থাজনবা ঙসি চৎমৈ। কৈশামপাৎ থোকচোম লৈকায়দা লৈবা শগোলসেম চন্দ্রসিংহ লাকপনা (মহাক ‘নহারুপ লাকপা ওই, মাইনর (ক্লাস সিক্স) পাস তৌরবা, মীয়াম্না ব্যবহার তৌমবা মীশক অমনি। খুন্দা চৎপা মতমদা য়ারেক সন্ত্রী তৌহনা খুম্না লেম্না থাকই। থাগী তলব লু: ৭৫/- ফংই)। মচাদুগী অহন ইবেচাওবী দেবীবু কালাচাঁদা লূহোংহনা থাজগে খল্লম্মী। থোইদোক্লস্তু ময়াম্বা বোকুলনা কম্না হোৎমবদগী য়ারে। তশেংবদি, মতমত্তুদা কাহাচাঁদ শাস্ত্রীদি মাগী সংস্কৃতকী বিদ্যা নত্তনা অতৈ করিস্তু লৈরমদে। য়াম্না লায়রৈ, লৌ-ইংখোল, য়ুম-কৈ পুম্নমক বন্ধবতা লৈরম্মী। ময়াম্বা বোকুলগীদা লৈরম্মী। মমাকনিপা পণ্ডিত নহʼবু শেম্নিগে হায়বগী বাখন্দা লাকপনা মচাদুগীবু মঙোন্দা লূহোংবা য়ুক্তী।

লূহোংবগী থোরাঙ তৌরে। সংস্কৃত তʼম্নৈদা গুরুগী সেব দা (চাক থোংবা, কোল্লিক ফেংবনচিংবদা) মখূৎ তঙলদা, কায়রবা কালাচাঁদ শাস্ত্রীবু মাগী দাউজি শম্মনচিংবা শিযাশিংনা কেৰিরে। পোকপদগী কেবা হৈরক্লবা মীনি, সংস্কৃত শ্লোক খিবদা দেপা চৎত্রবা, শ্লোকতনা মবুক থল্দুনা লাকপনি। দাউজিনা খূজিলথাঙ পুথোকতুনা য়াথিনা পীক থল্লবা ময়াদগী য়াখি থোংতোক্লে, মখূজিল ককপিরে। মরু অমগী কেবা-মোবা হৌনবা কেরে। অস্তুম্না ইবেচাওবীগা লূহোংলে। (ইবেচাওবী তম্ফাসনা স্কুলগী অহানবা অকোইজম অমুবগীদা হৌরকপা

মতমগী ছাত্রীনি— ক্লাস সিক্স কাওবা তমখি।) যুম্নানবগী পুক্তিদা খোঙ-দারে। মথং চহীদা মচানিপা য়াধাচরন পোকই। মথংদা অনৌওবা লাজাউ লাকতুনা মৈত্রমদা লান চেল্লি। লানগারকপদা ময়ুম-মকৈ নীংথিনা লৈরমদবদগী শগোলসেমদা য়াওং ইনতুনা লৈরে। পুম্না মচা ৬ পোকই, মুপা ১, মুপী ৫ (য়াধাচরন, প্রতিমা, রত্ন', সুমিত্রা, চন্দ্রকলা অমসুং সাবিত্রী)। মকুথোক চন্দ্রসিং লাকপনা কলাচাঁদবু ওঝা ওইনা ওইনা বি:এ:, বি: টি: থাহল্লে। মচানিপাদোনা মুংশিনা কোনবিরে। অসুম্না চহী ২° রোম য়াওং ইনতুনা লৈরবা মতুংদা, হরাইবম নিঙোল গম্ভিনী দেবীবু অতোনবী ওইনা লৌতুনা শগোলসেমগী ইমুং হুন্দোক্লম্লগা সলাম লৈকায়দা লৈখি। মমৈথংদা উরিপোক্লা ইংখোল অমা লৈতুনা মুপী অতোনবী গম্ভিনী দেবীগা মচানিপা ডা: বঙ্কিমচন্দ্রগা লোয়ননা লৈমিন্নখি।

ওঝা ওইবা

সি: সি: হায়স্কুলদা ওঝা ওইরবা মতুংদা, অজ্ঞা অতোম্বাপুনা জোনষ্টোন স্কুলদগী থবক্তগী পোত্থারবা মতমদা, মাগী মগুন্দা সংস্কৃত তম্বিবা ওঝা অমা ওইনা চঙই। মথং মথং ওইনা স্কুল অসিগী হেড মাষ্টর ওইনা খৃ: কু: ১৯৬৫ দা থবক্তগী পোত্থাখি। খৃ: কু: ১৯৪৬ দা ডি, এম, কোলেজনা হুমিদাং কোলেজ ওইবা হৌবা মতমদসু সংস্কৃত তম্বিরম্মী। থবক্তগী পোত্থারবা মতুংদা ইম্ফাল কোলেজদা মতম খরসু ওঝা ওইরম্মী।

ওঝা অমা ওইনা কালাচাঁদ শাস্ত্রীগী থোইদোকপা মগুণদি ফাগি তৌতুনা, নোকহন্দুনা ছাত্রশিংবু য়াম্না লায়না থঙহন্নবা হোৎনবা অসিনি। মাগী ক্লাসতি নোকপনা মহানি। ফাগি য়াম্না তৌগল্লি। বা ডাঙবদা একটিং তৌতুনা, মঙক পৈতুনা, মমিৎ-মনা য়াওনা ডাঙই। কালাচাঁদ শাস্ত্রী মনা পংই। অতুনা ছাত্রশিংনা মঙোন্দা লঙনবগী মুংঙাইরবা থৌদোক কয়া লৈ। ছাত্র অমনা লাংই, ওঝা কালাচাঁদ

উবদা লোৎগে।' লাংদবা, মরাল লৈতবা ছাত্র অমদা লৌচৈনা কল্লি। "ওঝা, ঐ নত্তে, মাননি, ঐদি লাংদে"—ছাত্রহুনা খুম্মকই। ওঝানা হায়—"অমহানি, ছাত্র অমদা ফুরগা য়ারে। ছাত্র হায়বদি কমন নাউননি।" ছাত্রশিংনা ক্লাস লৈথোক্লুনা কাংজেবুংদা জুরার শান্নবা য়াওই। ওঝা কালাচাঁদনা লৌচৈ অমা পায়রগা ভারৈ— বাজার য়ৌনা তান্নবা য়াওই। ছাত্র নত্তবা কয়াদস্থ ফুরুবা য়াওই। নোংমনা, জুরার শান্নবা ছাত্র কাওবু কাগদবগী ভান্নরকই। ছাত্রশিংনা ওঝা লাকপা উবদা জুরারগী চে লোৎশিল্লি। ওঝানা হংই— "নখোয় কৈদৌরি?" ছাত্রশিংনা খুম্মী "জুরার শান্নরি ওঝা।" "কৈ কৈ" হায়রগা চৎখি। ছাত্রশিংনা খঙই ওঝা কালাচাঁদ করিস্থ খঙলোই, মনা পংই। ওঝা কালাচাঁদগী হৈনবী অমনা ছাত্রশিংদা বাহং জাৎ জাৎ হংবা, মৌখিক হংবা অসিনি। হংই— "পৃথিবীগী মমায়দা করি লৈ?" খুম্বা ওমথ্রবা মতমদা ওঝানা হায়রকই—"খি" লৈ। বা লাউনা নোকই। "মৈতৈলোনগা ইংরেজীগা য়ান্নবা বাহৈ পরেং করিনা?" ওঝানা খুম্মী— "I am worry—"ঐ বারি।" বা নোকই। অস্থমা অর্থ হল্লি 'হোটেল' বু 'লম্বী চাকখুম' অসিনচিংবা কয়া কয়া।

## সংস্কৃত পণ্ডিত অমা ওইনা

কালাচাঁদ শ স্ত্রী মণিপুরগী অভাঙবা সংস্কৃত পণ্ডিত অমনি। সংস্কৃত শিক্ষাগী মতাঙদা মানা মরুওইনা নৈনরুবা অমস্থং ভমলুবা ছীরম্না ব্যাকরণনি। অহুনা মঙোন্দা 'শব্দ' গী থোইদোকপা জ্ঞান লৈ। শব্দগী (বাহৈ) অর্থ, বিকার, বাহন্দোক, শেমদোক-শেমজিন য়াবা মওং, মশেমজিন কয়াগী কুপ্পবা জ্ঞান লৈ। হায়নবা লৈ— পাণিণি মশামক্তা শব্দগী শক্তি চাংয়েং তৌবদা শব্দদগী কৈ শাগৎলি, কৈ ওল্লে। কৈহুনা চিক্ৎনা শিখি। কালাচাঁদ শাস্ত্রীনা ব্যাকরণদা নত্তনা— বেদ, পুরাণ, গীতা, মহাকাব্য, শ্রীমদ্ভাগবত, চৈতন্যচরিতামৃতম্ অসিনচিংবদা মাগী হৈশিংবা, খঙ-হৈবগী তোপ-তোপ্পা মগুণ উবা ফংই। কমুংদগী হেক হৌগৎপগা

হিন্দু অমা ওইবগী হৌনবী লাইশোল-তিনশোল তৌরবা মতুংদা চৌন্দা মুরুম মুরুম শোনবা হৌরে। কঁরিস্থু নত্তে, পাণিনিগী আধ্যায় ৮ চৌন্দা পূই, মত্থু শোল্লিবনি। আধ্যায় ৮ অসি মকোক্তগী ('বৃ'দ্ধরাদেচ' না হৌবা) লোইবা ফাওবা থীরগা অরোয়বদগী ("অ অ") অমুক হন্দনা মকোক ফাওবা চৌনফা পুবা ওন্মী। ওসিফাওবা নোংমত্তা লেপ্পনা মুমিৎ খুঁদিং থিরিবনি। মসিদা নত্তে, গীতাগী শ্লোকশিং লোইনা চৌনফা পূই। সংস্কৃত তম্বদা চৌনফা পুদবা য়াদে। কালাচাঁদনা সংস্কৃত শ্লোক কয়া চৌনফা পুনবা হোৎনবদা শিখাদা লং কিহুনা মিত্তা মোরোক হাপত্তুনা (তুম্লিংদনবা, উইদনবা) লাইরিক ওরাইলকই। চিনফা পুনবগীদমক্তা উখোংদা ওরগা সংস্কৃত শ্লোকশিং অদু ছন্দ নাইনা হম্মা হয়া থঁহুনা শাররমনবনা মখোয়গী ওাথকম উখোংশিং অদু মরু কোক্তনা, শুংহুনা লৈ হায়। চৌনফা পুবগী কাররবা তাঞ্জা অমা লাক্লে। মমৈথংদা, নোংমা কালাচাঁদ শাস্ত্রীনা মাওব অমদা গীতাপাঠ তৌবা চৎপদা, তৌবমদাইদা লাইরিক ফাক্তোকউবদা শ্রীমদ্ভাগবত ওইরম্লে, অশোয়বা অমগী ওম-তৈননা পুবকপানি। মহাক কারি অমত্তা হুংশা থিবিদে, মরুওই শংতাঁদ মচৌন্দা পক্তুনা লৈবনি। চৌনফাদা গীতা পাঠ তৌরে। মহাক মশা মতোম্মতা নওনা, তাথিবা ভাবোক কনা অমত্তনা খঙখিদে সংস্কৃতকী মত্তাংদদি মহাক লৈবাক্তী ওঝানি। মতোন্দা কৈনোমা হংউবগা খঙদবা লৈতে, মতু তাকপদা চোকথবা খঙদে। ময়ুমদা, স্কুলদা, কালেজদা, লম্বীদা, হোটেলদা মানা লৈরু লৈরু মফমদা হেক্তা হংলে, তেক্তা তাকই। (বারেং ইঙ্গ্লিবা ইশামক ইম্ফাল কোলেজদা থেংনজ্জহৌই। লম্বীদা খেংনবদা হোটেলদা চা ফাল্লুসি হায়হুনা পুশিল্লগা তম্বনা বারী শাজখি। উরিপোক্কী হোটেলদা চা থকমিরহুনা মোংমা ঐনা হংজখি— "ইপা-ইপু শিঞ্জবা মতুংদা তর্পন কংলি। শিঞ্জবা ইপা-ইপুশিংগী থবাংহুঁদ করম্বা জীবদা চঙঞবগে হায়বদি খঙবা ওমদে। কংলিবশিং অসি কামরিত্রা, মখোয়না করম্বা লৌগনি।" মাগী ক্লাসিক স্মাইল (হৈনবী মীনোক) অদু নোক্লহুনা হায়রকই— "ঈশিং ওইমা তর্পন

তৌ। লেয়া মাওদবনি।" অসিগুম্বা থৌদোক কযানি।) ময়ূমদা মী কয়া লাকই — হংলে, তান্নৈ, নৈনৈ, খন্নৈ। ব্রহ্মণশিং অমদি অতৈ থবায় য়াওবশিংদা লেয়া সংস্কৃত তম্বী। অতোম্বাপূ রিসার্চ সেণ্টরগী 'সংস্কৃত বিদ্যালয়' দা ওঝা ওইডুনা মুমিদাং চহী ১/২ সংস্কৃত তম্বীরম্মী। মাগী পান্দমদি থা ৬ তা সংস্কৃত হৈহনবনি। মাওব কয়াদা, মকম কয়াদা গীতা, ভাগবদ পাঠ তৌই, রামায়ণ, মহাভারতকী ৱারী লী, লেকচর তৌই। মমাওদৈদা হারমোনিয়ম পায়রগা মহাবলীগী মাওব অমদি অতৈ মকম কয়াদা সংস্কৃত শ্লোক ছন্দ নাইনা খীডুনা লেকচর তৌরম্মী। মাগী ব্যাখ্যাদা মী পুম্নমক শুমহৎলি। মতম খরা অতোম্বাপু শর্মাগী মাওবদা ওঝা কালাচাঁদনা মেরাগী নিয়ম তৌই। নোংমা-নোংমগী অচাবা ভাবোক মশীং অমুম অমুম য়ামখৎলক্কনা মমৈথংদা মাইক পানবা তারক্কনা মাইক পানখি, ভাবোকশিংনা পৈশা খায়জিল্লডুনা মখা চৎখি। গীতা পাঠ তৌবদা 'গীতা' হায়বা ৱাহৈ অসিদং শব্দোক্কা তাকপদা চয়োল অমা হেন্না চঙই। মীনা মাবু মৈতৈনি হায়বা খঙদে, ব্রাহ্মন অমনি হায়না লৌই।

মণিপুরগী সংস্কৃত পণ্ডিতশিংগা ওঝা কালাচাঁদ শস্ত্রীগা মরৈ তৌনবা, য়েৎনবগী থৌদোক কয়া লে। চূড়াচান্দ মহারাজ পাল্লিতৈ মতাম্ন। ব্রহ্মসভাগী পণ্ডিতশিংগা কালাচাঁদ শাস্ত্রীগা 'পর অপর' (মখা মথা নত্তবা) হায়বা ৱাহৈশিং অসিগী অর্থ তৌনরকপদা চূড়াচান্দ মহারাজগী মমাওদা মরৈ তৌনহনখি। কালাচাঁদ শাস্ত্রীনা সংস্কৃততা শাংনা শাংনা ব্যাখ্যা তৌই। ব্রহ্মসভাগী পণ্ডিতশিং ময়া কুমখি, কনা অমত্তা খুমা ওমখিদে। মাগী পণ্ডিতশিংনা মায়থিবা উবদা চূড়াচান্দ মহারাজনা শাউডুনা ফুক হৌগৎলগা ইমুংদা চঙখি। অতোপ্প থৌদোক অমদনা, কৃষ্ণ অনী শুই, শুদে হায়বসিগী মরৈ তৌনরকই। কালাচাঁদ শাস্ত্রীনা হায় — অপাম্বা মোক অমা থল্লু। অনী শুই হায়্রানংলবস্তু য়াই, ঐনা অপাম্বি হায়গনি। অমত্তনি হায়রবদু ঐনা অনী শুই হায়গনি। মতোল্লা পলরিবা তর্কগী জ্ঞান, ৱাহৈগী শক্তি ময়াম অসি অংকপনি।

সংস্কৃতকী মতাঙদা, কালাচাঁদ শাস্ত্রীগী মোতনি, মাগী ব্যাখ্যানি নত্রগা মানা তৌবা অনুবাদনি হায়রবদি মথা অমুক রা ঙাঙনত্রে, অতুম য়ান'গুম তৌরে। তশেংবমক মহাক্তি ডিক্সনারীনি, অহিংবা এনসাইক্লোপেদিয়া অমনি। লাইব্রিক পাবদা, ইবদা চোকথবা থঙদে। মুংশা শাবা চঙদে। নোংমা শারবা মুংশা মরক্তা ফমহুনা লাইব্রিক ইহুনা লৈরম্বা উবদা মাগী শিষ্য অমনা হায়— "ঙন্বা মুংশা য়াম্না শারে, ইমুংদা চঙলসি।" মতমহুদা থঙলকই— মহাক অমুক কুইবসি মুংশা মরক্তা ফমহুনা লাই-ব্রিক ইরক্লি। সংস্কৃত লোন অসি য়াম্না ফজনা অমসুং মমুৎ তানা থঙই হায়বসি মাগী খৃঃ কুঃ ১৯৭৩ দা ফোঙবা, কালিদাসকী 'মেঘদূত' গী মওং লৌহুনা ইবা "প্রেমদূত কাব্যম," অসিনা অরাবা খূদম্নি। শ্লোক ২১৬ য়াঙবা, মন্দাক্রান্তা ছন্দদা ইবা কাব্য অসি মৈতৈমচানা সংস্কৃত লোন্দা ইবা অহানবা লাইব্রিক্লি। মমা লোন নত্তবা সংস্কৃত লোন্দা কাব্য অমা ইবসি অরায়বা থবক নত্তে। মতুংদা মাগুম্বা মীশক পাক্লা থোরকনি হায়বা থাজদে। মণিপুরগী অশেংবা সংস্কৃত পণ্ডিততি অত্তোম্বাপুগী মথংদা কালাচাঁদ মত্তোমতনি।

## মহাভারত ইবা

মণিপুরী সাহিত্যদা কালাচাঁদ শাস্ত্রীগী মুৎপা নাইদনা মতমচপ্পদা লৈহৌরগদবা লেঙত্রবা থূদোল অমদি বেদব্যাসকী শ্লোকাবলী 'মহাভারত' পু পর্ব-অধ্যায় শ্লোক মথং-মনাও কায়দনা মরক মরক্তা টীকা পীহুনা মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লনা ফোঙলম্বা অসিনি। চহী ৩৯ চঙবা অচৌবা থবক অমনি। মরামগা মায়দবা অঙকপা অমনা— মশা মত্তোমত্তনা হন্দোকপা, ইবা, নম্বা, প্রুফ য়েংবা অমসুং মকম কয়াদা চৎহুনা য়োনবগী থবকসু তৌবা অসিনি। হোকর অমগুম সাইকল অমা তোঙলহুনা, থাউ অমদা মহাভারত কোপী থরা হাপ্লগা থাম্লবা মোইরাং ককচিং তাম্না মহাভারত য়োনবা চৎলি। "ইবুংঙো, মহাভারত কোপী অমত্তা লৈবিয়ু চে লৈনবা পৈশা লৈত্রি। শিত্রিভৈদা অসিমত্তং লোইনা

ফোঙনিংই……।" য়োনবা লাকপদা ওঝানা ত্তুনা পনবা য়াহৈনি। চহী অমা/অনীরোমগী মমাঙদনি। ওঝা শাস্ত্রী ঐগী য়ুমদা মহাভারত য়োনবা লাকই। ঐগী য়ুমকাও চঙলকপা ঙমত্রত্তুনা কোম্বোংদা ফমত্তুনা লৈরগা ঐবু কৌথোকইরে। কৌশিল্লগা পোংথাহল্লে। ঐথোয় লৈকায়গী মহাভারত য়োনগদবা মীশক ৪/৫ অতুগী য়ুমদা চংলগা ঐনা য়োনবিরে। রিস্কো অমা ফারগা মযুমদা চংহনখি। ১তমসি মশাগী চহী ৯° গুরবনি। অহন ওইরবদা মাগী ফিভম য়েংবা মুংঙাইতে— লম্বীগী চিদায় অমদা হেক ফমত্তুনা লৈরম্মী। বেঙ্কী মী পয়েং মরক্তা লেপ্পা ঙমক্কত্তুনা ফমথত্তুনা লৈ। হৌজিক্কি মহাক চংপা ঙমদ্রে— য়ুমদা নিংগাং শিংত্তুনা চংলে।

মহাভারত য়োনবা চংপদা খুদোংথিবা কয়া থে নখি। নোংমনা স্কুটরনা থেল্লাইরমত্তুনা শাথিনা শোকউরে, শরু তেকউরে। অঙকপদি, শাথিনা শোল্লবা অতুকাওবা অনাবা ফাওদবা মাল্লি, নাই হায়দে। শোরৈ— "শরু তেকপগী চৈনাখোল ফাওদবা মীশক্কি।" অমুক্তা কৈ-থেলদা মিলিটারীগী গাড়ীনা মাগী সাইকল অতু তক্কুনা পুমতোয় তোইরুরে। গাড়ীনা তক্কুনা শিরে হায়নরুরবনি। করমবু হিংলক্লিবা— মিলিটারীগী গাড়ীত্তুগী মখাদা মাগী সাইকলত্তুনা পুমতেক তেক্কা তারি— মশানা করিম্তু তৌদনা লৈরম্মী। পুম্মমক অসি মঙোন্দা করিম্তু নাচুংদে, থৌশাদে। চংপ্রম্তু খাম্মবম্তু য়াদে, হেক্তা হায়রকই— "নঙবু মীওইবগী শিক্কম থঙত্রা? কদায়দা কৈদৌঙৈ শিগনি হায়বা ঙমত্রা?" ঙাঙনবা য়াবা মীশক নত্তে। লাইনা শেমত্তুনা লৈবা মীওম মাদি করিমত্তা থৌশাদনা হরাউনা লৈথোকপা ঙম্মী। অঙকপা নিপা অমান!

মহাভারত ইবা হৌখিবসি 'মণিপুরী মহাভারত সভা' কৌবা, খৃঃ কুঃ ১৯৫৫, জুন ২° দা শেমখিবা কামত্তি অমগী থৌরাঙদগীনি। কমিত্তি অসিনা ওঝা কালাচাঁদদা হায়নত্তুনা মহাভারত হন্দোকহনখি। খৃঃ কুঃ ১৯৫৬, জানুয়ারী ২৭, মাঘ পূর্ণিমাগী অয়ুক পুং ৭ তাবদা, কমিত্তি অসিনা মহাভারতকী আদি পর্ব্ব, অহানবা তংখায়, থও অমা,

নম্বা হৌই। ভাগ্যবতী কার্য্যালয়, চূড়াচান্দ প্রিন্টিং বার্কস, শগোলবন্দ, ইম্ফালদা মমল তংথায় পীড়ুনা নম্বনি। চহী অসিদা (১৯৫৬) অহানবা খণ্ড (লামায় ৫১৬, মমল, লু: ১০/-) ফোঙবা হৌই। লাইরিক অসিগী বাহৌদোক্লা শাস্ত্রীনা ইরি— 'সংস্কৃত থিক্তং তমজরুরগ /ইতিক ইপা ওইদবা থবকপু/ইয়োন্দা ভারতপু হন্দোকপা ভারবু/ময়ামগী য়াথং ইন্দুনা পূজৈ।" অহানবা ইবা হৌগংলকপদা মহৌশা গনেশনা তৌখিবগুম মাগী অচানবা শিষ্য দাউজি শর্ম্মদা (বেদগর্ভ) হায়র হায়রগা ইহল্লি। কালাচাঁদ শ স্ত্রীনা পায়গা মৈতৈলোন্দা হেক্তা হায়, দাউজি শর্ম্মনা হেক্তা ইশিল্লি। অমুক হন্নদে। অস্নুমা সভাপর্ব্ব ফাওবা দাউ.জ শর্ম্মনা ইবদা য়াম্না তেংবাংথি। ওঝা শাস্ত্রীনা মৈতৈলোন্দা হন্দোকপগী মতাঙদা দাউজি শর্ম্মগা য়েংনথিবগী সুংঙাইবা মতাঙ অমা লৈথি। মহাভারতকী মতাঙ অমদা কালাচ াদনা অনুবাদ তৌই— যুধিষ্টীরনা ব্রাহ্মণ ময়াম কৌরগা ওক পীজৈ। দাউজি শর্ম্মনা অনুবাদ অসি য়ানিংদে, মরৈ তৌই। মাল্লিনাথকী টীকা ফাক্তুনা য়েংনরে। 'হুইওক' হায়বা জীব মথল অমু ওইরে। মসিগী মতুংদগীদি ওঝা কালাচাঁদ মতোমগনা ইবগী থবক তৌখ্রে। ফোঙবসু 'মণিপুরী মহাভারত সভা'না ভোল্যুম ১৭ ফাওবা ফোঙলবা মতুংদা ওঝানা মরম্মাই ওইনা মথা ফোঙজখি। হৌজিক ফাওবদা ৩১ শুবা খণ্ড ফোঙলে। খৃ: কু: ১৯৯৩, লা: ৫০৩, মমল লুপা ১০০/-)। মথংগী ৫২ শুবা ভোল্যুম অসিনা মহাভারতকী অরোয়বা শরুক ওইগদৌরিবনি। খৃ: কু: ১৯৫৬ দগী ১৯৯৫ ফাওবা চহী ৩৯ চঙনা লেপ্পা লৈতনা হোৎনরকপা অঙকপা সাধনা অমনি। চৎপা মকম খুদিংমক্তা থাউ অমদা মহাভারত পুহুনা চৎলি। অশংবা মতমদা ফাক্তোক্লগা হেক্তা অনুবাদ তৌই। না তাথিবা মরম্মা মীনা ঙাঙবসু কয়া ভাদে, মানা ইগদবা অহু ইহুনা অহুম লৈ। অমুক হন্না ইত্রা হায়না হংবদা থুরকই— "অমুক ইবসিনা লোয়রে। অমুক ইথোরুবগী মতম লৈতে।" থুৎনু ফজৈ, ইবদা তপ্পা তপ্পা ই।

**সাহিত্যগী খুদোল ঃ**

'মণিপুরী মহাভারত' হন্দোক্নুনা লেঙজবা উয়োং-খুদোল থনমুক্তা নত্তনা অতৈ লাইরিক কয়া কোওহুনা মণিপুরী সাহিত্যদা শীংথানবা হায়রবা দান তৌরি। মাগী ফোঙলবা লাইরিকশিংদি—

১। অশংবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস (১৯৬২)

২। মণিপুরী ব্যাকরণ কৌমুদী

৩। শ্রীমদ্ভগবদ গীতা (মণিপুরী পদ্য অনুবাদ, ১৯৬১)

৪। শৈরেং লৈতেং (১৯৬৪)

৫। কালিদাসকী রঘুবংস মহাকাব্য (মীতৈ শৈরেংদা, ১৯৭২)

৬। প্রেমদূত কাব্যম্‌, (সংস্কৃত, ১৯৭৩)

৭। শ্রীমদ্ভগবদ গীতা

৮। বাসুদেব মহাকাব্য অসিনচিংবনি।

'অশংবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস' অসি মিঃ এঃ ইলেবটিভ মণিপুরী হাংবগী মতাঙদা সাহিত্যগী ইতিহাস অমা দরকার ওইবদগী ইখিবনি। কালিদাসকী 'রঘুবংস' অসি অনুবাদ সাহিত্যদা শীংথানবা য়ারবা অমনি। কালাচাঁদকী সাহিত্যগী মীৎয়েংদি— সংস্কৃত সাহিত্যনা য়ুমকম ওইরগা পুম্নমক য়েংলকপনি। ব্যাকরণ, আলঙ্কার পুম্নমক সংস্কৃত সাহিত্যদা পানশিল্লবা হোৎনবনি। 'বাসুদেব মহাকাব্য' ইরবসু কালাচাঁদবু কবি অমা ওইনা শীংথানবগী মহুত্তা পণ্ডিত অমা ওইনা শীংথানবনা হেল্লি। ধর্ম্মগী মতাঙদা, 'গীতা' বু য়াম্না মুন্না মমুৎ তানা, য়েংশিন্না থওবা অচৌবা পণ্ডিত অমগী লেঙজবা ফিরেপ অমা কন্দুনা লৈরি।

**ঈশৈগী অপম্বা ঃ**

কালাচাঁদ শাস্ত্রীনা থবায় লুপ্পা পামজবদি ঈশৈনি। মহাক ঈশৈদা ভাওই। অপোকপা মোনো অমসুং ময়াম্বা খোকুল অনীমক ঈশৈ তৌই। মহাকনু নট অমসুং শাস্ত্রীয় সঙ্গীত অনীমক ওম্বা নাইনা তম্মী। ওস্তাদ থম্বৌ অমসুং থাংমৈবন্দগী গোপিমোহন্দগী ক্লাসিকেল

ঈশৈ তম্মী। থাঙেম্বম অমুথীগা লোয়ননা চেক্কোনগী মৃ্দংলনমচাদগী নটকী ঈশৈ তম্মী। ত্রিনাদতা কলাম্বাতি (শাস্ত্রীয় সঙ্গীত) শকই। নটকী ঈশৈ কাংনবদমৃ য়াওই। পুং য়েবা (তবলা) হৈ, সিতার, হারমোনিয়ম নীংথিনা খোংবা ভম্মী। পণ্ডিত কালাচাঁদ কলাকার অমম্বুনি। কৈশাম্পাৎ খোকচোম লৈকারদা লৈরিবৈদা, অথেংবা অহিংদা, থাবল করবা মতমদা মতোমতা সিতার খোংছুনা লৈবা য়াওই। ময়ুমদা ঈশৈ শকপা-শকপী কয়া ঈশৈগী মরমদা তাম্মৈ। হারমোনিয়ম পুথোকতুনা মখোয়গা ঈশৈ ওৎরাইমিন্নৈ। পাকথছুনা চাগানি থর্নি খঙদবমখৈ ঈশৈ তিন্নছুনা লৈথোকই। থাজ অশংবী, মুক্তা লৈ, বুঙ্গবতী, তম্পাকলৈমা, মণিমচা, গস্তিনী, রঞ্জনা আসনচিংবা কলাকার কয়ানি মাগীদা তোয়না লাকখিবা অমসুং ঈশৈ তিন্নখিবা। ঈশৈগী ময়েক, রস, রাগীগী মতাঙ কয়া নৈনৈ, তাম্নৈ, হংলৈ। ভসি কালাচাঁদগী সঙ্গীতকী তাইবং অসিবু মরাম্না ইখঙ খঙনদবগুম তৌই।

## ঈশৈ ময়েক ইবা অমা ওইবা :

কালাচাঁদ শাস্ত্রীবু ঈশৈ ময়েক ইবা অমা ওইনা কয়াংনা খঙনদে। অদুবু মাদি মণিপুরী, বাংলা, হিন্দী, ব্রজবোলীদ। ঈশৈ ময়েক কয়া ইখ্রবা শৈরেংবা (lyricist) অমনি। মরুওইনা, নট, খুবাক ঈশৈ অমসুং বাসোকী ঈশৈ ময়েক কয়া ই। মানা ইবা ভ্রাশাশংগী ঈশৈ ময়েকসু ই। পাসখেলাগী ঈশৈ ময়েক ই। তিনীদ মহারাস রাস অমসুং খুবাক ঈশৈগী ময়েক ই। অবাবদি, মানা ইখিবা ঈশৈ ময়েকশিং অসিগী কোপী মশাদা থমহৌদে, অমত্তা থিবা থহত্রে। করিগুম্বা ঈশৈ ময়েকশিং অসি খোমজিন্দুনা লাইরিক ওইনা কোঙলর্বদ মমল য়াম্বা সাহিত্যগী মচাক অমা ওইগনি।

নোংমা অরুম হোত্ছুনা কমুংদা হিপতুনা লৈরম্মী। মাঙোন্দদি অপোকপগা লোয়ননা কয়া নট পালাগী ঈশৈ তিন্নরি। ঈশৈ শিন্নবা লোইরে। অপোকপা মোনোমা কালাচাঁদগী মনাক্তা চঙশি রুগা

চাযবৈ— "ঈশৈ অমত্তা লেংঙ্গনা।" নাহুনা লৈরিবা কাল'চাঁদমা খুদক্তা' ফেঙখি— "সাজ্জিত সুবদনী রা'ঈ। ব্রজনবযুবরাজসঙ্গিতকামা। পীনকুচপরতরলিতমনিময়হারা। সাজ্জিত সুবদনী রাঈ—…।" সংস্কৃত অমসুং ব্রজবো'লী অনী য়াম্বা শৈরেং মক্তেক অসি শ্রীমতী রাধানা অভিসার চৎলমদাই শেম-শাবগী মত্তাঙ অমনি। কৌজিক মসি মট পালাগী মেনকুপ চৎলমদাইগী ঈশৈ ওইবা কনাগুম্বনা শরুরি। মানা ইবা 'সতী স্বয়ম্বর' কৌবা ড্রামাদা য়াওবা মহাদেব খুরুম্বগী ঈশৈ ময়েক অসি মমিং চৎপা অমা ওইখি। মথাদা ঈশৈ ময়েক খরসু পীরি।

( ১ )

কৈলাসকী চিংদোম্বা যোগীশিংগী নিংথৌরেল
ভাম্বোইরি ভাম্বোইরি।
কোকথক্তা যটানা পৈরম্বা পুক্তি
গঙ্গাগী ঈথক্তা যটাদা হৌরি।
বাসুকী লিম্না ভকশমদা য়েংলি
নিনি পানবা থানা লাইবক্তা খোক্লি
নীলকণ্ঠ ইবুংঙো ভাম্বোইরি ভাম্বোইরি।

—সতী স্বয়ম্বর (ড্রামা)

( ২ )

খোংলকখিনু বাঁশি, শোল্লকখিনু নপুর
রাধা রাধা হায়না;
অহিংনা লেনগ্রগা ইমুংনা ভানগ্রগা
কৃষ্ণগী মৈচাক য়েংগেরা বাঁশি।
কৃষ্ণগী রাধানি, রাধাগী কৃষ্ণনি
লৈজবা থিবিক ইবেম্মা রাধা মগীনি।

—মান ভঞ্জন (পাসখেলা)

**পাসখেলা ঃ**

অনীশুবা লানজাউ মমাঙ অমসুং মতুংদা 'পাসখেলা' হায়রনা খঙনবা, রাধা কৃষ্ণগী রারীদা মুক্ষম ওইবা, জগোই-ঈশৈ য়াম্না যাওবা, যাওবত্তা শান্নবা কৃষ্মে মথল অমা লৈরম্মী। পাসখেলাগী হৌরককমদি কৈশাম্পাৎ লৈমজম লৈকায়গী থিয়াম কোল্লুপ হায়রগা খঙই। ( রায়েং ইজরিবা ঐগী কোল্লুপনি। পাসখেলাদা শরুক য়াঙ্খিবশিং ঐগী ইচেম, ইন্দোল ওাক্কনি।) হায়রিবা মতম অসিদা যোগীবেশ, মান ভঞ্জন, প্রভাস খণ্ড, দান লীলা, বাঁশি হরণ, কলঙ্ক ভঞ্জন অসিনচি বসি য়াম্না যায় পাক্লা শান্নখি, মীয়াম্না পাম্নখি। নোংমাইথেম বিমোলা দেবী, থিয়াম অমুমচা, থিয়াম রাধে, নোংমাইথেম ইবেতোন, থিয়াম পীশক অমসুং ইবেনী মমিং চংখিবী কলাকার ওাক্কনি। হায়রিবা পাসখেলা অসি শেমগৎপদা ওঝা কালাচাঁদ শাস্ত্রীনা অচৌবা থৌদাং যাখি। মহাক্না 'প্রভাস খণ্ড' 'কলঙ্ক ভঞ্জন', 'দান লীলা' ইখি। লীলাশিং অসিগী ঈশৈ মরেকস্থ ইখি। 'দান লীলা' দি জেনৎৈন স্কুলগী সরস্বতী পূজা অমদি অতৈ মকম করাদা য়াম্না স্তোয়না শান্নখি। পাসখেলা অসি শেমগৎপদা অতৈ শরুক য়াখিবা ওঝা-গুরুশিংদি —ওঝা নিংথেমজাউ, খুমন্থেম মধুমঙ্গল, ওঝা মিংচাউ, অতোম্বাইমা, য়াংকুঃ সূর্যবিড় সনা, টি, খোইবু অসিনচিংবনি।

**লীলা ইবা অমা ওইনা ঃ**

কালাচাঁদ শাস্ত্রী মণিপুরগী শাংথানবা য়ারবা লীলা ইবা অমনি। মানা ইবা লীলা কয়া এরিয়ান থিয়েটর অমদি অতৈ হোৎলশিংদা শান্নখ্রে। অরাবদি মানা ইবা লীলা অমত্তা ওসিকাওবদা ছাপা তৌদুনা ফোংদ্রিবা মরম্না লীলা ইবা কালাচাঁদ অমম্বা থাকল অমনা কুপ্পুনা খন্দোনা লৈরি। এরিয়ান থিয়েটরনা কোওবা গোল্ডন জুবিলীগী 'সোভিনীর' দা (সম্পাদক এঃ সমরেন্দ্র সিংহ, ১৯৪৫) ওঝা কালাচাঁদ শাস্ত্রীনা ইবা লীলা ১০গী মমিং পনবা থেংনৈ—১) কলাপাহার ২) পাখং, ৩) কীচক বধ, ৪) লাকচখেদা, ৫) হল্লকপা, ৬) য়াওং

ইনবা, ৭) শ্যাম ললিত', ৮) বব্রুবাহন (হিন্দীদা ইবা), ৯) সতী স্বয়ম্বর, ১০) চৎলমদাইদা উরখিসি। লীলাশিং অসি খৃঃ কুঃ ১৯৪৭দগী ১৯৫৭ ফাওবগী মতমদা শাম্নখিবনি হায়। অহুগা শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহনা সম্পাদক ওইবা, খৃঃকুঃ ১৯৬৮দা কোঙবা 'মণিপুর থিয়েটর : সোভিনীর'দা য়াওবা ওঝা শস্ত্রীগী পুন্সি মতেক অহুদা 'চন্দ্রহাস' অমসুং 'অমম্বা' (ডিটেকটিভ) অনীসি লীলা ওইনা শাম্নখিত্রিবা, খুৎই ওইনা লৈরি চায়না পল্লি। সংস্কৃত লোন্দা অহানবা কাব্য ইবা অহানবা মণিপুরী মচা ওইবগুম্না হিন্দীদা অহানবা নাটক ইবা (বব্রুবাহন) মীশক অমসু কালাচাঁদ শাস্ত্রীনা ওইরে। মানা ইবা লীলাশিং অসি ছাপা তৌহনা কোঙদোক্লকপদা কালাচাঁদ শাস্ত্রীগী অনৌবা শক্লোন অমা শোয়দনা তোংথোক্লকখিগনি নাংই।

## এক্টর অমা ওইনা :

খৃঃ কুঃ ১৯৩৫, জুন ২৫ দা অত্তোম্বাপু শর্মাগী মাওবক্তা 'রিজিয়া' শাম্নহনা এরিয়ান থিয়েটর হায়বা সংস্থান অসি হৌদোক্লকপা মতমদগী কালাচাঁদ শাস্ত্রীনা এক্টর অমা ওইনা লীলা কয়াদা শরুক য়াহনা লাকখি। অমুম্না মহাক এরিয়াম থিয়েটরগী শীংথানরবা এক্টর ওইরকখি। ঈশৈদা পুক্লিং খোরদাজবগুম ওঝা শাস্ত্রী লীলা য়াম্না পাম্মী, থিয়েটরদা পুক্লিং লুপ্না মীশক অমনি। অঙনবা মতমদদি অরুবা, সিরিয়স ওইবা রোল (চরিত্র) কয়াদা কুম্মী। এরিয়ান থিয়েটরগী হৌজিকী হোল অসি খৃঃ কুঃ ১৯৪৫ দা শাঙ্গাবদা অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহনা ইবা 'ভাগ্যচন্দ্র' শাম্নখি। লীলাসিদা কালাচাঁদ শাস্ত্রীনা আনন্তশাই মন্ত্রী শাখি। 'কৌরব-পরাজয়'দা ভীষ্ম শাই। মসিং চৎলবা 'কর্ণার্জুন' হায়বা লীলাদা 'বতুর শাহুন' কুমখিবা রোল অহু ঙসিফাওবা শোম্নরি। থম্না থেংবা মক্তমদা কালাচাঁদ শাস্ত্রীবু ফাগি তৌবা কমেডিয়ান অমা ওইনা খঙনরকখি মশামক ফাগি পুবা মীশক অমা ওইবা মরম্না ফাগি-জুগাই তৌবা, নোক্লিংবা চরিত্র শাবদা য়াম্না পকচখি অমসুং মসিং

চংখি। সস্কৃতে ড্রামাগী বিদূষককুম কালাচাঁদ শাস্ত্রীনা মকুম অমদা এরিয়ান থিয়েটরগী ভাবোক কয়াবু পুক্নি পারভুনা লোকহনখি। কমেডিয়ান অমা ওইনা কালাচাঁদ শাস্ত্রীগী মমিং চংপা লীলা অমসুং য়োলশিংদ— ভক্তরাজ (নিংথৌগা লোয়ননা রসরাজ শাই), সতী স্বয়ম্বর (নন্দী-ভৃঙ্গী শাই), শিঙলাইওইবী (নবদ্বিপ-বাসী শাই, বাংলা লোল্লি), ভাগ্যচন্দ্র (বামোন শাই), নল-দময়ন্তী (নল নিংথৌগা লোয়নবা শাই) আসনচিংবা।

এক্টর অমা ওইনা কালাচাঁদ শাস্ত্রীগী থোইদোকপা মওংদ— ষ্টেজদা থোকপগা মানা থোকপা অমা হেক্তা তৌবা ঙম্বা অসিনি। মী য়াংলবসু খুদক্তা চোংথোকতুনা মহৎ শিনবা ঙম্মী। পাইরকী লৌশিং য়াম্না লৈ— লীলা ঙসদা অমসুং টেক্সতা য়াওদবা কয়া খুদক্তা শেম-শাগা হায়বা ঙম্মী। 'সতী স্বয়ম্বর' দা নন্দী ভৃঙ্গী অনীনা (ভৃঙ্গীনা টিঃ থোইমুনা শাই) কৈলাসদা হৈ-লৈ খিবা চংলি। চীং কাবদা নন্দী শারিবা কালাচাঁদ কৈরাক্তগী ঙম্বতুনা মখোঙ শোক্লে। খুদক্তা হায়রকই— "কৈলাস নীংথায়রে, থোঙ শোক্লে।" লীলা অমদা য়ু তাওবা শাই। নহারোলশিংনা গঙ্গাজলনি হায়জিন্দুনা য়ু পীথকপনি। য়ু তাওবা শারিবা কালাচাঁদনা পুক গুরিবনি হায়তুনা মখোঙনা মীগী মখুক্তা নেৎতুনা গুই। পৌরাণিক লীলা অমদনা— লান্দা তেন কাপ্পবদা তেন লোইথোকপ্রে। কালাচাঁদনা খুদক্তা হায়—"খুল্লগা কাপ্পগা লোইরে।" ষ্টেজ মথক্তা তারিবা তেনশিং অদু খুল্লগা কাপখি। মানা তৌথোকলকপদা ফাগি হেক্তা ওই, ইপক্তা পকচে। কালাচাঁদ শাস্ত্রী এক্টর অমা ওইবগী মথক্তা ডিরেক্টর অমসু ওইখি (মমিং চংপা অমদি ওইখিদে।) মানা হিন্দীদা ইবা 'বভ্রুবাহন' হায়বা লীলা অসি মনা ডিরেক্টর ওইদুনা শাগ্লখিবনি।

হিন্দীগী রাস অমসুং খুবাক ঈশৈ ঃ

কালাচাঁদ শাস্ত্রী হিন্দীগী রাস অমসুং বাসক হৌদোকপা মীশক অমনি। রাসকী ঈশৈশিং অসি হিন্দীদা ইথোকই। ডাইলোগশিংসু

হিন্দীগী ওস্লোকই। হিন্দীগী রাসকী প্রস্তাবনা অসুম্না হৌই—

রাজবিহারী শ্রীরাসবিহারী দেখ লীজিএ অবহুঁ—।

শত কোটি বিনতী আজ হমারী,

অপরাধ দোষাদি মাফ কীজিএ

দেখ লীজিএ অবহুঁ…।

হায়রিবা হিন্দীগী রাস অসি বাবুপাড়াগী হোল অমদি অতৈ মফম কয়াদা শান্নখি। মণিপুর বাংমদা, আসামগী মফম খয়দম্ম শান্নখি। খৃঃ কুঃ ১৯৪২, মে ১০, নোংমাইজিং মুমিত্তা ইম্ফালদা বম তাবা মুমিং অসিদা এম, দি, যূ, দা। হিন্দীগী রাসলীলা শান্নগনি হাযত্নুনা থোরাং তোই। বম তারক্লুনা তোকখি, মহৈ মহৈ লান চেন্নখি। হিন্দীগী রাসলীলাদ নত্তুনা কালাচাঁদনা হিন্দীগী বাশোক, খুবাক ঈশৈশু হৌদোক্লম্মী। কাওত্তবম লৈকায়গী ক্লাশ মাওব অমদি কৈশামপাংকী থাংজম মাওবতা হিন্দী বাশোক অমসুং খুবাক-ঈশৈ কয়া কাংনখি।

কেস তৌনবা ঃ

কালাচাঁদ শাস্ত্রীগী পুন্সিদা শাথিরবা কেস অহুমথক থেংনখি। মখোয়দি— ১) মেনটনেন্স কেস, ২) ইংখোলগী খংনবগী কেস অমসুং ৩) পৈশা চাবগী কেস। ঈশ্বরগী থৌজান্দগী কেস অহুমক ওমখি। কেস অহুম অসিদগী খুায়দগী শাথিবদি— পৈশা চাবগী কেস অসিনি। মসি মানা জোনষ্টোন স্কুলগী হেদ মষ্টর ওইরিঙৈ মতমগীনি। মতমসিদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী সভাপতিশু ওইরি, খৃঃ কুঃ ১৯৬৯-৭০ গী মতমনি। কেসকী রাহৌদি মাগী মখাদা লৈবা কেরানীনা স্কুলগী কারকপা শেনকম হৈনখোকপনি, হেদ মাষ্টর ওইরুবা মরম্না ওঝা শাস্ত্রীনা সহি তৌরুবা, মহাকম্ম চেন্নবনি। তশেংনা পৈশা চারুবদি নত্তে। রাহৌ অসিদগী মাবু ফাহুনা জেলদা মুমিং থম্ম থমুই। ওঝা শাস্ত্রীগী উকীলনা নোংমাইথেম বুদ্ধনি, সরকারগী উকীলনা নোংমৈকাপম ইবোতোম্বী, জজনা প্রেমনারায়ণ। মীশক অহুমমক্কা

শংবাই কোৎলগা ময়ুমদা থিনবিরুই। মসিগী মথক্তা মমল য়াম্নবা লাইরিক কয়া লেম্না পি। ভারত সরকারনা মঙোন্দা 'পদ্মশ্রী' উপাধি পীরে হায়দুনা হয়াঙনা পাউ তমলুবদা মানা খুম্নকই— "পদ্মশ্রী হায়বদু ফংবদা শীং গাড়ী অমা য়াওব্রা ?" মঙোন্দদি শীং গাড়ী অমনা হেম্না কাইরে থম্নি। মানা তাথিবদু সুংঙাইত্রবদুনা ইমুং-মনুংগী মীশিংনা তঙনা হায়— "ইয়ারকোন অমত্তা হাপসি, য়াম্না সুংঙাইত্রে।" কবিসু থৌশান্দনা হায়রকই— "করি কারগনি ? ইয়ারকোন হাপ্লগা তানিংদবা বা কয়া তাগনি। সুংশিদবা মীনা ঙাঙলবদি তানিংদে।" বাদল সরকারনা মণিপুরদা লাকতুনা কালিমাই মাগুবতা লীলা উৎলি। লীলাদুদা শগোল য়াওদনা শগোল তোংবগী অভিনয়, একশন কয়া য়াওই। মহু মণিপুরগী তাবোক্তা অনৌবা ওইনা থোকখি। লীলা লোইরবা মতুংদা কালাচাঁদ শাস্ত্রীনা বাদল সরকারনা শগোল থৌবগী মতৌ তমদুনা (নোক্নবগী মওংনি) কালিমাইদগী উরিপোক কাওবা চংলি। নোংমনা ফার্মাসিদা হিদাক লৈরিডেদা ফুরিংথাউ চম্না নিপা অমনা মাগী বেগ অহু শংথ্রে। পুলিসতা রিপোর্ট তৌরে। ওঝাবু মুম্না থঙবা ঙাক্তা ওইবনিনা নিপাদু ফানবা কম্না থিরে। ময়াং ইম্ফালদা লৈবা লৈশং কৌবা গুন্দা অমা ওইরম্মী। মঙোন্দগী কেঃ শ.স্ত্রা থাবা বেগ অহু থেংনদুনা ফারে। পৈশা থরদি হনজিনহোই। খৃঃ কুঃ ১৯৯৪, ফেব্রুয়ারী ২৭ নি। সাহিত্য পরিষদনা শীনবা 'কবি চাউবা মেমোরিয়েল লেকচর' তৌবা লাকই। ভাষণ পীরমদাইদা হংলকই— "ঐনা ঙাঙগদবা টোপিক করিনো ?" ঙাঙবদি মহাভারতকী মরমদা ঙাঙখি। সুপী অহনগা কায়নরদুনা চঙ-নদবা মতম্নি। মশাবী কায়নরবী ঙাদু থঙোং লাবগুম কালাচাঁদ শাস্ত্রীনা সাইকল অমা তোংদুনা উরিপোঙ্গী লাক্লগা মাগী সুপী অহম্না লৈরিবা কৈশাম্পাং থোকচোম লৈকায়[illegible] [illegible]রেল থোংবান্দা হেক হেক কয়ে। অমুক্তা নত্তে, কয়ারক হম্না [illegible]ই। ঐঙোন্দা য়াম্না ঙক্লা থোকখিবা থৌদোক অমনা মযুমদা বাকী [illegible]লগী মত্তাঙদনি মহু মে ১০, ১৯৯৫ দনি, মশাগী চহী ৯৩ গুমে, [illegible] পুংঙৌ তৌরে। ঐনা

ওঝা'দা য়ুম পানবগী মতাঙ, অপাম-সুংশিগী ৱারী হংই য়াম্না হন্দোইনা অমসুং ইকায়না। ওঝা কন্নিস খোঁশাদে, মাগী হৈনবী মীনোক্তা ইশিং শিনা নোক্লহুনা ঐখোয়গী নাক্তা কম্নিবী ইমাবেম্মদা ( গস্তিনী দেবী ) মখুংনা খিম্নগা হায়রকই — "ঐগী সেকেণ্ড ৱাইফ অসিদা কমহুনা লৈরে। You can ask to her .. মঙোন্দা হংউ। ইবাম্নিগীদি অঙকপা ৱারীনি .. ।" চহী মতাংহুন্দা হায়দোক্লক্লিবা ৱাতাহ্ন তাবদা ঐহাক ওক্তবা ওমখিদে।

হৌজিক :

হৌজিক কালাচাঁদ শাস্ত্রী লাইরিক ইরি, ইবা লেপত্রি। অমথক্তা নত্তে— লাইরিক অহুম ইন্নি— ১। মহাভারত, ২। গীতা অমসুং ৩। পাণিনি। মসিগী মথক্তা "মশানা ইবা মশাগী পুন্সি ৱারী" কৌবা ওটোবাইওগ্রাফি অমসু ইবা হৌরে। ইবদা আনোক হাপতে, লৃকহুনা ই। মিং কন্নি— ঐনা চংখিবদা 'পোক্নকম' পাহুনা লৈরম্মী। চংপদি ওমত্রে— কমশিং শিংহুনা চংলি। চহী য়াম্মকপগী হৌনবা পেং খন্না খন্না চোইরে। অহিং সুংখিল ওম্নরে। অখোংবা অহিংদা হৌগংপসু য়াওই। ৱাই তৈরিবনি হায়হুনা খুদৈগী মচিনা লৈমায় অহু পংতৈদা তৈহুনা লৈবা য়াওই। শেম্নবদা খন্না ৱারে। ইবদি লেপত্রি। ইন্নি হৌজিকসু।

মনা-মথুম :

কংবা ম্নাবা মনা-মথুম, উপাধি কয়া কংলবা মীশক অমনি কালাচাঁদ শাস্ত্রী। ভারত সরকারগী 'নেশনেল এৱার্দ ফোর টিচরস' (১৯৬১), মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী 'সাহিত্য ভূষণ' ( ১৯৬৯ ), ভারত সরকারগী 'পদ্মশ্রী' ( ১৯৭১ ), মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়গী 'Doctor of Letters' ( ১৯৮৯ ), সাহিত্য একাদমীগী ট্রান্সলেশন প্রাইজ ( ১৯৯১ ), খোইবী এৱার্দ ( ১৯৯৪ ) অসিনচিংবা অসি পনবা য়াই। মসিগী মথক্তা, কেন্দ্রো, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, মণিপুর

হিন্দী পরিষদ, অতোপ্পাপু রিসার্চ সেন্টরগী সভাপতিসু ওইখি। ওঝানা তৌরিবা থবক, অচৌবা খুদোল অসি রেংকুরগা ডা: আই: আর: বাবু সিংহনা হায়— পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপুবু মণিপুরগী আগষ্ট্য মুনি কৌবা য়ারবদি কালচাঁদ শ স্ত্রীদি মণিপুরগী বেদব্যাস কৌবা য়াই।" য়াকম অসি অচুম্বনি হায়না লৌবা য়াই।

আরোয়বা রা :

শিবগী মরমদা য়াল্লী শাবদা ওঝানা য়াম্না শেংনা হায়— "শিরগা শ্রাদ্ধ শোনবিগনু, পালা লেম্মিগনু হায়তুনা ইমুং-মনুংগী মীশিংদা শীররে। ঐগী শরু মচেৎ অতু নবদ্বিপ নক্রগা গঙ্গাদা থাদরগা লোইরে। ঐনা হিংলিউদা খোরাং লোইনা তৌজরে। মথংগী মপোক্তা চংকদবা লম্বী শেম শাজরে। হৌজিক মতমগী হৈতবা ব্রাহ্মণশিংনা শ্রাদ্ধ শোনবদা আত্মা লারবা ওমগনি হায়বা থাজদে...।" মথংগী মপোক্তা করি ওইনা পোকপা পাম্মী ওঝা"— ঐনা থরায় য়াওনা হংই। করি অমত্তা চৌংনদনা খুমকই— "শব্দ ওইনা। গীতাদা ভগবাননা হায় : "মরেক্তৌ মনুংদা "অ" ঐহাক্নি/সমাসগী মনুংদা "দ্বন্দ" ঐনি।" ভগবাননা আকাশদা লৈরগা 'শব্দ' কৌই। ঐনা তমলুরিবা বিদ্যা অসি শব্দশাস্ত্রনি। খোঞ্জেল্নি। শব্দনা ভগবানগী নাম, ভগবানগী তত্ব শকপা শোনবা ওমা...।" ঐহাক য়ুম্না তাই, ভাব তাবদি ওমদে। হৌজিক ফাওবা ভাব তাবা ওমদ্রি। ☐

য়ারেং অসি ইবদা য়াল্লী শাজখ্রিবা মীশকশিং :

১। শ্রীচিঙ্গাবম কালাচাঁদ শাস্ত্রী ( মশামক )
২। শ্রীমতী গম্ভিনী দেবী ( মাগী অনীশুবা দুপী )
৩। শ্রীহবাইবম রণবীর সিংহ
৪। শ্রীএন: খেলচন্দ্র সিংহ
৫। শ্রীপি: ঐচ: দেবকিশর শর্ম্মা

৬। শ্রীপিঃ ঐচঃ বাসুদেব শর্মা
৭। শ্রীমরাঙ্থম সমরেন্দ্র সিংহ
৮। শ্রীরাঃ কুঃ রনজিৎ সিংহ
৯। শ্রীদাউজি শর্মা
১০। শ্রীমতী নোংমাইথেম বিমোলা দেবী
১১। শ্রীমতী গস্তিনী দেবী ( য়াইস্কুল )
১২। শ্রীতাংজম খোইমু সিংহ
১৩। শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ
১৪। শ্রীপিঃ বিহারী শর্মা
১৫। শ্রীশগোলসেম কুলবিধু সিংহ
১৬। শ্রীচিঙ্গাংবম রাধাচরণ সিংহ ( মচানিপা অহন )
১৭। ডাঃ আইঃ আরঃ সিংহ ( মচানুপী লোবা )
১৮। শ্রীমতী সিঃ ঐচঃ প্রতিমা দেবী ( মচানুপী অহন )
১৯। অতৈ ওঝাগী ছাত্র কয়া

# কৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহ

( ১৯১৬-১৯৯৮ )

চহী ৪০ রোমগী মমাঙগী রানি। ইম্ফালগী উজাউ থরদা উপু চল্লগা "ওসি" থবর ( খৃঃ কুঃ ১৯৪৫ দা থাখায়গী চেকোঙ ওইনা হৌই। ১৯৭৮ দা মহাত্মা গান্ধীগী শ্রাদ্ধ মুমিৎতা মুংত্তিগী চে ওনখি। খৃঃ কুঃ ১৯৭১ ফাওবা ফোঙলম্মী।) থেৎলি— "Give and Take, পৈশা-মরী থাদবীরম্মু।" চাংয়েং মথল অমনি। মীশিংনা পেপর বুথ অহুদগী লেম্না থবরত্থু লৌখি। মমল ওইনা থাদরম্মী মুংকুপ, চেকতেক। খৃঃ কুঃ ১৯৩৮ দা মেত্রিক পাস তৌরবা মতুংদ', খৃঃ কুঃ ১৯৩৯ দা কুঞ্জবিহারী-না 'মণিপুর পাউ:জস' কৌবা বাই-রীকলি অমা ফোঙলম্মী। মহুদা করিগুম্বা থরা ইরুবগীদমক্তা থা ২ জেলদা থমখি। জেলদগী থোরকপদা তোম্পেংকা মবাম্মি বাংহেংবম লৈকায়দা চাউনা ওকখি— ভাঙবী দেবীনা বন্দে মাতরম শকই— থম্মোয় থুক থুক লাউনখি। 'ওসি' থবর ফোঙ-লিহৈদনু জেলদা কয়ারক চঙখি। পুলিসনা ফাবা লাকই, করিন্থু থোশাদে, হেক্তা চংমিন্নখি। জনে'লিষ্ট অমনা সমাজগীদমক্তা ইচঙ থোনা, অকিবা লৈতনা অচুম্বা ইকবগীদমক্তা জেলদা চঙবা মহাক্না অহানবনি। চেফোঙগী থবক তৌবা জনে'লিষ্ট অমা ওইবদা নত্তনা সমাজগী থবক কয়াদা শরুক য়ারকপা সমাজ সেবক অমসুনি। কুঞ্জবি-হারীগী পুম্নিদি থবক, শিনথম কয়ানা য়োমশিল্লি— অঙাং শেমগৎপগী থৌদাং লৌখি; সাহিত্যগী লমদা মাগী দান লৈ; লীলা ই অমসুং লীলা য়াওই; হিন্দী প্রচারগী থবক তৌই; স্কুল লিংখৎলি; এটল্ট এডুকেসন হৌদোকই; পুঙ য়ৈ, ঈশৈ শকই।

নেতা ইরাবতকী মথাদা অচঙবা ভোলন্টিয়ার ওইনা থবক তৌবা হৌই। খৃঃ কুঃ ১৯৪০ দা থৌবালগী মীফমদা নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী

জেনেরেল সেক্রেটরী ফাও ওইখি। লান মমাঙদা কট্টুরী সিনেমা তৌবা হৌরকপদা ছাত্র ময়াম সিনেমা য়েংবগী মায়য়োক্তা ঈশৈ শক্তুনা সভা যাত্রা চৎপদা কুঞ্জবিহারীনা লুচিংবা ওইরকখি— "য়েংলোই ঐখোয় টোকী সিনেমা,...... ভমখিরবা টোকী সিনেমানা ইমাবু বয়া অয়াবা পীরি ..।" 'ঙসি' খবরগী মিংদা লিংখৎলকই মণিপুরদা অহানবা 'ঙসি চিলড্রেন্স ক্লব'। মসিগী মথাদা 'চিঠি মরুপ', অঙাংগী থিয়েটর, ঙসি চিলড্রেন্স হিন্দী স্কুল, ঙসি রাষ্ট্রলিপি স্কুল অসিনচিংবা। অঙাংশিংগী লীলা কয়া তৌই ( শিকারী, খুড়ামচা, দাকুমচাগী স্কুল, নবপ্রভাব অসিনচিংবা ) অঙাংশিংগী দিবেট, শৈরেং-য়ারেং ইবা, ডাইরি ইবা, ঈশৈ শকপা তম্বী। 'খুড়ামচা' মানা ইবনি, ডিরেকশনসু তৌই। মণিপুরগী অহানবা অঙাংগী থিয়েটর হৌদোকপা মীশক অমনি। তোংব্রাগী লীলাশিংদা এক্টর অমা ওইনা শরুক য়াই— মপা, নিংথৌ, হমুবী শাই। তোংব্রাগা লোয়ননা কাছারদা চৎলি। সাহিত্যদা মাগী মরু ওইবা দান্দি— ফাগিগী খুৎই অসিনি। ছাত্র ওইরিঙৈদা জোনস্টোন স্কুলগী মেগাজিনদা য়ারেং ইবা হৌই। মতমথুদা "Mere Laughter"— ফাগিগী খুৎইনি, মসিং চৎপা হৌখি। 'ঙসি' খবরদা কীচকী ফাগি মীয়াম পাংনৈ। সাহিত্য পরিষদকী অচঙবা মেম্বর ওইনা মতম শাংনা থবক তৌরম্মী। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী অহানবা সভাপতিনি। পরিষদকী অঙনবা মতমগী মীকমদা মানা ইবা লীলা "এঝা থোইগী স্কুল" শাম্নখি। জেল মমুংদসু ফাদোক ময়ামদা লীলা তম্বীহনা 'পাউনা ব্রজাবাসি' শাম্নখি। জেল মমুংদা বেতালগী য়ারী মৈতৈলোন্দা হন্দোকই। অঙাংগী তম্নবা মপী লাইরিক থরসু ইরম্মী। হিন্দী প্রেমী, প্রচারকনি-মণিপুর রাষ্ট্রভাষা সমিতিগী কেন্দ্র বেবস্থাপক ওইরম্মী। কুঞ্জবিহারীগী পুন্সিদ চয়া হিংবা, বাথল বাংনা থনবা হায়বতু ওইখি। থাদি শেৎতুনা গান্ধীগী আদর্শনা পুন্সি লমজিং ওইখি। পাম্মুই নিপাসিনা তেংবান থাদোকখিবসি। ঙসি চৎখ্রে। মীয়ামগী কাকা, অঙাংশিংগী সংশিজরবা খুড়ামচা। নত্তবুদ্দি নীংশিংতুনা লৈহৌরগনি। [illegible] ঙমগনি। ▣

পণ্ডিত, 'পোক্রফম', ২৬। ৬। ১৯৯৫

# মাইবম রামচরণ সিংহ

## ( ১৯২৮-১৯৯৫ )

### মাগী পুন্সি লীলা অমনি

নীংশিংলি, মিত্তা শং শং উরি— ৺মাইবম রামচরণনা এম: দি: য়ু:গী 'বিসর্জন' দা ( রবীন্দ্রনাথকী ) রঘুপতি নিংথৌ শাবা। রাংচাউট, চীংলেম্মী। মহাক খোরকপদা ষ্টেজ পুমথন থল্লি। মানা শাখিবা 'য়াইরিপোক থম্বালসু' গী পুর্ণাম সিংহ করানা কাউবা ঙমগনি? নিংথৌ শারে পকচৈ— 'হাওরং লৈশং শাকবী' গী থোংনাং নিংথৌ, 'আকে ক-জেন্দর' গী পুরু নিংথৌ, 'চহী তরেৎ খুন্তাকপা' গী খৌবুম খুল্লাকপা। মানা শরুক য়াক্লবা চরিত্রদা পকচদবা য়াওদে। অদুবু, এক্টর অমা ওইনা রামচরণগী থোটদোক-হেন্দোকপা মগুণদি নোংবানগুম্বা ফত্তবা চরিত্র শাবদা উবা ফংই, হেক্তা ফুনিংবা, য়ৈনিংবা জাৎনি। তশেংবমক, মাইবম রামচরণ য়াম্না মগুণ লৈবা অফবা অভিনেতা অমনি। মানা মীফত্তা শাবা অসি ওস্তোক্না মানশ্লে। মাগী মপা লৈতে, হেক্তা হৈজিনবনি। অদুগা পৌরানিক ওইবা লীলাদসু য়াম্না পকচৈ। অরা-অনাগী চরিত্রা শাবদসু মাগী হৈশিংলবা মগুণ অদুম উবা ফংই। য়াম্না ইনাক খুল্লবদগী নংথরক্লবা চরিত্র অমা শাখি। মতু হৌজিক ফাওবা কাউবা ঙমদ্রি।

মরাম্বা ৺হরিচরণনা রবীন্দ্রসঙ্গীত্তা ভাওজবগুম রামচরণসু লীলাদা পুংলুপ লূপখি। য়াম্না ওমা, নহা ওইরিঙৈদা এম: দি: য়ু: গী 'থম্বাল' হায়বা লীলাদা কুম্বা হৌরবসু, তশেংনা এম: দি: য়ু: দা য়াওবা হৌবদি লানজাও মতুংদগীনি। পুন্সিগী অরোইবা মতম ফাওবদা বোর্ড ওফ ডিরেক্টরগী মেম্বর ওইখি। অরোইবা ওইনা কুমখিবা লীলানা ইসকোন্দা শানখিবা 'কর্ণার্জুন' দা পশুরাম শাখিবা অদুনি। মাগী পুন্সিদা লীলা

১০০ গী মথক্তা কূমখি। ডিরেক্টর অমা ওইনস্ত এম: দি: য়ু: গী লীলা ১২ গী মথক্তা ডিরেকশন তৌখি। শুমাঙ লীলাগস্থ শয়ে। শুমাঙ লীলা তম্বীবা ওবানি। শুমাঙ লীলা কয়াসু ইরম্মী।

লীলা ইবা অমা ওইনা রামচরণগী খুদোল মীরায়বা চুমদ। খৃ: কু: ১৯৪৯ দা 'শরত পুর্ণিমা' হৌবা হৌই। মাগী পুন্সিদা পূন্না ড্রামা ৭৫, শুমাঙ লীলা ২১০ রেদিও প্লে ২১ ইরম্মী। পব্লিসিটি বিভাগনা মাগী লীলা ৫ দা বেষ্ট স্ক্রিপ্টকী এবার্দ পীখি। মগী 'কাথোকপা' ছায়বা রেদিও প্লে অসি খৃ: কু: ১৯৭৮ দা ভারত পুম্বগী আকাশবাণীগী লীলা তান্নবদা স্পেসিয়েল এবার্দ ফংখি। পূম্না লীলা ১৫ ছাপা তৌদুনা ফোঙলম্মী। মাগী 'নিঙোল' (অহানবা ভমহুং অনীশুবা চেপটর) মতমতদা য়াম্না মমিং চংখিবা, ভাবোক্না য়াম্না শোম্নখিবা লীলানি। মসিদস্থ নত্তে, 'থাদোকপা' অমস্তুং 'শরু মচেং' সু য়াম্না ফাউখি।

রামচরণদি প্রতিভা লৈবা মীনি। মাগী হেৎনবা কনবা, তৌবা ঙম্বা শক্তি অওকপনি। হুমিদাং অমদা শুমাঙ লীলা ১ ইবা ঙম্মী। মহুৎ শিন্দুনা লীলা হেক্তা কূম্বা ঙম্মী। শেমজিন শাজিনবা য়াম্না হৈ। মতোন্দা ভাবোক ফাবা, শুমহুৎপা ঙংগী শক্তি লৈ। ভাবোকপু শুমজুনা, হোইদুনা পুবা ঙম্মী। হোৎদা, মাগা খংনখিবা মী খরা মাবু ফুগাদবগী লাকই হায়। মাগী একটিংদা মখোয়স্থ অহুম শুমহুৎখ্রে। চিক ইনজিনিয়রগী অমসু (মহাক অচৌবনদা পি ডব্লিউ ডি দা থবক তৌরম্মী; থবক্কগী জেক্রুগা দি দি য়ু প্রোহসর ওইখি।) মাগী অভিনয়দা উবদা পেনখি, মগুদগী মাবু জুনা চান্না তৌখি। সাহিত্য পরিষদনা 'নাট্যভূষণ' পীদুনা ইকায খুম্নজবা (১৯৯৩), লীলাবু য়াম্না সেরিয়স ওইনা লৌজবা এক্টর অমিগী পুন্সি অসিস্থ লীলা অমনি। মহাক মপামকস্থ লীলাগী চরিত্র অমা ওইগনি— অফম্ম অহুতা কয়া, মথোঙ হুক্কবা, অনম কনবা, অথাবা-অশীনবা মচু কয়াগী পুন্সি ওইখি। নিপা খোক্না হিংখি, চঙ ফংনা পুন্সিবু মচাও ওংখি। ঙসি মহাক চংখ্রে মণিপুরী থিয়েটরগী অরিবা পরম্পরাগী পরীংদা বাংচাউনা লেপলম্বা এক্টর অমা। ◘

— লোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্কফম', তাং ২৪।৭।১৯৯৫

# হঞ্জবম শ্যামো শর্ম্মা

## ( তোয়খিন তারবা আর্টিস্ট অমা )

**হৌরকফম : উত্তর প্রদেশতগী মণিপুরদা**

হঞ্জবম শাগৈগী হৌরকফমদি উত্তর প্রদেশকী কান্য বুজ ( কুবজ ) হায়বা মফম অমদগীনি। শাগৈ অসিগী পুকোক সার্বানন্দ বেনর্জি ( স্বর্পানন্দ হায়নস্থ থঙৈ ) হায়রিবা অসি গরীবনিৱাজ মহারাজগী ( ১৭০৯-১৭৪৮ ) হাক্তক্তা মণিপুরদা থোক্লকতুনা লমদম অসিদা খুন্দাখি। সলাম নিঙোল পীতুনা অহানবদা ব্রহ্মপুরগী থোংনাং যাত্রা হায়রিবা মফম অসিদা লৈরম্মী। গোত্রনা ভরদ্বাজ ওইবা, কুলদেবতানা নরসিংহ লাৎপা সার্বান্দ অসি অহানবদা তখেলদা ( ত্রিপুরা ) মতম খরা লৈরম্বা মতুংদা মণিপুরদা থোক্লকখিবনি হায়না থাজনৈ। সার্বানন্দগী চাদ-নাউদাবু নিংথেম চৌরজিৎকী মতমদা ( ১৮০৩-১৮১৩ ) 'হঞ্জবা'গী ফম পীখিবদগী শাগৈ অসিবু 'হঞ্জবম' হায়না মমৈথংদা খঙনখি। মথং মথং ওইনা শাগৈ অসিগী কাঙবু খরা লান মমাঙদা নিংথেম পুখ্রিগী মোইরাং লাইজি থংবা কাচিন্দা হোংলক্তুনা লৈখি। হঞ্জবম শ্যামো শর্ম্মা য়ুঃ পিঃ দগী লাকখিবা সার্বানন্দ বেনর্জিগী শুথাংনি অমসুং নিংথেম পুখ্রি মপান্দা তাখিবা হঞ্জবম শাগৈগী মচা-মশুশিংনি।

**নিংথেম পুখ্রি : ঈথকনা য়ারী লৌরি**

নিংথেম পুখ্রিগা ঈপাক অসিগী মপান্দা চাউরকখিবা শ্যামো শর্ম্মাগী পুন্সিগা থাদোক্নবা য়াত্রবা বন্নবা মরী অমনা পুনশিনবগুম তৌখি।

রামান্দি ধর্ম্ম লৌরবা মতুংদা গরীবনিবাজ মহারাজনা তৌখিব', মরু'ক মখু'দা লম চামা চামা পাক চাউবা, বাংথৈদা লৈরিব', মণিপুরগী ইতিহাসকা থাদোক্নবা য়াদনা শাগোম্নরিবা অচৌবা পুথি অসিগী অকোয়বদা তারিবা মীওইশিংগীদি পুথি অসি শুমহৎয়াইনা থম্বা য়াম্না লুরবা লাইকম অমনি। লুনা চাম্না, কিনা তৌই। থাজনবী কয়াগী বারীনা য়োমহুনা লৈ— মখি তত্তনা কোংই, লাইরেল ময়েক থোকই, হি তাউই, মফম চাদবদা ফিগু-ফিজাম অমোৎপা তৌশিল্লরবদি লাইথুং (অঙৌবা) পকই অসিনাচিংবা কয়া কয়া। অসিগুম্বা ঈপাক অসিদা অকিবা লৈত্রবা, অঙম-অরায থঙত্রবা শ্যামোনা কয়ারক ঈরোয়হুনা শান্নখি। পুথিগী মপান্দা ফমহুনা মতম কয়া লেনখি। নোংমনা, মযায় চপ চানা য়ুংহুনা লৈরিব', চঙবদা কিনরবা মখুংগী মফম অত্থু য়োনা ঈরোয়রম্মী। কৈনো অমা থেংনরকই হায়। অদুদগী ন'হুনা শিরমপদৌরে, মাইবা-মাইবী কৌহুনা য়েংবদগী মথবায় হিংকখি।

থঙদে, শ্যামোনা পুথি অসিবু য়াম্না নুংশিজে। পুথি অসিনা মঙোন্দা অকনবা প্রভাব কয়া পীখি। পুথি অসিনা মাগী বঙ্গনাগী মচাক কয়া হুনখি, থম্মোয় কয়ারক য়াকায়রহনখি। পাক্নবা ঈপাক্লা তত্তনা ঈপোম হৌবগুম মাগী পুন্সিবুসু তত্তনা ঈথক হৌহনখি। নিংথেম পুথিগা শ্যামোগী পুন্সিগা থাদোক্নবা য়াত্রবা মরী অমা লৈ।

## পারী পুরী ঃ অহন অনী—মীংয়েং অনী

শ্যামো শর্ম্মা খৃঃ কুঃ ১৯১৭ (দিসেম্বর, পোইন্থু, নোংমাইজিং সুমিৎ) দা পোকই। পম্বোগী মিংনা রাধামোহন শর্ম্মা অমসুং পলেমগীনা চাউবী দেবী। শ্যামোগী অপোকপা রাধামোহন শর্ম্মগা মপা পোকপা মপুবোক গোপালমচা শর্ম্মাগা— অহন অনী অসিগী রাখল, মীংয়েং, পুন্সিগী পান্দম য়াম্না থেম্নে। মপুবোক গোপালমচা শর্ম্মা— নিংথৌনা রাধাকুণ্ডদা থাহুনা লম্বোইবা ব্রাহ্মণ নন্দকিশোরগী মফমদগী সংস্কৃত তমহল্লকপা, কোম্মংগী ব্রহ্মসভাগী অচৌবা ফম্নাইবা অমা ওইরকপা মরম্না মচা-মতুশিংবু সংস্কৃত তম্বিহুনা বামোন্দগী শিনয়ম

কায়দনা চংহনবা পামজবা ভারতকী ব্রাহ্মণগী পরম্পরাদা লূপচবা মীশক অমনি। মপা রাধামোহন য়াম্না লিবরেল ওই, অদুক হায়রা অমাং-অশেংদা কাহেল্লিনবা রাখল লৈতে, মোংচুপকী ইংরেজী শিক্ষাদা তাওজবা নিপা অমনি। ইমুংদা সাপোন পুশিনবা মাংনরম্বা মতমদুদা মচা'মুপী সুরোধোনীবু দুপী ওইরবসু লাইরিক তমহল্লম্মী। সাইকল তোংহল্লি, মশম ককহল্লি, ফেনাৎ তোংহল্লি। লৈকায়গী অঙাং ময়াম খোমজিল্লগা লাইরিকসু তম্বী। মচা মাপনবু (দুপী অনী লোল্লি— অহন চাউবী দেবীনা— ১) অমুসনা দেবী অমসুং ২) শ্যামো অদুগা অতোনবী কামিনী দেবীনা— ১) জ্ঞানধরী দেবী, ২) সুরোধোনী দেবী, ৩) ব্রজকিশোর, ৪) ব্রজকুমার (কুমার), ৫) গোসাই, ৬) জর্জ অমসুং ৭) পঞ্চম) চেংশিন্না শেমৈ, লাইরিক-লাইশু তাকপী। শাথিনা বারক চেংপা সপা অমনি। লম চেনবা মচাশিংবু বোকুল মখোঙদা পুন্দুনা থম্মী। মচিং য়াম্না ফজে। যুমনা থানা হৌরদুনা মথক্তা মী চংপা য়াম্না নিংথেম পুখ্রি অসি রাধামোহন্না ভাচংবা পৈশা পুথোক-তুনা শেংহনখি হায়না ঙাসিফাওবা রায়ীনারি। চৈরাউবা খুদিং হৈ-লৈ কংতুনা নিংথেম পুখ্রিবু খুরুমজে। শ্যামো শর্ম্মা— সংস্কৃত পামজরবা মপুরোক অমসুং ইংরেজী শিক্ষাবু মুংশিজরবা অপোকপা-অনীগী বারক অমসুং নাউয়োক মথাদা চাউরকখি। অদুবু অতকপদি, হায়রিবা বিদ্যা অনীসিমক অঙাং ওইরবা শ্যামো শর্ম্মানা শুকপাম পামখিদে, ঙু তরেং থাবতুম থোকখি। মাগীদি লাই য়েকপা। পোকপদগী লোয়ন-রক্রবা অমসুং ঈশ্বরনা মতোন্দা থওইনা পীরকপগুম হাপলক্রবা মহৈ অসি মাগীদি থরায় মতাদগী হেন্না ফু-শিজরবা পোংশক অমনি। লাই য়েকপা নত্তুনা মাগী পুন্সিদা পামজবা, খোয়দাজবা, নীংজবা পোংশক অমত্তা লৈখিদে।

**লান হৌবা অঙাং অমা :**

মপুরোক অমসুং অপোকপা অনীগী অপাম্বগী মায়য়োক্তা ইচঙ থৌনা লেপতুনা, মশাগী নীংহল্লবা জেতনা হোৎনজবগী মপানতন, শ্যামো

শর্ম্মানা মাগী পুন্সিদা লাইয়েকপা কলাকার অমা ওইবা উৎলকখি। কলাকার অমা ওইনবা হোৎনবদা মাগী পুন্সিদা থেংনখিবা লাম্বেং, অরাবা কয়া অসি চাউরবা ইতিহাস অমনি। অকি-তুংজুংনা থংবা মুংঙাইরবা উপন্যাস অমদগী হেল্লবা বারী শিংবুন্নি।

থোনা ফবগী লাম্বেং অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী হোরে। মপুবোক্লা সংস্কৃত তম্বীবা য়াও য়াদে, হোত্থনা চেনখি। মপানা লাইরিক তাকপীবা পূক্লং চঙদে, জেলদা ফাজিন্দুনা থম্বগা চপ মান্নবগুম থল্লি। (মরম ওত্থনা মহাক ক্লাস সিক্স নত্রগা সেভেনদগী হেন্না তমহৌদে।) মানা পামজবদি — থাওজো নত্রগা পাইজা অমা পান্নগা য়েনথা নত্রগা মী উত্রবা উংখোঙ মরুমদা কোক কোক তৌত্থনা লৈবা। মানা লোয়া কোক কোক তৌরিবসি অতৈ করিস্ত নত্তে উশা য়াল্লগা মহুদগী উগী মৃত্তি শারিবনি। অমুক্লা মখোয়গী চাউরবা ইংখোলদা হৌবা মালৈ পাম্বী অম্না লোয়া য়াল্লগা সিতার শানবা হোৎনরম্মী। মানা তৌরিবসি থঙলক্লবা মতমদা অহন-লমম্না লাইরিক তম্বদা পূক্লং চঙদে হায়ত্থনা য়াম্না ঙাঙলম্মী, চৈ থাংলম্মী। মরমদি, মখোয়না লাই য়েকপা হায়বা থবক অসি পামলমদে, য়ানিংলমদে অমত্তুং য়াম্না হন্তনা থল্লম্মী। লাই য়েকপা মীবু অঙাওবনি হায়না লৌরম্মী। মরম অদুনা মখোয়না শ্যামোবু অঙাওবগী শিনফম অসিদা চংখিদনবা য়াম্না কন্না থিংনবা হোৎনরম্মী। অদুবু, শ্যামোদি অহন-লমম্না করিগুম্বা মরম অমত্তদমু থোগৎপিদ্রবা, অথীংবা অমত্তুং অপনবনা থল্লবা লম্বী অসিদা চৎলগে হায়না পূক্লংদা চপ য়ুংনা লেপখ্রে। শিনফম অসিদা চঙলগে হায়না অচেৎপা রাশক লৌখ্রে। পুন্সিগী অচৌবা লানহৌ অমগীদমক্তা শেম শাখ্রে।

**অঙাংঙদি নীংথাদা থঙই :**

কল্লবা মুংশিং অচৌবা চীংনা থৎপা ঙম্মী। অদুবু কল্লবা থম্মোয়গী অপাম্বদি কনানা থিংবা ঙমগনি? অপাম্বদি অঙাওবনি, মৈ'ন। অদুনা শ্যামো শর্ম্মানা চেক্কোনদা লৈবা মংশাঙাবম কালাচান্দ সিংহ

কৌবা লাইয়েকপা ওঝা অমগী মফমদা চংজন্তুদা লোয়া লোয়া লাইয়েকপা তম্বা চংলম্মী। পৈশা অমগী অনী তৌবা জাপানগী পেন্সিল লৈহুনা তম্বা হৌই। ইমুং-মনুং কিবদগী লাই য়েকপা তমলুরগা হেক হল্লকপদা মখোয়গী লৈকায়দা লৈবা শাইরেম থানিলগী য়ুমদা চংহুনা প্রাক্টিস তৌই। অহল-লমন্না তুমগ্রবা মতুংদা মযুমদা হংশিল্লি। করিগুম্বদনা তুম্মিংলক্কনা ফক মথক্তা তুমখোকথিবা য়'ওই। ওঝা কালাচান্দনা থাঙ্গৎলীরগা ফম্মুংদা গুমবিরম্মী। লাইয়েকপা তম্বা চংপ-গীদমক মপানা ইমুংদা পুল্লগা ফুবনা কোঙ্গায়নি।

নোংমদি মপুবোক্তা নমতুনা লাই সেবা তৌমবা হুকুম তৌরম্মী। গতি লৈত্রবা শ্যামো নাম্থোকপা য়াদ্রে। অছুবু মপুক্লিংদদি শাউনিংবনা রৈ হৌরম্মী। অশাওবা ফোঙদোক্তুনা নিংথেম পুখ্রিদা লাই সেবা তৌনবা ঈরুজবা চংপদা সনাবুল মচ'তু ময়ুমদগীনা পুখ্রি মপান ফাওবা মখোঙনা কাও কাওতুনা চংলম্মী। পুখ্রি মপান য়ৌবদদি সনাবুল অতু পুমকোপ কোপলম্মী। নোংমসু শ্যামো লাইয়েকপা তমলুবদগী থেংনা হজিল্লরুম্মী। লাই য়ালহৌবা মতম হেনদ্রে। মহাক উবদা শাউরবা মপাবুংনা মনাক্তা লৈরম্বা পোৎচৈশিং ময়ামতু মঙোন্দা লাক লাক্তুনা লংশিল্লরুম্মী। শ্যামোসু মপাবুংগী মচিং লৌই। মহাক মচিং য়ায়া ফণ্ডে। মরীংজেল য়ায়া থায়, য়ায়া শাউগল্লি। নীংবা থুংদ্রগা প্রোক প্রোক চাকই। য়ায়া শাথিবা অঙাং অমা ওইনা হৌরকই। সাইকল শেম্বদা য়াত্রবদি য়োৎ অমা লৌরুরগা সাইকল অতু য়ানথংলি। মচনংমনাওশিংনা মাবু য়ায় কিনা তৌই। "তাদ লাক্রে" হায়তুনা চেকমোক লাউদে। কেরোম শায়তুনা মতম মাঙহনবা মাগী অশাউবীনি। মনাওশিংনা চুরুপ থরুপা, জার শায়বা উরবদি ফারগা দণ্ড পীবা ওইনা ময়ামগী মমাঙদা নাপী ফোইহল্লি।

লাই য়েকপা তমথংলকপগী অঙনবা মতাঙহুনি। নোংমা শ্যামো-না অয়েকপা লাই অমা পাররগা কৌবিলা মখোংদা তুমিন্না লেপতুনা লৈরম্মী। মানা তৌরিবদি— মাগী গুরু কালাচান্দনা য়েকপা লাই অতু

য়োনগদবগী সাহেব থোকলকপা ভাইরিবনি। সাহেবনা হায়না-হন্না মপান ফনা পাল্লিডে মতম্নি। পোলিটিকেল এজেন্ট সাহেব শগোল তোংহুনা মনাই-মশেল কয়াগা লোয়ননা রেসিদেন্সিদগী থোক্লক্লগী। মিপাইরবা শ্যামোনা নাম্বোকখিনি হায়বগী মতাঙম লাই অহু খাংনা থাঙ্গৎলগা শগোল অহু ইন্নরম্মী। সাহেবনা মখুত্তা পায়রিবা লাইহু উরে। শগোলদগী কুমথরগা পৈশা থন্না পীরগা লাইহু লৈরম্মী। নোংমনা মেম সাহেব অনীথক্লা খোংলুম ফাংবী হায়বা মকমহুদা কমহুনা খোংনাং পাম্বী য়েংলগা লাই য়েক্লম্মী। শ্যামো শর্মানা চঙশিনখিহনা খোংনাং য়েক্রিবী মেম সাহেব অহু য়েংলগা পেন্সিলনা য়েক্লম্মী। অঙাংহুগী লাইয়েকপদা হৈশিংবা অমম্ভুং চঙখোনদা মতৌ উবদা য়াম্না হরাওরম্মী। মখোয়না ইম্ফালগী ভোঙান তোঙানবা মকমদা চংহুনা উজাউ য়েকপদা শ্যামোবুম্ম পুবিরম্মী।

শ্যামোগী অহল-লমন্না মাগী মখুত্তগী পেন্সিল অমস্তুং তুলী লৌ-থোক্লবা কন্না হোৎনখি। অহুগা শ্যামোনা মখুত্তা পায়রিবা তুলীহু নাঙোক্লনবা কন্না লাম্ভেংনখি। অকনবা লাম্ভেং অসিদা শ্যামোনা মায় পাকখি। পুন্সিগী অরোয়বা মীৎকুপ ফাওবা তুলী থাখিদে। মোংকম ফাওবা আর্টিষ্ট অমা ওইখি। মাগী পুন্সি অসি— কনাগুম্বা শক্তি লৈরবা দেবতা অমবা, লাইরৈবাক্তগী কূম্নগা মণিপুরদা লাইয়েকপা নিপা অমা ওইনা শাইওন তোরগে হায়বগী মতাগুম্না লাইয়েকপবু তমখিনা তাখিরবা হঞ্জবমগী ইমুং অসিদা পোক্লকপ্রা হায়না নীংই।

## মতীক চাবা গুরুগী মতীক চাবা শিষ্য :

শ্যামোগী গুরু ওইরিবা মংশাঙাবম কালাচান্দ সিংহ মমিং চৎলবা কলাকার অমনি। মহাক অকাওবা নিংথৌজম ভদ্রগী সেবক্তি। ওঝা কালাচান্দনা লাই য়েকপা তম্বা লাকপা ছাত্রশিংগী মধুজা শ্যামোপা য়াম্না কন্না লাম্বা তৌহুনা তম্মিনখিবশিংগী মধ্য'দা শিংজমৈগী সাইখোম পীশক সিংহ অসি অমনি। মবাম্নি ক্রক ক্রক তাম্নে। মমুমদা চাক

চাবা ভাইহাক চৎপা নত্তনা অয়াম্বা মতমদা ওঝাগী য়ুমদা লৈ। চাক ঈশিং চাতুনা লেকপন্থ য়াওই। কাং, য়ুলননচিংবগী লাই য়েকপ, পাং তিংবা, য়ুং খিংপগী থবক তৌই। দুর্গা পূজাগী মতমদা, কোন্নুংগী দুর্গা শাবগী লৈবাক থিংলি। নোংপোক থোং লাল্লগা কৈথেল্দগী য়ুং লৈবা হেক হেক চৎলি। শ্যামোদি মশম ককনি থভে, কেবা চংদে, মোং-তাই-শুদাইনৈ। য়েংবদা পাংভল নত্রগা অমোংপা ময়াং মচা মাল্লি। মানা নোংপোক থোং লান্দুনা চৎপা মতমদা, মীতোপ ওইরবোই নীংতুনা চৎলম্লিবা মুপীশিং অতুনা "শোক্লকন্থ মাংগনি" হায়রকই। শ্যামোনা শাওনিংলতুনা "মৈতৈনি" চায়না লাউরম্মী।

শ্যামোদি অতৈ সেবকশিংগা মান্নদে, য়াম্না থরায় য়াওবা, সিরিয়স ওইবা ছাত্র অমনি। নিংথেম পুস্ত্রিদগী চাংকান ফাওবা মুমিৎ থুদিং থোভনা চৎলি। থবক তৌথোক্লকপদা শ্যামোনা মমাগবগী মমাভ খাতুনা চৎলি। মথুৎ য়াম্না থুই, মানা য়েকপনা হেক্লা হাল্লি মযাম্না মবু মচিং অমা লৈবদোনা তৌই হায়নৈ। মমীৎ শিংনবনি চায়তুনা মোয়োক অতেকপতু শিকথায়রগা মমিত্তা হাপচিল্লি। ঈশিং ভঈংবনা অমুক চামথোকৈ। নোংমদি ময়ুমদা চাক চাবা চৎলু য়াম্রে, মতমন্থু থেঙজিনব্রে। বামোক্লিনা অতৈনা থোংবন্থ চাবা য়াদে। কালাচান্দগী মুপী মজুৰী দেবীনা চেঙ থরা পুথোকতুনা পীরে। ফুন্নাদা চৌবি ওৎলগা আলু মেৎলগা চাই।

## য়ুম থাদোকপা : মপাবগী সংসারদা

শ্যামো শর্মানা ওঝা কালাচান্দগী মফমদগী লাই য়েকপা ভম্বা মতুংদা, মশাগী চহী ২০ রোম হেল্লকপগী অহুরাইদা ময়ুম থাদোকতুনা শিলচরদা লাই য়েকপা তম্বা চৎলম্মী। মতৌ করন্না ময়ুম থাদোকতুনা চৎলিবা? ওইরম্বা য়াই— লাই য়েকপা তম্মিংবগী অকনবা ঈথিন্না লমজিংতুনা চৎলম্বা নত্রগা য়ুমগী পুক্সিদা য়াম্না হৈনরভতুনা মসিদগী নাম্থোকপা পান্নম্বা। শিলচরগী তারাপুর হায়বা মফম অদুদা লৈবা

অজ্ঞা গৌরমণি শর্মাগী য়ুমদা লৈরম্মী। শিলচরদা তৌবা এগ্রিকলচরগী মেলাদা শ্যামো শর্মানা মণিপুরগী মেপ শারগা মণিপুরগী লৌউ-শিংউবগী মওং শুনবা উৎলম্মী। মীয়াম্না য়াম্না থাগৎনখি। মকমত্তুদা লৈবা সিনেমা হোলগী প্রোপাইটরদা হায়বদগী মতমত্তুগী মমিং চৎলবা ফিল্মষ্টার দিলবিমোরিয়া অমত্তুং স্থলোচনা অনীবু চাউনা যেরগা সিনেমাগী স্থনগী নাকন মাকন্দা থেংখি। অত্তুদগী সিনেমা হোলগী পোষ্টর য়েকখি।

শিলচরদা চহী ৩/৪ লৈরিঙৈ মতমসিদা শ্যামোনা মকমত্তুদা লৈবা অকাওবা কলাকারশিংদগী লাই য়েকপা হৈরকখি হায়না থাজই। অত্তুবু খোঙচৎ অসিগী মরুওইবদি— মীওই কয়াগা থেংনত্তুনা য়ারী শাবা ফংলকপা, মপান্দা তৌরিবা ঈরাং মঙোন্দা চঙলকখিবা অত্তুনি। মসিনা মরম ওইত্তুনা মাগী মীৎয়েং অমত্তুং বাখল পাকথোক্লকখি। মপান্দা তৌরিবা কলাগী ঈরাং অসি উরুবদগী মণিপুরদা আর্ট স্কুল লিংখৎনিংবগী বাখল পোক্লম্বা য়াই।

শিলচরদা লৈরিঙৈদা মাগী ফিভম য়াম্না ফংশিল্লকত্রে। চ ক্ষম থকক্ষম মক্ষম খঙলকত্রে। য়াম্না কমস্থ নারক্লে। মমাতোন কামিনীনা পৈশা থারক্লুনা লান মমুংদা ইম্ফালদা থোরকখি। ইম্ফালদি মতমত্তু লানকম ওইরি। নোংমৈ মখোয়া নাকোং পঙলবা, বমগী মৈখুনা মায়কৈ পূমমক মমঙবা মতমত্তুদা চোকথরবা থরায়-হকচাংত্তু পুরত্তুনা শ্যামো শর্মানা পোক্লকম লমদম মাযকৈ অমুক পাঙলকখি। খঙদে, করম্বা ঈ থম্না মখোঙ নৃকত্তুনা মযুম থাদোকলুবা। অত্তুগা অনৌবা করম্বা আশা পুত্তুনা অমুক মখোঙ থাংলক্লিবা।

**য়ুম্নাকগী লম্বীদা ঃ অঙকপা লুহোংবা**

শ্যামোনা ইম্ফালদা থোক্লক্লগা অহন-লমম্না য়াম্না থুনা লুহোংনবা থৌরাং তৌবিরম্মী। লানত্তুংত্তুদা অস্থক থুনা লুহোংনবা তৌরিবা অত্তুগী মরমদি শ্যামো শর্মাগী পুন্সিদা অনৌবা অহোংবা অমা লাক্লৎলি মাগী ভাওচংনবা পুন্সিত্তু তোকত্তুনা চুমগী পুন্সিদা লাকপদা অপনবা অমা ওইদবা য়াই হায়না খল্লম্বা তাই। অহন-লমম্না মোইরাংথোম

বোকুল মখোঙদগী তোম্বী সনা কৌবী মশক-মশো যজরবী দুগী অমা হায়নরে লুহোংকয়া কোঁবা, মমা চাউবীগী মপাম। মখোয় কোংবদা লান চেল্লি। লুহোংবদা তিল্লিবা মীয়াম পুম্নমক নে ডাদে, মিপাইবৈ। লানগী হৌনবী তৌরক্লে— অহৌবা সাইরেন খোংলাক্লে। মাগুপ মঙ্গুংদা বর-কন্যা হুন্দোক্লমগা মী পুম্নমক কোম মঙ্গুংদা লোংপা চংনখ্রে। উচিন নাচিমা সাইরেন অমুক খোঙলক্লে। ময়াম খোল্লক্লে। লুহোংবদি কায়হৌদ্রে। লুহোংবা মতমদা তোম্বী সনাগী চহী ১৫ দমক ওায়রি। মপুরোইবা শ্যামোনা মঙোন্দগী চহী ১০ রোম হল্লি। হৌজিকফংবা তোম্বী সনানা তত্তনা শোল্লি— "অজ্ঞাগী পুন্সিদি লাল্লি।" মতাঙসিদা শ্যামোগী মুংঙাইবা নোকীংবা মশো অমগা পল্লৌমীংই। মহাক্তি লৈকায় মী তিম্নদে, মীগী কর্ম্ম কয়া চক্লে। অতুনা মহাক্কী মমা শিবা মতমদা পুখোকপিনীংঙাই লৈররোই থনবদগী মথহুনা পুখোকপা হমগত্রা ওায়না য়েংনীংখি। য়েংসু য়েংখি; মমানা চিংলিহৈদা মমাগী মশাহু থাঙ্গৎলগা কয়া য়াম্না লুম্বগে য়েংখোকখি।

শ্যামো শর্ম্মাগী য়ুথানদগী পুন্সিদি অরাবগী মশক্লি। মচা-মও পোক্লে। খৃঃ কুঃ ১৯৫৮ দগী লিংখেৎ পুম্নি থাদোকতুনা মাগংপান্দা ইংখোলদে লৈদুনা য়ুম হোংলকখিন্দনী ইম্ফাল আর্ট স্কুল লিংনবা হোৎনবদা পুন্সিং লুপখি। ইমুং-মঙুং, য়ুম পানবদা পুন্সিং চঙবা ওমখিদে। মরমবংদা ইম্ফাল আর্ট কোলেজগী কম ফানবা হোৎনবগী মতাঙদা অচৌবা লাঙাও কয়া খেংনখি। মতুদা মাগী হবচাং পুম্নকম কেমখিবনি। কোলেজ অসিগী হোৎনবদা ওায়নিংঙাই লৈতনা য়াম্না য়াংখি। নৈকোম অনী ওনা শেংপা ওমখিদে। মতুং অমা শেৎনিংঙাই 'লঙবন্দগী চাক ডাইহাক চাদ্রিদে মাগী হুপীনা নৈকোম শুদোক্লগা কংহল্লি। কল্লিগুবা মতমদা মরূমদা ওন্সিল্লকগা কোম্মোংদা চপ লেপতুনা মুমা য়েংহুনা লৈ। য়াম্না শাউগল্লি, ফিংই, পোৎলৈ লংখায়গল্লি। অদুবু কুইনা শাউবা হৈতে। হেক্কা নেংথৈ। মীভোন্দা লান্নবা, মীহৌদবা, হায়জবা হৈতবা, পুকচেল ফবা মীশল্লি। মচৈ-মনাও কয়ারক থংনৈ,

চৈনৈ। অদুবু অকন-লমম্বা হ'ম্বনম্বগা লৃহোংতুনা লোবা মুপীদি মপা'মদা চংলো হায়রিদে হায়তুনা নোংমক্তা "নপা'মদা চংলো" হায়ব' ব্লাইেসি হায়খিদে। মাগী নুপীনা হায়— অজ্ঞাদি অঙকপা নিপা অমনি। মওং অমনি অথাঙবা অমনি। উখোঙ-বাখোঙদা লৈগদবা মীশক অমনি। ...ঐহাক ইপুরোইবগী য়ুমসিদা পুন্সি লোয়্নগে হায়না লেপলে...।" তেং'ম্বী সনা কলাকার অমগী চপ চাবা মুপী কলাকার অমনি। মাস্থ মপুরোইবনা ঙন্দৌতুনা লাই য়েকপা হৈ। ওয়া কাল'চান্দগী মফমদস্থ মতম থরা লাই যেকপা ঙম্মী। সীন য়েকপা, ড্রামাগী মেক-অপ তৌবদা মপুরোইববু তেংবাংবা ঙম্মী। শুবা নোম্বা য়াম্না কল্লি। ঙাইহাক্তা পোংথাদে। চহী অমম, মপুরোইবনা পংথদুনা নাদুনা লৈবত্ত ঙমর্জ'ব থাদুনা সেবা তৌখি। অঙম্বা পংথৈদা হেং'বনদুনা মপুরোইনগী মথবায় করবা হোংনখি। অদুবু মীওইবগী থরাংবু কন'না কনবা ঙমগনি? খৃঃ কুমঃ ১৯৭৯, এপ্রিল ১৮ দা অজ্ঞা শ্যামো হেং'বান থাদোকখি।

**ইম্ফাল আর্ট স্কুল লিংথংপা : কংগ্রোকপা অমসুং হোংনবা কনবগী খুদম অমা**

তৌজিক ইম্ফ'ল ব্রায় সিখিত্রি মনাক্তা লৈরিবা 'ইম্ফাল আর্ট কোলেজ' (অহানবদা 'ইম্ফাল আর্ট স্কুল' কৌরম্মী) অসি অজ্ঞা শ্যামো শম্মা'না' খৃঃ কুঃ ১৯৪৯, আগষ্ট ১৫ দা লিংথংখিবনি। খৃঃ কুঃ ১৯৫৯ দা (চহী ১০ গী মতুংদা) আর্ট কোলেজ ওনখি। খৃঃ কুঃ ১৯৬৩ দা সরকারনা লম পীরে খৃঃ কুঃ ১৯৬৪ দা তৌজিক লৈরিবা মফম অসিদা হেং'জিনখি কোলেজ অসি মঙা ভানবা অমসুং হিংনবা হোংনবদা শ্যামো শর্ম'না' শাংলবা চহী ৩২ গী অকনবা লাম্বেং অমা লোকখি।

'ইম্ফাল আর্ট স্কুল' অসি ইহান হানবা ওইনা পাউনা থাজ রদা লৈরম্বা 'এক্টিরস য়ুনিয়ন' গী ইংখোলগী তৌখিবনি। তৌজিকী প্রতাপ টকিজ সিনেমা হেং'লগা হেক থংনবা ওইরাম্বদা' তৈহিবা চুকা'দ ওসিদা

জোজ্যনা কুপ্পা ড্রামা হোল অমা লৈরম্মী। হোলগী অহাঙবা মাঙোল মচি অমদা, ছাত্র কুনরোম থোমজিল্লগা মুংথিল-মুমিদাংবাইরমদা আর্ট স্কুল অসি চংথবা হৌথি। মশাগী শঙ অমসুং ভারা পীনিংঙাই পৈশা লৈত্তবদগী আর্ট স্কুল অসি মকম কয়াদা মথং মথং হোংহুনা লাকখি। এক্টরস য়ুনিয়নদগী ১) এরিয়ান থিয়েটর (হোলগা হেক থংনবদা হোটেল কল্লিবা মকম), ২) বাহেংবম লৈকাই, ৩) উরিপোক মচিনগী চক্রি:কোন, ৪) নাগামপান, ৫) খোংবানতাবম ইবেতোম্বীগী ভারাগী য়ুম, উরিপোক, ৬) থাঙ্গাল বাজার (মর্কি রেদিও হুকান মনাক্তা) অসিনচিংবা। থাগী ভারা লুপা ১৫০/- পীহুনা থাঙ্গাল বাজারদা লৈরবা মতমদা সংবিধান শেমহুনা ইম্ফাল আর্ট কোলেজ ওর্নখি।

আর্ট স্কুল অসি লিংনবা হোৎনবদা শ্যামো শর্ম্মানা মায়য়োক্ত-খিবা অরাবা ময়াম অহু শীংথাহুনা লোইবা থম্না নাইরোই। হৌগৎ-লকপা মতমদা ছাত্রশিংদগী পৈশা (ফী) লৌবদি লায়রহুনা অচঙবা চে, পেন্সিল, রং, কলম লেয়া পীরম্মী। পৈশা (ফী) খরা খরা লৌবা হৌগৎলকপা মতমদসু (অহানবদা থাদা লুপা ১, লুপা ১.৫০ না হৌই) ফী পীবা ঙমদবা ছাত্রশিংগীদি মানা পুথোকই। মতম পুম্নমক্তা স্কুল অসি শিন্দনবা থল্লি। অহুনা লাইয়েকপা ভস্না লাকপা ছাত্রশিংবু য়ায়া লুনা-চান্না ভৌরম্মী। কুমিৎ নিনি-কুম্নি স্কুল কারক্তবদা ময়মদা চংহুনা হংই, অহন-লমন্দা স্কুলদা থারক্রবা হায়জে। মানা স্কুল অসিবু হিংহল্লিংবা, মুংশিজবা অসি অঙকপনি। ভারা পীনিংঙাই লৈরকত্রবা মতমদা মাগী সাইকল অমনবহু বন্ধব থম্মী। মসি নত্তবা টেবল ক্লোক অমনবা অমসু লৈ, মহু শেগাদা য়েপ্লগা বন্ধব থম্না হেক্তা থোকখি। অমুকথক্তা, মপান্দগী লাই য়েক্রবা রং (মচু, কলর) চেন-শিল্লরে, হন্দোক্রবা পৈশাদি লৈত্রে। সাইকল ভোংহুনা লুরাংশংবমদা চংলগা, মাগী লৌ খরা লৈবা ভহুদগী কৌ কারকত্রিদৈদো ভাইথোক্লগা অফংবা শেলহুনা পোৎচৈশিংহু হন্দোকই। শ্যামোনা মাগী আর্ট স্কুলবু মুংশিজবদি মমানা মচাবু মুংশিবা অহুদগী হেল্লি। দিঃ এমঃ

কোলেজ মমাঙদা লৈরিবা ইম্ফাল আর্ট কোলেজগী লম ফংনবা, ইংখোল শেংদোক্লবা অমসুং শঙ শানবা হোৎনবদা শ্যামোনা বাখিবদি ছায়নিংঙাই লৈতে। শুরুবা জঙ্গল ওইনা লৈরম্বা মফম্নি। ছাত্র অমসুং ওঝা কয়াগা লোয়ননা তেমখায়বা, নাপী ফান্দোকপা, শেংদোকপা, শম্বল থাবা, শঙ শাবগী থবক কয়া তৌখি। নোং ভাম্লে কোলেজদা, নুমিৎ তারে কোলেজদা। থাউ অমা য়াম্নি— মহুদা পাইজ, ফুংখং, হোয়াই, য়োংপী শুনা হাপ্পী। চৎপা খুদিং থাউ অহু শুকথা থাদোক্লে, লোয়নহুনা অহুম লৈরে। মশানা বাচেৎ শি, ফক্লাং থাই, বাই তৈ, ইলেকত্রিক পানশিনবগী থবক তৌই। ময়ুমদগী জীপ্ত ফক্ত.না পুরক্লগা কোলেজগী শঙদা কূপনৈ। লম্বীদা তারম্বা শম্বন থানবা অতুৎপা য়োংকী তারা খুল্লগা পূরকই অত্রগা আর্ট কোলেজগী শম্বল থাবদা শীজিন্নৈ। কোলেজসিগীদমক হোৎনবদা শেংকনী চাগনি হায়বা থঙথিদে। হঙ্গাম ফুৎলগা চাবা য়াওখি। মশাগী ওইজবা থাদোকতুনা, কৎথোকপা অমগা লোয়ননা তৌরম্মিবা থবক অসি উবদা মাঙম্বা মী অমা অমুক খোরকনি হায়বসি থাজবদা বানা থোকই।

ওঝা অমা ওইনা : সুং অমসুং লৈরাং

লাইরেকপা তম্বিবা ওঝা অমসুং সংস্থান অমগী মকোক ওইনা অঙ্গা শ্যামোগী তোপতোপ্পা মগুণ লৈ। মাগী ছাত্রবু য়াম্না নুংশি, য়াম্না হৈহম্লিংই। মঙোন্দা মীচঙ-মীথায় নাইবগী মীৎয়েং লৈতে। মনাক্তা চঙ চঙহুনা কুপ্পা শেম্নৈ, মখূৎ পায়হুনা তম্বী। অকবা ডাক্তরনা অনাবা শেম্নবগুম করিদা শোয়খিগদগে হায়হুনা থবায়-হবচাং য়াওনা শেম্নবা ওঝা-ডাক্তর অমনি। মাগী ছাত্রনা য়েকপা লাই য়াম্না ফজহম্লি.ই, শোয়হম্লিংদে। নোংমা মাগী ছাত্র খোইদিংজম তোম্বীনা লাই অমা য়েক্লি হায়বা তাবদগী, কনা অমজনা হায়রুবা তৌদনা লাইয়েকফমদা লাক্লগা অশোয়-অঙাম তাকপীরৈ। মাগী ছাত্র ইবোচানা (দিশ চিত্রালয়) সিনেমাগী পোষ্টর য়েকপা উবদা য়মা শাউনা শ্যামোনা

ময়ুমদা চংলম্মী। মচু ইংবোচাগী অহানবা পোষ্টরনি — "ভাই ভাই" ফিল্মগী ফিল্মষ্টার নিমি য়েকপনি। লাক্লগা শাউনা হায়রে — "তমসু তমদমা ফগিনী য়েক্লি।" মাগী পৈখোক্লুনা য়েংবা মীৎয়েংদা মুমা য়েংলগা থরা শেনদোক্লম্মী। চৎলমদাইদা হায়রম্মী — "তৌরবদি ওত্রবা থৌ।" মরক মরক্তা ফাগিসু তৌই — নোংখান শাত্নুনা একটিং তৌই। মীগী মথৌ তমহনা নোকহল্লি।

অহুবু শ্যামোদি য়াম্না সিরিয়স ওইবা মীত্তানি। সেন্টিমেন্টেলসু ওইগল্লি — শাউনিংবা অমদগী হেক্তা থীনা চৈথোকলুই। অহুবু থংনবা মিৎকুপ্তা মমিত্তগী মপি শিন্থনা কপথোকই — "শাউগনু, মুংশিন্থনা তৌবনি" কনানা মওোন্দা শাউরবা, য়াহৌবা ওমগনি। থবক তৌবা মতমদা মওোন্দা ফাগি চঙদে। ক্লাস মতুংদা অঙকপা দিসিপ্লিন, নিয়ম ভাকহল্লি। ওঝাশিংনা থবয় পাত্নুনা, য়াম্না শাত্নুনা লৈবা য়াদে। অচৌবা ক্লাসকী হোল অমু পার্টিশন তৌদে, ইকাও হাওনা থম্মী। চৌকী অমদা অম্নগা, দুরবিন য়েংখদোম্না মখুত্তা থিত্তং হোত্নগা কোয়-য়েং য়েংত্নুনা লৈ। ওঝাশিংনা খেংনা লাকপা, চাং মাইদবসি য়াম্না শাউই। নোংমা সুন্দরায়া (ওঝা অমনি) পরীক্ষা মতুংদা মিমিট মরী খেঙনা কোলেজদা লাকই। (মাগী মুপীতু অত্তাং ঊরবনী মতাও অমনি।) শ্যামোনা হায়রকই — "কদিগীমো খেংবা লাক্লিবা? নওপীতু কোয়া তৌবা য়াত্রা?" সুন্দরায়মনা শাউনিংমনবতুনা ছুটিগী চে অমা ইয়ুগা থোরক্লম্মী। শ্যামোনা পরুপ পরুপ তারকই। কোয়ম্পাদা খুদাং পায়তুনা থাম্মী। অতুদগী মথাম্নিমক মমিত্তগী পি শিন্থনা কপখিরে। নোংমসু জিঃ ব্রজমণি শর্মানা (মাগী ছাত্র, কোয়া ওঝা ওইরকপা) খেঙনা কোলেজ কায়রকপদা য়াম্না থীনা চৈরম্মী। মরম হংবদা সাইকল লৈত্রনুনা তৌবনি হায়রে। অতুদগী অক্তা শ্যামোনা তুকান অমদগী ভাড়নরগা সাইকল অমা শোংপিরম্মী। মতাও অমদা ব্রজমণিগা শ্যামো শর্মাগা থংনমনু য়াওখি। কোলেজদা পুমা থবক তৌমিন্নরদসু মবাপ্নি থা ৬ কৌনদে। শ্যামো শর্মাগীদি মানা নীংথিবা অত্নুনা ঊংতুনা লৈ, মীনা

করি খল্লিবা, মীগী অচৌনবা, মফম-মতম উবা, থগুবা ওমদে। মাগী থংম্নোয়রদি লৈরাংনি, খওহৌদনা লৈরাংহুনা দুং ওনখিবনু অঙকপা ওইনা খল্লদে।

## কলাকার অমা ওইনা : প্রায়দগী ওরিজিনেল ওইবা কলাকার

শ্যামো শর্মা নিয়ম নাইনা স্কুল নত্রগা কোলেজ অমদা লাই য়েকপা তম্লকপা মীশক নত্তে। লাইরিক য়াম্না হৈবা মীশক অমসু নত্তে। অতুবু কম্না হোংনবদগী ইংরেজী লাইরিক পাবা, নৈনবা ওমথ। হিন্দী হৈ। বাংলা ফজনা তাঙবা ওম্মী। ইংরেজীগী অচৌবা 'T' ইবা হৈতে। অতুমদি ওইরগা ডিক্সনারী অমা হৈনবা থোরাং তৌরম্মী। টাইপ রাইটর অমসু শাগে তৌরম্মী। মতোম্দা পীথোক্লকপা ওরিজিনেল অাইদিয়া য়ান্না লৈ। মাগী কলাদি মানা লৈমজবনি, মতোম্দগী মরমাই ওইনা থোক্লকপনি। শ্যা মোদি শ্যামোনি।

অহানবা হৌরকপদা শ্যামো শর্মানা লাইশঙ-মাওপকী ধর্মাগা মরী লৈনবা লাই য়েকপা হৌখি। ভত্র অমসুং কালাচান্দগী থুংই স্টাইল অমসুং পরম্পরাগী ঊচেক্মা লাকপনি মসিগা মথং-মনাউ ওইনা ড্রামাগী সীন কম্লা য়েকপা হৌরকখি। লৌরেম্বম কামদেবগী মতুংদা লৈলাগী সীন য়েকপদা মখিং [illegible] কলাকারদা শ্যামো শর্মানি। এরিয়ান, এম: দি: য়ু: ( [illegible] কে: সি: এস: কী মমাংদা ), পেরেদাইজ, রোকসি অমসুং থুংগী হোল কম্নাগী সীন য়েকখি। মতম অমা লীলাগী সীন অসি লীলাহুদা য়াওবা চরিত্র নত্রগা থোদোক অমতম য়াম্না মরুওইনা লৌনরম্মী অংবোকশিংনা খরায় য়াওনা য়েংনরম্মী। মহৈ মহৈ লাথা ভৌহুদা তানরম্মী। সীন অমা য়েকপদা ফংলকপা লু: ৫০/৬০ অহু শ্যামোনা মাগী স্কুলদা থাদরম্মী।

## য়ুনিভরসেল বোর্ড : ভিজুয়েল কৃতিসিজম

মথংদা লাক্লে শ্যামোগী থ্বায়দগী মমিং চংখিবা পুন্সিগী তাংকক— এক্টরস য়ুনিয়নদা থেংপা অয়েকপা লাইয়াম ( পোষ্টর )। ইন্ডিয়ান অর্ট

স্কুলনা এক্টরস য়ুনিয়নদা লৈরিবৈদা লম্বীগী মতায়দা উখোঙ য়ুংলগা অচৌবা পোষ্টর কয়া চয়োল খুদিংগী হোং হোংহনা থেংলম্মী। মতুদা থেংখি মাগী মমিং চংলবা, ক্লাসিক ওইরবা, অনীশুবা লাঞ্জাওগী খিমদা য়েকপা মৈতৈ মুগীনা উরোক থোং লানবা। লাই অসি মমিং য়াম্না চংখি. মী য়াম্না য়েংনখি। মুমিদাংদা মৈ কাপশিন্দুনা উংখি। অসুম্না লাই খরসু মথং মথং য়েক্লগা থেংখি। বঙ্গালী অমনা মৈতৈদি হুই চাই হায়না খবরদা ইয়কপদা মতুগী মায়য়োক্তা লাই ওইনা থেংতুনা উংখি। এস: পি: পালিট লাক্কুনা খিংখি। প্রিন্ট মেদিয়ানা সমাজগী অফ-ফত্ত আলোচনা তৌহনা ফোঙবগুম, শ্যামো শর্মানা মিংনা ইবা অয়েবপা লাইগী মতেঙনা (ভিজুয়েল মিদিয়ম) সোসিয়েল কৃতিসিজম তৌহনা উংলম্মী। লাইরিক, খবর পাবা ঙমজদবা প্রজা কয়াদা হাকথেংননা ঈখিল পীবা ঙমখি। মণিপুরদা পুমনৌ নৌবা চাংয়েং অমনি।

মহাক মীগী শক (পোরট্রেট) য়েকপদসু হৈশিংবা আর্টিষ্ট অমনি। মাগী পুন্সিদা পোরট্রেট কয়া য়েকখি। অতুবু, অতৈ কলাকারগা মাগা মায়দে। য়েকপদা স্কেল থাদে, স্কেল শিজিন্নদে। কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্রনা হায়— "উরিপোক্কী চক্রিকোমদা, সড়ক ময়াদা ময়ামগী মমাঙদা অজ্ঞা শ্যামো লাই য়েক্লম্মী। মাগী বোর্ড অতুদা ময়েক শেংনা থাই— "স্কেল শিজিন্নদে।" মাগী কল্পনা অমসুং শেমজিন-শাজিনবা হৈবগী শক্তি অঙকপনি! লৈখিদ্রবা অতুগা ফোটোদি লৈহৌদ্রবা মীওই কয়াগী বারী লীহল্লগা অমসুং মরী মতাশিংদা য়েংলগা মীশক অতুগা মায়বা য়েকপা ঙম্মী। মমিং চংলবা কলাকার আর: কে: সি: এস: না হায়— "চপ চপচাবদি নীংশিংজে। আজ্ঞা শ্যামোনা বাজারদ' তাবা চাল্লি। ভিকটোরী সিনেমা হোলগী মনাক অতুবাইদা ওইনা তৌই। মতুদা মাগী লাইয়েকফমগুম্বা অমা লৈরম্মী। মতুদা সাইনবোর্ড অমা থেংলি— "মচা-মগুশিংদা য়েংলগা ফোটো লৈজদ্রবা অহন-লমনশিংগী ফোটো য়েকপা ঙমজগনি।"

শিল্লংদা লৈবা রামকৃষ্ণ মিসনগী কাঙবুনা শিল্লাংহনা খৃ: কু: ১৯৫৩ গী মতমদা শ্যামো শর্মাদা স্বামী বিবেকানন্দ অমসুং শ্রীমাগী লাই কয়া

য়েকহনখি। শ্রীটি: ঐচ: তোম্বী সিংহনা হায়বদি— শ্রীজি:ব্রজমণি শর্মাগী মাপুংপতা য়েকখিবা লাইশিংনি, মশামক উবা হৌই। চাউরাক্পা লাই ৩০ রোম ওইবা য়াই। কাওবা থরনা, শ্যামা শর্মাবু কৌরকতুনা শিলংদা চংলগা য়েকলুবনি হায়। লাইশিং অদু চৌজিক পিবা কংদ্রে। মসিগী মতাংদা, শিলংদা লৈবা রাম কৃষ্ণ মিশনগী কাংবুনা খৃ: কৃ: ১৯৯৫, নবেম্বর ২৮ দা ইম্ফাল আর্ট কোলেজগী প্রিন্সিপাল শ্রীএল: মধুচন্দ্রদা ইরকখিবা চিঠি অমগী অশংবা য়রেল থরা পীজরি— "... I am sory to inform you that we do not have any paintings drawn by late Sharma in our possession. Long ago. say in 1953 or so, one of our monks had invited artists ( including Shyamo Sharma ) to paint pictures of Shri Ramkrishna, the Holy Mother, Sarada Devi and Swami Vivekananda. for the exhibitions during Holy Mother Centenary Year ( 1953-54 ). The exhibition materials were moved from place in the Northeast and also to Calcutta."

( Swami Ranganathananda )
Secretary

শ্যামে শর্মানা য়াম্না থুনা স্কেচ ( Sketch ) অমা য়েকপা ঙম্বগী গুণ লৈ। মসি অতাওবনি। থুং য়াম্না থুং। নমখিবা পোইন্ট অমা কৈদৌউইদস্সু মাংহনবা তৌদে। থুদাং লেমবা হায়দুনা ওঝা নাইনা মৈতৈ জগোই সজনা তমখি। মৈতৈ পুংস্নু য়েনা হৈ। থুংকী য়েৎনা লাই য়েকলিউইদা ওইনা থুজেং লৈদুনা, জগোই কোৎতুনা লৈ। য়েৎকী থুং চোকথরগা ওইগী থুংনা শীন্দুনা য়েকপা ঙম্মী। ওই-য়েং অনীমক হৈবা কলাকারনি। লমহাংদা থোক্লগা লাইয়েকপা মাগী হৈনবীনি। মহৌশাগী দৃশ্য রাম্না য়েংগল্লি। লম্ফেলদা চংলগা যথ য়েংলগা লাই য়েকই। অনীশিংনা ঈরুজরিউদা মখোয়গী এনাতোমী য়েংদিত্তুনা চঙ-শিল্লুবদা ফুগে তৌরকপা য়াওখি হায়। নোংমন্নু লম্ফেলদা চংলম্বা হাওনুবী

থর' কোয়তান তাল্লছুনা য়েংলুই। অতৈনা ভাব অমা থনখিছুনা ফুগদবগী তৌরকই হায়। অমুক্তা মহাবলীদা চৎলগা মতোমতা মিংশেল য়েংলম্মী। মী অমগী হোথায় তোথায়বা শক্লোনশিং— শাউনিংবা, নোক্লিংবা, কপনিংবা অসিনচিংবা অছু খিগৎলগা মিংশেলদা মতোমতা য়েংজরম্মী। মচুদা থেংনবা মীনা অঙাওবা নিপা অমা লৈরে হায়রুনা লংনরকই।

শ্যামোগী অনৌবা বাখল্লোন্নি। 'মণিপুরী আর্ট'। মসি মানা হৌদোক্লম্বা ফিলোসোফি অমনি। শ্যামোনা চেৎনা থাজৈ— মৈতৈগী ওইব', হোপ তোম্মা ethos, aesthetics লৈজৈ। মসি উৎতুনা য়েক্লবা হোৎনবু মহাক্লা 'মণিপুরী আর্ট' হায়না মিং থোনজম্মী। মসিগী বাখল্লে'নদা য়ূম্ফম ওইরগা মৈতৈগী কলচর, বারী, ইতিহাস, পরম্পরাগা মরী লৈনবা লাই থরা য়েকপা হৌগৎলম্মী। অকোয়বা স'র্কল, অঙৌবা মচু, কেজবা, থোৎমেওবা ঈংবগী থম্মোয় ঈহুল ফোঙদোকপা লাই য়েকপা হৌগৎলম্মী। 'ইন চিংবী' নচিংবা অসি মসিগী পরীংদা য়েক্লকপনি। থোইদোকপা অমনা মৈতৈ চুপীগী অৱা-অনা ফোঙদোকপা ফজরবা লাই থরম্ব য়েক্লম্মী।

## শ্যামোগী খুদোল ঃ মোর্ডন মণিপুরী আর্টকী লময়ানবা অমা

মণিপুরদা আর্ট কোলেজ লিংখৎতুনা কলাগী অচৌবা ঈহৌ অমা পুরকপতা নত্তুনা মোর্ডন মণিপুরী আর্ট হৌদোকপা লময়ানবা অমা ওইনম্ব শ্যামো শর্মাবু মতম পুম্বদা শেন্নচুনা লৈহৌরগনি। মানা মণিপুরী চিত্রকলাগী ইতিহাসদা কল্লিবা মকম অসি য়াম্না চাউই অমস্নং মমল য়াম্মী।

শ্রীএম: কে: প্রিয়োব্রত, শ্রীহাওবম শ্যামসুন্দর অমস্নং হজুবম শ্যামো শর্মা— কল কর অহুম অসি অনৌবা মৎমগী মুত্তি অহুম কংবা অচৌবা কলাকারশিংনি ( the great trio of mordern Mani-puri art )। ভত্র অমস্নং কালাচান্দদগী খেন্ননা প্রিয়ব্রত অমস্নং শ্যামসুন্দরনা ধর্মগী ওইবা হীরম থাদোক্লুনা মীচমগী, সমাজগী,

ইতিহাসকী ওইবা হীরম কয়াদা লাই য়েক্লকই। কলাকার অনীসিগী মথুত্তা অহোংবা মশক থরদি উবা ফংলে। তৌইগুম্বনুং মবাম্নিনা হান্নগী ট্রেডিসনেল ওইবা ফোর্ম ত্তুবদি থুগাইবা, থাদোকপা ঙমদে। অনী অসিদগী খেন্নবা শ্যামো শর্মানা হান্নগী ফোর্ম থুগায়দুনা অনৌবা খুৎশেম কয়া পুথোক্লকই। খৃঃ কৃঃ ১৯৫০ গী অথেঙবা মতমদগী হৌনা শ্যামোনা থাংজম মাগুবকী আর্ট গেলেরীদা ক্যুবিজম ষ্টাইলদা লাই য়েকপা হৌরকখি। (থাঙ শাবা নিপা অমগী লাইনি) মাগী 'উরোক খোং লানবী' দা নেচরেলিষ্ট ওইবা তোক্সনা, উৎলিবা বাকম অজুতদা (দুপীতুদা ফোকস তৌবা, অতৈ থৌশাদবা) উৎনবা হোৎনরকই। মাগী 'মাদর এন্দ চাইলদ' এক্সপ্রেশনিষ্টিক ষ্টাইলদা য়েকপা লাইনি। শ্যামো শর্মাদা মনুং হুনজিনবা কম্পোজিশনগী ভাব য়াম্না লৈ। আর্ট কোলেজ লিংনবা হোৎনবদা পুক্নিং চংখিবা মরম্না লাই য়াম্না য়েকপা ঙম্নবরমনু, মানা য়েক্লম্নিবা লাই থরা অসি মণিপুরী কলাগী মমল নাইত্রবা খুদোলনি। মাগী পুন্সি অমম্নুং দান য়েংউরগা, ভদ্রগী মতুংদা লাকপা খুনায়দগী শীংথানবা য়াবা, তোমথিন তারবা অ টিটি শ্যামো শর্মা মতোমতনি হায়বা য়াই। ▣

রায়েং অসি ইবদা মতেঙ লৌজখিবা অমসুং রারী-রাতায় শাজখিবশিং ঃ

১। শ্রীমতী তোম্বী সনা দেবী, শ্যামো শর্মাগী লোয়নবী, চহী ৫৭/৬৮, নাগামপান, ইম্ফাল

২। শ্রীহজুবম ব্রজকুমার শর্মা, চহী ৬০, শ্যামো শর্মাগী মনাউনিপা, নিংথেম পুখ্রি মপান, ইম্ফাল

৩। শ্রীমতী হজুবম সুরোধোনী দেবী, চহী ৬৮/৬৯, শ্যামো শর্মাগী মচনমুপী, নিংথেম পুখ্রি মপান, ইম্ফাল

৪। শ্রীএলঃ মধুচন্দ্র সিংহ, চহী ৫০, শ্যামোগী ছাত্র, ইম্ফাল আর্ট কোলেজগী প্রিন্সিপাল

৫। শ্রীটিঃ ঐচঃ তোম্বী সিংহ, চহী ৫৯, শ্যামোগী ছাত্র, সেক্রেটরী, আর্টস সোসাইটি, মণিপুর

৬। শ্রীসুন্দরাম, চহী ৫৩/৫৪, শ্যামোগী ছাত্র, চৌঙ্গামথা, ইম্ফাল

৭। শ্রীঅরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, চহী ৫৬, কলাকার, খোংমন মংজিল, ইম্ফাল

৮। শ্রীহুযেঙ্গম্বম তেজকুমার সিংহ, চহী ৬১, শ্যামোগী ছাত্র, কেমিলী রেলফিয়ার দিপার্টমেন্ট, মণিপুর সরকার

৯। শ্রীগুরুমযুম ব্রজমণি শর্ম্মা, চহী ৬০, শ্যামোগী ছাত্র, শিংজুবুং লৈরক, ইম্ফাল

১০। শ্রীথাংজম ইবোচা সিংহ, ( This Chitralaya ) চহী ৫৮, শ্যামোগী ছাত্র, ললাবুং মখোঙ, ইম্ফাল

১১। শ্রীআরঃ কেঃ সিঃ এসঃ, চহী ৭২, কলাকার, কৈশামথোং, ইম্ফাল

১২। শ্রীহুঙ্গ্রাম নন্দকিশ্বর শর্ম্মা, চহী ৭৪, শ্যামোগী মরীমতা, নিংথেম পুখ্রি মপান, ইম্ফাল

১৩। শ্রীমংশাতাবম হেমচন্দ্র সিংহ, চহী ৭২, ওঝা কলাচান্দগী মচানিপা, চেক্কোন, ইম্ফাল

১৪। শ্রীশামুলাইলাৎপম গোপাল শর্ম্মা, চহী ৮০, কলাচান্দগী ছাত্র, চেক্কোন বজার

১৫। শ্রীমতী সাইখোম ওংবী পুনবুন দেবী, চহী ৭৫, কালাচান্দগী মচানুপী, শিংজমৈ লৈশাংখেম লেকাই, ইম্ফাল

১৬। শ্রীলাইশ্রুরাম ইবোবা সিংহ, চহী ৭৫, শ্যামোগী লৈকায়, ৱাংখৈ কৈথেল অশাংবী, ইম্ফাল

১৭। শ্রীশাইরেম শানিস সিংহ, চহী ৮১, লৈকায়গী অহন অমা, নিংথেম পুখ্রি মপান, ইম্ফাল

'পোকুফম' গী ২১ শুবা চহীগী অথমবা চেফোঙ, তাং ১।২।১৯৯৬

# শ্রীমতী মানবী দেবী নীংশিংলুবদা

## ( তংখারোল্র মতেক অমা )

থাংমৈবন্দগী এল: পি: স্কুলদনি। হন্নবী অমা শাক্তনা লাক্লগা খঙাগুবদা তম্লিবী মুপীমচা অমগী মশা শাগল লাকতুনা চীংথোক্লম্মী। মরাম মমাঙদা মশম ফোয়রম্মী, ফুরম্মী, লাইব্রেরিকতু শেগায়রম্মী— "লাইব্রেরিক তম্বা য়াদে। মুপীনা লাইব্রেরিক তম্লগা অকাণ্ডবী ওনগেরা.. ?" মানবী লাইব্রেরিক তমহনখিদে, মবোক্না ফুবিরম্মী লোম্না লোম্না স্কুলদা লাইব্রেরিক তম্বা চংপগী। অতুবু, অঙাংশিদি মওং অমনি। তুমিম্না লৈবা হৈতে, মুপাগী শাহৌনি। থাংমৈবন্দগী য়েন্দ্রেম্বম অঙাংজাওগী সার্কস য়েংলুবদগী চঙশিল্লগা হায়রক্ট— "পাবুং ঐস্না সার্কস য়াওগে।" মতমতু মানবী চহী ১০ রোম শুরে। খোঙগ্রাউ অমা তুবিরে। মতম থরা সার্কস য়াওরে। উপু ১২ মথক্তা লোনখংপা, মতুদগী তারকপা অসিনচিংবা কয়া উৎলি। নোংমা অঙোম নিংথৌনা য়েংবদা, মুপী মচাসে শিব' ভারে হায়দুনা কৌশিল্লগা সার্কস য়াঙবা য়াদকো হায়রম্মী। মতুংগী তোকপ্রে।

এম: দি: য়ু: গা শম্নহনা লীলা য়াওবা হৌরকখিবদি ইচে ইবেমহল দেবীগী মতুং ইন্দুনা লীলা য়েংবা চংপদগীনি। ইবেমহল দেবী এম: দি: য়ু: গী লীলাদা ঈশৈ থরা থরা শকই। সুভদ্র', নোংমাইজিং বৈষ্ণবী, সাবিত্রীগী মমানচিংবা পার্ট মচাম্ন শাই। ( ইবেমহলগী মপুরোইবা অজ্ঞা

নীলমণি শর্ম্মস্তু এম: দি: য়ু: গী মমিং চৎপা ৫ক্টর অমনি।) লৈশাবী পুংকক ফারক্রবদা মানবীদা লীলা য়াওসি হায়হুনা থেম্মী। য়াদে। অহুবু জগোই শাবদি য়াওগে হায়হুনা নোংমাইথেম সুধীরনা জগোই তম্বীহুনা 'সাবিত্রী সত্যবান' 'অরেপ্পা মরুপ' নচিংবা লীলাশিংদা জগোই শাবা হৌখি। কয়া অমুক থেন্নদা য়াদ্রে, ময়াম্না য়াহে অমত্তাদ হায়য়ু হায়রে। মানবীগী পুন্সিগী অহানবা লীলাদি "সাবিত্রী সত্যবান' দা 'মহারাণী লেঙলক্রে' হায়বা য়াহৈসিনা ওইখি। অহুবু কলাকার অদিগী পুন্সিদা লীলা ১০০ গী মথক্তা শরুক য়াহুনা জাবোকপু শুমহৎপা য়াহৈ কয়া কয়া ভাঙপ্রে। মাগী য়াহৈ অসিসু নাকোংদা নীপ্রি।

লান মতুংদা অরিবম মানবী দেবী মরৈবাক নজ্রগা বাই য়ালী জগোই শাবী ওইনা মমিং য়াম্না চৎখি। নোংমৈবুং অঙোম লৈকাইদা, অঙোম নিংথৌ মাগুবতা ১১৪ শিয়ারী মিলিটরীশিংনা 'মানবী হোল' মিংথোন্দুনা মশাগী মিংদা হোলফাওবা লৈখি। লান মতুংদগীদি এম: দি: য়ু: গী লীলা কয়াদা শরুক য়াবা হৌরে। খৃ: কু: ১৯৪৫/৪৬ দা কবি চাউবগী 'নব-মালিকা' দা মালিকা শাখি। মানবী দেবী মরুওইবা পার্ট কয়া লৌহুনা শক্তম লাংখিবা শীংথানবা য়ারবা লীলা খরদি— 'উত্তরা' দা উত্তরা, 'বিল্বমঙ্গল' দা চিন্তামণি, 'ময়া সংসার' দা নলিনী, বভ্রুবাহনগী ইরা, নেতাজিগী মায়া, কর্ণার্জুনগী কুন্তী, মমৌ ইবেম্মগী মনেম্বোক অসিনচিংবনি। ড্রামাগী লমদদা নত্তনা মণিপুরী ফিল্মদসু শরুক য়াখি— 'শাফবী', 'কোম্বীরৈ', 'ইশানৌ' অসিনচিংবা অসি পনবা য়াই। খৃ: কু: ১৯৯২ দা 'নাট্যভূষণ' উপাদি ফংখ্রবী কলাকার অসি মশাগী চহী ৭১ শুবদা তেংবান থাদোকখ্রে (১৮।৬।১৯২৫— ১৪।৪।১৯৯৬)। মণিপুরী থিয়েটরগী শীংথানবা য়ারবী অভিনেত্রী অমা মাঙজরে। বীর নারী অমা ওইনা মহাক্না 'উত্তরা' দা মপুরোইবা অভিমন্যুবু হাংখিবগী লমন খুম্বা, থৌনা লিংজেল ফোঙদোকখিবা অভিনয় অহু অসি কাওবা শোম্মরি।

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোরুফম', ২২।৪।১৯৯৬

# লোইতাম য়াইমা সিংহ

( ১৯১০—১৯৯৬ )

ইন্দক্তা আগষ্ট ২৫ দা মশাগী চহী ৮৬ শুবদা মশাগী য়ুম ব্রহ্মপুর নহাবম লৈকায়দা লৈখিদবা লোইতাম য়াইমা সিংহ ( ১৪ । ১১ । ১৯১০ —২৫ । ৮ । ১৯৯৬ ) মণিপুরী জনে´লিজমগী অহানবা তাংকক্তা অচৌবা থৌদাং য়াৱবা খুৎমাবা জনে´লিষ্ট অমনি। মসিগী মথক্তা সমাজগী সেবা তৌরম্বা, কংগ্রেসকী কর্ম্মী অমসুং মণিপুরবু য়াইফনবা খঙ্গখিবা মীশক অমনি। মাদি য়াম্না নুংঙাইবা, মীকি লাইকিদবা, মরীন লৈবা, ঐগী মীগী য়েংদবা, হায়ঙম-তৌঙমদবা, অচুম্বা থবক অমগীদমক্তা শিবা কিদনা চোঙথোকপা ঙম্বা মুপা অমনি। মাবু উহৌবা, শন্নহৌবা তিন্নহৌবা মীশিংনা কাউবা ঙমদবা চরিত্র অমনি। মশাগী চহী ১৬ শুবদা সার্কস য়াওই, মুতুম জামিনীখোয়গা লোয়ননা কৈরাক কাব্বী, থৌরী চংপী অসিনচিংবা তৌই। মুক্তা হৈ। লান মমাঙদা নহাবম লম্পাক অসি মূরা শান্নফম্নি। য়াইমনা লৈকায়গী লুচিংবনি। থাঙ-তা, শান্ন-খোৎনবা, মনম হৈ। য়ুম্নাম লৈকায়দ, শুমাঙ লীলা শান্নবা কাঙবুনা মন তৌবদা মাম্থ চোংশিন্দুনা য়াওই। ঈশৈ পাম্মী— নটকী ঈশৈ, খোঙজোম পর্ব্ব শকই। ( অদুনা মচান্নুপী লোইতাম বিনো অমসুং ইবেতোম্বী দেবী ঈশৈ শকপী ওইরকখি।) মহৈদি জোনস্টোন স্কুলগী ক্লাস ফিক ( ৫ শুবা ) পাসনি। অদুবু রা ঙাঙবদা, লেকচর তৌবদা ইংরেজী য়াম্না খেংলি, বাংলা হৈ। মানা ঙাঙাখবা কয়া ঙসি

ফাওবা শোয়রি— "ক্লাস ফিফ পাস তৌবা লোইতাম য়াইমন এম: এ: পাস তৌবা সিনাম কৃষ্ণমোহন দগী হৈবা হেল্লি। ... নেহরুনা মোতিলালগী মচা ওইনগী ফাওসনি, লোইতাম য়াইমগী মচা ওইরম্লবদি ফাওবম্মোই।" অসিনচিংবা কয়া। থবক্কী মীনি, পাঙ্গলতাবীদা হায়থত্তুনা লৌ উই, লৈকায় অমসুং সমাজগী থবক কয়া তৌরম্মী। ইম্ফাল ইষ্টকী বি: জি: সি: মেম্বর ওইরিবৈদা (১৯৫৪, ১৯৭১) মাংকৈ অসোমগী স্কুল কয়া লিংখৎনবা হোৎনখি। লৈকায়দা লৈবা ব্রাপুর ধর্মালয়, মহাবলীনচিংবগী থবক কয়া তৌরম্মী। লৈবাক্কী থবক্তা য়াওদবা লৈতে। রূপমহলগীসু থবক নোম্না মীশক তমনি

রাজনীতিদি য়াম্না পামজে। নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী ভোলুন্টিয়ার ওইরকই। মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসকী মেম্বরনি। কংগ্রেস য়াওরবসু কংগ্রেসকী শেল্লা-থুমজা তৌবা লুচিংবশিংগী মায়য়োক্তা লৈবা লান হৌবা অমনি হায়না য়াই। মখোয়গী য়ানিংদবা নীতি, থবকশিং অদু হেক্তা ফোংনা চৈবা মীতানি। জর্নেলিজমদা য়াইমগী দান্দি— 'প্রজা' (১৯৪৮, থুংলাগী চেফোঙ) গী সম্পাদক ওইরম্মী; 'প্রজাতন্ত্র' (দৈনিক পত্রিকা, ১৯৪৮) গী মেনেজর অমসুং একটিং ইদিটর; 'জন্মভূমী' (১৯৫০) গী পব্লিশারনি। খবরশিং অসিদা নিংথৌ অমসুং সরকারগী মথক্তা কন্না কন্না চৈবা, ইবগী য়াথোক কয়া থোকখি। 'প্রজা' দা "নিংথৌগী যুগ লোইরে" হায়না ফোংদুবগী লুপা ৫০০/- ডিপোজিট মৎখি, ফোঙবসু থিংখি।

মহাক্না ৺রা: কু: মায়পাকসনাগা পুন্না ইমিন্নবা "নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা" (১৯৮৩) য়াম্না কবা লাইরিক্নি। অতুগা রা: কু: মায়পাকসনানা জেনেরেল এদিটর ওইবা "মণিপুরদা অহানবা সত্যাগ্রহ আন্দোলন" (১৯৯৬) লাইরিক অসিগী মচাকশিং লোইতাম য়াইমনা পীবনি হায়। চুম্মী, লোইতাম য়াইমা খিজিনবা য়াম্না ফন্দে, মচাক য়াম্না খোমজিনগদবা মীশক অমনি। শিরমদা ইফাওবা ইবা, খোৎচিনবা তোকখিদে। মাঙান্দা মনা-মথুম কন্না পীখি— সার্টিফিকেট ওফ ওনার

( ১৯৮৪, এ: এম: বাইং জে: মু: ); ষ্টেট জর্নেলিষ্ট এবার্দ ( ১৯৯৩ দি আই পি আর ), খোইদোকপা সম্মান ( ১৯৯৫, এম এস পি ) অসি-নচিংবা। য়াইমদি গান্ধী নীতি চৎলি, শেঙ্গা-থুমজা, য়াচৎ-য়ানোম য়াদে। মচাশিংদা ( মচা ৯ থনম্মী ) তক্তনা লাউরম্মী— "সেন চাগনু।" লাই থাজবা, অচুম্বা নীতি চৎচবা, লৈবাক্কী থল্লম্বা মীশক অমা চৎখ্রে। মতম অমগী লোইতাম য়াইমা ঐখোয়বু থাদোক্লুনা চৎখ্রে। ◻

— লোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্নফম', ২।৯।১৯৯৬

# ঙাঙবম নীমাই সিংহ

## সনাগী থোঙ্গেলদা শৈশক্রপা

ইম্ফালগী ময়োলদা লৈরিবা য়াইস্কুল মণিপুরগী সংস্কৃতিগী কেন্দ্রনি, জাগোই-ঈশৈ, লীলা-ফালাগী মফম্নি। অদুনা থোক্লকই মফম অসিদগী মশক নাইরবা কলাকার কয়া। অসিগুম্বা য়াইস্কুলগী কলা-সংস্কৃতি ঈহৌদা অচৌবা শরুক য়াখিবা, শীংথানবা য়ারবা মীশক অমনি ঙাঙবম শ্যামকিশোরনি (১৮৯৩-১৯৮৫)। ঙাঙবম নিমাই শ্যামকিশোরগী মচানিপা অহন্নি। চহী ১১ গী মমাংদা ঐনা ঙাঙবম শ্যামকিশোরগী নরমদা অস্মা ইজখি— "......লৈবাক্না 'য়াইস্কুল লাকপা' হায়না খঙনবা মহারাণী ধনমনজুরীগী (ঙাঙবী মহারাণী) মোপ্পানি। প্রজানা ইকায় খুম্নবা, মতীক মথৌনা লৈবা নিপা অমনি ঈশৈ নোংমাইদা মথর য় লৈ। মসিগী মথক্তা জিমনাস্টিক, সারকস, মানা হৈত্তবা, হৈনিংদনা লৈতে। মণিপুরগী ইহান হান্বা ওইনা ক্লারিওনেট খোংবা হৌদোকপা কলাকারনি। (অহানবদা নিংথৌনা ক্লারিওনেট খোংবসি মাংই হায়না থিংলম্মি।) মহাক লীলাগী কন্সর্ট পার্টিগী লুচিংবা মকোক্নি। লীলা হৌরমদাইদা কন্সর্ট খোংবা অসি মাগী হৌদাংনি। হায়নবা লৈ, য়াইস্কুলনা থিত্তুং মমিৎ-মমায় পাংদুনা চাউখৎপগী মঙাল ফংলিবসি ঙাঙবম শ্যামকিশোরগী মপান্দগীনি।" (মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা মীৎয়েং অমা, ১৯৮৫, লা: ২০৮) শিলোংদ. লাইব্রিক তম্না চংপদা থাসি মচা'ন' ক্লারিওনেট খোংবা উবদা পামজমলবনা ঙাওখিদুনা যন্ত্র অসি

খোংবা তমখিবনি। মমৈথংদা মহারাজনা মাবু মাংহনবা তোক্লনা শ্রীগোবিন্দগী বৈথবতা নুমিৎ থুদিংগী খোংহনখি হায়। অহুম্মা ভাগুমম শ্যামকিশ্বরনা মণিপুরদা নোংচুপকী ম্যুজিক পুশিল্লকপা লময়ানবা অমা ওইখি।

খৃঃ কুঃ ১৯৩১, মার্চ ১৫ দা এমঃ দিঃ য়ঃ লিংথংলবা মতুংদা (লিংখৎপদা শ্যামকিশ্বর, ললিত, ইরাবত, যুগোলচন্দ্র, অঙাংহল, থানিল, ময়ূরধ্বজ, শ্যামসুন্দরনচিংবা কয়া য়াওই) হৌজিক্কী হোল অসি শাত্রিভৈদা অয়াম্বা লীলাদি ভাগুবম শ্যামকিশ্বরগী মমাঙ শঙ্গোয়দা শান্নবা ভাক্কনি। খৃঃ কুঃ ১৯৩১, মার্চ ১৫ দা এসঃ লালংগী 'অরেপ্পা মরুপ' কৌবা সামাজিক লীলা অসি শ্যামকিশ্বরগী মমাঙ শঙ্গোয়দা থৈজ শেমজুনা ইহান হানবা ওইনা টিকেট লৌদুনা শান্নখি। মতুংদা মহাকবি অঙাংহলগা লোয়নদা "চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দির" লিংখৎতুনা অঙাংহলগী 'ইবেম্মা', 'পোক্তসী' নচিংবা লীলা কয়াম্ব মথং মথং শান্নখি। মঙাও থীবা শ্যামকিশ্বরনি। য়াউশঙংগী নুমিৎ মঙানি লৈকায়গী মো. লৈশাবী ময়াম ময়মদা লেম্না চাক পীজে, কূম্মে তৌহল্লি। নুপীশিংগী ফেন্সি ড্রেশ, থাবল চোংবদা বেন্দনা খোংবা হৌদোকই। লৈকায়গী মো ময়াম গঙ্গা, ভাও পীথকই — থওইনা ভাওহল্লি। য়াম্না চাউবা ঘুটি শারগা মেরা থৌ'রন' পাই। চম্না মুংশিনা ভাওবা মঙাও অমনি।

ভাগুবম নিমাইসু (অশোংবা মমিং ইবোহল কৌই। 'নিমাই' শাবদগী নিমাই ওয়না কৌনখিবনি) মপাবুংগী লমচং, মিহুন, ঈ লৌই। অঙাওবা মপাবুংগী মানা অমুক্তা হেম্না শাথিনা ভাওই। লম য়াম্না হেল্লি, মথোঙ হক্তে, মী কিদে, শিনি নানি খঙদে। মসিগী মরম অমনা মহাক মমানা নাওকে'ক্কক্তে। অপোকপী ওম্ফাসনা য়াম্না ওম্না নোঙ্গাখি। মপাবু'না থবক কাপ্রিভৈ (মপাবুং পঞ্চ'য়গী মেম্বরনি) হল্লকত্রিফাওবা কপতুনা লৈ। কনা অমত্তনা থেম্বা য়াদে। অঙাং অসি শিবা তারে হায়হুনা স্নমথ্যা ইবেম্মনা (মহ'রাণী) কোম্নুংদা পুখৎতুনা য়োকই। মহুসু য়ুমদা হেক্তা (য়াইস্কুলদা) চেন্নকই। অহুবু অয়াম্বা

মতমদা কোন্নুংদা চাউরকখি। লাইশ্নিক-লাইত্ত নীংথিনা ত্তম্মু য়াদে। মহাবলীদ', তুরেল খোই চোপ্তুনা, খজিং ফাহুনা, শাম্নহুনা লৈথোকই। নমহুনা বেঙ্গলী স্কুলদা ৮ শুবা ক্লাস ফাওবা তমহনখি। ওঝা শশীমোহনগী মকমদা প্রাইভেট ট্যুশন তৌহল্লি। লাইরিক তম্বিবগী মতুংদা ঈশৈ পাম্বা ওঝানা ঈশৈ পামজরবা পরুশ্বাগা ঈশৈ ঔম্নাইমিন্নহুনা লৈ। মশাগী চহী ১১ রোম শুরকপা অহুম্বাইদনি। নিমাইনা কৌবিলিয়া মপান হেকপা কাবদা তায়ক্তুনা ওইথংবা মখুং তেকখি। নীংথিনা লায়েংবগী খুদোংচাবা ফংদবা মতম ওইবনা ওইথংবা মখুং তংখায় অমা ককপা তাখি, ককখি, অন্নাবনি! অভাওবা নিপামচাহ্ খুংতেকপা নিমাই ওইখি। মমৈথংদনা অমুক ওইরকখি—খুংতেকপা কলাকার অমা।

অঙকপদি, নিমাইগী ওইথংবা মখুং তেক্রে হান্নবসি করম্না খাজগনি! মচাক মখুং নামা য়াওদে হায়বগী রাখল করি অমত্তা খন্দে। মখুং তেক্লা তেক্লা সাইকল অহুম খোই; ক্রিকেট বেদমিণ্টন শান্নে; ঈশিং শোকই শীং খায়; হারমোনিয়ম অমসুং যন্ত্র অতৈ অহুম খোংই; তুরেন্দা অহুম ঈন্নোই, কলিকাতাদা ঈরোইবা তান্নবদা মানা মকোক ওই হায়। মচাগী মখুং তেকখিবদা মপাবুং শ্যামকিশোরগী খম্মোয় কায়খি। অহুনা মচাগী নীংবা নীংবা থুংনবা হোৎনখি—অপাম্বা খরচ মথৈ পীখি। ইনাক খুনবা ইমুংনি, ফরিস্থ রাস্তে। মসিনা মরম ওইহুনা কাহেম্না ভাওনবগী মরমসু ওইখি। নিমাইগী পুন্সি খম্না নে-তানবা হায়হুনা চীংঙাখম নিঙোল ইবেম্নাইমা দেবীগা লুহোংবিহুনা য়ুম পানবগী পুন্সিদা খোঙদাহল্লে। ইবেয়াইমা মশাগী চহী ১৬ শুরকপদা য়ুম পান্নকপনি। নিমাইনা মঙোন্দগী খা তরুক্তুমক হল্লি। হান্না খঙনম্নকপনি। মখোয়গী শঙ্গোয়দা 'জয়দেব' লীলাদা পদ্মাবতী শারকখি। ঈশৈ শকপী, লীলা পামজবী কলাকার অমনি। মচা তরেৎ পোকই। মচাশিং অয়াম্বা জগোই-ঈশৈ লোম্ননা পাম্মী।

মচাশিংগী মনুংদা সুন্দরী দেবী জগোই শাবী অমা ওইনা মতম অমদা লৈরাক্লা শকথঙনখি।

ভাগবত নিমাই ঈশৈদা থবাক হকচাং পুংলুপ লুপচবা তশেংবা কলাকার অমনি। মাগী মশাদা, ঈংতোংদা, মিহুন্দা, হকচাংগী মকম পুম্নমক্তা ঈশৈতনা, সুরগী খোন্থাংতনা য়োমহুনা শারক্লবা মীশক অমগুম্বনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী ঈশৈদা ভাওহুনা লাকই। ওঝা লাইশ্রম গৌরহরি, থোকচোম অঙৌনচিংবদগী ঈশৈ তম্মী। মাগী ওঝা লাইশ্রম গৌরহরিনা সুরকাররনি। ঈশৈগী ময়মদা য়াম্না থঙবা মীশক অমনি। ( গৌরহরি বাংলাদেশকী চট্টগ্রাম জিলাদা চৎলুনা হিন্দুস্থানী সঙ্গীত বাংলা আধুনিক ঈশৈ, রবীন্দ্রসংগীত, দ্বিজেন্দ্রলাল, অতুল প্রসাদ, নজরুল গীতিনচিংবা শৈশকশিং তম্লকখি।) অদুবু মতোন্দা ঈশৈ শকপগী গায়ক অমা ওইবগী মগুণ বাৎনা লৈখি। অদুগা ভাগবত নিমাইদি গায়ক, ঈশৈ শকপা অমনি। মাগী খোঞ্জেল য়াম্না মুংশি, অতাওবনি। মখোল লূম্মী, হৌই। য়াম্না লায়না, চম্না শকপা ঙম্মী। চম্না ফজহল্লি, চম্না মুংশিহল্লি। মসিগী মথক্তা, ভাগবত নিমাইনা এম, দি, য়ু, রুপমহল্লনচিংবা লীলাশিংগী ঈশৈশিংসু সুর পাল্লম্মী। যন্ত্রসু ফজনা খোংবা ঙম্মী। মণিপুরদা ট্রমপেট ফজনা খোংবা ওন্দি মহাক মতোমতনি। লাইশ্রম গৌরহরিনা মণিপুরদা আধুনিক ঈশৈগী মৈরা অমা চুথংপিরম্মী। অসিগুম্বা মৈরা অসিবু হেন্না মঙাল হাপ্পুনা তেম্না লংথৎহল্লম্বা কলাকারনা ভাগবত নিমাইনি। মণিপুরী আধুনিক ঈশৈগী ইতিহাস অমসুং পরম্পরা শাগৎপদা কলাকার অনীসিগী থৃদোল য়াম্না চাউই। ওঝা লাইশ্রম গৌরহরিনা সুর পানবা অদুগা ভাগবত নিমাইনা শকপা ডিক্স রিকোর্ডকী অঙনবা আধুনিক ঈশৈ ৬ অসিদি অমর ওইহুনা লৈহৌরগানি—"ঝাতি কৌবী শকহেনবী..." "কিজেনে" "মুংশিগী তেম্না পাল্লবদা..." অসিনচিংবা।

ভাগবত নিমাইগী শৈশক্তা পঙ্কজ মালিক, কে, এল, সায়গলগী প্রভাব য়াম্না তাই। মসি মশানা জাবনি। বেঙ্গলগী পঙ্কজ মালিকতি

মহাক্কী গুরুনি। ময়াদা লৈবা গ্রামোফোনদা পঙ্কজগী ঈশৈ তাদুনতো লৈ। নুপীলানগী কল্লবা ঈরাং মরক্তুদা পঙ্কজগী ঈশৈ তাতুনা লৈ হায়। বুদ্ধিমু অঙকপনি, তাবগা হেক্তা কাই, শকপা ডমী। খৃঃ কুঃ ১৯৪১ দা সাইকল য়োম্বোক্লগা পঙ্কজ মাল্লিকী মনাক্তা ঈশৈ তম্বা চংলি। চহী অনীরোম পঙ্কজগী মকমদগী ঈশৈ তমখি। শ্রীমতী এম, বিনোদিনী দেবীনা খরচ ওইনবা শাগী রুপা নিফু থাই হায়। (মতমতু পঙ্কজ মাল্লিকী যুগনি। মহাক বাংলা আধুনিক ঈশৈগী অপোকপনি। রবীন্দ্রসংগীতপু য়াম্না পাকশন্না মীয়ামদা মাঁমং চংহনখিবা অমসুং পান্নহনখিবা অসি মহাক্কী মপাম্মনি। কে, এল, সায়গল, কানন দেবী মাগী সেবকশিংনি।)

মশক-মতৌ ফজবা, রাশি লৈবা; মীগী থম্মোয়বু চীংশিনবা ভম্বা মী খুদিংমক তিন্নব, য়াবা, মণিপুরী আধুনিক ঈশৈগী "সনাগী খোঞ্জেল" (The golden voice of modern Manipuri Song)— ভাণ্ডবম নিমাই সিংহগী ৭৫ সুবা মপোক কুমওন (নবেম্বর ২৮, ১৯২০—মার্চ, ১৯৫৪) লাক্লিবা নবেম্বর ২৮ দা 'ভাণ্ডবম নিমাই সেলেব্রেশন কমিতি" শীন্দুনা চাউনা পাংথোকদৌরি। নীংশিংসি কলাকার অসিবু অমুক হন্না ◻

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্ফম', ১১। ১১। ১৯৯৬

# সৌগাইজম নবকুমার (ইবোমচা) সিংহ

## মণিপুরগী অহানবা ইম্প্রেসারিও

তৌখিবা নবেম্বরগী তাং ২২ দা রাধাকুণ্ডদা নোঙাপ্থবা সৌগাইজম নবকুমার সিংহ (২৭/১১/১৯১০—২১/১১/১৯৯৬), মোইরাংখোম, ইম্ফাল, য়াম্না নুংঙাইবা কাউজমদ্রবা মীশক (চারিত্র) অমনি। সিন শুনা হৈং মানা থংদবা নৈতে, মাবু খঙদবা য়াওদে। মনোহরশাইগী ঈশৈ শকপা কলাকার অমনি, ড্রামা য়াওই, থৈজগী এক্টর অমনি, শান্নরোই অমনি, মতম খরা মোইরাংখোম য়ূ: পি: দা মহৎ শিনবা ওঝা ওইরম্মী, মহারাজ বোধচন্দ্রগী এ: দি: সি: ওইরম্মী, 'ললিত কলা ভবন' কৌবা অহানবা জগোই-ঈশৈগী সংস্থান অসি লিংখৎপদা অচৌবা থৌদাং য়াখি, রূপমহল থিয়েটরগী অহৌবা মেম্বরনি, সোসিয়েল ৱার্কর অমনি, জ্বার শান্নবদসু মমিং চৎলি, লৌ-ইংখোল থাদোক্লগা শান্নবা জাংনি, বাংলা আসামী মমালোনদোনা ঙাঙবা ঙম্মী, মৈতৈ চাশিংগী মনুংদা অহানবা সিনেমাগী প্রোপ্রাইটর অমনি। হৌজিক্কী এম, এস, আর, টি, সি, গী ইংখোল অসিদা খৃ: কু: ১৯৩৮-৩৯ গী মতমদা 'চিত্রাঙ্গদা সিনেমা হাউস' কৌবা অমা লিংখত্লনা মমিং চৎলবা বাংলা ফিলম চণ্ডিদাস, দেবদাসনচিংবা কয়া উৎখি। কস্তুরীখোয়গী 'মণিপুর টোকিজ' গী মতুংদা লিংখৎলকপা সিনেমা হোলনি। পূম্নমক্কী মথক্তা, মাদি অশীল-অরাংগী থবক্তা য়াম্না হৈশিংবা অরাংভম (ওর্গেনাইজর) অমনি। মাগী খ্বায়দগী শীংথানবা য়াবা থবক্তি—মণিপুরগী জগোই-ঈশৈবু

ইহান হানবা ওইনা মণিপুরগী মপান্দা উত্নুনা, মণিপুরী সংস্কৃতিবু শন্দোক্লবা অমসুং শকতাক্লবা হোৎনবদা য়াথিবা অচৌবা থৌদাং অহুনি। মহাক মণিপুরী সংস্কৃতিগী অহানবা অমসুং হৈশিংলবা ইমপ্রেসারিও (Impresario) অমনি।

নবকুমারনা তৌথোক্লকপা খুদিং শকচৈ — কেথোক্লক্লে পবচৈ, য়াশি-গুণ চঙথোক্লি, মশক-মতৌ যজে। য়ায়া চাউবা অমসুং লেম্বা হৈ। নিংথৌমচা নত্রগা ইনাকখুনবা জামিন্দারগী মচাগুম য়ায়া কেথোক-মৌথোক্লা হৌরকই, থরচ তৌবদা হাংলেংদে ফুত্তানি তৌবদা মাগী মপা লৈতে। মীগী থম্মোয়বু লায়না চৌংশিনবা, জয় তৌবা ঙম্বা মীশক অমনি।

অচুম্বমক্তি। কৈরাক থারকপা মপা-মপুনি। মমিং চত্নুনা, ফাওহুনা লাক্লবা সৌগাইজমগী ইমুংদি। নবকুমারগী অপোকপা সৌগাইজম ভুবন সিংহ দরবার মেম্বর ওইরম্মী। দরবার মেম্বর অসিসু এদিশনেল মেম্বর নত্তে, হেল্লা চাউবা ওর্দিনারী মেম্বরনি। মপা পোকপা মপুবোক লৈবাক্লা সৌগাইজাম্বা মেজোর (সৌগাইজম বলরাম) হায়না খঙনৈ। নরসিংহ মহারাজগী মচাদুগী লৌবা মপুবোক অসি জেনেরেল ফাওবা ওইখি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা জিলা চৎবদা থাজাল জেনেরেলগা মবাম্নিনা নিংথৌ শেন্নবগী থৌদাং লৌখি। সৌগাইজাম্বা মেজোরগী মচানিপা অহুমনি — ইবোমচা, ভুবন অমসুং গোপালমচা। ইবোমচাসু দরবার মেম্বর ওইখি। মচানিপা সমরেন্দ্র সিংহ, মণিপুরগী অহানবা বি, এ, নি, মহাকসু দরবার মেম্বর ওইখি। অহুনা নবকুমারনা সৌগাইজমগী ইমুংসিদা নিংথৌমচাগুম হৌরকখি।

মহৈগী থাক্তি মেত্রিক পাস তৌবা ঙমখিদে। জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস এট (৮ শুবা) তম্লবা মতুংদা গৌহাটি কতন কোলেজিয়েট হায় স্কুলদা ক্লাস টেনফাওবা তমহুনা খৃঃ কুঃ ১৯৩০ দা মেত্রিক পরীক্ষাদা ফমখি। অঙকপনি, মাবু ফনানা লাইব্রিক হৈত্তে হায়বা ঙমগনি।

লাইশু য়াম্না খঙবা মীনি। গৌহাটিদা ছাত্র ওইরিঙৈদা ছত্রং হৈবদা মমিং চংলি। মতমচুদা আসামী মচা কয়া থংনখি। মমৈথংদা মখোয়গী মতেঙনা (নীলমনি ফুকন, মাধব বিজ বরুৱা, মহেন্দ্র ফুকন অসিনচিংব) মণিপুরী জগোই-ঈশৈবু মপান্দা শন্দোকপদা মায় পাকপা ঙমখি।

য়াম্না ভাওনা, কেথোক-মীথোক্লা হৌরক্লবস্থু নবকুমারদা বলাবু নুংশিবা, ঈশৈবু পামজবগী থম্মোয় অমদি ঈশ্বরনা হাপ্পিরম্মী। মসিস্থু মপাবুংগী ঈ লৌবনি। মপাবুং ভুবন সিংহ মনোহরশাইগী ঈশৈ শকপা অকাওবা অমনি। মানা শকপা — "সনাতন বন্দি শালে প্রভু লাগী উচ্চে ছরে, দিবানিসি কর এলগো" — ওসিফাওবা তাহৌবশিংনা শোম্নরি। মথমদা ঈশৈ-নোংমাই তত্তুনা হিম্নে। অঙাং ওইরিবা নবকুমারনা ঈশৈগা শাগোমদুনা হৌরকই। ওঝা বুলচিধু অমস্তুং মাইবম তেলঙ্গা (ইবোহল) গী মফমদা ঈশৈ তম্লবখি। মপাবুংগী মতৌগুম মাস্থু মমৈথদা মনোহরশাইগী ঈশৈ শকপা অমা ওইরকখি। তৌখিবা চহী ২৫ রোম অসিদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগা মরী লৈনবা উৎসব, কর্মশিংদা মনোহরশাই শক্লুনা লাকপগা লোয়ননা আকাশবাণী ইম্ফালগী কলাকার অমা ওইনস্থু তত্তুনা ঈশৈ কয়া শকখি। মহাক্লা হোৎনবদগী 'মণিপুরী মনোহরশাই সভা' লিংখৎখি অমস্তুং খৃঃ কুঃ ১৯৭৯ দগী ১৯৮৪ ফাওবা সংস্থান অসিগী সেক্রেটরী ওইখি। লৈৎবদবা মতমফাওবা মণিপুরী নরস্তনাম্নয়গী সভাপতি ওইখি।

লীলা-ড্রামাদি পীক্লিঙৈদগী য়াওরক্লে। মশাগী চহী ৭ শুবদা (খৃঃ কুঃ ১৯১৭) জোনস্টোন স্কুলগী সরস্বতী পূজাদা প্রহ্লাদ শাখি। খৃঃ কুঃ ১৯২৫ দা এম. ডি. য়ু. গী মেম্বর অমস্তুং কলাকার ওইখি। মথংদা রূপমহল থিয়েটরদা য়াওদুনা সংস্থান অসিগী ডিরেক্টর জেনেরেল (১৯৪০-৪৩) অমস্তুং চিয়ারমেন টাম মরীরক ওইখি। কা হেন্না মমিং চংপা এক্টর অমা ওইখিত্রবস্তু, মানা শাখিবা লীলাগী পার্ট (রোল) থরদ ঙশিফাওবা শোম্নরি। থোইবাক্লা 'মাইমু-পেমচা'গী খোরাচাউবা শাদা মমিং চৎখি। কর্ণার্জুনগী দুশাষন, নরমেধ যাজ্ঞগী

যাযাতি নিংখৌ (এন সুধিরনা ঈখা লীলা অসি মমৈথংদা খৃ. কু. ১৯৫৬ দা রুপমহলনা শাম্মখি।), ভাগ্যচন্দ্রগী মিছিন্ন, বীর টিকেন্দ্রজিৎকী কুলচন্দ্র মহারাজ অসিনচিংবা অসি পনবা য়াই।

ইমপ্রেসারিও অমা ওইনা নবকুমারনী শীংখানবা য়াবা থবক্তি মণিপুরগী ইহান হানবা জগোই-ঈশৈগী সংস্থান অমা ওইরিবা "ললিত কলা ভবন" (লিংখৎপা খৃ. কু. ১৯৩৪)গী কাউন্দর মেম্বর অমা ওইনা (মমৈথংদা চিয়ারমেন ওইখি) মণিপুরী জগোই-ঈশৈবু আসাম অমসুং কলিকতাগী মফম কয়াদা উৎনবা হোৎনরুবা অসিনি। 'ললিত কলা ভবন' (শয়া 'কলা ভবন' হায়না খঙনৈ) না লান-মমাঙ অমসুং মতুংদা পাংথোক্লম্মিবা থবকশিং অসি মমল য়াম্মী। নবকুমারনা হোৎনহুনা খৃ. কু. ১৯৩৪ দা মাগী আসামী মরুপশিংগা লোয়ননা আসামগী মফম কয়াদা (লমডিং, গৌহাটি, নাউগোং, তেজপুর) মণিপুরী জগোই-ঈশৈ উৎখি। মণিপুরী জগোই-ঈশৈগী ইতিহাসতা মপাম্বা ট্রুপ পুহনা জগোই উৎপা মসিনা অহানবনি। থোঙচৎ অসিদা — পুমবুম, হিজম তোম্বা, নোংমাইথেম ব্রজবিধু, এল, গৌরহরি, শান্তিকিশর, এন, সুধির, এন, রেবতী, এবজি, উদ্ধবনচিংবা ওজাশিং য়াওখি। চূড়াচান্দ মহারাজনা থবক অসিদা পুক্নিং থৌগৎখি।

মথংদা খৃ. কু. ১৯৩৭ তা কলিকাতাগী স্টার থিয়েটর, বিজলী হোলদা পুং চোলোম, কর্তাল চোলোম, পালা চোলোম, রাস, খম্বা-থোইবী অসিনচিংবা জগোই কয়া উৎখি। থোঙচৎ অসিদা — মাইস্নম অমুবী উদ্ধব, ইংবমপিশক, হেমো দেবী, মঙ্গী দেবী, পীশকতোম্বী, থম্বালসনা সুপীমচা, জানখরী দেবী, ইবেমপীশক, বাবুমচা, তরুনকুমার, নবকুমার অসিনচিংবা য়াওখি। কলিকতাগী ভাবোক্লা য়াম্না থাগৎখি। উদয় শঙ্করনচিংবা অকাওবা জগোই শাবা কয়ানসু থেংনরকখি। লান মতুংদসু কলিকাতাদা জগোই উৎপা চৎলি। অদুম্না মণিপুরী জগোই-ঈশৈবু মপান্দা উৎপা অমসুং শবোকপগী থবক্তা অহৌবা থৌদাং

কয় য়াখি। মাঙ্গী থৌদাং খুন্দাকপু শক খঙহনা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা এৱার্ড, রূপমহলনা 'মৈত্রম বীর এৱার্ড' (১৯৯৩) পীহনা ইকায়খুম্নখি। পুন্সি লোইরমদায় শরুক্তা রাধাকুণ্ডদা বাস তৌহনা লৈখি। (মপু:বোক নোংমাইজাম্বা মেজোরনা লাইশঙ অমা শাহনা লাই লাংলম্মী। মহুনা সাহেব চঙবদগী মাংই ছাদুহনা লাইশিং অদু রাধা কুণ্ডদা পুহনা আখড়া অমা শেমহনা লাংখি।) লাইবক থীবদগী তুবদা কৈগলগী শক কায়খি। মাখুত্তা হোসপিটালদা লায়কমরবা মতুংদা হোসপিটাল অসিদা নোঙ্গাখি। পোংলোইবনা রাধাকুণ্ডদা মাগী আত্মানা শান্তি ওইনা পোথাহনা লৈরে রাধাকুণ্ডদা। ▣

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্রফম', তাং ২৫।১১।১৯৯৬

# ওস্তাদ থোকচোম অঙৌ সিংহ

### অতাঙবা তবলাবাদক অমা

মীয়াম্না "ওস্তাদ" হায়না ইকায়খুম্নরবা মণিপুরদা ওস্তাদ অনী লৈখি ওস্তাদ মৈসনাম লঙৌ (হিন্দুস্থানী সঙ্গীতকী গায়ক) অমসুং থোকচোম অঙৌ (অঙৌবা) সিংহ (১৮৯১—২০·১২·১৯৬৮)—তবলা বায়বদা হৈশিংলবা কলাকার/ওস্তাদ অঙৌদি তবলাদা নত্তনা খোলক, পখবাজ, সিতার, এসরাজ, বেহালানচিংবা যন্ত্রশিং নীংথিনা খোংবা য়েবা অমসুং তাকপীবা মনী। ঈশৈগী জ্ঞানসু ফজনা বৈ, এম, দি, য়ু, নচিংবা লৈবাগী ওস্তাদশিংদা শক্তক য়াবগা লোয়ননা লৈবা থয়গী ঈশৈগী সুর পাল্লমী। অদুনা মাবু কৌনাখবনি 'ওস্তাদ' হায়না বিদ্যা গুনা খঙ-হৈবশিংদমক্তা। (বাহে অসিমক্তি মুসলিম সঙ্গীতকারশিংদা পীবা উপাধি অমনি।) তাশংবমক অঙৌদি অতাঙবা ওস্তাদ অমনি। লান মমাঙগী শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী ঈহৌ লৈতবা, সঙ্গীত খঙবা অমসুং থৌগৎপীনবা মীশক তাঙলবা মতমদুদা চোংথোরক্লুনা মণিপুরদা সঙ্গীত কলা চাউখৎনবা হোৎনরম্লবা অসি থোইদোক্লা শীংথানবা য়ারবা খুদোল অমনি। মণিপুরদা হিন্দুস্থানী শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী ঈহৌ পুরক্লনা হোৎনবদা ওস্তাদ অঙৌগী চাউরবা অবদান লৈ। মাগুম্বা খুৎমাবা সঙ্গীতকার ঐখোয়না কাউফম থোক্তে।

মশাগী চহী মঙা শুরদা অপোকপা কায়নক্লবা, (অপোকপা— গঙ্গা সিংহ, সুবেদার মেজোর অমসুং অপোকপী কোনসম নিংথোল

মায়পাকপী দেবী, লোকচম—য়াইস্কুল হিক্কহনবা লৈবাই, ইম্ফাল). গুপ্নগী মভাগুবা ক্লাস কাওবদং তমজোবা অজোনা অভাং ওইরিবৈদগী হৌনা সঙ্গীত কলাগী লমদা থবায় য়াম্না য়াওরকখি। গুরু কয়াগী মকমদা চঙজদুনা হিন্দুস্থানী সঙ্গীত (পুং, ঈশৈ) তমজখি। মখোয় পনবা য়াবা গুরুশিংদি—গোপিমোহন ঠাকুর, রেবতী শর্ম্মা, মোইরাংথেম চাউবা অসিনচিংবনি। মখোয় অসি য়াম্না ভনবা মতমগী ঙহানবা মীরোলগী থঙ-লৈহরবা সঙ্গীতকারশিংনি। লৈখোম্না খুউ য়োরবা, কনক-থিংজেন্দ্রা লৈবা ওঝা গোপিমোহন শর্ম্মাগী মমুমদা চংলগা সঙ্গীত কলা তম্বগী হুংশিরবা যাম্না কয়া লৈরি। রেবতী শর্ম্মাস্তু, নিংথৌনা ঢাকাদা থাদুনা মহৈ তমংলুবা মমিং চংলবা ওঝা অমনি।

ঢাকা (হৌজিক্কী বাংলাদেশকী কোন্নুং) মণিপুরী সংস্কৃতিগা থাদোক্নবা য়াদনা মরী লৈনবা, মতম অমগী চাউথংলবা সংস্কৃতিগী কেন্দ্র অমা ওইরম্মী। বৃটিশনা পালিচৈঙ মতমদা খৃঃ কুঃ ১৯০৫ গী অতুবাইদগী 'ইষ্টর্ন বেঙ্গল অমস্তুং আসাম' কৌবা প্রোভিন্স অসিগী কোন্নুং ওইরম্বনি। মণিপুরনা আসামগী মথাদা লৈবা মরম্না অংংনবা মতমদা লাইরিক-লাইশু অমস্তুং অতৈ মহৈ-মশীং তম্বা পুম্নমক ঢাকা নত্রগা শ্রীহট্টা থারম্মী, চংনরম্মী। ঢাকা তাবা হায়না থঙনবা মহারাজ দেবেন্দ্রসু ঢাকাদা চেন্দুনা খুন্দাহুনা লৈখি। মফমদুদা মণিপুরী রাজবাড়ী শেম্মখী অমস্তুং মৈতৈ মচা কয়াস্তু খুন্দাখিরম্মী 'ঢাকারালী', 'ঢাকায়াং', 'ঢাকা শমকক' অসিনচিংবা হাহৈশিং অসিনা মণিপুরদা ঢাকাগী সংস্কৃতিগী প্রভাব য়াম্না লৈখি হায়বা তাকই। লৈন মমাঙগী অঙনবা মণিপুরী ঈশৈ-নোংমাই, সঙ্গীত কলা অয়াম্বা ঢাকাগী স্কুল, ষ্টাইল, শৈলী ভাক্লান। মসিগী প্রভাব অসি ওস্তাদ অজোদস্তু ময়েক শেংনা উবা ফংই।

মসি অচুম্বনি। খৃঃ কুঃ ১৯৭১ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা 'বাদ্যশিরোমণি' পীদুনা ইকায়খুম্নপ্রবা মখুং য়াম্না থুম্বা, নানবা ওস্তাদ অজোগী থোইদোকপা মগুণদি, হৌজিক্কী মতমদা তাবা ফংপ্রবা, কয়া শীজিন্নপ্রবা, তাবলাগী তানজাউ কয়াবু য়াম্না হৈশিংনা হৈবা ওস্তা

অসিনি। অচৌবা তালগী চাংলেম্বা, ফজবা মফম কয়া লৈ। চৌতাল, অড়া চৌতাল, ঝপতাল, একতাল, তেবড়া, শরারী, রুদ্রতাল অসিনচিংবা তালজাতশিং অসি মহাক নীংথিনা খঙই অমসুং যজনা মৈবা হে। মসিগা মরী লৈনবা মতমচুদা ধ্রুপদ, ধমারনচিংবা রাগশিং অসি য়াম্না শকুরম্মী। (হৌজিক্কা খয়াল অচুগা তিনতাম্না মইহং শীনরে।) শক্লিবা মফমদু ত্রিনাথ খুরুম্বদনি। মসি নত্তনা ঈশৈ শকফমদু থোইনা লৈরমদে —খল্লরগা য়াম্না মুংশিনীংঙাইনি। ওঝা অচৌগী ওংগদি মপান্দগী লাকপা ওস্তাদ অনীনা মুম্না খঙখিবনি। মাষ্টর দয়াল অমসুং গোপাল লাহিরি মণিপুরদা লাকখি। মবাম্নিনা ঈশৈ শকপদা ওস্তাদ অচৌনা তাবলা সংগত তৌখি—মায় পাকখি। মখোয় ওকখি।

ত্রিনাথকা (মহাদেব খুরুমগী উৎসব) মরী লৈনবা মরম্না গঞ্জা, ভাঙ অসি য়াম্না শীজিন্নবগী চৎনবী অমা মতমচুদা লৈরম্মী। ওস্তাদ অচৌসু গঞ্জা য়াম্না খকই। মসিগী হৈনবীনা চুখিচুনা লীলা তৌরি-রৈদা এম, দি, য়ুগী বিং মরুমদগী বেড়ী কম্না চিংলগা গঞ্জা থকপগী ভাবতা মৈথু কম্না কামশিল্লবগী মতাংদা এস, ললিতকা থংনখি হায়বা মুংঙাইরবা থৌদোক অমা হৌজিক ফাওবা য়ারীনরি। ওঝা অচৌদি গঞ্জ দত্তা নত্তে যগ লোইবদা ডাওবা মীশক অমনি। যগ য়াম্না লোই, যগগী সেবাদা মথল্লাই লুপচৈ। ফাগি হে, ফাগি তৌগল্লি, রা ডাঙবদা রাশি লৈ। য়াংলৌ ওল্লি, ওস্তানা ঈরুজগল্লি, নতারোলশিংদা অথবা পাউতাক পীগল্লি। য়াম্না চম্না পুন্সি লেনখিবা গুণ য়াম্না লৈবা, মতীক চানা বাদ্যগী জ্ঞান লৈখিবা গুরু অমনি। মানা থনম্মী মমিং চৎলবা সেবক, ছাত্র কয়ানি- ˚নীলকান্ত শর্মা, ˚শশিমোহন, ˚নবীন, ˚রা.কু. সনামচা, ˚লক্ষণ, ˚ভাঙবম নিমাই, নোংথোন, ব্রজচান্দ, নামৈরাকপম মণি, জয়ন্তকুমার শর্মা অসিনচিংবা। ওসি মাবু নীংশিংবা মীশক কয়া চোংথোরক্কুনা কমিত্তি অমা শেমরে। লাক্লিবা তাং ২০ দা ওস্তাদ অচৌগী মফমদা চপ চানা শ্রাদ্ধাঞ্জলি কৎকদৌরি। ▣

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্রফম' ১৬।১২।১৯৯৬

# ডা. কে. শিবরাম করন্ত

কর্ণাতক রাজ্যগী খা-থংবা ডিষ্ট্রীক্তা লৈবা কোত্তা কৌবা খুঙ্গংদা পোকখিবা ডা. শিবরাম করন্ত ( Dr. K. Shivaram Karanth ) হৌজিক চহী ৯৬ শুরবস্থ মশা য়াম্না খিংলি, থবক কয়া তৌবা ঙম্মি। মহাক অঙকপা নিপা অমনি। তশেংনা ঐনা মাবু ঙকপগা লোয়নন্না থাগৎতবা ঙমদে। চহী খরগী মমাঙদা দিল্লিগী দূরদর্শন কেন্দ্রদা মাগী মরমদা উৎলকখি—মানা তৌবা থবক কয়াগী মরমদা। অহন অত্থক ওইরবা মানা জগোয়-ঈশৈ তম্বীবদো মিত্তা শংশং উরি। মী অমগী পুন্সিদা থবক য়াম্না পাঙথোকপা ঙম্মী অত্থগা থবায়-হকচাং য়াওনা থবক তৌরবদি মায় পাক্তবা লৈতে হায়রবসি মহাক্কী পুন্সিনা অরাবা খুদম ওইরি। মহাক্না পাঙথোক্লিবা থবক থোরম কয়াগী মনুংদা শ্বায়চগী শাংথানবা য়াবদি, 'যক্ষগান' কৌবা কর্ণাতক্কী শিরুরবা ট্রেদিশনেল থিয়েটর অসিবু অমুক হিন্দংহনবা হোৎনরখা অসিনি। চহী কয়া চঙনা মহাক্না 'যক্ষগান' (Yaksagana) অমুক তমখি, নৈনখি। য়াম্না কুপ্পা রিসার্চ তৌহনা থিজিনখি। মসিদা মাগী থবায়-হকচাং, লৈজবা পুম্বা কথোকখি; ঙসিদি 'যক্ষগান' পৃথিবীদা মমিং চৎলবা ফোক থিয়েটর অমা ওইরে। পুম্নমক অসি হীরম শুনা থঙলবা ডা. শিবরাম করন্তগী মপান্দগীনি। মাগী মরমদা অতুম খল্লুবদা মীরায়বিরবা মণিপুরগী সংস্কৃতিবু সুংশিরক্তবা ঙমদে। ঈনাক খুল্লবা, পুকৈ চোম্লবা, মখল-মখা কয়াগী মচলনা লৈতেংলবা মণিপুরী সংস্কৃতিনি। ঙসিদি য়েং-শিনবিবা অমসুং শোগংপিবা রাৎপদগী মণিপুরী সংস্কৃতি নোংম-নোংমগী শিথরক্লে। মণিপুরী সংস্কৃতিগী মতুংগী মথরায় য়াওরে, মপানগী

কুরাংপান্দা ভায়রে; ভাইহাকী ফেশন, মতমগী ঈথক-ঈরাংদা লুপল্রে। কারবারগী য়োম্ববা পোৎ অমসুং টুরিষ্টশিংগী ভাইহাকী মিংকী কুম্মে ওইল্রে। হান্না লৈজরবা, ফজরবা সংস্কৃতি কয়াসু নোংম-নোংমগী শিথরক্লে, শিথিবা কয়াসু য়াওরবনি। মণিপুরদা Dying art forms (শিরুম-নারুম তৌরবা কলাগী মওং) কয়া লৈরি। পুরমক অসি ঐথোয়গী মিংমাংদগী লোইনা চৎথ্রগনি খাল্লা ওমদনা। মসিগীদমক্তা সুংনাংদবা, পাৎতবা ওমদে। অসিগুম্বা তানজা অসিদমি ডা. কে. শিবরাম করন্ত—নহাকন্না অত্তাওবা মীশক ত্তুনা নীংশিংলক্লিবা অসি। মণিপুরনা নহাকন্না মীশক য়াম্না দরকার ওই, মখোই য়াম্না তারি। অরাবাদ, নহাকন্না মীশক অমত্তা লমদম অসিদা উবা ফংদে, খীবা থওদে। খাজদে থোক্রকনি হায়বনু। অপীকপা লমদম, অপীকপা মী, অপীকপা থবক, অপীকপা বাখল, অপীকপগী অপীকপা ভাক্তা। করিগুম্বদসু পাক্লা চাউনা উবা, পাওথোকপা ওম্বা অমত্তা থেংনদে। মসিনি ঐথোয়গী মণিপুর সনা লৈবাক।

'যক্ষগান' হায়বসি ১৬ শুবা শতাব্দীদা চাউথৎলকখিবা নোংয়ায়দগী নোংভানবা কাওবা শাম্নবা, জগোর-ঈশৈ, অভিনয়, ফিজেৎ-লৈতেং য়াম্না য়াওবা কর্ণাতকী মমিং চৎলবা লোক নাট্য অমনি। য়াম্না নন-রিয়্যালিষ্টীক অমসুং ষ্টাইলাইজেশনগা লোয়ননা উৎপা লীলা মথল অসি মতম অমা চাউথৎলম্লগা শিথখিরম্মী। অতাং ওইরিবৈদা শিবরাম করন্তনা মখোয়গী খুঙ্গংদা লীলা অসি শাম্নবা উবদা ভাওখিরম্মী। মহাক মসিবু কাউবা শুক্লে লৈতে। খৃ. কু. ১৯২১-৩০ গী মতমদা মহাক্না কনাড়া লোন্দা লীলা কয়া ইত্তুনা ড্রামা পার্টি কয়ানা মাগী লীলা শাম্নরম্মী। মহাক মশানা ডিরেক্টর ওইহনা লীলা কয়াসু শাম্নরম্মী। পুতুলদা চহী১৫ রোম লৈরিবৈ মতমদা নোংচুপকী লীলা কয়া নৈনরম্মী। অতুলগী ওপেরা, ফার্স, শেদো প্লে, মাইমনচিংবা কয়া ইত্তুনা চাংয়েং তৌরম্মী। মথল-মথা কয়াগী চাংয়েং তৌরবা মতুংদা মানা পুরায়দগী পাংজবা অমসুং চানবা কলা মওংদি 'যক্ষগান' অসিনি হায়রবসি মপুক্লীংদা চপ চানা থনজখি। মতুংদগী হৌনা খৃ. কু.

১৯৪০ দগী ১৯৬০ ফাওবা অসিদা কলা অসিগী মরমদা অঙকপা ফংনা খিজিল্লম্মী। মহাক্না "The Centre of Yaksagana" হায়বা অমা লিংখত্তুনা মসিগী ডিরেক্টর ওইরম্মী অমস্তুং মশামক্না ছাত্র কয়াদা বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা মথল-মথা কয়াগী ট্রেনিং তৌরম্মী। শিবরাম করন্তুতি জগোয়-ঈশৈ, লাই য়েকপা, শাবা, খোংবা-য়ৈবা মথল শুনা হৈ। মসিগী মথক্তা মশামক লীলা ইবা অমস্তুনি। মতোম্দা বিদ্যা শুবা মরম্না চহী থরগী মনুংদা 'যক্ষগান' হায়বা শিঙ্গরবা কলা অসি অমুক নৌনা হিংসংহন্দুনা ভারত্তা নত্তনা পৃথিবীগী মফম কয়াদা পাক-শন্না শন্দোকপা ঙমখি। খৃ· কু ১৯৫৮ দা 'যক্ষগান' গী মরমদা কনাড়া লোন্দা লাইরিক ইতুনা ফোঙই। খৃ· কু· ১৯৭৪ দা ইংরেজীদসু হৌরম অসিগী মরমদা লাইরিক ফোঙই। ('Yaksagana' K. Shivaram Karanth, Institute of Kannada Studies, University of Mysore, 1974, PP. 195) 'যক্ষগান' হায়না ফাউরিবা অমস্তুং অনৌবা মপোক অমা পোক্লিবা অসি ডা· শিবরাম করন্তুগী কখোকপা অমস্তুং কুমাং মমম্না ওইরবনি।

ডা· শিবরাম করন্তকী মহৈগী থাক অসি য়ামদে, শুপ্নগী স্কুল ফাইলেন পরীক্ষা থাহোবা অসিতনি। অহুবু মাগী হোৎনবা কনবনা সাইন্সনচিংবা অরুবা সবজেক্টশিংসু পাবা, নৈনবা ঙম্মী। মহাক্না পুম্না লাইরিক ২৪০ ইতুনা ফোঙলম্মী। "Dr. Karanth is a literary genius and a walking encyclopaedia" — হায়না খঙনৈ। মহাক খৃ·কু· ১৯৩৩ দা মানা ইহান হানবা দোকুমেন্ত্ররী ফিল্ম নম্বা মীশক্লি। কনাড়া লোন্দা ইহান হানবা অঙাংগী এনসাইক্লোপেডিয়া লেংবা অইখনি। মহাক বিজ্ঞানগী ল.ইরিকস্তু ইরম্মী অহুগা জীবশিংগী পুন্সিগী মরমদা ইনবা জীব কয়াগী পুন্সিবু হাকথেংননা, কুপ্না নৈনরম্মী। ভারতকী নীংতম লানদা অচৌবা থৌদাং লৌরকখি। হৌজিক এন-ভাইরনমেন্ট কন্নবা হোৎনবদা অচৌবা আন্দোলন চঙশিল্লি। মানা চঙখিবা মফম খুদিংদা মশক নাইবা থবক তৌরমদবা য়াওদে। সাহিত্যগী লমদসু, মানা ইবা "Mookajjiya Kansaugalu" হায়বা লাইরিক

অসিদা 'জ্ঞানপীঠ' এৱার্ড পীডুনা ইকায় খুম্নখি। ভারত সরকারনা মঙোন্দা পীবা 'পদ্মভূষন' উপাধি অসি ইমজে´ন্সিগী মতমদা মরূ ল লৈতবা মী কয়া কাজিন্সি হায়বগীদমক্তা প্রতিবাদ তৌবা ওইনা শাউডুনা হন্দোকখি। কর্ণাতক, মহিশুর, মাঙ্গোলোর, মীরুত অমসুং জবলপুর বিশ্ববিদ্যালয়না মঙোন্দা D. Lit (Hon.) পীডুনা ইকায় খুম্নখি। মহাক সঙ্গীত নাটক একাদমী অমসুং সাহিত্য একাদমীগী 'ফেলো' নি। মনা-মথুম কয়ানা লৈতেংলবা অচৌবা নিপা অসি য়াম্না চম্মী, চয়া পুন্সি লেপ্পি— ভারতকী চম্না হিংবা, রাখল রাংনা থনবা হায়বতুমক্কি।

মতাঙ অমদা মানা হায়খি—"...চহী ১০০ গী মমাঙদা স্বামী বিবেকানন্দনা হায়খি— মীওইবা জাতিনা হিংবা ঙমগদৌরিবসি বিজ্ঞান অমসুং আধ্যাত্মিক অনী অসি পূনশিনবা ঙমবদনি। অনীগী পূনশিনবা মশক অসিনি ঙসিগী পুন্সিদা য়াম্না দরকার ওইরিবদি। অদুবু, অরাবদি সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজিনা ঙমগ্রে। ঙসিগী সমাজ থল মায়ুত্রে। আধ্যাত্মিকী ওইবা মশক মাঙখ্রে। ...শক্তি লৈরবা রুস লৈবাক নীংথায়খি। করিগীনো? পুন্সিদা আধ্যাত্মিকী ওইবা মশক মাঙশিন্নকপদগীনি। রাকম অসি ব্রেজনেব মশামক্তা ভাইবুত্তা লাক্লম্বদা হায়রম্বনি। ভারতনা নীংতম্বা ফংনবা তৌখিবা আন্দোলনগী মতমদুদা লৈরম্বা ফজরবা আদর্শ— কথোকপা, লৈবাকনীংবগী রাথল্লোন পূম্নমক ঙসিদি লোয়না মাঙখ্রে। হৌজিক্কি মশাগী ওইজ-ওইথকী রাথম্না থুমহৎত্রে। ঐখোয় ইশাগী কান্নগনবা লৈরবদি পোক্লফম লমদম অসি কথোকখিবদা চীংনবা অমত্তা পোকত্রে। মসিনি হৌজিক্কী কথোকপগী অর্থ। ঐখোয়গী ইপা-ইপু, মুনি-ঋষিশিংনা হায়রম্মী— ভারতনা পৃথিবীবু লমজিংলখিনি। লমজিংগে হায়রবদি— বিজ্ঞানগা আধ্যাত্মিকা পূনশিন্না হিংবা তাবনি। অনী অসি অমত্তা ওইনা পূনশিনবা ঙমগদবা লৈবাক্কি ভারতনি।" ◘

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্লফম', ৩১।৩।১৯৯৭

# পাউনম নোবিন

## অঙাওবা শৈশকপা

পাউনম নোবিনগী পুন্সি অহাবগী মশক্কি। মাদৌনা অশুক্ক য়ানা, নংনা লায়রবনা পুন্স লোমখিবা শৈশকপা কলাকার অমত্তা মণিপুরদা পোকখিত্রি হায়বা য়াই। চুম্মী অনীশুবা লাঙ্জাও মমাঙগী মণিপুরগী শেল-থুম, য়ুম্বান-কৈবানগী কিভম য়াম্না ফজে, অয়াম্বনা লায়রবা ঙাক্তনি। অত্থবু নোবিনগী ইমুংদি শাথীনা নংই।

লান মমাঙদনি। শিবরাত্রী, ত্রিনাথ য়াম্না কন্না তৌনরিঙৈ মতমনি। নোবিন্না ত্রিনাথকী ঈশৈ বানা শকলুরগা থেংনা ময়ুম হঞ্জিল্লকই। হেক হঞ্জিল্লকপগা চাকথুমদা চঙই। চাক্কি লোইরমদ্রি, মমানা উযান্দা কররিনো থসা থোংলি। নহা ওইবগী ইনথংলক্লিবা মতমনিনা চ'বী পেন্নাইদ্রবা মত্তাউনি। গত্তি লৈত্রবা নোবিন্না হায়র্নিয়ম পাইরগা মাগী ফমুংদা চোংথংদ্রে অত্থগা থমোয় পেন্না ঈশৈ শক্কৎলক্লে। মসি অতৈ কররিম নত্তে, ঈশৈদ, লুপশ্রবা মীদি চাবা থকপা কাউই, মহাক অরাম খোল্লাংবা থাগলিবনি। থোদোক অসি নোংমত্তা নত্তে, শাংলবা পুন্সগী মশিঙ লাকউমদ্রবা মুমিংশিংদা তত্তনা থেংনরিবা থোদোক্কি। চানিঙাই লৈত্তবদগী চরা হেনবা, মথুক থন্দবা হায়বসিদি মাগী পুন্সিদা হৈনহুনা লাক্লে। নহা ওইরিঙৈগী ঈশৈদা কন্না লূপশিনবা, মমান্নবশিংগা থেংনপদবা, হৈরম কয়াদা সাবু

শোগৎপিগদবা মতমদা লায়রবা হায়বা লাইচুনা মাবু শাথীনা ওৎ-নৈগীথি। মহা ওইরিবা কলাকার অসিবু তমথীনা নীংবা কায়হনখি। পুন্সিগী শাথীরবা অরাবা চৈনা অমনা মাবু হক্কা চৈরাক পীখি। অতুবু শ'মু ময়া থিন্দোক্লকপগুম লান মমাঙ অমসুং মতুংগী মতম থরদদি শৈশকপা নোবিনগী মিংচৎ লোৎপা য়াদনা শন্দোরকখি। চৈজদ', ত্রিনাথ শোনকমদা, মকম কয়াদা নোবিনগী মমিং ওস্তনা শোন্নখি। খোঙ্গেল মুংশিবা নোবিনবু খঙদবা কনাসু য়াওখিদে। লান মতুংদসু নোবিন অঙাওববু খঙদবা, মুংশিদবা অমত্তা লৈখিদে। মাগী পুন্সি'দ নীংবা থুংত্রবা, অরাবনা পীক থল্লবা মুংশিরবা বারী অমনি। লাই-পোককুম মাগী মগুণনা শাংকায়রক্তুনা, মহাক্কী গুরনা মীওই কয়'বু মতম থরা য়ার থাবগুম ওমহৎলমগা ঈশৈ শকপা অঙাওবা অমা ওইনা পুন্সি লোমখিবা কলাকার অমগী অরাবা পুন্সিনি। পান্মুই নোবিন, নওগী ইঙেল্লৈগী পুন্সি, সিঙ্গারৈগী লৈনম!

পাউনম মোবিন চাওরাক্কা খৃঃ কুমঃ ১৯১১ দা য়াইস্কুল হিরুহনবা লৈকায় ইম্ফালদা পোক'খ। য়াইস্কুলদা পোকপসু মতৌক চাই অদুগা য়াইস্কুলনা নোবিনবু লমদমসিগী মপারি ওইনা ফ'জবসু মতৌক চাই। মরমদি য়াইস্কুল হায়বা লমদম অসি ঈশৈ-নোংমাই, জগোই ঈশৈ লীলা কলাগী মকোন্নি। সংস্কৃতিগী কেন্দ্র অমা ওইনা লৈবাক্কা শকথঙলবা কলাকার কয়া পোকখিবা লমদম্নি। গুরুময়ুম নীলকান্ত শর্মা (ঈশৈ শকপা, নোবিনগী মথক), ওইনাম খোংচাম অচৌ (ঢোলবা, খোলবা, শকপা চৈবা, নোবিনগী ওঝা), য়ুম্নাম থম্বো (পুং য়েৎবা, মমৈথ'দা উরিপোক্কা হোংথি), এস. ললিত (থিয়েটরগী মীশক), হুইরেম লালা (ঢোলক য়েৎবা, এলাংবম লৈকায়দা হোংখি), রাসবিহারী শর্মা (মনোহরশাইগী ওঝা), লাইশ্রম গৌরহরি (আধুনিক ঈশৈগী অপোকপা), মহাকবি হিজম অঙাংহল (সাহিত্য, ঈশৈ, লীলা পামজবা মীশক), ঙাঙবম শ্যামকিশোর (নিমাইগী অপোকপ', ক্লারিনেট খোংবা, মখোয়গীদা

ময়ামগী পুনকম থিরকখি), অয়েকপম "শ্যামসুন্দর (সাহিত্য, থিয়েটর পামজবা মীশক) অমসুং অতৈ কয়া কয়া। ১৯৩০ দা মমাঙ অতুবাইদগী 'কলা ভবন' (সঙ্গীত কলা ভবন) কৌবা সংস্থান অমা সৌগাইজম লৈরক্লা লৈবা নান্দেবম মোহন কেরানীগী জগমোহনগী মচি অমদা থাজিল্লগা ওফিস ওইনা লৈরম্মী। মতমতুদা 'কলা ভবন' না মায়কৈ অদোমদা কলা সংস্কৃতি চাওখৎনবা অচৌবা থৌদাং য়াখি। নহা ওইরিবা নোবিনসু কলা ভবনদা য়াওরকই, কলা ভবনগা লোয়নররকই. কলা ভবনগী বাঁসি খোংবা ওইরকখি।

নোবিনগী অপোকপা পাউনম মানিক সিংহ, চূড়াচান্দ মহারাজগী মতমদা জর্মন লান্দা (পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাও, ১৯১৪-১৯১৮) সিফাই ওইনা য়াওরকই। থৌনা ফবা নিপানি, লান্দা মমায় লৈখিদবা পাথৌ অমনি। কুচু মুদং তৌই। মহাক থাঙ-তাগী ওঝানি। পাঞ্জি মাইবসু শাই, নটকী ঈশৈসু খর-খরা শকই। মহৌশা, য়াইস্কুলগী উবক-য়ারক্লা য়োং য়ায়া লৈরম্মী। কীবদগী কনামত্তনা য়োংশিংদুবু তানবা ওয়মদে। মরীল করবা মনিকলি অভাং ময়াম লুচিংলগা য়োংশিংদুবু কোয়তান তাল্লি। নোবিনসু মপাবুগী থৌনা, লিংজেল শিবা কীদবা মচা, পূময়ক চপ-চানা লৌই। খজিকলংবু থাগৎপিরবদি শিবা কীদ্রে। 'নোবিনদি কনথ্রপোৎনি' হায়নদং থাগৎলুবদা তুই অথৌবগুম চোংশিনবনা চাল্লি. নহা ওইরিঙৈ, লৈকায় য়াওশঙগী ময়াম লেকই। নুমিদাংদা খঙহৌদনা য়াওশঙ মৈ চাকখৎলক্লম্মী। ময়ামা 'নোবিন নোবিন মৈ চাক্লে' লাউই। মানা ফুক হৌগৎথ্রগা তুরেন্দা ঝম চোংখরগা', শুপ্পন্বা কাম্বতু ঈশিংদা লুপাশিলম্মী (মাগী য়ুম নপ্লল তুরেল মপান্দনি)। অদুগা কাম্বগা কোয়না করিসু নাচুংদনা মৈ ময়ক্লা চোংশিনথ্রগা মৈ মুৎখৎলম্মী। অঙকপানি, মশাদি করিসু শোক্লমদে। 'নোবিন নঙদি য়ায়া কলি, উ অসি কাবা ঙমজগদ্রা?' মমায়বা অমনা হায়বদা য়োংনা উ কাবগুম তাপ-তাপ নপ্লনা কাখংথ্রগা

অমুক চেৎনা কোল্লগা শিংথরকই। করিস্থু তৌদে, অনাবা অমত্তা ফাওদবদৌনা তৌই। অফবা শাম্নরোই অমমক নংত্রবস্থু লৈকায়গী ক্রিকেট, হোকি, বুষ্টি শাম্নবদা তন্তুনা য়াওই। থাগৎলুরবদি হোকি শাম্নবদা গোল কিপর ওইনা লেগ-গার্ড য়াওদনা থোমজিন্নকপা বোল থুদিংমক ভাকপা ভমী। মী পিকচরবস্থু নোবিনগী হকচাং শরুক মথকথৈদি য়াম্না ফৈ। কুষ্টি নত্রগা মুক্না শাম্নবদা মমাম্নবনা করিগুম্বা থাঙ্গবদি লেম্না থাদে, মুক্না শাম্নদবা মতমদা তুংদগী লোম্না লাক্লগা হেক্লা নমশিল্লি। মঙোন্দা অঙাং ওইরিঙৈদগী অঙাওবা মুংশিং অম্না লৈ। মপাগা পোকমিম্নবা মথুরা পাওনম অমুমচা হায়বন্থুস্থু মচিংগী মীওই অমনি। রাইথৌ পাংতা ঈরুপ্পগা লাইরেল চপ্পগা পুথৎলকই হায়বৈ। নোবিনগী মনাওনিপা থানিল কৌবা অমা লৈরম্মী। মাস্থু মরিল য়াম্না লৈ, মী থংনগে হেক্লা তৌই। মাস্থু লান মমাঙদা মর্নাদা চংখি। ভসিফাওবা মপাউ অমত্তা তাবা ফংত্রি। ময়ুমদা অমুক হুন্নকখিস্রে।

নোবিনগী মচিন-মনাও তরামুক শুই হায। (নোবিন, তোম্বা, ইন্দুমুখী থানিল, ঈশিংজাও, জয়ন্তকুমার অসিনচিংবা।) নোবিম্না অহল্লি। হৌজিক মনাওনিপা খুায়দগী অতোনবা জয়ন্তকুমার (মশাগী চহী, ৬৫ রোম শুর) নত্তনা অতৈদি লোইনা নোঙ্গাস্রে। মপাবুংনা জর্মন লান চৎলুরবা মতুংদা নিংথৌনা মথা তাবা থবক হাপ্লিদবদগী য়াম্না রানা মচাশিং থাক্রবা হোৎনখি। মচা ময়াম থাকপগী অরাবা পোৎলুম কয়া পুরম্লবা মতুংদা চাওরাক্লা খৃঃ ১৯৩৮ আন্তুরাইদা জাইনংপান থা-দোকখি। মন্থুদগীদি অরাবা পোৎলুম পুম্নমক মমা লুপ্তবীগী (চাংথাম নিঙোল লৈরিক দেবী) কোকথক্লা থোঙ্গৎলরে। কন্থৌনা মচা মঙাবু ফানা য়োকখিবা অন্থুগী মতৌগুম্না লায়রবী নোবিনমম্না মচাশিংগী জীব হিংনবা কল্লা হোৎনখি। লৈকায়গী ইনাক খুনবশিংগীদা চক্ত্রনা থবক ইনথাং নোমলুই, পাথোল চৎলুই। মন্থুদগী ফংলকপা থরন্থুনা থোংঙগা

মচাশিংবু পীজে। মহৌশা উগী চক্রি অয়াংবা ইল্লগা ফৌ তকপা অমা লৈরম্মী। মতুংদা ফৌ তক্লগা চেং তাইবগী থবকসু তৌই। খৃঃ ১৯৫১ গী অহুংগাইদা মমা নোঙ্গাপ্রবা মতুংদগি নোবিনগী ইমুং অসি মপু পান্দবগা চপ মান্নখ্রে। নোবিনদি পাখংনি, য়ুম পাল্লু য়াদে। মনাও অতোনবা জয়ন্তকুমারসু লংকৈদা সিফাই থনবা চংখ্রে। ময়ুমদা মী অমত্তা লৈত্রে। মচনুপী ইন্দুমুখী লাক্তুনা য়ুম কৈলে। অহুনা নোবিন ময়ুমদা চঙনিংদে, হুপ্তিন্নিংদে, মীৎকুপ অমফাও লৈনিংদে। অহুনা মাদি অয়াম্বা মতমদা কোয়চং চত্তুনা লৈ, ময়ুমদা ঈবৈ লৈত্তে। থঙন-চান্নবগী মপুমদা লৈথোকই। ময়ামসু মাবু থওইনা ফারগা ঈশৈ তমচন্দ্রনা থম্মী। মাগী ফিভম য়াম্না ফংত্রে, কোয়চং চংপা অঙাওবা নিপা হায়বচু ওইখ্রে।

নোবিন্না ঈশৈ তম্বদি অহানবদা মখোয় লৈকাইদা লৈবা ওষ্টাড থোকচোম অঙৌ সিংহগী (১৮৯১-১৯৬৮) মফমদগীনি। ঈশৈদা নত্তনা তবলা, সিতার, বাঁসি, হার্মোনিয়মনচিংবা যন্ত্রশিংসু থোংবা তম্মী। মনাওনিপা জয়ন্তকুমারনা হায়— "তাদা নোবিন অসি লান মমাংদা লংকৈদা ঈশৈ তম্মী হায়, নেক্সলদা ওইরমাল্লে, তশেংনদি থঙবা ঙমদে...। ঐনা নীংশিংবা থোদোক অমাদ নম তাহনা লান কায়রবা মতুংদা তাদা লংকৈদমী থোবক্লগা ঐখোয়গী লান চেনফম কোনথাম তান্না থিরকই।"

নোবিননা নেক্সল নক্রগা ঢাকাগী কবম্বা মফমদা চত্তুনা কনাগী মফমদগী ঈশৈ তম্নকখিবগে হায়বসি তাশংনা থঙবা ঙমত্রে। অহুম ওইনমক মহাক্না খৃ· ১৯৩৫ গী মতমদা ময়ুমদা থঙহল্লমদনা লোয়া লংকৈদা চেনখি হায়বসিদি অশেংবনি। মসিগী মতাংদা, মখোয়গী লৈকায়দা লৈবা শ্রীরাজকুমার ঝলজিৎ সিংহনা হায় "...মতমচু ঐহাক মোইরাংথোম স্কুলদা তম্লি, খৃ· ১৯৩৫ গী মতমনি, স্কুলদা নোবিন্না মপাবুং মামিক্কী মফমদা ইরকপা চিঠি পোষ্টকার্ড অমা থুংলে, ওঝানা

চিঠি অছু ঐঙোন্দা পিরুচো হায়দুনা শিন্নে। ঐনা পাহুনা য়েংই, বাহৈ খরদি নীংশিংদি লায়রবগী মরম্মা চৎচবনি…, য়ুমদা তাক্লমদে হায়বগী বারৌবাগনু… অসিনচিংবা বাহৈ কয়া ইবা থেংনৈ। ঐনা চিঠিহু ময়ুমদা পীরুই।" মতমহুগী নীংবা কায়রবা কলাকার খরদি লংযৈদা চেন্দুনা নক্রগা চত্তুনা ঈশৈ তমনুবগী বারী কয়া লৈ। নোংমাইথেম তোম্বা, ওষ্টাড খম্বৌ, লাইশ্রম গৌরহরি, ভাংবম নিমাইনচিংবা কলাকার-শিং অসি লংথৈদা চৎতুনা ঈশৈ তমনুবা ঙাক্তনি। নোবিনমু লংযৈদা চৎতুনা ঈশৈ তমনুই হায়বসি অচুম্বনি। মসি মাগী ঈশৈ শৈশক্তমু তাকই। মাগী শৈশক অসি বেঙ্গলগী ক্লাসিকেল ঈশৈগী শৈশক্নি। মহাক বাংলা কীর্তন, বাংলা ঈশৈ কয়ামু শকপা ঙম্মী। ত্রিনাথ খুরুম্বদা ঈশৈ শকপা নত্তনা মণিপুরদা ঈশৈ শকফম অতৈ লৈরমদে। মসিগী মথক্তা শ প্রায় সঙ্গীতকী মৎণ খঙবা লৈরমদে। ঈশৈ অসিগী চম্নকমমু মকম খঙলমদে। অছুনা নোবিন আসামগী মকম খরদা ঈশৈ তম্বীবা চৎলম্মী। ইনাক খুনবা সঙ্গীতকী মগুণ খঙবা মপানগী ইমুংশিংদি মচা মশুবু ঈশৈ তম্বীহনবা অসি চৎনবী অমা ওইরম্মী। নোবিন্না আসামদা লৈবা ইনাক খুনবা নিপা অমগী মচান্নুপীদা ঈশৈ তম্বী হায়নৈ। আসামদা লৈরিঙৈদা ঈশৈ হৌবা মশেল মমুক য়েং-ঙীনবদগী পোৎশেম যাম্নু তৌরক্তনা নোবিনসি ঙাওখিবনি হায়না থাজনৈ। কনাগুম্বনা লায়রমনবদগী, নংমনবদগী নীংবা কাহুনা ঙাও-খিবা ওইরমগনি হায়না লৌই। খরনা হায় গঙ্গাগা যুগা পাখিবদগী ঙাওখিবনি। মতমহুগী ত্রিনাথ, শিবরাত্রীগী ঈশৈদা গঙ্গা থক্তবা কলাকার অমত্তা য়াওদে হায়বা য়াই। হান্না বাখল বেরা খরা লৈবগা গঙ্গাগা য়ুগা পাখিবদগী অঙাওবা হায়বচু ওইখি। অছুবু মাগী মঙাওদি ঈশৈদা পূ লুপ লুপচবা বাখলগী লায়না মওং অমনি। মীঙোন্দা অকায়বা, মৈথায় থিনগায়বা, মাঙনবা খক তৌদে। সঙ্গীতকী তাইবঙ অমদা মতোমতা মুরুম মুরুম শোন্দুনা রাগ অমদা তাওহুম্না লৈবনি।

অনীশুবা লাজাও মতুংদা মোবিননী শাজং-লিচত্তা অহোঙবা থর-থরা উবা ফংলে। লংফৈজগী থোরকপা নৌরিউঙদা কৈজোমগা ক.র্ত। থুদাং অধূবী লিঙ্.না চংপদা মীনা হায়নৈ- "নোবিননী ফিজোল অসি মপানগীনি." মাবু য়েংনৈ, পকস্থ পকচৈ। অহুদগী মতম খরা নৈরগা হায়নরক্লে- "নোবিন কৈনো অমা তৌরে।" অচুম্বনি বা ডাঙবদা কৈনো অমা তৌরে, মহৌশাগা মান্নদরে, মতোমত্তা মুক্কম মুক্কম শোন্দুনা চংপা হৌরে। অহুদগী নোবিন অঙাওবা হায়বস্থ গুইরে। মাগীদি খুংভাও জাং অমনি। ঙাওবগী মওংস্থ থঙদে, ঙাওদে হায়বস্থ তমদে। মনাউনিপা জয়ন্তকুমারনা মমীত্তা ঈরা চেল্লহুনা হায় - "ডাদনা বায়া সুংশিনা ঐঙোন্দা জয় হিন্দ কৌই। ঙাওরবস্থ ঙাওনা করিগুম্বদা য়েংচাক নৈহুনা পুরকই, শীং খরা নৈরগা পুরকপস্থ য়াওই। মঙোন্দা নৈঙ-লায়রবগী মৈচাক চুখিবদো কাউবা তমদমাক্লে।... ডাদনা ঙাওবা হৌগৎলকপদা বাঁশি থুগাই, হারমোনিয়ম তানপুরা লাক্ল.না লাই, থুদেকই। চেংচাং কয়া অমা লংখায়খি। য়াম্না নীংবা কায়বা মাল্লি।... মতম খরা নৈরম্নগা চংখি। ঐনা তাদ কোয়খি খি। করিগুম্বদা তাদবু ফারগা হাওথুলদা ঈশৈ তমহল্লম্মী। কবুই ঈশৈ কজনা শকপা ভম্মী। কবুইগী ত্রামা লিংখজ্.না ছাত্রশিংদা ঈশৈ তম্বীরম্মী।... অম্নক্কা থাংমৈবন্দ, নোংমৈবুং শওমবুংদা নৈরম্মী। শওমবুংগী মৈচৈ খুল অমদা মাবু ফারগা ত্রেক্কী ঈশৈ তমহল্লম্মী। ময়ুম নীংশিংলগা হেক লাকই। অহুদগী অমুক চংখি।" মতুংদদি মাবু উরগা মশক থঙবা কনাগুম্বনা মাবু হোটেলদা চা, বোর্ড, ক্ষেচি, পীজহুনা ঈশৈ শকহল্লি। মচাক্কা টেবলদা তান থাহুনা, চামচনা গিলাসত্তা য়ৈহুনা ঈশৈ কয়া শকখি। লপোইদা অহল-লমন, ওঝা গুরু খেংনরবদি দণ্ডবৎ শাংনা তৌহুনা থুরুম্মী। মাগা থঙনবা মীশকশিংদগী পৈশা নি। শাথীনা ঙাওরবস্থ মাগী ওঝা গুরুবু কাউদা গুকনৈ নৈতে। মাগী ওঝা চোংথাম অভোগী য়ুমদা তত্তনা চংল

অতুগা মাঙোন্দা লাইবক কত্তুনা থুরুম্মী। শিংজমৈ থোকচাম লৈকায়দা লৈবা ওঝা থোকচোম চাউবগী ময়ূমদন্থ মরক মরক্তা চংলি অতুগা লাইবক কত্তুনা থুরুম্মী। অসুম্না, নোবিন অঙাওবা শৈশবপা ওইনা মণিপুরগী মফম কয়া থুংখি। ১৯৭৭ মশাগী চহী ৬৬ য়োম শুরবপা মতমদা, সুমিৎ তরেৎ-নিপাল্লি নাইরবা মতুংদা সংসারদগী বিদায় লৌখি। শ্রী রা. কু. রতনসনা সিংহনা হায়—"নোবিন্না শিবদা ঐনা পাউ পীতুনা 'সীমান্ত পত্রিকা'দা শিবগী পাউ ফোঙ্খি। মরূপ-মপাং, শাগৈ-নাইত্তে ময়াম পৈশা থায়জিন্নতুনা লাইময়ুম মাণ্ডবতা শ্রাদ্ধ শোনখি। সোগাইজম নবকুমারগী কাওবুনা ঈশৈ শকাখ।" অসুম্না পুন্সিগী সুঙাইবা শরুক কংব্রবা কলাকার অমগী পুন্সি লোইখি।

নোবিন্না ঈশৈগী জগত্তা ধুমকেতুগুম ঙাইহাক ঙাল্লম্বা অছু মহৌশাগী মতৌগা ইমান-মান্নদবা, থোইদোক-হেন্দোকপা অঙবপা থৌদোক (ফিনোমিনন) অমনি। হৈজদা ঈশৈ শরুপদা নীলকান্ত শর্ম্মাগী মতুংদা শীংথানবা মাবা শৈশকপদি নোবিন মতোমতনি। অতুগা শাস্ত্রীয় সঙ্গীতত্তা (মতমতুদা 'কলারাটি' হায়না থওনৈ) মাগা লান্না পাতুনা শকপা ওম্বনা য়ুম্মাম লৈকায়গী হেরামনি মতোমতনি। মতমতুগী ত্রিনাথত্তা ঈশৈ কয়া শকপগী মথক্তা এম.দি.য়ু. (লিংথৎপা ১৯৩১) লীলা কয়াদসু ঈশৈ কয়া শকখি। এম.দি.য়ু.না শান্নখিবা এস. ললিতকী 'অরেম্বা মরূপ' কী মমিং চৎলবা ঈশৈ—"ফজৈদা ইমা মৈত্তে লৈম / মাযকৈ শলায় থুংদা/নচা চানবী ওইবন'/মীরক তিন্দ-দ্রবী ইমা ইবেম্মা'/অশংবা ম'ণ-চীংনা থম্লি/লুপাগী তারা মাল্লবা/তুরেন্না কোয়না চৌন্নবসিবু করম্বা লৈবাক্তা লৈরিগবা !!" নোবিন্না থবায় তানা শকখি। ঈশৈ অসি মতুংদা কলাকার কয়ানা কয়ারক হন্না শকুরে। অতুবু নোবিনগী শৈশক য়োৎবদি ওসিঙ্কাওবা ওমল্লি। মথক্তা নোবিন্না য়াম্না পান্না, থবায় তানা শকচাখ—"হরিগী নীংথিবা ফজবা কোলোয়/শোনজোনে পুক্লি ফনবা পোলোয়।" (এম.দি.য়ু.গী অরেম্বা মরূপ)

এম.জি য়ুগী 'সতী খোংনাং'দা নোবিননা লিন পুবা নিপা অমা শাই অদুগা ঈশৈ শকই - "য়েংবিরো য়েংবিরো ঐগী লিনগী জগোই"। (য়ুম্নাম গৌরচান্দনা লিন পুবী শাই।) নোবিন মমিং চৎপা এক্টর অমা নত্তে। পনিক (অঙ্গী চৎপা), মীৎ তাওবা, মীনায় ওইনা লীলাদা ঈশৈ শকপা মতাংদা থোকপনি। অদুবু এক্টর অমা ওইনা শীংথানবা য়াবা অমদি বিদুরগী পার্ট শাখিবা অদুনি। শ্রীএস. নবকান্ত সিংহনা হায় - "খৃঃ ১৯৩৮ দা থাবম লাকপগী মাপ্তবতা 'কর্ণার্জুন' লীলা শাঙ্গখি। নোবিননা বিদুর শাদুনা ঈশৈ শকখি। ঐনা তুশাসন শাখি ময়েংবম আনন্দমোহনন' কর্ণ শাই" ঈশৈ লেংবা অমা ওইনা নোবিনগী খ্বায়দগী শীংথানবা য়াবা থুদোলদি, মহাক্না রূপমহল থিয়েটরগী ইহান হানবা ম্যুজিক ডিরেক্টর ওইনা ঈশৈ কয়া লেংলম্বগা লোয়নদনা মশামক গায়ক অমা ওইনা ঈশৈ কয়া শক্রম্বা অসিনি। খৃঃ ১৯৪৩ দা রূপমহল সিংথৎপগী অহানবা লীলা ওইনা লাইশ্রম নেত্রজিৎ সিংহনা ইবা 'নিংতমদবা' হায়বসি থৃমুথোক্ত মথোংদা শাম্মখি। লীলা অসিগী ম্যুজিক ডিরেক্টর নোবিননা ওইথি। মদুদা শকখিবা ঈশৈ - "নুংশিগী লমদমদি তামথরে/লোইবী চীংনা থনথরে/চীংমুং তান্না ইতারোই/ওহবিদু নুঙ্জাগী পাখোত্রোই।" অসি মমিং য়ান্না চংখি। মতমদুদা ঈশৈসি তাংমনদবা অমত্তা হংওখিদে, লৈরক কোম্মোং পুন্নমক ঈশৈ অসিনা পুম্মিন লিনখি।

নোবিন ঈশৈ শকপা গায়ক, ঈশৈ লেংবা (কম্পোজর) অমা ওইবত্তা নত্তনা ঈশৈ তম্মিবা ওজা অমসুনি। লান মমাংদা ক্লাসিকেল ম্যুজিক খংবা মীশক য়াম্মা তাংলম্মী। নোবিন্দি রাগ সঙ্গীত নীংথনা ইহবা অমসুং শকপা তম্বা অত্তাংবা কলাকার অমনি। তদুনা মতোংদা ঈশৈ তম্বা সেবক, শিষ্য কয়ানি। লান মতুংদা তাংওরবা মতমদসু মাবু ফারগা নত্রগা থেমগা ঈশৈ তমহনবা কোঙ্গাইহান। আধুনিক ঈশৈ শকপদা মমিং চংলবা শ্রীলাইশ্রম বীরেন্দ্র কুমার সিংহনা হায়- "নোবিনাসি ঐগী মামা থোকই। মামাদগী ইহান হায়রা ঈশৈ তম্মখি,

ঐগী আদি শুরুনি। মতমতুদা রাগ সঙ্গীত (শাস্ত্রীয় সঙ্গীত) হৈতবা য়াদে। রাগদা য়ুক্কম ওইব্রবা, বেজ তৌব্রবদি চোপ্পে। চহি অময়োম মামাগী য়ুমদগী ঈশৈ তম্মী।...... মামাসি যন্ত্রসু খোংবা তম্মী। বাঁশি খোংবা য়ায়া পামজৈ। ঐনা ত্রিপুরাদগী বাঁশি অমা পুরকই। মহু 'Tripura flute' কৌই, খোংবা থয়া লুই। মামানা মহুদা পামজবনা তাওগ্রহুনা বাঁশিহু পাইরগা লম্বীদা কাম-কামহুনা চৎথি। খোংবা হৈনবা কয়া হোৎনৈ, খোংবদি তমখিদে।" শ্রীমতি নোংমাইথেম বিমোলা দেবী (বিমোলা অচৌবী) না হায় — "লান মনুংদা লান থর-ৎয়া করক্লবা মতমদা তামো নোবিন্দগী ঈশৈ থয়া তমহৌই। ঐখোয়গী য়ুমদা লাকই। পৈশা থয়া পি, চান-থক্লবা পিজৈ। মতোন্দগী মিয়া তজন, বাংলাগী ঈশৈসু তমহৌই।" ঈশৈশিং অহুদি—

১) দর্শন বিনা তুখ না লাগে নৈনা প্রভুজি
জবশে তুম বিশুরে মেরে প্রভুজি
কব হুনা পায়ম্নো চৈঁন প্রভুজি।

২) নাচ ত সুন্দর গীরিধর লাল
নাচত জগমত মোহন কৃষ্ণ
সুন্দর গীরিধর লাল।

৩) আও পবন শুনাউ শবকুন্ত।

৪) অব দেব দেব মহাদেব
করেংগে বিহার সাথ ভগবতীকে
করো অব সব বিহার।

৫) খিহুনসু খওত্রবদো খমোয়নদি লৈরি হায়গে
মমায় লৈনা পায়গ্রবা চেক্লা
হুরুকনি নিংজদেনে।

শ্রীমতী বিমোলা দেবীনা মখা তানা হায় – "তামোসি তশেংনা ভাওত্রবসু মওং অমদি তৌই, ত্রেন বেরা লৈবগুম্বা মাল্লি। ঈশৈদি ফজনা শকপ্রে, সুর চুম্মী, তান চাই। থেম্নগা, কারগা, হায়জরগা তমহল্লিবনি।" য়ুম্নাম লৈকায়দা লৈবা খাইদেম নিঙোল সুংশিতোম্বী দেবীসু নোবিনগী সেবক অমনি। মানা হায়, "ঐনা চহী ১৯/২০ শুবা অতুম্বাইদা ওস্তাদ নোবিনদগী ঈশৈ তম্মী। ওঝানা ঐঙোন্দা 'ইমা' কৌই। করি ভাবতগী কৌরিবনো থঙদে ওঝাগী ঈশৈ শৈশক্তি মওং অমনি – খর অসি আদগী চীংখৎলি, মরক্তা লেপথোক্নুনা লৈ। মানা হায় – "ওদিদিরবা ঈশৈ অসি মনাশক্কানি, অরুবনি।" তখিখিব, ঈশৈতুদি –

তাইবং ঈচেন্দা হি হোনবা/বাকৈয় হিমায় লৈরকখো
নৌরেল খুত্তগী থম্নখো/তাইবং চুক্তা থাংলখো।

শ্রীমতী সুংশিতোম্বী দেবীনা মখা তাই – "ওস্তাদনা ভজন, বাংলাগী ঈশৈসু তম্বী। ঐখোয়দা তোযন লাকই। ভাওরবা মতুমসু হেক-হেক লাকই। নোংমনা খোংবান্দা পাংখোক্লা য়ান্দুনা লৈরদা থেংনৈ। মাগীসি মহু হাওখুন্দা যোল্লগা হিদাক থকদোরিবনি। ঐনা হায়–ওস্তাদনা তৌরিবহু করিনো? ঐ লৈশা পীগে হায়দুনা পৈশা শরা পীখি। ভাওরবা মতুংদা ত্রিনদ খুবনদা হেক্তা লাবই। ঈশৈ শকনু য়াদে, হেক্তা শকই। ঈশৈদা ভাওজবা মীশক অমনি।" নোবিনগী পুন্সি থৌদোক কয়ানা পীকথল্লি। মাগী য়ারী হংন্দ্রে; শৈথাবগী লেংইব-থম্বা লৈত্রবা অঙকপা পুন্সি অমনি। মাদি ঈশৈদা ভাওজবতা নত্তনা যন্ত্র সঙ্গীততসু ভাংজবা কলাকার অমনি। শ্রীএল, দামোদরনা মমাঙগী থৌদোক কয়াব নিংশিংলগা হায় – "তাদা নোবিন অসি ঐখোয়গী তাদা গুনিগা য়াম্না তিল্লরম্মী। এখোয় তাদসু সিতার খোংবা থর-থর কৈ। অতুনা ঐখোয়দা সিতার অমা থম্মী। লান মনাইদা ইমুং সুমদা সিতার অমা থবসি থরা অথরবা ওইনা লৌনৈ।

তাদা নোবিন ঐখোয়দা তত্তনা সিতার খোংবা লাকই। ঐখোয়না হাযনৈ "তাদা নোবিন লাকলে সিত্তার খোংঙরনি। অঙাং ওইনা ঐখোয়না উবদা - মহাক ম্যুজিক্কা ঙাওজবা মীশক অমা ওইনা তৌই।" মহাক বাঁশি, সিতার, তানপুরা, হারমোনিয়ম, ওর্গান (টেবলদা থম্নগা খোংবা যন্ত্র অমা) নীংথিনা খোংবা ঙম্মী। ঈশৈ অমসুং যন্ত্র সঙ্গীতকী অপুনবা জ্ঞান, বিদ্যা অনীমক হৈবা, লোয়নবা কলাকারনি।

নোবিনগী ঈশৈ শৈশক মাগী ষ্টাইল তোপ-তোপ্পা অমনি। বেঙ্গলগী ক্লাসিকেল ম্যুজিক্কী প্রভাবতগী শাগৎপা শৈশক ওইরবসু মাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা মশক অমা হাপচিনবা ঙম্মী। মাগী প্রতিভা য়াম্না লৈবা পীথোক্লকপা মগুণ অমা যাওবা লাইপোক অমনি হায়না লৌবা য়াই। ঈশৈগী তাল, লয়, রাগ পুন্নমক মুন্না থজলবা মতুংদা মানা য়েং ওই হাইদুনা শান্নিংবা মওংদা ইকোম কোম্না শান্নবা ঙম্মী। চিংবা, খেকপা, অপীকপা মফমদা আ য়েৌনা পীকশিনবা অচৌবা মফমদা চাউথোকপা, অকা-অকুম তৌবা পুন্নমক মাগী মথা পোন্না থম্মী। মাগী ঈশৈদি মাগী থম্মোয় ঈচুল, ইমোসম, ফিলিংগী মথা য়াম্না পোল্লি। বাহৈ, ময়েকী মথা পোন্দবা, মানা নীংলিবা সুরদা তাউদুনা শকপা শৈশক্লি। ওশেংবমক চৈদিসনবু থুগায়বা ঙম্বা-মশাগী নরমচংপু মকাফোঙনা হাপচিনবা ঙম্বা কলাকার অমনি। মানা শকপা অদুগুম্না ঙসি ফাওবা কনা অমত্তনা শকপা ঙমদ্রে হায়বা য়াই। নোবিনদি নোবিন ওইনা অদুম লৈহৌরগনি। শ্রীরা-কু. ঝলজিৎ সিংহনা হায় - "নোবিন্না ঙাওরবা মতুংদা, কাযনথংদা শকখিবা 'কজৈদা ইমা মৈতৈ লৈমা' অমসুং 'হরিগী নীংথিবা ফজবা কোলোয়' হায়বা ঈশৈ অনী অাস, মতোম্দগী হেন্না যজনা শকপা ঙম্বা ঙসিন-ফাওবদা কনা অমত্তা থোরকাত্রে।" মাগী ক্লাসিক ওইরবা ঈশৈ অনী অসিদা নত্তনা ঙসিফাওবা মাগী ঈশৈ তাহৌবা কয়াগী নাকোংদা ঙংদুনা লৈরিবা, কাউবা ঙমদ্রবা ঈশৈ কয়ানি—

১) জাতি কৌবী শকহেনবী

২) সুংশি চরোং চুপ্নী অমুক্তদি হায়রু

৩) চৎনবী লিন্দাউবী তমথীবী

৪) মীগী মচা ওইবী নত্তবু চৎসি হায়রু অমুক্তদি কৈদৌবগে

৫) লচ ক লচ ক বিজুলী ঝলক মনমোহন মোরা
( দিলিপ কুমার রায়গী )

৬) ঘুমাও ঘুমাও মেরী সাথি – অসিনচিংবা কয়া।

পুন্সিদা মুডাইবা শরুক মচেং অমফাওবা ওয়ুকত্রবা মন্নায়বক থীরবা কলাকার অমনি পাউনম নোবিন - ঈশৈ শকপা অডাওবা নোবিন। পৃথিবীদা নীংবা কায়বদগী ভাওচৎননা লমথাংদা পুন্সি লোমখিবা কলাকার কয়াগী রারী লৈরে। লায়রবা অইবা, কলাকার কয়াগী রারীসু লৈরি। Dutch কী লাইয়েকপা Vincent Van Gogh ( ১৮৫৩–১৮৯০ ) মহুং মতম চাদনা, মশাগী চহী ৩৭ শুবদা হাখলগী লায়নাদগী মতোমতা শিজখি। মাগী সুংশিনবী চুপীদা মাগী মনা মতং অমা শোইদৎলগা পীখিবা লাইয়েকপা অসি ভসিফাওবা শোন্নরি। নোবিনসু কাউবা লৈতনা শোন্নরকখিগনি। অসিগুম্বা কলাকারশিংগীদি, Soul to art মাগী কল'ছু মাগী থরাবদা, আখ্যাদা পুংলুপ লপশিনবনি। মথোয়দা অতৈ চংদে, অতৈ পামদে। কলা নত্তনা মথোয় হিংবা ঙমদে। মথোয অশেংবা কলাকার হায়বনি। ▣

হাঙ্গারেং অসি ইবদা রারী শাজরুবা, রাফম কয়া তাবনজরুবা মীশকশিংঃ

১। শ্রীলাইশ্রম বীরেন্দ্রকুমার সিংহ, য়াইস্কুল, ইম্ফাল
মশাগী চহী ৭৬ শুরে।

২। শ্রীলাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহ, য়াইস্কুল, ইম্ফাল মশাগী চহী ৭১ শুরে।

৩। শ্রীএস. নবকান্তা সিংহ, য়াইস্কুল। মশাগী চহী ৮৯ শুরে।

৪। শ্রীনোংমাইথেম পহাড়ী সিংহ, যোইরাংথোম,
মশাগী চহী ৬৪ শুরে

৫। শ্রীপাউমম জয়ন্তকুমার সিংহ, য়াইস্কুল, ইম্ফাল।
মশাগী চহী ৬৪ শুরে। নোবিনগী মনাওনিপা অতোমবনি।

৬। শ্রীরা.কু. ঝলজিৎ সিংহ, য়াইস্কুল, ইম্ফাল। মশাগী চহী ৭০ শুরে।

৭। শ্রীএল. দামোদর সিংহ, য়াইস্কুল, ইম্ফাল। মশাগী চহী ৫৮ শুরে।

৮। শ্রীচুইত্রোম ইন্দ্রজিৎ সিংহ, য়াইস্কুল, ইম্ফাল
মশাগী চহী ৮০ শুরে।

৯। শ্রীরা.কু, বজ্রসনা সিংহ, য়াইস্কুল, ইম্ফাল
মশাগী চহী ৮৮ শুরে।

১০। শ্রীক্ষেত্রিময়ুম ইবোহল সিংহ, য়াইস্কুল, ইম্ফাল
মশাগী চহী ৬৮ শুরে।

১১। শ্রীবি. জয়ন্তকুমার শর্মা, ব্রহ্মপুর, ইম্ফাল। মশাগী চহী ৬২ শুরে।

১২। শ্রীমতী হিদংময়ুম ওংবী ইবেমপিশক দেবী, (বোকুলমখোং ইবেমপিশব), জন্মস্থান, ইম্ফাল। মশাগী চহী ৬৮ শুরে।

১৩। শ্রীমতী নোংমাইথেম নিঙোল বিমোলা দেবী (বিমোলা আচৌবী) উরিপোক, ইম্ফাল। মশাগী চহী ৬৭ শুরে।

১৪। শ্রীমতী থাইদেম নিঙোল লুংশংখোম্বী দেবী, য়ুম্নাম লৈকাই, ইম্ফাল। মশাগী চহী ৬০ শুরে।

সনথোং, জুন—জুলাই ১৯৯৭

# ফ্রিদম ফাইটর লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ সিংহ

লময়ানবা লুচিংবা অমা

বাংথৈ লাইশ্রম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকখিবা, লোইশাংথিবনা চহী ৪৯ শুরবা, লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ সিংহ (৩।২।১৮৮৫—২৭।৯।১৯৪৮, ময়াম্না ইবুংঙোহল হায়না কৌনবা) নিপা অসিগী মমিং ঙাদা ফনা কুইরে। জননেতা ইরাবতকী মরমদা অহুম লেংবকপদা মংগা ইরাবতকা (মানা ইরাবতগী চহী ১১ হল্লি) পুম্না রাজনীতিগী থবক কয়া তৌমিন্নরকখিবগী ৱারী কয়া ঙাদা ফংই। প্রজাসভাগী মায়োক্না অমাং-অশেংগী আন্দোলনদা ইরাবতকা লোয়নননা থবক কয়া তৌখিনা, রাজনীতি অমসুং সমাজ সেবাগী থবক-থৌরম কয়াদা মতেংজিল থানা থবক তৌবগী মথক্তা মশামক জ্যোতিষ, মাইবা, থাঙ-তা অসিনচিংবা চীরমশিংদা য়াম্না খঙ-হৈরবা মীশক অমা ওইখিবা, মচেথংদা পাখঙবা লাইনীং শন্দোক্লবা হোৎনখিবা, মৈতৈ মহুক চঙখৎনবা হোৎনবদা পুক্নীং চঙখিবা অসিনচিংবা মাগী থবক ময়াম অসি তাংগা নিপা অসিগী মরমদা খঙনীংবা অহুম হেন্গৎলকই। অনীশুবা লাঞ্জ ও মমাঙদা, চূড়াচান্দনা মপাল কনা পাল্লিরৈদা নিংথৌগী মায়োক্তা আন্দোলন হৌবা ঙমাখবা মীশক অসি অচম্বা নিপা অমদি ওইফম থোক্তে। মহাক অথৌবনি, শীংনবা ঙম্বা মীশনি, প্রজাবু নুংশিবা

সমাজ সেবক অমনি অমসুং অঙনবা মতমদা রাজনীতিগী চেতনা কন্না লৈখিবা লুচিংবা অমসুনি। মসিমদি শোয়জ্রবনি, খগেন্দ্রজিৎনা জননেতা ইরাবতগী ছায়া রাজনীতিদা খোঙদাবা হৌরে অমসুং জেলদা চঙতুনা রাজনীতিগী খবক হৌরে।

জননেতা ইরাবতনা চপ চানা রাজনীতিগী লমদা থবক ওইনা খোঙদাবা হৌখিবদি খৃ· কৃ· ১৯৩৮, ডিসেম্বর ২৯ অমসুং ৩০ দা চীংঙাদা কমখিবা 'নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা' গী মরীগুবা মীফমদগীনি। মসিগী মমাঙদা ইরাবতা রাজনীতিগী রাখল্লোন লৈবা হৌরবসু চপ চানা থবক ওইনা খোঙদাবদি ঙমখিদে। পঞ্চায়তকী মেম্বর ওইরবগী (খৃ· কৃ· ১৯৩০, এপ্রিল ১) মমাঙ অমসুং মতুংগী পুন্সিগী শরুক মমাক ইবুংঙো ইরাবতনা সাহিত্য, জর্নেলিজম, লীলা, শান্ন-খোংনবা অসিনচিংবা কলা-সংস্কৃতিগী হীরমশিংদা পুক্নীং চঙখি। পীথোক্লকপা লাইপোক্কী মগুণ চেনব', লুচিংবা অমগী চপ চাবা মতীক মগুণ লৈবা, মতমগী শিক্ষা ফংলবা ইরাবতনা মণিপুরী রাজনীতিগী হৈজদা থোক্লকপা মতমদদি হুমিংনা থোক্লকপদা। থরম্মচাকশিংদগী হেন্না লংনা ভানবগুম ইরাবতনা ভানবা হেনখিবনি। অদুবু, মহাত্মা গান্ধী অমসুং নেহরুনা ভারতকী নীংতম্বগী ইতিহাস লোইনা শাগৎখিবনি হায়বসি অরানবা ওইগনি। লুচিংবা অমসুং অতৈ নীংতম লাম্মী কয়া কন্না লৈরি। মণিপুরগী রাজনীতিগী ঈহৌদসু লুচিংবা কয়া লৈরি। মখোয়গী মনুংদা খগেন্দ্রজিৎসু মরু ওইবা চরিত্র অমনি।

মণিপুরগী রাজনীতিগী ঈহৌ আস খাংহৌ হৌরকপা নত্তে, ওন্না' ওন্না লাকপা খোঙচৎ অমনি। চূড়াচান্দ মহারাজনা পার্লিমেন্টদা রাজনীতি দল অমত্তা সিংবা য়ারমদে ('হিন্দু' হায়বা ৱাহৈ লৌথোক্লগা শেষ' 'নিখিল মণিপুরী মহাসভা'না মরু ওইবা, চপ চাবা রাজনীতি পার্টিগী শক্তম লৌখি।) অদুনা মীয়ামগী ওইবা অপুনবা ঈহৌ শাগৎপদা অপনবা অমসুং থীঙ্খবগী মরম ওইখিবনি। অদুবু খৃ· কৃ· ১৯৩৮ গী মমাঙদা, শতাব্দী অসিনা হৌরকপদগী পেন্সবগী ঈহৌ নত্রগা আন্দোলন

ক্কথা হৌদুনা লাকখিদবদি নত্তে। খুাইদগী চাউবা ঈহৌদি খৃ. কু. ১৯০৪গী 'নুপীগী আন্দোলন' (অহানবা নুপী লান হায়না খঙনবা। অশেংবদি 'লান' হায়বসি মেটাফোরিক ওইনা শীজিন্নখিবনি, পোলিটিকেল টার্ম ওইনা শীজিন্নবা লানগনি।) অসিনি। মথং মথং ওইনা খৃ. কু. ১৯১৩ গী পোত্থাঙ এজিটেশন; খৃ. কু. ১৯১৭-১৯২০ ফাওবগী খোংজাই লান; খৃ. কু. ১৯৩০ দগী ১৯৪৯ ফাওবগী যাদোনাং অমস্তুং রাণী গাইদেল্লুগী ঈহৌ খৃ. কু. ১৯৩২ ঈশিং খাজনা মায়োক্তা হৌবা ঈহৌ (প্রজানা লাযরবা মরম্না চহীগী লুপা অনীমথায় খাজনা থীবা ওয়োই হায়বা। মতমতুদা ফো মন অমদা মথায় পীবা মতমনি। আন্দোলন অসিদা খাজনা থীদবা মীওইশিং ফাবা হৌরকখি। মসিগী ঈহৌদা খগেন্দ্রজিৎনা অচৌবা থৌদাং কয়া য়াখি। সরকারনা খাজনা লুপা অমা মাথাযদা হন্থখি); খৃ. কু. ১৯৩৫ দা খগেন্দ্রজিৎনা 'নিখিল মণিপুর প্রজা' কৌবা সংস্থান অমা লিংখৎতুনা ষ্টেট দরবারগী মেম্বর, জুদিসিযেল মেম্বরগী যম অসি প্রজাগী ভোটনা খলহনবিযু হাযদনচিংবা দাবী কয়া হৌবা আন্দোলন অমা হৌরকখি। (মতমতুগী দরবার মেম্বরশিং অসি নিংথৌগী মরী-মতা, লাইরিক-লাইশু হৈতবনা অয়াম্বনি।) ঈহৌ অসিগী মতাংদা খগেন্দ্রজিৎপু তাং ২৬ | ১০ | ১৯৩৫দা জেলদা পীখি অদুগা তাং ১৯ | ৯ | ১৯৩৬ তা জেলদগী থাদোকখি। মসিগী মমাঙদা, ব্রহ্মসভানা খৃ. কু ১৯৩০ গী মতম অহুবাইদগী হৌনা মাংবা-শেংবগী য়াম্না তমথীরবা চৎনবী অমা হৌদোকতুনা শেংদোকপা মতমদা পৈশা লৌবগী নিয়ম অসিগী মাথেক্তা ইরাবতনা অমসুং মহাসভাগী শাখাশিংনা থবক পায়খৎপা হৌরকপদা খগেন্দ্রজিৎনু অচৌবা থৌদাং য়াখি। খৃ. কু. ১৯৩৭ তা কোংবগী ক্ষত্রিময়ুম গুলামজাংনা শিরবদা মাংবনা মরম ওইদুনা পৈশা পীজদবদগী নুমিৎ কয়ান পোৎলোকদনা লৈরম্মী। ইরাবত অমসুং খগেন্দ্রজিৎনা কোয়চেঙ চেন্দুনা অশিবদু পোৎলোকতুনা শোয়াং শোনখি। মাংবা-শেংবগী ঈহৌদা ললিত মাধব শর্ম্মা অমসুং বঙ্কবিহারী শর্ম্মা

অনীগী থোদাং য়াম্না চাউই। লাইরিক হৈরবা ব্রহ্মণ অনীসিনা হৈফগাক হৈফনা লেপখিবদগী মায় পাকখিবনি অমসুং ব্রহ্মসভানা নীংহল্লখিবনি। মাংবা-শেংবগী আন্দোলনগী মতাঙদা ইরাবতনা লেমফু, ললিত মাধব অমসুং বঙ্কবিহারীনা পান্মোম অনী অমসুং খগেন্দ্রজিৎনা থোঙ অনী ওইখিবনি। অতৈ কয়াস্থু য়াওখি। খৃ. কু. ১৯৩৮ গী 'নিখিল মণিপুরী মহাসভা'গী ৱাকিং কমিটিদা খগেন্দ্রজিৎসু য়াওরে। খৃ. কু. ১৯৪০ দা নুপী লানগী মতুংদা নিখিল মণিপুরী মহাসভাদগী কায়নরকতুনা ইরাবতনা লুচিংতুনা শেম্বা 'মণিপুর প্রজা সম্মেলনী' দা খগেন্দ্রজিৎসু য়াওখি। ইরাবতপু তাং ৯ | ১ | ১৯৪০দা ফাতুনা জেলদা থমল্লবদা খগেন্দ্রজিৎনচিংবা কাঙবুনা মথা তানা নন-কো-ওপরেশনগী ঈহৌ কয়া চথখি। অনীওবা লাঞ্জাও মতুংদগাদি খগেন্দ্রজিৎ মৈতৈ লাইনীং অমসুং মৈতৈ ময়েক শন্দোকপদা পুক্নীং চঙথ, অতোপ্পা শক্লোন অমা লৌখি। অহানবদা মহাক বৈষ্ণবনি। মপা (শেঙ্গোয়) মমাসু (থরোসনা) অকনবা বৈষ্ণব ভাক্তনি। মবান্নীসু অমত্তা পোকচবা মচানিপানি। মপা পোকপা মপুখোক কুলধ্বজ হায়বতু বাবাজী মহন্ত কৌতুনা লৌখিবা ওইখিবনি। অতুবু হিন্দু ধর্মগী চৎনবী, অমাং-অশেং বামোণশিংগী হেনজিনবা নীতিদা পেন্দন, শাউনীংবা পোকখিবদগী মমানা ভাইবঙপান হেক থাদোকখিংদনী মৈতৈ লাইনীংদা মায় ওনশিনখি অমসুং লাইনীং অসি শন্দোক্লবা কল্লা হোৎনখি।

খগেন্দ্রজিৎতা রাজনীতি চেতনা লাকহৈবা অসি মণিপুরগী মপান্দা চঠী কয়া লৈরাংদগানি। খৃ. কু. ১৯২৩ দা নবদ্বীপ চৎপদা ত্রিপুরাগী মহারাণী রত্নমঞ্জরীনা য়াম্না কল্লা মাতুনা লৈরে হায়তুনা মাবু কৌতুনা য়েংহনবদা নাবা ফখি। মরমদি মহাক খঙ-হৈরবা মাইবা অমনি। মহারাণীনা মসিদা পেল্লতুনা মাগী প্রাইভেট সেক্রেটরি ওইহনখি অদুগা 'জ্যোতিষ রত্ন' হায়বা উপাধি অসি পীখ। মহারাণীগা

লোয়নবা লম কয়াসু কোয়খি। মসিগী খোঙচত্তা মহাত্মা গান্ধীনা কলিকতাদা কংগ্রেস সেসনদা ভাষণ পীবা তারকখি। গান্ধীজীগী প্রভাব তাখি।

খগেন্দ্রজিৎ থাঙ-তা হৈবা অমসুং বিদ্যা অসিগী শকনাইরবা ওঝা অমসুনি। কাংঙবম তুলসিংহদগী থাঙ-তা তমখি। খগেন্দ্রজিৎকী সেবকশিংনা তরঙ্গো অমসুং খোকচোম ইবোহল সিংহনি। কোনুংগী কাক তানবদা মানা তা খোঁশাখি। চড়'চান্দগী মতমদা মাবু আরাম্বাই তেন্দোং য়ান্দুনা লন্দীদা চৎপা য়াংহল্লমী। তোকপীরা পণ্ডিতগী মৈতৈগী পুয়া কয়াসু তমখি। মহাক পুয়া শংবা, খঙবা মায়াচো অমসুনি। খৃ. কু. ১৯৩৪ দা 'নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা'গী অহানবা সভা পোলিস লেংদা (মসিবু হয়িং খোংবানসু কৌই) ফমগনি হায়দুনা থৌরাং লোইক্লরবা মতুংদা খগেন্দ্রজিৎনা মফম অদিদি অকবা লাইফমনি, লৈবাক্তা মঙ্গল ওইরোই হায়না দরখাস্ত থাবদগী মফম হোংদুনা গোবিন্দগী মণ্ডবতা মহাসভাগী মীফম ফমখ। মানা হায়'রবা অদু কোনুংগী পাণ্ডিত ময়াম তান্নরগা অচুম্বান হায়না লৌখি। মতমদুদা মোইরাংথেম থাবলনা পণ্ডিত অচৌবা ওইরি।

অমুক শিন শুবা, হীরম বয়'দা খঙ-হৈরবা মীশক অমা ওইরম্বদা ঐহাক ওক্লা খোকখ। চৌ'জক্তি থ'জবা পোক্লে, অসিগুম্বা মঙণ লৈরবা মীশক কয়া কয়া খঙাবদনা লৈরি। অতৈসু লৈবমখিগানা। খিবা তাবনি ঐখোয়না। শ্রীলাইশ্রম যুগেশ্বর সিংহ এম এম. পি.না হায়রবা চুম্মী—"....অদুগুম্বা লমহানবা মীওইশিংগী মনুংদা লাইথুরাম খগেন্দ্রজিৎ ওফে ইবুংঙোহল সিংহ মক্ত ওইবা লুচিংবা অমনি।" ('লাইথুরাম খগেন্দ্রজিৎ', লাইথুরাম ইবোবী, ১৯৮৫, লাঃ ১৮, বাহৌদোক।) ▣

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্লফম' ২২। ৯। ১৯৯৭

## মতম চৃঙ্গগী হিংদুনা লৈহৌরগদবা ঃ থাঙ্গ মাঙ্গোলজাও

(খোংজোম পর্ব্বগী অচৌবা কলাকার অমনা থ্রপখিবদা)

হিংলিঙৈদা থাঙ্গ মঙ্গোলজাও (হৈসনাম মাঙ্গোলজাও সিংহ (১৯১৭ — ১৬/১০/১৯৯৭), থাঙ্গ হৈসনাম লৈকায়দা পোকাখ। মহুংদা খ্বাইরাকপম লৈকায়, সেগা রোড, ইম্ফালদা হোংগৎলক্লুনা লৈশিনবা চহী ৩০ হেল্লে।) লাইদৌনা শোয়খিবা (Legendary figure) খোংজোম পর্ব্বগী শৈশকপা কলাকার অমা ওইখি। মতো মঙ্গেম্বরগী মথনাওবু শিরবা মহুংদা ওপেরেশন তৌরগা য়েংনগনি হায়বগুম ওইরা থাঙ্গ মাঙ্গোলজাওগী মথনাও অসিসু করম্বা লাইনা শারকপনো হায়বত্তু য়েংনিংই। মা উথৎলিবমথৈ য়াই, হেন্না হেন্না বাংথৎলকই, বাং-থৎলিবমথৈ তাবা ঙমশি। ভাবোকপু শুমহৎপা ওম্বা অঙকপা খোঞ্জেল অমনি। মহাক খোংজোম পর্ব্ব শৈশক অসিগী মতম পুম্নমক্তা মুৎপা লৈতনা লৈহৌরগদবা শৈশকপা অমানি। হৌখিবা ওক্তোবর ১৬, ১৯৯৭, শগোলশেন তুমিংকী অয়ুক্তা, তুমং ১০/১৫ রোম নারম্বা মতুংদা, থম্মোয়গী লায়না অমদগী ঙেংবানবা থাদোকখিবদা খোংজোম পর্ব্বগী অচৌবা পন্দুপ অমা লোইশিনখ্রে। অদুবু, মহাক্কী ভাবোকপু শুমহৎখিবা, অভাবশিংবু ঙাওহনখিবা শৈশক্কী খোম্থাং অদুদি মতম চৎলগী ওইনা আমম্ব ওইদুনা মুৎপা

লৈতনা নাকোংদা ঙংহুনা লৈহৌরগনি। অতাঙবনি, মাগুম্বী কলাকার তুংদা থোক্লকখিগনি হায়বা থাজদে। (থোক্লকপদি ওইসনু)। মাগী মতুং শীনবা ঙম্নরোইদবা মীশক অমনি।

থাঙ্গ মাঙ্গোলজাওগী পুন্সি-ড্রামাগী অরোয়বা সীন্দি (মতাঙ) কৃষ্ণীদা লৈবা নোংমাইখোং লৈতোং কৌবা থুম্দনি। নুমিৎ অদু ওক্তোবর ২, ১৯৯৭, চাউরেন হৌবা, শগোলশেন নুমিৎনি। কৃষ্ণী কৈথেল্দগী ওটো হোংলগা থোরদাকলোমদা চঙশিল্লগা লৈবা খুন অসিগী য়ুমদা চৈশে শকপা চৎলি। মফমতুদা অনৌবা দেবী অমা ফাওই, ইমাগী থোগল তৌবা চংপনি। মাগী লোয়নবীগী মপুক্লংদদি চীংনজখি—প্রতিবদনি, শগোলশেন নুমিত্তা মথা বুম্বা। নুমিৎ অদুগী শৈফমতুম্ন ওস্তোক্লা নুংঙাইরে, মী যাম্না তিনখি, ওঝানা পুক্লিং পেন্না ইমাগী থোগল তৌজখি। অদুবু, নুমিদাং অতুদা ওঝাগী মশা ঙমদবা তৌরকলে; কৈনো অমা তোরক্লে, হুমংনা মশা পুম্বা পুম্মচোৎ চোৎখ্রে। ওঝানা দেবীগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা বাকৎচররে— "ইমা, নঙনা ঐবু কৌবদনি। ইমাগী সেবা তৌজবান। ইমনা তৌবিরিবাস করিনো?" ইমাগী থোজাল ফংলবগুম নুমিদাং অতুদ করিম্ন তৌদ্রে। (মহাক মশামক বৈষ্ণব অমনি। ময়ুমদা হরি মন্দির শাহুনা নুমিৎ খুদিংগী হরিগী সেবা তৌই) মথংগী নুমিত্তা মোইরাংগী থাইদেম ইমা দেবীদা মশা ঙমদ-ঙমদনা পুংখায় অমরোম চৈশে থোগল তৌখি। মসিনা থাঙ্গ মাঙ্গোলজাওগী পুন্সিগী অরোয়বা শৈশক্লি— ওক্তোবর ৩, ১৯৯৭। মশাগী চহী ১২ শুবদগী চহী ৮৪ শুরবফাওবদা, চহী ৭৭ চুপ্পা লেপ্তুনা চৈশে শক্লকপা কলাকার অমগী অরোয়বা শৈফম্নি। অহূদগী মশা শাথিনা ঙমদ্রে। তাং ১৬/১০/৯৭ কী অয়ুক্তা অরোয়বা য়াহিপ তানখ্রে। অরোয়বা সীনগী অরোয়বা য়ুথল থাদখ্রে।

নোংদম্বগী নোংদমখোল কনানা থঙবা ঙমগনি। কৈবাক্কী মমিং চংলব। শৈশকপা অসিগী পুন্সিদি য়াম্না বানা, নংনা, পিরে য়ননা

হৌরকই। মাগী হোৎনবা কনবা, পুন্সগী অকংবা লান্থোংনা মাগী মাঙ্গালজাউ ওইনা শেমজখিবনি। ফিভম ফংহনখিদবদগী লাইরিক নীংথিনা তম্না ভমখিদে। থুনগী অমনবা য়ম কমদা লৈবা এল. পি. স্কুলদা চংলগা মাঙ্গোলজাওনা স্কুলগী কাগী বাংমদা ঙঝনা পারা তাকপা অহু লোয়া লোয়া তাজখি। মশাগী হোৎনজমম্না মরৈথংদনি লাইরিক ইবা পাবা ভমখি। ইংরেজীদা সহি তৌবা ঙম্মী। মখুৎম্না য়াম্না কৈজে। মোইরাংগী পণ্ডিত মাইবম চাউবা অমদি থ-থোংজগী খরাইবম দেব সিংগী মফমদগী মৈতৈগী অরিবা লাইরিক, পুযা কয়া তমজখি। মাগী হোৎনজমম্না চুম্নগী ঈশৈ শকপা কলাকার অমা ওইবদা মরুদা অরিবা পুয়া, ফোকলোরগী মহৈদা থংহৈহরবা মীশক অমম্না ওইখি। হিংলিইদা মমল য়াম্লবা লাইরিক কয়া ফোংদলম্মী— ১) খম্বা থোইবী পুন্সি অহানবা অমসুং অনীশুবা ২) হওবা কোম্ব; ৩) হেজুহোনা-থোংঙাং লাইরোলেন্থ, ৪) কাদং থংজহনব-তোম্ব লাইজিংলেগী; ৫) খোংজোম্না-পিদোহ; ৬) শম্না লমঙানবা-খমুং যাইখিংকোম্ব; ৭) য়াংলেন পুংদি হৈব-চকপা চন্দ্র ত্রিশা হৈবী; ৮) ঙানবা-শাংলোইরেম্বী; ৯) মোইরাং কংলৈরেন (মসিদ ছাপা তৌরি। অচৌবা লাইরিক অমনি।) ঙঝা থাঙ মাঙ্গোলজাওনা য়ম্না পামজনা থিজিনখিবা হীরমদি মোইরাং কংলৈরোনগ মঘমদনি। মসিগী পান্দমগী মথাদ, খৃ. কু. ১৯৭৭দা 'মোইরাং কংলৈ ঈশৈ শৈদম শঙ' কৌবা সংস্থান অমম্না মখোয়গী লৈকায়দা লিংখজুনা ঈশৈ তুম্বিবগী থবক চংথরম্মী। মানা পামজবগী মতুংইম্না "খোংজোম পর্ব"গা মন্তুম্না মাগী শৈশকপু 'মোইরাং কংলৈ ঈশৈ' হায়না কৌখি। (মসিবু য়ালা অমসুং য়াদবা মীশক কয়া লৈরি। মসিনা অতোপ্পা বাকম অমনি।)

শমজেংশাবম খোবি লৈনৌন, খৃ. কৃ. ১৮৯১ দা বৃটিশনা মণিপুর জয় তৌহুনা লৌশিল্লবা মতুংদা হৌদোকখিবা 'খোংজোম পর্ব' হায়বসি মণিপুরী লোকগীতকী মজুং চনব, খোলোংক পাহুনা য়ারী লীহুনা ঈশৈ ওইনা শকপা বেলাদকী শৈশক অমনি। (মসিগী

মথন্দা পেনাসু অমনি। অতুগা মোইরাংশাইসু মচুং চল্লি হায়না লৌনরি।) হৌরকপদা থোবি লৈনৌনা খোংজোম লানগী থৌদাক-বাথোক্কী মতাঙ (পবঙ) অতুত্বু শকুরমবসু মাগী মতুংদা লাকপা ঈশৈ শকপা কয়ানা মথং মথং ওইনা অতোপ্পা বারী, থীম কয়াদা ঈশৈ শকুরক্লুনা শৈশক অসিগী মখল কয়া থোক্লকখি। হৌজিক কংলৈরোল, নিংথৌরোল, লৈরোল, মহাভারত, রামায়ণনচিংবা মখল কয়া শকুরি। বারী অমসুং থীম তোথাররবসু শৈশক অসি 'খোংজোম পর্ব' হায়না খঙই। (ঙখা মাঙ্গলজাওনা 'মোইরাং কংলৈ ঈশৈ' হায়না থোল্লিবসিগী concept, theoretical foundation, মসিগা খোংজোম পর্বগা থেঙনরিবা অসিগী সাইন্টিফিক ওইবা গফম অমদি নাথে শেংনা ওয়ম্বা থেংনদে) শৈশক অসি নট সঙ্গীত, মনোহরশাইগী ছন্দ অমদি পেনা, মৈতৈ ঈশৈ (খুনুং ঈশৈ, ফোক সোং)গী শৈশক কয়াগা পূনশিল্লগা ইনৌ নৌবা, ইতোপ-লোপ্পা শৈশক অমা ওইনা শেমথিবনি। হৌবা, লোইশিনবা, বাগগী মওং অমা লৈরবসু লোকগীতকী মরমচং চেল্লি। মৈতৈ থুম্নাথগী পুন্সিরোল, মীয়ামগী অপাম্বা, থম্মোয়গী মশক, folk-ethos য়াম্না য়াওই। আদি গুরু থোবি লৈনৌদগী মীরোল অতম লাক্লবা খোংজাম পর্বগী পরমপরা অসিদা ওসি ফংহনদা মমিং চৎলবা কলাকার কয়া লৈখ্রে — খুমন্থেম চাউবা, লৈমপোকপম হেরাচন্দ, লাইশ্রম তোনা, কুলিজাও (চাউবা কৌই, বুচু মুবা কুলি মাল্লি হায়তুনা কৌখিবা মিংনি), বাংঙ খোংনাং, থাঙ্গ মাঙ্গলজাও, ইবেন্মী দেবী, লমজাও তোম্বা অমদি অতৈ কয়া কয়া।

থাঙ্গ মাঙ্গোলজাওদি, খোংজোম পর্বদা মওং তানা মোইরাং কংলৈরোল শকপা হৌদোকলকখিবা হিয়াংথাং কলিজাওগী সেবক্নি। থাঙ্গ মঙ্গোলজাওনা মাগী গুরুগী পরম্পরাদা মোইরাং কংলৈরোল শৈশক্তা খোংজোম পর্বগী মথবায় হাপ্পুনা শৈশক অসি ইনাক খুনহনবদা

নক্তনা হেয়া পাকথোক চাউথোকহল্লম্মী। মাঙ্গোলজাওগী শৈশক-শৈশা, খোলহেক-খোনহায়, য়ারী লীবগী হৈশিংবা, ধোলক য়ৈবা হৈহগী ওপশিং অসি তোপ্পা ফজরবা স্টাইল অমনি। পীথোক্লকপা প্রতিভাগা শাগোম্নবা কলাকারনি। মাগী শৈশক অসিদা ওদিও কেসেট ৫০ হেনবা, ডিস্ক্রিকোর্ড, ভিদিও এলবমনচিংবা থনম্মী। মাগী সেবক কয়া অমস্তু থনম্মী। মসিগী মস্তুংদা লমজাউ তোধা খোইদোক্না মমিং চৎলি। মনা মথুম কয়ানা লৈতেংগ্রবা থাঙ মাঙ্গোলজাও, মতোমতনা মণিপুরী খোংজোম পব্বগী অচৌবা ইন্সটিটুাসন অমনি হায়না লৌবা য়াই। হৌরম অসিদা মমল য়াম্লবা সাহিত্য, মচাক-মরল কয়া থনম্বগী মথক্তা 'লৈ লংবা' নাচিংবা অসি খোলোক পায়তুনা কলাকার ময়াম খোক্তুনা ঈশৈ শকপগী চাংয়েং অমস্তু তৌরম্মী। তশেংবমক, মহাক কলা অসিদা থবায় পুংলুপ লুপথি। মানা খোংজোম পর্ব্বগু মীয়ামগী য়াম্না হুংঙাইরবা, শক্তি লৈরবা, কম্নরবা অমস্তুং ফজরবা কলা অমগী থাক্তা থাঙ্গৎলম্মী। ডাস মহাক চৎখ্রে। পুমহাক হাউবগুম তৌই কনানা মেনখৎপিরগনি ? ◘

— লৌমাই পণ্ডিত, 'পোক্নফম', তাং ২০ । ১০ । ১৯৯৫

# 'প্রজাতন্ত্র জয়চন্দ্র' গী অতোপ্পা মায়থোং অমা

## ( Profile of an Editor )

হৌথিবা মার্চ ১, ১৯৯৮ দা ভাইবংপান থাদোক্লুনা লাইরমলেন্বা তিনথরবা, মমিং চংলবা 'প্রজাতন্ত্র' হায়বা নুমিৎকী যেংবা মণিপুরী চেফোংগী সম্পাদক ওইরম্বা লাইশ্রম জয়চন্দ্র সিংহ মায়থোং কয়া লোংবা মীশক অমনি। মহাক শিনথম ওই। হেনগ্রবা চহী ৭১ গী পুন্সিদা (১৯২৮—১/৩/১৯৯৮) মহাক্না থবক অমগী সম্পাদক ওইবগী চহিংবা থোংগাইশিংগী মরক্তা পাংথোকলম্লিবা থবক থৌদাং ময়াম অসি অংকপনি। ওক্কবা ওমদে, থাগৎতবসু ওমদে। খৃ. কু. ১৯৭৪ গী মতুংদগী লাক্লিবা জয়চন্দ্রগী পুন্সিগী অরোইবা চহী ২৫ গী মুক্কি শরুক অসি থোইদোক্না শীংথনবা য়াই। মতমসিদা চোংথোক্লকখি জয়চন্দ্রগী অনৌবা মীশক অমা ওইনা সমাজ সেবক, খিজিনবা মীশক অমা, এডুকেশনিষ্ট, অনৌবা থবক কয়া হৌদোক্লুনা লৈবাকী চাউখৎ থোংথাংদা খুদোল কয়া তৌখিবা মীশক অমা ওইনা।

ময়াম্মা কাউবা ওমদনা খঙনরিবা জয়চন্দ্রগী মশক অমদ রাজনীতিগী মায়থোং অসিনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা হেকায়গী থবক, সোসিয়েল য়ার্কতা থম্লায় য়াওনা থবক-ইন্থং কয় ভারবই।

মশাগী চহী ১৮ রোম শুরকপা মতমদা খৃ. কু. ১৯৪৬-৪৭ দা পাঙ-খোকখিবা ছাত্র ফেদরেশনগী মীৎন্দা জয়চন্দ্রনা থ'কচোম বীর মায়খিবা পীতুনা সেক্রেটরী ওইখি। 'ছাত্র ফেদরেশন' হায়বসি কম্যুনিষ্ট পার্টি-গীনি হায়দুনা 'ছাত্র কংগ্রেস' শেমখি। জয়চন্দ্র ছাত্র কংগ্রেস য়াওখি, গান্ধীনীতি চংখি। পুন্সিদা থাদিগী ফুরিং খো'গ্রাও শেংখি। মযুমদা অপোকপনা ("লাইশ্রম ইবুংঙোহল সিংহ। মহাক কোম্বুংগী ফম্লাইবা মুহরি ওইরম্বা) মীশক অমনি। চুড়াচান্দ মহারাজনা চাল্লি। ফুগী ৩ লোল্লি। য়াম্না শক্তি লৈনা, হায়না-তুম্না পাল্লম্মী। বারক চেংলি. হিংচাবনি মচা'শিংনা মমাংদা তুরং চংপা হমদে। কংগ্রেস পার্টি'দি নিংথৌগী মায়য়ে'ক্কা লৈবা মরম্না মচা জয়চন্দ্রনা কংগ্রেস য়াওবা অসি য়াম্না শাউরম্মী, য়ারমাদে। অহুনা মযুমদগী তাংন্তোকপা কাওবা য়াওখি। মহাক পাণ্ডিত্য তৌই, ঈশৈশু শকই। খৃ. কু. ১৯৬২ দা নোঙ্গাখি। জয়চন্দ্রগী মচিন-মনাও মরীনি—১) জয়চন্দ্র, ২) তোম্বী, ৩) লাখোই অমস্তং ৪) ইবোতোন। মনাউচুপা তোম্বী মুক্তি শাবা কলাকারনি। মানা শাবা মুক্তি ষ্টেট ম্যুজিয়মদা লৈরি। জয়চন্দ্রসু কলাগী মগুণ লৈ। মহাক য়েকপা-খোংপা হৈ। মখূং য়াম্না ফজে।)

অসুম্না রাজনীতি য়াওরকপনা খৃ. কু. ১৯৭২ গী মতমদা কংগ্রেস পার্টি'দগী চোংথোকলকপা কাঙবুশিংনা শেম্বা এম. পি. পি. য়াওরে। সলাম তোম্বী, য়ুম্নাম য়াইমা, আলিমউদ্দিনখোয়গা লোয়নরে। খৃ. কু. ১৯৭৪ দা এম. পি. পি. গী মীরেপ ওইনা মীৎন্দ লেপখি। সনসম বীরমনিগী মথুক্তা মাইথিখি। মসিদগী মহাক অমুক হন্না রাজনীতি য়াওখিদ্রে। মহাকা বিমোলা রাইনা, রাজেশ্বর প্রসাদনচিংবা অচৌ-অশাংগা শম্নবা, রূপমহল পুখ্রিদা লম লৌদুনা মাগী 'প্রজাতন্ত্র' ওফিস শারকপা অ'সিনচিংবা থবক কয়া অসি তৌরকপদা মাবু লা'ম্না উবা কয়া য়াওরকখি। মশাগী ওইজনবা খনবা, ওইজ-ওইথক থি'দা য়াম্না

থৈশিংবা মীশক অমনি হায়না লৌনখি। মসিগী শক্তম অসি খৃ· কু· ১৯৭৪ দগী মায়া রাজনীতিদগী বিদায় তৌদুনা সমাজ সেবাদা চঙ-শিন্নকপা মতমদগী পূমচোং হোংখি। মসিদগী অনৌবা জয়চন্দ্রগী শাইওন অমা লাকপা হৌরে। খৃ· কু· ১৯৭৪, এপ্রিল ১৪ দা শ্রীকে· মধুমঙ্গল সিংহদা খবর অসিগী এদিং এদিটর ওইহল্লে অদুগা মায়া মমিংতা ওইনা চিফ এদিটর ওইরগা সমাজগী থবক কয়া পায়খৎপা হৌরকখি। অসিগা লোয়নননা পৃথিবীগী মফম কয়াদা কোয়না চৎখি।

অদুবু জয়চন্দ্রগা 'প্রজাতন্ত্র' গদি করম্না থানবা-শেৎনবা য়াগনি? জয়চন্দ্রদি 'প্রজাতন্ত্র জয়চন্দ্রনি'· মদুগী খবরয়নি। খবর অসিদগী মাগী মিংচৎ অমসুং অতৈ থবক কয়া তৌনবা ঈখল কংগ্রিবনি। হায়রিবা খবর 'প্রজাতন্ত্র' গী তাংকক অনী গুই। অহানবগী শরুক্তা য়া· কু· মায়পাকসনানা সমপাদক ওইদুনা খৃ· কু· ১৯৪৭, সেপ্তেম্বর ২৩ দা অহানবা ফোঙই। মায়পাকসনাগী মতুংদা খৃ· কু· ১৯৪৯ দা কৈশাম কুঞ্জবিহারীনা অমুক সম্পাদক ওই। কংগ্রেসকী চেফোঙ ওইনা ফোঙই। মসিগী মতুংদা খৃ· কু· ১৯৫১, আগষ্ট ১০ দগী লোংজম জয়চন্দ্রনা এদিটর ওইদুনা খবর অসি মাগী ওইনা ফোঙবা হৌখি। পুন্সিগী অরোইবা মতমফাওবা চহী ২৮ অসি খবর অসিগী মপু অমসুং চিফ এদিটর ওইখি। মতমদুদা মণিপুরগী খবর মশীং য়াম্নদে। "ওসি", 'অনৌবা সমাজ' অসিনচিংবনা মরুওইবা খবরশিংনি। 'প্রজাতন্ত্র'না মরুওইনা সরকারবু শোগৎপা খবর (প্রো-গাবর্মেন্ট, প্রো-এষ্টাব্লিশমেন্ট) ওইনা সরকারগী পোলিসি, থৌরম কয়া অসি মীয়ামদা খঙহন্নবা অদুগা প্রজাশিংগী অবাবা, অবাৎপশিং অসিসু সরকারদা পাউদমব', সরকার অমসুং প্রজা অনীগী থোং ওইদুনা মীয়ামগী সেবা তৌদুনা লাক্লি। মণিপুরগী অহানবা ওইনা জয়চন্দ্রনা খৃ· কু· ১৯৬৩ দগী য়ু এন আইগী বুরো ইন-চিফ ওইখি।

খবর অমগী এদিটর ওইনা জয়চন্দ্রনা তৌরম্লিবা থবকশিং অমসুং সংস্থানশিং কয়াগা শম্নহুনা পায়খৎলম্লিবা থবক থৌরমশিং অসি মণিপুরগী এদিটর অমগুনা তৌবা ঙমখিদ্রে। মহাক্না য়াওরম্বা, শম্নহুনা থবক তৌরম্বা সংস্থানশিং য়ামল্লে। মরুওইবা খরদি ১) ওল মণিপুর ট্রেদ য়ুনিয়ন কাউন্সিল এন্দ মণিপুর গোবমেন্ট এমপ্লোয়িজ ওর্গেনাইজেসন (মসি অপুনবা জোইন্ট এদমিনিষ্ট্রেটিব কাউন্সিলগী হেক লিংখৎলকপদগী প্রেসিদেন্ট ওইখি); ২) সিভিল লিবর্টিজ এন্দ হ্যুমেন রাইটস ওর্গেনাইজেশন (হেক হৌরকপদগী সভাপতি ওইখি।); ৩) ওল মণিপুর পোলো ক্লব (হেক হৌরকপদগী য়াওরকই। মমৈথংদা খৃ. কু. ১৯৭১ দগী ১৯৯১ফাওবা সভাপতি ওইখি। শগোল কাঙজেগী মরমদসু রিসার্চ য়াম্না তৌরম্মী। মানা হোৎনবদগী গিনিজ বুক ওফ রিকোর্দসদা পোলো হায়বা মশাম্না অসি মণিপুরদগী হৌদোকখিবনি হায়বসি ফোঙখি। ইংরেজীদা পোলোগী মরমদা লাইরিক অমা ইরম্মী। হায়রিবা লাইরিক "History of Polo Game" অসি দিল্লিদা নম্বা লোইরে, ফোঙগদবদা মঙায়রে।); ৪) পান্থোইবী নাট্য মন্দির (হেক লিংখৎপা চহী ১৯৭২ দগী শিবা মতমফাওবা সভাপতি ওইখি।); ৫) ওল মণিপুর রাকিং জর্নেলিষ্টস য়ুনিয়ন (হৌদোকপা সভাপতিনি); ৬) মণিপুর প্রেস ক্লব (সভাপতিনি); ৭) ইন্দো-জপানীজ কলচরেল ফ্রেন্দশিপ সোসাইটি (সভাপতিনি। জপানগা মণিপুরগা সংস্কৃতি মরী থম্নবা কম্না হোৎনখি। মণিপুরদা জপানীজ কয়া লাকখি। মহাক জপান্দসু তোয়না চৎলি। মরুপ কয়াসু লৈ। মাগী শিবগী শ্রাদ্ধ য়াওবা Shimoda, Tomoda কৌবা জপানীজ অনী লাকখি।; ৮) মণিপুর রামকৃষ্ণ সোসাইটি (চিয়ারমেন ওইরম্মী। মসি য়াম্না চাউবা সংস্থান অমনি। মসিগী মথাদা, মাগী নোঙ্গাঞবী সুপীগী মমিংদা কানন দেবী মেমোরিয়েল স্কুল, নের্সরীদগী সেকেন্দরী থাক ফাওবা লম্ফেলদা অচুগা বি এদ

এম এদনা পাঙৈদা ঐে। এম এদনা হরিয়ানা বিশ্ববিদ্যালয়গী মখাদা লৈবনি। অহুগা সোসাইটি অসিগী মখাদসু 'এগ্রিকলচরেল এক্সটেনশন সর্ভিস' হায়দুনা ফো থাবা, খজিং অচৌবা য়োকপগী থবক কয়া পায়খৎলম্মী। মহাক আই সি এ আরগী মেম্বরসু ওইরম্মী। ১) ইসকোন (মসিগী লাইফ মেম্বর ওইরম্মী। ইসকোনগী মখাদা লৈবা 'রঙ্গনিকেতন'গী লুচিংবা ওইনা মণিপুরগী কলচরেল ট্রুপ কয়া পুদুনা পৃথিবীগী মফম কয়াদা কোয়খি।)

এদিটর জয়চন্দ্র মণিপুরগী ইতিহাস, সংস্কৃতিবু নুংশিবা মীশক অমা ওইবদ নত্তনা হীরমসিদা য়াম্না থিজিনবা মীশক অমসু ওইখি। মসিগী গুণ অসি মণিপুরদা লৈরিবা এদিটরশিংদা লৈবা উদে। মানা কয়া হোৎনদুনা চহী কয়া চঙনা India Office Records, London দগী বামাচরণ মুখর্জিনা ইংরেজীদা খ্ৰ. কু. ১৮৯১ মতমদা হন্দোক্লম্বা 'চৈথারোল কুম্বাবা'গী ইংরেজী অনুবাদকী থুংই অদু মহাক্না সম্পাদন তৌদুনা "The Lost Kingdom" (১৯৯৫, লা. ২৫৩, মমল লুপা ৪০০/-) থোন্দুনা ফোঙখি। মণিপুরগী মমল য়াম্বা ক্রোনিকল অমবু পৃথিবীদা শক তাকুনা মণিপুরগী ইতিহাসপু অতোপ্পা জাতিদা উৎনবা হোৎনরম্বগি। মখৎদা ফোঙখি "শ্রীশ্রীগোবিন্দ অমসুং মণিপুর" অমসুং 'খুমন পুরান'। মাগী ছাপা তৌবা লোয়রবা "History of Polo Game" মমল য়াম্বা লাইরিক অমনি। মহাক নেতাজী সুভাসচন্দ্র বসুগী মরমদসু য়াম্না কয়া থিজিনলম্মী।

জয়চন্দ্রনা খ্বায়দগী থবায় য়াওনা পায়খৎলম্বা থবক্তি লৌউ-শিংউবগী হীরমদনি। মানা মণিপুরদা গ্রীন রিভোলুশন পুরকে হায়বসি মাগী মঙলাননি। মানা লিংখৎলম্বা 'এগ্রিকলচরেল এক্সটেনশন সার্ভিস'কী মখাদা মণিপুরদা 'বাসমাটি জে-জে ৯২' কৌবা ফামিল নাতুদগী পুরকপা ফো অসি চাথোক লৈনা, মায় পাক্না থাবা হৌদোকখি।

সমুদ্রগী ঈশিংদদা মরুম কোকপা থজিং অচৌবা অসি মণিপুরগী পুখ্রিদা 'Fresh Water Giant Prawn' ওইনা য়োক্নবা হোৎনখি। মসিগীদমক মী ৪২ ট্রেনীং থাহনা তমহনখি। হৌজিক চাংয়েং অসি মায় পাকলে। মানা অতৈ চাংয়েং করাম্ব তৌরম্মী। আলু মরুদগী চার লৌরগা (মোরোক চার থাবদৌনা) থাবা, ইন্দোনেসিয়াদগী ফৌ লৌরগা ঈশিং থুম্বা লোক্তাক খোঙবান্দা ফৌ থানবা হোৎনবা, জিনসেং থানবা হোৎনবা অসিনচিংবা। হৌজিক এ. এ. এস. অসিনা ট্রেনীং, দিমোন্ত্রেশন, রাজ্য করাদা লৌমী পুরগা চৎপা, য়েংহনবগী থবক কয়া পায়থৎলি। মানা লৈবাক কয়া কোয়বদা উরকপা অনৌ অনৌবা চাংয়েংশিং অদু মণিপুরদা হৌদোক্নবা তৌরম্মী। মানা হায়রম্মী—"জপান্দদি ফৌ মথোঙশিং অসি রাই তৈবদৌনা শিৎ নাম্না থম্মী।"

অদুক য়াম্বা থবকশিং অসি মানা করম্না তৌরম্লিবনো? মাগী থোইদোকপা মগুণ করিনো? অতৈ করিগু নত্তে হোৎনবা কনবনি। মানি নোম্বা কনবা মীশক অমনি। জয়চন্দ্র য়াম্না শাথিবা হোৎনা বকনবা মীশক অমনি। থবক তৌবদা অরাবা খঙদে-হিংচাবনি। অয়ুক ঙন্তা মহাক মশানা চাক থোংলগা চাইৎ-য়ুমগী ভাইবা নংদে। চাক চাংগা ময়ুমগী অয়ুক ঙন্তা থোকপ্রগনি (বাজারদা লৈত্রিবদা) অদুগা মুমিদা অথেংবকাওবা থবক শুই। ময়ুমগী মীশিংগা অমুক্কী চাকলেন অমত্তা চাবা ফংখিদে। চিঠি ইবা ঙন্দে, চিঠি অমা হেক ফংবগা মতুগী পাউথুম খুদক্তা পী। (মসি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌরে। থবরগী চিঠি মরুপ্তা চিঠি তোয়না ইবা হৈনরকখি।) ফাইল ফজনা শুই-হৌরম খুদিংগী ফাইল থম্মী, মচা খুদিংগী ফাইল থম্নগা খোদোক খুদিং ইশিল্লি। মীগী সাইকোলোজি য়াম্না খঙই—মমিৎ অথুবদুনা অমুক্তং য়েংখিবদা হৌত্রোং হোনা লোইনা উবা ঙম্মী। য়াম্না দিপ্লোমেটিক

প্রাকটিকেল ওই। মীবু পাক্কহনবা ওম্মী, ওর্গেনাইজেশন (শিনবা লাওনা) য়াম্না হৈ। তুংগী পোরম য়াম্না থওই। মীনা তৌনদবা, খূৎ থাজ্রিবা, অনৌবা থবক-থৌরাঙ, প্রোজেক্ট য়াম্না মাঙজৌননা থওবা ওম্মী। অসি য়াম্না চম্বা, অকবা মীশক অমনি। মগী মখাদা লৈবা মীশকশিংদা তাথি তাওইনা থক তৌদে। খীমা চৈবা, লাউংপা তৌদে য়াম্না নুংশিনা লোয়নৈ। (মসিগী মতাঙদদি মাগী নুপী কান্নি দেবীনা অমুক হেন্না। মাদি প্রেসকী মীশিং অসি চা লোন্দুনা, ঝোম্না হৌজুনা পীজে। থবক শুবা মীশিংগী মায়থোঙদা য়েংলগা হেক্তা থওই-মহাক চাক চারকত্রি। খুদক্কা চাক পীজনবা হোৎনৈ। ঈংবা তপ্পী, পুকচেল চাউবী নুপী অমনি। মহাক লাইরিক লাইশু কয়া হৈত্তে। অহুনা মাগী অপাম্বগী মতুংইন্না মাগী মিংদা স্কুল অসি লিংখৎখিবনি।) মহাক মীগী মরল তোনবা হৈনাদ-পৈশা পুক্কবা, কৌরুবা খুদিংমক ময়মদা চং-চত্তুনা শিংদোকই-নয়া পৈশা অমত্তা ওইরদস্তু। কুইরসগী মতমদা শুখাম মঙ্গী কৌবা ওঝা অমগী সাইকল অমা মানা মাঙতনখি। কোম্থংদা নীংশিংলক্কুনা সাইকল অহনবা অমা লৈরগা লুপা ১০০০ অমস্তু পীরুই হায়।

য়াম্না পংজক-শুতক তৌনা অম্তাং ওইরিবৈদগী হৌরকখিবা, রা ভাক্কবা কয়া হৈত্তবা, আর. দি. এস. তা মৈতৈলোন তম্বীজুন খুঝা ওইবগী শিনফমদগী লাকখিব জয়চন্দ্র সিংহ মণিপুরগী জনে ভিজমগী লময়ানবা মীশক অমনি। মহাক এদিটর অমসুং সমাজ সেবক অমনি। মণিপুরবু নুংশিবা মীশক অইনি। ঈশ্বরবু চেৎনা থাজবা মীশক অসিনা তত্তনা হায়মম্মী "ঐনা তৌরিবসি ঈশ্বরগী থৌজাল্দনি। মাগী মরল ঙাক্কনি। ঐগী তৌকম থোকগা তৌবনি। থবক তৌরবদি পৈশাদি শোয়দনা লাকচবনি।" মসি তচুম্বনি। জয়চন্দ্র য়াম্না নংনা সাইকল অত্তেকপা অমগা হৌরকখিবা এডিটরনি। মাগী হোৎনবা কনবা, তন্দবনা মাবু মা ওইনা শেমজখিবনি। ▣

দি ইম্ফাল ফ্রী প্রেস—এপ্রিল, ৪, ১৯৯৮

# সুরগী নিংথোরেল : নোংমাইথেম পহারী

( থোইবী এরাদ' ফংলবা শৈশকপা )

দি কলচরেল ফোরম, মণিপুরনা চহী ৩/৩ খুদিংগী পীবা লুপা লৌশীং ৫গী 'থোইবী এরাদ'' অসি হন্দক চহীগী ওইনা, মণিপুরগী মতমগী ঈশৈগী (আধুনিক ঈশৈ, লাইট ম্যুজিক) শৈশকপা অমস্তুং শৈশেম্বা শ্রীনোংমাইথেম পহারী (চিত্তরঞ্জন) দা পীরগনি হায়না লাউথোকপা তাবদা নুংঙাইবা ফোঙদোকপা ওইনা ময়ুমদা চংলুই। কদায় হরাউবদি ? কদায় নুংঙাইবদি ? থাম্মোয়দা লোম্না কপ্পগা হল্লকখি। মাগী ত্রোইং রুমদা ঙাইহাক ফম্লবা মতুংদা মচানীপানা শোৎরগা, মানা চৈশু অমা পায়রগা য়াম্না রানা থোক্লক্লগা থওইনা কাহুদা খারিবা কম্মুংহুদা কম্মী। য়েংবদা ঙকই, থাজদে। ঐনা নুংশিনা কৌজবনি 'তামো'। তামো পহারী পঙথবগী লায়নানা নায়রে। রা ঙাঙবদা রারে, লৈয়েঙ কাইরে, ওয়গী খুৎ পঙথরে। হৌখিবা তাং ২/৪/৯৮ দা অয়ুকী রাকিং চংপদগী বি পিনা থঙহৌদনা লাল্লায়কপনি হায়। ঐনা চংলুবা মতমহুদদি খম্বু ফম্লবনি হায়। থনখি, মাবা খম্না করবা মতমদা উম্নবা নুংঙাইজরেদা। অহানবগী মত্তাঙদা উম্নবা ওইরবদি থম্মোয় অসি কায়রম্বা য়াই। হে ইশ্বর, নঙগী লীলা, নঙগী খুজিল-থৌরাঙ, দন্দি, চৈরাক অসিবু করিনো ? তামোনা হায়—"ঐগী পুন্সিদা চাবা-থকপা মতম য়াম্না নাইখিদে।

অথাপ্না লবায়-থবায় কয়াদা ঈশৈ শকপা কয়া চৎখি। ঐগীদি ময়ামগী অরোইবদা থম্না ভাক্কনি। অত্থনা বারো মতুং, নোংঙাল্লমদায় কাওবা শকপনি।" মাগী শিন্নকম, ঈশৈগী পুন্সিদা থেংনখিবা অবা-অনা, খুদোংথীবা কয়ানি। হে ঈশ্বর, নঙোন্দা য়াম্না শেংনা ছায়জন্নি—তামো পহারৌবু হায়গুম ঈশৈ শকপা য়াহল্লবদি ঐহাক নঙবু য়াম্না বারৌগনি, য়াম্না শাগুগনি।

পহারৌ কনানো? আধুনিক মণিপুরী ঈশৈগা থাদোক্কবা য়াদনা মরী লৈরিবা, মহাক য়াওদনা মতমগী ঈশৈগী মরমদা য়াথল থনবফাওবা ওইথোক্ক্রবা শৈশকপা কলাকার অসিগী থোইদোকপা, তোপ-তোপ্পা মগুণ করিনো? মাগী ঈশৈ তাবা খুদোংগী য়াথল অসি ঐঙোন্দা তত্তুনা কাওথি, ঐ ইতোমতা হম্না হম্না হংজরিবা বাফম্নি। মাগী মমিং চৎলবা ঈশৈশিং— ১) থোম্নাং লমন শিংঙম্নোই নঙগী, মিন্নুংশি চাউবী হে ইমা, ২) নীংশিংলি মেরাগী থাবলদো, ৩) নপাম লমদম থাদোক্কনা চৎলবোই শানৌ, নশাবী নাক্কা, ৪) অমত্ত ওইরে তাজমহল, ৫) চিরোল হৈবী লৌনম্বী, ৬) কাউরয়োই অতুঙৈগী নোংজুগী অহীং, ৭) কেল্লবা শমজিগী লৈরাংনি, ৮) মুংশিল্লা য়েংঙু উচানগী মৈরাসে, ৯) কু কু কু থোংলি লমথুন্নু, ১০) মুজা কনাগী চেংলৌনো চেংলৌনো, ১১) নঙগী মায়থোঙ উক্কবদা শজিবু গুলাবনা ইকায়কখীনি ১২) লিরবা লৈকোলগী খুইরবা লৈম্নাং, ১৩) নঙগী নাপলগী থোরবা তিঙ্খংনা। অসিনচিংবা কয়া কয়া। হৌজিক ফাওবদা পুন্না ঈশৈ ৬০০ রোম কম্পোজ তৌরে। মাগী ঈশৈনা মণিপুরগী কাচিন-কোয়াদা থাপ্না শন্দোকখ্রে, মাগী ঈশৈগী সুরন' হৌজিকসু মকম কয়াদা খে ন্থাং য়ৈরি। পহারৌ থঙদবা লৈতে, পহারৌগী ঈশৈ ত'দবা লৈতে, পহ'রৌবু মুংশিদবা অমত্তা য়াওদে। মানা অতাবশিংগী থম্মোয়বু য়'ম্না শাথীনা লাম্নবা জর তৌবা ঙম্মী। ময়ামগা মান্নদবা মাগী মগুণ অসিগী মরমদা মাগা কুইনা লোয়নরক্কবা, আধুনিক ঈশৈগী মমিং চৎপা ঈশৈ ময়েক ইবা

অমসুং কম্পোজর শ্রীবি. জয়ন্তকুমার শর্মানা হায়— "মখোলজেল য়াম্না নুংশিবা গায়কনি। মাগী নুংশিবা খোঞ্জেলসিনি মাগী মঙ্গলনি। মাগী শৈশক্তা pathos অমা য়াওই। মাগী ঈশৈদা মেলোদি, খোংপা-মেওবা য়াম্না চঙই। গ্রাম ৩ (ওকটেব ৩) লায়না অমসুং শোক্না শকপা ওন্মী। ঈশৈগী মতাওদা মঙোন্দা ফাগি চঙদে, তৌশিন্নবা য়াদে। ঈশৈবু য়াম্না সিরিয়স ওইনা লৌকে। থবায়দগী হেল্লবা ঈশ্বরগী মশক্তি থল্লি। মাদি ঈশৈ ময়েকপু য়াম্না লুনা থল্লি, মানা পামদবা ঈশৈ ময়েক্তা ঈশৈ কম্পোজ তৌবা ঙমদে।" কলাকার অমনা কলাকার অমবু চুম্না তাকপা শক্তাক অমনি। অতৈগা থেন্নবা মাগী ঈশৈ অয়াম্বা শাস্ত্রীয় সঙ্গীত্তা মুক্ষম ওইবা ঙাক্তনি। অদুনা ঈশৈগী চীং-লেম্বা মগুণ য়াম্না য়াওই।

মাদি মুমিং থুদিংগী হারমোনিয়ম পায়দুনা ঈশৈ ওন্নাই। মাগী সাধনা, হোৎনবা কনবা অসি অঙকপনি। অদুনা মাগী খোঞ্জেন্দা ফাদোকপা, নীকপা অমত্তা য়াওদে, হায়গী মুর অদু কায়দনা অদুম শকপা ওন্মী। পুন্নমক্তী মথক্তা মাদি য়াম্না ফবা মীনি। মঙোন্দা পোঙবা, চাউখোকপা, খোইচৎনবা, শাউবা অমত্তা লৈতে। থম্মোয় খোংপা, য়াম্না চীং-লেম্বা মীতানি। বাসু য়াম্না ঙাওদে, তপ্না-ঈংনা থজিক্তা ঙাওই। ঈশৈ শকপগী মমল মনতীকুবা তৌদে, অপীবা থরা হয়াউনা লৌই। মতম ঙাক্না চৎলি, হায়নখিবা শোয়দে। ঈশৈগী প্রোগ্রাম থুদিং মতম চানা চৎলি। অদুবু মাগী মতাওদি খ্বায়দগী মমৈদা থম্বনি। অদুনা প্রোগ্রাম থুদিংদা মহাক পুং ৩/৪ ঙাইদুনা লৈবা তাখি, ঙাইখি করিসু বারোদনা।

পহারী মায়থোঙ কয়া লোওবা কলাকার অমনি। মহাক শৈশকপা অমসুং কম্পোজর অমনি, ফিল্মগী ম্যুজিক দিরেক্তরনি, স্টেজগী এক্টরনি; ঈশৈ অমসুং ড্রামাগী সংস্থান কয়াগা থুংশমদুনা থবক তৌবা মীশক্তি; দূরদর্শন কেন্দ্র, ইম্ফালগী দিরেক্তর ওইবা অহানবা মণিপুরী মচানি,

আকাশবাণী ইম্ফালদা অহানবা ওইনা ম্যুজিকেল ফিচর (ঈশৈগী শক্তম) অমস্তুং থা অসিগী ঈশৈ হৌদোকখিবা ক্রিয়েটিব অমস্তুং ইনোভেটিব ওফিসার অমনি, মণিপুরদা অহানবা ওইনা কলাকার অমগী মমিংদা ম্যুজিকেল ন'ইট (পহারী নাইট ওক্টোবর, ১৯৯২) হৌদোকখিবা কলাকার অমনি, ক্লাসিকেল ম্যুজিক ভমলুরবস্তু, খঙলবস্তু ক্লাসিকেল ঈশৈ শকখিদবা কলাকারনি, র'জনীতিস্ত য়াওই (১১ শুবা লোক সভাগী ইমর মণিপুর পার্লিয়ামেন্টরী কনষ্টিট্যুয়েন্সিগী ফেদরেল পার্টিগী মীরেপ ওইনা লেপখি); সরকারগী মথক্তা লানহৌবা য়াওরোই অমনি হায়দুনা ফাহুনা জেলদা চহী ৩ (১৯৬৯–১৯৭২) লৈরুরবা, নহা-রোলগী লানহৌগী অচৌবা মতমগী লময়ানবশিংগী মন্নুংদা অমা ওইখিবা মীশক অমনি, অসিনচিংবা। পুন্নমক অরায়বনি, পহারীদি সনাগী খোঞ্জেন্দা শৈশকপা কলাকার অমনি। মাদি স্মরগী নিংথৌরেলনি। ঈশৈগী পহারীনি, খোঞ্জেলগী পহারীনি। মাগী পুন্সিদি ঈশৈনি, ঈশৈনা মাগী পুন্সিনি।

পহারীগী [পোকপা—ওগষ্ট ২৮, ১৯৩৪. মেট্রিক ১৯৫৪, 'বিশারদ' (১৯৬৪, ভাতখন্দে সঙ্গীত মহাবিদ্যালয়, লক্ষ্ণৌ), ১৯৬৮ দা লুহোংবা (অরাম্বম নিঙোল ইন্দিরা দেবী, মচা নুপা ৪, নুপী ২), ষ্টেসন দিরেক্টর, আকাশবাণী ইম্ফাল, দূরদর্শন কেন্দ্র, ইম্ফালগী ষ্টেসন দিরেক্টর ওইনা দিসেম্বর ১, ১৯৯৫ দা থবক্তগী পোত্থাখিবা] অপোকপা নোংমাইথেম থানিল মণিপুরী থিয়েটরগী লময়ানবা এক্টর, দিরেক্টর অনুবাদক অমস্তুং শগোল কাঙজৈগী শান্নরোয় অমনি। মপাবুংনা বেঙ্গলগী অফাওবা কলাকার পহারী সনয়াল নীংশিংদুনা মচাবু 'পহারী' কৌজখি। অপোকপী কাঙভম নিঙোল তোম্বী দেবীদি য়াম্না নৌনা কায়নখি। মহাক মনোহরশাই শকই, মরৈবাক জগোয়ন্ন শাই। পহারীগী মপা-মপূ অয়াম্বা কোন্নুংগী অঙম-অথৌ ওইরকখি। ঈশৈ-নোংমাই তৌবা ইযুংদা হৌরকপনি ঈশৈ পাম্না হৌরকখি অঙাং ওইনা। চহী ৫/৬

গুরকপদা কে এন সাইগলগী রিকোর্দ 'শোজা রাজকুমারী শোজা' তারাক্লু, শক্লক্লে অমসুং হৌজিকসু তাবা ত্তোকপ্রি।

দি এম কলেজদা আর্ট এ তম্বা মতমদনি পহারীনা ঈশৈগী পুন্সিদা মীয়াম্না মশক খঙনা খোংদাবা হৌখিবা। মতমদুদা রবীন্দ্র শর্মা, শ্যাম শর্মা, একেম, রা. কু. বিনোদ, জয়ন্তকুমার শর্মাসুংবা ছাত্র ওইনা ঈশৈ কম্না শক্তংলকপা মতমনি। মতমদুদা কলেজগী কা কাদা চঙভুনা ঈশৈ শকপা অসি য়াম্না তৌনরম্মী। পহারীগী ইহান হানবা মীমাঙদা খোক্লুনা মায় পাক্লা ঈশৈ শকখিবদি কলেজগী ম্যুজিক কম্পিটিসন্দা অহানবা মনা ফংখিবা 'হরি হরিবোল মুকুন্দ মাধব' ('চৈতন্য মহাপ্রভু' ছায়বা ফিলমদা ধনঞ্জয় ভট্টাচার্যনা শকখিবা ঈশৈ) হায়বা ঈশৈদুনি। মদুদগী মহাক ঈশৈ শকপা হৌরে। ত্রিনাদ-নচিংবদা শক্লে। জফাসনা স্কুলগী ম্যুজিক ইন্সত্রক্তর ওজা নিংথৌজম অমুবা. শিংজমৈদগী ক্লাসিকেল ম্যুজিক তম্লে। মথংদা ওজা মুতুম মধুদগীসু ঈশৈ তম্মী।

মতমদুগী ঈশৈ শকপা নহারোলগী অচৌবা মওলান অমদি হিন্দী ফিলমদা ঈশৈ শকপা, প্লে বেক সিঙ্গর ওইবা অসিনি। পহারীসু মদুগী মঙ মঙখি। দি এম কলেজগী মাদ্রাজদা কলচরেল ট্রুপ অমা চংপদা পহারীসু য়াওখি— মহৌ জগোয় শাবা য়াওই। হন্নকপদা মহাক লৈহৌরে— ময়ামগা কায়নরুগা বোম্বে পাংখরে। এস দি বর্মনগা উনরে। মাগী ঈশৈ ১/২ তাবিরে। গুরু নাইনা তম্নকুবগী হিন্দীগী উচ্চারণদা অশোয়বা লৈবা, সুখদা চেরুবা কন্না লৈবনা ফিলমদা ঈশৈ শকপা য়ারোইদৌরে। এস দি বর্মনগী ওমথং ওইরিবা জয়দেবনা হায়রকপদগী লক্ষ্ণৌদা বিশারদ তমখি। বোম্বেগী মওলান অতুদি অচুম থুংবা ওমখিদ্রে। অদুবু, মণিপুরী ফিলমগী জগতুদি পহারীগী মফম চাউনা কন্নরে। 'ওকইদকো নওসে', 'য়াইরিপোক থম্বালসু', 'খোজেল' 'খুংথাঙ লমজেল', 'সনা কৈথেল'—হায়রিবা মণিপুরী ফিলমশিং অসিগী

ম্যুজিক দিরেক্তর ওইখি। (এস দি বর্মনগী অচৌবা হিন্দী ফিলমগী ম্যুজিক দিরেক্তর অদুগা পহারীনা শীরবা মণিপুরী ফিলমগী ম্যুজিক দিরেক্তর। অদুবু ম্যুজিক দিরেক্তরদি চপ মান্নে)।

'রূপ রাগ'না আধুনিক মণিপুরী ঈশৈবু মশক খোক্লা চাওখৎ-হল্লকপদা অমসুং শৈশকসিনা ইকায় খুম্নবগা লোয়ননা মতোমতা হিংজবদা অচৌবা থৌদাং য়াখি। আধুনিক ঈশৈ অসি ষ্টেজ লীলাগী মথা পোন্দুনা, ষ্টেজদা তাংজহনা হৌরকখিবনি। হৌরকপদা য়াম্না তোন্না, হন্থনা য়েংবিরম্মী। অদুদগী লাইরিক লাইগু হৈরবা নহারোল ঈশৈ শকপা অমসুং কলা প্রেমী কয়াগী হোৎনমম্না আধুনিক ঈশৈ অসি কলা অমা ওইনা মতোমতা লেপচদুনা হিংবা হৌরকখি। শ্যাম শর্মাগী বাংলা কীর্তন, রবীন্দ্র সঙ্গীতনচিংবদগী শেম্নকপা আধুনিক ঈশৈ, পহারীগী ক্লাসিকেল য়ুম্ফমদগী শেম্নকপা আধুনিক ঈশৈ, জয়ন্তকুমারগী মৈতৈগী ফোকটুনদগী শেম্নকপা আধুনিক ঈশৈ— শৈশক মথল অহুমসিনা মণিপুরী আধুনিক ঈশৈ ইনাক খুনহনখি। হৌজিক্লা অনৌবা মথল অমা লাক্লে— নোংচুপকী ঈশৈ শৈশক। মতমগী অহোংবনি, মতমগী ঈশৈনি। অদুবু লেওক্রবা য়ুম্ফমদি কাক্তবা য়াদে — মতম পুম্নমক্তা ফজদুনা লৈবা হায়বা কলাগী মগুণ অমনু লৈরি। অহোংবগী মরক্তা লেওক্রবা মশক অদুনি ফজবা কলাদি।

'রূপ রাগ'না রবীন্দ্রগী গীতি নাট্য কয়া শান্নবদগী ঈশৈগী শক্তম পোকখি। মদুদগী পহারীনা য়োদিওদা ঈশৈ শক্তম পুথোক্লকখি। 'নীংশিংলি ঈশৈদো', 'য়াইরিপোক থম্বালন্থ', 'পুন্সি খোঙচৎ', 'উমংগী পুন্সি', 'ভাংবীতোন', 'শক্রেম্বী চাইশ্রা', 'সতী খোংনাং'—অসিনচিংবা অসি হৌজিকসু শোন্নরি। অপোকপা মমিং চৎলবা এক্টরনি। মপাবুংগী মগুণ অমু য়োত্রফাওবদা— 'লৌনম' (রূপমহল), 'চৈতন্য মহাপ্রভু', 'কুঞ্জমালা' (এরিয়ান), 'ছুটি' 'লম্বী চৎপা' (এম দি য়ু), 'লৈচিল্দগী নোংথাও' (সোসাইটি থিয়েটর) হায়রিবা লীলাশিং অসিদা এক্টর ওইনা

শরুক য়াখি। মাগী ঈশৈগী দানবু শীংথাবা ওইনা মনা-মথুম পীখি। পনবা য়াবা থরদি— ১) সঙ্গীত রত্ন (মণিপুরী সহিত্য পরিষদ, ১৯৯৭), ২) মৈরা এবার্ড (১৯৯২), ৩) মেলোদি কিং, ৪) বেষ্ট ম্যুজিক দিরেক্তর অসিনচিংবনি। সংস্থানশিংগী মন্নুংদা, হৌজিক এম দি য়ু গী সভাপতি ওইরি।

আধুনিক ঈশৈগী শৈশকপা অসিনা মানা পামজরবা কলা অসিগী হৌজিক ওইরিবা ফীভম অসি য়াম্না নীংবা কায়নীংঙাইগী মশক্কি হায়। মানা হায়— "হৌজিকী মণিপুরী আধুনিক ঈশৈ অসি য়াম্না কমসিয়েল ওইরে। মসি অফবা নত্তে। নহারোলশিংনা মণিপুরী ঈশৈ পাম্লরকত্রে, হিন্দী ফিলমগী ঈশৈ তাগে হায়রে। ঐখোয়গী কলচর, ঈশৈ মাঙ-শিল্লক্লনি। ঐখোয় ঈশৈ শকপদা য়াওবা ঙমংঙাইরকত্রে। ঈশৈ মেয়েক ইবিনবা অফবা লিরিসিষ্ট লৈশিন্নকত্রে। ঈশৈ মেয়েকী ভেলু মশক খঙনরকত্রে। স্বুর পঙপান্দা পানশিল্লি, মেয়েক পঙহায়দা হায়জিল্লি। অতুগা আশা তৌরম্বা রূপ রাগ মহৌশাগী শক্তম মাঙশিল্লক্লে। মহৌশাদি মরাম চঙতুনা কজবা ঈশৈ পাম্নবা, পুথোক্লবা পুম্না হোৎনরম্মী। হৌজিক্তি, রূপ রাগশী মিং শীজিন্নতুনা লনাই কলাকার মমিং চৎনবা হোৎনরে। ঙমংঙাইতে, য়াম্না ঙমংঙাইতে।" অচুম্বনি, ঐম্ভু ঙমংঙাইতে। ফিলম, টি. ভি. গী অকনবা চৈথেং, মোদর্ন ইজেসন, কমর্সেলিজমনা কলাদা শোকচিলহল্লিবসি অম্বাবগী মশক্কি। হিংচাবশিংসি ঐখোয়না করম্না থিংবা ঙমগনি? ◘

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্নফম', ৫। ৫। ১৯৯৮

# ফাগি পুবা ময়াংইম্ফাল তোম্বীনা নোঙ্গাখিবদা

( লৈখ্রিদ্ৰবগী মরমদা কংচবা শ্রাদ্ধাঞ্জলি )

চৌখিবা তাং ২৩ | ৫ | ৯৮, থাংজ নুমিংকী অয়ুক পূং ৪.৫০ তাবদা, ফাগিগী জগত্তা মমিং চৎলবা, যুগ পুবা ফাগি তৌবা মীশক অমা ওইখিবা, মীয়াম্না 'ময়াং ইম্ফাল তোম্বী' হায়না খঙনবা শগোলশেম তোম্বী সিংহ মশাগী য়ুম ময়াং ইম্ফাল কোঞ্জিলদা, মশাগী চহী ৭৪ শুবদা তাইবঙপান থাদোক্লম্লগা ইশ্বরগী খুয়াথাদা তিনখ্রে। মায়কৈ ঙাকপা লাই অহুমগুম খুত্তামচাগী মতুংদা, অনৌবা যুগ অসিগী খ্বায়দগী মগুণ লৈরবা ফাগি তৌবা মীশক অহুম চোংথোক্লকখি— ময়াং ইম্ফাল তোম্বী, ওইনাম বাবু অমসুং তথেলম্বম চাউবা। ঙসিদি ময়াং ইম্ফাল তোম্বী চৎখ্রে, চহী খরগী মমাঙদা ওইনাম বাবু লৈখিখ্রে, পূংবা অহুমগী মনুংদা অনী শেংনরে, মতম ! নঙবু কনানা থিংবা ঙমলুগনি ! চৎখ্রে ময়াং ইম্ফাল তোম্বী ঐখোয়বু হুন্দোক্লম্লগা, অতুবু মানা থমম্মী মণিপুরী ফাগিগী ইনাক খুল্লবা পরমপরদা মুৎপা নাইরোইদবা, তোপ-তোপ্পা ফাগিগী মশক অমা।

ময়াং ইম্ফালদা বুদ্ধচন্দ্র মহারাজগী ইম্খোল অমা লৈ। মরক মরক্তা লেঙঙক্তনা মসিদা পোথাই। নিংথৌনা নোংমা হংই— "তাগোপাল, সিবাইদা ফাগি তৌবা হৈবা অমত্তা লৈত্রা ?" "অচ্ছা

কাগি হৈবা নীপামচা অমদি লৈ।" "অছুদি অমুক্তা পুরকউদনা।" "ফগনি অক্তা"— বীরগোপালনা খুম্মী। মহাক্কা থীন্দনা শগোলশেম তোম্বীগীদা লাক্লে অছুগা হায়রে– "হায় তোম্বী, নিংথৌগী মমাঙদা পেনা শকপা তারে।" অঙাং ওইরিবা তোম্বীনা পাখংপনা লোইরে। "মাম্মা, ঐ কিজৈ. ঙম্মোই।" মাম্মা থোকপা বীরগোপালদা হন্না হন্না হায়জে। তোম্বীনা কিমনগ্নচুনা পাংয়াদা চেন্দুনা মুমিং চুপ্পা অচুমা লোংতুনা লৈরে। নিংথৌ মনাই লাক্লরোই হায়রবা কান্দা অহীং অথেঙবদা ময়ুমদা বনজিন্দুনা ইপা পাখংনা চাক চারম্মী। মতমচুদা সিকাই অনৌ লাক্নুনা তোম্বীবু কৌরে। তোম্বী নাম্নোকপা য়েদ্রে। পোদোম্না মরু, বাশানা চৈজীং শাবা মাগী পেনা অচু পুরচুনা চংলে। ময়াং ইম্ফাল তোম্বীনা নুমিদাং অছুদা, পাংপান শঙ্গায়না সেবা তৌচুনা চেপালিবা নিংথৌগী মমাঙদা, ফক মচা অমা থারগা শিনি-নানি থঙদনা, অকিবা অমা য়াওদনা পেনা পঙশক্তা শক্লে। মাগী পেনাদো ইনিংথৌদি থোইনা তাবিবা নত্তে, ঙাইহাক্তী মমুংদা চেপখ্রে। নিংথমথাগী নোংঙাম্লমদাই মতম য়ৌরকদৌরে। শঙলিবা সিকায়না অঙাং অসি শিবা তাম্রে হায়চুনা তপ্পা হায়রবই —"হায় অঙাং, ইনিংথৌ চেপখ্রে, চংচহৌরো।" তোম্বীনা পেনা অচু শুপথোম থোমজিন্নগা মথুম থাঙংতুনা চেংক্রম্মী।

তশেংবমক, ময়াং ইম্ফাল তোম্বী লীথোক্লকপা মগুণ অমা য়াওনা, অঙাং ওইরিদৈদগী হৌনা, থওইনা তম্নবা লৈতনা পেনা, খুংলং ইশৈ শকপা য়াম্না ফজনা হৈরকই। শঞ্জেন-শনভাক ওয়েকপদগী মমাম্নবা মরাম্না কোই শন্নগা মাগী ইশৈ ভাগদবগী তঙনা ঙাইহুনা লৈ। মশাগী চহী ১৮/১৯ গুদা ইহান হানবা ওইনা 'খুয়োল হাওবা" লীলা য়াওদ্রিদৈদা খুংলং ইশৈ ফজনা শক্লম্মী। শৈহেক-শৈদাদা, মম্বায়দা হেকে, চিংগে, লৈথেং, লৈশি-লৈথোন হাপকে হায়ব' লোম্নন-মক ওম্নমী। নুমিদাংবাইরমগী নীংথিরবা দৃশ্যদা শকপদা পাখঙ-লৈশাবীগী

থম্মোয়দা। দং দং পালহনবা ওম্মী। মাদি ইশৈ শকপা হৈবদা নত্তে, হিথক্তুগী লোঙনা থিল্লগা ঙা ফাবা য়াম্না হৈ।

শঞ্জেন-শনভাক ওম্লক্লবা মতমনি। মাবু পোকপা ইমু মৈতৈনা তোম্বীবু শন থিরুচো হায়দুনা থবক শিন্নৈ। তোম্বীনা শজোল মপুংদা, খুদেং থীল্লগা লীলা শান্নদুনা, থাঙ হাইবি শান্নদুনা লৈথোকই। মাগী মতৌ উবদা, মাগী বাজিনা ফু-চৈরম্মী। মমৈথংদা, মচানা লীলাদা মথ্বায় লুপ্পা উবদা, মুক্না যাত্রা ওইরিবা মাগী বাজিনা বন্ন পীখি—"ইবুংঙো নঙ লীলা তৌরো। লীলাদা লৈবাক্না শকথঙবা, মমিং চৎপা ওইজরো।" তোম্বীনা মাগী বাজিগী মথোঙ পায়দুনা থুরুম্মী। মানা হায়—"ঐবু ঙসি লৈবাক্না মুংশিবিম্লিবা অসি বাজিগী বন্ন অহৃদগীনি হায়না লৌজৈ। অদুনা ঐহাক বাজিবু কাউজদে, থুরুম্বা তোকচদে।"

শগোলশেম তোম্বী খৃ. কু. ১৯২৪ দা (পোইন্তু থাদ') মম্নাং ইম্ফালদা পোকই। মমাগী মমিং রজনী দেবী কৌই। অহানবা ওইনা থৌবালথোংদা লৈবা ওজা চান্দম নিমাইদগী লীলা তমজরকখি। ওজানা তাকপিবনা চাউরাকপা বান্নী পরৌং অমথক্তনি। লীলাগী ফাগিগী শরুক্তি মশানা শেমজবা, লেংশিনজবা অমম্তং পুথোকপা ঙাক্তনি। মানা ইহান হান্না য়াওবা 'খু:য়োল হাৎবা' লীলাদা থ'ঙলাকপগী রোল শাখি। অদুগা মাগী মমিং চৎলবা 'ধাতু রামায়ণ' (ফারি ব'ন্নী) সু লীলা অসিদা মশানা লেংশিনজদুনা ফোংদোকখি। মথং মথং ওইনা 'চাক তাঙবা', 'চিক মিনিষ্টর চাক্তোবা', 'চাগী খু'জি' নচিংবা লীলা কয়াদা য়াওরকপনা ঙসি ফাওবদা লীলা ১০০ গী ময়া শুরে। মসিগী মথক্তা ওদিও কেসেট কয়ানি। ভি দি ও ফিলম থরদসু কুমক্লে। শুমাঙ লীলাগী ফেষ্টিবেল কয়াদা (বেষ্ট কমেদিয়ান য়াওনা) মনা-মথুম, সার্টিফিকেট, গোল্ড মেদল কয়াসু ফংখি।

তোম্বীগী ফাগিদি মশানা য়ানা হোৎনজুনা শেমজবনি—"সুমহাৎমা তৌরবদি ভাবোক্কা নোকপা য়াই, পেনবা য়াই হায়না খল্লগা নোক্কবা য়াহৈ—বাতা, য়ারী, শৌদোক কয়া শাগৎপনি। ঐনা ফাগি তৌজবদা ভাবোক্কা নোকপীবা, ক্লেপ তৌবদি ঐহাক য়াম্না নুংঙাই।... ফজবা য়াহৈনা ফাগি তৌনবা হোৎনজে। অমোৎপা, কয়া ওইবা, ভাবোক্কা তাবদা নুংঙাইতবা কয়া লৌথোক্কবা হোৎনজে।" হায়রিবসি অরায়বা থবক নত্তে। য়াম্না হোৎনবা চঙই। মানা হন্না হায়—"ফাগি অমা নৎত্রগা পাউখোঙ অমা শেমগৎপা হায়বসি হাইকেৎ ফোক থুগাইবনি। ঐহাক য়াম্না হোৎনজে, কয়া হোৎনজে।"

ময়াং ইম্ফাল তোম্বীগী অঙকপা মগুণ অমা অমুক্তং তাখিবদা কাউগন্দবা, চীনফা পুবা ওম্বা অসিনি। মাগী নীংশিংবগী শক্তি অঙকপনি। লাইব্রিক ময়েক চত্তবা, মশাগী সহি তৌবা হৈত্তবা মানা শাংল-শাংলবা সংস্কৃত শ্লোক কয়া চীনফা পুই। তাবদা মীনা লাইব্রিক হৈত্তে হায়বা থাজদে। বামোণ লৈকায়দা ওাইনৈ—"তোম্বীগী মমাঙদা সংস্কৃত শ্লোক থীরুন্নু।" সংস্কৃত হৈবা অজ্ঞা বামোণ অমদগী হেম্না ফজনা থীবা ওম্মী। মাগীদি পূম্নমক চীনফানি। তাবগা ফাবনা হান্নি। নোংমৈ মতোম্দগী গুলী কাপথোক্কপগুম লৈগী মিং পরেং, য়ুম্নাক পরেংনচিংবা ব্রঙ ব্রঙ থীদরকই। ইথা থাজদনা ইংরেজী লোন্থোক্কই। মাগী লোনগী, ভাঙবগী শক্তিদা অতাবা ভাবোক পূম্নমক শুমহৎলি।

তোম্বীনা শুমাঙ লীলাগী ফাগি অসি য়াম্না লুবা আর্ট অমনি হায়। "ফাগি হায়বসি তম্বীরগা থোক্তে। মীবু নোকহনবা, নুংঙাই-হনবা হায়বসি অরায়বা থবক নত্তে।" মানা য়াম্না চেকশিন্না হায়বা য়াহৈনি। শুমাঙ লীলাগী ফাগি হায়বসি মানা 'সমাজগী মিংশেন্নি' হায়। ফাগি ওইনা সরকারগী অশোয়বা পুথোক্কবদি শাউনীংবা পোক্কে, নুংঙাইনা থোকই। লীলাগী পুন্সি অসি মঙোম্দা য়াম্না নুংঙাইনা মীনা মাবু য়াম্না চানবী, নুংশিবী হায়। মসিদমু নত্তনা হিংবদমু

গুমাও লীলানা য়াম্না মতেং পাংই। মানা হায়—"অঙাং ময়াম থাক্লিবা (মচা তক্লক্লি–নুপা ৩, নুপী ৩), লাইরিক-লাইশু তমহল্লিবা, হিংবা ওমহুনা সমাজগী সেবা তৌবা ওমজরিবসি গুমাও লীলাগী মপান্দগীনি।"

ময়াং ইস্কাল তোন্দৗগী খোইদোকপা মগুণনা ভাওবা শকপদা লৈ। ভাওবদা ঈশিং লীংতে। মথং-মথং, মরী-মরী, পরেং-পরেং কাপথোক্লকপদা ভাবোকপু, হক্লা লুংঙাইহল্লি। খুংলং ইশৈ হৈবনা মরক্তা ইশৈ থেংচিল্লি, সংস্কৃতকী শ্লোকশু হাপচিল্লি, অরিবা খুংলংগী প্রমাণ-পান্নে, পাউরৌ-পাউখোঙ কয়া পুথোক্লবই। মগী চৗনগী লান অঙকপনি। চোইঙাও ভাওবদা য়াম্না পবচৈ। মাগী মচীন্দা মাগী ফাগিগী মথায় লৈ।

হিংলিঙৈদা গুমাও লীলা ১০০ গী মথক্তা কুমগ্রবা, মশাগী ওদিও কেসেট অমস্তুং ভিদিও ফিলম ৬ মুক্তা শরুক য়াবরুবা কলাকার অসিদা মনা-মথুম, সার্টিফিকেট গোল্ড মেদল কয়া বযা পীহুনা ইকায়খুম্নরে। খৃ. কু. ১৯৮৭ দা মণিপুরগী ষ্টেট কলা একাদমিগী মনা ফংখি। ঙসি ঐখোয়না মণিপুরগী তাঙলবা ফাগি পুবা মীশক অমা মাংজরে। ▣

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্নফম', ২৫। ৫। ১৯৯৮

# তাঙলবা মণি অমা মাঙখ্রে, মণি অমা পাইখ্রে

( জি. শুরচান্দ শর্ম্মানা লোক্নাখিবদা )

থাংজ নুমিৎ তাং ৯/৫/৯৮ গী মুংথিল পৃং ৩ রোম তাবদা, মশাগী য়ুম খাগেমপল্লি পন্থক, ইম্ফালদা, চহী অনীরোম নারল্লবা মতুংদা জি. শুরচান্দ শর্ম্মানা ঐখোয় পুন্নমকপু হৃ:ন্দারুমগা ঈশ্বরগী খুয়াখাদা তিনখ্রে। মহাক লৈথিদবগী পাউ তাবদা অগোই, ঈশৈ, সাহিত্য নুংশিবা মীওই কয়ানা অল্লাবা কোউদোক্লখি। শক্লাইরবা কলাকার থৌরানী শাবীন: লাক্লগা, কপ্পমথৈ কপ্লগা হায়খি- "তাঙলবা মণি অমা মাঙখ্রে, মণি অমা পাইখ্রে। হৌজিক্তি ঐখোয় কনাদা হংল্লনি কনাদা চঙজরুনি !" অচুম্বনি। অজ্ঞা শুরচান্দ শর্ম্মানা (পোকপা ফেব্রুয়ারী ১৫, ১৯১৫, অপোকপগী মিং দামোদর শর্ম্মা, অপোকপী অরিবম নিঙোল ইবেমহল দেবী) হিংলিঙৈদা ঐহাক ইশামক্তা মতাঙ কয়াদা বারী শাবা, থম্ল-নৈনবা, তাম্লজবা, হংজবগী খুদোংচাবা ফংজখি। থৌদোক কয়াদা চহী কনা শাংনা লোয়নজবগী তাঞ্জা ফংজখি। মহাক্কী অকোনবা ফোঙবা শৈরেংগী লাইরিক "লৈহুন-চরোং" (কালচক্র), ১৯৯০ অসি খুৎই ওইনা ঐখোয়গী য়ুমদা পামিল্লবগী খুদোংচাবা ফংজখি। অজ্ঞানা লাইরিক্কী মমিং 'শৈহৌ' থোম্লিংখি। ঐনা হায়জবদগী ওম্মোকখি। লাইরিক অসি ভারতকী রহস্যবাদকী পরীংদা ইরকপা, বৈষ্ণব ধর্ম্মবু

মচুং হুক্সিন্না নৈনবদগী পোক্লকপা প্রভাবতগী ইবা শীকতক্লা ফজবা কাব্য অমনি। মতাঙ কয়াদা শক্লাইদবা ঈশ্বর মাবু থিজবা, উন্নজনিংবগী ঈথৌলাংজবা, তপথক্লবা থম্মোয়গী মশক উংলি — "ওইবিয় নহাক্ন বাকৌদোক ননাইগী/বারৈ চেলহন্দুনা ঐবু নহাকথক্কী,... ... থৌরাংজৈ নঙতবু কুগাংবা থম্মোয়না", অসিনচিংবা। গুরচান্দগী অঙনবা পুন্সিগী শক্তমদি কবিনি। খৃ. কু. ১৯৪৪ গী অহুরাইদা ব্রহ্মপুর নহাবমদা লৈবা লাইব্রেরীনা খুৎনা ইন্ডুনা ফোঙবা 'অপোকপী' কৌবা চেফোঙদা শৈরেং হাপ্লা হৌই। মাগী অহানবা ফোঙবা লাইরিকশিং— 'কবোলোই', 'লমজা অনৌ', 'লোইকুম লোইকা' অসিনচিংবদা শৈরেংগী ফজবা মহাও, মশক য়াম্না য়াওই। মহাক জগোই-ঈশৈগী পণ্ডিত ওইরমদ্রবদি মণিপুরগী শক্লাইবা কবি অমা শোয়দনা ওইরমগনি। মসিগী মতাঙদা কবি এস, নীলবীর শাস্ত্রীনা হায়— "অঙ্গা গুরচান্দদি মশানা কবিত, শক্তি লৈবা মীশক্নি। মাগী শৈরেংশিং য়াম্না ফজৈ। কবিতাগী ওইবা লোন্দা-পুন্দা, ভাব চঙথোক্না য়াওই। মানা জগোইঈশৈগী মরমদা থিজিনবা, অনুবাদ কয়া তৌবদা পূক্নিং লুপথিবনা মাগী কবি ওইবগী গুণ, ওরিজিনেলিটি অহু মাঙহনজখিবনি"। মসি অচুম্বা বাফমনি। খৃ. কু. ১৯৫৪ দা "শ্রীশ্রীগোবিন্দজী নর্ত্তনালয়" লিংখৎপদা অচৌবা শরুক য়াখিবদগী জগোই-ঈশৈগী মরমদা হেন্না থরায়-হকচাং য়াওবা, মতম চঙনা গবেষনাগী হেন্না থবক তৌবা হৌরকখি। পুন্সিগী অহানবা থোঙহৌগী শৈরেংবা কবি গুরচান্দ তুংলমচংকী পণ্ডিত ওইখি। অদুবু মাদি কবিনি, পণ্ডিতনি, হন্দোক্লোই অমনি। মণিপুরী সংস্কৃতিগী, মরুওইনা-মণিপুরী জগোই-ঈশৈ, বৈষ্ণব ধর্ম্ম, কোম্মুংগী পুন্সিগী পাকচাউরবা পুকৈ-লমগৈগী মমল য়াম্নবা তাঙলবা লন, মচাক কয়াবু য়াম্না রানা থিজিন্দুনা, থোমজিন্দুনা, লেংশিন্দুনা থম্বিরম্লিবা, মণিপুরী সংস্কৃতিবু অরাংবা থাক্তা পুথৎনবা কন্না হোৎনরম্বা মীশক অমনি।

শ্রীশ্রীগোবিন্দজী নর্ত্তনালয়গা গুরচান্দ শর্ম্মাগা থাদোক্নবা য়াদনা মরী লৈনৈ। গুরচান্দনা নর্ত্তনালয়বু শেমগৎলম্মী (হৌজিক্তি খৃ. কু. ১৯৫৪ দা লিংখৎখিবা জগোইগী সংস্থান অসি এপ্রিল ৭, ১৯৮৯ দা 'গবর্মেণ্ট ডান্স কোলেজ' ওনখ্রে) অছুগা নর্ত্তনালয়গা শম্নবদগী গুরচান্দনা জগোই-ঈশৈগী থঙ-হৈরবা, থিজিনবা মীশক অমা ওইখি-বনি। গুরচান্দ শর্ম্মা সনা কোন্নুংগী ব্রহ্মসভাগী কেরানী ওইনা য়াম্না কুইনা থবক তৌরম্মী। অছুনা কোন্নুংগী চৎনবী, পণ্ডিত লোইশঙ, পালা লোইশঙগী ওঝা-গুরু কয়াগা নকশিন্না থঙনবা, লোয়নবগী থুদোংচাবা কয়া ফংখি। শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র মহারাজগন্তু নকশিন্নবগী ভাগ্না ফংখি। সনা কোন্নুংগী ওইবা জগোই লোইশঙ অমা লিংখৎলুনা মণিপুরী জগোইগী মরমদা থিজিনবা কৈ হায়বা বাফম অসি শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র মহারাজনা য়াবিবা অমদি থৌগৎপিবদগী "শ্রীশ্রীগোবিন্দজী নর্ত্তনালয়" অসি লিংখত্তুনা (১৯৫৪) দরবার হোলদা জগোইগী ক্লাস তৌবা হৌখি। গুরচান্দ শর্ম্মানা সংস্থান অসিগী হৌদোকপা সেক্রেটরী ওইখি। মহারাজনা পেট্রোন, তখেলচংবম গুরু অমুদোম শর্ম্মা, নত্যাচার্য্য শিরোমণিনা অহানবা প্রিন্সিপল ওইখি। হৌরকপদগী ক্ষেত্র তোম্বী দেবী ওঝা ওইরক্লে। মথং মথং ওইনা ব্রাংখৈগী থাঙ্গাল মন্দিরগী মমাঙদা লম ফংদুনা শঙ শারে। নর্ত্তনালয় অসি ওইরক্নবা হোৎনবদা গুরচান্দ শর্ম্মানা অৱা-অনা কয়া খাঙলকখি। খরায় হকচাং য়াওনা মকুপ-মতা কয়া পুত্থনা, শঙগী ফক্লাং থাদুনা, বাই তৈত্থনা, মশাগী পৈশা অমম্নং পোৎ-চৈ কয়া পুথোক্লুনা শঙ অসি বানা শাখি। অদুনা মানা তত্তুনা হায়রৈ - "ঐগী ঈ মরীক মরীক্না নর্ত্তনালয় শারকখিবনি।" মশাগী ময়ম নৌংছিনা শাবা ভুমজিংৈঙ মতমদুদা খৃ. কু. ১৯৫৬ কী অছুবইদা গুরচান্দনা লুপা লিশিং তরা য়াগী অপোকপা দামোদরগী মিংদা দান তৌখি। মতমদুদা মন্থ অচৌবা শেনফম অমনি। নর্ত্তনালয়গীদমক্তা গুরচান্দ শর্ম্মাগী ৱৎথোকপা

অসি অতাওবমি অমসুং মমল য়াম্না য়াম্মী। মতুমগী মথং মথং ওইনা ই. নীলকান্ত, নীলবীর শাস্ত্রী, সোনামণি, ক্ষেত্রি নরাংনচিংবনা সেক্রেটরী ওইশ্রে অতুগা মৈতৈ তোম্বা, গুরু বিপিন, ক্ষেত্রি তোম্বী, রনজিৎ অধিকারীনচিংবনা প্রিন্সিপাল ওইশ্রে। সবিতা, ঝাবেরী মচিন-মনাউ, কলাৱতী অসিনচিংবা মখিং চৎলবা কলাকার কয়া পুথোকশ্রে। সংস্থান অসিনা 'গোবিন্দ সঙ্গীত লীলা বিলাস, ফোংলুবগী অচৌবা থাথোক কয়া অমসু লৈশ্রে।

জগোই-ঈশৈগী মরমদা থিজিনবা হৌখিগী মরমদি - মণিপুরগী অরিবা জগোইগী অশেংবা পরম্পরা অসি মাওংখিদনবা খোমজিন্দুনা থমহৌনবা হোৎনবদগী নি। মরুওইনা কোম্মুংগী পরম্পরা অসিবু য়োক-খৎতুনা থম্নবা হোৎননি। অতুনা কোম্মুংগী পরম্পরাদা ওথোরিটি ওইরিবা অজ্ঞা অমুদোন শর্মা (মশামকসু পুং য়ৈবা, পুংগী বিদ্যা খঙবা গুরুনি), মৈতৈ তোম্বা, ক্ষেত্রি তোম্বী, নিঙোম্বম গৌরি, ইবোমচানচিংবা ওঝা-গুরু, কলাকারশিংদগী মচাক কয়া খোমজিনখি। মাগী হোৎনবা কনবা, ইবগী চোকথবা খঙদবা, থরায় য়াওবা অসিদি অঙকপনি। মাগী চহী ৩০ চঙনা ইবা (১৯৬৫ দগী ১৯৯২), ভোলুম ১৩ থোক্না ফোঙবা "মৈতৈ জগোই" হায়বা লাইরিক অসি মাগী magnum opus নি, মণিপুরী জগোইগী মরমদা ইবা খ্বায়দগী চাউবা, শীংখানরবা লাইরিক অমনি। পুম্না মাগী পুন্সিদা লাইরিক ৫৬ (হন্দোকপা, অঙাংগী সাহিত্য, শৈরেংনচিংবা য়াওনা) ফোঙকন্মী। 'চন্দ্রশেখর' শিবাজী' নচিংবা ফোঙদ্রিবা খুৎই লাইরিকসু লৈরি। মাগী লাইরিকশিংগী মড়ুংদা মামং চৎপদি - রস কৃষ্ণমরি, অভিনয় দর্পন, নাট্য-শাস্ত্র (অহানবা শরুক), সংগীত - সার-সংগ্রহ, রাগরত্নাকর, কৃষ্ণরস-সংগীত সংগ্রহ, মনু-সংহিতা, কদম্বরী, শ্রীকান্ত, নারীর মূল্য, মেজদিদি, বিন্দুর ছেলে, প্রিয় বান্ধবী, চানক্য শ্লোক, কাশীনাথ, গৃহদাহ, পিতৃ-তর্পন, শ্রীঅরবিন্দগী আশ্রম দর্শণ অসিনচিংবনি। মসিগী মথক্তা ইংরেজীদা

Bhangi (১৯৯৩), Marg Publications নচিংবদা সংকীর্ত্তনগী মরমদা নৈনবা মারেং কয়া ফোঙখি।

মাগী অবদানবু শীংথাবা ওইনা পদ্মশ্রী (১৯৯০), গবেষন ভূষণ, ফেলো (এম এস কে এ - ১৯৮৩/৮৪, সাহিত্য রত্ন (নেবদ্বীপ সাহিত্য সমিতি) পীদুনা ইকায় খুম্নখি। য়াম্না মুংঙাইরিবদি অসিগুম্বা পণ্ডিত অসি মেট্রিক পাস তৌখিদে। অদুনা মাবু সংস্কৃত পণ্ডিতশিংনা কয়া থানবিখিদে। অদুবু মীওইবনা হোৎনরবদি ঙমদবা করি লৈ? বাংলা নৈনদুনা, বাংলা লোনগী খুৎথাঙদগী সংস্কৃতকী মমল য়াম্নবা লাইরিক কয়া অনুবাদ তৌরম্মী। মাদি খুৎকী মীনি। চীনগী নত্তে। মাগী কলম য়াম্না য়াঙই। ভাবণ পীবা, তর্কদা থোবা মীশক নত্তে। মখুৎ য়াম্না থৌই। ইংই, তপ্পী, রা ঙাঙবদা ওস্থোক্লা লৈবাক মচা তানা ঙাওই। হিন্দাকফু অমা চৗংলগা মতম পূম্নমক্তা ইদুনা লৈ, ইবগী অকক্লবা মতম লৈতে। মচাশিং, অঙাংশিং লুনা চাম্না তৌই। মচাগী শাম্নপোৎ শাবী। মখুৎ-মশাদু য়াম্না হৈ। রুম শাবা য়াঙই। থোঙ চনবা, টেবল চনবা হৈ। মখুৎনা টেবল চন্দুনা থনম্মী। ওস্থোক্লা অনম কনগ্রবা, অজনবা লৈতবা, হোৎনবা কনবা হিংচাবা অমনি। মানি হিংচাবনি, থবকী হিংচাবনি। মানা ঈরুপ্পুনা থিজখি মণিপুরী জগোই-ঈশৈগী লম কয়া অদুগা খুঙৎলগা থম্বিরম্মী মণিশিং অদু তুংগী মীরোলগীদমক। অদ্ভা, শ্রীগোবিন্দনা লেপনমক লৌশিন-বিখিবা ওইসনু। নঙগী আত্মাদো শ্রীচরণদা তিনবা ওইসনু। ⊡

— দি ইম্ফাল ফ্রী প্রেস, মে, ১৬ ১৯৯৮

# পৃথিবীদা খ্বায়দগী শাংবা ড্যায়রী ইবা মীশক

( মণিপুরগী ডায়রী ইবশিং নীংবা কায়বিগনু )

ঐখোয়না অশেংবা সাহিত্যগী খুৎইবু 'ইমাজিনেটিব লিটেরেচর' (Imaginative Literature) হায়না খংই। মরমদি, মসিদা অইবা অতোপ্পা কল্পনা, ভাবনা শাগৎপা সংসারনা মপুং ওই। মসিগী খুৎইদা শৈরিং - শৈরেং, ড্রামা, উপন্যাস, ৱারীমচা অসিনচিংবা মসি নত্তবা, অচুম্বা থোদোক-ৱাথোক্তা মুক্ষম ওইবা, অইবগী মশাগী ওইবা কল্পনা থোক্না শীজিন্নবনা ৱাবা খুৎই মখল থম্লা। মসিবু 'নন-ইমাজিনেটিব লিটেরেচর' ( Non-Imaginative Literature ) হায়না কৌই। মসিগী মনুংদা ইতিহাস, ক্রোনিকল, ইয়ার বুক, ডায়রী (Diary), Anecdote, Biography, Autobiography. Memoirs, অসিমচিংবা। মসিগী মনুংদা কৌজিক্কি Biography. Autobiography, Memoirs অসিনচিংবা অসি সাহিত্যগী খুৎই ওইনা লৌশিল্লে, ইমাজিনেটিব লিটেরেচর ওনখ্রে। হৌজিক ড্যায়রিসু সাহিত্যগী কান্নবা খুৎই ওইনা লৌনরক্লে। ক্ষণ-ক্ষণবা ড্যায়রী মথং মথং কোঙমরক্লবদি নোংমদি মসিসু শোয়দনা সাহিত্যদা অচৌবা মফম অমা কল্লগনি নীংই।

পৃথিবীদা খ্বায়দগী শাংবা ড্যায়রী ইবা মীশক্তি আমেরিকা মচা Edward Robb Illis হায়বসিনি। মানা মশাগী চহী ৬৭ খুবা

ক্ষাওবদা ইবা ড্যায়রী অসি চেনা ৩৫ ০০০ পাল্লি, মাহৈনা মিলিয়ন ২০ নি। Guiness Book of World Records দা ' The author of the world's longest diary" হায়না শীংথানৈ। মাগী ড্যায়রী অসি হৌজিক "A Diary of the Century" কৌদুনা ভোলুম ১ কোঙলে। লাইব্রিক অসিগী মাহৌশোক্তা, মমিং চংলবা কলম্নিষ্ট Pete Hamill না অসুম্না ইরি— "There are human beings not yet born who will be helped in understanding our times through the diaries of Edward Robb Illis." তুংদা পোক্লকদবা মীয়োলশিংনা হৌজিকী মতম অসি খঙবদা মাগী ড্যায়রীনা য়াম্না মতেঙ পাংলগনি হায়বনি। মানা ইরিবা ড্যায়রী অসিদি অঙকপনি। চুমগী নোংমদা খোকপা খোদোক অমা অনী ইরগা তোকপা নত্তে। ইগে হায়বা অমা য়াওনা খওইনা অকনবা সাধনা অমগা কোম্বনা ইবনি। মানা উবা, তাকুবা খোংনকুবা, পাকুবা, চিঠি কয়া ইখিবা, ইন্টরভিউ তৌকুবা, খম্মোয়দা ক্ষাওরকপা পূম্নমক অসি অমত্তা চিথদনা ইবনি। মসিদা প্রেসিদেন্ট ট্রুমেনগা মে ১৯৫৮ উমবগী খোদোক য়াওরি, এক্কুবী ৫০ হেম্না উমদুনা বারী শাবা য়াওরি। মাগী ড্যায়রী অসিগী মগুণ অসিবু শীংথারদুনা অখঙ-অহৈশিংনা হায় - "an informal history of the 20th century America", "a national treasure."

হৌজিক মশাগী চহী ৯০ শুরবা Illis না মতৌ করম্না পৃথিবীগী খ্বায়দগী শাংলবা অমসুং চাউরবা ড্যায়রী অসি ইব্রিবনো? মসিগী শাংলবা অমসুং নীংহন্নবা লৈনা হোৎনবগী বারী লৈরি। মাগী পোক্লকম টাউন Illinois গী Kewanee হায়বা মফমদুদা লৈবা হায়স্কুলগী ছাত্র ওইরিঙৈগী মতম্নি। নিংথমথাগী মাম ঈংলবা, তল্লবা অয়ুক অমদা ক্লাসতা মাগী মমাম্নবশিংদা চাংয়েং অমা তৌনসি হায়দুনা হৌদোকই - "খ্বায়দগী হেম্না শাংনা ড্যায়রী ইবা ঙম্বা তাম্নসি।" মমাম্নবা

অমা অনী চোংথোক্লকই। অমনা চয়োল অনী ইরগা তোকখ্রে। অমনা থা ৩ ইরগা ওমম্রে হায়রে। মাখি শুকলেপ লেপ্তনা ইখি। য়াম্না অতাং ওইরিবৈদগী ডায়রী ইনা পামজরকপা মীশক অমা ওইনা হৌরকখি। মহাক মশাগী চহী .৪ শুবদা খবরগী রিপোর্টর ওইনা পায়রকখি। University of Missouri লাইব্রেরিক তরে। অনীশুবা চহীদা কেল ওইরে। অহুনগী জর্নেলিজম তমজুনা খৃ. কু. ১৯৩৪ দা ডিগ্রি ফংই। থা অনী লৈরগা প্রেস অমদা থবক ফংলে। অহুনগী অতোপ্পা খবর কয়াদা রিপোর্টিংগী থবক তৌরম্মী। অনীশুবা লাঙ্গাও মতুংদা য়ু. এস. নেভিদগী থবক তৌরম্মী। মাগী অহানবা নুপী Big Apple থাবনগ্রবগী মতুংদা খৃ. কু. ১৯৫৫ দা Ruth Kraus বু মাগী অনীশুবা নুপী ওইনা লৌই। Illis না মাগী অনীশুবা নুপী অসিবু য়াম্না নুনা চান্না তৌই। থম্মোয়গী লাযননা খৃ. কু. ১৯৬৫ দা মহাক্না শিখিবদা Illis কী থম্মোয় কাযখি। চয়োল অনীদি মাগী ডায়রী ইবা ওমখিদে। মাগী নুপীগী শিরমদাইগী অরোয়বা পুংফমগী মরমদা লামায় মাপনথক শৈশাজুনা ইরি। মসি পাবদা কপ্পলাইদবা মী অমত্তা য়াওদে নীংই। Illis না ইবদা য়াম্না থম্মোয শেংনাই। মরক মরক্তা ফাগি য়াম্না য়াওই। য়াম্না কুপ্না শৈশাবা ওন্মী। Illis না ডায়রী ইবগী কলাদা অমা মওং তানা অচৌবা খুদোল অমা তৌরি।

ড্যায়রী ইবদা মমিং চংখিবা মীশক অমদি Samuel Pepys (১৬৩৩-১৭০৩) হায়বসিনি। ইংরেজী সাহিত্য নৈনবশিংনা রেষ্টোরেসন পেরিওদতা মাগী মমিং শোয়দনা খেংনবিরমগনি। মাগী ডায়রী অসি ইংরেজী সাহিত্যদা খ্বায়দগী মমিং চংপা, অংকপা অমনি। মানা শুম্নগী চহী ৯ থক্তগী (১৬৬০-১৬৬৯) ওইনা ডায়রী অসি ইরম্বনি। মমিং শোরকপা, উরক্তুরদগী মথা ইবা ওমখিদবনি। মানা ইরম্বসি মহাক মতেংমতা থওজবা সোর্ট হেন্দদা ইরম্মী। চহী ৫০ দি

মানা ড্যায়রী ইরম্মী হায়বসি কনানস্ত খঙবা ঙমদনা লাকখি। মানা শিরবা মতুংদা মাগী চে-চাং পুম্নমক Magdalene College দা দান তৌরম্মী। মথোয়গী মরক্তা সোর্ট হেন্দদা ইবা ভোলুম ৬ কী অঙকপা থুংই অমা থোংনরম্মী। মাগী থুংই অসি য়াম্না বানা হোংনজ্বনা John Smith না খঙবা ঙমখি। মাগী ড্যায়রী অসি বাহৈ ১,২৫০,০০০ শাংই। ইংরেজী সাহিত্যদা মাগী ড্যায়রী অসি খ্বায়দগী মমিং চংপা, অশাংবা অমনি হায়না লৌনরম্মী –"is still one of the most interesting examples of diary writing that we possess."

মহাক য়াম্না পীচপা কেরানী অমা ওইরম্বদগী অচৌবা কম পায়খি। মতম অতুগী নিংথৌ, অঙম-অথৌ, ঈশিং লাম্নীগী অচৌ-অশাং কয়াগা লোয়নবা ফংখি। পুম্নমক অসি মাগী ড্যায়রীদা য়াম্না ময়েক শেংনা ইবা থোংনৈ।

ভারতকী লোনশিংদা ড্যায়রী ইজ্বনা ফোংবা অসি য়াম্না তাঙনা থোক্লি। আসামী সাহিত্যদা লক্ষ্মিনাথ বেজবরুৱানা "দিনলেখা" (১৯৬৯) কৌবা ড্যায়রী অমা ফোঙই। মসি চহী ১৮৯৫ দগী ১৯৩০ গী মতম ফাওবগীনি। গুজরাতী সাহিত্যদা মহাদেব দেসাইগী ড্যায়রী য়াম্না মমিং চংলি। মাগী 'মহাদেবভাইকী ড্যায়রী' খ্বায়দগী চাউবা, শাংবা অমনি, ভোলুম ১৯নি। মহাদেব দেসাই মশামক্তি মহাত্মা গান্ধীগী পুন্সি বারী ইবা মীশক, ইংরেজী সাহিত্যগী ডা. জোনসনগী পুন্সি বারী ইবা Boswell ওইগে খনখি। মানা চহী ২৪ চুপ্না মহাত্মা গান্ধীগী জুমিং খুদিংগী থোকপা থৌদোক ইশিল্লি। মাগী মহাত্মা গান্ধীগী পুন্সি বারী অসি খ্বায়দগী অকুপ্পা অচুম্বা অমনি হায়না লৌনৈ। ড্যায়রী ইবগী থবক, হৈনবী অসিসু মহাত্মা গান্ধীনা হৌদোকখিবনি। মাগী সেম্বকশিংদা মানা ড্যায়রী ইহনবা হৌদোকখি। হিন্দী সাহিত্যদা-নরদেবা শাস্ত্রী, উপেন্দ্রনাথ, প্রভাকর মচবে, ধরমবী ভারতী, রামধারী কিনকর, চন্দ্রসেখরগী মমিং পনবা য়াই। মথোয়গী ড্যায়রী মমিং

চংলি। পঞ্জাবী সাহিত্তাস্তু ফিল্ম ষ্টার ওইরম্বা বলরাজ সাহনীগী ডায়রী মমিং চংলি। খৃ, কু. ১৯৭০ কোঙই। তামিল সাহিত্যদা খ্বায়দগী ডায়রী ইবদা মমিং চংপদি আনন্দ রঙ্গ পিল্লেনি। ১৮ শুবা শত কীদা ইরম্বনি। হৌজিক ইংরেজী অনুবাদতা ভোলুম ১২ কোঙলে। মহাক ললোনবনি। অদুবু মানা ইরম্লিবশিং খরা অসিদি মমল য়াম্না য়াম্মী।

মণিপুরী সাহিত্তাদা ওসিফাওবা ডায়রী অমত্তা ফোঙলকপা থেংনদে। ডায়রী হায়বসি কোংদোকপা য়াবা, সাহিত্যগী কান্নরবা মচাক অমনি হায়বগী বাখল অসিফাওবা কৈলনদবা মাল্লি। মশাগী অরোনবা খোঁদোক, বারী খরা ইশিনবনি হায়না লৌনৈ। মসিগী বাখল অসি হোংবা ফরে। নহাক অকাওবা কবি, ড্রামাটিষ্ট, বারীমচা ইবা অমা ওইবা ওমদবদি য়াই। অদুগা মমিং চংপা ডায়রিলিষ্ট অমদি শোয়দনা ওইবা ওমগনি। মহাক্না তৌগদবা হায়রবু, ইশিনবা তন্দবাচাং নাইবা, য়াম্না কৃপ্না, শাংনা ইবা, ফজবা বাহৈ বাতা শিংজিন্নবা, তঙাইফদনা পানিংহন্নবা মচাক খরদি য়াওহনবা। মসিদি তন্দবা মীপুম খুদিংমক্না তৌবা ওস্বা খবক্কি। ওসিদগী হৌবা য়াগে। হৌরসি। তুংদা মণিপুরদা মমিং চংলবা ডায়রী ইবা মীশক কয়া শোয়দনা থোক্কগনি নীংই। শোয়দনা থোকলকপস্তু ওইসনু। ◻

দি ইম্ফাল ফ্রি প্রেস, জুলাই, ১১. ১৯৯৮

## মণিপুরগী অহানবা ডাক্তর গোবর্দ্ধন নীংশিংলুবদা

( পুম্সিগী শিনফমবু ধর্ম্ম অমা ওইনা লৌখিবা মীশক অমা )

"Forward the Light Brigade!/Was there a man dismayed?/...Someone had blundered,/Theirs not to make reply,/Theirs not to reason why/Theirs but to do and die./...Rode the six hundred." (Lord Alfred Tennyson, The Charge of the Light Brigade)

ডা· খোকচোম গোবর্দ্ধন সিংহসু ( ১৮৮৯-১৯৬৪ ) মাগী ডাক্তর ওইবগী শিনফম্ব, য়াম্না লুনা খঙ্গখিবা, শিনফম অসিগী দমক্তা মপুক্নি কখে'কখিবা, শিনফম অসিবু অরাংবা থাক্তা পুখৎলম্বা, কবি টেনিশনগী লাইট ব্রিগেদকী মতৌগুম করিগুম্বা চিংনবগী য়াহং অমত্তা হায়দনা শিবা-চংবা খঙদনা মাগী মথৌদাংদা চপ য়ুংনা চোংশিনখিবা অকনবা কর্মী অমনি। বনানা থাজগনি— নিংথৌখোংগী ৎুঙং মচী অমদা পোকখিবা, মুশিন মুবা শকথিবা, জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস এইটতমক তম্লিবা, পীক্লিবা নহামচা মাবু খওইনা খঙৎতুনা ডিব্রুগড়গী Berry White Medical School দা এল এম পি (Licentiate Medical Practictioner, চহী মরি কোর্স ) তমহন্দুনা মণিপুরগী অহানবা

ডাক্তর ওইরকনি হায়রবা! গোবৰ্দ্ধনগী মকমদদি লাইবকী মকম লৈতে, পুম্নমক হোৎনবগী মথা পোল্লি। গীতাগী কর্মযোগদা চেৎনা থাজবা মীশক্লি। মসি অচুম্বনি, মাগী পুন্সিনা লেঙত্রবা প্রমাণনি। পীক্লিঙৈ মশাগী চহী ৫/৬ শুবদা অপোকপী পলেম খম্বীসনা কান্নবহুনা হৈং- শিংবী মচেনা শেম্নবিরকখি। পন্তো থোকচোম চাউবু কবিরাজনি, হীদাক-লাংথক শেম্না-খোৎপা, লায়েংবগী থবক তৌই। মপাপোকপা মপুবোক হাজারি ওইবদগী হাজারি মযুম হায়না লৈকায়না ব্যবহার তৌরিবা ইমুংনি। নিংথৌখোং নিম্না প্রাইমারী স্কুলদা (Lower Primary School, মণিপুরগী ৯ শুবা স্কুলনি) ক্লাস টু পাস তৌরে। লাইরিক য়াম্না কৈ, গোবৰ্দ্ধননা মকোক ওই। মথাদি ইম্ফালদা চৎতুনা জোনষ্টোন মিদল ইংলিস স্কুলদা (লিংখৎপা—১৮৮৫) মথা ক্লাস থি্‌ তমথবা তাবনি। য়াম্না শাথিনা খুদোংচাত্রবা মতমহুদা মহৈ তমনীংঙনা ভাওরবা নীপামচা অসিনা সোগাইজম ভুবন সিংহগী শঙ্গোয়দা লৈহুনা লাইরিক তমখি। মশানা চাক খোংজে। মতম মাঙগনি হায়হুনা তোথায়না ইঙ্গাং খোংদে, চাক্লা শিং মন-মশীং থাকচিম্নগা পুম্না খোংলগা চায়। খৃ. কৃ. ১৯০৯ দা ফাষ্ট দিভিজনদা মিদল স্কুল পাস তৌরে। (মতমহুদা ক্লাস এইট ফাওবা লৈ।) মেত্রিক পাস তৌত্রবদি তম্না য়াদবা এম এস পি কোর্স অসি মণিপুরদা ডাক্তর অমফাওবা লৈতবদগী গোবৰ্দ্ধনবু পরীক্ষা অমা লৌরগ, ভুবনসনাগা মবাম্নী ডিব্রুগড়দা থাবনি। ভুবনসনাদি লোইশিন্দনা মণিপুরদা থোকখ্রে। (মখৈথংদা মহাক দরবারগী মেম্বর অমা ওইখি) খৃ. কৃ ১৯১৪ দা পাস তৌরে। থোকচোম গোবৰ্দ্ধন মণিপুরগী ইহান হানবা ডাক্তর ওইরে। চহী ৩০ থবক তৌরবা মতুংদা খৃ. কৃ. ১৯৪৪ দা থবক্তগী পোথাখি। অহুবু মাদি পোথাবা হৈবা মী নত্তে। ডাক্তরগী মশীং য়াম্না বাৎপদগী পেন্সন ফংনা ফংনা থবক মথা তৌখি। A.R.P. (Air Raid Prepatory) গী মিলিটরী ডাক্তর ওইনা লান মতুংদ

তলব লুপা ৩০০ চাহুনা থবক তৌখি। মথংদা আই টি য়োদ; শংগোল- মাঙ দিসপেনসরীগী ডাক্তর; নিউ গার্লস এন্দ এদেল্ট স্কুলগী ওজা অহুগা অয়োইবা অমুক মশাগী চহী ৭৫ শুবদা শগোঙমাঙ প্রাইমারী হেলথ সেন্টরদা ডাক্তর ওইনা। মচাশিংনা য়াম্না থাম্মী, মাদে খৃ. কু. ১৯৬০, ফেব্রুয়ারী ৬ তা, থা অমা চুপ্পা কলিকাতাগী চিত্তরঞ্জন কেন্সর হোস্পিতালদা লায়েংলুরবা মতুংদা, চহী ৭৫ চুপ্পা পোথাবা লৈতনা নোংজু-ম্নুংশা কয়াদা কেয়ক্রবা হকচাং পোলাং কীন্থরক্লনা তাইবঙপাল থাদোকখি। ডা. গোবর্দ্ধনগী হকচাং অসি, মানা ডক্তর ওইরবা মতুংদা খৃ. কু. ১৯১৭-১৮ অহুরাইদা য়ুমজাও অমগা কোম্নমা লুপা ২১৫ পীহুনা লৈখিবা লোকলাউবুং ইম্ফালদা লৈবা মাগী য়ুমজাওগা চপ মান্নে। মচা নিপাল (অহানবা মুপী তম্পাকলৈমা দেবীগী— ১। মনিভদ্র, ২। সত্যবতী দেবী; অনীশুবা মুপী ভাগ্যবতী দেবীগী— ৩। সত্যপ্রিয়া সিংহ, ৪। বিমোলা দেবী, ৫। বীরেন্দ্র সিংহ, ৬। নোংয়াই সিংহ, ৭। বিনাপানী দেবী, ৮। নবচন্দ্র সিংহ) য়োক্লবা অমসুং মপান্দা থাহুনা মহৈ-মশিং তম্নবা হোৎনবদা য়ুমজাও অসি করি অমত্তা য়েংশিনবা ঙম্মদে। নোংম-নোংমগী মচেৎ মচেৎ কীন্থরকই, নোং য়ুরকই। য়ুমজাও নোং য়ুবা মরক্তা মচাশিং বানা লেনখিবা কোঙ্গায়নি। ঙসিদি য়ুমজাও তেকপ্রে, ডা. গোবর্দ্ধনসু মাগী মমবা হকচাং হুন্দারক্লগা ঈশ্বরগী খুয়াদা তিনপ্রে। করিদি লৈহৌরি? য়ুমজাওদগী হেম্না চাউরবা মাগী মিংচৎ মৃৎপা নাইররোইদবা মাগী নীতি অমসুং আদর্শ ওইরবা পুন্সি, পুন্সিবু ওস্তোক্লা মমল লৈনা লৌজখিবা, নীপা থোক্লা মীপান তাংদনা হিংখিবা, মচাশিং মহৈ তম্নবা, মী ওইনবা হোৎনবদা মপুন্সি কেমখিবা, নোংমতা মমীৎ শারুকখিদবা, চিন্তা তৌখিদবা। মাগী পুন্সিবু মানা চপ চানা মশক তাকচরম্মী—"A saint's mind, lion's strength" মুণি ঋষিগী অঙৈংবা পূকচেল, নোংশাদোনা মুপা থোকপা মহাৎ। মশা পায়,

মথবাক কল্লি, থবাক্তা মতু ঙৌই, শাবান্দো নোংশা মচা হায়রপপু মাল্লি। মচাশিংদা তজুনা হায়রম্মী—চৌক্রি ফমতুনা থবক তৌগদবনি, লাইরিক য়াম্না হৈগদবনি।

ডাক্তর গোবর্দ্ধননা হিংলকখিবা লান মমাঙগী পুন্সি অদু চুরাচান্দ মহারাজনা শক্তি লৈনা পাল্লিঙৈ, থকশি-খাশি নাইবা, ধর্ম্মদা পুক্নীং লৃপ্পা বৈষ্ণব সমাজ অমনি। অন্ধবিশ্বাসকী কুয়োম্না থানা কৃপ্পি, বিজ্ঞান অমসুং মেদিকেল সাইন্সকী মঙাল যংদ্রি। ডাক্তর তম্বা মাংনরম্মী—অশি-অনা পায় হায়তুনা। ডা গোবর্দ্ধনসু মাংই হায়তুনা ইস্নোকপিবা যাওখি। ডাক্তরগী লায়েংদা থাজনরমদে। মাইবনা পূক শুবা, থৌ তৌবা অসিনা মরু ওইবা লায়েং ওইনরম্মী। অসিগুম্বা তমথীরবা ফীভম অসি মায়োক্নরকখিবা, অনাবশিংবু ভাব তাহন্নবা হোৎনখিবা, মুক্নবা কয়া থেংনখিবা ডা. গোবর্দ্ধননি। মাগীদি সমাজ সেবা অমা ওইনা চঙশিনখিবা থোঙথাঙ অমনি। চুরাচান্দ মহারাজনা জর্ম্মন লান চৎলু য়াদে হায়তুনা ডা. গোবর্দ্ধনবু থাঙ্গদা লোই থাখি। কোম্না লৌখৎপিখি। থোংজাই লান্দা থাই। নোংমৈনা পান্দুনা শিরমগদৌরে। অম্নাম্বা মতমদা চীংদা পোত্তিং তাতুনা লৈ—মাও, উখ্রুল, চুরাচান্দপুর, ককচিং অসিনচিংবা। শকুবা, ফৎত্রবা চীংলম্বী, শা-কৈনা থল্লবা চীংগী লমশিংদা তজুনা চৎলকখি রুপা ১৫০ পীতুনা দবল বেরেন্স অমা লৈশিল্লি। সরকারনা দোলাই লেং, শগোল পী। মশাগী শগোল মঙ্গবী অনী লৈশিল্লি। পূম্নমক অসি মানা তৌগ্নিবা শিনকম অদু মপূং ফানা পাঙথোকপা ঙম্মবগীদমক্তনি। চীংদা লৈরিঙদা চাবোকপী অমগী মথ্থাম্ন কম্নবগীদমক্তা চহী ৭০ হেল্লবা ডা. গোবর্দ্ধননা মখ্বাঙদা থৌরী কিরগা অঙম্বা চীং কাতুনা লায়েংবা য়াওখি। সাইকল তোংতুনা মানা য়েংখিবা অনাবশিং য়েংশিনবা কোয়না চৎলি।

ডা. গোবর্দ্ধন সাহেবকী লৌচৎ চৎলি। থোঙগ্রাউ, টুপী উপ্পা পাম্মী। চাবা থকপা নিয়ম নাই। য়াম্না ওর্থেংদোগ্ন ওইরবা লাইনোংবা

অমগুম তৌদে। অদুবু ঈশ্বরদি থাজৈ — মহাদেব নীংই। বাংলা, সংস্কৃত, ইংরেজী য়াম্না হৈ। মাগী য়ুপী অমসুং মচাশিংদা হিন্দুগী পুরাণগী ৱারীশিং, বাইবলগী ৱারীশিং ৎশুনা লীবি। চীংদা লৈবা মতমদা চর্চ চংলি। মঙোন্দা লিবরেল ওইবা মীৎয়েং অমা লৈ। নিংথৌ, অঙম-অথৌ, সাহেবশিংগী চৎনবী, পুন্সিগা তোংননা লাকখিবা মরম্না মৈতৈগী লাইনীংবা বৈষ্ণব অমগুম হিংবা ঙমখিদে। শা-ঙা চাত্রবসু মচাশিংবু শা-ঙা থোংলগা পীজৈ। ডা. গোবর্দ্ধন সাহেবনি। অমরোমদা অমুক মহাদেবগী ভক্তনি। লান মমাঙগী মণিপুরগী অহানবা ডাক্তর, মীয়াম্না অঙাওবা ডাক্তর হায়না লৌবিখিবা নীপাদো ঙসি নীংশিংলক্লি। ◘

– নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্নম', তাং ২০.৭। ১৯৯৮

অহানবা শরুক

# য়াম্বেম মহাবীর ঃ অকাউনখ্রবা জগোয়গী পন্দুপ অমা

"মহাবীরনা অয়াঙবা উচেককী মতৌশুম্না পুংগা কোমনা হৈজদা পাইবা ঙম্মী।" উদয় শঙ্করগা লোয়নবা আমেরিকাদা চংপদা, পুং চোলোম তৌবদা দাক্ত কৃতিক অমদা ইরকখিবনি। মহাবীরগী পুং চোলোম শেগাগ কায়না কাওখি। আমেরিকা, য়ুরোপ, ইংলণ্ড অমসুং ভারতকী মকম কয়াদা অয়েংবা ভাবোকপু শুমহৎখি। অদুনা ইনরকখি— "He is lightfooted and agile and performed the hefty movements of masculine dance with a vigorous swing and abandon." মণিপুরগী বাংমদা মৈতৈ মচানা পুং চোলোম উৎপসি মহাক্না অহানবনি। মতম অমদা নৃত্যাশ্রমদা লোইনরম্বা শ্রীহাংহৌবম তোমচানা হায়— "এরিয়ান থিয়েটরদা উৎখিবা মহাবীরগী পুং চোলোম অঙকপা ফংনা ফজৈ। মশাগী অকম্বা পুদনা অহাঙবদা পাইবা মাল্লি। মসিনি মাগী তোপ-তোম্না মগুণ।" কলিকতাগী 'দি ষ্টেটসমেণ্ট' দা ইখি— Mahabir flies on the stage.' থাজরমদে। য়ুমিং অচুনা থাজখি। হৈজদা পাইবা ঙম্লিবা পাখঙ নহা অসি কনানো? ঙসিদি মহাকপু নীংশিংবিদ্রে, অকাঊবশী লৈয়োরংদা চনখ্রে। য়াম্না নৌনা

মশাগী চহী ৩১ শুবদা শিখিবা ( ১৯২২-১৯৫৩ ) অসিনসু ওইরম্বা য়াই। অহুবু, করিগুম্বা মণিপুরী জগোইগী ইতিহাস অমা ইরকপা তারবদি মহাবীরগী মফম য়াম্না চাউনা কন্দুনা লৈগনি। দান্স কলেজ লিংখৎ-ত্রিবৈগী মতম ( ১৯৫৪ ), অনৌশুবা লাক্লাও মমাঙ অমসুং মতুংগী তাকক অসিদা মণিপুরী জগোয়দা মহাবীরগী থৌদাং য়াম্না চাউই। মহাক পুং রৈবা, জগোয় শাবা অমসুং অনৌবা জগোয় কয়া শেম্বা ( কম্পোজ তৌরম্বা ) কলাকার অমনি। মণিপুরী জগোয়না মপানগী শন্নরকপা অমসুং অনৌবা যুগকী মতুং ইন্না চৈংদা থোকচা-রকপদা মহাকী দান য়াওখি। গুরু অমুবীগী মথংদা য়াম্না ক্রিয়েটিব অমসুং ইনোভেটিব ওইবা দান্স কম্পোজর অমসুং কোরিওগ্রাফরদি য়াম্নেম মহাবীরনি হায়না লৌবা য়াই। ময়ুমদা 'নৃত্য'শ্রম' লিংখৎতুনা ( লিংখৎপা খৃ· কু· ১৯৪৭, ওগষ্ট ১৫। গুরু অমুবীনা দিরেক্তর অদুগা না। সেক্রেটরী ) মণিপুরী জগোয়বু অহানবা ওইনা মঙং তানা দিল্লীদা খৃ· কু· ১৯৫৩ দা উৎলুই। ভারতকী ওইবা কনফরেন্স অমদা শরুক য়াবা মসিনা অহানবনি। অদুগা ভারতকী য়াংমদা ভরত সরকারগী কলচরেল দিলিগেসনগী টিম অমা ওইনা 'নৃত্যাশ্রম' না রাসিয়া (১৯৫৪) চিনা (১৯৫৫) অমসুং সাউথ ইষ্ট - এসিয়া (১৯৫৬)দা মণিপুরী জগোয় উৎতুনা পৃথিবীদা শন্দোকখি। ওসি 'নৃত্যাশ্রম' লিংখৎলম্বা য়াম্নেম মহাবীর লৈত্রে, সংস্থান অসিসু মৃৎখ্রে। অহুবু মহাক্কা পুন্সিগী তেম্নবা মতম অসিদা মণিপুরী জগোয়গীদমক্তা তৌরম্নিবা মাগী খুদোল, অবদান অসি কাউথোকপা চুমত্রা ?

মহাবীরনা মৈতৈ পুং য়াম্না হৈবগী মরমদি অপোকপা পম্ভৌগী মগুণ, ঈ লৌবননি। পম্ভৌ য়াম্নেম অভৌ সিংহ মৈতৈ পুং রৈবা অফাওবা ওজা অমনি। মতমতুদা নিংতোম কোকলৈগা লম্বা তৌখিবা মীশক অমনি। মহাক কোম্লংগী চপ পালাদা পুং রৈ। মসিদা চূড়াচান্দ মহারাজনা পুং থোক্লি অদুগা অভৌনা তুং ইনবা ওই।

মহাবীরগী মচৌগুম মহাকসু নহা ওইনা মহাবীরবু পীশক পীক্কা ছন্দোক্রমগা তাইবঙপান থাদোকখি। অপোকপী হৈতোম্বী দেবীনা লান চেনবদা নম্বোলদা শিখি। মথক্তা মচে অমথক্তনি "বরকন্যা দেবী। নহা ওইনা মমা-মপা কায়নবগী হুংঙাইতবা অমা মচোন্দা লৈখি। অতুবু মপাগা পোকমিন্নবা মথুড়া অঙাংজাওনা য়াম্না হুংশিনা নাউকোনবিরকখি।

লাইরিক্কি ক্লাস সিক্স পাস তৌখিদে। উম্নিপোক বোইজ স্কুলদা (হৌজিক্কী ইবোতোনস্না হায়র সেকেন্দরী লৈরিবসিদা স্কুল ওইরম্মী।) তম্মকখিবনি। পীক্কা জগোয়-ঈশৈদা থরায় য়াওরবই। শন শেনব', গৌরলীলা য়াওরকই। হৌমিন্নবা, মানদি 'তাত্তোন' কৌবা, মথুড়াগী মচা য়াম্বেম তোম্বী সাহেবকা মচিন-মনাও ওইনা য়াম্না হুংশিনা লোয়নরকখি। মরমদি, তোম্বী সাহেবসু জগোয়-ঈশৈ পাম্মী। অদুং ওইরিঙৈদা পুং য়ৈরকই, গৌরলীলা য়াওরকই।

মহাবীরগী য়াম্না ফবা, লাইগুম্নবা গুরু অনীনি। অমনা মমিং চংসবা পুং য়ৈবা লাইশ্রম ইবোহল অপাবী। পীরিবৈদগী হৌনা মহাবীরনা ইবোহল অপাবীদগী পুং তম্মী। ওজা ইবোহল অপাবীদি অমূক মহাবীরগী অপোকপা অঙৌগী সেবক্নি। গুরু অমুবীসু অঙৌগা য়াম্না নক্না লোয়নৈ, পুংলোন কন্না তাথোক-তাশিন তৌনৈ। মরম অদুনা অপোকপা পন্থৌ কায়নরবসু গুরু অনীনা মখোয়না পোকচবা মচাগী মতৌগুম লুনা-চান্না তৌবিরকখি। মবানীনা য়েৎ-ওয় ওইদুনা ঈচেলগী খোঙবাল অনীগুম চপ্তুনা মহাবীরবু শেম্বীরকখি। কৈজোম অঙাঙবা শেংলিঙৈদগী হৌনা ওজা ইবোহল অপাবীদগী পুং তম্বা হৌই। মাগা মরূপ ওইনা পুং তম্মিন্নরকপা শ্রী থিংবাইজম বাবুনা হায়, "মহাবীরদি খুদাং যৈ, পুং য়াম্না যৈ। এঙোন্দগী মানা হৈবা হেল্লি। কৈজোম অঙাঙবা শেংলিঙৈদগীনা অঙৌবা শেংলব, পাখঙ-মচা ফাররুবা মতম ফাওবা ইবানী পুং তম্মীরে। মহাক মপা লৌই।"

তশেংবমকস্থু মহাবীর বুদ্ধি য়াম্না কবা, কলাগী পীথোক্লকপা মগুণ অমা য়াওনা হৌরকপা মীশক অমনি। মাগী ওজানা পুখিছুনা শোরাত্তকী পূং য়েরে। ছূপী পালা, খূবাক ঈশৈ, ব.লন যাত্রানচিংবগী পূং য়েবা হৌরে। মসিগা লোয়ন-লোয়ননা গুরু অমুবীগী মফমদগীস্থু জগোয় তম্বা হৌরে। হোৎনবা কনবা, মথৌনা মরাংজেল লৈবা, নীংথিবদা হোংবা লৈত্তবা মহাবীরনি। মচিংস্থু য়াম্না কক্তে। মখোয় লৈকায়দা মহারাত্ত কৌবা ইনাক খুনবা নিপা অমা লৈরম্মী। মহাক য়াম্না পোত্তবা, তাখৎপা, ফুত্তানি তৌবা মীশক অমনি। মহাবীরদি মত্তোন্দা উশিংতবা য়াদে। নোংমা মাগা থংনখি। অচুদগী মাগী যুমদা পুং য়েম্ন হায়বা য়াখিদে।

মহাবীরদি য়াম্না ক্রিয়েটিব ওইবা মীশক অমনি। করিগুম্বা অনৌবা অমা হাম্না উগল্লি, অনৌবা অমা শেমগল্লি। ময়ামগা যাম্নদবা অনৌবা অমা শেম্বা, থৌরাত্ত তৌবা, পুথোক্লকপা অসি মাগী হৈনবীনি। গুরু অমুবীমা মাগী মগুণ চপ চানা খত্তই। মরম অছুনা খৃ. কু. ১৯৩১ গী উদয় সঙ্করনা য়ু পি গী হিমালয় চীংখোঙ অলমোরাদা লিংখৎপা 'উদয় শঙ্কর কলচর সেন্টর' দা গুরু অমুবীনা ওজা ওইরবা মতুংদা মহাবীরবু নীংশিংলক্লে। থোইদোক্লা মৈত্তে পূং য়েবা হৈবা ওজা অমা দরকার ওইরকখি। মহাবীরবু মহাকী মনাক্তা লাক্লবা হায়র'ক্ল। হৌজিক গুরুগী য়াথংদগী গুরুগী মনাক্তা চৎচুনা উদয় শঙ্করগী অনৌবা জগোয়গী তাইবত্তদা তিম্লুবা তারে। চহী ১৭/১৮ দা তায়রিবা পাখত্ত অমনা অনৌবা আশা কয়াগা লোয়ননা পোক্লফম থাদোক্লমহুনা অল-মোরা পাংখ্রে। (মথংদা মহাবীর অমহুং জগোয়গী সংস্থান-নৃত্যাশ্রম'।) ▣

— নোঙমাই পণ্ডিত, 'পোক্লফম' ৩১। ৮। ১৯৯৮

অনৌশুবা শরুক

## য়াম্বেম মহাবীর অমসুং জগোয়গী সংস্থান

## 'নৃত্যাশ্রম'

অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙদা মণিপুরদা মওং তাৱবা জগোয়-ঈশৈগী সংস্থান থোইনা লৈরমদে। ছাত্রশিংগী ক্লব ওইনা তৌবা য়াম্না ঙনবা সংস্থানদি মিত্র সমিতি হায়বসিনি। মসি খৃ. কু. ১৯১৪ দা উরিপোক্তা লৈবা ওজা থাইদেম নোংয়াইগী য়ুমদা মরু ওইনা কৃষ্ণচন্দ্র অমসুং মীওই খরনা হোৎনখুমা লিংখৎখিবনি। অদুবু জগোয় অমসুং ঈশৈগীতা ওইবা সংস্থানদি য়াম্না তাঙনা থোক্লমী।

খৃ. কু. ১৯৩৭ কী অহুবাইদা য়াইস্কুলদা লিংখৎখিবা ললিত কলা ভবন (শম্না 'কলা ভবন' হায়রগা খঙনৈ) অসি জগোয়-ঈশৈগী শীংথানরবা সংস্থান অমনি। য়াইস্কুলগী ঈশৈ-জগোয় পামজবা কলাকার অমসুং মীওইশিংনা লিংখৎখিবনি। ছাত্রশিংদা জগোয়-ঈশৈ তম্বী, জগোয় শেমখুনা উৎলি। লান মতুংদকাওবা কলিকত্তাদা জগোয় উৎপা চৎলি। কলাভবনগী নোংমাইথেম সুধীরনা বেলেগী ষ্টাইলদা পেনতোমাইম শীজিনখুনা তাং ৭। ৭। ১৯৪৮ দা রূপমহল হোল শঙাবদা উৎখিবা 'মাতৃ মুক্তি' য়াম্না মমিং চৎখি।

অনৌশুবা লাঙ্গাও মতুংদা লিংখৎলকপা জগোয়গী মমিং চৎপা, শীংখানবা য়ারবা সংস্থানদি 'নৃত্যাশ্রম' অসিনি। মসি উরিপোক য়াম্বেম লৈকায়, ইম্ফালদা লৈবা য়াম্বেম মহাবীরগী মযুমদা আগষ্ট ১৫, ১৯৪৭, ভারতনা নীংতম্বা ফংবা নুমিত্তা লিংখৎখিবনি। নুমিৎ অসিদা অঙাং ময়াম কংগ্রেস টৃপী উপ্তনা ইরোইশেম্বগী চীংদা জাতিগী ঈশৈ শক্তনা ফীরাল চিংখৎলি। লৈবাকনীংবগী ঈশৈ কন্নাসু শকখি। জগোয়গী সংস্থান অসি গুরু অমুবীনা দিরেক্তর অমসুং মহাবীরনা সেক্রেটরী ওইদুনা লিংখৎখিবনি। নচা ওইরবা মহাবীরনা উদয় শঙ্কর (১৯০০ ১৯৭৭) গী অলমোরাদা লৈবা কলচর সেন্টরদা য়াওরুবদগী মকুম অতদা তৌরিবা থবকশিং অতু মণিপুরদসু হৌদোকনীংখি। মানা মপান্দা উরকপা, খঙলকপা, তাবকপা, পুরকপা অনৌবশিং অতু লেম্না থক মাওঙল্লীংখিদে। মতু থবক ওইনা ওন্থোকপা পামখি। অপান্বা অনীংবা, আশা ময়াম অসি মাঙদা থমগা, নৃত্যাশ্রম (মণিপুরী ডান্স সেন্টর) অসি লিংখৎখিবনি। অহানবা দিরেক্তর ওইখিবা গুরু অমুবীনা ইরুঙ্গী - মণিপুরী জগোয়গী অশেংবা মশক ঙাক্লবা, মাইথরক্লিবা জগোয়গী মশক অসি কন্নবা, মণিপুরী জগোয়বু নীংথিনা ভম্বা ভম্নবা সংস্থান অসি লিংখৎখিবমি। সংস্থান অসি অশেংবা পরম্পরা অমসুং অনৌবা চাংয়েং অনী পুনবা মওং অমনি। সংস্থান অসিগী অঙনবা মতমগী ওজাশিংদি এস ইবুংঙো, অপাবী, এন কমল, পণ্ডিত এস তোমচৌ, এন গোরো, ইবেতোন দেবী, চিত্রসেন, আর কে অমুসনা, সূর্যমণি, মণি সিংহ, শ্যামো শর্ম্মা, নবচন্দ্র সিংহ, নীলমধব, এস তোম্বী অসিনচিংবনি। জগোয়গা কোমনা ফিশা-লোনশা, য়েকপা-শোৎপা, থাঙ-ভা, লাইরিক-লাইশু তম্বগী পান্দম য়াওরি। ক্লাসনা অমুক অমসুং নুংথিল তৌই। অহানবা হৌগৎলকপদা নুপীমচা খরা খোমগা তম্বীবা ওইনা তৌই। ঝুলন, কাং, দূর্গাপূজাগী ঈশৈ পালা লিংখৎলি। জগোয় ভম্ফম্না মহাবীরগী শঙ্গোয় অমসুং মাঙ্গোন্দনি। শঙ্গোয়দা থৈজ শারগা, গুমাঙদা

উৎবাক ক্ষক্তম ওইরগা মরক-মরক্তা কুম্মে উৎলি। অঙাংশিংগী কুম্মেশিং অহু য়েংখিবশিংনা, মক্ক ওইনা N. K. Rustomji, Advisor to the Governor, D. Sarmah, Dominion Agent, B. Singh MLA, Assam, K. Gouro Singh, Education Minister, Manipur, P. S. Gurung, Comdt., 4th Assam Rifles Manipur, Priya Brata Singh, Chief Minister, Manipur না নৌরিবা সংস্থান অসিবু থাগৎত্তুনা ইরম্বগী রেকোর্দ ফংই। শ্রীদি. শর্মানা ইরম্মী: "Great credit is due to Mahabir who is the soul of this Nrityashram." য়াম্মেমদা লৈরিবৈদা জগোয় শাবা য়াওখিবা নুপীমচাশিংগী মমুংদা লৈবাক লৈমা, নুংশি দেবী, তম্ফা, মংলেম্বীগী মমিং পনবা য়াই। মৈতৈগী পরম্পরাগী জগোয়শিং তম্বীতুনা উৎপগী মথক্তা মহাবীরনা কম্পোজ তৌবা 'চৈতেক জগোয়', 'লাইধী জগোয়' নচিংবসু উৎলি। মরক-মরক্তা মহাবীর লংথৈদা চৎলি। শিলং, জোরহাত, মাদ্রাজদা চৎপদা য়াওই। উদয় শংকরনা কৌরকপদগী খ্. কু. ১৯৪৭ তা মাদ্রাজদা চৎলি ( মাদ্রাজদা উদয় শঙ্করগী য়ুম ইখোল য়াম্না চাউনা লৈ )। মক্ক ওইনা আমেরিকাদা চৎনবগী মতাঙদা কৌরক্তনা থৌরাঙ তৌবা, রিহিয়ারসেল তৌবা চৎপনি। মসিগী মথক্তা উদয় শঙ্করগী কল্পনা কৌবা দান্স ফিল্ম ( ১৯৭৮ দা ফোঙখিবা ) অহুদা মহাবীরনা মৈতৈ পুং য়ৈখি। ফিলম অসি ভারতকী জগোয় মথল ৫০ দগী হেন্না য়াওবা, উদয় শঙ্কর কল্পনাদগী শাগৎচবা অনৌবা কলাগী থৌংশেম অমনি। মহাবীরনা ঊরকপা, থেংনরকপা পূন্নমক মণিপুরদা থোক্লক্লগা মাগী 'নৃত্যাশ্রম' দা হাংপচিন্নবা হোৎনখি।

নৃত্যাশ্রমগী অনীশুবা তাঙ্কক্তি কৈশামপাৎ লৈমজম টৈ.কায়, ইম্ফালদা লৈবা কুমারী সূর্য্যমুখী দেবীগী য়ুমদা ওইখি। মতমসিদা সূর্য্যমুখী অমসুং তোম্বীনৌ য়াম্না কন্না ফাওগৎলকপা মতমনি। কাংগী

মতমদা মবাম্নীনা 'মাথুর' গী জগোয় শাহনা উৎলম্মী। মহাবীরনা মুশীমচা অনীসিগী মগুণ থগুখি। য়েশরাজ খোংবা চয়চন্দ্রগা তাম্নরগা সূর্য্যমুখীগী য়ুমদা নৃত্যাশ্রমগী জগোয় ভক্ষম, ওম্নাইকম, পূনক্ষম ওইরে। মক্ষম অসিদা নৈরবা মতুংদদি শীক্লিবা অঙাংমচা নম্ভবা অচৌবা কলাকার মথং মথং ম্নাওরক্লে। মথোয়গী মম্নুংদা সূর্য্যমুখী, তোম্বীমৌ, শথীতোম্বী, ইবেতোম্বী দেবী, খুরাই অমু, শীশকতোম্বী, কমলিনী, চিত্রসেন, টিএচ. বাবু, কৃষ্ণমণি, অঙ্গা ইবোতোন, মাহেংবম তোমচা, রা. কু. সিংহজিৎ অসিনচিংবনি। ম্নাম্না মওং তারবা জগোয় শাবা-শাবীগী খুংগু অমা লৈরে। হৌরকপদা উম্নিপোক্লা অঙাং ভাক্লা ওইনা তৌবহু কৈশামপাৎতদি মপূং ফারবা কলাকার অমম্নুং ওজা ময়াম পুনশিনহনা য়ঙ য়ঙ লাউনা থবক তৌবা হৌরে। মসিগা লোয়ননা অনৌবা জগোয় কয়া মথং মথং উৎপা হৌরক্লে।

মহাবীরনা কম্পোজ তৌরম্বা জগোয়শিংগী মম্নুংদা ভারত মাতা, অভিমান্যু, লাইথো জগোয়, তেলঙ্গা জগোয়, শিকারী, হেলে'য়, দুর্গা, উর্বশ্রী, গোপী ভাব, চিত্রঙ্গদা, লব-কুশ অসিনচিংবা অসি থীংথানবা য়াই। মসিগী মথক্তা থম্বা-থোইবী, হাউ জগোয়, ভজি, রাসনচিংবা হায়গী পরমপরাগী জগোয়শিংসু অদুম উৎলি। মাগী অনৌবা কমপো-জিসন অসি ক্লাসিকেল মণিপুরী ষ্টাইলগী চপ চাবা মওং অদু নত্তে, ফ্রী ষ্টাইলগী কমপোজিসননি। উদয় শঙ্করনা তৌরিবা মওং অদুগুম্বনি। মসিদা মণিপুরী জগোয়গী মুভমেণ্ট, রিদম, মথায় শীজিম্নবনি। জগোয়শিং অসি মওং তানা ষ্টেজদা উৎপা হৌরক্লে। মণিপুরী জগোয়না মোদর্ন ষ্টেজদা কারকপগী মতাঙদা নৃত্যাশ্রমগী অচৌবা খুদোল লৈখি।

পণ্ডিত নেহরুনা বর্মাগী য়ুম্ন ওকপা লাকপা অনীগুবা মণিপুরগী খোঙচৎতা তাং ২৯।৩।১৯৫৩ দা রূপমহলদা নৃত্যাশ্রমদা উৎপা জগোয় য়েংখি। মতুদা তুংগী সঙ্গীত নাটক একাদমিগী অহানবা সেক্রেটরী

( লিংখৎপা ১৯৫৪ ) ওইরগদৌরিবী ইবেম্মা নির্মলা জোসিন্দু য়াওখি। মহাক্না নৃত্যাশ্রমগী জগোয়ন্দু য়াম্না পেনখি। অহুনা মহাক্না খৃ. কু. ১৯৫৩দা ভারতীয় কলা কেন্দ্রনা শীনবা ( মানা সেক্রেটরী ওই ) ভারত পূর্বগী কনফরেন্স অহুদা নৃত্যাশ্রমবু বার্তন তৌরক্লনা দিল্লীদা জগোয় উৎখি। মসিনা দিল্লীদা ভারতকী অচৌবা কনফরেন্সতা মওং তানা মৈতৈ জগোয় উৎপা অহানবনি। মতমসি দান্স কলেজ (১৯৫৪) লিংখৎত্রিবৈগী মমাঙনি। মথং মথং ওইনা নৃত্যাশ্রমনা রশিয়া (১৯৫৪) চিনা ( ১৯৫৫ ), সাউথ ইষ্ট এশিয়া ( ১৯৫৬ ) ভারতকী কলচরেল দিলিগেসনগী টিম ওইনা জগোয় উৎখি। মহাবীরনা খৃ. কু. ১৯৫৩ দা নোঙ্গাপ্রবন্দু নৃত্যাশ্রমদি কনা কুইনা খৃ. কু. ১৯৫৭ ক্তাওবা হিংখি। অরোইবা অমসুং অকোনবা ওফিস, জগোয় ত্তিমফম্না বাহেংবম তোমচা-গীদা ওইখি। মসিদা য়াওরিবা কলাকারশিংনা থবক তৌনখিবা, লংফৈদা চৎনখিবা য়াওহুনা মথা তানা থবক চৎথবা ঙমখিদে। মতম থরা অরুংবা থবানমিচাককুম ঙাল্লবা মণিপুরী জগোয়গী সংস্থান অমা তপ্না তপ্না মমি শামখি। ◘

(মথং অরোইবা অহুমশুবা শরুক্তা: মণিপুরী জগোয়দা মহাবীরগী খুদোল)

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্নফম', ৭। ৯। ১৯৯৮

অহুম্মশুবা আরোইবা শরুক

# মণিপুরী জগোয়গী লমদা মহাবীরগী খুদোল

অয়ুক্কী শজিককুম ঙাইহাক ঙাল্লমগা মশাগী চহী ৩১ শুবদা য়াম্না নৌনা, মন্নুং-মতম চাদনা তাইবঙপান থাদোকখিবা, য়াম্না ব'ন' মানা গুরু ময়ামগা লোয়ননা লিংখৎচরম্বা জগোয়গী সংস্থান 'নৃত্যাশ্রম' না শিখিবা, মাগী জগোয়শিংবু মথা তানা য়োকখৎপিহৌনবা লৈতবা মরম্না ঙসি য়াম্বেম মহাবীরনা (১৯২২-১৯৫৩) মণিপুরী জগোয়গী দমক্তা তৌজরম্বা থবকশিং অহু কাউনখ্রে। মহাবীরগী জগোয়গী খুদোল অসি মীৎয়েং অমদগী য়েংগদবনি। মহাক গুরু অমুবী, অমুদোন শর্মা, হাওবম তোম্বা (অমম্বুং অতৈ ওজা কয়া) অসিনচিংবা গুরুশিংগী মতৌঙুম ক্লাসিকেল মণিপুরী জগোয়গী ফজবা মশক পুথোক্লবা হোৎনবগী মায়কৈদা কা হেন্না চঙখিদে। মতমগী দাবী মতুং ইন্না মতমগী ওইবা অনৌবা মণিপুরী জগোয় কয়া ফ্রী ষ্টাইলদা কমপোজ তৌহুনা উৎনবা হোৎনখি। মসিগা লোয়ননা অনৌবা মণিপুরী বেলেগী লময়ানবা অমা ওইনা অনৌবা কলা অসিগী য়ুম্ফম থোন্দুনা জগোয় মথল অসি মণিপুরদম্ভু লৈনবা হোৎনরম্মী। মতাঙ অসিদা মহাবীরগী খুদোল মমল য়াম্মী।

লান মমাঙ অমসুং মতুংগী চহী তরামুক্কা কোনবা মতমসিদা মণিপুরদা 'ওরিয়েন্টেল দান্স' হায়না খঙনবা জগোয় মথল অমা লৈরম্মী। মিংথোল অসি করম্না লাকখিবনো হায়বসি ছশেংনা খঙবা ঙম্দ্রি। মসি মৈতৈগী অশেংবা জগোয় অতু নত্তবা য়ানশিন্নবা জগোয় মখং অমনি হায়না লৌবা য়াই। মসিদা 'কথক' কী ষ্টাইল য়াম্না চঙই। রা. কু. সুর্যবড়, মচানিপা প্রিয়োগোপাল সনা, শান্তিবিশ্বর, ইন্দুভূষণ, বলদেব শর্মা (অতৈসু লৈরমখিগনি) অসিনচিংবা অসি ওরিয়েন্টেল দান্স শাবদা মমিং চংখিবা কলাকারশিংনি। মণিপুরদা হিন্দুস্থানী সঙ্গীত, কথক, মপানগী যন্ত্রনচিংবা চঙলকপা হৌখিবদি চন্দ্রকীর্তি মহারাজনা মাগী মতমদা 'জগোয় শাবী লোয়শঙ' লিংখৎখিবদগীনি। মসিদগী 'মরবাক জগোয়' অসি লাকখি। লান মমাঙদা চূড়চান্দ মহারাজদগী লাস পাস লৌরগা দূর্গা পূজাগী মতমদা মরবাক জগোয় শাবা (সমাজনদি হন্থনা য়েংবৈ) মণিপুর বাংমদা চংনরম্মী। অসিগুম্বা মতমসিদা মণিপুরী জগোয়গী অশেংবা মশক মাংদনা থম্নবা, পুখৎনবা হোৎনবা মীশক থরা থোক্লকখি। কাঙবু অমনা - অশেংবা পরম্পরা, ক্লাসিকেলগী মশক মাংদনবা থম্বা পামখি। অতোপ্পা কাঙবু অমনা মণিপুরী জগোয়গী ষ্টাইল, টেক্নিক, মথৌয় লৌরগা অনৌ - অনৌবা জগোয় কয়া শেমদুনা পুথোক্লবা হোৎনখি। মহাবীর অকোনবা কাঙবুগী লময়ানবা অমনি।

মহাবীরনা লান মমাঙদা গুরু অমুবীগা লোয়নননা অহান্নবা অদ-মোয়াদা লৈবা উদয় শঙ্করগী সেন্টরদা ওজা ওইরুবা, মথংদা দিল্লীগী 'সঙ্গীত ভারতী' দা ১৯৫১, আগষ্ট ১৫ দগী ওজা ওইবা অমসুং উদয় শঙ্করগা লোয়নননা ১৯৫০ গী মতমদা আমেরিকা অমসুং নোংচুপকী লৈবাকশিংদা পুং চোলোম উৎতুনা মণিপুরী জগোয় শন্দোকুবা হোৎনরম্লিবা অসি অচৌবা থৌদাল অমনি হায়না লৌবা য়াই। অঙনবা মতমদা মপান্দা মণিপুরী জগোয় শন্দোক্লবা হোৎনখিবা মীওই কয়ানি।

মখোয়গী মন্নুংদা শীংথাবা য়াবা থরদি — ১) অয়াঙ্গম য়াইস্বীনা শিংদা, ২) গুরু অমুবী অমসুং মহাবীরনা দিল্লীদা, ৩) হাউবম তোম্বনা শান্তিনিকেতন্দা, ৪) রা. কু. সুর্য্যবড় সনা অমসুং প্রিয়োগোপাল সনানা কলকত্তাদা ( রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী ইমুংগী মো অমনা, শ্রীমতী ঠাকুরনা লিংখৎপা 'নৃত্যনালয়' দা ওজা ওইরম্মী । ) অসিনচিংবা কয়ানি ।

মহাবীরনা 'সঙ্গীত ভারতী' দা মণিপুরী জগোয়গী ওজা ওইরিঙৈদা ক্লাসিকেল, ফোক, হাও জগোয়, মৈতৈ পুং অমসুং মানা কমপোজ তৌবা জগোয় কয়া ছাত্রশিংদা তম্বীখি । ছাত্রশিংনা অমসুং মহাক মশামক্না শো কয়া উৎখি । জগোয়শিংগী মনুংদা 'আধা মেরা' হায়বা অঙাংগী বেলে অসি য়াম্না মখিং চৎখি । মতমদুগী দিল্লীগী থবর অমদি ইখি— "The greatest achievement of the show, however, was the children's ballet 'Adha Mera'. One was struck of Mahabir Singh's great power of composition and creation. The piece was striking for its use of floor space and co-ordination of movements"...... "But there was nothing to match the two pieces by Sri Mahabir Singh - The Pung Cholom and Naga Dance." (Thought, Dec. 27, 1952 ) । মানা কমপোজ তৌরম্বা 'নৃত্যাশ্রম' গী জগোয়শিংগী মনুংদা ভারত মাতা, লাইথী জগোয়, হেলোয় অসিনচিংবা অসি বেলেগী মওংনি । মানা নাইতোম জগোয় 'দুর্গা', 'উর্ব্বশ্রী' নচিংবসু কমপোজ তৌরম্মী ।

মহাবীর য়াম্না থাং-চাউবা মীওই নত্তে । মশা নাপ-নাপ লাউই, য়াম্না খীংই । মশক-মতৌ থীবা নত্তে, জগোয় শাবা শকচবা দাঙ্গর অমনি । মহাক থবক তৌবা মতমদা য়াম্না চেকশিনবা, সিরিয়স ওইবা,

ডিসিপ্লিন ওাক্লা চংপা ওজা অমনি। ছাত্রশিংবু য়াম্না লুনা চান্না ভৌই, কিহন্দে। অহুবু থবক হৌশ্রবদি - হিংচাবনি, মাগী মীৎয়েং য়াওাও-শাওাও হোংশ্রগনি। খোঙ-খুৎ, মুভমেন্টশিং, চাং চপ মান্নবা চেকশিন্না, কয়া তন্নী। কলাকার খুদিংমক ফি শেৎপা, শক-শেম্বা, শেম-শাবা লোইনা তন্নী। পুম্না অমত্তা ওইনা থবক ভৌমিন্নবগী ভাব, রাথল পোকহল্লি। উদয় শঙ্করগা লোয়নরকপদগী মাগী কজবা মগুণ থন্না মহাবীরদা চঙলকখি। মসিদা শত্তনা, উদয় শঙ্করনা নোংচুপ ওগী ষ্টেজদা শো উৎপগী হৈ-শিংবা মৈ, ষ্টেজ পার্ফোমেন্সগী জ্ঞান কয়া লৌরকখি। পুম্নমক অসি মহাবীরনা অমুক মাগী জগোয়দা পানশিন্নবা হোৎনখি। মরম অদুনা 'নৃত্যাশ্রম' গী জগোয় কয়া ষ্টেজদা উৎপদা য়াম্না নায় পাকখি, মণিপুরদা অনৌবা ওইনা থোরকখি। মণিপুরী জগোয়না মাগুপ থাথোক্লুনা ষ্টেজদা কারকপা অহানবা অমসুং অঙনবা মতমদা মহাবীরগী দাম অমসুং খুদোল য়াম্না চাউনা লৈখি।

মহাবীরগী জগোয়গী ষ্টাইল অসি উদয় শঙ্করগী স্কুলনি। Projesh Banerjee না (Indian Ballet Dancing. 1983, - Uday Shankar and His Art, 1989. লাইব্রিকশিংদা) উদয় শঙ্করগী জগোয়গী মরমদা কুপ্পা নৈনন্নবা মতুংদা মাবু 'অনৌবা বেলেগী অপোকপা' হায়না শাংথারম্মী। উদয় শঙ্করনা ভৌরিবসি ভারতকী জগোয়নি - বারী, ফিজেৎ, টেক্লিক, ষ্টাইল, মুভমেন্ট, মথ্যায় কয়া ভারতকী জগোয়শিংদগী লোথোক্লগা ফ্রী ষ্টাইলদা মাগী অনৌবা খুৎশেম ওইনা পুথোক্লকপনি। মহাক মোদর্ন ইন্দিয়ান বেলেগী খুৎমাবনি। মতৌ অসুম্না মহাবীরসু অনৌবা মণিপুরী জগোয় অমসুং বেলেগী লময়ানবা অমনি হায়না লৌবা য়াই। হৌজিক মণিপুরদা বাংলিবদি - মতমাসগী ওইবা অনৌবা বেলে, কন্টেমপোরেরী বেলে কা হেন্না চাওথৎপা ওমদবা অমনি। মতমগী পুন্সি, সমস্যাগা চান্নবা মতমগী বেলেসু পুথোকপা ভাবনি।

মহাবীরনা কোঙক্রিবা খূৎই লাইরিক অনীথক থনম্মী অমনা ‘কল্পনা’ ফিলমগী বারী ইশিনবনি। অতোপ্পা অমনা চেনা ১৯৯ পানব', ১৯৪৭ তগী ১৯৪৯ ফাওবগী মতমদা থোকপা থৌদোকশিং, লংফৈদা চৎপগী টুর দাইরি ওইনা তৌবা, মানা য়াম্না মুংশিজবা লাইরেনকাবীগী মংলেম্বী ( মাগী মুপী ) গী মরমদা শৈথাহুনা ইবা মুংশি চিঠিশুরনি। ইবগী মওংনা নোবিম্না ( মহাবীর ) মোত্তিদা ( মংলেম্বী ) থম্মোয়গী মুংশি মৈচাক কোঙদোকপনি। করিগুম্বা মহাবীরনা লমকোয় বারী ইবা হৈরম্নবদি য়াম্না যজবা ট্রেংলাদোগ অমা শোয়দনা ওইরমগনি। মসিদা মানা লংযৈদা থেংনরকপা মুং-ঙাইরবা থৌদোক কয়াম্ভ ইরি।

মহাবীরনা অহুম্না পুন্সি লোমখিগনি হায়বসি কনান থাক্তরুগনি! ‘সঙ্গীত ভারতী’ দগী ছুটি থারক্তনা মাগী লৈফমদ। ( মাগী মুপী মংলেম্বী দেবীগা মচানিপা বলবীরগা লৈমিম্নরি ) লম্বীদা চুই অভৌবা মচা অমনা চৌকখি। থোঙগ্রাউ তৎলি, য়াখূল ১/২ লৈ। থোইনা য়াম্না লুবা মান্দে। হীদাক থরা তৌরগা তোক্লে। থা ও হৈরগা কম্না নাবা হৌরক্লে। হোস্পিতালদা পুথৎলে, মথংগী মুমিৎ – য়াওশঙ পূর্ণিমা মতুং মরীনি কোনবদা (১৯৫৬) হোস্পিতালদা শিখি। শিরম-দাইদা পূং য়ৈব হৌরক্লে। মাগী ঙমজবী থাহুনা অরোইবা পাঙ্গুংদা পুং য়ৈনা য়ৈনা ফমুংদা অহুম হাইথক্লে। পুংথোল লেপক্লে। মহাবীর শরু হোনখিদ্রে ▣

— নোংমাই পণ্ডিত, ‘পোরফম’, ১৪। ৯। ১৯৯৮

# শ্রীতোরাংবম নদীয়াগা উনরুবা অমা

## ( চহী ৩০ রবীন্দ্রভারতীদা ওজা ওইরুরবা ওজা অমা )

চহী ৩০ রেংই বেঙ্গলগী রবীন্দ্রভারতী বিশ্ববিদ্যালয়দা মণিপুরী জগোয়গী ওজা ওইরুরবা মতুংদগী থবক্তগী পোংথ'তুনা লৈরবা ওজা নদীয়া নাতুনা লৈরে হায়বগী পাউ তাই। নোংমা মেনে কুমারী সূর্য্যমুখী দেবীগা লোয়ননা অনাবা হংবা চংলুই। ফমুংদা হীপ্তুনা লৈরম্মী মমায়তু ফক্লাংদা ওনশিল্লতুনা। চহী ৮১ শুরবা ওজাবু খুরুমজরে। কদায় মাদি হৌগংলকপা ওমদ্রে! হকচাং পণ্ডথবা লায়নানা ন'তুনা লৈরম্রে! ষ্রেং থংবা নাকন অমা পণ্ডথরে। মখুং য়েংতি করি অমত্তা তৌবা ওমদ্রে। মশানা কল্লিবা, উইরিবদি মতোমতা হৌগংলগা মখোঙ অতু কাংথোব্দগী য়াম্বরগা ফম্মী, মশাতু শৌগংকে পায়গে হায়বা য়াদে। অনাবগী শকফম মান্দ্রে, চহী মরী নারুরবা ওজগী কুড়-কুমেন করি অমত্তা কায়দ্রি, তঙাং তঙাং ফজরি কল্লকই। মমীং তরু-তরুই, মশাতু য়াম্না উইনা উই। মহৌশাগী মশা নানজবতু কায়রমদ্রি, অনাবা মানা তনান তনান কৈরুম্মী। বা ঙাঙবদদি লৈয়েঙ থরা ফাইরে, মুন্না তাম্রবদি থংবা থরা য়ারে। ঐখোয়বু উবদা মানা কয়াদা হরাউজবা, মাগী মায়থোঙতু কয়াদা মকা লাম্না উপ্রবা। হায়রকই— "ঈশ্বরনা ঐগী হকচাং তঙ্খাই অমা লৌশিনবিদ্রে।

মাগী লীলানি, মাগী মনীংনি। ঐহাক মীৎকুপ অমা কাংদনা যোলনাম শোন্দুনা মতম লেপ্লি।" কয়াদা নুংশিঙ্গবা মরাহৈনো, ঈশ্বরগী ইচ্ছাদা পুম্নমক কথোক্কনা হিংলি। মধা তারকই— "ইবুংঙো লাকপা য়াম্না নুংঙাইরে। ঐহাক ইবুংঙোবু নীংশিংলম্লিবনি। ঐগী পুন্সিগী বারী অসি ঐবু অমসুং কলাবু মশক মুম্না থঙবিবা মীশক অমদা বারী শানীংঙুনা খোরাংনা ঙাইরম্লিবনি।" নুংশাবু থিরুই— পুন্সিগী করম্বা অরুবা রাকম ওইরিগবা! চোকথবা লৈতনা শাংমা শাগ্রবা নুমিৎতুগী ওজাগী পুন্সিগী বারী অতুদা য়াম্না মঙল য়ামগ্রবা রাকম অমদি য়াওবা থেংনখি। মতু ওইরম্বা য়াই, পুন্সিসিগী শুককাউ কাউবা ঙম্লোই। চহী মরী কয়ুংদা কুন্দুনা লৈরবা, মাঙগী লম্বী নকশিল্লরুবা, মপুন্সি চুপ্পা জগোয়-ঈশৈদা লুপ্তনা লৈররুবা ওজা অমগী অরোইবা পাউদম্লি হায়না লৌবা য়াই। রাকমতুদি মৈতৈগী নট সংকীর্ত্তনগী মরমদনি। ওজানা হায়— "মৈতৈগী নট সংকীর্ত্তন অসিমুক ফজমা বাংবা পৃথিবীদা লৈতবনি। নাট্য শাস্ত্রদা থারিবা জগোয়গী চীংলেম্বা, ফজবা হায়বজু নট সংকীর্ত্তনদা লোইনা য়াওবনি। মসি মাঙথিগদ্রা, মৃৎথিগজ্রা হায়না নুংশা থি" ঐহাক য়ুম্না তাই, ওক হাই। ঙাইহাক রাখল অমদসু তাউরুই। কয়াদা নুনা থনজগ্রবা! ওজাদি থম্মোয় শোক্লা নট সংকীর্ত্তন ফজবগী মরমদা ঙাঙলি লৈয়েঙ ফাইরতুনা। "ওজা বারনি পোখাবিরো।" য়াদে, ঙাঙবা লেপতে। মাগী শাংলবা পুন্সিগী ইতিহাস অতু লীবা নংহৌরোইদৌরুত্রা হায়না নুংশা থীবা য়াল্লি। বাবা চোকথবা উদে।

ঐনা থঙবা পামখি— কররম্না ওজা নদীয়ানা কলাকার, জগোয়গী ওজা অমা ওইরকখি। থঙলকখি— কলাকার অমা ওইরকপা হায়রবসি অরাবনি, অকনবা লাম্লেং কয়া থেংনবা তাবনি। ওজা নদীয়াদি সনা শাবগী মচানি। (অপোকপা নিপামচা, পলেম্না মাইবম নিঙোল

অমুদোম্বী দেবী। মচীন-মনাও৬নি (নদীয়ানা অহল)। তৌরাংবম, কৈশাম, কাংজবম হায়রিবা য়ুম্নাকশিং অসি সনা শাবগী শিনকম য়াম্না তৌগল্লি। ইমুং অসি সনা শাবগী শিনফম তৌই ( উরিপোক তৌরাংবম লৈকায়, ইম্ফাল )। অহুবু ওজা নদীয়াদি সনা শাবা অসি থবায়না পামজম্মদে। মীনা সনা হুবানবনি হায়বসি তাবা ওয়মদে। সনা শাবা অমা ওইরবস্তু অপোকপা মিপামচাদি মনোহরশাহি, নটকী ঈশৈ শকই, পালা ওই। মপাগী ঈ লৌই। অঙাং ওইবিউদগী ঈশৈ-নোংমাই পামজরকই। চৈরাপ মনীংদা লৈবা, শাংগী খুবা থোকপা, মমিং চংপা ওজা তৌরাংবম অঙৌদগী পুং, তবলা তম্মী। অহৌ হায়রিবা নিপা অসি তবলা, হার্মোনিয়ম, বাঁশি, ম্রেশরাজ, শারাঙ্গীনচিংবা যন্ত্র শুনা থোংবা হৈবা ওজা অমনি। অহুদগী গৌরলীলাগী নিপামচা পালাগী পুং য়ৈরে। গুরু অমুবীনা লুনা-চাম্না তৌবদগী শমশেনবা ৬/৭ রক য়াওরকই। মমা-মপানা হায়— "অঙাং অসি মাঙবা তারে, ঈশৈ তৌগে হায়রে। মথোনদি ফক্তে, য়াংদে। পুং ওইনা তেমহল্লসি।" মথোয় লৈকায়দা লৈবা হাউবম চাউবীদগী মৈতৈ পুং তম্মে। অহুগা চাউবীগী মচানিপা হাউবম গোপালমচাদগী খোল তম্মে। পুংগী বিদ্যাদি ফনা হৈরে। মাগী পুংগী ওজাশিং অসিস্তু লৈবাকী মমিং চংপা ওজা তাক্কনি। ওজা চাউবীদি কোম্লুংগী মযামবুংহনগী হঞ্জবা ওইরম্মী। মতম অসিবাইদা কাছাড়দগী মমিং চংলব ঈশৈ শকপা তোন্নু লাক্রম্মী। মহাক্না পুং য়ৈবা অমত্তা পীথু হায়বদগী ওজাশিং অসিনা নদীয়াবু পীরে। কাছাড়গী মফম কয়াদা কোরনা চংতুনা পুং য়ৈবা চংথি। তোম্নু মমিং চংপা ওজা অমনি। বাংলা কীর্তন, পদাবলী কীর্তন শকপা য়াম্না হৈ। মসিগা লোয়নন যাত্রাগী ঙাঙাঙ-শাঙাঙ, অভিনয়স্তু য়াম্না হৈবা কলাকারনি।

নদীয়াগী য়ুম পানবা মতম হেনথিগদৌরে। অহল-তমম্না, ময়াম্না য়ুম পাম্নবা বম্না হায়রে। নদীয়ানদি য়ুংজদে। মরমদি পুং

য়েবনা শেন-খুমদগী মরমদা মী ওইবা ডমদে। পৈশা খোক্লে। য়ুম পাল্লগা ৱাংগনি খল্লি। মনাওনিপা অমী দুগী থিজুনা ময়ুম পানগ্রে, মচা-মশু পোকখ্রে। ময়ায়া কম্না হায়বদগী মশাংগী চহী ২৭ শুবদা, লান মনুংদা খৃ· ১৯৪৪ দা থাংমৈবন্দগী লাইশ্রম নিঙোল তোম্বী দেবী লুহোংজনা লৌই। হৌজিক মচা মশু লৈরি, দুগী অমী, মুপা অহুম।

য়ুম পাল্লবা মতুংদা শাখীনা অরাবা মায়োক্নরে। মতমখুদা ঈশৈ-নোংমাই তৌবা, পূং য়েবা পৈশা য়াম্না খোকপা নক্তে। শ্রাদ্ধ শোনবগী খুদে খরগা, পৈশা থাবদা কংলকপা য়ামখিত্রবা পৈশা অদুনা পুবা ওয়া নক্তে। দুমিৎ খুদিংগী শ্রাদ্ধগী পূং য়েবা কংবম্ব নক্তে। মপা-মপুগী শিনকম সনা শাবম্ব হৈহৌক্লে। কমদৌবা ভাই। পাম-জবা কলাগি থাদোকপা য়াদে। গুরু অমুবীগী মকমদা চঙজরে। অভাং ওইরিবৈদগীসু গুরুনা মাবু শেম্বীরকপনি। অদুদগী জগোয় তৌরো হায়জুনা গুরু অমুবীদগী জগোয় তম্লে। ভগী মখুল ৫ গা ঈশৈগা কোম্লনা তম্লে। মতম অসিদাইদা মহাবীর অমসুং গুরু অমুবীখোয়না 'নৃত্যাশ্রম' লিংখৎলকপা মতমনি। ওজা নদীয়াসু গুরু অমুবীগী তেঙবাংবা ওজা অমা ওইনা খৃ· কু· ১৯৪৭ তগী ১৯৫৬ ফাওবা নৃত্যাশ্রম য়াঙরে। নৃত্যাশ্রমগী কলাকার অমা ওইনা ভারত সরকারগী কলচরেল দেলিগেসন্দা শরুক য়াদুনা পৃথিবীগী মকম কয়া কোয়রুরে। খৃ· ১৯৫৪ দা রুস, ১৯৫৫ দা চীনা, ১৯৫৬ সাউথ-ইষ্ট এশিয়া কোয়খি। মরু ওইনা মকমশিং অসিদা শ্রীটিকেন্দ্র বাবুগা লাম্না তৌদুনা পুং চোলোম কয়া উৎখি।

মরক মরক্তা লংফৈ চৎলবসু চপ চাবা শিনকম অমা পায়দবগী অরাবা অসিদি অদুম লৈ। গুরু অমুবীনা মাগী য়ুমদা লিংখৎপা নৃত্যবিদ্যালয়দা জগোয়গী ওজা ওইহনা মতম লেপ্লে। গুরু অমুবীনা মাগী দুংশিরবা শিষ্য অসিবু ভাজ্ঞা চাবদা দংমৈদা থাদুনা ওজা

ওইচনগে হায়না খন্দুনা লৈরিবনি। মহুগী তাঞ্জাহু লাক্লে। খৃ. কু. ১৯৫৬ দা কলকত্তাদা একাদমী ওব দান্স, দ্রামা এন্দ ম্যুজিক হায়বা অমা লিংখৎখি। মহুগী ওজা ওইনা গুরু অমুবীনা থাবিল্লে। অমুকন্ন খুদোংচাবা অমা লাক্লে। মেষ্ট বেঙ্গলগী চিফ মিনিষ্টরনা বি সি রায়না খৃ. কু. ১৯৬২ দা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী য়ুম-ইখোল পুন্নমক সরকারনা লৌশিল্লগা 'রবীন্দ্রভারতী বিশ্ববিদ্যালয়' লিংখৎখি। জগোয়-ঈশৈ অমসুং থিয়েটরদা শ্যায়দগী মমিং চৎলবা মীশকশিংবু ওজা মকোক ওইনা হাপ্পী। উদয় শঙ্করনা জগোয়গী মকোক ওইখি। গুরু অমুবীনা উদয় শঙ্করদা নদীয়াবু মণিপুরী জগোয়গী ওজা ওইহন্নবা হায়রে। উদয় সঙ্করনা য়াদবা ঙমখিদে, অহোইনহুম হরাউখি। অসুম্না খৃ. কু. ১৯৬২ দগী রবীন্দ্রভারতী বিশ্ববিদ্যালয়দা চহী ২৫ মণিপুরী জগোয়গী ওজা ওইখি। মাসদগী চহী ৫ অমগা শাংদোক্লুনা চহী ৩০ চুপ্পা ওজা ওইরবা মতুংদা থবক্তগী পোথাখি। সনা শাবা মীশক অমা ওইরমগদবা নিপা অমা ভারতকী চাউরবা বিশ্ববিদ্যালয় অমদা ওজা ওইহন্না মণিপুরী জগোয় শন্দোকখি। মসি, নংত্রা পুন্সিগী মহয় য়ানবা হায়বদো। ওজা নদীয়াগী কলাগী পুন্সিদি মপুং ফারে।

ওজা ওইরিবৈদা গুরু নদীয়ানা নতুন রাস কৌবা জগোয় অমা শেমখি। হরিদাস স্বামীগী সংস্কৃত ঈশৈ অমদা য়ুক্ষম ওইরগা শেম্মা জগোয়নি। রবীন্দ্রনাথকী চন্দালিকাসু মণিপুরী ষ্টাইলদা জগোয় ওইনা পুথোকখি। মণিপুরী নৃত্য (১৯৯২) কৌবা লাইরিক অমসু বাংলাদা ইতুনা থোঙখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা (১৯৯৪, নৃত্যভূষণ), এম এস কে এগী এৱার্দ (১৯৮৯), সঙ্গীত নাটক একাদমী এৱার্দ (১৯৯৪) না লৈতেংলবা ওজানি। কায়নরমদাইদা ওজা নদীয়ানা হায়রকই—"ঐদি য়াম্না বানা নংনা হৌরকই। ঐখোয়না হোৎনরিবা অসুম্না হৌজিকী নহারোলশিংনা হোৎনরবদি শোয়দনা ফাওগনি।

হৌজিকসিদি হোৎনবা য়াম্না বাৎলি। ঈরাং অমদা চৎরে।" "ঙসা বাম্নি পোথাবিরো, কুইরে বা ডাঙলক্লিবা।" য়ামদ্রহনা হিপথখি। মাদি পেল্লি করিনো য়াম্না হায়নীংলি। ফুংডাইতে ঙজাগী ফীভম য়েংবদা। নমস্তে তৌরে, খুরুমলে। তুমিন্না ইমুংগী কাহুদগী থোক্লকই। চৎনা-চৎনা মীৎতা শং শং উরকই-ঙজানা বেঙ্গলী ভদ্রলোক অমদোনা অনানবা ফৈজোম, কুর্তা, লৈংজগা মখোঙ কূপথাং কূপথাং থাংলহনা, মীওই পীক্কক হৌরহনা উরিপোক্কী সড়কী মতাইদা হেক হেক চৎপদো। হৌজিক্তি চৎপা ঙম্মোই, উররোই। নীংশিংলি মাগী বাহৈ— "...ভগবাননা ঐগী হকচাং তঙ্খাই অমা লৌশিনবিরে। মাগী কুশিনি।" কয়াদা ভক্তি লৈরবা। ▣

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্লফম', ৫ ৯। ১৯৯৮

# ফিল্মগী নিংথোরেল অমা নোঙ্গাখিবদা ঃ

# কুরোসারা

## ( মণিপুরী থিয়েটরদা কুরোসারাগী প্রভাব )

ঐনা খৃ. কু. ১৯৯১গী মতমদা পাঙথোকখিবা 'ফিল্ম এপ্রিসিয়েশন কোর্স' অমা য়াওবা মতমদা হন্দক্তা তাং ৬ । ৯ । ৯৮ দা নোঙ্গাখিবা, জাপানীজ ফিল্মগী নিংথোরেল হায়না কৌনরিবা, Akira Kurosawa গী মমিং চৎলবা ফিল্ম খরা য়েংবদা নত্তনা কূপ্না নৈনবগী খুদাংচাবা ফংখি। মতমতুদা মহাকপু অহানবা ওইনা খঙখি; তশেংবমক মহাক যুগ অসিগী অচৌবা ফিল্ম ডিরেক্টর অমনি। মাগী ১৯৫০দা পুথোকখিবা 'রাশোমোন' হায়বা মমিং য়াম্না চৎখবা ফিল্মঅসি ১৯৫১দা ভেনিস ফিল্ম ফেষ্টিবেলদা গ্রান্দ প্রি ফংখি লোয়ননা একাদমী এরাড ফোর বেষ্ট ফোরেন ফিল্মসু ফংখি। মসিদগী কুরোসারাগী মমিং পৃথিবীদা শেগাক কায়না ফাওখি। পৃথিবীগী ফিল্মগী জগত্তা মহাক্তা জাপানীজ ফিল্মগী অচৌবা ফিদা অমা থাবা ঙমখি। ফিল্মদা য়ৌনা চাউখৎলবা নোংচুপকী মীওইশিংগী থম্মোয়বু জয় তৌদুনা জাপানলোমদা পূক্নিং চীংশিনবা ঙমখি। অমুক্তং ফংবদা য়ারবা, পৃথিবীগী মমিং চৎলবা একাদমী এরাড অদু কুরোসারাদি অনীরক ফংখি। অহুগা ১৯৯০ দা Honorary Academy Award for Lifetime Achievement সু ফংখি।

অকিরা কুরোসাবা (২৩। ৩। ১৯১০ – ৬। ৯। ৯৮)গী অপোকপা আমি ওকিসার ওইরম্বা মতুংদা মিলিটরী স্কুলগী ওঝা ওই। মহাক জিমনাষ্টীকী মহৈ অসি চাউথংনবা কন্না হোংনখিবা মীশক অমনি। কুরোসাবাগী অহানবা শিন্নকমদি লাই য়েকপনি। সেকেন্দরী স্কুল পাস তৌরবা মতুংদা আর্ট স্কুল অমদা তম্মী। নোংচুপকী ষ্টাইলদা লাই য়েকপা হোই। মনা-মথুম কয়াম্ব ফংখি। অদুবু মহাক লাই য়েকপগী শিনফম অসি থাদোক্লগে খনখি। তাঙ্গা অসিদা টৌকিওদা লৈবা পিএলসি সিনেমা ষ্টুডিও অমগী এসিষ্টেন্ট ডিরেক্টরগী কম অমা কৌরকপদগী দরখাষ্ট থাদুনা ১৯৩৬ তা থবক অসি তৌবা হৌখি। লানগী ফিল্ম নম্বদা মমিং চংলবা ডিরেক্টর – Yamamoto Kajiro গী মথাদা থবক তৌরকপনি। কুরোসাবা লাই য়েকপা কলাকার অমা ওইবদা নত্তুনা ফিল্ম স্ক্রিপ্ট ইবদস্থ মমিং য়াম্না চংলি। মাগী স্ক্রিপ্ট কয়া চেফোঙশিংদা ফোঙখি অমস্থং মনা কয়াম্ব ফংখি। মানা ডিরেকশন তৌবা অহানবা ফিল্ম Sanshiro Sugata (১৯৪৩) অসি মায় পাকপা অমা ওইখি। মতমদু জাপানদ অনীশুবা লাঙ্গাওগী লান কন্না শোক্লরিবা তাঙ্কনি। ফিল্ম অসি ১৮৮০ গী জাপানগী জুদো মাষ্টর অমগী বারীদা য়ুম্ফম ওইবনি। মাগী অনীশুবা ফিল্ম „The Most Beautiful (১৯৪৪) অদুদা মরুওইবা পার্ট কুমথিবা এক্ট্রেস Yoko Yaguchi অসি লুংশিনদুনা লৌখি। মহাক মপুরোইবগী মাঙ থাদুনা হায়না ১৯৮৫দা নোঙ্গাশ্রে। মথোয়গী মচা অনীনি – মচানুপা Hisao অমস্থং মচানুপী Kazuko নি। কুরোসাবাগী শায়দগী মমিং চংপা এক্টরদি Toshiro Mifune হায়বসিনি। মহাক্না Drunken Angle (১৯৪৮) হায়বা ফিলমসিদা কুথা হৌবদগী মথং মথং ওইনা কুরোসাবাগী ফিলম ১৬ হেনবদা কুমখি। মহাকস্থ নোঙ্গাশ্রে। কুরোসাবানা মাগী পুন্সিদা ফিলম ৩০ হেন্না পুথোক্লম্মী। মসিগী মন্নুংদা মমিং চংপদি –Ikiru (১৯৫২),

The Seven Samurai (১৯৫৪), The Throne of Blood (১৯৫৭, সেক্সপিয়ারগী 'মেকবেথ'তা য়ুম্ফম ওইবা, সিলভর লাইওন ফংখি), Kagemusha (১৯৭৯, গোল্ডেন পালন এরাড' ফংখি), অসিনাচংবা কয়া। মহাক্না সেক্সপিয়ার, গোর্কি, দোসাটায়েবসকীনচিবা য়ুরোপকী মমিং চংলবা লাইরিক কয়াস্থ মাগী ওইবা ষ্টাইলদা ফিলম ওইনা পুথোক্লম্মী। ১৯৬০ দা মাগী ষ্টুডিও 'কুরোসাবা প্রদকশন' লিংখৎতুনা ফিলম প্রোডুসর ওইরে। আমেরিকাগী প্রোডুসরশিং থরগস্থ খুৎশম্নহনা ফিলম পুথোকখি। প্রোডুসর অমা ওইনা মহাক মায় পাকপা ঙমখিদে, পৈশা য়াম্না মাঙবা য়াওখি। মথক্তায় হুংঙাইরক্লবা মতাঙ থরদা মহাক মতোমতা শিজগে তৌবফাওবা য়াওখি।

কুরোসাবাগী ফিলম কলাগী মরমদা কনানা শীংখাবা ঙমগনি? মাগী তোপ তোপ্পা কজবা কলাগী মগুণদি—জাপানগী পরম্পরাদগী লাক্লবা 'কাবুকী' অমসুং 'নো' থিয়েটরগী কজবশিং শীজিন্নবা, মাগী লিরিকেল অমসুং কাব্যশক্তিগী মীৎয়েং, জাপানগী অকন-অথোগী বারী লোয়ননা নোংচুপকী টেকনোলোজিগা পূন্না অমত্তা ওইনা পুনশিন্নরগা মাগী ওইবা, অনৌবা ষ্টাইল অমা ওইনা পুথোকপা ঙম্বা অসিনি। য়াম্না মমিং চংলবা ফিলম ক্রিটিক অমনা মাগী ফিলমগী মরমদা হায়—

"His films represent a unique combination of elements of Japanese art-in the subtlety of their feeling and philosophy, the brilliance of their visual composition and their frequent use of samurai and other historic Japanese themes - with a distinctly western feeling of action and drama and a frequent use of stories from western sources, both literary classics and popular thrillers."

মুংঙাইরিবদি মণিপুরী থিয়েটরদা কুরোসাৱাগী প্রভাব তাবা উবা ফংই। কলাক্ষেত্রগী মমিং চংলবা ডিরেক্টর শ্রীকাহ্নাইলালনা কুরোসাৱাগী 'Roshomon' অসি থিয়েটর ওইনা ইম্ফাল অমসুং ভারতকী মফম খরদা উৎখি। 'রোশোমোন' অসি Akutagawa Ryunosuke কোৱা অইবা অমনা ১৯১৫দা ইবা ৱারী অমদগী নুংফম ওইরগা কুরোসাৱানা ফিলম ওইনা পুথোকখিবনি। থৌদোক অসিদি ১০শুবা শকাব্দীগী ৱারীনি। মী হাৎপগী থৌদোক উহৌবা মী মরীথক্লা মায়দবা তোখায়বা পাউদম মরী কোংদোকপস্থ উৎপনি। থৌদোক অসিনা ভাবোকী কলপনাদা য়ায়া কয়া য়েবা ওস্মী অচুগা সমস্যা অসি মেতাফিজিকেল ওইবা থাক য়োনা পুখৎপা ওস্মী। 'রোশোমোন' ফিলম স্ক্রুপ্ট অসি কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্রনা হন্দোক্লগা কলাক্ষেত্রনা ১৯৮৭ কাহ্নাইলালগী প্রদকশন টাইল অমদা শায়খি। ইম্ফালদা উৎত্রিঙৈ মমাঙদা কলিকত্তাদা হায়া উৎখি। দিল্লিগী শ্রীরাম সেন্টরগী বেজমেন্টতসু উৎখি। ১৯৯২দা কর্নাটককী 'রঙ্গয়ন কর্নাটক' কোৱা সংস্থাননা শীনবা ৱাকশোপ অমদা শ্রীকাহ্নাইলালনা মখোয়গী মরোন্দা "রোশোমোন" পুথোকখি। য়ায়া মায় পাকখি। শ্রীএচ. তোম্বগী ম্যাজিক থাগৎনখি। হায়রিবা লীলা অসি খরা শেমদোক শেমজিন তৌরগা ১৯৯৩ মার্চ থাদা এরিয়ান থিয়েটরদা 'কংলা হোজং' হায়না মমিং থোন্দুনা উৎখি। লীলা অচু ঐস্থ য়েংজহৌই। য়ায়া নুঙাইখি। শ্রীকাহ্নাইলালনা হায় "রোশোমোনদা ঐনা নুংঙাইজরিবাদি মসিদা উৎলিবা সমস্যা অচুনি। হৌজিকী মতমগা য়ায়া চাই। অচুম্বা মশক খঙদবা, মী অমা শিবদা মহৈ মহৈ পংহায়দা হায়নবা, মেন তাদবা মওং অচুনি। ফিলম স্ক্রুপট অমবু থিয়েটরদা ওস্তোকপা য়াত্রা হায়বগী চাংয়েং অমস্থ তৌবান।" অকিরা কুরোসাৱাদি মতম কুইনা নীংশিংহুনা লৈহৌরগনি। ▣

দি ইম্ফাল ফ্রী প্রেস, সেপ্টেম্বর, ১২, ১৯৯৮

## 'নাট্যভূষণ' ফংলবা শ্রীসারুংবম অমুজাও সিংহ

( মঙাও থিগ্রবা, ড্রাইভর-কলাকার অমা )

যম্লাম লৈকায়, ইম্ফালগী লৈবা, মশাগী চহী ৭১ শুরবা (১৯২৭, এপ্রিল—) এম জি মগী মমিং চংলবা অমসুং মণিপুরগী শরাইরবা থিয়েটরগী কলাকার শ্রীসারুংবম অমুজাও সিংহনা হন্দক উরিষ্যাগী উৎকল যুব সংস্কৃতিক সম্মনা 'নাট্যভূষণ' উপাধি পীরক্লুনা ইকায় খুম্নরক্লে হায়বগী পাউ তাবদা য়াম্না নুংঙাইজে। ঐভোন্দদি ওস্থোক্লা থাজরক্লদনা নুংঙাইবা অমত্তুম ফাওখি। মরমদি, ওজা অমুজাও ওস্থোক্লা মঙাও থীগ্রবা মীশক অমনি। মহাক থিনঙাও-লৈঙাও ওইনা ড্রোই। মথোঙ য়াম্না চাদে। মিহুন অরাংবী অমা লৈ। হায়নীংবা রা পন্দে-দঙ দঙ, মী শাউগনি, শাউরোই থগদে। এম জি মুগী লীলা শান্নরিবৈদা অমুজাও মাঙগ্রে, থিবা থগগ্রে হায়দুনা কোয়থি থিনরক্লে, মাগী মতাঙ য়েংরক্লে, কমদৌনি? কদোমদগীনো থগদে, মাগী মতাঙ থজিক্লং তায়রবদা থোংনাওদা ফং লাউনা চোঙশিন্নকই। (মাগীদু তাল্লক্লা কুং য়োংগুরিবা জাংনি ) অতাং ওইরিবৈদা মথোয় লৈকায়দা শশীমোহনখোয়না ক্লাসিকেল ঈশৈ শকই। মথোয়না রাগ চৌরকপগী হেকপা, ঙংবা অডুদা কপিস্ত খংজত্রিবা অমুজাওদদি ওস্থোক্লা নোক্লীবা অমা ওইনা থোকউরদুন মতাম মমাঙদা কাক

কাক লাউনা হৌনা নোকথোকউরে। রাগ কায়রে, স্বরখিংবমথৈ মমীৎ উইশিন্দুনা হেকইবা ওজাহুনা মনাক্তা লৈবা লীচৈ অহুনা অঙাং অমুজাওদা কন্থগে তৌরে। অমুজাও মথুন থাঙ্গৎতুনা চেল্লকই। মকোকচীংদা গাড়ী থৌরিভৈদা নাগা হোঙ্গাইলশিংনা ফাক্লরে, হাংকে তৌই; মরাররক ফবদগী ফুরগা থাদোকপিরকখি। উচিন-নাচিম্মা মথাম্ন হিংহৌই। বেঙ্গলদা গাড়ী থৌবগী থবক তৌরিভৈদা, অহাঙবা মতমদা ফুটবোল শান্নবদা বোল অহু হেন তৌরগা গোল চম্নবা হোৎনবদা শোয়রহুনা নাকোংদা পান্দুনা মনা নাম্মা পঙখি, মহাক হৌজিক এয়ারকোন হাপ্লি। য়ুম পাল্লবা মতুংদা (খৃ. কু. ১৯৪৯, চজাৎদগী নিংথৌজম নিঙোল অপাবী দেবী; হৌজিক মচা মরী লৈরি।) মাগী মুপীনা মথোঙ চাদে ভাওশিন্নৈ, লৈবা ওয়্নোই হায়রুনা মপামদা চৎলুবা য়াওখি, অমুক লৌরুই। মমা-মপানা অমুজাওবু চাগনি-থক্লনি খঙদে, লীলা তৌদুনা ভাওশিন্নহুনা লৈ হায়হুনা শাউবদগী চক্-উয়ান অহনবা অমমম, লৈবিরগা মাবু ভোঙাননা পীজে। অহুদগী মানা ফুক হোগৎতুনা লংফৈদা পৈশা তানবা হেক্তা চৎলি। লীলাদা তশেংনা নম্নবা, ফুনবা, কাওনবা অহু মান্নবা হায়হুনা তশেংনা ইম্ফাল তুরেলগী লৈভোই মরক্তা ক্নবা তম্মী। অহানবদা লীলাগী ওইনা মঙোন্দা পীরবা পার্ট অসিসু মথোঙ হুক্তবা ভাক্তনি-শন হুরানবা শাবা, মুপী লংনব., গুন্দা, নোংবান, ক্তবা শাবা অসিনি। অসিগুম্বা পার্টশিং অসিদসু মহাক য়াম্মা পবচৈ। ওজা অমুজাওগী পুন্সিদ থৌদোক-বাথোক কয়ানা পীক থন্নি—মুংঙাইরবা উপন্যাস নৎত্রেগা এভডেঞ্চরগী বারী অমদগী হেল্লি। মাগা বারী শাবা য়াম্মা মুংঙাই, ভাইহাক্তি ঐথোয়সু মাগী বারীদা পুমঙাও ভাওই, পুমলাও লাঙই। মাবুসু মীনা অঙাওবনি হায়। মহাক হেক চৎখিবগা হায়নহৌই - 'অমুজাও অঙাওবা চৎলে।' অহুবু করিগীনো-অঙাওবা নিপা অসিদা মুংঙাইবগী মন্নাই অমা লোৎতুনা লৈল্লিবা,

মুংশিবগী ঈচেল অমা লোয়া চেল্লিবা ? করিগীনো মাবু শাউবা ভমজ্রিবা ? করিগীনো মাবু মুংশিদবা ভমজ্রিবা ? ময়মদি - মচাক চোকলম চাজ্রবম্রু মবুক য়াম্না শেংই, মবুক লোমদে; পুকচেল শেংই। হোৎনবা য়াম্না কল্লি, মুপাথোকপা লিংজেল অমা লৈ, য়াম্না তস্নে, কলেজা লৈনা হিংবা পাম্মী। পুন্নমকী মথক্তা মাদি কলাবু য়াম্না মুংশিজবা মীশক অমনি। কলাদা ভাওজবা অভাওবা কলাকার অমনি। ভাওবা পামজরিবা ঐনা তশেংনা ভাওবা ভম্নবা কলাকার অমগা য়ারী শাবা অঙকপা ফংনা মুংভাই। ওজা অমুজাওনা য়ারী শাবা লীলাগী লীলা ভাক্তনি। মীনা হায়নৈ— "অভাওবা মানবা নিপাসিনা ষ্টেজদা কাগ্রবদি মওং অমা তৌরকই, লাই ওল্লকই।"

অভাং ওইরিবৈদা গ্বাইরাকপম ঁনবকিশ্বরনা তম্বীহুনা লৈকায়গী নিত্যাইনম্ব য়াওপ্তা লীলা শান্নবা য়াওরকপগা লোয়ননা চম্পা ক্তা থল্লগা অহলশিংনা শান্নবা 'অরেপ্পা মরূপ', 'দেবলা দেবা' নাচংবা লীলাশিং থবায় য়াওনা য়েংজরকই। লান চেনবদা খৃ. কু. ১৯৪৩গী অহূবাইদা চজীংদা কেশ্বরী নাট্য মন্দির লিংখৎতুনা, হোল শাহনা লীলা শান্নবা হৌরকখি। লমজীংবিখিবা ওজাশিংনা, মরু ওইনা লমাবম ঁযাদুমণি অমসুং লাইশ্রম ঁবীরেন সিংহ। ঁযাদুমণিবু মাগী অহানবা ওজানি হায়হনা ভাসফাওবা কাউবা লৈতনা ভাক্ত কৎলি। চজীংগী হোলতুদা 'অরেপ্পা মরূপ', 'মায়া সংসার', (শাখিবা - যাদু), 'মাইনু পেমচা', 'থাবল্লৈ' (শাখিবা—বিধু), 'মধু - মালতি' (শাখিবা—মধু), 'কনানা কনানো', 'উসমান-থম্বাল' (শাখিবা—উসমান) অসিনচিংবা লীলাশিং অসি শীনলাংহনা শান্নখি। হোলসিদা অহানবা কুমথিবা পার্টতি কন্সটেবল শাবানি। মথং মথং ওইনা হীরোনচিংবা মরু ওইবা পার্টশিং শারকখি। চহী ৩ রোম লৈরম্বা হোল অসিদা অমুজাও থিয়েটরগী পুন্সি লেপ্পা হৌথি অমসুং ষ্টেজগী কলাকার অমা ওইনা চপ চাবা ফিরেপ অমা লৌখি।

খৃ. কু. ১৯৫২ দা লমাবম যান্থমণিনা পুশিন্দুনা এম দি য়ুদা য়াওরে। মক্তমতুদা চান্দম গোপাল নত্তনা কা হেন্না মমিং চৎপা কলাকার থোইনা লৈরমদে, অয়াম্বনা রূপমহলদা য়াওখিরম্মী। এম দি য়ুদা মথং মথং ওইনা এস ললিত, খোমদ্রাম ধনচন্দ্র, এন থানিল, সিঐচ নিংথেমজাও, এন তোম্বীনচিংবা মমিং চংলবা দিরেক্টর কয়াগা থেংনখি অমসুং মখোয়গী মথাদা লীলা কয়া তমজরকখি। মাগী মতমগী লম্বা ওইনা— এলাংবম জয়, রামচরণ, সিঐচ গোপল, নীলমণি, মোতিলাল, থম্বাল, শর্ম্মা, দীনমণিনচিংবা কলাকারশিং অসিগা লীলা য়াওমিন্নরকখি। এম দি য়ুদা অহানবা ওইনা 'ইস্তাথক্কী চেক্লা' কৌবা লীলা অসিদা শন হৃরানবা শাই। মসিদগী মথং মথং ওইনা লীলা কয়াদা তোথায়রবা রোল কয়া শাখ্রে। মমিং চৎখিবা লীলা খরা পনবা তাররবদি—'জাপান লান' (মেজোর) 'হাউরুং লৈশং শাফবী' (খোম্‌লোয়); 'কল গার' (মন্ত্রী); 'রামের সুমতী' (স্তা হৃবানবা); 'মখোয়সু মীনি' (ভদ্রলোক); 'পিদোম্ন' (নিঙোল লাকপা); 'কেগে লমজ' (মনাই); 'মৈতৈ থুঙং' (কামু যাত্রা) 'মাওউরবা মণি' (বিধু) অসিনচিংবা কয়ানি।

শ্রীঅমুজাও ষ্টেজগী এক্তর অমা ওইবদা নত্তনা দিরেক্টর অমসুং লীলা ইবা অমসুনি। হৌজিক ফাওবদা লীলা ৪০গী মথক্তা দিরেক্সন তৌখ্রে। মমিং পনবা য়াবা খরদি—'মতমগী খোঙহৌ', 'মৈতৈ থুঙং', 'মাইতোনফি শিমেরেশাং', 'পাউথুমঞ্জবা রাহং' অসিনচিংবনি। হায়রিবা লীলাশিং অসিদা বেষ্ট দিরেক্টরগী মনা কয়াসু ফংখি। মণিপুরী থিয়েটরদতা নত্তনা মণিপুরী ফিলমদা অমুজাওগী খুদোল চাউনা লৈ। মণিপুরগী মমিং চৎলবা ফিচর ফিলম অক্নমদা—'মতমগী মণিপুর', 'শাফবী', 'ইভাল্লৈ'দা পার্ট মচা মচা শাহন্না কূমখি। মসিগী মথক্তা, থিয়েটর অমসুং সংস্কৃতিগী সংস্থান কয়াসু য়াওহন্না অওম্বা থবক তৌরি। পনবা য়াবা খরদি—পাম্বোহৈবী নাট্য মন্দির (ফাউন্দর মেম্বর); এম দি য়ুগী সেনিয়ার দিরেক্টর বোর্দকী এদভাইজর; ওল মণিপুর

সিভিল সার্বিসেস ড্রামা এসোসিয়েসনগী এডভাইজর অসিনচিংবা। লীলাগী চাংয়েং কথাদা মনা-মথুম করা ফংবগা লোয়ননা ভারত সরকারগী অহল ওইরবা কলাকারদা পীবা পেন্সনসু ফংলি।

অমুজাওগী পুন্সিগী মরু ওইবা শিনফমদি গাড়ী থৌবা ড্রাইভর অমনি। অহানবদা শিংজমৈদা লৈবা মাইবম তোম্বীগী বার্কশোপতা য়াওদুনা গাড়ী শেম্বা তম্মী। মথুং-মশা য়াম্না কৈ, হোৎনবা তঙ্কে, থবায় য়াওই। লান মরুংদা গাড়ী পানথৎপা, থৌবগী থবক তৌই। কারাম মণিমোহনগা লোয়ননা বেঙ্গলগী জালপাইগুড়িদা গাড়ী পানথৎপা, থৌবগী থবক তৌবা চৎলি। মণিমোহননা গাড়ী পানথৎলগা য়োনবগী কারবার তৌরম্মী। মাগী মথুং-মশা হৈবা উবদা চা বগানগী বৃটিশ ওফিসারনা অমুজাওবু মাগী ড্রাইভর ওইনা থবক তৌহনখি। সাহেবকা ইমুং অমত্তদা পুন্না লৈমন্নৈ। খৃ. কু. ১৯৫২দা পৈশা থরা তাল্লবা মতুংদা ময়ূমদা থোক্রকই অতুগা মাগী য়ুম ওসি শাখি। লান চেনবদা ক্লাস থি ফাওবা পাস তোহৌদ্রবা মানা মরায়বক ফবদগী এম এস তিদা খৃ কু ১৯৬০দা ড্রাইভর ওইনা থবক তৌখি। মথং মথং এয়ব মাষ্টর, ইন্সট্রক্টর অমসুং কান্ট্রোল্লর ওইরবা মতুংদা খৃ.কু. ১৯৭৭ তা থবক্তগী পোথাখি। অতুবু মাগী কলাগী থবাক্তি লেপ্পা লৈতে।

অমুজাও ড্রাইভর অমনি অমসুং হৈজ কলাকার অমসুনি। অনী অসি য়াম্না তোঙানবা থেমনা উই। অতুবু কয়িম্ব থেন্নদে। কলাগী পুন্সিদি তোঙানবনি - মাদ আনন্দনি, তাংোক্ত সংসার অমনি। থবায় য়াওবা, পামজবা মী খুদীংমক চঙলকপা য়াই। কলাকার অমা ওইনা— অমুজাওগী থোকদে বপা মগুণদি— থায়নগী পারম্পর বু চেৎনা থাজবা, লুনা তৌজবা অসিনি। এস লাংলগী অভিনয় অমসুং রসকী থিওরিদা চেৎনা থাজবা কলাকারনি। মংমসিগী অনৌবা চাংয়েং লীলাদা মহাক চঙবা ঙমদে, মথ্যায়নসু পামজদে। থায়নগী ফজবা জগল্লু। ঙজবা কলাকার অমানি। হৌজিকসু মহাক ডাওরি, ডাওবদ লেপ এ, কলাদা ডাজ্জার। ▣

নোংথাং পণ্ডিত, 'পোক্লথম', ১২। ১০। ১৯৯৮

# খোমদ্রাম ধনচন্দ্রগী ১০০শুবা মপোক কুমওন

( ২১ | ১০ | ১৮৯৮–২১ | ১০ | ১৯৯৮ )

ধনচন্দ্রবু আই পি ( ইন্সপেক্টর ওব পুলিস ) হায়রগা থংনৈ ( অপোকপা জিংচন্দ্র, অপোকপী লোকমঞ্জরী ) খৃ. কু. ১৯২৩ দা জোনষ্টোন হায় স্কুলদা ওজা ওইরবা মতুংদা খৃ. কু. ১৯২৫গী অহুবাইদা মণিপুর ষ্টেট মিলিটরী পুলিসতা ( এস এম পি ) এসিষ্টেন্ট কম্যান্দেন্ট ওইনা চঙবনি। মৈত্তৈ মচাগী মনুংদা আই পি ওইবসি মহাক্না অহানবনি। মাগী মমাঙদা অজ্ঞা পিঐচ রাজবাপু শর্মনা এস আই ওইরম্মী। হৌজিক উরিপোক 'রাজবাপু থোং' হায়রগা খঙনবা অমা লৈরিবসি মাগী মিংদা খঙনখিবনি। রাজবাপু শর্মনা থবক্তগী পোথাখ্রবদা ধনচন্দ্রনা আই পি ওইহৌই। মতমতুদা পুলিস দিপার্টমেন্টতা আই পিদগী হেন্না চাউবা কম অমত্তা লৈরমদে। [ খৃ. কু. ১৮৯২, অক্টোবর ১৯দা Mr. F. L. Crowford বু অহানবা কম্যান্দেন্ট হাপতুনা ষ্টেট মিলিটরী পুলিস ( মসি মমৈথংদা তাং ২২ | ১০ | ১৯৪৮ দা মণিপুর রাইফলস কৌখ্রে ) লিংথংখি। জানুৱারী ১৮৯৩দা সিভিল পুলিস লিংথংতুনা সব-ইন্সপেক্টর অমনা ওফিসার-ইন-চার্জ ওইহন্দুনা ইম্ফাল পুলিস ষ্টেসন লিংখৎখি। চূড়াচান্দ মহারাজনা লৈবাক শাসন তৌবা হৌবা মতমদা ( মে ১৫, ১৯০৭ ) দারবার মেম্বর অমগী মথাদা ( অহানবা হাওবম পিতাম্বর, সুবেদার মেজোর ) সিভিল পুলিসকী ওইনা

সব-ইন্সপেক্টর-১; হেদ কন্সটেবল-৩; রাইটর কন্সটেবল-১; কন্সটেবল ১৯ শরুমক লৈরম্বনি।] অতুনা 'খোমদ্রাম ধনচন্দ্র আই পি' হায়না শঙ্গনৈ। মথংদবুদি মহাক দি এস পি ওইখি। অতুদগী এস পি ওইনা খৃ. কু ১৯৫০ দা থবক্কী পোথাখি। পুলিসকী ওফিসার অমা ওইনম্ব মথৌদা পুক্কিং চঙবা, থৌনা ফবা, দিসিপ্লিন য়াম্না লৈবা ওফিসার অমা ওইখি। মহাক্না মতমদুদা য়াম্না কিনরিবা হুন্নানবা 'কংগ্রং' ফাখি। কংগ্রং চহী ৫ জেলদা লৈখি। শাথীরবা কংগ্রংনা ধনচন্দ্রদা হায়খি—"জেলদগী হেক থোক্লকপগা নয়ুম মৈ থাগনি।" ধনচন্দ্র মুংশা হায়ফেৎ থীখি। অহানবদা ইনা কুপ্পনা শারম্বা য়ুমজাওত্ত জিন্দন। কুপশিনখি কংগ্রংনা জেলদগী থোক্লক্লিঙৈদা। কৈশুবা দ তৌখিদে। হাইপৌ যাঙুনাং ধনচন্দ্রনা ফাবনি। কাছাড লম্বীদা মখূৎ পাং ভিংলগা পুরকপনি। লম্বী য়েংলোম—মাঃরোম মীনা কিণ্ডৌ ফোঙুনা য়েংনখি। মাগা এম দি য়ুদা লীলা য়াওমিরবা, মডোন্দগী চহী ২ হনবা জননেতা হিজম ইরাবত সিংহস্ত থবকী শিন্থানা য়াদবদগী ধনচন্দ্রনা (মাগী অভোপ্পা মমিংনা থম্বৌ কৌই।) ময়ুমদগী ফাখি। অসিগুম্বা থৌনা ফবগী থবক কয়া লৈরি। লুপা ১৮/- পীবা বি এস এ সাইকল অমা তোংলগা ওফিস কায়। মতমদুদা পিষ্টোল হস্বরনা (সাইকল) লুপা ৩৫/- পীরম্মী। পুলিস দিপার্টমেন্টকী মশাগী গাড়ী অমত্তা লৈজরমদে। অনীশুবা লাঙ্গাওদা সিফায়শিংনা হুন্দোক্লম্বা গাড়ীশিং অত্তু পানথংলগা শীজিন্নখিবনি। খোমদ্রাম আই পি মশা নোম্বরতুনা, চাউরতুনা লুম লুম লাউবমথৈ সাইকল তোংলগা ওফিস কায়। অভাং ওইরিবৈদা ঐথোয়না তত্তনা শোরৈ—"লিংজেল মান্নবা স্পোকতারনা খোমদ্রাম আই পি পুতুনা চংলি।" সাইকলগী ভম্বার অত্তু কারগাদবা মানবা জাংনি। ১৯৪৬ দা এরোড্রোমগী গ্রাউন্দ ক্রুগী ষ্টাফনা শীজিন্নবা ১৯৪১ গী মোদেলগী কার অমদি হোঙনা লৈহৌই। অত্তুবু অয়াম্বা মতমদা মাদি সাইকল শীজিন্নৈ।

খোমদ্রাম ধ:চন্দ্রবু ঙসি ঐখোমনা নীংশিংলিবদি—মহাক মতিক চাবা পুলিস ওফিসার অমা ওইখিবগী মথক্তা মহাক্তা মণিপুরী থিয়েটর, শান্ন-খোংনবা অমসুং সমাজ শেংদোকপগী লমদা তৌরম্লিবা থবকশিং অসিগীনি। থোইদোক-হেন্দোক্না মণিপুরী থিয়েটরদা মাগী অচৌবা, মমল য়াম্লবা খূদোল লৈ। মহাক খৃ. কু. ১৯৩১দা এম দি য়ু হৌদোকপদা য়াওরকপা কাউন্সল মেম্বর অমনি। পুন্সিগী অরোইবা শরুক কাওদা (লোঙ্গাখিবা ১৮।২।১৯৭০) এম দি য়ুগী কাউন্সল প্রেসিডেন্ট ওইখি। থিয়েটরদা পুন্সি কংখি। লীলা ইবা, মুংখিন্দমা কাওজেবংদা, মুমিদাংদনা এম দি য়ুদা- মসিনি মাগী মুংত্তিগী থবক।

পীব্লিবৈঙদগী হৌনা লীলাদা থব্রায় য়াওরকই। জোনশৌন স্কুলদা তম্লিবৈঙদা সরস্বতি পূজাগী লীলা য়াওনীংমনখ্রদুনা লম লুমদুনা লীলা তম্বা লোম্না য়েংদুনা লৈ। মরায়বক ফবদগী মহাদেব শাবত্ত লাক্কুদদগী মানা মহৎ শিনখি। মতমদু মহাক ক্লাস সিক্তা তম্মি। শিলেটতা এফ এ তম্বদা কেল ওইখিবদুসু লীলা শান্নরৈঙ, লীলাদা চাওরিবৈদা তৌখিবনি। মাগী খুাইদগী হেন্না মমিং চংখিবা, ঐতিহাসিক ওইবা থোদোক্তি, খৃ. কু. ১৯২৫দা চূড়াচান্দ মহারাজগী য়াথংদগী কোন্নুংদা থৌরাঙ চাউনা তৌদুনা শান্নখিবা, এল ইবুংঙোহলনা মণিপুরী লোন্দা ইবা অহানবা ঐতিহাসিক নাটক 'নরসিংহ'দা মানা নরসিংহগী ভূমিকাদা কুমখিবা অসিনি। মদু কাউতমদ্রবা থোদোক অমনি। মসিগী মথংদা লীলা কয়াদা কুমখি। য়াম্না মমিং চংখিবা থরদি—কর্ণ, অর্জুন (ভীম); দেবলা দেবী (খিজিরখাঁ); সাবিত্রী (অশ্বপতী); অরেপ্পা স্বরূপ (যুগল ; শকুন্তলা (কণ্ব) অসিনচিংবনি।

থৈজগী শরুাইরবা এক্তর অমা ওইবদা নত্তনা ধনচন্দ্র মমিং চংলবা লীলা ইবা অমসুং অনুবাদক অমসুনি। মানা পূম্না বাংলা নাটক ২৫ রোম মণিপুরীদা হন্দোক্লম্মী। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী 'বিসর্জন' নত্তনা অতৈদি কোহবা থেংনদে। মানা অনুবাদ তৌরম্বা অমসুং

এম দি য়ুনা শাম্নগ্রবা মমিং চৎপা লীলাশিং থরদি—১) দেবলা দেবী (১৯৩৩); ২) সাবিত্রী (১৯৩৪); ৩) সরমা (১৯৩৭); ৪) মন্দির প্রবেশ (১৯৩৬); ৫) মিপা অনী (১৯৬৪); ৬) দুর্গেশনন্দিনী (১৯৪৯); ৭) আলেকজেন্দর (১৯৬২); ৮) তাপসি (১৯৬৪); ৯) বিন্দুগী মচা (১৯৬২); ১০) মখোয়গী মৌনি (১৯৬৫); ১০) রামের সুমতি (১৯৬৬); ১২) মেবার পতন (১৯৬৫); ১৩) দাবী; ১৪) য়ুমগী মৌ; ১৫) অমংবা নোং; ১৬) সদা শিবগী মণ্ড; ১৭) বিসর্জন; ১৮) বিশ্বমিত্র অসিনচিংবনি। লীলা থরদি ধনচন্দ্রনা অদাপাটেসন নৎত্রগা ড্রামাটাইজ তৌরবগুম্না রানা লৈরি। মহাক্না বাংলাগী মমিং চৎলবা অইবা শরতচন্দ্রগী নাটক থম্না হন্দোক্লম্মী। অদুবু শরতচন্দ্রদি নাটক ইরমদে। ধনচন্দ্রনা হন্দোক্লম্মীবা শরতচন্দ্রগী নাটক থরা অসি করম্না লাইরিক-তগীনো— হায়বদি ধনচন্দ্রনা ড্রামাটাইজ তৌত্রা নৎত্রগা ড্রামাটাইজ তৌরবা বাংলা নাটক্কগী হন্দোকপ্রা হায়বত্তু কুপা থিজিনবা চণ্ডলি। মানা হন্দোক্লুনা এম দি য়ুনা শাম্নখিবা লীলা থরদি হৌজিকসু শোম্নরিবা, কাউবা ওম্নদ্রিবা লীলা কয়া য়াওরি। মখোয়গী মনুংদা 'আলেকজেন্দর', 'রামের সুমতি', 'মখোয়গী মৌনি', 'বিন্দুগী মচা', 'দাবী'গী মমিং পনবা য়াই।

মায়খোউ কয়া লোঙবা মণিগুম ধনচন্দ্রগী পুন্সিগী থৌদাংদি মথল-মথা কয়ানি। মহাক অফবা শাম্নরোর অমনুনি। চূড়াচান্দ মহারাজগী হোকি অমসুং ফুটবোল টিমগী বেক শাম্নবদা মমিং চৎলি। মহারাজগী থৌরী চিংবী টিমগী খ্বাইদগী অরোয়বদা লৈবা শাম্নরোয়দুসু ওইখি। চূড়াচান্দ মহারাজনা থা ৩ থ ক্তুনা মখোয়বু থম্নগা নুমিৎ খুদিংগী হৈনৌ পাম্বী অমা থৌরিন্না চিংহল্ল। হৈনৌ পাম্বীদু হেক থুদেকপা ওম্বা নুমিত্তা আসাম রাইফলসকা থৌরী চিংবী শীংনদুনা শাম্নহল্লি। ধনচন্দ্র মূক্না, থাঙ-তাসু য়াম্না হৈ। থাঙ তম্বীবা ওজা থমদুনা মচাশিংবু থাঙ-তা তমহল্লম্মী। ওস মণিপুর ওলিম্পিক

এসোসিয়েসন অমম্তুং খৃ. কু. ১৯৭৬ডা লিংখৎপা ওল মণিপুর স্পোর্টস এসোসিয়েসন (এ এম এস এ) গী সভাপতি ওইদুনা মণিপুরী স্পোর্টসকী ঈহৌদা অচৌবা থৌদাং য়ারম্মী।

মসিগী মথক্তা সমাজগী সেবা কয়াম্তু তৌরম্মী। থাবল চোংবা অসি য়াম্না খৎনচৈনগল্লি হায়দুনা মানা লৈরিবা কাকৈথেলগী মায়কৈদা মানা শিত্রিকাওবা থাবল চোংহনখিদে। কাকৈথেল ফুটবোল ক্লব লিংখৎতুনা ক্লব অসিনা শান্ন-খোংনবগী থবক কয়া তৌবগী মথক্তা মৈ চাকপা কনবগী থবকসু তৌরম্মী। রাষ্ট্রীয় স্বয়ং সেবক সঙ্ঘগী সঙ্ঘচালক, মণিপুর কো-ওপরেতিভ বেঙ্কী চিয়ারমেন, ইম্ফাল কলেজ গবর্নিং বোদিগী মেম্বর; লোকলেজগী সভাপতি ওইখি।

পুলিসকী থবক তৌরবসু মৈতৈ বৈষ্ণব অমগী শাক্তং থাদোক-খিদে-চন্দোন খিনবা, টরীক-নগুণ থাখিদে। থবক্তগী পোথারগা ইখোল কোইবা, পুত্রীদা ডা য়োকপগী থবক তৌই। ডা য়াম্না পাম্মী। লুপা ঈন লংবসু য়াম্না হৈ। মী অমা ওইনা য়াম্না ফৈ। মীডোম্দা তাথী-তাওইনা তৌদে। অদুগা মডোম্দা মীনম্বা-ওইদবা ডাওবদি শুকয়া য়াদে। মানা য়ানীংদবা লৈরবদি পনবা লৈতে, খুদক্তা য়ানীংদে হেক্তা হায়বা মীতানি। মচা-মশু চৈ-থাংদুনা য়াম্না কন্না য়ারকপা মীতান। অরানবা তৌরবদি য়াম্না শাথীনা ফং। মহাক অচুম্বা চংপা, দিসিপ্লিন লৈবা মীওই অমানি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা 'নাট্য ভূষণ' পীখিবদু খৃ কু. ১৯৯৭ 'নাট্য রত্ন' ওম্হোক্লুনা হেন্না য়াংনা অমুক ইকায় খুম্নখি। এম দি য়ুনা লাক্লিবা তাং ২১ দগী মাগী পোকপগী সেন্টিনারী সেলেব্রেসন চহী অমা চুপ্পা তৌনবা থৌরাঙ তৌরি। পালন মদুংদা মাগী লীলা থরা শান্নবগা লোয়ননা লাইরিক থরদংদা ওইরবসু ফোঙবা ঙম্নবদি য়াম্না নুংঙাইগনি নীংঙি। অচৌবা মীশক অসিবু ঐখোয়না মতৌক চানা ইকায়খুম্নবা হোৎনসি। ◻

—নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্নফম', তাং ১৯।১০।১৯৯৮

# অহানবা নুপী দিরেক্তর ঃ রঙ্কোনী দেবী

ফ্রেন্সকী মমিং চৎলবা দিরেক্তর Louis Jouvet না মতাঙ অমদা হায়খি ঃ "There is only one rule of the theare : success." থিয়েটরগী নিয়মময়ামগী মনুংদা খ্বাইদগী মরু ওইবা নিয়ম অমদি—মায় পাকপা, নুংঙাইহনবা অসিনি। নুংঙাইহল্লগা, ভাবোকপু্ পেলহল্লগা লোইরে। বোক্সিং থিন্নবদা রিং মনুংদা অনুম চোংহনা লৈবনা করি কান্নগনি—বোক্সিংদদি মমায়দা থিনবনি। মসিগী মতৌগুম্না এম দি য়ুগী পরম্পরাদগী হৌনা হী-যাইওম্নবা মন্ত্র অমা ওসি ফাওবা চেংনা থাগোম্নহনা লাক্লি। মতুংদি লীলা নুংঙাইহনগে হায়রবদি ভাবোক কপহনগদবনি। লীলাদা কপহন্নবা হোৎনবনা এম দি য়ুগী পান্দম ওইবগুম তৌই। এম দি য়ুগী লীলাদি কপ্পুবা য়াদে। ঐনা হায়জরিবা অসি অশোয়বনি হায়না হনজবা নত্তে। থাগৎচরিবনি। এম দি য়ুগী তোপ-তোপ্পা শক্তম (distinctive character) পুথোক-নবা হোৎনজবনি। এম দি য়ুগী লীলা মউত্তা, লীলা মফোঙদা এম দি য়ুগী ওইবা তোথাইরবা মরমচৎ অমা লৈজরি। 'খঙদনা অনুম লেনখিসনু' হায়বা এম দি য়ুনা পুথোকপা অমসুং শ্রীমতী রঙ্কোনী দেবীনা দিরেক্সন তৌবা, ইন্দু দেবীনা তেঙবাংবা, লীলা অসিনু মসিগী পরম্পরাদা (লীক্লম) চৎথরকপা লীলা অমনি।

য়াম্না মুংঙাইরিবদি মশাগী চহী ৬৭ হেল্লবা শ্রীমতী রক্ষোনী দেবী এম দি যুগী ওইনা অহানবা মুপী দিরেক্তর ওইরে। মথিং চংলবী এম দি যুগী কলাকার শ্রীমতী ইন্দু দেবীনা মেঙবাংবী দিরেক্তর ওইরি। ( মহাকীসু তুংদা খুদোংচাবা যংলকখিবা য়ারি )। লীলা অসি মুপী অনীনা দিরেক্সন তৌহনা পুথোকপা, এম দি যুগী ওইনা ঐতিহাসিক ওইরবা লীলা অমনি হায়না লৌবা য়াই। এম দি য়ুনা মুপী কলাকার কয়া শেমগৎতুনা পুথোক্লবা হোৎনবগী মথক্তা, লীলাগী দিরেক্সন তৌবা ওন্বী মুপী দিরেক্তর পুথোক্লবা হোৎনরিবা রাথ'ল্লান অসি থাগৎকম থোকই। মুপী কলাকারশিংবু থৌনা-লিংজেল হাপ্পগী মথক্তা অরাঙবা ফিদাদা কমহনতুনা হেন্না বাংনা চিংথৎনবা হোৎনবনি হায়না লৌগনি।

শ্রীমতী রক্ষোনী দেবী মণিপুরী থিয়েটরদা অনৌবা নৎত্রে। মশাগী চহী ৭/৮ শুবদগী লীলা-কলা, জগোই-ঈশৈ পামতুনা চৌরকই। মশাগী চহী ১৪/১৫ শুবদা অহানবা ওইনা এরিয়'ন থিয়েটরদা য়াওতুনা কৃষ্ণ শাবা হৌরকখি। মতম অমদা মুপীনা লীলা-কলা য়াওবা অসি য়াম্না হন্থনা য়েংনরম্বা মতমনি। রক্ষোনী দেবী সমাজগী মীনোক-মৈশা-মীচৈ, ইমুং-মমুংগী য়ানীংদবা কয়া রান', থা-চীকতুনা থাঙলক্লবী কলাকার অমনি। এরিয়ান থিয়েটরগী 'ভক্তরাজ'দা শরুক য়াতুনা লীলা কন্না শাম্নরিঙৈ মতম অসিদা খেমত্রাম ধনচন্দ্রনা এম দি য়ুদা য়াওসি হায়না কন্না হায়বদগী সংস্থান অসিদা য়াওবা হৌখি। মতুদগী মথং-মথং ওইনা লীলা কয়াদা কুমতুনা এাক্ত্রস ওইরকখি। মাগী থোইদোক্লা শাংথানবা য়াবা, মীয়াম্না শোয়খিবা য়োলশিংদি—'শরত-পূর্ণিমা'গী পূর্ণিমা অমসুং 'য়াইরিপোক থম্বালসু'গী থম্বাল শাবদনি। রক্ষোনী দেবীনা মমাংঙৈদগী চৌনা লীলা দিরেক্সন তৌবা অসি পামজনা চৌরকপগুম তৌই। অৎনবা মতমদা লীলা ১/২ দিরেক্সন তৌখ্রে। কাছাড়দা মতম থরা লৈরিঙৈদা

'উসমান-খগাল' হায়বা লীলা অসি দিরেক্সন তৌখি। ওসিনা মণিপুরগী মমিং চংলবা ড্রামাগী সংস্থান অমগী দিরেক্টর ওইরে। ছৌজিক হেন্না লুবা খোঙকম অমদা লেপ্লে। দিরেক্টর ওইবা অন্নায়বা থবক নত্তে। ঐখোয়না মতোন্দগী হেন্না ফজবা দিরেক্সন কন্না আশা তৌরি।

ঐনা য়েংজখিবা, ৬রক শুরা ওইনা উৎপা 'খঙদনা অস্তম লেনখিসন্র' হায়বা লীলা (তাং ২৯/১১/৯৮); লীলা ইবা—ইবোতোম্বী হাইখোম্বা) অসিদা মপুরোইবনা মীরায়বিরবী, অতোপ্পা নুপী অমা লৌতুনা হন্না য়েংবিত্রবী শান্তিবালা (চান্দনী) কৌবী নুপী অমনা অন্না-মৈশা কয়া থাঙলবা মতুংদা পুন্সি পিথন্নখিবগী অরা-ব্বারী অমনি। অসিগুম্বা মৈতৈ য়ুম্নান হাবীদা থুংলোয়না ইবা হৈনরবা লীলা ইবনা, লাক্তরবী অথাঙ কনবী মৈতৈ নুপীগী আদর্শ ওইরবা চরিত্র অমা ফজনা শাগৎতুনা উৎপা ওন্মী। মৈতৈ য়ুম্নান অমসুং সমাজগী মরীদা—মচিন-মৌপুরাগা লৈনবা মরী (শান্তিবালা-মৌপুরা); মচনগা মনম্মগা লৈনবা মরী (শান্তিবাল-রুহিনী); মমোগা মকুলোক্তা লৈনবা মরী (শান্তিবাল-পর্মা); ভাই-সেনগী মরী (মমা ইবেনী-ধন); শান্তিবালাগা মাগী য়ামগা লৈনবা মরী—অসিনচিংবা মরীশিং অসিগী ফজবা মশক কয়া থনগৎতুনা উৎনবা হোৎনৈ। মপানা নাইক্কোনবিদবা অঙাং মচা অমগী তংথীরবা মরাল্লবক অসিদু উৎলকই। চরিত্র অন্নাম্বা মীনুংশি চাউবা অফবা মীওই ওাক্তনি। পুন্নমক্তগী থ্বাইদগী মরু ওইবা চরিত্রদি শান্তিবালানি। কুম লান্নানা নাংতুনা লৈরবা মমা অনাবী ইবেনী (ললিতাবী)গী সেদা তৌনবগীদমক্তা মকুবোক অমসুং মপুরোইবগী অন্নাবা লৌরগা শান্তিবাল। মপাংদা মমাগী সেবা তৌতুনা লৈখি। অপোকপা ওন্না শিখিবদগী মৌপুবাবু (প্রিয়ব্রত) বানা য়োক্লকই। মচনুপী রুহিনী (গায়ত্রী)গী থবক তৌনবগীদমক্তা মওক্তগী লৌক পীতুনা ক্ত্রেডবাংখি। মমা নাবা থরা করে কায়তুনা মচা অপীশক

অদুগা লোয়ননা মপুরোইবগী মনাক্তা অমুক লাকপা মতমদা মপুরোইবা নুপী অমা চেন্নয়ে। বাথোক ওইরে, ইমুং কায়গদৌরে। পূকচেল চাউরবী শান্তিবালা মরায়বক্তা ত্তমকপনি হায়না থন্দুনা, মশানা য়াজনা মপুরোইবগা কায়নরগা মপামদা লাকখি মচাহু পুরহনা অদুগা বানা পুন্সি লেনলন্নগা নেংঙাখি। শান্তিবালা শিঞবা মতুংদা মাগী মপুরোইবনা মচাগী থোঙ্গল লীবা লাকই। শাউরবা মশেন নুপানা অঙাং অসি মপা মগক খঙদনা অস্তুম লেনখিসন্নু হায়না লোইশিনখি। অইবনা প্রোটেষ্ট তৌবী, মশাগী দাবী তানবী নুপীগী চরিত্র অমা ওইহনবগী মহুত্তা শান্তিবালাবু য়াম্না ধন্য লৈবী, মীভোন্দা লাপ্তনবী মৈতৈ নুপীগী চরিত্র অমা ওইনা উংপা পামখি। অইবগী অপাঙ্গনি, মসিদা ঐখোয়না খুং থিংজিল্লুবগী হক লৈতে। অইবনা পিনা য়োমহুনা শাগংচরক্লবা শান্তিবালাগী চরিত্রদ ঈংনা-তপ্পা যঙবা কয়া থেংনৈ। শান্তিবালা শারিবী চান্দনীগী এক্তিংস্থ য়াম্না মান্না, ফজনা থবায় য়াওনা তৌবা থেংনৈ। মভাঙ কয়াদা অয়েংবগী মীংতগী পিরাং কয়া শীন্থহল্লি। ঈংনা, তপ্পা, লির-খাইরনা শামবা ইমুং-মহুংগী সুংশিরবা লীলা অমনি। অসিগুম্না অভিনয় অমস্থং লীলা মউং অসিদা হৈনরক্লবা দিরেক্তরনা মহৌশাগী অরিবা ষ্টাইলগী লীলা মপুথোক্তা লীলা অসিবু নুংঙাইহল্লবা কল্লা হোংনবা থেংনৈ। ত্রেদিস্নেল অমস্থং রিয়্যালিষ্টিক্তা মেলোড্রামাগী তোংশিল্লবা লীলাগী প্রেদক্তান ষ্টাইলদা মায় পাক্লবা লীলা অমনি হায়না লৌবা য়াই। অদুবু দিরেক্তরগীদ ফজহনবা, নুঙাই-হনবা তাক্তনা যাদবা অমা লৈরি। (অহানবদা পনজখিব) তঙাইফদনা Craft অমস্থং Creativity অনী অসি লৈতবা, চঙদবা য়াদে। মচাক অনী অসিনা দিরেক্তরগী মগুণ থোইদোক্লা লেপকদৌরিবনি। দিরেক্তর অমা ওইনা রঙ্কোনী দেবীনা মচাক অনী অসি লৈনবা হোংনবা তাই। লীলাদা শরুক য়ারিবা কলাকারা অয়াম্বা লোইনা ফৈ, করিগুম্বদা হেনজিনবা থরা য়াওরবস্থু। শান্তিবালাগী মপুরোইবা

(সৈত্যজিৎ) গী চরিত্রদি শোয়া উই, চাউথোক-ফন্দোকপা, শাংকায়বা ঙমদবা উরুম হঙ্গামদোনা তৌই। লীলাসি থয়া হেম্না শাংমল্লা থোকই।

লীলাসিদা ফজবা মতাঙ কয়া য়াওরবস্, থয়া কুপ্পা নৈনফম থোকপা মতাঙ থরস্ য়াওদবা নত্তে। অনৌশুবা হোতেলগী সীন অসি থোইদোক্লা কাম্নদবা সীন অমনি হায়নীংঙি। সীন অসি য়াম্না ফজনা উৎপস্ ঙমদে। শান্তিবালাগী মপুরোইবগা অতোপ্পা মুপী অমগা মরী লৈনবা উৎপা অহূদি হোক্কেলদা নংত্রবস্ মফম অমদা উৎপা য়াই। ওজা অমসুং মচা নিপা অমা য়াওহল্লিবা অহুস্ অঙাং মপা অহুগী আইদেন্টিটি থঙনবগীদমক্তনি, কা হেম্না মরু ওইবা নত্তে। খ্রাইদগী নাতৈ চাদবদি, অঙাং অহুনা মফম-মরাঙ থঙদনা মপা থিবা চংহনথ্রিবা, অঙাং মাংশিবা, থিবা থঙহন্দবা অসিনি। মসি নমফুদা শেমজিনবা মাল্লি। অঙাংহুনা মপা থিরকপা য়াবগী ফজবা মরম, থোদোক অমা হায়না উৎলমগদবনি। মনাওনিপাগা শান্তিবালাগগী মরক্তা ভাব তানদবা অমা য়াওহল্লিবা মতাঙ অহুস্ নাতৈ চাবা থয়া বাংনা উই। করিগীদমক্তা মকুবোক ধর্ম্মনা সন্ন্যাসী ওইগদৌরিবনো? করম্না অহুক চাউবা ত্যাগ? অচুম্বা পুন্সিদগী হেম্না চাউনা উনবা (Bigger than life) শীনবা মাল্লকই। মাম্না মাম্না; থঙনা থঙনা মুংঙাইত্তে হায়বদি ঙমদে, মুংঙাই। ▣

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্লফম', ৭।১১।১৯৯৮

## শ্যাম, নঙগী ঈশৈশিদি লৈহৌরগনি মতম পূম্বদা

(লোকাখ্রবা অহৈবম শ্যামগী মফমদা কংচবা ম্বারেং)

অহৈবম শ্যামনা ঐখোয়বু থাদোক্লমহুনা লাইরেমলেন্দা তিনখ্রবম্ব (নোঙাখিবা দিসেম্বর ২৩, ১৯৯৮) মাগী ঈশৈশিদি লৈহৌরগনি মতম পূম্বদা কাউবা লৈতনা শোম্বরহুনা। মসিবু কৌব্রা অশেংবা কলাকার, মগুণ লৈবা শৈশকপা, মীগী থম্মোয় হৃদ্ধা? অশেংবমক্তি, অহৈবম ৺শ্যামদি ঈশৈদা থম্বায়-হকচাং পুংলুপ লুপচবা কলাকারনি। ঈশৈনা মাগী থবায়নি, পুন্সিনি। মানা কম্মা নারকখিবসি খা ৬রোম গুরে, জুন, ১৯৯৮ দগী নাবা হৌরকপনি। খৃ. কু. ১৯০৮, জুনগী তাং ৭ তগী মীমাঙদা থোক্লনা ঈশৈ শকপা ওময়ে, ঈশৈ শাক্র। মীমাঙদা থোক্লবম্ব মম্মুমদা ঈশৈ ওংহুনা সুর পানবদি লেপ্পা লৈতে। মানা মাহুনা লৈরবা মতুংদা খাইদগী অকোনবা ওইনা সুর পাল্লম্বা ঈশৈদি 'নুংশিবা য়ুম' কৌবা, ম্রিলিজ তৌখ্রিবা ফিল্মগী ঈশৈশিংনি। (ফিল্ম অসিগী মম্মিং অমা হোংখ্রেম্ব হায়। ঈশৈশিং খাসদি রিকোর্দিং তৌবা লোইহৌরে) ঈশৈশিং অসি মানা য়াম্মা বানা সুর পানখি। মশাগী অনাবগী চৈনানদি অম্মম অম্মম হেনজিল্লক, সুর পানম্মীংবগী মৈচাক্ত'দ অম্মম অম্মম কনথংলকই, কমুংদা কম্মগা মচাহুপী পামেল্লা কৌশিল্লি অহুংগ হারমোনিয়ম খোংহন্দুনা সুর পানখি। পীক্লিবী চহী ১০ শুদ্রিবী মচাহুপী

অসিসু ঈশৈ শকপা হে, ঈশৈ তম্মী। চিনঙবা সঙ্গীতকী পুন্সিদগী শ্যামনা মচাম্বপী অসিগী ওইনা ঈশৈ অনিথক থওইনা স্বর পাল্লগা তম্বীরম্মী—(১) "ভরাংতা লৈশাং তম্লিবী, লৈকোলগী লৈরাংনি ঐদি"; (২) "নৌরা ওইবী চৌনবাল অসিনা, খোম্বোক চুমত্রবা স্বর কয়াদা।" ওম্বোক্তা খুংলোয়না হারমোনিয়ম পায়রগা চীংলেম্মা সুংশিনা রাশি লৈনা মক্তম কয়াদা ঈশৈ শক্তনা অভাবশিংবু শুদ্ধংলম্বা কলাকার অসিনা পুন্সি চেঙজেল লোইরমদাইদা মাগী ফমুং মথক্তা থাম্মোয়দগী ঈচৌরকপা পিরাং কয়া থিংলগা ঈশৈ পাল্লমগদবা দৃশ্য অহু মীংতা শং শং উরি। কে কলাকার, নচাক্কী নফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎচবা ওইনা পিরাং থরদং ওইরবস্ত শীত্থরাগে হায়না ঙসিদি থাম্মু। অতুদগী শ্যামগী অনাবা হেন-জিল্লক্লে। দিসেম্বর, ১১, ১৯৯৮ দা রিমস হোস্পিতালদা পুথংতুনা লাপ্লকম্লে। মুমিং ১২ নি লায়কম্লরবা মতুংদা দিসেম্বর ২৩, ১৯৯৮দা মশাগী চহী ৫০ শুবদা (পোকপা—দিসেম্বর ২৭, ১৯৪৮) হোস্পিতালদা লেংঙাখি। ঙসি অহৈবম শ্যাম ঐখোয়গী ইরক্তগী চংখ্রে অতুবু মানা থনয়ে মংনাইররোইত্রবা নুংশিরবা ঈশৈগী স্বর কয়া কযা— (১) শুমাং খুদীং মেরা বা; (২) থওনদ্রিইদে উখি নোংমা; (৩) নঙবু অস্বম নীংশিংজুনা লৈরে; (৪) করি ঈশৈ শকতাগে; (৫) নঙসু ঐবু কাউবো, ঐসু নঙবু কাউরগে, (৬) লমজ লমজা কৌগেনে, (৭) শরত ঋতু মপুংয়াই মেঙনা চৎলে মেরা থং, (৮) পুন্সি চেঙজেল লোইদ্রিইদে; (৯) বারৌবা লৈতে কনাদনু, (১০) তজুনা নীংশিংলি থাম্মোয় অসিনা; (১১) পেশ্বাফম থডলরে; (১২) লাপথোকদ্রবী নঙবু, (১৩) মচেং মচেং কয়া খোংক্তা শেগায়নরম্লে আসনচিংবা কয়া কয়া। মাগী ঈশৈ খুদীংমক অয়াম্বা ফজ্জে, তাবা য়াদবা, ফজদবা থোইনা য়াওদে।

অহৈবম শ্যামনা মাগী পুন্সিদা মশা মতোমতা শকখিবা ঈশৈশিং অসি লৌশীং অমগী মথক্তনি। অতুনা পূম্না শকমিন্নবনা কয়ানি। মশাগী ঈশৈগী কেসেট ৬ পুথোক্লম্মী। মানা স্বর পানখিবা,

কম্পোজ তৌখিব. ঈশৈ মশাইং ওশেংলা হায়বা ওময়ে ‒ ছাত্র কয়াগী, রেদিওগী কম্পোজ তৌখিবা কোঙ্গায়ন। মানা শকখিবা ঈশৈ মায়েক ইশিনবা দা ইরী ১২ থক থনম্মী। মসিদগী মানা শকখিবা ঈশৈশিং মশাইং চাউরাক্না খঙবা ঙম্মী। মানা শকখিবা ঈশৈশিংগী মধুংদা 'বারোবা লৈতে কনাদম্ব' হায়না অসিনা মাংগী খুাইদগী পামজবা ঈশৈনি। ঈশকম খুদিং ঈশৈ অসি শক্তবা লৈতে।

অহৈবম শ্যামনা আধুনিক মণিপুরী ঈশৈগী লমদা শৈশকপা অমা ওইনা খোঙদাবা হৌরকখিবদি পহারী, শ্যাম শর্মা, বুদ্ধ, রবীন্দ্রগী, বিমোল, যমুনা অসিনচিংবা মীরোলশিংগী মতুংদনি। হায়রিনা অহানবা মীরেল অসিগী মতমদা 'মতমগী ঈশৈ' য়াম্না চওখংপা তাঞ্জনি। হায়রিবা চাওখংপগী তানকম অসি য়েরিক্লবা হোৎনবদা শাংলবা ইতিহাসকী তাঙ্কক বয়া চংগ্রবনি। অহানবদা মণিপুরী থিয়েটর (থিয়েটর ম্যুজিক), মথংদা ত্রিনথকী মতমগী, মথংদা খৃ. কু. ১৯৫৮ দা গুরাহাটি ষ্টেশন্দা মণিপুরী প্রোগ্রাম লাকপা (রেদিওদা মতমগী ঈশৈ), খৃ. কু. ১৯৬০ গী মতমদা মতমগী ঈশৈগী সংস্থান 'রূপ রাগ' লিংখৎতুনা মতমগী ঈশৈগী অচেৎপা হুম্ফম থোনবা হৌখিবা। 'রূপ রাগ' না মতমগী ঈশৈ চাওখৎনব হোৎনবদা মরু ওইব, অচৌবা থৌদাং কয়া য়াথি। মথকী পহারী, শ্যাম শর্মাখোয়গী মথা তারকপা মীরোল ওইনা থোক্লকখি কলাকার কয় — অহৈবম শ্যাম সিংহ, জয়কুমার, তিবেন্দ্র, এলাংবম নেত্রজিৎ, থোঙাম ইবোচৌবা, বিলাসিনী দেবী অসিনচিংবা কয়া। হায়রিবা মীরোল অসিগী মধুংদা খুাইদগী মমিং চৎপা শৈশকপা কলাকার অমনুং শৈপানবা ওইরবাশিংগী মধুংদা শীংথনবা য়াবা অমদি অহৈবম শ্যামনি।

মরায়বক ফবনি অহৈবম শ্যামনা ময়াম্বা অহৈবম বুদ্ধচন্দ্র ফংজখিবা। অহৈবম শ্যামগী অপোকপা অহৈবম বীর সিংহগী (হৌজিক হিংলি। পুলিসকী থবক তৌরম্গী, পেন্সন ফংলি।

অপোকপী নাটংবম নিঙোল তমুমচা দেবীদি লৈখিদ্রে। শ্যামগী মচীন-মনাও ৭নি, শ্যামনা অহুমশুবনি) ময়াম্বা অহৈবম মণিকচান্দগী মচানি বৃদ্ধচন্দ্রদি। বৃদ্ধগী অপোকপা মণিকচান্দদি নটকী মশমং চৎপা লৈশকপা অমা ওইখি। অডাং ওইরিবা শ্যামনা ময়াম্বা বৃদ্ধগী মনাক্তা ফমদুনা ঈশৈ তগুনা তায়, ঈশৈ ওইরাঈ, ময়াম্বদগী ঈশৈ তম্মী। থাংমৈবন্দ মায়বৈদা 'রূপ রংগ' লিংখৎলক্র। (শ্যাম, থাংমৈবন্দ হিজম লেরান লৈকায়দা পোকখিবনি) শ্রীঅরিবম শ্যাম শর্মা, নোংমাইথেম পহারী সিংহদগী ঈশৈ তম্লে, মাখোয়গী মতুং ইন্নে। ময়াম্বগী লোনগা ওইরিবা কলাকারশিং অসিগী ঈশৈ ফাওডুনা মখোয়গী লৈশক তমজহুনা মতোমতা কম্না হোৎনবদগী মশানা লৈশকপা কলাকার অমা ওইনা লেমজরবখিবনি। মসিগী মথক্তা মহাক্ত গজলদা ডাওজে। গুলাম অলী, পঙ্কজ উদাজগী গজল তম্বুনা লায়। মাগী লৈশক্তা গজলগী সুর, ঈইল য়াম্না চঙডি। মসিগী মথক্তা শ্যাম তবলা ফজনা লৈবা ঙম্মী। 'সঙ্গীত বিশারদ' পাস তৌহুনা শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী জ্ঞানস্ত লৈখি। শিনফমদি— প্রোফেসনেল সিঙ্গর (ঈশৈ শক্তুনা হিংবা ঙম্বা মরু ওইব শিনফম ওইবা) অমা ওইবা ঙমখি। অহানবদা, গুৱাহাতি বিশ্ববিদ্যালয়গী বি এস সি পাস (১৯৬৯) তৌরবা মতুংদা হোলসেল কো-ওপরেটিবদা সেলসমেন ওইনা চহী অনী থবক তৌরম্মী। ওফিসকী থবক অসিগা মাগী পুন্সিগী পমজবা সঙ্গীতকা চাম্নরক্তে। খৃ. কু. ১৯৭৪দা থবক্তগী তোকাখি, মখা তানা সরকারী থবক অমত্তা তৌখদে-ঈশৈ শকপা, ঈশৈ লোংবনা মাগী পুন্সিগী মরু ওইবা শিনফম ওইখি। অহুম্না মচা পরেং থাকতুনা লাকখি। যুম্বানবগী পুন্সিদি—খৃ কু. ১৯৭৩দা থাংমৈবন্দ নিঙোল বীমোলতা দেবী লুহোংখি। মচাশিংগী মমুংদা ঈশৈ পাম্বা ঈশৈ শকপা খরস্থ য়াওরি। থাক্তে, অহৈবম শ্যামগী ঈশৈগী লীক্লম মূৎতনবা মচাশিং অসিনা শোয়দনা লোৎনরক্কন।

অহৈবম শ্যামগী শিন্নফম ম্নাম্মী। মায়থোঙ কয়া লোঙবা মশিগুম্বনি। মহাক শৈশকপা অমসুং শৈপানবা কলাকার অমনি; ফিল্মগী ম্যুজিক দাইরেক্তরনি। ('ওলাংথাগী বাংমদসু', 'ম্নাংমা বাংমা'); ফিল্মগী প্লে বেক সিঙ্গরনি (ফিল্ম কয়াগী); আকাশবাণী ইম্ফাল অমসুং তুরদর্শন কেন্দ্র, ইম্ফালগী শৈশকপনি; এরিয়ান থিয়েটরদা হৈজগী এক্তর অমা ওইনা লীলা কুমখি; 'মীহাৎপা' কৌবা ভিদিও ফিল্মদা হীরোগী মপা শাহুনা কুমখি; 'মৈচাক' কৌবা পুখোকত্রিবা ফিল্ম অমদা লাক্তা মঙ্গেশকরগা ঈশৈ শকমিন্নখি; ঈশৈগী দিস্ক রিকোর্দ পুথোল্লম্মী; 'রূপ রাগ'গী অচৌবা মেম্বর অমা ওইবদা নত্তুনা সভাপতি ওইখি অমসুং ময়াম্বা বুদ্ধচন্দ্রনা মশা নাহুনা লৈপ্রবা মতমদা ময়ুমদা রূপ রাগগী ঈশৈ তম্বীবসী থবক চথখি।

জোনষ্টোন স্কুলগী ছাত্র অমা ওইনা, স্কুলগী থৌরম অমদা খৃ. কু. ১৯৬০গী মতমদা অহানবা ওইনা মীমাঙদা ঈশৈ শকপা হৌখিবা, মশাগী পীথোক্রকপা মগুণ কয়া লোয়নরবা কলাকার নহা অহুনা ওইরকখি তুংগী আচৌবা, লৈবাক্তা শক খঙনরবা শৈশকপা কলাকার অমা। মাগী ঈশৈগী মরমদা কনানা শৈথাবা ঙমগনি? অত্তবু লৈবাক্তা শক খঙনরবা কলাকার অনীগা উনহুনা মাগী মরমদা ৱারী শাক্লবদা তাকপিরকখিবা ব'রেলনা এঙোম্মগী হেন্না তাবা ফুংঙাইবিগনি। মখোয় অনীদি নোংমাইথেম পহারী অমসুং বি. জয়ন্তকুমার শর্মা। মাগী মরমদা হায়—

শ্রীনোংমাইথেম পহারী সিংহ—অহৈবম শ্যাম অফবা কলাকারনি। 'রূপ রাগ' হৌরকপা মতমদগী ময়াম্বা বুদ্ধ অমসুং এখোয়গী তুং ইন্দুনা হৌরকখি। এখোয়গী ঈশৈ শক্লুনা, মগী তমহুনা হৌরকই। বাবুপড়াদা লৈবা 'রূপ রাগ' ম্যুজিক স্কুলদসু খৃ. কু. ১৯৬৫/৬৬কী মতমদা ঈশৈ তম্বা রাওরকই। মানা প্রোফেসনেল সিঙ্গর ওইদ্রিবৈদো এগী

মুমদা ঈশৈ মুর পানবা, ভাঙবা য়াম্না তোয়না লাকখি। অতুদগী মথং মথং শৈশকম কয়াদা ঈশৈ শকপা চংমিন্নখি। মহাক মবুক য়াম্না কবা মীশক অমনি। মীনা হায়বা ইনগনবা, 'মাই' হায়বা ওমজদবা অপীবা পৈশা থরা লৌবা কলাকারনি। পুক কবদগী ময়াম্না 'ভোলা নম্বর ১, ভোলা নম্বর ২' হায়রগা ইমানীবু খঙনৈ। ঐনা ভোলা নম্বর মানবি।

অহৈবম শ্যামদি অঙীংবা, অতপ্পা ঈশৈ মেলোদি সোং শকপদা পকচবা কলাকারনি। অয়াংবা, অথৎপা ঈশৈ শকপা পকচদে। সেন্টিমেণ্টেল ওইবা ঈশৈগা মাগী মুরগা য়াম্না চারৈ। ঐনা মুর পানবা, মানা শকখিবা ঈশৈ—'নঙবু অস্তুম নীংশিংহনা লৈরে' মসি মমিং য়াম্না চৎখি। মাগী ওরিজিনেলিতি অমা লৈ। মাগী তোঙানবা শৈশক-শৈহেক অমা লৈজে। অদুগা মঙোন্দা মুরগী আইদিয়াস্ য়াম্না লৈ। নহারোলনা মাবু য়াম্না য়াই, পাম্মী। মাগী ঈশৈ অসি কুইনা লৈহৌরগদবা ঈশৈ ডাক্তনি। মীনা মাবা, মুংশিবা, পোঙদবা, লিখত্তবা কালাকার অমনি।

শ্রীবি. জয়ন্তকুমার শম্মা—অহৈবম শ্যাম সিংহ, অহল-লমনগী ঈশৈ তোয়না তারকপা, অহল-লমনশিংবু লুনা-চাম্না লাইদোনা থজবা কলাকারনি। ময়াম্না বুদ্ধ অমসুং অজ্ঞা শ্যাম শম্মদগী ঈশৈ ওম্বা হৌখিবনি। মাগী ঈশৈগী মগুণদি—মেলোদি পামজবা অসিনি। মাদি মুংশিবা, অরাবা, চৈনাখোলগী কলাকারনি। থম্মোয় খোংচবা মীনি। মঙোন্দা অরাবা মুর অমা য়াওই। গজলগী শৈলী চংডি। যজবা ঈশৈ ময়েক ময়াম্না থী। হৌজিকী মতমগী ঈরাংদা তাউবা শৈশকপা নত্তে। কা হেন্না খাংনা শক্তিগস্ত মখোল মুংশি, শক্তিবা থরদা মুংশিবা অথুম্ব য়াওহনবা ওম্মী। রাগ রাগিণীগী জ্ঞানসু লৈ। মাগী থোইদোকপা মগুণ হায়ববু মহাক মনুক ফৈ, ঈংই, তম্মী, শুকশাউ শাউন্দে।

নোংমত্তা শাউবা থেংনদে। অমুকখক্তি থেংনথি— ঈশৈ তিন্নকম শৈফম অমদা, কনাগুম্বা অমনা মরৈ অত্তম তৌনয়কপদগী অশোনবা ময়াম্বা বুদ্ধবু ঈন্থ্রবদা ভুবদগী ময়াম্বা ক্রে হায়ডুনা মানা চোঙশিল্লক্ত্রনা মুপা অছুগা নন্নথি। ময়াম্মা থামদোক্লে। মসিনা অহানবা অমম্লুং অকোনবা শ্যামগী পুন্সিদা শাউবগী শক্তমনি। হৌশি লৈবা শৈশকপা অসি য়াম্না পান্মুই। ▣

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্লফম', ৪। ১। ১৯৯৯

# তবলা বাদক ঃ গুরু নোংথোম্বম নোংথোন সিংহ

মণিপুরদা হিন্দুস্থানী শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী ঈচেল অসি মওং তানা চঙলকপা হৌখিবসি ২০শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপা মতমদগীনি হায়না লৌবা য়াই। চঙলক্লিবা মওং অসিসু অকনবা ঈচেল নত্তে-পামজবা থরনা শকচবা, তমজবগী মওংনি। মসিগী মমাঙদা, চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা পাল্লিঙৈদা জগোই শাবী লোয়শঙ (মর্ব্বাক জগোই) লিংখত্তুনা মপানগী ওইবা হিন্দুস্থানী সঙ্গীতকী মওং থরদি লাকপা হৌখ্রবনি। হিন্দুস্থানী সঙ্গীতকা কোম্না তবলানচিংবা যন্ত্র সঙ্গীত অসিসু লাক-খিবনি। হৌজিক ওস্তাদ থোকচোম অঙৌবা, বাদক শিরমণিগী মতুংগী মীয়োম্দা, থোইদোক্না শীংথানবা য়াবা, লৈবাক্না শকখঙনরবা তবলা য়ৈবা কলাকার য়াম্না তাঙলে, অদোমখক্তনি হায়না লৌবফাওবা য়ারে। মখোয়দি নোংথোম্বম নোংথোন অমসুং মিথাইলাল। (মখোয়গী মীয়োলদা মেঙ্গোর নোঙ্গাপ্রে, মিথাইলাল মশা শোয়ে।) হৌজিক মশা খোংনা, মীমাঙ থোক্না তবলা য়ৈবা ঙম্নিবা, চহী ৬০ হেল্লবা কলাকারদি শ্রীনোংথোন মতোমতা ঙাইশিল্লক্লে হায়না লৌবা য়ারে। (মাগী সেবকশিং অমসুং নহায়োল অতৈ কয়ানা মথা শমথরি। লীকলম তংপদি নত্তে।) অতুনা গুরু নোংথোন সিংহ, মণিপুরগী অতাওবা তবলা বাদক অমা ওইরে। অতৈগা মাগা মান্নবা অমনা,

মহাক ছাত্র কয়া পুথোক্লি, হৌজিক তবলা তম্বিবা তোক্লি, খৃ: কু: ১৯৯৬ দা 'গুরু নোংথোন ম্যুজিক একাদমী' লিংখৎলুনা, মরুওইনা তবলা অমসুং পখবাজ তম্বিনবা কয়া হোৎনল্লি। মানা তক্তনা হায়—"ঐনা হিংলিঙৈদা ঐনা হৈজখিবা বিদ্যা খরসি নহারোলশিংদা তম্বিনীংই। ঐনা শিবদা পুথিগদবা বিদ্যানি, করি কাল্লগনি। ঐদি চারা হেল্লগা ল্লাম্না বানা তমজল্লকপা মহৈনি।" মসি মাগী অশেংবা বাখল্লি। মরম অসিমক্তা মানা মাগী সেবক কয়া শেমগৎলি, ছাত্র কয়া পুথোকই। মাগী সেবক বয়ানি। মথোক্লগী মনুংদা দলিল কুমার, ডা. শ্যামচরণ, লাইশ্রম ইবোচাওব', মহিন্দ্র কুমার (ইমো শর্ম্মা) ডা. তোন্দোন, চোংথাম নরেন্দ্র অসিন'চংবগী মিং পনবা য়াই।

নোংথোল্লা করম্না তবলা বাদক অমা ওইরকখি? মসিসু নুংঙাইরবা বারীনি, কলাকারশিংগী পুন্সিদা তক্তনা থোকবনবা শেমজিন বারী (ফিকশন) অমগুম্বনি। গুরু নোংথোন্দি তবলা য়ৈবা তমদ্রিঙৈদা মৈতৈ পুং অমসুং খোল য়ৈবা অমা ওইনা হৌরকখিবনি। পুং য়ৈবদগী ফংলকপা খুদৈ, থারকপা পৈশা খরা অচুনা য়ুম থাকপা ঙম্লক্তব', চারা হেনবা তারকপদগী পুং য়ৈবা তোকথোক্লুনা লক্ষনৌদা তবলা তম্বা চৎলুবনি। মাগী নীংখিবদা হোংদবা, অথ'ঙ কনবা, হোৎনবা কনব', তন্দব', মচীং অমা লৈবদগী তবলা য়ৈবা কলাকার অমা ওইরকখিবনি। মাগী মরাল্লবক মানা শেমজবনি, মতোমতা হোৎনজবদগী ওইরকখিবা তবলা য়ৈবা কলাকার অমনি।

শ্রীনোংথোন লংথবান্দা পোক্লবা মতুংদা অনৌগুবা লংঙাও মনুংদা কৈশামথোং তোপ লৈরক, ইম্ফালদা য়ুম হোংংৎলক্লুনা হৌজিক মফম অসিদা মাগী সুপী অমসুং মচা ৯ গা লোয়ননা (মচা অমদি শিগ্লে) লৈরি। (অপোকপগী মিং মোদোন সিংহ অমসুং অপোকপীগীনা রজনী দেবী অপোকপদি অঙাং ওইরিঙৈদা লৈখিত্রে। মচিন-মনাও

মঙাগী মসুংদা মানা অতোনবনি।) লাইরিক্তা কয়া পাংদে, রামলাল পাল হায় স্কুলদা ক্লাস টেন ফাও তম্মী, মেট্রিক পাস তৌবা ঙমখিদে। মশাগী চহী ৭/৮ শুবদগী দি মীতৈ পূং তম্বা হৌরে। অকোইজম ওজা, পোংশংবম মণিবাবু, কোনথাম ওজা, রা কু. তোমাল সনাদগী মৈতৈ পূং তম্মী। খুবাক ঈশৈ, বাসোক কয়াগী পূং ৈয়রে। অতুদগী মহাক্না খোল য়ৈবা অসি পাম্ক্তনা লৈকায়দা লৈবা সনাহনবী শর্ম্মা অমসুং কৈশাম বিশ্বরূপতগী খোল তম্মে। অজ্ঞা সনাহনবীনা পুশিনবিদুনা মণিপুরগী মম্নিং চংলবা ওজা নোংমাইথেম ব্রজবিধু সিংহগী মফমদগী খোল য়ৈবা তমখি অমসুং মহাক্কী অচৌনবা সেবক অমা ওইখি।

য়াম্না মুংঙাইবা খৌদোক অমা থোকখি। মতুনা মরম ওইদুনা পূং য়ৈবগী থবক অসি থাদোকখি। নোংমা নাম্বোল কোইজিংদা শোরাংকী পূং য়ৈবা চংলি। য়াম্না লায়রবা ইমুং অমগী শোরাংনি (শ্রাদ্ধ)। খুদৈ অঙাওবা অম, নম, চেংপাক দোনা অমা, পৈশা যাচোইবা থরা। মসিনা লোইরে মুমং অতুদ সংলাকপা। য়ুম য়োরগা মমানা হংই—"ওহনা চংশুরবা অসিবু যজ্ঞরা. নাহুংপম্বা, শোরাংলা, কারিনো?" শোরাংনি হায়না খুম্মী। অয়াদি, কংলকপা অতুনা করম্না চেঙ য়ানগনি? মখোয়গী ইমুং চারা হেনবা তারিব্রা? শ্রীনোংথোনগী মচী জয়াংবী নাতৈ চাদবা মীতুন, য়াম্না থিংখা অমা লৈ। শাউবা অমসুং লুংঙাইওবদগী মাগী পূং (খোল) অসি তাপ লাউনা পায়রগা থোকখ্রে অতুগা কৈশামপাক্তা লৈদা নরাণ শম্ভদা পূপা ৫০দা য়োন্থোকলে। পৈশা অতু মমাদা পীরে চেং য়ম্নবা। পূং য়োয়োকখিবা মতুংদগী দি অমুক্তা হেন্না অল্লাবা তারে—বাদন লাক্লবস্থ পূং য়ৈবা চংপা ঙমদ্রে, য়ৈনবা পূং লৈত্রে। মমানা মাগী ওজা নোংমাইথেম ব্রজবিধুদা কপ্পনা হায়জরুরে। মাগী ওজাসু য়াম্না শাওরে অতুবু মুংশিবদগী লেম্না থৈবোংনা শাবা খোল অম পীবিরক্রে। অসুম্না মতম থরা লেম্লে। অতুবু পূং য়ৈদুনা হিংবা য়ায়রোই হায়বসি

চপ য়ুংনা খল্লে। পুং য়ৈবা তোকথোক্লে। মথংদ। তবলা তমনিংলক্লনা মাগী অদি গুরু ওস্তাদ অচৌগী মফমদগী তবলা তমলে। মতমসিদা মেঙ্গো'ন্ন অমসুং মিথাইলাল তবলা য়ৈবা হৌরে। মখোয়গী মফিং তারে। তবলা ওইনা তৌরগে হায়বসি মাগী অচাৎপা বাখল ওইখ্রে।

মতমচুদা এদভাইজর ওইরম্বা শ্রীঐচ খিজমণি দেব শর্ম্মানা মেঙ্গোর অমসুং অজ্ঞা মধু অনীবু স্কে লারশিপ পীদুনা ভাত খন্দে সংগীত বিদ্যাপীঠ, লক্ষনৌদা অমসুং হিন্দুস্থানী সঙ্গীত তমহল্লম্মী। নোংমা মিথাইলালনা নোংথোন্দা হৌদোক্লকই— "ভাই, লক্ষনৌদা তবলা তম্বা চৎসি।" (নোংথোম্মা মিথাইলালদগী চহী অনীরোম হল্লি।) নোংথোন লক্ষনৌদা চৎনিংবনা লোইরে, খো খো খোৎলে। উপায়দি লৈতে। লুপ্পা ওইরবী মমা লায়রবীনি। মমাম্নবা মিথাইদি লক্ষনৌদা চৎখ্রে। নোংথোম্মা খাসোক শকপী ময়ামদা পুং য়ৈগে হায়জরে। উ'চন নাচিন্না পুন্না লুপা ১০০ তাল্লে। অতুবু মমাগী মফমদদি মীনম্মে, সুমিৎ ২/৩দনি হায়জিম্নরে। চৎপা ঙম্মবনি। চৈতন্য মহাপ্রভুনা মমাগী মফমদা লাম্বোইবা য়ানবদা মীনমখিবদু নীংশিংদুনা মমাগী মখোঙ কে ল্লগা বিদায় লৌরে। মমানা বর পীবিরে। অদুগ্না লক্ষনৌদা চৎলগা য়াম্না বানা, চারা হেল্লগা তবলা তমকখিবনি। অহানবা চহী কষ্ট ক্লাসতা লাকই। চহী মঙা তম্নবা মতুংদা খৃ. কু. ১৯৬৪ দা 'বাদ্য বিশারদ' ফাষ্ট ক্লাসতা পাস তৌখি।

শ্রীনোংথোম্মা লক্ষনৌদা চহী মঙা তবলা তমকপা অসি অন্নবগী মশক্কি। ময়ুমদগী পৈশা থানিংঙাই লৈতে। এম. দি. য়ু. অমসুং মকপ-মপাংনা ঙমজবা পৈশা খরা খরা থাবিরক্লগা তমখিবনি। মহাক্না লক্ষনৌদা কোয়চৎ চঙুনা তবলা তম্মী। পুং ১ তম্বিবদা লুপা ২ কংই। চাক চাদনা, অচোই-অপা, শঙ্গোম খরা থক্লগা লেনবনা কোজায়নি। মমৈথ'দদি, এম. দি. য়ু. গী কাঙবুনা মতমচুগী চীফ কমিশনর ওইরম্বা বিমোলা রাইনাদা হায়জদগী থাদা লুপা ৬০

স্কোলারশিপ পীখি। মতৌ অসুম্না লক্কনৌদা ঈশৈ তম্বা ছাত্রশিং অসিন্স স্কোলারশিপ ফংবা হৌখি।

শ্রীনোংথোম্না লক্কনৌদা তবলা তম্বিন্তৈদগী খ্বায়দগী মকুওইবা থৌদোক্কি, ভাত খণ্ডে সঙ্গীত বিদ্যাপীঠকী তবলাগী অধ্যাপক ওইরিবা, ভারতকী ওইনা মমিং চংলবা, ওস্তাদ অহম্মদজান, 'থীরকুবা'গী মফমদগী মাগী অচানবা সেবক ওইনা, য়ম্নাই চহী অহুম (১৯৬১-১৯৬৩) তবলা তম্বা ফংজরকপা অসিনি। মসিগী মথক্তা পণ্ডিত সাখারাম ফিবাযৌগী মফমদগীসু পথাবাক তমজরকখি। শ্রীনোংথোম্না হায়—"ঐনা য়াম্না বানা হোৎনজহুনা গুরু অহম্মদজানগী সেবক ওইবা, মাগী খুয়া উফুল ফংজখিবনি। মহাক য়াম্না চেকশিল্লি, কাগি-ফয়াং য়াদে। মশা য়াম্না কৈ, বাং চাউই। ঐবু তম্বিবগী খাদা লুপা ৯০ লৌই। মশাগী চহী ৯৮ শুবদা খৃ. কু. ১৯৭৬, জনুয়ারী ১৩দা নোঙ্গাখি। মহাক্না নোঙ্গাখিবদা ঐহাক য়মদা শোয়াৎ শোনবৈ। চহী খুদিংগী জানুয়ারী ১৩দা ওমজবা উৎসব ফংচৈ।"

শ্রীনোংথেম্না 'বাদ্য বিশারদ' পাস তৌহুনা থোরক্লবা মতুংদা মণিপুর সঙ্গীত মহাবিদ্যালয় (হৌজিক্কী গোভর্ণমেন্ট ম্যুজিক কোলেজ) দা তবলাগী ওজা ওইরম্মী। মথংদা আকাশবাণী, ইম্ফালগী ষ্টাফ আর্টিষ্ট ওইনা থবক তৌখি। খৃ. কু. ১৯৯৮ কেৎরুয়ারীদগী থবক্তগী পোন্থারে। মাগী সঙ্গীত অমসুং কলাগী পুন্সিদদি পোন্থাবা লৈতে। লেপ্পা লৈতনা তবলা তম্বিরি অমসুং য়ৈরি। মাগী পুন্সিদা ভারতকী মমিং চংলবা কলাকার কয়াগা তবলা সঙ্গৎ তৌরকই—ভীমসেন যোশি, পণ্ডিত যশরাজ অসিনচিংবা। মশাগী কোসেৎ (গুরু নোংথোন তবলা সোলো, ভো: ১) অমসুং "মৃদঙ্গ তবলা খুৎথৎ" (অচানবা শরুক, ১৯৮৭) সু ইহুনা ফোংলে। মাগী আশাদি মসিনা লোইবা নত্তে। মানা হায়—"দিংকোদৌনা ঐসু অমুক্তং মিংচৎ অমা থমলম্বা পাম্মী। ভারৎকী কলাকার অমা ওইনিংই। ইমায়বগা অমুক্তং লাম্বা তৌনিংলি। মসি ঈশ্বরগী থৌজান্নি। মণিপুরদা অসুম লৈবনদি ওইবা য়ারোই।" ▣

দি ইম্ফাল ফ্রী প্রেস, জনুয়ারী ৯, ১৯৯৯

## ওজা শ্রীঅকোইজম ব্রজবিধু সিংহবু নীংশিংলকপদা

(শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী লম্বদা মাগী থৌদোল)

মতম কুইনা ওজা একে ব্রজবিধু সিংহগী মমিং কাউরক্লবা, নীংশিংলুরে। ঐদি নোঙ্গাওরবা হায়নফাও শক্তবনি। মসিগী মরমদি চহী ৮৭ শুরবা ওজাসি (পোকপা—খৃ. কৃ. ১৯১২, মার্চ) অহল ওইরকপগী হৌনবা মীরক তিনবা, সভা-সম্মতি যংদবা ভুমখিদবদগীনি। হন্দক মরক মাগী পাউ থন্না খবরদগী তাবা ফংই। অমনা, শ্রীঐচ দিজমণি দেব শর্মনা ম্যাজিক কলেজ শানবগীদমক্তা দূপা লাথ কুন লান তৌরকপা মহাক্না খবরদা লুংঙাইবা কোড়দোক্লকখি অতোপ্পা অমনা তাং ২০/১১/১৯৯৮ দা এম দি যু দা পাঙথোকখিবা 'গুরু থোকচোম অঙোবা, বাদক শিরমণিগী ৩০ শুবা লৈখিদবা কুমওন'দা অথোইবা অতিথি ওইহনা সঙ্গীতকী মরমদা যজরবা ভাষণ অমা পীখি। চহী কয়া তানশিল্লকপা এক্সপিরিয়েন্সকী মমূন ফারবা জ্ঞান লৈরবা গায়ক অমসুং কলা প্রেমী অসিগী ভাষণ অতু য়াম্না নুংঙাইখি, ফজখি অমসুং ভাবোক্না য়াম্না থাগৎনখি। কুইনা তরুদ্রবা ওজাগী মমিং নৌহৌনা অমুক তারকপদা অমসুং মাবু মীৎমংঙদা উবা ফংবদা ঐঙোন্দা য়াম্না লুংঙাইবা অমা ফাওখি। হেন্না খঙনীংলকখি ওজা

ব্রজবিধু বনানো? মানা মতৌ করম্না মহাক্লা পণ্ডিত ওঙ্কারনাথ ঠাকুরদগী শাস্ত্রীয় সঙ্গীত তমুক্কপা অমস্তুং মণিপুরগী শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী লমদা মাগী অবদান?

হৌজিক ওজা ব্রজবিধু মাগী য়ুম সংগোলবন্দ, শয়াং ইস্ফালদা মাগী মুপী (শ্রীমতী ইবেচাওবী দেবী) গা মবানদা য়াম্না ইংনা, চীক্লা শান্তি ওইনা লৈরি। লাইবক থীবদগী মচামুপা অনী লৈখিদ্রে, অমত্তা পোকচবী মচানুপীতুমু ময়ুম পানখ্রে। চহী অমুক কুইবসি, মৈতৈগী গৌড়িয়া বৈষ্ণব ধর্মগী লৌচৎ-শাজৎ, পুন্সি মরেলদা লাই নীংতুনা, অশংবা মতমদা লাইরিক পাতুনা অমসুং লাইরিক ইদুনা পুন্সি লেপ্লক্লি। ছান্নদগী হৌনা মুমিৎ থোক্তিংদা ঈরুজবা ঈশৈ ওরাইবা অসি কায়বা লৈতনা তৌরক্লি। মপুন্সিদা নগুবা চীঙ্গাক চারক্তে, গঙ্গা থকদবা ত্রিনাথকা ঈশৈ শক্লক্তে। (মহৌশা 'কলাবান্তি' হায়না খংনবা ক্লাসিকেল ম্যুজিক অসি মতাবেদব থুকম্বা ত্রিনাথদা য়াম্না শক্লরম্মী। মসিগী ঈশৈ শকুবা মকম লৈরমদে। ঈশৈ শকপা কলাকারশিং অসি গঙ্গা য়াম্না থক্লরম্মী।) মরম অদুনা, মাগী অপোকপা অকোইজম নিংথেম সিংহনা (অপোকপীনা খুরাইজম নিংতোল থম্বাল মরীক দেবী। মচীন-মনাও মরীগী মমুংদা খ্বাইদগী তোমবান।) মচানুপানা ঈশৈ তৌবা, যন্ত্র খোংবা অসি গঙ্গা থকপম্মী ঈশৈনি হায়দুনা য়াম্না য়ারমদে, য়াম্না শাথীনা ফুরম্মী। সঙ্গীত পামজনা পোক্রক্রবা ব্রজবিধুদ অচাং ওইরিত্তেদগী উকংবা বেহলা শারগা, তাকয়েলদগী শগোল মমৈ ককউরগা ঈৎতুনা, নানদুনা লৈ, মানা শাজবা বেহলা খোংঙি। অপোকপা চৈরাপ কোর্টকী মুক্ত্যানামা, দরখাস্ত ইবগী থবক্তা অমা তৌরম্মী। পৈশা খোক্তে, য়াম্না য়ায়। মথংদা মতম খরা টেলিগ্রাফ ওফিসকী লাইনমেন ওইনা থবক তৌই। তুমুদা চংপদা শোক্তনা হল্লকই। হিগিনস সাহেবতা মশা শোক্তনা নাতুনা লৈরে, থরা তেঙবাংবিযু হায়রুবদা লুপা ১০ পীরকই। পেন্সনদি

থা অমদা সেন তরা ফংডি। মপানা থবক তৌবা লংক্কে চৎখ্রিডৈদা শাথীনা অরা-অনা মায়োক্নখি, লুক্রাক্তা চাক থিরগা চাবা য়াওখি। অপোকপা ওন্দানা লৈখিদ্রে, অমুক হেন্না অরাবা তারে। ব্রজবিধু লাইব্রিক তম্বা ক্তোকপা তারে, স্কুল কী পীনীংঙাই লৈদ্রে। শেৎনবা ফি-রোল লৈদ্রে। কাঙ্খল শাবী মমানা মচাগীদমক্তা কাঙ্খলনা মরোল মরোল লোম্নরগা তুবা ফুরীৎ অদু লীৎলগা স্কুলদা চৎপদা মমান্নবা মন্নান্না য়েংলগা নোক্নখি। নংবনা পৎ তৎলবা ইমুংগী মতেঙ থরা পাংনবা হায়দুনা ব্রজবিধুনা চাউরগা মখোয়গী বাপন্দগী কনম্না ঈংতুন লূবাক মচা শারগা লেংথোব নাতুনা লিলোং তান্না খোঙনা চৎতুনা য়োনবা চৎলি। মাগী লাইব্রিক তম্বা তোকপা তাবগী অরাবা অমস্তং লাইব্রিক্তা থরায় য়াওবা অসি উরদুনা নোংমা ময়ূমদা গোপাল মুহোরী অমস্তং অজ্ঞা বঙ্কবিহারী শর্মা লাক্নগা মাবু পুরগা হিজম ইরাবত, দরবার মেম্বরদা শিন্নে—“মমাক ইবুংঙো, নিপামচা অসি নঙোন্দা শিন্নরগে হায়দুনা পুরকইবনি। মহাক ক্লাস নাইন পাস তৌরগা কী পীবা অমস্তং লাইব্রিক লৈবা ঙমদ্রদুনা তোক্ননি হায়রে। কমদৌবা মেম্বর?” হিজম ইরাবত মেম্বরনা পৈশা পুথোক্লুনা ব্রজবিধুবু লাইব্রিক মথা তমহনখি। খৃ. কু. ১৯৩৮দা ব্রজবিধু মেট্রিক পাস তৌখি। ইরাবতকী অচৌবা তেঙবাং অসিগী লমন শিংবা ওইনা ব্রজবিধুনা ইরাবতকী মচানিপা গৌরকিশরবু লাইব্রিক তম্বীখি।

অদুদগী য়াম্না রানা থবক থিরে। ময়াম্বা অহল উদ্ধব সিংহ ফোরেষ্ট গার্দ ওইনা থবক তৌরম্মী। মানা পুশিনবিদুনা অমস্তং হায়নবিদুনা মতমদুদা ফোরেষ্ট ওফিসার ওইরম্বা, পদ্মনভা কৌবা মাদ্রাজী মচা, য়ূম্বান্দবা অমগী পার্সোনেল চপ্রাসী ওইনা থবক তৌরে। থাদা লুপা ৮ তলব কংজরে। ইংরেজী ঙাঙবা ঙম্বা চপ্রাসী অসি (ব্রজবিধু) মাগী ওফিসারনা য়াম্না লুনা চান্না তৌরম্মী। ব্রজবিধুগী পূকচেল শেংবা, হৌনা-খঙবা ব্যবহারদা মহাক পেনখি।

য়বাগী লোয়নখিবা পুন্সি মতেক্তো কাউত্তমদবা অমা ওইখি। মহাক্না থবক থাদোক্লুনা চংলমদাইদা ব্রজবিধুবু ফোরেষ্ট গার্দ ওইনা চাম্থিরম্মী। অতুদগী শাথীরবা পৃথিবীগী অনীশুবা লম্বাও লাক্লে। সমাজগী পুন্সিদা অহোংবা কয়া মথং মথং লাকল্লে।

মণিপুরদা হিন্দুস্থানী শাস্ত্রীয় সঙ্গীত অমসুং তৈতে মপানগী ঈশৈ-নোংমাইগী মওং চঙলকপা হৌখিবসি চন্দ্রকীর্তি মহারাজনা পানবা মতমদগীনি হায়বা য়াই। মাগী মতমদা 'জগোর শাবী লোয়শঙ' লিংখৎতুনা মপানগী ঈশৈ মওং কয়া চংলকপা হৌখি। মসি ব্রজবিধুগী অপোকপা নিংথেমজাউ অসি মশক-মতৌ য়াম্না ফজে। (চুম্মী মজরম-গনি। হৌজিক মচানিপা ব্রজবিধুসু মশক ফজবা ময়েং তাত্রে। চহী অসুক য়াম্লদসু কুচ-কুমেন য়াম্না ফজরে) মহাক কোম্বংগী জগোয় শাবী লোয়শঙ কাউরম্মী। নটকী ঈশৈসু শকই। অচুম্বা চপ চাবা হিন্দুস্থানী ক্লাসিকেল ম্যুজিক চঙলকপদ ১০ শুবা শতাব্দা হৌগৎলকপদগীনি হায়বা য়াই। গোপিমোহন (মহাক কাছাড়দগীনি। মহাক্কী মরমদা অপা খিজরিংডে, ইরংবম ইবোহল সিংহ ওইরে) হায়বসি অঙনবা, শুংমানবা হিন্দুস্থানী ম্যুজিক হৌদোকপা মীশক অমনি। মাগী মমাংদা বনা লৈরম্বগে হায়বসি তশেংনা হায়বা ঙমদ্রে। গোপিমোহনগী মতুংদা লাকই ওজা হিজম পুনবুম, লৌক্রাকপম লৈকায়, ওস্তাদ থম্বৌ, দ্বিজমণি দেব শর্মানাচংবা। অহানবদা ব্রজবিধু ওজা পুনবুমদগী ঈশৈ তম্মী। মহাক মগুণ লৈবা ওজা অমনি। মাননা য়েশরাজ পায়রগা হিন্দুস্থানী সঙ্গীত অমসুং কীর্তনীয়া শকপা য়াম্না পবচে। ওজা নাতুম মাগী মমিং চংলবা শিষ্য অমনি। মথংদা ওজা ব্রজবিধুনা ওস্তাদ থম্বৌদগী ঈশৈ তম্মী। ওস্তাদ থম্বৌগী মফমদগী মথুংয় তানা ঈশৈ তম্বা ফংদবদগী কাছাড়গী বড়বেত্তা তাম্না চৎতুনা ওজা পুনবুমগী মফমদগী ঈশৈ তম্মী মতম অসিদা ওজা পুনবুমদি কনক (গনক) লোই হায়দুনা মণিপুরদগী মহারাজ চূড়াচান্দনা তাম্থোক্লুনা কাছাড়দা

লৈবা মতমনি। ওজা পুনবুম্না ব্রজবিধুনা কন্নীবা য়াবা মথৈ খাক্তনা তম্লীরে, লাইরিক-লাইশু কয়া'মু পীরে। পীবা য়াবা বন্ন পীখারে। মণিপুর খোক্লমদাইদা য়ায়া ভুংশিনা মাঙ্গী চাত্রদা হংখি, "বিধু, নঙ মথা কার তোগে খাল্লে।" বিধুনা খুম্মী, "ওজা! ননাই ঐ ভারতকী মমিং চংলবা, সঙ্গীতকী নিংথৌরেল হায়না খঙনরিবা পণ্ডিত ওঙ্কারনাথ ঠাকুরদগী ঈশৈ তমথগে খল্লরি।" মাগী ওজা পুনবুমসু হরাওরে। ব্রজবিধুগী অচেৎপা অপাম্বা, পুক্নিঙগী লাইনীং-পণ্ডিত ওঙ্করনাথকী মফমদগী ঈশৈ তম্বগী লম্বাদা নীংহৌরবা লৈতনা চঙশিনবা হোৎল্লে। ব্রজবিধুগী হৌমম কনবা অমা লৈ। মহাক মীনা তেনবা, লাকচয়া য়াদবা মীশক অমনি। য়ম্না ভক্দে, হোৎনবসু য়াম্না কল্লি। মাগী উইল বনবা অতুনা পণ্ডিত ওঙ্করনাথ ঠাকুরগী শিষ্য অমা ওইবা ঙমখি। মহাকী মফমদগী চহী ২/৩ ময়ুমদা লৈদুনা হিন্দুস্থানী ক্লাসিকেল ম্যুজিক তমজরকখিবনি। মসি মাগী পুন্সিদা য়াম্না অতাওবা অমসুং কাউতমদবা থৌদোক অমনি।

ওজা ব্রজবিধুনা অহানবদা ওঙ্কারনাথকী মফমদগী ঈশৈ তমজগে হায়দুনা মাগী ময়ুম বরোদাদা চাং ইখদগী কলিকাতাদা কনফরেন্স যাওবা লাকনি, মদুদা উনরসি হায়দুনা পাউ কাওনরে। ব্রজবিধু ওঙ্করনাথ উনবা কলিকাতাদা চংলি। নুমিৎ কুয়ানিদি মাগা উনবা মী য়ামমনগ্রদুনা উনবা ফংদ্রদুনা হানা খাৎদুনা লৈরে। কলিকাতাদা থুংলবগী মরীনিশুবা নুমিৎতা মাগী লৈফমদা চৎতুনা উনরে। হরাউ হরাউ তৌবিরকই। মাগী কাদা পুশিনবিদুনা অচা-অথক কয়া পীজরে। ঈশৈ তম্নীংলবদি মাগী লৈফম বরোদাদা লাকউ হায়বদগী বরোদাদা চৎতুনা গুরুকুলগী পরম্পরাদা ঈশৈ তমজখি। ঈশৈগী তম্নীবা মওং, সাধনা, ধ্যান তৌবা, স্বর শাস্ত্রবা, অলঙ্কার মথল কয়া শুনা তম্লীরে। মহাক য়াম্না চেকশিল্লি, য়াম্না নীংখিজনা তম্নী।

মাগী পুন্সিদি লম্বোইবনি। ব্রজবিধু ঈশৈ ওম্বা লোইরদুনা ময়ুমদা থোক্লক্লে। মমৈথংদা মমা শিবগী লু কোক্ক্ননা লংফৈদা চৎপা অমদা ব্রজবিধুনা বেনারস হিন্দু বিশ্ববিদ্যালয়দা ওজা ওইরিবা মাগী গুরু ওঙ্কারনাথকা অরোয়বা ওইনা উনরকখি। মানা হায়জদুনা গুরুগী খুরুম নিজরগা পুরকই। ওসিন্থু খুরুমদো লাংলি। মাগী গুরুনা শিগ্রবা মতুংদা গুরু পূর্ণিমা খুদীংগী মাগী মফমদা পূজা তৌবা লেপত্রি।

ওস্তাদ থম্বৌনা নোঙ্গাগ্রবা মতুংদা মাগী মচুৎ শিন্দুনা শ্রীব্রজবিধুনা জোনস্তোন স্কুলদা ম্যুজিক ইন্সট্রক্টর ওইনা চহী কয়া থবক তৌরম্মী। হিন্দুস্থানী সঙ্গীতকী গায়ক অমা ওইরবা নত্তনা মহাক সঙ্গীত শাস্ত্রগী মরমদা য়াম্না থঙবা মীশক অমনি। মহাক্না মরমদা লাইরিক কয়া ইদুনা ফোঙডি — (১) গীতিকামালা, (পার্ট ৩); (২) নাদ তত্ত্ব; (৩) শ্রীগোবিন্দগী মণিপুর (ধর্ম্মগী লাইরিক); (৪) শ্রীপ্রভাস খণ্ড (কাব্য) (৫) কণ্ঠাওনরবা জীবদা গীতাগী লম্বী; (৬) শ্রীগোবিন্দ অসিনটবা। মাগী অচৌবা থবক অমনা — মণিপুরদা ম্যুজিক কলেজ লিংনবা হোৎনরকখিবা অসিনি। খৃ. কু. ১৯৬২ দা উষা ভবনগী ছাত্র শংগা লোয়ননা প্রাইভেট ওইনা 'ম্যুজিক কলেজ' হৌদোকখি। কলেজ অসি মফম চাবা হেংদুনা উষা ভবন, শয়াংদগী ওস্কাসনা স্কুল হায়দুনা ক্লাস হৌখিবনি। ওসিদি গবর্ণমেন্ট ম্যুজিক কলেজ ওইরে। মাগী হরাওবগী ওমথৈ লৈখিদ্রে। খৃ. কু. ১৯৯০ দা 'ষ্টেট একাদমী অবাদ' পীদুনা ইকায় খুম্নপ্রবা কলাকার অমসুং পণ্ডিত অসিগী তোপ-তোপ্পা অর্মদ মহাক শাস্ত্রীয় সঙ্গীতা নত্তনা নট, মনোহরশাই, নাম কীর্ত্তন নীংথিনা খঙডি অমসুং কজনা শকপা ওম্বতা নত্তনা ঈশৈ কয়াসু লেংডি। মসিগী মথক্তা যন্ত্র কয়াসু খোংবা ওম্মী। য়েশরজাদি থোং-লকপা কুইরে। মাগী কাদা যন্ত্র মথল শুনা থম্মী। মাদি যন্ত্রশিংগা

শাগোম্নহুনা তুম্মী হায়বা য়াই। হৌজিক ওজা ব্রজবিধু নিষ্ঠাভক্তিগা লোয়ননা মাধুর্য্য প্রেমদা লূপতুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী চরন্দা আশ্রয় তৌরগা আত্মা সমর্পন তৌহুনা মতম লেপ্লিবা গৌরভক্ত অমা ওইখরে। মানা হায়, "ঈশৈ হায়বসি মুংশিনবা শক্তদবনি। ঈশৈদি থম্মোয়দগী থোরক্লদবনি। ঈশ্বরদি শব্দদা লৈ, ঈশৈদা লৈ। ঈশৈগী মতেঙনা ঈশ্বরগী খুম্না ফংবা ঙমগনি।" ◘

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পৌরফম', ১৮. ১। ১৯৯৯

# জ্ঞানপীঠ এরার্দ ফংলবা গিরীশ কারনাড

( ভারতকী মমিং চংলবা লীলা ইবা অমা )

হন্নক ভারতকী অচৌবা সাহিত্যগী মনা জ্ঞানপীঠ পীহনা ইকায় খুম্নখ্রবা গিরীশ কারনাড মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা নত্তে। মাগী 'হয়বদন' ( কোক শগোল ) অমসুং 'নাগ মণ্ডল' লীলা অনী অসি ডা· এলাংবম নীলমণিনা অতুগা 'তুঘলক' না লক্ত্রী মনাক্তা মণিপুরীদা হন্দোক্লে।

'হয়বদন' দি খৃ. কু. ১৯৭৫ গী অহুর'ইদা শান্নখ্রবনি। মী অয়াম্বনা গিরীশ কারনাডপু ফিল্ম স্টার, ফিল্ম স্ক্রীপ্ট, ইবা, ডিরেক্টর অমা ওইনা উরম্মনি। মরমদি মহাক্কী শক্তম টি ভি অমদি অচৌবা স্ক্রীনদা উবা মীশক অমনি। চহী ৩৭ শুবদা 'সংস্কার' ফিল্মদা কুম্মী। অহুলগী কন্নাডা অমসুং হিন্দী ফিল্ম কয়াদসু মথং মথং য়াওরে। উৎসব, নিশান্ত, মন্থন, স্বামী অসিনচিংবা ফিল্মশিংদা আর্টিস্ট ওইনা মমিং চংখি। চুম্মগী ফিল্ম স্টার ওইবদা নত্তনা পুনেদা লৈবা 'টি ভি এন্দ ফিল্ম ইন্সটিটুটকী ডাইরেক্টর ওইনসু অচৌবা থবক তৌরম্মী। অদুবু মাগী অশেংবা সংসারদি ফিল্ম নত্তে, থিয়েটর'নি। ড্রামা ইবনা মাগী থাউইদগী মরু ওইবা থবক্নি হায়রনা লৌই। লীলা অমা ইবদসু মতম য়াম্না চংনা হৌ, মশা য়াম্নবা পাংইদা ইবা অইবা নত্তে। ইবগী

থবক অসি য়াম্না সিরিয়স ওইনা লৌজবা অইবনি। মরম অতুনা পুথোক্লকই মাগী মখুত্তগী ক্লাসিক ওইরবা লীলাশিং। মানা কনাড়াদা ইবা লীলাশিংগী মনুংদা ১) যযাতি (১৯৬১), ২) তুঘলক (১৯৬৪) ৩) হয়বদন (১৯৭১), ৪) নাগমণ্ডল, ৫) অগ্নি ঔর বাড়থা (হিন্দীদা হন্দোকপা, Fire and Rain) অসিনচিংবা লীলাশিং অসি য়াম্না মমিং চংলি। অসি নত্তবা 'অনজুমল্লিগে' (১৯৭৭), 'হিত্তিনা হুনজা' (১৯৮২) 'তালেকানদে' কৌবা মমিং থোইনা চত্তবা লীলাশিংসু লৈরি। ষ্টেজগী প্লে নত্তবা মানা ইবা রেডিও প্লে, টি. ভি. সেরিয়েল-শিংসু য়াম্না মমিং চংলি। বি. বি. সি. না মতোন্দা 'Dreams of Tipu Sultan' ইহন্দুনা শন্দোকখ্রে, মীয়াম্না য়াম্না থাগৎনখি। টিপু সুলতান্না মাগী মওশিং অসি ইশিন্দুনা লোম্না থনম্মী। মতুদগী য়ুমফম ওইবনি। চহী থরগী মমাঙদনি। রতন থিয়াম্না নোংমা কৌরক্ত্না মাগী কোরস রিপর্টোরীদা অগ্নি ঔর বাড়থা (Fire and Rain) হায়বা ড্রামা অসি ডা. দেবরাজনা পারগা ঐখোয় ময়াম থম্না নৈনখি। হিন্দীদা পাবনি। মতুদা, ঐনা নীংশিংবদা ডা. আই এস কাংজম, লনচেনবা মীতৈসু য়াওই। গিরীশনা রতন থিয়ামদা লীলাসি শান্নবা য়াব্রা য়েংউ হায়দুনা পীরকপনি হায়। লীলা অসি অমেরিকাগী Gutherie Theatre না কমিশন তৌদুনা থওইনা গিরীশতা ইহন-বনি। আমেরিকাদদি শাম্নরে, ভারত্তদি থোইনা শান্নদ্রে। গিরীশ কারনাড অসি মোহন রাকেশ, বাদল সরকার, বিজয় তেন্দুলকর-খোয়গী মতুংদা লাকপা ভারতকী মমিং চংলবা লীলা ইবনি। মানা হায় "ঐনা ঐগী লীলাদা য়াম্না খুংলোয়রনা হৈশিংনা ইবা ওম্বা অতুম্না ফিল্মদা তৌবা ওমদে। ফিল্মদি পৈশা ফংনবা অতুক তৌশাবা হায়দুনি।"

গিরিশ কারনাড খৃ. কু. ১৯৩৮, মে ১৯ দা কার্নাতকী নোংচুপথংবা ঘাটতা লৈবা মথেংরন কৌবা খুলংদা পোকই। মানা চহী ১৪

শুবা ফাওবা মাগী থুঙংদা ইলেকত্রিসিটি ফংত্রি। শংক্রবা উমং-রামং শা-কৈনা থল্লবা, ভূত-প্রেত কয়া লৈগদবা ম'নবা থুঙংগী লমদমতুদা চাউরকখিবনি। অহল লমনশিংনা তঙ্গনা ফুঙ্গা য়ারী লীবি। মরক মরক্তা লোকনাটকনচিংবা য়েংবা নত্তনা অতৈ করিস্থু লৈতে। অঙাং ওইরিবৈগী ট্রেদিশনেল অমস্থুং ফোক্কী ওইবা তাইবংগী পুন্সিনা মাগী লীলা অয়াম্বগী য়ুম্ফম ওই। মাগী লীলা অয়াম্বা ফোক অমস্থুং মিথোলোজিগী য়ারী, সিম্বোল কয়া শীজিন্নত্তুনা ই। 'হয়বদন' হায়বা লীলা অসিদি 'যক্ষগান' হায়বা ফোক থিয়েটরগী ফোর্মদা ইবনি।

মাগী অপোকপা ডাক্তরনি। অহুনা মচা গিরীশবু অফাওবা মীশক অমা ওইনবা মহৈ-মশিং তম্বা কল্লা হোৎনখি। গিরীশনা মৈসোরদা চত্তুনা অঙ্ক অমস্থুং একোনোমিক্সতা এম এ তম্মী। লাইবক ফবদগী Rhodes Scholarship ফংতুনা ওক্সফোর্দ য়ুনিভর্সিটিদা লাইরিক তম্বা চৎলি। খৃ. কু. ১৯৬০ দা ভারত্তা হল্লকই। মানা ওক্সফোর্দদা লৈরিঙৈদা মাগী অহানবা লীলা 'যযাতি' ইখিবনি। লগুন্দগী হল্লক্লগা চহী ৬ (১৯৬৩-১৯৭২) মদ্রাজদা লৈবা ওক্সফোর্দ য়ুনিভর্সিটি প্রেসকী ব্রঞ্চ মেনেজর ওইনা থবক তৌরম্মী। মতুংদগী থিয়েটর অমস্থুং ফিল্মদা পুক্নীং চঙখ্রে। ইকায় খুম্নবা সঙ্গীত নাটক একাদমীগী চিয়ারমেন ফাও ওইখি। মহাক হোমী ভাবা ফেলোশিপ, পদ্মশ্রী, সাহিত্য একাদমী এৱার্ড, সঙ্গীত নাটক একাদমী এৱার্ড, কমলা দেবী চট্টোপাধ্যায় এৱার্ড ফংলবা মীশক অমনি। হন্দক্লা জ্ঞানপীঠ এৱার্ড পীতুনা মাবু ইকায় খুম্নরি। গিরীশ কারনাডতি য়াম্না থেংনা মশাগী চহী নিফু শুবদা মাগী কুইনা থওনরক্লবী সরস্বতী দেবী নুংহোংখি। মাগী মপী অসি আমেরিকাদা ডাক্তর তম্বনি। গিরীশ কারনাডনা মাবু লুহোংনবগীদমক্তা চহী ১৫ ঙাইখি। হায়নবা অমস্থু লৈ 'স্বামী' হায়ন' ফিল্মদা গিরীশনা ফিদমনিংঙাই ওইরবা মপুরোইবা অমা শাবা উবদা সরস্বতীনা মঙোন্দা লুহোংবা অসি য়ারকখিবনি। মতৈ-মনাও

অনীমক ইমুংগী অমসুং মচাগী য়াম্না থনবা মীশক্তি। সরস্বতীগি মচা শেম্নবা অমসুং য়েংশিন্নবগীদমক্তা ডাক্তর ওইবা শীনফম কাওবা ক্ষোকথোকখি। হৌজিক্কি গিরীশনা পুন্নমক থাদোক্লগা লীলা ইবদা পুক্নিং চঙলগে হায়না লেপলে। জ্ঞানপীঠ এৱার্ড ফংলকপা অসি মহাক য়াম্না থাজদে হায়। মাগী মমাওদা ফংখিবা কনাড়াগী অইবশিংনা মঙোন্দগী য়াম্না হেন্না মতীক চাবা ওাকুনি হায়।

গিরীশ করনাডকী পোক্নফম লমদম কর্নাটক হায়বসি ড্রামা, থিয়েটর, ফোক আর্টি অসিদা য়াম্না ইনাক খুন্নবা লমদম অমনি। মফম অসিদা সংস্কৃতকী প্রভাবসু য়াম্না কন্না লৈ। ১৬ শুবা শতাব্দীদা কনাড়া লোনগী ড্রামা লৈবা হৌরে — মমিংনা 'মিত্রবিন্দা' গোবিন্দ? কৌই, শ্রীহর্ষনা ইবা 'রত্নবলী' দগী শেমদোকপনি। মোডর্ন থিয়েটর লাকপা মতমদা মারাথা থিয়েটরগী অকন্নবা প্রভাব কয়া তাখি। খৃ. কু. ১৯৬০ গী মতমদা ভারতকী থিয়েটরনা মশাগী মশক, মরূ থিবা হৌরকপা মতমদা গিরীশনা 'হয়বদন' ইরকখিবনি। মাগী অহুমশুবা লীলা অসি ফোক ফোর্মদা ইবনি। সেমি ক্লাসিকেল ওইনা তৌবা 'যক্ষগান' দগী জগোই, ঈশৈ, ফোর্ম, টেকনিক কয়া শীজিন্নে। গিরীশনা লীলা অসিদা তৌখায়বা থিয়েটরগী ওইবা লোন অমসুং ফোর্ম অমা থিবা তৌরকই। Thomas Mann গী The Transposed Heads হায়বা অসিগী মওং লৌরগা গিরীশনা বেতালগী ৱারী শীজিন্নদুনা মীওইবগী মপূং ফাদবা মশক অসি উৎনবা হোৎনৈ। 'তুঘলক' অসিনা ইতিহাসতা যুম্ফম ওইবা ৱারীনি। উৎলিবনা য়াম্না আদর্শ ওইরবা লৈবাক ওাকপা অমনা মরৈবাক, মজাতিগী থনবা, মাগী মায়প্নোক্তা অয়েংপা কয়া লাকপা, মাগী আদর্শগীদমক্তা মথৱায় থাখিবা উৎলি। কনাওয়না নেহরুগী পুন্সিগী চাংদমদুনা নৈনবা অমসুং য়েংবসু য়াওই হায়। 'নাগমণ্ডল' দা মপুরোইবনা মীরায়বীরবী নুপী অমগা কোব্রা (লিন) না মপুরোইবগী মওং লৌদুনা মরী লৈনবা

উৎলি। মিথকী সিদ্বোল শীজিন্নবা য়াম্না সাইকোলোজিকেল ওইবা অকুবা লীলা অমনি। গিরিশনা বোঙ্গেদা Strindberg গী লীলা Miss Julie য়েংউম্নবা মতুংদা মাগী লীলা অসিগী মরমদা হায় - "The new teachnology was so different from the torch lit mythological plays and it was accompanied by a new psychology." মাগী 'নাগমণ্ডল' মিথোলোজিগা অনৌবা মনোবিজ্ঞানগা য়ানশিন্নহনা উৎপনি।

গিরীশ কারনা'ড ভারত ইমাগী অতাঙবা মপারি অমনি। ফিল্ম, থিয়েটর, সংস্কৃতিগী লমদা মাগী শীংথানবা য়ারবা থুংলোল লৈ। জাঙলবা ভারতকী ড্রামাগী মায়কৈদা মানা শীংথানবা যারবা লীলা কয়া ইহনা ভারতকী শাস্ত্রগী মমিং চৎলবা, মগুণ লৈরবা ড্রামাটিষ্ট অমা ওইনা সাহিত্যগী থোমলাং য়ারি। মাগী ড্রামা মতম কুইনা হিংহনা, শেমগৎহনা লৈহৌরগদবা ওাক্তনি। মতীক চাবা লীলা ইবা অমবু মতীক চানা ইকায়খুম্নরে। ▣

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্নফম', ২৫ · ১ । ১৯৯৯

# 'ভারত রত্ন' ফংলবা লোকপ্রিয়া গোপিনাথ বরদলৈ

(অনৌবা আসাম শেমগৎলম্বা পাথৌ লুচিংবা অমা)

ইন্দক ভারত সরকারনা, ভারতকী খুাইদগী য়াংলবা সিবিলিয়ান অৱার্ড পীদুনা ইকায় খুম্নজবা অসি মীশক অনীথক্তনি। অমনা পৃথিবীগী ওইনা মমিং চংলবা চহী ৭৯ শুরবা সিতার খোংবা রবী শঙ্কর। অতোপ্পা অমনা, নীংতম্লবা ভারতকী আসামগী অহানবা চিফ মিনিষ্টর ওইরম্বা, মীয়াম্না 'লোকপ্রিয়া' (মীয়ামগী নুংশিখোইবা) হায়না কৌনবা গোপিনাথ বরদলৈনি। মানা নোঙ্গাওবা চহী ৪৯ গী মতুংদা পীবা মনানি। মীশক অনীসিদা ভারত সরকারনা পীরিবা মনা অসিগী থাক অমসুং মগুণ চপ মান্নে। অদুবু, অদোম্না অমসুং মীয়াম্না সিতার খোংবগী গুরু অমা ওইরিবা রবী শঙ্করবুদি শোয়দনা খঙহনরমগনি, গোপিনাথ বরদলৈগী মমিংদি হৌরাংদবসু য়াই। বয়াদা খেনথ্রবনো! ঐখোয় আলেকজেণ্ডর দি গ্রেট, আকবর, অশোকী মরমদদি য়াম্না মুন্না খঙই। অদুগা পাখঙবা, খাগেম্বা, ভাগ্যচন্দ্রগী মরমদদি মুন্না খঙদে। 'ভারত রত্ন' ফংলিবা গোপিনাথ অসি ভারতকী অৱাং-নোংপোক লমদমদা পোকখিবা মীশক অমনি। ঐখোয়গী মুমলোম্নবা রাজ্যগী লুচিংবা অমনি। মরম অদুনা রবী শঙ্করগী মরমদা

ইবগী মতুম্তা গোপিনাথকী মরমদা ওইনা খরদং ইরুগে থয়ে। রবী শঙ্করগীদি মানা ইবা লাইরিক 'My Music, My Life' (Vikas, অহানবা থুংনম ১৯৬৯, ১৫ শুবা থুংনম ১৯৯২, লা: ১৬০) অসি পাবিরগা য়ারে। লাইরিক অসি রবী শঙ্করগী পুন্সিগী মরমদা পন্দুগ অমা য়াওরি। অতৈদি ভারতকী মু্যজিকী ইতিহাস, থিওরী, সিতার করম্না খোংগদগে হায়বগী মরমদা ইবনি।

গোপিনাথ বরদলৈ মপা-মপু পাঞ্জীগী শিনফম ভৌরকপা ব্রহ্মণ শাগৈগী বুধেশ্বর বরদলৈ অমসুং প্রানেশ্বরী দেবী অনীগী মপারী ওইনা খৃ. কু. ১৮৯০, জুন ১০ দা নাগাঁও দিষ্ট্রিক্টকী রহা কৌবা মফমদা তাইবঙ খোঙদারকখি। অপোকপা সরকারগী মেদিকেল সার্বিসতা থবক তৌরম্মী। গোপিনাথনা চহী ১২ শুবদা অপোকপী নৌঙ্গখি। খৃ. কু. ১৯১৪ দা কলকত্তা বিশ্ববিদ্যালয়গী এম এ ( ইতিহাস ) অমসুং বি এল (১৯১৫) পাস তৌখি। ছাত্র ওইরিঙৈদা ক্রিকেৎকী অফবা শান্নরোয় অমা ওইরকখি। পুন্সিগী অহানবা শিনফম্না গৌহাতিদা লৈবা সোনারাম হায়স্কুলদা হেদ মাষ্টর ওইবনি। ওজা ওইবগী শিনফমদা চঙলবা মতুংদা শিক্ষাগী লমদা লৈরিবা অরাংপা কয়াসি মশামক্তা হৃকথেংননা থংবা ঙম্মকখি। মাগী লমদমদা শাথীনা শোথরিবা শিক্ষাগী ফীভম অসি অমুক্তং ফগৎনবা তৌগে হায়বসি মাগী অচেৎপা রাখল ওইখি। মতুংদা মাগী অনীংবা পাংথোকপা ঙমখি। নীংতম্লবা ভারতকী আসামগী অহানবা চিফ মিনিষ্টর ওইরবা মতুংদা মহাক্না শিক্ষাগী মরমদা তৌরম্মা থাইদগী শীংথানবা য়াবদি খৃ. কু. ১৯৪৮ দা গৌহাতি বিশ্ববিদ্যালয় লিংখৎলম্বা অসিনি। মসিদা নহনা আসাম মেদিকেল কলেজ, আসাম ভিতিরিনারী কলেজ লিংখৎনবা হেৎনবদসু মানা অচৌবা থৌদাং কয়া লৌখি।

মাগী নহা ওইরিঙৈ পুন্সিদা মাণিক চন্দ্র বরুবা, স্বামী সুরেশনন্দ বরুরাগী পুন্সি অমসুং আদর্শগী অবনবা প্রভাব তাখি। গোপিনাথকী

মমাংদা মতমহুদা আসামদা য়াম্না মমিং চৎলবা, মগুণ লৈরবা রাজ-নীতিগী মীশক অনীথক লৈরম্মী। মখোয়শুদি— (১) দেশভক্ত তরুণ-রাম ফুকন অমসুং কমবীর নবীনচন্দ্র বরদলৈনি। হায়রিবা মীশক অনী অসিগী অকনবা ইথিলশু গোপিনাথকী মফমদা লৈখি। মতুংদা মীশক অহুম (তরুণ কুমার, নবীনচন্দ্র, গোপিনাথ) অসিবু আসামগী অচৌবা য়ূম্বী মখোঙ অহুম হায়না খঙনরকখি।

মানা হায়স্কুলগী ওজা ওইবা তোক্লবা মতুংদা উকীল ওইনা আইনগী শিনকমদা খোঙদাবা হৌরে। উকীল অমা ওইনদি কা হেন্না মায় পাকখিদে। অদুবু মসিগা লোয়ননা সমাজ সেবাগী থবক য়াম্না তৌরম্মী। খৃ. কৃ. ১৯২০ গী মতমদা মহাত্মা গান্ধী অমদি ভারতকী অতৈ লুচিংবশিংগা শরুখঙনরে অমসুং মরী লৈননা থবক তৌবা হৌরে। খৃ. কৃ. ১৯২০ গী মমাংদা আসামদা 'আসাম এসোসিয়ে-সন' হায়বা সংস্থান অসি নতুনা রাজনীতিগী দল অমত্তা লৈরমদে। খৃ. কৃ. ১৯২০ দা কলকত্তাদা পাংথোকপা, লালা রাজপত রায়না সভাপতি ওইবা ইন্দিয়ান নেসনেল কংগ্রেসকী মীফমদা গোপিনাথ বরদলৈ শরুক য়াখি। মসিদগী হৌনা আসামদা কংগ্রেস পার্টি শম্দোকপা হৌরকখি। খৃ. কৃ. ১৯২১ দা মহাত্মা গান্ধীনা কৌবা নন-কোওপরেসন মুবমেন্টকী পাউখুম ওইনা উকীল ওইবা তোক্লনা ভারতকী নীংতম্বা আন্দোলনদা চোংশিন্দুনা থবক তৌবা হৌখি। খৃ. কৃ. ১৯২৬ তা গৌহাটিদা কংগ্রেসকী মীফম পাংথোকখি। মতুদা মানা রিসেপসন কমিতিগী এসিস্টেন্ট জেনেরেল সেক্রেটরী ওইখি। খৃ. কৃ. ১৯২৯ দা বৃটিশ সরকারনা রাজনীতিগী থবক ময়াম নমংনবা কন্না হোৎনরকখি। মসিগী মায়োক্তা সরকারগী মহৈ তম্ফমশঙ অমদি অতৈ সংস্থান কয়াদগী থবক তৌবা ত্তোকপগী অকনবা ঈহৌ অমা লাকখি। মসিগী ফল ওইনা সরকারগী নত্তবা লনাই মহৈ তম্ফমশঙ

কয়া অমা লিংখৎনরকখি। মসিগী ঈহৌদা গোপিনাথ বরদলৈনা গৌহাত্তিনা কামরূপ একাদমী অমসুং বি বরুৱা কলেজ লিংখৎখি। গোপিনাথ বেসিক এজুকেসনগী চেৎনা থাজবা মীশক অমনি। মতুংদা মানা শিক্ষা মন্ত্রী ওইরবা মতুংদা বেসিক এজুকেসন চাওখৎনবা কয়া হোৎনখি।

খৃ. কু. ১৯৩৭ তা গোপিনাথনা আসাম লেজিসলেচরগী ওপোজিসনগী লিদর ওই। মতমসিদা মানা বৃটিশ সরকারগী পোলিসি কয়া কয়া শীংনখি। খৃ. কু. ১৯৩৮ দা আসামদা কংগ্রেস সরকার শেম্লে। গোপিনাথনা চিফ মিনিষ্টর (মতমমদুদ Premier হায়নমু কৌনরম্মী) ওইরে অমসুং এজুকেসন বিভাগসু পায়রম্মী। মতমদুগী গোপিনাথকী খুৎইদগী শীংথানবা য়াবা থবক অমদি আসামদা ওপিয়ম থিংবা অসিনি। অনীশুবা লাপ্তাও লাক্লে। কংগ্রেস হায় কমান্দনা হায়রকপা মতুং ইমা খৃ. কু. ১৯৩৯ দা গোপিনাথকী সরকার রিজাইন তৌখি। মহাত্মা গান্ধীনা মাবু অহানবা সত্যগ্রহী অমা ওইনা খনগৎতুনা খৃ. কু. ১৯৪০ দা লনাই চঙশিনবা সত্যগ্রহ আন্দোলন তৌহনখি। মহাকপু পুলিসনা ফাহনখি। খৃ. কু. ১৯৪০-৪১ দা জোরহাট জেলদা থমখি। জেল মচুংদা লৈরিউদা মহাক্না লাইরিক ৫ ইরম্মী।

অনীশুবা লাপ্তাও মতুংদা কংগ্রেসকী সরকার অমুক লাক্লে। হন্দকমুকসু গোপিনাথনা চিফ মিনিষ্টর ওইরে। মতমদুদা য়াম্না অকবা সমস্যা অমা লাক্লে। ভারতনা নীংতম্বা ফংলমদাই ময়ানি। কেবিনেত মিসনা খৃ. কু. ১৯৪৬ কী মে ১৬ তা 'Grouping Plan' হায়বা খাফম অমা পুথোক্লে। প্লান অসিগী মতুং ইমা বৃটিশ সরকারনা হায়রিবনা আসামগা বেঙ্গলগা (হৌজিকী বাঙ্গলাদেশকা) পুনশিল্লগা মুসলিমগী অচৌবা হফম অমা শেংহনি। মসি জিন্নাগী

অপাম্বনি । মসিগী মায়াক্তা গোপিনাথনা কন্না লেপখি, শুকন্না ল্লাখিদে। জিন্নাগী অপাম্বা মতুং ইন্না মাগী আসামবু পাকিস্টানদা থন্না য়ারোই হায়না ফোংনা শীংনখি। মহাক্তা মাগী মীহুৎ থাহুনা রাফমসি মহাত্মা গান্ধীদা কন্না হায়খি। মহাত্মা গান্ধীগী শোগৎপগা লোয়ননা গোপিনাথনা আসামবু গ্রুপিং প্লানদগী কনবা ঙমখি। অহু নৎলমত্রবদি ঙসি ওইরিবা আসাম অমদি অরাং-নোংপোক লমদম অসি মওং অমা ওইরম্বহ্ন য়াই। মসিদা নহনা মানা সরকার পায়রিঙৈদা আসামবু মচেৎ মচেৎ থোক্তা খায়দোকপা ঙমখিদে। মহাক আসামদা লৈরিবা ত্রাইবেলশিংগী য়াইফনবা য়াম্না খনবা মীশক অমনি। Constituent Assembly না লিংখৎপা নোর্থ ইষ্ট ফ্রন্টিয়র ত্রাইবেল সব-কমিতিগী চিয়রমেন ওইনা মাগী পীখৎপা রিপোর্টকী মতুং ইন্না ভারত সন্ধিধান্দা ৬ শুবা সেছ্যুল অসি য়াও-হনখিবনি। মসি ত্রাইবেলশিংগী য়াইফনবনি। মানা চিফ মিনিষ্টর ওইরিঙৈদা আসাম চাওখৎনবা থৌরাঙ কন্না তৌরম্মী। লমদম অসিগী শেন-থুমগী ফীভম ফগৎনবা, নেচরেল রিসোর্সেস ফগৎনবা তৌরম্মী। গোপিনাথ বরদলৈ ওগষ্ট ৫, ১৯৫০ দা লোইখি।

গোপিনাথ বরদলৈদি আসামগীদা নহনা অরাং-নোংপোক লমদমগী অচৌবা লুচিংবা, মরৈবাক মজাতি মুংশিবা মীশক অমনি। য়াং চাউবা, মশক-মতৌ ফজবা নিপা অসি গান্ধীগী নীতিদা চেৎনা থাজবা সোসিয়েলিষ্ট অমনি। মহাক থাদগী ফি-রোল শেৎতুনা য়াম্না চম্না পুন্সি লেন্নি। ধর্মদা চেৎনা থাজবা, লাইনীং পন্নৈ চেৎপা মহাক্তা মীওইববু ঙশেংনা মুংশিবা ঙমখি। অহুনা মাবু মুংশিনা কৌনরি 'লোকপ্রিয়'। মুমিৎ খুদিংগী গীতা পাবা তোক্তবা বৈষ্ণব অসি ঈশ্বরবু ফজনা শকপা ঙম্মী, ভক্তিগীত কয়াম্ভ শকই। মণিপুরগী রাজনীতি তৌবা অহল্লোনশিংনদি গোপিনাথবু মশক মুন্না

খঙডি, মাবু তম্বনা নীংশিংডি। খৃ. কু. ১৯৯০ দা মাগী চহী ১০০ শুবা মংপোক কুমওন ইন্ফালদা পাঙথোকখি। হৌজিক চহী ৯১ শুরবী মাগী মুপী প্রানেশ্বরী দেবী হিংলি। মাগী মুপীনা হায় —"পীরিবা মনা অসিনা লোকপ্রিয়াগী আদর্শবু অমুকা হেন্না লংখৎহল্লে। জাতিগী শেমগৎ-শাগৎপদা মীয়াম্না মাগী খোঙ্গুল তুং ইনগনি হায়না আশা তৌরি। মরমদি, লোকপ্রিয়ানা লৈবাক অসিগী চাওখৎনবা হোৎনবদা মপুন্সি কথোকপ্রবনি।"

—নোংমাই পণ্ডিত, 'পোরুফম', তাং ৮। ২। ১৯৯৯

### অরাং-মোংপোক লমদমগী মেতিভিষ্ট পেইন্টর ঃ

## শ্রীথোইদিংজম তোম্বী সিংহ

মণিপুরগী কলাগী সংসারদা লাইয়েকপা শ্রীথোইদিংজম তোম্বী সিংহ অনৌবা নংত্রে। মহাক মনা-মথুম কয়া ফংলে। জাতিগী থাক্তা তৌবা আর্ট একজিবিসন কয়াদা মহাক শরুক য়াক্লবদা নত্তনা ভারতকী রাংমদা পৃথিবীগী থাক্তা তৌবা একজিবিসন্দা বার্ত্তণ তৌরক্নুা শরুক য়াক্লরবা মণিপুরগী লেমজনীংঙাই ওইরবা কলাকার অমনি। Triennale দা য়াওবা ফংজবা অসি ভারতকী কলাকার খুদীংগী আশানি। মহাক্কী অয়েকপা লাই—International Exhibitions 6th Triennale India 1986 তা শরুক য়াথি। মসিগী মথক্তা ভারতকী মমিং চৎলবা কলাকার মাপল থঙৎপগী মনুংদা মহাকসু য়াওনা বার্ত্তন তৌরক্নুা খৃ. কু. ১৯৯১ দা সিঙ্গাপুর অমসুং ১৯৯৩ দা কোলা লামপুরদা চৎতুনা মাগী অয়েকপা লাইশিং উংখি। একজিবিসন অসু সিঙ্গাপুরগী নেসনেল ম্যুজিয়ম গেলেরীদা পাঙথোকখি। একজিবিসনগী খিন্না - Exhibition of Images of Joy and Despair. মহাক মতোমতগী 'নাইতোম উৎপা লাই' ( one man shows ) না বরোদা, কলকত্তা, বেনারস, ইম্ফালদা উৎথবনি। পূম্নমক অসিগী মথক্তা য়াম্না মুংঙাইবদি, ফেব্রুবারীগী তাং ২৩ দগী ২৮, ১৯৯৯ দা

থিল্লৈদা All India Fine Arts and Crafts Society (AIFACS) না শীন-লাংদুনা পাংথোক্লদোরিবা 6th All India Veteran Artists Exhibition and Honouring Function দা শকুক য়ানবা শ্রীক্ষিত্রৈচ তোম্বা সিংহবু বার্ত্তন তোরক্লে। একজিবিসন অদুদা শকুক য়াকুনবা মাগী মমিং চংলবা লাই অনী - (১) 'Hilly Belle' (১৯৯০, চাংগী শকহেনবী চম্বরা) অমসুং (২) 'Meira Paibi' (১৯৯১, মৈরা পায়বী) থাক্লে। মশামক চংদুনা খোরমদুদা শকুক য়াবদি ডক্লোইদোরি। মরমদি. মহাক ইম্ফাল কলেজগী প্রিন্সিপাল ওইবদগী ফেব্রুয়ারি ২৮ দা থবক্তগী পোথাদোরি। মসী থবক পোথাবগা একজিবিসন অসিগা ফাংনরে। AIFACS না শীল্লিবা একজিবিসন অসি 2nd Asian Art Exhibition : 1999 হায়দুনা মিংথোনবা অচৌবা কলাগী উৎসব অমনি। মসিদা মণিপুরগী কলাকার অমবু বার্ত্তন তৌরকপা হায়বসি অচৌবা সম্মান অমনি হায়না লৌগনি।

শ্রীথোইদিংজম তোম্বাগী কলাগী খোংচৎ অসি ওয়াইনা হেক্তা ওইরকপা মাব পাকপা অমা নত্তে। অঙকপা ফংনা হোৎনবা, কথোকপা, অখাঙ-কনবা, লাম্ঙে কয়াগী মতুংদা ওইরকপনি। মাগী হোৎনমমা পুরকপা মায় পাকপা অমনি। এলাংবম লৈকায় এম ই স্কুলদা ক্লাস থ্রি, তম্লিইদা পেন্সিলনা লাই য়েকপা হৌই। পীক্লিদৈদগী লাই য়েকপা পামজরকই। ময়াম্বা অহন সঙ্গবিহারীদু লাই য়েকপা পাম্মী। (অপোকপা ৺অমুবা অমসুং অপোকপী ৺ইবেমহল দেবী। মচানমনাও ৯ নি, মুপা ৫, মুপী ৪)। মাগী লেঙ্গা ওইনা হৌমিল্ল-রকপা শ্রীরা. কু. সনাতোম্বা সিংহ (মহাক আর. কে. সি. এস. কী মনাওনিপানি) গা লোয়ননা লাই য়েকপা শাম্নরকখি। মানা লাই য়েকপা পামজগা অদু উবদগী লৈকায়গী ময়াম্বা জয়কুমারনা অজ্ঞা ৺শ্যামো শর্মাগী মফমদা পুশিন্দুনা লাই য়েকপা তমহনখি। মতমদুদা

শ্যামো শর্মনা 'ইম্ফাল আর্ট স্কুল' তৌরি। থাংজ অমসুং নোংমাইজিং খুদীং লাই য়েকপা তম্বা চংলি। অজ্ঞা শ্যামো মাগী গুরুনি। মঙোন্দা শ্যামো শর্মগী অকনবা প্রভাব কয়া তাখি। খৃ. কু. ১৯৫৪ দা পাঙথোকপা 'Manipur Hills and Plain Festival' দা মানা য়েকপা 'Landscape' অসিনা ছাত্রশিংগী মরক্তা অহানবা মনা ফংখি। মসিনা মাগী অহানবা মীমাঙ থোকপা কলাগী থৌদোক অমনি। খৃ. কু. ১৯৫৪ দগী ১৯৯৯ ফাওবা চহী ৪৫ অসি শ্রীতোম্বীনা লেপ্পা লৈতনা, নী হুমবা লৈতনা চঙশিল্লকই। চহী কয়া 'ইম্ফাল আর্ট কলেজ'গী থবক তৌদুনা (ভাইস প্রিন্সিপাল অমসুং প্রিন্সিপাল ইন-চার্জ ওইনা) কলেজ অসি হিংনবা হোৎনবদা অকনবা থবক কয়া তৌরকখি। ঙসি ওইরিবা আর্ট কলেজ অসি ওইরক্কবা হোৎনবদা মাগী হুনাংমন কয়া য়াওরবনি। মসিগী মথক্তা কলাকার শ্রীতোম্বীগী য়াম্না চাউবা কলাগী খূদোল অমদি মণিপুরদা কনটেম্পোরেরী আর্ট মুবমেন্ট পুরক্কবা হোৎনবা অসিনি। মানা 'আর্টস সোসাইতি' (লিংখৎপা ১৯৮১)গী সেক্রেটরী ওইনা অমসুং দি কলচরেল ফোরমস মণিপুরগী সেক্রেটরী ওইনা (১৯৭০-৭১) মণিপুরদা মতম্মসিগী ওইবা আর্ট একজিবিসন সেমিনার কয়া পাঙথোক্কবা হোৎনখি। তশেংবদি, মণিপুরদা কলাগী ঈহৌ অসি য়াম্না মপাঙ্গল কনবা নত্তে। কলাকারসু মশীং য়াম্বা নত্তে। সাহিত্য, থিয়েটর, জগোয়-ঈশৈদোনা অকনবা ঈহৌ অমা ওইবা ঙমদবনি। অদুবু, শ্রীতোম্বী ওমসুং কলাকার নহারোল কয়ানা কন্না হোৎনদুনা কলাগী ঈহৌ অসি নেমথদনবা অমসুং কনখৎনবা লেপ্তুনা হোৎনরি। তশেংবমক ঈহৌ অসিগী লুচিংবা মীশক অমদি শ্রীতোম্বীনি। মসিনা মরম ওইদুনা মণিপুরগী কলানা ভারতকী মতমসিগী কলাগী জগত্তা য়াওবা ঙম্লিবনি।

হৌজিক মণিপুরগী কলা-বিদ্যানা মশাগী মশক খিবগী খোঙচৎ অমদা কয়া চঙশিল্লি। মণিপুরগী থিয়েটরনা মসিগী মায়কৈদা কনা মায় পাক্না চঙশিনবা ঙমখ্রে। মণিপুরী থিয়েটরগী ওইবা মশক অমা শাগৎপা ঙম্মে। ফিল্মদনা শ্রীশ্যাম শর্মনা জাতি অসিগী লৈহাওদগী শাগৎপা ফিল্মগী কলা অমা পুখোল্লক্লি। শ্রীলাইশ্রম বীরেন্দ্রকুমারনা মৈতৈগী ওইবা তোপ-তোপ্পা ঈশৈগী মশক অমা লৈহৈ হায়না উৎনবা ঙম্মা হোৎনরি। সাহিত্যগী লমদদি অনৌবা নৎত্রে। মণিপুরী শৈরেংনা মণিপুরী জাতিগী মশক তাকপা ঙম্মি। মণিপুরী জগোয়দি হায়না মাঙজল থাগ্নবনি। হৌজিক মণিপুরী কলানা (য়েকপা, শাবনা) মসিগী লম্বীদা চঙশিল্লক্লি। নেত্তিভিজমগী খোঙচৎ অসিদা চঙশিল্লক্লিবা শীংথানবা য়ারবা কলাকারদি শ্রীতিঐচ তোম্বী সিংহনি। হৌজিক ভারতকী কলাদা কন্নগী স্কুল, খা-ভারতকী স্কুল হায়বা অমা লৈবি। করিগীদমক্তা, অরাং-নোংপোক লমদমগী কলাগী ওইবা তোপ-তাপ্পা স্কুল, স্টাইল অমা লৈবা য়ারোইদৌরিবনো? লৈফম থোকই। ভারতকী সংস্কৃতিদা মোঙ্গোলোইদকী থুদ'ল লৈফম থোক্ত-বরা? হৌজিক ঐখোয় নোংচুপতা ঙাওব' মতম নৎত্রে। নোংচুপগী সরেলিষ্ট, এবষ্ট্রেক, এক্সপ্রেসনিজমগী সেন্নিবিলিতিদা ঐখোয় চঙবা, লুপশিনবা ঙমদে, ঐখোয়গী আত্মানা য়াদে। কলাদি আত্মাগা বারী শাগদবনি, পাউ ফাওনগদবনি। ঐখোয়গা হকথেঙনরিবা, ঐখোয়গী সমাজ, পুংশ, ইথেজ অসিগা পাউ ফাওনদনা, মখোয়গী মরমদা য়েক্তনা কনাগী লাই য়েকদৌরিবনো? কলাকার শ্রীতোম্বীনা নেত্তি-ভিজমগী ম'য়কৈসিদ চহী খরা অসিদা চঙশিল্লকপা উই। মসি অক্কবা খোঙজঙ অমনি মাগী 'Black Sun' (১৯৯১), Voice of Silence (১৯৯৯), 'Vision' 'The cane is broken' (১৯৯৭), 'Hilly Belle' (১৯৯০) অসিনচিংবা অসিনি। 'Hilly Belle' দা চীংদা থোকলিবা ওমথীরবা অরা-অনাগী মশক উৎলি। য়েন্নিবা চীংগী

চনুরা অসি কজবী, হয়াউ-ওয়াহগী মায়থোঙ নত্তে। মোঙ্গোলোইদকী মায়থোঙনি, অরাবা শক্লোন্নি। শা-কৈগা শাগোন্নৱিবা চৌংগী পুন্সিনি। লৈশাবীগী ওনৌরবা থৃংশাশিং নত্তে, কৈ মান্নবা থৃংশাশিংনি। য়েক্লিবা ষ্টাইলদা মুংগী ইমোসন উৎপা, মাংদা শং শং উহনবা ক্র.প্টস ভিজননি। শ্রীতোন্বীদি ইমোসনগী কলাকারনি। মুংগী ইমোসন, অরাবা ফিলিংবু মতমগী পুন্সিদা অর্থ হন্দনা ফোঙদোকপা হৈবা কলাকার অমনি। ▣

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্নফম', ১৫। ২। ১৯৯৯

# সাহিত্য একাদমীগী 'ফেলো' ফংলবা পণ্ডিত
# এন খেলচন্দ্র সিংহ

**অরিবা সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী অহিংবা এনসাইক্লোপিদিয়া অমা**

পণ্ডিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ পুন্নমক্কী হংকমনি, তাম্নফম্নি। মযুমদা মী মখল কয়া লাকই, মাহুং জাং জাং হংলে। মতোন্দা অরিবা রিকোর্দস, পুথি, লাইরিক, চে-চাং কয়া পৈদুনা লৈ। মাগী য়ুমগী মথক থংবা লোলান অদুদা 'আর্কাইবস লাইব্রেরী' হায়না তোথাই-তোথাইবা থীরম কয়া থাম্মলিক্লুনা মমল য়াম্মবা অরিবা লাইরিকশিং, রিকোর্দস, শেল মযেক, ফোটো কয়া লম্মী। হংউবদা ম'না থম্বা ওইরবদি - লাইরিক্কী মমিং লামায়গা কোম্না হেক্তা হায়বা ঙম্মী। মাগী লাইব্রেরীদা চঙজিনবদি পুমক্তা ভাওই, পুমথুম শুমহৎলি-হায়্না লিরবা ম্যুজিয়ম, আর্কাইবস, লাইব্রেরী অমদা চঙজিনবগ। চপ মান্নে। মতোন্দা কোষ্টী লেংবা লাকপা মীয়ামদু থনবগা মাগী হৈনবী বিষয়দুদা য়াদী শাদুনা, খঙ-নৈনদুনা লৈথোক্পদা মতম পাম্মুদে। মহাক মশামক অচৌবা দিক্সনারী অমনি, অরিবা মণিপুরী সাহিত্য সংস্কৃতি, ইতিহাসকী থীরম কয়াদ, মুন্না খঙলবা অহিংবা এনসাইক্লো-পিদিয়া অমনি। বনা অমত্তনা য়েৎনবা লৈতবা, হৌজিক হিংলিবা

অচৌবা পণ্ডিত অমদি শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, পদ্মশ্রী অসিনি। মণিপুরী সাহিত্য, সংস্কৃতি অমসুং ইতিহাসতা পণ্ডিত খেলচন্দ্রগী খুদোল য়াম্না চাউই অমসুং মমল য়াম্মী। মাগী মতৌক-মগুণ অসি চুম্নগী বাংবা-চাউবদা নত্তে, ইংরেজী বাহৈ colossus হায়বহুনি, লৈচিল খেংনা খাংবা মাগী মগুণনি। মতোঙ্দা হন্দক ভারতকী সাহিত্য একাদমীনা 'ফেলো' পীদুনা ইকায় খুমনরক্লিবা অসি মণিপুরী জাতিগী ওইনা য়াম্না লেমজনীংঙাইগী মশক্নি। মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী মগুণ, অখাংবা থাকপু ভারতকী সাহিত্য একাদমীনা চপ চানা মশক খঙলে হায়বগী মতৌক চাবা প্রমাণ অমনি।

সাহিত্য একাদমীনা পীখিবা 'ফেলো' (Fellow) অসি একাদমীগী খ্বাইদগী মগুণ লৈরবা, অখাংবা মনা অমনি। মগুণদা 'সাহিত্য একাদমী অবার্ড' তগী হেন্না খাংদি। ফেলো অসি খোইদোক-হেন্দোক্লবা সাহিত্যগী মীওইশিংদা পীবনি—"Literary persons of outstanding merit whose eminence is beyond dispute." মনা অসি ফংগদৌরিবা মীশক অসিগী মগুণ অসি কল্লিগুম চীংননীংঙাই লৈত্রবা ওইগদবনি। একাদমীগী সংবিধানগী মতুং ইন্না ফেলো অসি মীশক ২০ দগী হেন্না পীবা য়াদে। একাদমীগী ফেলো ফংখ্রিবা মীশক অনী শিখিবদগী ভারত পূম্বদগী মশক নাইবা ফেলো অনৌবক থম্নরক-পদা মণিপুরী সাহিত্যগী ওইনা খেলচন্দ্রদা হন্দক ফেলো অসি পীরকপনি। অতোপ্পা অমনা কনাড়গী শক্লাইরবা সাহিত্যগী মীশক অমদা পীখি। ফেলো অনী অসি ভারতকী মশক নাইরবা মীশক ১৫ গী মফমদগী খনগৎলগা পীবনি। মীশক ১৫ গী মফমদা আসামীগী মমিং চৎলবা কবি নবকান্ত বরুবা, পদ্মভূষণ অমসুং জ্ঞানপীঠ মনা ফংখ্রবী মহাশ্বেতা দেবী য়াওরিবনি। সাহিত্য একাদমী লিংখৎপা চহী ৫০ শুরগদবা শাংলবা মতমসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী মীশক অমবু 'ফেলো' পীদুনা ইকায় খুম্নরকপা অসি হন্দক্কী অসিনা অহানবনি। আসামী সাহিত্যদগী হৌজিক

কাওবা 'ফেলো' অমত্তা ফংজিনবনি। হৌজিক্তি পণ্ডিত খেলচন্দ্র ভারত পুম্বগী পণ্ডিত অমা ওইরে। সাহিত্য একাদমীনা হৌজিক কাওবদা 'ফেলো' ৫০ পীখ্রে।

চহী ৮২ শুরবা পণ্ডিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ (পোকপা খৃ. কু. ১৯১১, মে ১৩, একাদেমিক এজনা ২৯২০, সেপ্তেম্বর ১) উরিপোক নিংথৌখোংজম লৈকায়, ইম্ফালদা পোকখি। অপোকপা অঙৌ সিংহ নটকী ঈশৈ শকপা ওজা অমনি। মপা-মপু ঈশৈ ৎৌই, শ্রী:খেলচন্দ্রদনি ঈশৈ তৌদবা। অপোকপী শজায় দেবী ইমুং-মনুংগী থবক তৌবী য়ুম্বৈবী অমনি। মচীন-মনাও ৭ কী মনুংদা খেলচন্দ্রনা অতোনবনি। মহৈগী থাক্তি খৃ. কু. ১৯৫৮ দা মেত্রিক পরীক্ষা পাস তৌখি। মতুংদা গৌহাতিদা আই এ অহানবা চহী পাস তৌরবা মতুংদা অপোকপা লৈখিদবদগী মথা তমথবা ওমজ্রুহুনা খৃ কু. ১৯৩৯ দা 'ফোরিনস' দিপাটমেন্ট' তা থাদা লুপা ১০/- তলব ফংহুনা থবক তৌবা হৌখি। মতমতুদা ময়াংনচিংবা মপান্দগী লাকপা মীশিংদগী টেক্স লৌরম্মী। বৃটিশনা পাল্লিভৈদা শার্প, লাইদেল, বটলরনচিংবা সাহেবশিংগা লোয়ননা থবক তৌমম্ববগী খুদোংচাবা ফংখি। মাগী পুন্সিদা চাউরাক্লা দিপার্টমেন্ট ২৫ রোমদা হোং হেংহুনা থবক তৌরকখি। মণিপুরগী ষ্টেট ওফিসনা খৃ. কু. ১৯৫০ দা সেক্রেটরীয়েত ওলবা মতমদা সেক্রেটরীয়েত্তা মথং মথং থবক তৌরকপনা রিকোর্দস অমসুং লাইব্রেরীগী সুপরন্তিনন্দেন্ট ওইনা চহী কয়া থবক তৌরবা মতুংদা খৃ. কু. ১৯৭৮ দা অন্দর সেক্রেটরী ওইনা থবক্তগী পোথাখি।

মৈতৈ মায়েক, অরিবা পুয়ানচিংবা তম্বা হৌবদি ময়াম্বা নিংথৌ-খোংজম চাউবা সিংহ, পাঞ্জিদগী মানা মঙাশুবা ক্লাস তম্বা হৌবা খৃ. কু. ১৯১৯ গী অহুবাইদগী। ময়াম্বগী মকমদগী পাঞ্জিহু তম্মী।

মথৎনা পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্মা অমসুং মাগী মনাউনিপা লালকাক্লাই শর্মাদগী পাক্তি তম্মী। পাক্তি তৌরকপদি কুইরে, মমামব শ্রীহরাই-বম রণবীর সিংহগী লুহোংবগী কোষ্ঠি মানা য়েংবনি। অরিবা পুয়াগী মতাংদা ওজা নাইনা তম্বকপনা — এন দীনচন্দ্র, থোংজাম মাধব, খুমন্নলয়ম য়াইমা, এম চন্দ্র সিংহ হায়রিবা পণ্ডিতশিং অসিদগীনি। অতুগা থাঙ-তানা — এস গোপাল, রা. কু. কৈজাউসনা, রা. ক. পাখঙম্বা রা. ক. বাবুসনা, খুরাইজম দেব সিংহ (খেংজৌ তম্মী) অসিনচিংবা ওজাশিংদগীনি। তম্বিবা বিদ্যা শুরে — অরিবা সাহিত্য, পুয়া, লাইশোন-তীনশোন, লাইনীং, ইতিহাস, থাঙ-তা অসিনচিংবনি মহাক মৈতৈগী অরিবা পুয়া কজনা খঙবা, নীংথিজনা নৈনবা অমসুং পুয়া মশীং য়াম্না খোমজিনবা মীশক অমনি।

শাংলবা চহী অসিদা পণ্ডিত খেলচন্দ্র সিংহনা মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী সংস্থানশিংগা শম্নুনা থবক কয়া তৌরকখি। মহাক মণিপুরী সাহিত্য পরিষদগী সভাপতি, কলচরেল ফোরমগী সভাপতি, অতোম্বাপু রিসার্স সেণ্টরগী জেনেরেল সেক্রেটরী, মণিপুর গেজেত কমিতিগী মেম্বর, মণিপুর স্পেলিং কমিতিগী মেম্বর, মণিপুর ষ্টেট আর্কাইসকী এদবাইজরনচিংবা ওইরম্মী। মহাক্না ইন্দিয়ান হিষ্টোরিকেল রিকোর্দস কমিশনদা মণিপুরগী মীহুৎ ওইনা শরুক য়াখি। ইন্দিয়ান হিষ্টোরিকেল কংগ্রেসনচিংবা জাতিগী থাক্তা পাংথোকপা সেমিনার, কনফরেন্স কয়াদসু শরুক য়াখি। মহাক জেন এন এম দি এগী লোকেল এদবাইজরী কমিতিগী ভাইস চিয়ারমেন, সাহিত্য একাদমীগী এদবাই-জরী কমিতিগী মেম্বর, পরিমল একাদমী, মুখাইগী ভিজিতিং গুরু অসিনচিংবা কয়া ওইরম্মী। হৌজিক হৌজিক্কা ইন্দিরা গান্ধী নেসনেল সেণ্টর ফোর দি আর্টসকী ইম্ফাল ব্রাঞ্চকী সেনিয়র স্কোলার ওইনা থবক তৌরি।

মাম্না চন্দা অতুগা মাম্নসু ফিংবা অহল ওইরবা পণ্ডিত অসি নোং হেক ভানবগা ঈরু-মায়থজরগা চন্দে'ন'চাবা থিজগা লাইরিক ইজুনা, পাতুনা ভতুম লৈ। অয়ক্কী মতম ভশ'বল' কোম্ট্রি য়েংভি। অইন্না মিত্তিং, বা ভাঙবা, সভাপতি ওইবা অসিনি — ভাইহাক্তা শংদে। লৈবাক্কী ওইবা অরুবা বা তাম্নফম মহাক্লা ওইরি। অতুনা রাজ্যপাল, চিফ মিনিষ্টরনচি'পনা মাগা ভজুনা বা তাম্নৈ, অরুবা মতাং করাদা মাঙ্গী মোৎ, পাউত্তাক ভজুনা লৌই। মহাক ময়ুমগী, মচা-মশু মরী মতাগী মী ওইরবনি, লৈবাকী মী ওইরবনি। ভাইহাক্তা পোথাবা কংদবা পণ্ডিত অসি হৌজিকসু লেপ্পা লৈতনা ইরি। পাম্মুই, মানা চৎথিবদা পুথিগদবা মচাক-মরল, জ্ঞা'ন-লৌশিং ময়াম অসিনি। হৌজিক্তি তুংগী লন্থী তেনশিল্লরুবা, পাঙ্গল শোম্মররুবা মতমনি। জাতিগী ওইনা কান্নগদবা অরুবা লাইরিক অমম্ভং থনম্নবা হোৎনবা মতম ওইরে, হান্না ফোঙভ্রিবা ময়ামতুগী মথক্তা। খৃ. কু. ১৯৭৭ তা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা গবেষসনা ভূষণ পীরবা; খৃ. কু. ১৯৮০ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা ফেলো'শিপ পীতুনা ইকায় খুম্নরবা; খৃ. কু. ১৯৮৭ তা ভারত সরকা'রনা পদ্ম শীনা লৈতে'প্লবা পণ্ডিত এন খেলচন্দ্রনা হৌজিক কাওবদা লাইরিক ২৬ ফোংতুনা মমল য়ামবা খুদোম তৌরি। লাইরিকশিং অতুদি — (১) চাদ লাইহূই (১৯৬৬), (২) চৈথারো'ল কুম্বাবা (১৯৬৬, এল, ইবুংভোহলগা পুম্না সম্পাদন তৌবা), (৩) খুমন লোল (১৯৭৯), (৪) খুমন কংলৈরোল ( ৯৮০), (৫) থাইনগী শৈরে' (১৯৬৬), (৬) চ'রনা'রাল (১৯৬৮), (৭) ধনঞ্জয় লাইবুনী'ব', (৮) লাংগোই শগোল থাবা (১৯৬৯), (৯) অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস (১৯৬৯), (১০) পরিষদকী অরিবা মণিপুরী বারেং লাইরিক (১৯৭২), (১১) চোথে থ র.ই পাথংবা অমসুং নুংবান পোম্বী লুরাউবা (১৯৮০), (১২) চৈঙ্গোইরোল (১৯৮ ), (১৩) খুনুং লিচং শাজৎ (১৯৭০), পণ্ডিত

মাথবকা পুন্না সম্পাদন তৌবা), (১৪) A Cataloque of Manipuri Manuscripts (১৯৭১), (১৫) নাউথিংখোং কন্নাল কাবা (১৯৬৭), (১৬) অন্নিবা মণিপুরী লোনচৈগ (১৯৭৮), (১৭) শন্নী শান্নাত (১০৫২), (১৮) ফন্মোন (.৯৮৬), (১৯) রূপবান্ন (১৯৯৩), (২০) Manipuri to Manipuri and English Dictionary (১৯৬৪, হৌজিক চাউখোক্লবা অনৌশুবা খুৎলম নন্নি), (২১) Manipuri Language : Status and Importance (১৯৭৫), (২২) Battle of Khongjom (১৯৮৩), (২৩) Documents of Anglo-Manipuri War-Pt. I, II & III (১৯৮৪, ১৯৯১, ১৯৯১), (২৪) Thangal General ( ১৯৯৭ ) অশিনচিংবা। হৌজিক 'Kangla : The Ancient Capital of Manipur' হান্নবা লাইরিক অমা প্রেসতা লৈরি। ◘

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্কফম', ৮। ৩। ১৯৯৯

# থিয়েটরদা পুন্সি কৎথোক্লবা কলাকার অমা

(নোঙাথ্রবা খ্বাইরাকপম মোমোন নীংশিংলুবদা)

মণিপুর ড্রামাটিক য়ুনিয়ন হৌদোক্লম্বশিংগী মন্নুংদা মরুওইবা মীশক অমা ওইরিবা নোঙাথ্রবা সোরোখাইবম ললিত সিংহনা খৃ. কু. ১৯৬৮ দা কোওহা 'মণিপুরী থিয়েটরগী সোঙ্ভিনীর' অমদা মণিপুরী থিয়েটরগী মৈহৌরোনগী মরমদা য়াম্না কাম্নবা ৱারেং মতেক অমা ইতুনা কোওখি। মতু ২০ শুবা শতাব্দী হেক হৌরকপগী মতমদা মণিপুরদা কংথাক লীলা (Proscenium Theatre) করম্না চঙলকখিবগে হায়বগী মরমদা ইরম্বা কাম্নবা মচাক য়াওরবা ৱারেং অমা ওইরে। ৱারেং অতুগী মতাঙ অমদা খ্বাইরাকপম নবকিশোরনা এস. ললিত সিংহদা হায়রম্বা ৱাফম অমা পল্লি - "ললিতসিং ঐগী ড্রামাগী যুগ লোইরে, নহাকী অচম্বা লোনগী ঈচেল অসিনা মণিপুরগী আর্টিষ্ট পুম্নমক্কা শোয়দনা ঈরোয়জরগনি।" ৱাকম অসিদি মণিপুরী থিয়েটর ইতিহাস নৈনবশিংদা য়াম্না মরু ওইবা অমা ওইরি। খৃ. কু. ১৯০৩ হেক হৌরকপদগী বেঙ্গালী থিয়েটরনা য়াই থাঙ্নুনা চহী কয়া নমহন্তুনা লৈরম্বগী নীংতম্বা ফং-লকপগী অরুবা তামফম অমা তাকপনি। কাছারনচিংবা মণিপুরগী ৱাংমদগী লাকপা বেঙ্গালী অমম্বুং ওঝাশিং অসিগী লোন খোইতক তৌবা মমৈ ৱাংবা খোম্থোক অসিনা থিয়েটরগী অচুম্বা লোম্নি হায়না

হৌরকপগী মতমদা লৌনরম্মী। খৃ. কু. ১৯৩১ দা এম. দি. য়ু. লিংখজুনা মৈতৈগী মহৌশাগী ওইবা রাভাঙ-শাভাঙদা এস. ললিতখোয়না অনৌবা লীলা উৎলকপা হৌবদা থিয়েটরগী অনৌবা অহোংবা মশক অমা লাকখি। অসুম্না অচৌবা অহোংবা অমা লাকপা হৌরে হায়না খ্বাইরাকপম নবকিশ্বরনা ললিতগী মফমদা হায়রম্মনি। অদুদি খ্বাই-রাকপম নবকিশ্বর সিংহ (১৮৮১-১৯৬৪) অসিদি কনানো? মহাক ছন্দক্লা মার্চ ১,১৯৯৯, নিংথৌকাবা কুমিগী তাইবংপান থাদোকখ্রবা, মণিপুরী থিয়েটরদা মপুন্সি কংথোকখ্রবা য়ুম্নাম লৈকায়, ইম্ফালদা পোকখিবা খ্বাইরাকপম মোমোন (রনজিৎ) সিংহগী অপোকপা পম্থৌনি। অপোকপা খ্বাইরাকপম নবকিশ্বর সিংহ (পলেম্না পাউনম নিঙোল ইবেচাউবী দেবী) কাছ.ড়দগী লাকখিবা অঙনবা মতমগী মণিপুরী থিয়েটরগী মশক নাইবা ডিরেক্টর অনুবাদক অফ ওবা এক্টর অমনি। খুল্লক ইরক্লা লীলা পার্টি কয়াগী লীলা তম্বীবা ডিরেক্টর অমা ওইনসু মমিং য়াম্না চৎলি। মহাক মমিং চৎপা ওঝা অমনি, হেড পণ্ডিত ওইরম্মী। খৃ. কু. ১৯০৯ দা নিংথৌনা মাব শ্রীহট্টদা লীলা তম্বীবগী ট্রেনীং থাক্লুই। খৃ. কু. ১৯১৫ দা মানা হোৎনজুনা 'লব কুশ' লীলা শাম্নখি অমসুং নিংথৌগী থৌজাল ফংখি।

মশাগী চহী ৮৪ শুবদা (পোকপা শকাব্দ ১৮৩৭, লাংবনগী ৩০ নি পানবা ইরাই; খৃ কু. ১৯১৫) মোঙ.খ্রবা খ্বাইরাকপম মোমোন সিংহ, মতীক চাবা মপাগী মতীক চাবা মপারী অমনি মণিপুরী থিয়েটরগী লমদা য়েংউরবদি। মতাঙসিদা কাচ ড়, শ্রীহট্টনচিংবা মকমদগী লাকখিবা মৈতৈ মচাশিং, বেঙ্গালীশিংগী মরমদ, খজিক্কং পনবা চুম্মী। ২০ শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা মণিপুরদা লাইব্রিক লাইশু হৈবা মীশক কয়া লৈতবদগী ওঝা ওইবিনবা অমসুং ওফিসতা থবক তৌনবা লাইরিক হৈরবা মী শক কয়া মণিপুরগী য়াংমদগী কৌথোকপা তাখি।

অদুনা মপান্দগী লাকখি — ক্ষেত্রিময়ুম মুনাল, তোম্বাবু, খিহারী, খুাইরাকপম নবকিশোর, চোংথাম খম্বা, চিংঙাথম জাতিশ্বর অসিনচিংবা। মখোয়গী মনুংদা এডুকেসন ডিপার্টমেন্টকী ডিপুটি ইন্সপেক্টর, সব-ইন্সপেক্টর ওইদুনা জোনষ্টোন স্কুলগী সরস্বতী পূজাগী লীলা শান্নবা, তম্নীবা ওঝাশিংনি। মখোয়দগী মথং-মথং শমথহোবা লীলাগী ইমুংদা মীরোল অহুম লীলা তৌরকপদি খুাইরাকপম ইমুং অসিনি। নবকিশোর; নবকিশোরগী মচাশিং — গোপিমোহন অমসুং মোমোন; মোমোনগী মচাশিং দিয়া (ফিল্মগী ষ্টার) অমসুং রতনকুমার। মীরোল অহুম লীলা কলা তৌরকপা ইমুং অতাওবা অমনি। মচিন-মনাউ তরুকী মনুংদা মরীশুবা ওইখিবা খুাইরাকপম মোমোন সিংহ, মণিপুরী থিয়েটরদা কমেডিয়ান অমা ওইনা, পার্ট মচা মচা কয়া শাখিবা সপোর্টিং এক্টর অমা ওইনা অমসুং ড্রামা, শুমাং লীলাগী ওঝা অমা ওইনা মাগী অচৌবা মফম লৈ। মাগী পুন্সিদা লীলা ৮৪ হেনবদা কুমদুনা শরুক য়াখি। মণিপুরী নাট্যদা তৌরিবা দানবু শীংথানবা ওইনা খৃ. কু. ১৯৮২ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা 'নাট্য ভূষণ' মীহুনা ইকায়খুম্নখি। খৃ. কু. ১৯৯৪ দসু মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা থিয়েটরগী এৱার্ড পীখি।

পুন্সিদা অহানবা ওইনা লীলাদা খোঙদাবদি, মখোয়গী লৈকায়দা খৃ. কু. ১৯১৫ নত্রগা ১৯১৬ কী মতমদা শান্নখিবা 'রামায়ণ' দা কুশগী শকুম লাংখিবা অসিনি। অতনবা মতমগী পৌরাণিক লীলাশিং - লক্ষ্মণ শক্তিশেল, সীতা বনবাস, কীচকবধ, সতী খোংনাং, নল দময়ন্তী অসিনচিংবদা শরুক য়াবা হৌরকখি। 'চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দির' দা মহাকবি অঙাংহলনা ইবা 'ইবেম্মা' লীলাদা কুলী শাই। খৃ. কু. ১৯৪৪ দা রূপমহল থিয়েটরদা য়াওরবা মতুংদা লীলা কয়াদা শরুক য়াখি। রূপমহলগী লীলাশিংদা শাখিবা শকুম (রোল) খরা - মাইমু

পেমচা (ইবোহল), টিপু সুলটান (পাঞ্জি), হরিশ্চন্দ্র (মুনি), মুংশি-লমন (অঙৌবা), নরমেধ যজ্ঞ (ব্রাহ্মণ), মোংদম (থাবল), বীর টিকেন্দ্র-জিৎ (মাইমু), ইচাশা ইপা লম্বোইবগে (ভক্ত গুরু), মুপালান (বামোন চন্দোন শেনথায়), বি. এ. থিবা (লৌমী), নরসিংহ (নোবিন), সীতা (ব্রাহ্মণ), য়াইথিং কোন্নু (থাঙলাকপ), হুরানবা (লম্বী চৎপা) অসিন-চিংবা। মানা য়ায়া ফাওথিবা রোলদি রূপমহলগী 'মাইমু পেমচা' দা সনাগী মচা ইবোহল শাবদনি। 'মাইমু পেমচা' হায়বা লীলা অসি কু. খৃ. ১৯৪৮ দা কলিকাতাদা চত্না ফিল্ম নম্বা হৌগৎলগা লোইশিনবা ঙমখিরে। ফিল্ম অসিদসু মানা ইবোহল শাখি। মানা কৎখিবা পার্ট/রোল ময়াম অসিদগী খঙবা ঙম্বদি — মহাক্না হীরোনচিংবা মরুওইবা শকুম লাংখিরে, মগিদা পকচরে। মাগী থোইদোকপা হৈশিংবা মশুগদি বামোন, মীনাই-মশল, ফাগি-যুগাই তৌবা, ভাইহাক থোকপা পার্ট মচা শাবদা য়ায়া পকচৈ, হৈশিংই। মপুংওইনা ফাগি তৌবা মীশক (কমেদিয়ান) ঙমা ওইবা ঙমখিবা অসিনি। মাগী ফাগিগী মগুণ অমসুং হৈশিংবদি — মানা শারিবা রোল অদু মুন্না খঙনা, মদুগা চান্নবা বাঙাঙ-শাঙাঙ কয়া মোরিংনা হায়দোকপা ঙম্বা অসিনি। লীলাগী বারৌ, মকম মতম চানা তৌবা ফাগিনি। মাগী পাইরক্নী লৌশিং যান্না লৈ, খুদক্কী ওইবা লৌশিং, পোমিৎ য়ায়া খঙই। য়ায়া নেচারল ওইবা মাগী ফাগিনি। লাইশ্রম নেত্রজিৎ, হৱাইবম নীলমণিনা লাম্বা তৌদুনা অর য় অথুম তৌবা ঙম্বদি গুণ মোমোনদনি হায়নৈ। মহাক রূপমহলগী লীলা থরগী ডিরেকশনসু তৌখি। মসিগী মথক্তু, মহাক ফিজেং পারবা মীশক অমসুনি। কোমুংগী, লৈম-কোনগী, অঙম-গাথোগী ফিজেৎ-চাকচা, চৎনবী, ব্যবহারগী মরমদা য়ায়া খঙবা মীশক অমনি। মসিগী মরমদি মহাক মহারাজ বোধচন্দ্রগা য়ায়া নক্না লোয়নদুনা লৈমিন্নখিবা মীশক অমনি। য়ায়া কুইনা কোন্নদা লৈদুনা বোধচন্দ্র মহারাজগা লোয়নখি।

মহাক শুমাঙ লীলা পার্টিগনু শমুখি। শুমাঙ লীলাগী ওথা অমসু ওইখি। ম'না ভাওজবা অমদি — য়াওশঙগী হোলিগী ঈশৈশনি। লৈকায়দা 'যোগি হোলি' পালা লিংখত্তুনা চহী কয়া হোলিগী থৌগল তৌরকখি। য়ায়া চয়া, য়ারী যাথোঙ য়ায়া খঙগনবা, অমগা অমগা থৰন-চৈনবদা তায়শিনবা হৈবা মীশক অমনি। গাড়ী এক-সিডেন্ট অমদগী মথুাঙ তেকখিহুনা মমম পোল্লপ তৌরগা সাইকল অমদা মফম শুনা কোয়চৎ চৎলম্বা থিয়েটরদা মথৱায় কংথোক্লম্বা কলাকার অমা ঐথোয় পূর্ণমক হন্দোক্লগা চৎখ্রে। মাগী আত্মানা শান্তি ওইনা লৈবা ওইসনু। ◻

দি ইম্ফাল ফ্রী প্রেস, মার্চ ১৩, ১৯৯৯

# লোরেম্বম তোম্বী দেবীনা নোঙ্গাখিবদা

( খুপী খূবাক ঈশৈ শকপী লময়ানবী অমা )

লোরেম্বম ৺তোম্বীগা ক্ষেত্রি ৺তোম্বী দেবীগা অনী অসি লম্বা তোঠনা কমা সেগাক কায়না ফাওগৎলকপা মতমনি; মবানীনা বাসোক অমস্তুং খূবাক ঈশৈ শকপা মফমশিংদা ভাবোকশিংনা কোয়তান তাম্নঠনা মতুং ইন্নবা কান্দুনি; অতাবা ভাবোকশিংনা নপাক-নাপাক তাম্নঠনা পৈশা থানৈ - লোরেম্বম তোম্বীগা ক্ষেত্রি তোম্বীগা কনানা হেল্লি? অনীমক্কী মীচঙ লৈ, অনীমক্কী মী য়াংদে। অমনা অমদগী হেল্লি হায়বা ঙম্মদে। অনীমক মগুণ লৈবী, শক্তি লৈবী, মীয়াম্না পাম্নবী শৈশকপী কলাকার ঙাক্তনি। মতমদো হৌত্রে। লৈকায় লৈকায়দা কাং চাউনা চিংনরিঙৈ, কাংগী পালী চাউনা চাউনা তৌনরিঙৈদা মান্দব খূদীং খূবাক ঈশৈ, জয়দেবকী মখোম্না পূমনিল নিল্লম্মী। মতমদুদা লৈবাক শাংনা মমিং চৎলকখি - খূবাক ঈশৈ শকপী লোরেম্বম তোম্বী দেবী। মাদি বাসোক, গোপী, রাসকী সূত্রধারী ওইনম মমিং চৎখি।

হৌখিবা মার্চ ১২, ১৯৯৯ দা মশাগী চহী ৯৯ শুবদা (পোকপা সেপ্তেম্বর ১৫, ১৯০১) নেপ্রা মেঙ্গর মমাঙ লৈকায়, ইম্ফালদা লোরেম্বম

তোম্বী দেবীনা তাইবঙপান থাদোক্কনা লাইগী খুন্না ভাঁনখিবদা মণিপুরগী মমিং চংলবী খুবাক ঈশৈ শকপী, গোপী অমসুং সূত্রধারী অমা মাঙজরে। মহাক শতাব্দী আসিগী মমিং চংলবী ঈশৈ শকপী অমনি। অহল ওইরক্কনা ঈশৈ শকপা ঊমথিদবদগী মহাক্কী মমিং ভাংখিদবনি। মানা কন্না ঈশৈ শকপা ঙাম্লবৈ লান মমাঙ অমসুং মতুংগী মতম থরদা, ঈশৈগী লমদা মাবু খঙদবা মীশক অমত্তা লৈখিদে। মাঙ্গব ময়ায়দা থোক্লকপদা হেক্তা লাই ওনখি। মহাক পীকতক-চেংতক-তৌই, মীঙাও নত্তে। ঈশৈ শকপদা খোজেল য়াংতক তৌই। মাগী খুংথেক-শাথেক, মানা মোং তৌবা, অভিনয় তৌবা য়াম্না শকৈ, য়াশি লৈ। বাংলাগী ঈশৈ শকপদসু য়াম্না মুংশি। খুবাক ঈশৈদদি লৌরেম্বম তোম্বী দেবীনা ক্ষেত্রী তোম্বীদগী হেন্না শবচনা থোকপা থন্না লৈ। মরু ওইনা, মানা মোং অমসুং অভিনয় তৌহনা য়ুথ ফাবা, মশন্না য়ুথ অহু পুনবা অসিনচিংবা আস উহৌবা কাওবুনা ঙসি ফাওবা কাউবা ঊমদনা শোম্নরি। মসি মাগী তোপ তোপ্পা মগুন অমনি। ক্ষেত্রী তোম্বী দেবীনা মচাক লৈবা, খিদ্যা য়াম্না লৈবা হেন্নি। ঈংবা-ঙম্বা, চংংলবসু হেন্ন। অদুবু লৌরেম্বম তোম্বীনা পার্ফেমর অমা ওইনা মাগী মতীক-মগুণ য়াম্না লৈ। মতম শাংনা, লেপ্তুনা ঈশৈ শকপসু লৌরেম্বম তোংনা হেল্লি। লৌরেম্বম তোম্বীদি মচা-মশু পোক্কবা মম্না কুইনা ঈশৈ শকপা ঊমখি। মহাক মশাগী চহী ১০ শুবদা রাসকী গোপী শারকখি। মশাগী চহী ২০ শুবগী অহুর ইদা রাসকী সূত্রধারী ওইরে। ঈশৈ শকপীনা সূত্রধারী ওইরকপা হায়বসি অবাংবা কমথোল অমা কাবগুম্বনি, থোইদোকপা মগুণ অমা লৈতনা সুত্রধারী ওইবা য়াদে। মাদি য়াম্না নৌনা মাসগী কমথোল অসি কংখি।

খুবাক ঈশৈ হায়বসি পাক-চাউরবা নট সংকীর্তনগী শরুক, অঙ অমনি। মসি শ্রীশ্রীজগবন্ধুগী রথ যাত্রা (কাং চিংবা) গা মরী

লৈনবা কৃষ্ণ মথল অমনি। (গম্ভীর সিংহ মহারজনা কাঞ্চীপুরদা কোম্নুং শুইদুনা পানবা মতমদা (১৭৯৭-১৭৫৫, ১৮২৫-১৮৩৪) খৃ কু. ১৮২৭ তা শ্রীজগনাথকী মূর্ত্তি ঈরাৎতুনা কাংচিংবা হৌখি। মসিগী মতাংদা 'চৈথারোল কুম্বাবদা' দা ইরি—"... ২০ নি নোং-মাইজিংদা জগন্নাথ ক্ষেত্রদগী লাকপা পান্দা বামোন্না জগন্নাথপু শাবা হৌই।— ২৫ নি ইরাইদা কাংখোং ১২ শুবা শাবা হৌই। উদি হৈপোক্তপী হৈনৌ য়ানলে।— অহু মুমিত্তা জগন্নাথ জীবন্য স তৌএ। ২ নি থাংজদা চিংবা হৌএ। কাংখোংনা তকথাইদুনা ... সিকাই থনবা শিএ।" রথ য়াত্রাদগী কাংলেন ফাওবা অসি মুমিদাংদা জয়দেবগী দশাবতার খীদুনা খুবাক ঈশৈ শকই। মসিবু 'জয়দেব চোংবা' কৌই। খুল্লক্তা নুপানা দশাবতার খীরগা নুপীনা লোইবা ফাওবা শমথদুনা গৌরচন্দ্র, রূপ-বর্ণন, প্রার্থনা, নিত্যাইপদ মথং মথং শকই। নিত্যাইপদ ঈশৈ শক্তা শক্তা নুপীমচাশিংনা চালি শাবা চৎনৈ। মসিগী মতুংদা নুপী খুবাক ঈশৈ মথল কয়া অপাম্বগী মতুং ইন্না শক্লৈ। কৃষ্ণে অসি মমাঙৈদাদ য়াম্না চাউনা তৌনরম্মী। মসিদগী নত্তনা মৈলেনগী মতমবা খুবাক ঈশৈ য়াম্না শক্লরম্মী।

নুপী খুবাক ঈশৈ অসি (নুপাগীসু লৈ) জগোর শাদুনা, ঈশৈ শক্তুনা খুবাক থাদুনা শকপা ঈশৈ শৈশক মথল অমনি। খুবাক ঈশৈগী পালা খুদোংমক্তা শকদবা রসতি — ব্রজবিলাপ অমসুং মাথুর রস অসিতনি। মায়োইগী মতাংতা, শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবন থাদোক্তুনা, ব্রজগোপী ময়াম কাম্নরগা মাথুরাদা কংশগা লান তৌনবা চৎপগী মতাং অদুনি। মসি কায়নবা, শেংনবা অম্বাবগী রসনি। কংশকী দোলাই তৌংদুনা অক্রূরনা দোলাই থৌদুনা শ্রীকৃষ্ণবু পুথিগদৌরিবনি। য়াম্না মুংশিবা, থম্মোয় শোকপা মতাং অমনি।

নুপী পালাগীনা ফনেক মপাম লাইবা শেংলগা ইন্নফি অপাবা ইদি, ফুরীৎ লীংনরমদে। নুপীমচাগীনা রেশম ফুরীৎ লীংলি, ফনেক

খোয়খা শেংলি। মুপী পালাদা ময়াম্মা খুবাক খুহুনা চোলোম তৌহুনা পুংলোনগা কোমনা নীংখিবা শাথেকা লোয়ননা থেক্না-নোমা জগোয় শাই। ঈশৈগী মতাঙ চানা চানা ফজবা অর্থ ফোঙদোকপ্না অভিনয়, মোং কয়া তৌই। মসি য়াম্না ফজরবা জগোয় মথল অমনি। মুপী খুবাক ঈশৈদা জগোয়গী ফজবা শাথেক, অভিনয় উংপগী খুদোং-চাবা য়াম্না লৈ। মুপা খুবাক ঈশৈদনা তাঙ্গগী ওইবা অকনবা জগোয়গী ফজরবা শাথেক, মওং-মতৌ কয়া উবা ফংভি। মুপী খুবাক ঈশৈদনা অমেঙবা লাসাগী ওইবা ফজরবা, পুক্নীং হুবা শাথেক কয়া য়াওরি। মহৌশাদি পালা মশীং য়াম্বা মরম্না চোলোম অমসুং জগোয়গী শরুক্তা য়াম্না ফজবা হেল্লম্মী। খুবাক ঈশৈ অসি পুংগী রাগ মচা অমনা হৌই। ঈশৈগী আলাপ তৌরবা মতুংদা গুরু বন্দনা বৈষ্ণব বন্দনা শকই। অতুদগী গৌরচন্দ্র অমা শকই। অতুদগী মথং মথং ওইনা ব্রজবিলাপ, মাথুরনচিংবা ঈশৈ মথং মথং শকই। হৌজিক্কী মতমদা, শ্রীজগবন্ধুগী কাং চিংবা অমসুং উৎসব অসি কয়া তৌনরক্লবা মরম্না খুবাক ঈশৈ য়াম্না হন্থরে। মতম অমদদি অয়োবী ফংনা চাওখৎলম্মী। লৌরেম্বম ৺তোম্বী দেবী অসিগুম্বা মতমদা ফাও-খিবী ঈশৈ শকপী অত্তাঙবী অমনি।

লৌরেম্বম তোম্বীনা ওজা-গুরু কয়াগী মফমদগী ঈশৈ তমজরকখি। মখোয় পনবা য়াবা থরদি— খোমদোন শর্মা, গৌরচন্দ্র শর্মা, সেনজম অঙৌতোন সিংহ, চোনজোনম্না, কোনজেংবম অঙোয়াইমা, ডা. কু. সুর্য্যবড়সনা, নোংমাইথেম চাইগোই, চান্দম চাউবা অসিনচিংবনি। মাগী মতমগী মখোং চংপা ঈশৈ শকপীশিংদি ক্ষেত্রী তোম্বী, বামোন থম্বালমরীক, থম্বাল য়াইমা দেবী অসিনচিংবনি। মাগী মথক্কী লেঙ্গাদনা কুমারী অচৌবী, চনম্বম লৈরীক দেবী অসিনচিংবা লৈখ্রে। কুমারী অচৌবী য়াম্না মখোং চংখিবী ঈশৈ শকপী অমনি। লৌরেম্বম তোম্বীগী মথাদা - লৈপাকলৈমা দেবী, বোকুলমখোঙ ইবেমপীশক, প্রিয়োশখী,

হেমো দেবী অসিনচিংবা লৈরে। মথোয়গী থংন-থংননা লাকই-রাইস্কুল গম্ভীনি, থৌরানীশাবী, মণিমচানচিংবা কয়া কয়া। তৌজিকসু ঈশৈ শকপী রাংপা নত্তে। মণিপুরগী মকম কয়াদা ঈশৈ শকপী কয়া লৈরি। পাক-চাউখ্রবা সংকীর্ত্তনগী পুকৈংলনগৈনি।

ঈশৈ শকপী কলাকার অমগী মগুণ শৈথাদুনা লোইবা নত্তে। লৌরেম্বম তোম্বী দেবীগী খোইদোকপা মতৌক-মগুণবু ইকায় খুম্নবা ওইনা মানা হিংলিডৈদা মনা-মথুম কয়া পীদুনা ইকায় খুম্নখি। খৃ. কু. ১৯৬৮ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা 'নৃত্যগুরু' উপাধি পীখি। অমুক্তা হন্না সংস্থা না অসিনা খৃ. কু. ১৯৯৫ গী দাইমন্দ জুবিলিদা 'খোইদোকপা সন্মান' পীদুনা ইকায় খুম্নখি। খৃ. কু. ১৯৯৩ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা অবার্দ (রাসলীলা) পীখি। অদুগা খৃ. কু. ১৯৮২ দা ভারতকী চাউবা সঙ্গীত নাটক একাদমীগী অবার্ড পীখি। কলাকার অমদা লৈবাক্না ইকায় খুম্নবা য়াবা সন্মান কয়া পীদুনা ইকায় খুম্নরবী লাইবক ফবী শৈশকপী অমনি। কলাকার অমগী মায় পাকপা পুন্সিদি মাবু মতম পুম্নমক্তা নীংশিংদুনা লৈবা অসিনি। ঙসি ঐখোয়না শৈশকপী লৌরেম্বম তোম্বী দেবীবু নীংশিংলি। মণিপুরগী ঈশৈগী ইতিহাসতা, খুবাক ঈশৈ, বাসোক, রাসকী সূত্রগী মতাঙদা পল্লকপদা অমসুং ইরকপদা লৌরেম্বম তোম্বীবু কাউবা লৈতনা নীংশিংদুনা লৈহৌরগনি। লৈখিত্রবীগী অ.ত্মানা শান্তি ওইনা লৈবা ওইরসন্নু। ▣

সোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্নফম', —তাং ২৯। ৩। ১৯৯৯

# পৃথিবীগী থিয়েটরগী নুমিৎ : বর্টোল্ট ব্রেক্ট

( ডা. এন প্রেমচান্দনা ডিরেক্টর অহুমদা ৱান্দাবা )

চহী খুদোংগী মার্চ ২৭ দা "World Theatre Day" (পৃথিবীগী থিয়েটরগী নুমিৎ) পাঙথোকই। মসি য়ুনেস্কোদা লৈবা 'ইন্টরনেশনেল থিয়েটর ইন্সটিট্যুট' না শীনবনি। মসিগা মরী লৈনবা সংস্থান অমা ওইনা লৈরি ভারততা — "ভারতীয় নাট্য সংঘ।" অমুক ভারতীয় নাট্য সংঘগী মথাদা মখোয়না মশক খঙলবা থিয়েটরগী সংস্থান কয়া অমস্থ লৈরি। সুম্মাম লৈকায়, ইম্ফালদা লৈরিবা 'পান্থোইবী নাট্য মন্দির' অসিস্থ অসিগুম্বা মখলগী সংস্থান অমনি। মণিপুরদা লৈরিবা সংস্থান ময়াম অসিগা মান্নদবা অমনা, পান্থোইবী নাট্য মন্দিরনা চহী খুদোংগী হায়রিবা 'পৃথিবীগী থিয়েটরগী নুমিৎ' অসি হৌখিবা চহী ২০ অসি লেপ্তুনা পাঙথোক্লুনা লাক্লি মসি পান্থোইবী নাট্য মন্দিরগী অচৌবা থবক অমনি। য়াম্বদি, মণিপুরদা লৈরিবা থিয়েটরগা রুংশিবা সংস্থান খুদোংমক্কা হায়রিবা থৌরম অসি পাঙথোকফম থোকই। য়াম্না ফবদি, থিয়েটরগী সংস্থান খুরা পুনশিল্লগা থবা চাউনা, মওং তানা পাঙথোকপা ঙম্বা হোৎনবা কৈ। তঙাইফদনা চহী অমগী মনুংদা, হায়রিবা নুমিৎ অসিদা, চহী অমগী হিসাব গুবা

লোইশিনবদোনা মণিপুরী থিয়েটরগী হিসাব অমুক শুবা য়াম্না কাম্নগনি নীংই। চৈরাওবা হুমিস্তা চহী থুদোংগী য়ুম-কে শেংদোকপগী চংনবী অমা লৈরিবা অঙ্গম্না সাহিত্য কলা, অগোই-ঈশৈ, লীলা-মলা থুদোংমক চহী থুদোংগী চৈরাওবা কৈ। মসিদা নত্তে, চৈরাওগদবাদ পুক্নিং হকচাংসুনি। থম্মোয়দা চুশিনম্নিবা লৈকাং ময়াম অসিবু চৈরাও-দনা অতুম থমজিন্নবদি থম্মোয় লাইমন ওইরোইদ্রাও?

'পান্থোইবী নাট্য মন্দির'না হৌখিবা মার্চ ২৭, ১৯৯৯ দা শ্রীশ্রীনিত্যাইনন্দ মাগুম্না চপচ'না পৃথিবীগী থিয়েটরগী নুমিৎ পাঙ-থোকখি। হন্দক্কী চহী অসি জর্মনীগী মমিং চংলবা থিয়েটরগী দিরেক্টর Bertolt Bretch কী চহী ১০০ শুবা মপোক কুমওন ওাবা মরম্না, থিয়েটরগী অচৌবা মীশক অসিবু নীংশিংবা ওইনা থৌরম অসি পাঙথোকখি। ডা. নো'মাইথেম তোম্বী সিংহনা বার্টোল্ট ব্রেক্টকী পুন্সি অমসুং মানা পৃথিবীগী থিয়েটরদা হৌরিংগা থুগাদলগী মরমদা রা ওাওখি। অতুগা ডা. এন. প্রেমচান্দনা ওাডখি - "Escapists and their problems: An Insider's view of theatre and politics in Manipur. (মীচেল অমসুং মখোয়গী সমস্যা: মণি-পুরগী থিয়েটর অমসুং রাজনীতিদা মুদগী য়েংলকপা মীৎয়েং অমা)। নোং-চৌংগী ফিভম ফঙনবা মী কয়া ওিনশিদবা সভা অমা ওইরম্মু, সভা অদু মুংওাইখি। অনৌবা রাকম থরদি থম্বা ওমখি।

পৃথিবীগী থিয়েটর নুমিৎ অসিদা, থিয়েটরগী মমা' চংলসা মীশক অমা শম্নগা মহাক্না থিয়েটরগা মরী লৈননা 'পৃথিবীগী পাউজেল' অমমম চহী থুদোংগী পী। মাগী পাউজেলদা চহী অসিদা ওইরিবা পৃথিবীগী থিয়েটরগী ফিভম অমসুং সমস্যা ময়েক শেংনা উৎলি। মসি য়াম্না মরু ওইরবা থিয়েটরগী দোকুমেন্ট ওইনা লৌনৈ। মণিপুরগী রতন থিয়ামস্থ মসিগী পাউজেল অসি পীবা য়াওরে। হন্দক্কী চহীগী ওইনা Vigdis Finnbogadottir না পাউজেল অসি পীরি।

মহাক Iceland গী প্রেসিদেন্টনি (১৯৮০-১৯৯৬) অমসুং মমিং চৎলবা থিয়েটরগী ডিরেক্টর (১৯৭২-১৯৮০) অমসুনি। মাগী পাউজেল্দা হৌজিক পৃথিবীদা ওইরিবা থিয়েটরগী সমস্যা অসি ময়েক শেংনা তাকপগা লোয়ননা থিয়েটর হায়বা কলাগী মুৎপা নাইররোইদবা মগুণ অদুবু শেথারি।

মাগী পাউজেলগী অশংবা য়ারোলদি - ক্লাসিকেল অমসুং মোর্দন থিয়েটরগী মপান নাইত্রবা লনচৈ কয়া লৈরবসু, ঐখোয়গী অকোয়বদা মগুণ-লৈরবা এক্টর অমসুং ডিরেক্টর কয়া ময়াম কায়না লৈরবসু, থিয়েটরনা অচৌবা অৱাবা, সমস্যা অমা মায়োক্নরি হায়না ঐখোয়না তরনা শোয়রি। হায়রিবা সমস্যা অসি মওং অনী শুই। অমনা, পৈশা লৈতবা নৎত্রগা পৈশা য়াৎপা। অতোপ্পা অমনা, থিয়েটরগী কায়বা লৈরক্তে হায়বা। হায়রিবা সমস্যা অনী অসিনা থিয়েটর তৌরিবা ঐখোয়দা মিপাইবা য়াম্না পোকহল্লে। মসিগা লোয়ননা হৌজিকী সমাজদা থিয়েটরগী মফম অমসুং থৌদাং করি ওইগদগে হায়বসি হংনরক্লে। মসিগী পাউখুম ওইনা হায়নীংবদি থিয়েটরনা অৱা-দশা তাখিদবা, সমস্যা ময়েক্ক থিদবা করম্না মতমদা লৈত্রবগে? অনী শুবদা, থিয়েটর হায়বসি শুককান কায়ক্লে হায়না লৌরবদি, কলা অমা ওইনা মসিবু মমাংতৈদগী হৌনা করিগী থাদোক্নমত্রবা, হন্দোক্নমত্রবা করিগীনো?

মথা তানা মানা হায়রি শেল-থুমগী অৱাবসিদি ঙরাংতগী নত্তে, চহী চা কয়াগী মমাঙদগী লাক্লবনি। মরায়দক যবা থরনা পৈশা থয়া ফংজবগী বানি। অতৈ কয়া কয়ানা মি.চৎ অমসুং পৈশা ফংদনা লাংথুংনদুনা লাক্লি। থিয়েটর হায়বসি ভসিকাওবা তগৎ-তগৎ তেক্না চিংদুনা লৈবা কলাগী মওং অমা ওইরি। মসিগী মরমদি থিয়েটরগা অতৈ কলাগী মওংগা য়াম্না খেন্নৈ। থিয়েটরদি অহিংবা তাইবংমীনা ঐখোয়গী মাঙমক্তদা খুদমগা কোয়না অচুম্বা কয়া ফজনা উৎপা ঙম্বা

অঙকপা কলা অমনি। "..We sit and engage ourselves at what we might call an intimate distance. Very few art forms allow us this mixture of the subjective, and the objective, the intellectual and the emotionally at such a profound level...... The theatre, as a microsm of our society, reflects and sometimes reinvents what we do in the outside world. All human conflict and strife, ambitions and dreams are generously depicted there...... Its excitement and its pleasure are therefore of a different kird to cinema, television and th e computer, and its level of engagement is fundamentally more human and more intimate...... So let us wish the living theatre a long prosperous life .."

ঐখোয়না ভসি বর্টোল্ট ব্রেক্ট (১৮৯৮-১৯৫৬) বু নৌংশিংলি অমসুং মতোন্দা লৈ-শু কত্নুনা থুরুমজরি। মাদি শতাব্দী অসিগী অচৌবা থিয়েটরগী ডিরেক্টর, থিয়েটরগী থিওরীগী মরমদা ইরম্বা থিওরিটিসিয়ান, অমসুং শীংথানবা য়ারবা কবি অমনি। পৃথিবীগী থিয়েটরদা মানা অচৌবা থুদোল অনীথক তৌরম্মী - (১) অচৌবা লীলা ইবা অমা ওইনা। মাগী লীলা পৃথিবীগী মকম কয়াদা শারখি। মাগী লীলাশিং — ড্রমস্ ইন্দ দ নাইত, থি পেনি ওপেরা, গুদ ৱুইমেন অফ সেতজুৱান, দ লাইফ এক গেলিলিও, কোকেসিয়ান চোক স.র্কল, মাদর করেজ অসিনচিংবা অসি ক্লাসিক ওইরবনি। (২) মসিগী মথক্তা, মানা অনৌবা থিয়েটরগী ড্রামাটর্জি, aesthetic theories কয়া পুথোক্লম্মী। মসিবু 'ইপিক থিয়েটর' হ'য়না থহনৈ।

মশিগী বাহৈ অসি খৃ. কু ১৯২০ গী অহুবাইদগী শীজিন্নবা হৌখি। মসিগী মরমদা অচৌ অচৌবা লাইব্রিক ময়া ইহুনা কোহলে অমসুং য়াম্না নৈনরবা রাকম অমনি। য়াম্না শন্নদি এরিষ্টোটলগী থিওরি ওফ ইমোশন, হায়রবদি লীলা য়েংবদা থম্মোয় ঈন্তন য়াকায়হনগদবনি হায়বা অহুগী মায়োক্না শাগৎলকপা থিওরিনি। Aristotle অমসুং Stanislavsky গা খেন্নন, ব্রেক্টনা হায়— থিয়েটর হায়বসি এডুকেসন অমনি; অয়েংবশিংদা জ্ঞান, লৌশিং, বুদ্ধি পীগদবনি, রাখল খন্নহন-গদবনি। থিয়েটরগী মায়া থুগায়হনা 'এলিনিয়েশন ইফেক্ট' পীনবা হোৎনগদবনি। ষ্টেজদা লীলা কুমহিবা এক্টরশিংগা ভাবোক্না অমত্তা ওইহল্লোইদবনি। মসিগা লোয়ননা মানা লীলা উৎপগী প্রদকশন ষ্টাইল, ষ্টেজ টেকনিক কয়াদা অহোংবা কয়া পুরকখি। মার্ক্সিষ্টকী থিওরিদা চেৎনা থ'জবা ডিরেক্টর অসি কবি অমসুং অইবা অমা ওইনসু মমিং চংলি। মানা ২০ শুবা শতাব্দীগী থিয়েটরদা অকনবা শাফু অমা পীরম্মী। থিয়েটরনা সমাজগী অহোংবা পুরকবা উপায় অমা ওইনা শিজিন্নগদবনি হায়বসি মাগী অচেৎপা রাখম্নি। বর্টোল্ট ব্রেক্ট মতম কুইনা নীংশিংহুনা লৈহৌরগনি।

য়াম্না নুংডাইহিরিবদি, নুমৎ অহুদা ডা. এন. প্রেমচান্দনা মণিপুরগী মমীং চৎলবা ডিরেক্টর অতমগী মথক্তা লান্দাহুনা অশাওবগী থাংনৈ মৈ হৈথখীবা অহুনি। ডিরেক্টর অতম অহুদি— র.ক. থিয়াম, কাংহুজাইলাল অমসুং লোকেন্দ্র অরাম্বমনি। ভারতদা নত্তনা পৃথিবীগী ওইনা মমীং চৎলবা মণিপুরগী ডিরেক্টর অহুম অসিবু য়াম্না ফোংনা, মমুংমপান নাইদনা শাথিনা চৈথী অমসুং শিথখি প্রেমচান্দনা হায়খিবা রাকম খুদংমক ঐংখায়না য়াগদবা অমসুং লৌগদবদি নত্তে। অদুবু মানা হায়রিবা অসি লৌবা য়াবা, থমবা য়াব্রা তায়রবহু অমুক্তংদি য়েংবীযু। মানা শীরিবা মরালগী অশঙ্কা রাপুদি— ডিরেক্টর অতম অসিনা হৌজিক্কী মণিপুরী সমাজগা মরী লৈনবা থিয়েটর ভৌবা ঙমদ্রে।

দিল্লিনা য়ানবা, মখোয়দা পৈশা পীরক্লিবা মীওইশিং নত্রগা এজেন্ট সিশিং অত্থুগী অপাম্বা য়েংলগা লীলা তৌরে। চহী খরগী মমাঙদা মখোয়না সমাজগা মরী লৈনবা; শাফু কল্লবা লীলা কয়া তৌরম্মী। মহু তোকখ্রে, মখোয়গী মায়ওন হোংখ্রে। মখোয় মীচেল ওল্লে। Mainstream গী লীলা তৌরগা মখোয়গী মফম কন্নবা হোৎনজনা লৈরে। হৌজিক মণিপুর সমাজদা মীহাৎ-মীপুন কয়া থোক্লি। মীওইবগী হক মাঙবগী, কাঙলুপকী ঈরাংগী, শেনফাম-থুমজাগী, হিংবগী অরাবা কয়া ত্তরনা মায়োক্নরি। মসিগী মরমদা লীলা তৌদনা করম্বা মথলগী লীলা তৌগে হায়রিবনো? রতন থিয়ামগী লীলাদা মণিপুরী সমাজ, পুন্সিগী মমি করি তাবগে? অসিনচিংবা কয়া।

নহা অসি খরা শাউরি। অতুনা ঐগী ওইবা মোত, পাউথুমদি ওসিমক পীখিরোই। কলাগী জগত্তা মোত থেন্নবা ওইথোক্কবা নত্তে। মোত অহু মীৎং-মীথায় নাইদনা, ওবজেকটিব ওইনা, অচুম্বদা য়ুম্ফম ওইরগা করম্না ফোঙদোকপগে হায়বসিনি য়াম্না লুরিবদি। ডিবেট অসি মথা চত্থনা মুংডাইখিগনি। ◘

— লোংজাই পণ্ডিত, 'পোক্ফম', ১২। ৪। ১৯৯৯

## গুরু শগোলসেম কালিদমন সিংহনা নোঙ্গাখিবদা

( মৈতৈলোনগী ঈশৈ শন্দোক্লম্বা শৈশকপা অম্বা )

"কোকিল নওদি কোয়না কোয়না পাইবা ঙম্বলিমা। কৃষ্ণগী নাক্তা পাইখরো/রাধাগী পাউবু তম্বিক্রুকো।" মফিং চৎলবা বাসক্কী মৈতৈলোনগী ঈশৈ অসি হৌখিবা জুন ২৮, ১৯৯৯ দা মশাগী ময়ুম থাংমৈবন্দ পোলেম লৈকায়, ইন্ফল দা মশাগী চহী ১০১ শুবদা নোঙ্গাখ্রবা (পোকপা— ১৮৯৮) গুরু কালিদমন্না লেংবিরম্বনি। মুপা-মুপী বাসক শকপশিংনা মতম অমদা য়াম্না পাম্না শক্লখিবা ঈশৈ অসি কৈশাম্পাংবী থাংজম মেম্বরগী মান্দবতা অজ্ঞা অভিরাম শাবগা (হৌজিক হিংলি। মবানী মতাও শান্নৈ। অজ্ঞা অভিরাম্না চহী অমা হল্লি "পোকপা ১৮৯৭) ঈশৈ ফাংনবদা শকখিবনি। অজ্ঞা অভিরাম্না বাংলাদা গুরু কালিনা মৈতৈলোন্দা শকই। মান্দব কয়াদা তম্ভনা লম্ব গুইনা চহী কয়া ফাংনদুনা লৈবাক শেংপাক কায়না লাকখ্রবা অজ্ঞা অভিরামগা ঈশৈ ফাংনগনি হায়রবদি গুরু কালি য়াম্না চেকশিন্না হোং-হৈ। ঈশৈ কয়া তিংনৈ। মরমদি, মহৌশা নহা ওইরিবদা য়াম্না শাথীনা ইকায়বা, চোম্না অমা মংগে। থৌদোক অদু মহৌশা থাংমৈবন্দগী কত্রংবমগী মান্দবতা ঈশৈ ফাংনবদা থোকখিবনি। মতমতু অজ্ঞা অভিরাম্না কয়া ফাওংনকপা, ময়ুম-মকৈ পান্দ্রিবগী তাঞ্জ নি। অজ্ঞা

অভিরাম্না "কোকিল প্রিয়া..." হায়না লৈজবী থাহনা শক্লংলকপদা ভাবোক পূম্নমক শুমহৎখি। তশেংনা কোকিল পাইরব্রা হায়দুনা য়েংনখি। লাই য়াওবনি। ওজা কালি তাল থরা শোল্লিং মানা শকপদা তাল কায়খি। অজ্ঞা অভিরাম্না য়াম্না শাথীনা লাকচশ্রেং মায়থীবা পীশ্রে। মতুদগী ইকায়মনখ্রদুনা নহা ওইরিবা কালিদমন আসামদা চেল্লগা লোৎখি। মফমদুদা চেক শাবা য়াওদুনা মথায় হিংনবা হোৎনখি। ময়াম চঙদুনা কৌথোক্লবদগী ময়ুমদা থোরকখিবনি। লান মমাঙ অমসুং মতুংদা, কাং অমসুং ঝুলনগী মতমদা মান্দব কয়াদা বাসক-খূবাক ঈশৈগী কূম্মে য়াম্না চাউনা চাউনা তৌনরিউ মতমদা 'ঈশৈ ফাংনবা' অসি য়াম্না তোয়না তৌনরম্মী। মসি লৈবাকী অচৌবা কূম্মে অমনি। থরায় য়াওবা ভাবোকশিংনা য়াম্না থাগা ঈশৈ ফাংনবা য়েংবা চৎনরম্মী। মহৌশা কাংঙবম লৈকায়গী মান্দবতা রা. কু. সূর্য্যবড় সনাগা ওাঙোম যুগিন্দ্রগা কাংমবদা রা. কু. সূর্য্যবড় সনানা ওম্বদগী ওজা যুগিন্দ্রনা ইকায়মনখ্রদুনা সুমিৎ ১৫ নি মপান শুকথোক থোক্তনা কাঞ্চল মহুংদা লৈখি হায়। অজ্ঞা অভিরামগা রাইখোংগী লৈবাকমচাগা ফাংনবসু লৈবাক কূম্মে ওইখি।

মিং-কালিদমন (কালিবু হাৎপ), মশাগী চহী ৭ শুবদা চৌংমৈ-রোংগী 'লৈ ইখোল' হায়না থঙনবা মফমসিদা ইম্ফাল তুরেলগী ঈচেল অসি থিঙৎলগা হি থমব্রাঙ লাক্লনা শ্রীকৃষ্ণনা কালি কৌবা লিনবু হাৎপগী লীলা 'কালিদমন' দা কৃষ্ণ শাবদগী কালিদমন হায়না থংনখি। মসি নত্তবা মশাগী অশেংবা মিংদি —? (অজ্ঞা অভিরামগী অশেংবা মমিং ইবোমচা কৌবগুম) থঙদ্রে। অপোকপা শগোলসেম ইবোচাউবা সিংহনা (মহাক মমিং চৎপা থাঙ-তাগী ওজানি। অপোকপীনা অমুবী দেবী) লৈকায়গী মমাম্নবশিংদা রাল্লী শাবদা হায়খি -ইচাল্লুপা ওইনা পোক্লবদি কালিদমন্দা কৃষ্ণ শাহনগনি। অপোকপগী পামজবা

অমস্তুং মীংকবনি। মুপা ওইনা পোক্লে। অদুদগীদি অঙাং অনিগী মমিং কালিদমন হায়না অহুম থক্তনখ্রে। অতোপ্পা মমিং অমা লৈখিদ্রে।

ওজা কালিদমনগী মৈতৈলোনগী (বাংলাদ) ঈশৈগী এক্রুদ মখোয় মায়কৈদগী রা. কু. সূর্যবড় সনানি (১৮৯১-১৯৩৯)। রা. কু. সূর্যবড় সনা কোম্লুংগী জগোয় শাবী লোয়শঙ কারকপা, হিন্দুস্থানীগী ঈশৈ অমস্তুং যন্ত্র মথল শুনা হৈবা-থোংবা ওস্বা মীশক অমনি। মহাক মৈতৈলোনগী ইহান হানবা 'রাসলীলা' পুথোকখিবা, মৈতৈ-লোনগী ঈশৈগী ঈহৈ পুরক্কবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা মীশক অমনি। মহাক মনোহরশাইগী শরুক্ত। অতোপ্পা ওজা অমমা, থাংমৈবন্দগী চীংগুবম ওজা ইবেতোন। মশুগ লৈবা, মশক-মতৌ, শাবান-মূত্তি ফজবা, মহারাণী লৈমথৃবীগী মৌপুরা অতোনবা। অহানবদা ওজা কালি থাংমৈবন্দ সিনাম কৈকায়দা লৈরম্মী। ওজা ইবেতোনগা নক্লে। মরু ওইবা গুরু অসি নক্তবা অতৈ ওজাশিং-গুম্নাম নাতুম, কোনজেংবম অতোম্বাইমা, খোংমাইথেম চাগোইনচিংবগী মফমদস্তু চঙখ্রে। মহৌশাদি মাগী সেবকশিংনু অতোপ্পা ওজাগী মফমদা মহৈ তমলুচো কায়নুনা খনরম্মী। ঈশৈ শকপদা অশোয়-অঙাম, অন্নানবা য়াঙরবস্তু চুমথোক্লরম্মী। করিস্তু হায়নরমদে, শাউনরমদে। য়াম্না কজনরম্মী। মৈতৈলোনগী ঈশৈগী ঈহৌ লাকপা হৌরকপা মতম অসিদা মখা সূর্যবড় সনানা মাগী সেবক কলিদমন্দা মৈতৈলোনগী ঈশৈ তম্বীনীংখি। অহানবদা কালিদমন্না য়াখিদে। শাউনীংমনগুনা সূর্যবড় সনানা শুমাঙগী লাইথুরুমফম থাজিল্লিবা য়েন্দৌ অতু তাপ লাউনা পায়থৎলগা কালিদমন্দা শিংকুপ শন্না কল্লম্মী। "নমালোন্দা নাম শোল্লু য়াদবা, নমালোন সুংশিদবা -।" ফুনা ফুনা চৈরম্মী। অতুদগী কালিদমন সূর্যবড় সনাগী মফমদগী মৈতৈলোনগী ঈশৈ তমখি।

মৈতৈলোনগী নিমাই সন্ন্যাস, যোগিবেশ, প্রভাস খণ্ড মখিং চংলি। নিমাই সন্ন্যাস অসি লক্ষ্মিতলালগী মচানিপা মহেন্দ্র-দেবেন্দ্রনা বাংলাদগী হন্দোক্লগা রা. কু. সুর্য্যবড় সনানা সুর পানববনি। মতৌ অসুম্না ওজা কোঞ্জেং তোম্বাইগী মমিং চংলবা মৈতৈলোনগী নিমাই সন্ন্যাসসু লৈরি। ৺অতোয়াইমাসু মৈতৈলোনগী ঈশৈ শন্দোক্লবা হোংনবদা শীংথানবা য়ারবা খুদোল তৌরম্বা মীশক অমনি। মসিগী মায়কৈদা রা. কু. সুর্য্যবড় সনা অমসুং অতোয়াইমগী অবদান য়াম্না চাউই। খুৎমাবা অমা ওইনা মখোয়না বাখিবা, নংখিবা, খুদোংথীবা কয়া মায়োক্লখিবা, হোংনরম্বা পুম্নমক কাউফম থোক্লে। লান মমাঙ অমসুং মতুংগী মতম থরদা মৈতৈলোম্না শ্রাদ্ধ-কর্ম্মনচিংবা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা উৎসবশিংদা ঈশৈ শকপা অসি মাঙখি হায়না ঈন্থোক্লম্মী। ওথোক্লদোক্ল ওইরবা ঈশৈ শকপশিংনা মৈতৈলোন্দা ঈশৈ শকপিমু হায়বসি য়ারমদে। অসিগুম্বা সমাজগী তমথীরবা অথিংবা অসিগী মায়োক্তা রা. কু. সুর্য্যবড় সনা অমসুং মাগী বেসক কালিদমম্না ইচঙ থোনা লেপ্পী। মথা শমথকৌবা ওইনা, ওজা কালিদমম্না নীংহম্নবা লৈতনা, মাগী পুন্সিগী অরোইবা মীকূপ ফাওবা নট সংকীর্ত্তনবু মৈতৈলোন্দা পাক-চাউনা শক্লবা অরেম্বা লৈতনা তোংনখি। অকনবা বাশক, সাধনা অমগা লোয়ননা চঙশিল্লম্বা পুন্সিগী খোঙজঙ অমনি। ওজা কালিদমনগী তোপ-তোম্না দানদি খুৎমাবা কয়ানা য়ানা হোংনহুনা মন্ম হুম্নমহুনা থাম্নম্বা মৈতৈলোনগী ঈশৈগী পান্থৌ অসি মানা মথা তানা মসা-মরোং শন্দেক্লব, মহৈ নীংথিনা য়ানববা হোংনরম্বা অসিনি।

মৈতৈলোনগী ঈশৈগী ঈহৌগী শাংলবা ইতিহাস অমা লৈরি। ঈহৌ অসি পুরক্লবা হোংনবদা ওজা কয়া, সমাজ সেবকশিং কয়াগী খুদোল য়াওরম্নি। হৌরকপদি খৃ কু. ১৯১০ গী মতমদা গোবিন্দজিগী মান্দবতা মৈতৈলোনগী হোলি শকপনা হৌখি। হোলি পালা কয়ানা

মৈতৈলোনগী ঈশৈ শক্লনা লাকখি। মৈতৈলোনগী ঈশৈনা শ্রীগোবিন্দগী মান্দব কাবা হৌগ্রবস্থ ধর্মগা মন্নী লৈনবা, শ্রাদ্ধ-কর্মদা, শুমাঙশিংদা মৈতৈলোন্না নট সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ শকপদি য়াম্না থেঙনা লাকখি। চাউরাক্লা খৃ· কু ১৯৩৯ গী অদুম্নাইদনি হায়বা য়াই। মসিস্থ অকনবা ঈহৌ অমা ওইখিদে। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা মীয়োন্দা তাংলগা শ্রাদ্ধ-কর্মনচিংবদা ঈশৈ শকপা তোক্কনা ইমালোন্দা শক্লবা অকনবা ঈহৌ অমা শাগংখি। খৃ· কু· ১৯৬১দা চুমিং ১০ নি মৈতৈলোন্না ঈশৈ শকপা কা'নখি। অদুদগী তাং ১০/৫/১৯৬২ দগী ২/৬/১৯৬২ ফাওবা চুমিং ২৪ চপ্প পানা মরীদা মৈতৈলোন্দা ঈশৈ ফাংনবা অমা শীনখি। মসিদগীদি চপ চাবা, অকনবা ঈহৌ অমা লাকপা হৌরে। অম্মা চত্থরকপনা ওসিদি ইমালোন্না নাম শোনবদা অবাবা মায়োক্লত্রে। য়াম্না মঙং তাবা ফীভমদা লৈরি। হাকম অমন', মসিগী ঈহৌ শাগংলকপদা আকাশবাণী, ইম্ফালগীস্থ অচৌবা থৌদাং লৈখি।

ওজা কালিদমন মনা-মথুম কয়ানা লৈতেংলবা কলাকারনি — (১) সঙ্গীত আচার্য্য (১৯৯৬); (২) এম এস কে এ অৱার্ড (১৯৭৩); (৩) সঙ্গীত নাটক অৱার্দ (১৯৭৯); (৪) সাহিত্য পরিষদ-সঙ্গীতরত্ন (১৯৬৯) অসিনচিংবা। সনা কোম্লংগী পালা নহাগী হল্লবস্থ ওইরম্মী। লাইরিক অমস্থ ফোঙলম্মী— "নট সংকীর্ত্তন", ১৯৯২, লা· ১১৯, লুপা ৫০/-। মীয়া'ম্না তত্তনা হংনৈ-অজ্ঞা অভিরামগা ওজা কালিগা কনানা হেল্লি? অনীমক হেন্নদে, মঙ্গুণ অমমমনি, শক্তি অমমমনি। লৈ অমত্তগী মচু অনী লৈবগুম্বনি। অজ্ঞা অভিরাম্মা ঈশৈ শকপদা পকচৈ; মোৎ তৌবা অভিনয় তৌবগী হৈ-শিংবা হেল্লি। অদুবু মৈতৈলোনগী ঈশৈ শকপদি য়োৎদে। মৈতৈলোনগী ঈশৈদি তিংনা তিংনা হাম্লবা চঙতি, য়াম্না হেকপা য়াদে। ওজা কলিনা মৈতৈলোনগী ঈশৈদা খুৎলোয়না, ফজনা শকপা হৈ। মহাক্লা নটকী ঈশৈ শৈশক্তা বান্নী

লৌবা, ব্যখ্যা তৌবা অসি হৌদোক্লম্মী হায়বা য়াই। বাংলাগী ঈশৈগী শৈশক্তদি ব্যখ্যা তৌনরমদে, শ্লোক অসি ছন্দ পাল্লগা শক্লে। অনীমক লাইনি। অতাওবা কলাকার ঙাক্তনি। ◻

(হান্নী শাজরুবা— শ্রীরা. কু. প্রিয়গোপাল সনা, সূর্যাহেড় সমাগী মচানিপা অমম্নুং ওজা কাঙিগী সেবক— শ্রীইরুংবম ইবোতোন সিংহ)

—নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্রফম', তাং ৫ ৭ '১৯৯৯

# 'নোংবান শাবা' লোইতাম য়াইমগী রারী শাবা

( অরিবা চেনাদগী লোথোকপা )

ঐনা মৈতৈগী শুমাঙ লীলাগী মরমদা য়াম্না কন্না থিজিনবা, মচাক কয়া খোঙ্বগী মতমদুনি। মতমতুদা ঐখোয় লৈকায়দা লৈবা ( কৈশাম্পাৎ লৈমজম লৈকায়, ইম্ফাল ), কৈথাক্লা 'মোইরাং পর্ব'গী নোংবান শাবা হায়না খঙনবা ওজা লোইতাম য়াইমগী রারী তোয়না শাবগী তাঙ্জা কয়া ফংজখি। ওজা লোইতাম য়াইমা নোংবান শাবদা মমিং য়াম্না চংখি। মানা নোংবানগী চরিত্র শাবদা পবচনা, মানবা, চুশিন্নবা অসিমূক অতৈ কলাকারশিংনা য়োৌবা ঙমদে। মানা নোংবান শাবদি নোংবান্দা নোংবান ওইরবোই নীংঙি। নোংবান শাবা অসি মাগী ক্লাসিক রোলনি। মতুংদা মাঙুন্না নোংবান শাবদা পকচবা কলাকার খোরাক্ত্রি হায়না লৌবা য়াই।

ওজা লোইতাম য়াইমা খৃ. কু. ১৮৯৯, দিসেম্বরদা পোকই। মহাক লীলা য়াওবা অমসুং নট সংকীর্ত্তন তৌবা ইমুংদ পোকপনি। শীগ্রি ঙৈদগী হৌনা নট সংকীর্ত্তন অমসুং যাত্রা অসি তম্মকই। মহাক্না ওজা উরিংখম্বম পেনা শকপা অমসুং ওজা রাহেংবম তোলচৌগী মফমদগী শুমাঙ লীলা তমজরকখি। অদুগা তখেল লৈকায়গী ওজা ফুরাই-

লাংপম লালা শর্ম্মদা চঙজহনা কোম্মুংগী সনা পালা অমসুং বৃন্দাবন-চন্দ্রগী পালা য়াওরকই। মশাগী চহী ২১ রোম শুরগী অচুরাইদগী মোইরাং পর্ব্বগী নোংবান শাবা হৌরকখি।

মণিপুরগী শুমাঙ লীলাগী য়ায়া মরু ওইরবা শরুক অমা ওইরিবা, 'মোইরাং পর্ব্ব' অসি কাওবু অনী শুই। অহানবা কাওবুনা 'কোংপাল মোইরাং পর্ব্ব' হায়না কৌই। অতোনবগী কাওবুনা 'কৈশাম্পাৎ মোইরাং পর্ব্ব' হায়না খঙনৈ। মসিবু খোংলেন শাবদা মমিং চৎখিবা অজ্ঞা নীলকৃষ্ণগী মমিং লৌতুনা 'নীলকৃষ্ণগী মোইরাং পর্ব্ব' হায়রগসু খঙনৈ। মসিবু নৌনা খোরকপনি হায়তুনা 'মোইরাং পর্ব্ব অনৌবা' হায়নসু কৌনৈ। ওজা লোইতাম য়াইমা কৈশাম্পাৎকী পার্টিগী মরু ওইবা কলাকার অমনি। হায়রিবা লীলা পাটি অসিগী নোংবান শাবদা মমিং ফাওনা চংখি। মণিপুরী সংস্কৃতিদা য়ুম্ফম ওইবা, কংলৈরোন য়ারীশিং শায়বা, মৈতৈগী ইশৈ শকপা, বাঙাঙ-শঙাঙ কয়া য়াওবা, অকক্লবা ফিজেং-লৈতেং কয়া য়াওবা, ওপেরাগী মচাকসু য়াওবা মৈতৈগী মমল য়াম্লবা শুমাঙ লীলা মথল অমনি—মোইরাং পর্ব্ব।

ঐগী অরিবা ফাইল, রেকোর্দ ফাক্তোকপদা খঙহৌদমা থেংনৈ-ঙসিদগী চহী ২৩ গী মমাঙদা ওজা লোইতাম য়াইমগা য়ারী শাবগী মতেক অমগী ইশিনবা শরুক, থাহ্রি—তাং ১৮ । ৪ । ১৯৭৬ ইং, অয়ুক পুং ৮, ওজাগী মশাগী য়ুমদা য়ারী শাবা। দিক্রেপসনদা অসুম্না ইরম্মী—"ঐনা মখোয়গী য়ুম য়োৌবদা ওজা ইখোল কোইতুনা লৈরম্মী। অহল ওইবগী হৌনবা মমীৎ শোক্লে—ঐবু অথাপ্পদগী মশক খঙবা ঙমদ্রে। মকশিল্লগা ঐবু মশক খঙলবদা হয়াউনা কৌশিল্লে—মোয়া থাদুনা ঐগী ফম্ফম পী। য়ুমদু য়ুমজাও নত্তে। কীভম য়ায়া ফঙনা উই। অরাং শঙোয় মচা অমসু লৈ। ইখোল য়ায়া চাউই—কৌনা, হৈনৌ পাম্বীনচিংবা হৌই। মাগী দরখাস্ত থাবগী ফোর্ম অদু

মেনশিল্লবা মতুংদা শুমাঙ লীলাগী ময়মদা বারী শাবা হৌই…।”
খৃ. কু. ১৯৬৯ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ‘নাট্য বিশারদ’ অমসুং
খৃ. কু. ১৯৭৭ তা এম এস কে এনা অবার্দ পীহুনা ইকায় খুমনবা
কলাকার অমিগা মহৌশা বারী শাথিবগী মরু ওইবা, কায়গদবা
মতেক অমা মথাদা লৌথোকচরি।

ঐ : মোইরাং পর্ব্ব হায়বা লীলা অসি কনাদগী তম্বগে?

য়াইমা : পেনা শকপদা মমিং চৎপা ওজা য়ুমাম লৈকায়গী
উয়িংথম্বম পেনা শকপদগী তম্বনি। মঙোন্দগী খম্বা-থোইবীগী বারী
লীহন্দুনা তাই। মঙোন্দগী খুৎলং ইশৈ, পেনা শৈশক, খোনহাইং
খোনচৎ তম্মী।

ঐ : পেনাগী শৈশক তম্বদরা? লীলাগী মওংসু মঙোন্দগী
তমব্রা?

য়াইমা : লীলা মওং, অভিনয় তম্বীবদি ওজা তোলচৌনি।
ওজা তোলচৌদি লাইনি। মহাক শক্তি মকোক শাবা; লাই শাবা,
য়েকপা য়ায়া হৈ। শিল্পবিদ্যা হৈ। মাদি পেনা শকপসু হৈ।
কুচু ভোরোক ভোই। ময়ায়া তাঙৌ কৌই। ঐদি খুড়া খোকপদগী
খুড়া কৌই।

ঐ : লীলা তম্বগী মওং কমদৌবগে ওজা?

য়াইমা : য়ানা তমব্রপোৎনিদা ইবুংঙো। কৈশাম্পাৎকী দামোদর
(গৌরনিত্যাই) মান্দবতা তম্মী। গৌরলীলা, সনজেনবা তম্বীবদৌনা
বারী লী, মতাঙদু ভাব তাহল্লি। বারী ফারবা মতুংদা লীলা
পানখৎলি। অইবা বই লৈপোৎ নত্তে। ঐখোয় ময়াম কোয়না
ফমহল্লি। ওজানা মতাঙ অদু হায়। ঐখোয়দা অমুক হায়হল্লি।
দাইলোগ অদু চীনফা পুহল্লি। নোংবায়া নিংথৌদা হায়গদবা য়াঙাঙ,
ব্যবহার, থৌগল্লোন, হৌন-লোনচৎ ফজনা তম্বী। ওজাদি পেনাগী

শৈশক হৈবনিনা শিকপলোন, তেংথাবা তম্বী। মাইবীগী মরোল তম্বী। চহী অমা তম্বদা হৈবা ওমদে। চহী ২ হুন্নগা শান্নবা হোংনৈ।

ঐ : মতমহুগী কলাকার, লীলা পার্টি কনা কনানো?

য়াইমা : ফুরাইলাৎপম অজ্ঞা নীলকৃষ্ণ শর্ম্মা—থোংলেন শাই। মকোক্তি, লুচিংবনি; লোইতাম থম্বাল— ঐবু পোকপা অহল্লি; বাজিনা নোংথোম্বা শাই; তখেল্লমুম মঙ্গোলজাউনী নিংথৌ শাই; মোইরাংথেম ইবোমচানা খোইবী শাই; অজ্ঞা বিধুনা যুবরাজ শাই; ইচেৎদম গোপালনা (নোঙ্গাওবা ফিল্মষ্টার ওজা মঙ্গিগী অপোকপা) শোৱা শাই; অকোইজম গুলাপনা খম্বা শাই; ঐনা (এল য়াইমা) নোংবান শাই; ককম্বাগী ক্ষেত্রি খোংলেন্না মনাই শাই; মাইবম অমুবা—ফাগি তৌবা শাই।

ঐ : লীলা অসি করম্না শান্নবা হৌখিবগে ওজা?

য়াইমা : তখেল মহারাণী লাকপদা চূড় চান্দ মহারাজদা কৈশাম-পাৎকী মোইরাং পর্ব্ব য়েংনীংঙি হায়বদগী ঐখোয়বু সনা ওফিসতা কৌখৎলে। মহারাজনা সুমিং ৫ নি মতাঙ তিন্নদনা উৎপা ওমগদ্রা হংবিরে। কুপা লৈরবদি ওমগনি খুমজরে। লীলী কন্না ওইরইরে। সুমিং ৫ নি উৎলে। সুমিদাংদা কোন্নুংদা তা-চাক য়াম্না পীজে। রাস মন্দলদা উৎলি। তাঙবী মহারাণীসু য়েংঙি। মচুদা মমিং চৎল্রে, লাইবক ফল্লে। কৈশাম্পাৎকী মোইরাং পর্ব্বদি মমিং য়াম্না চৎলি, লৈবাক্না সুংশিবি। ঐখোয়গীদি সনা কোন্নুংদগী সনা মোরের অনী/অনী পী। হায়বদি নোংমদা লীলা ২/২ শান্নবা য়ারে। সনা মোহরগী মমল লুপা ২ লোই। লীলাগী দক্ষিনানা লুপা ৫ নি। য়েন্নবদা শিকি অহুম ফংবা য়াওই। মতমদো ফো-চেঙ হোঙলি। হৌজিক্তি লীলাগী দক্ষিনা লুপা ৩০০ য়ৌরে।

ঐ : ওজা, মোইরাং পর্ব্বসি শান্নবা থিংলুই হায়। কমদৌবা জাৎনো?

য়াইমা : অঙাং ওইরিঙৈদা তাখিবা য়ারীনি, তশেংবদি খঙদ্রে। অসুম্না হায়নৈ—সুগ্বা মন্ত্রী অসি কোম্পেনীগী কুপ্পকপদা বাহেংবম লৈকায়দা মোইরাং পর্ব্ব শারগদবা তৌরম্বা উরে। মহাক চূড়াচান্দ মহারাজগী মবুধোনি। মহারাজনা অঙাং ওইরিবা মরম্না মবুধো মন্ত্রীগী মবা চংপা মতমনি। মানা মোইরাং পর্ব্ব তৌহনগনু, লৈথাক নিংথৌ অনী পানথদৌনা তৌরে হায়দুনা থিংখিবনি হায়।

ঐ : অদুদগী করম্না অমুক শান্নবা য়াখ্রিবা?

য়াইমা : মতমদু ঐহাক চহী ২০ মুক শুরে। কোংপান কাওবুনা মোইরাং পর্ব্ব শান্নবা য়ারগা কৈশাম্পাংতা লৈবা ঐখোয়দি করম্না য়ারোই হায়দুনা মোইরাং কৈকুংবা উনদুনা হায়জরুরে। মহাক্না পেনাদা শকপদি য়ারগা মূর্ত্তি পান্দুনা শান্নরবদি য়াম্না নুংঙাইগনি, মহারাজদা চঙংখিগে হায়বিরে। মোইরাং কৈরুংবদা তন্দুনা লোয়েং হায়জ-চংচরে। মহারাজনা য়াবিরে হায়বদগী শান্নবা হৌথি। ফি শেংপদি শেংলু, শমজিন্দি হাপকনু হায়দুনা কোইয়েং য়েংলি, শমজিন হাপ্লে।

ঐ : কোংপানগী মোইরাং পর্ব্বগা শুক্লাখোয়গ্কা করিগা থেম্নে?

য়ামনা : হানবদি কোংপাম্না হাল্লি। মথোৎগী 'লোইকুম-লোইকা' য়াম্না মশিং চংলি। কৈশাম্পাংকী 'হর উবা' হায়রগা লোইরে, মোইরাং হরাউবা কুম কাংই হায়নৈ। নুংশিৎ-নুংশা লেপ্পজাংলি। ঐখোয়গীনা রাজনীতি, ব্যবহার কায়দনা শাম্নৈ। অচোম্বা য়াদে। জয় পত্র কংভি। ☐

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোকফম', ২৬।৭।১৯৯৯

# নিংথোউজম ওংবী শ্রীমতি মাধবী দেবী

চহী ৭৩ শুরবী (পোকপা—শকাব্দ ১৮৪৮, মেরা ১২, লৈবাক-পোকপা) তোইজম নিংতোল (নিংথৌজম ওংবী) শ্রীমতী মাধবী দেবীগী পুন্সিদা মরাম্বক ফবা অমা লৈ। মতুদি—ক্যামগৈ খোইরোম লৈকায়দা লৈবা মাগী অপোকপা, তোইজম ৺পূর্ণ সিংহ ঈশৈ-নোংমাইদা থবায় য়াওজবা নটকী ঈশৈ শকপা অমনি। মহাক ওজা চোংথাম ৺বেঙ্গনগী মতুং ইন্নদুনা ঈশৈ তৌরকই। লৈকায়গী শোরাত (শ্রাদ্ধ) নচিংবদা ঈশৈ শকই। অদুনা মচানুপী মাধবীবু ঈশৈ তৌহল্লি। অপোকপা মশামক্তা সূত্র শকপা তম্মু হায়দুনা ওইনাম থিংঙেলগী লাইশংবম ওংবী ইবেনী দেবীগী মফমদগী সূত্র শকপা তমখি। মাধবীনা হায়, "ঐনা সূত্র তম্লকপদি ইমা ইবেনীদগী মপূং ওইনা তম্লকপনি। মতমদো ইমা ইবেনী মমিং য়াম্না চংলি। ময়ুমদা নুমিৎ খুদোংগী চৎতুনা তম্মী। রাসকী পরোং শুনবা তম্মী।" লাইবক ফবা অমনা, চৌংডামথা নিংথৌজম লৈকায় (য়াংলেম লৈকায়, হৈরাংগোইথোং, ইম্ফাল) দা লৈবা মপুরোইবা নিংথৌজম ৺গোকুলচান্দ সিংহ। মহাকসু ঈশৈ পাম্বা মীশক অমা ওইরম্মী। চহী ১৯ শুবদা ময়ুম পাল্লকপী মাধবীবু ঈশৈ তৌহল্লি। চৌংডামথাদা লৈবা থৌরাগী থম্বাল মরীক দেবীগী মতুং ইনহল্লি। ঈশৈ শকপা অনুম য়াওহল্লি। থিন্নোকথিনজিন তৌবী। মপুরোইবা চৌংডামথা হাইস্কুল (অহানবদা মমনী

হায় স্কুল কৌরম্মী ) লিংথৎলকপদা য়াওরকপা, ক্লাস নাইন পাস তৌরবা মীশক অমনি। মতম থল্লা স্কুলতুদা ওজাম্ভ ওইরম্মী। বাংলা হৈ। মাগী দুপী মাধবীগী বাংলাগী ঈশৈ ময়েকশিং চুমথোকপী, ঈশৈ ময়েক ইথোকপী। মণিপুরদা লৈরিবা দুপী কলাকারগী ময়ায়বক অসি অতাবগী মশক্কি। সমাজনা থানা য়েংবী, মবা-মপুরোইবা, মনেম-মকুনা য়াদ-বদগী কলাগী শিনকম তোকখিবা কোঙ্গায়নি। লাইবক ফবী মাধবীদদি মসিগী অরাবা দশা অসি লৈখিদে। অসুম্না মশাগী চহী ২৪ শুবদগী সুত্র শকপী অমা ওইরকখি। মতমতুদা লম্বা তৌতুনা শকমিরখি—সেকমাই অকোয়বী, শ্রামন তমু দেবী, লীকলাই অসিনচিংবা।

মাধবী দেবী অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ঈশৈ—নো'মাই পাম্বা হৌবকই। মপাবুংনা ঈশৈ শকপা কলাকার অমা ওইবা মরম্না অঙাং ওইরিঙৈ, মশাগী চহী ১০ শুরকপদা বাশক, খুবাক-ঈশৈ; দুপী পালা-নচিংবা য়াওবা হৌরে। লৈক'য়গী কাংনচি'বদা অসুম শকপা'শোনবা য়াওব'নি। অতুদগী ওজা নাইনা ঈশৈ তম্বা হৌরে। মাগী অহানবা ওজা ( আদি গুরু ) দি বাশিখোংদা লৈবা নামৈরাকপম ৺ইবোমচা সিংহ'নি। ওজাগী মফমদগী নিয়ম নাইনা ঈশৈ তম্বা হৌই। ক্যাম-গৈদগী বাশিখোং পঙথাপ থাপত্রে, তুরেল লাম্থোক্লগা অসুম লৈরে। স্মিৎ খুদোংগী খোঙনা চৎতুনা ঈশৈ তম্মী। খুরাইগী পীশকমচাসু ঈশৈ তম্বা লাকপা থেংনৈ। নারিন কোঙ্কিন চন্দ্র সিংহগী মফমদগীসু বাশক তম্মী। ঈশৈ-নোংমাই অসুম তৌবদগী মমৈথংদা জগোয় শাবা য়াওরকই। অহানবা জগোয় তম্বীবা ওজাদি অজ্ঞা ৺গৌরচন্দ্র শর্ম্মানি। মথংদা, বাশিখোংগী গুজা নিংঙোম্বম ৺রাসধারী সিংহদগী তম্মী। মতমদো মশাগী চহী ১৪ রোম শুরে। রাসকী গোপী শাতুনা জগোয় থোক্লে। অনীশুবা লাঙ্গাও মতমদা এলাংবম লৈকায়গী মমা শাবদা মমিং চৎলবী সুবদনী দেবী বাশিখোংদা লান চেক্লকই। লান মনুং অতুদা সুবদনীগী মফমদগী গৌরলীলাগী মমাশাবী তম্মী। অতুদগী

গৌরলীলাগী মমা শারে। মঙ্গী দেবীগা লম্বা তৌদুনা মমা শাই। মণিপুরগী মকম কয়াদা—ভেকচম, ছেম্বা, য়াইরিপোক, খৌবালমচিংহনা মমা শাদুনা কোয়না চৎলে। গৌরলীলাগী কাওবু অসি নারিনকোঞ্জিনগী ওজা চন্দ্রসিংহনা মপুং ওইনা শীনবনি। ঊচেকোমগী ওজা লক্ষণস্ন য়াওই। লীলা অমুক শান্নবদা লুপা ২৫/- ফংঙি। মতমসি মশাগী চহী ১৮ রোম ওয়ে। রাসকী গোপী অমম্নং মমা শাবী ওইনা মণিপুরগী মকম কয়াদা কোয়না শান্নবা চৎপা মতমনি। মশাগী চহী ১৯ শুবদা মমুম পান্নবা, মচা-মণ্ড পোক্লবা মতুংদা সূত্র শকপগী শিনফমদা খোঙদাবা ছৌরকখিবনি। খারকপা ফি-য়োলগা লোইননা মতমদুদা জগোয় রাসকী সুমিদাং অমগী সূত্র শকপগী দক্ষিণা লুপা ২৫/- দগী ৩০/- ফাওবা তৌনৈ। মসিদগী মথা তানা লোয়নরকপা ওজাশিং মরদি—ওজা খাইদেম ৺লোকেশ্বর সিংহ, ওজা খাঙেম্বম ৺গুলাপী সিংহনি। ওজা লোকেশ্বরগী রাসকী কাৎবুদা জগোয় য়াওই অদুগা ওজাগী মকমদগী জগোয়স্নু তম্মী। ওজা গুলাপীগী মৈতৈলোনগী রাস য়াওরকই। মানা য়াওরকপা মৈতৈলোনগী অহানবা রাসতি ওজা গুলাপীগীনি।

শ্রীমতী মাধবী দেবীনা মণিপুরগী মপান্দা অহানবা জগোয় শাবা য়াওদুনা জগোয় উৎসুবদি শিলচরদনি। মথংদা নবদ্বীপধামদনি। নবদ্বীপধামদা লৈবা 'অখিল গৌড়িয় বৈষ্ণব সাহিত্য সম্মিলন' নস্নু মঙোন্দা 'রাসগীতি ভারতী' কৌবা উপাধি অমা পীদুনা ইকায় খুম্নরকখি। মুম্বাইদা লৈবী কুমারী সবিতা বেন মেহতাগী মনাক্তা চহী অহুম (১৯৭৭-১৯৮০) লৈরম্মী। মহোশা কাং রাম্না চাউনা চিংনরিবৈ, মাগুব কয়াদা রাস কৎনরিবৈগী মতমদা, কাংগী খুবাক ঈশৈ শকপদা পৈশা রাম্না খোক্লম্মী। মেরা, লমদা, কাইরেন্দা জগোয় পরেং পরেং লোৎদুনা লৈরম্মী। মদুগী সুংঙাইরিবৈ মতমদো ছৌজিক্কি ছৌরে।

শ্রীমতী মাধবী দেবীগী মমাঙদা লৈরম্মী মমিং চৎলবী সূত্রধারী কয়া— ইবেমী, নঙোল পীশক, ক্ষেত্রী ভোম্বী, লৌরেম্বম ভোম্বী,

ছাউবৈগী মণি, থৌরাণী থঙ্গাল মরীক দেবী অসিনচিংবা। মথোয়গী মীরোলগী মথাদা লাকপনি শ্রীমতী মাধবী দেবী। মহাক্না সনা কোল্লুংগী সূত্রধারী ওইজলম্ম বিজয় গোবিন্দগী সূত্র ওইরকপা চহী ১০ রেল্লক্রে। হৌজিকসু ওইরি। মংলেম্মী অমম্বুং উরিপোক শ্যামা দেবীগা লাম্বা :তৌদুনা ঈশৈ শক্রি। অতুদগী খৃ. কু. ১৯৯৩ দগী থাদা লুপা ১৫০০/- ফংদুনা জবাহরলাল নেহরু মণিপুর দান্স একাদমীদা ভিজিতিং গুরু ওইরি। অনীশুবা ক্লাসতা, মহারাস, কুঞ্জরাস, দিবারাসকী সূত্রগী ঈশৈ তম্বিন্থি। মসিগী মমংদা, খৃ. কু. ১৯৮৪ দা এস এন কে এগী গুরু অমুবী মেমোরিয়েল ফেলোশিপ ফংদুনা সূত্রধারীগী চহী অনীগী কোর্স লোইশিনখ্রবনি। খৃ. কু. ১৯৮৯ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা জগোয়গী অবার্দ পীদুনা ইকায় খুম্নখি চন্দব, খৃ. কু. ১৯৯৮ গী ওইনা জগোয় রাসকী সূত্রগী ঈশৈ শকপী অমা ওইনা সঙ্গীত নাটক একাদমী অবার্দ পীরগনি হায়না লাউথে কপ্রে। ভারতকী ওইনা কলাকার ২৬ খনগৎলকপদা মণিপুরগী লেমজনীংঙাই ওইরবী কলাকার শ্রীমতী মাধবী দেবীসু য়াওরে। জগোয় রাসতা সূত্রগী মথৌ য়াম্না চাউই। ক্লাসিকেল মণিপুরী জগোয়দা সূত্রগী ঈশৈ, সূত্রধারী শাংলদা পরম্পরা শামা লৈবক্রি মসিগী কলা অসিবু সঙ্গীত নাটকনা শকখঙ বরকপা খাস অকবা থৃদমনি।

চন্দক্লি অরং—ভারতকী ওইনা কলাকার ৮ দা সঙ্গীত নাটক একাদমী অবার্দ পীদুনা ইকায় খুম্নরি। মসি হৌখিবা চহী ৪৫ দা থোকখিদ্রবা থৌওং অমনি হায়না শোরৈ। হৌখবা চহীশিংদদি খাংভারত্তনচিংবা লমশিংদা পীবা ঙাক্তনি মণিপুরগী ওইনা কলাগী দৃশ্য অসি অতৈ লমগা পুমখেন থেল্লবা অমনি। চহী খুদীংগী মণিপুরগী কলাকার ১০/১০ দা অবার্দ পীদুনা চহী ৫০ চৎখরবসু মণিপুরগী অবার্দ ফংবা য়ারবা কলাকারগী মশীংনা হেন্দুনা লৈরগদবনি। ওস্নোক্লা

য়ামথৌবা কলাকারশিংনি। মসি অতৈ করিস্থ নত্তে, অগোয় ঈশৈ, লৌলাগী শাংলবা, লৌশাংশীংনা চৎথরকপা পরম্পরা অমা লৈরকপগী কননি। কোক, ক্লাসিকেল, থাঙ-তানচিংবা হৌরম কয়াদা শীংথানবা য়াররবা কলাকার কয়া কয়া লৈরি। অয়াম্বনা অৱার্দ ফংদনা শিথিবা কোজায়নি। অদুবু হৌজিক অনৌবা ঈরাং অমা লাক্লে। কলাকার অয়াম্বনা অৱার্দ ফংনীংবনা মথুম-মরাঙ হৌরে। মসিগী দমক্তা বাচৎ-বানোম্বগী পাউ য়াম্না তায়। সঙ্গীত নাটকা শন্নবা মীওই থরদি মতোন থোক্লে হায়নবা য়াওরে। চৎথরিবা ঈরাং অসি অফবগী খুদম নত্তে। মতীক চাবা কলাকারবু ইকায় খুম্নগদবনি। কলাদি লোৎপা য়ারোই। কলাকারদি মীয়ামগীনি, মীয়াম্না বিচার তৌগদবনি। ঐথোয়গী মতীক-মগুণ লৈরবা, মতীক চাবা কলাকার ভারত্তা মশক তাক্লবা হোৎনসি। কলাকারগী মশীং হাৎপা নত্তে, মথোয়বু মশক তাকপিবা, পুথোকপিবা হাৎপদমক ওইগনি। ⊡

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্নফম', ১১। ১০। ১৯৯৯

## হিদংময়ুম বিশ্বম্ভর শর্ম্মা

( নাম্বাল মায়ক্কৈগী থিয়েটরগী দিরেক্তর অমা )

চহী ৩০ হেল্লবা থিয়েটর সেন্তর, মণিপুর ( টি সি এম ) না চহী থুদীংগী ওক্তোবর ২১ দা মণিপুর থিয়েটর দে পাঙথোক্লুনা লাক্লি। হায়রিবা মণিপুর থিয়েটর দে অসি মনিপুরগী মমিং চংলবা লীলা ইবা, দিরেক্তর অমসুং কলাকার এস ৺ললিত সিংহগী মপোক কুমওন্দা মাবু নীংশিংহুনা পাঙথোকপা থৌরম অমনি। থিয়েটর সেন্তরনা শীল্লিবা থৌরম অসিগী মপূং ওইবা মশক্তি — থিয়েটরগী মরমদা থম্ন-নৈনবা, লীলা চাংদম্নবগী মনা-মথুম পীবা অমসুং থিয়েটরগী লমদা শীংথানরবা মীশকশিংদা ললিত নীংশিং থুদোল পীবা অসিনি।

থিয়েটর সেন্তরনা শীন-লাঙহুনা পাঙথোক্লিবা মণিপুর থিয়েটর দে দা পীরিবা ললিত নীংশিং থুদোল অসি ওসি ফাওবদি তয়াং-তশোইনা উরি। অতৈ থৌরমশিংনা ননশিনখিহুনা মনা পীবগী থৌরম অসি য়াম্না পীকশিন্না লৈবদোনা তৌই। মসি থিয়েটর সেন্তরগী অরানবা থৌশিল অমনি হায়নীংঙি। মরমদি, মণিপুরী মমিং চংলবা, এম দি য়ু হৌদোক্লম্বা ললিতকুম্বা মীশক অমগী মিংদা পীবা থিয়েটরগী মনাদি য়াম্না মগুণ লৈফম থোকই। পীরিবা সংস্থান

অসিমু মণিপুর অপুম্বগী থিয়েটরগী সংস্থানশিংনা পুনশিন্নগা শেম্বা মণিপুরর পুম্বগী মহুৎ শিল্পবা অচৌবা সংস্থান অমনি। থিয়েটর সেন্তরনা মনা অসিগী মমল ওইনা সাত্তিফিবেত অমগা মেদল মচা অমগা পীরি। ৺ললিতকী ইমুং-মনুংনা সল অমা পী। মসিনা লোইরে। ললিতকুম্বা মীশক অমগী নীংশিং মনাবু মসিনা লোইরব্রা? রূপমহল থিয়েটরনা পীরিবা মৈত্রম বীর অরার্দ অসিগী মমল লুপা লীশীং ৫ নি। পীবসু অখন্নবা খোঁরম অমা শীল্লগা পী। থিয়েটর সেন্তরনা ইকায়খুম্নরিবা মীশক অমুগী পুন্সি মারী ফাওবা ছাপা লৈফুনা কভাদ। য়েম্ন্তোকপা ওমদে। পুম্নমক অসি পৈশা লৈত্তবদগী ওইরম্বা য়াই অহুবু, কল্লনা রংপা, শীনবা হৈকবরগীসু ফজদবা, মওং ওংফবা কাসি য়াম্না খোকল্লি। হৌজিক ৺ললিতবী ইমুং-মনুং, ললিতপু মুশিবা মীওইশিং, মাগী সেবক-শথাশিং, এম দি য়ু অমদি থিয়েটর সেন্তরনা পুম্না মনা অসিগীদমক্তা শেনকম অমা (ফন্দ অমা) মীয়ামদগী খরা চাউনা খান্নবা হোংনব য়াই। মসি ওইথোকনি নীংঙি। হৌজিক ললিতপু মুংশিবা মীওই কয়া লৈরি। ললিতজি (১৮৯৩-১৯৫৫) অতাওবা থিয়েটরগী মীশক অমনি। মাগী পুন্সিদি থিয়েটরনি, থিয়েটরনা মাগী পুন্সিনি। "ললিত ঐগী ব্রামগী যুগ লোইরে। নহাকী অচৎবা লোনগী ঈচেল অসিদা মণিপুরগী আর্টিষ্ট পুম্নংক্তা শোয়দনা ঈরোইজরগনি।" (নব, কশ্বর)। য়ামা ঐতিহাসিক ওইবুবা, কাউড়মক্রবা ৱাফম অমনি। মণিপুরী থিয়েটরগী মশাগী শক্তম শাগৎপা তাক্লা অমনি।

হন্দক চহীগী ওইনা ললিত নীংশিং খুদোল কংলিবা অজ্ঞা শ্রীইদিংময়ুম বিশ্বম্ভর শর্মা (পোকপা ২৫।১।১৯২১, নম্বোল মখা লৈকায়) নম্বোলগীদা নত্তা মণিপুরগী মশক নাইরবা থিয়েটরগী দিরেক্তর অমসুং এক্তর অমনি। খুঙংগী লৈমদমদা লন্নিবা থিয়েটরগী

মীওইশিংগী মনুংদা চহী ৭৮ শুরবা, থিয়েটরগী দমক্তা মপুন্সি কৎথোক্তুনা লাক্লবা, কলাকার অমনি। মুংঙাইরিবদি মহাক মশামক ৺ললিতকী অচানবা সেবক অমনি। অতুনা মানা হায়— "ওজাগী মিংদা পীবিরিবা মনা অসি কংজবদা থোইদোক্লা মুংঙাইবা পোবচে।" মহাক ললিতকা শম্নরুপা মীশক অমনি। মহৌশা ললিৎপু নম্বেলদা কৌতুনা লীলা তম্বিহল্লম্মী। মুমিৎ কয়ানি লাক্তুনা লীলা তম্বী। ইতং তরুনা ইম্ফালদগী নম্বোল তাম্না লীলা তম্বিবা লাকপা অসি খুদোংচাদবা কয়া লৈ। অতুনা নোংমা মমান্নবা অমগা মবানী এম দি য়ুদা ললিতকী মফমদা লীলা তম্বা লাকই। মানা মখা তানা হায়খি— "--ইবানীনা এম দি য়ু য়োবা মতমদা লীলা তম্বা লোইরম্লে; শো লোনশিনখ্রে, নম্বোলদগী লাকপদা থেঙদেকখ্রে। ইবানী উবদা ওজা ললিতনা চৌকিদারদগী শো লৌরগা থোঙ হাংলে। অতুক থাগা অথাম্নদগী লাক্লগা লীলা তমদনা হনখিবা য়াব্রা হায়তুনা ইবানীবু অমুক লীলা তম্বিরে। মুংথিল পুং ২ হেল্লবফাওবা লীলা তম্বি। করি অমত্তা অবাবা থঙদে। লীলা তম্বিরিবৈ মরক্তা চা, বোরা কৌতুনা পীরে। অঙকপা মীপা অমনি।" মসি অচুম্বনি। ললিৎতি লীলা তম্বদা, তম্বিবদা, ওয়াইবদা অম্নাবা, চোকথবা শুকথঙ থংদবা মীশক অমনি। নোংম্নায় মতুং হেল্লবফাওবদা লীলা তম্বি। মী পুম্নমক থাডবা ঙমদ্রেহনা লোম্না লোম্না চেম্নখি। মহাক মজোমতা লৈহৌই।

শ্রীবিশ্বম্ভর শর্ম্মা অডাং ওইরিবৈদগী লীলা য়াম্না পাম্না হৌরকই। মতম অতুদা ষ্টেজ শারগা শান্নবা পৌরানিক লীলা কয়া থবায় য়াওনা য়েংখি। মানা য়াম্নমক পামজবদি পৌরানিক নাটকশিংনি। মহৈদি নম্বোল এম ই স্কুলদা ক্লাস ফাইব ফাওবা তম্লগা খুদোংচাদবা থরদগী মখা তমথবা ঙমখিদে। অতুদগী নম্বোল অম্নাং লৈকায়দা লৈবা

পণ্ডিত হৰাইবম খম্বৌ সিংহদগী সংস্কৃত তম্মী। মথংদা জন্মস্থান সংস্কৃত টলদা মধ্যমা পরিক্ষা পাস তৌরগা লান কাম্বক্ত.না মখা তমখৰা ঙমখিদে। অতুম্ব মখা তানা সংস্কৃত তম্বা, নৈনবা লেপখিদে। চৌজিক অহল ওইরবা মতম অসিকাওবদা ধর্ম্ম শাস্ত্রগী লাইরিক পাবা, ভক্তি প্রচার তৌবা লেপত্রি। মহাকপু ভারত সরকারনা সংস্কৃত পণ্ডিত অমা ওইনা শক খঙবিদুনা চহীগী লুপা ২৪০০/- শেলগী মতেঙ পীরি। সংস্কৃত পণ্ডিত অসিনা নম্বোল মায়কৈদা থিয়েটরগী লমদম্ব অচৌবা খুদোল তৌরি।

মহাক্না ফজনা লৈলা য়াওবদি লান মমুংদগীনি হাম্বৰা য়াই। মমাঙতৈদা নম্বোল মখা লৈকায়দা জ্ঞানোদয় মন্দির থিয়েটর কৌবা সংস্থান অমা লৈরম্মী। সংস্থান অসিনা খৃ কু. ১৯৪৫ দা ওক্তা নিংথেমজাওনা (মহাক লান চেল্লকপনি) তম্বিবা উরীরৈ মাধবী দা মহাক্না বীরেন শাখি। মসিনা মাগী অহানবা লীলাদা খোঙদাবনি। মথং মথং ওইনা মৈচাক (মপা শাই), সভা পর্ব্বদা দু.র্যাধনগী পার্ট কুমখি। এর দি য়ু গী ওক্তা ললিতপু কৌদুনা হাওরং লৈশং শাফবী তম্বিদুনা শাম্নখি। লৈলা অসিদা মানা খোংনাং নিংথৌ শাখি। মমিং চৎখিবা লীলা অসি মফম কয়াদা শান্নখি।

মতম অতুম্বাইদা নম্বোলদা গ্রামাগী সংস্থান কয়া লৈরম্মী। জ্ঞানোদয় মন্দিরগা নম্বোল গ্রামাতিক য়ুনিয়নগা পুনশিনখি। অতুদগী পব্লিক থিয়েটর, সঙ্গীত নাটক মন্দির থোরক্লে। হৌজিক হৌজিক পব্লিক থিয়েটর আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন, ফোইজিং অমম্বুং খোরিকাবা আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন, নম্বোল মমিং চৎলি। সঙ্গীত নাটক মন্দিরদি শিথ্রে। সঙ্গীত নাটক মন্দিরনা মহৌশা পুখোকপা লীলা কয়াদা শ্রীবিশ্বম্ভর শর্ম্মানা দিরেক্তর ওইখি। মমিং পনবা য়াবা লীলা খরদি— মাধবী, মৈচাক, মণিপুর আন্দোলন, লাইবক, লোনম, খাদোকপা

তরুনী সেন, নেশা, সতী সাবিত্রী, শরৎ-পূর্ণিমা, পোক্তবী, চীংদা শাংপী ইথেৈ, জীবন লতা, মৈতৈ মুক্তা, কোয়রেং যুবরাজ, খোয়োল হাওবা, মোইরাং থোইবী অসিনচিংবা। মসিদা নত্তনা অতৈ খুঙ্গং কয়াগী লীলা সংস্থানশিংগীহ মানা লীলা কয়া তম্বী।

নম্বোল অসি রাজনীতি, সংস্কৃতি অমস্তুং থিয়েটরগী মরু ওইবা মফম ওইহুনা লাক্লি। জগোয়-ঈশৈ, লীলা, সংস্কৃত শিক্ষাগী কেন্দ্র ওইহুনা লাক্লি। খৃ. কৃ. ১৯২৩ দা লীলা সমিতি; মথংদা শিক্ষা সমিতি লিংখৎহুনা কলা-সংস্কৃতিগী শাংলবা পরম্পরা অমা ওইহুনা লাক্লি। অসিগুম্বা পরম্পরা অসি শাগৎপদা শ্রীবিশ্বম্ভরগী অচৌবা অবদান য়াওরি। অসিগুম্বা ঈচেল অসি লৈবদগী ওসি ফাওবা নম্বোলদা থিয়েটরগী ঈহৌ লেপত্রি। অনৌবা লীলা ইবা, দিরেক্তর, কলাকার কয়া লেপ্পা লৈতনা থোরক্লি। হৌজিক হৌজিকমক অকমবা ঈচেল অনী ফাংনা কয়া চেন্থরি—অরিবা অমস্তুং অনৌবা। অনীমক্কী কক্কবা মশক লৈবা ঙাক্তুনি। অসিগুম্বা ঈচেল অসিগী লৈরায় ওইনা লেপ্লিখিবা মীশক কয়া অমস্তুং হৌজিক লেপ্লিরিবা শ্রীবিশ্বম্ভর শম্মা-গুম্বগী খুদোল কাউবা চুমদে। থিয়েতর সেন্দ্রনা মতীক চাবা মীশক অমখু মতম চানা ইকায় খুম্নে। ▣

নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্লফম', —তাং ১। ১১। ১৯৯৯

# রবীন্দ্রসঙ্গীতকী শৈশকপা শান্তিদেব ঘোস

হৌখিবা দিসেম্বরগী তাং ১, ১৯৯৯, য়ুমশকৈশা মুমিত্তা শান্তিদেব ঘোস শিরে হায়না আকাশবাণীদা লাউথোক্লকপদা পুক্নীংদা য়াম্না মুংভাইতবা অমা কাওখি। করিগীনো থওদে পুক্নীং অসি ইতৃক তুকখে। মসিগী মরম অমদি মানা শকপা রবীন্দ্রসঙ্গীত অসি এনা য়াম্না পামজরুবা অসিনি।

ঐভোন্দা রবীন্দ্রসঙ্গীতকী মহাও অমসুং পামজবা অমা পোক-হনখিবসি 'রূপ রাগ' ননি হায়বা য়াই। খৃ· কু· ১৯৬১ দা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী চহী ১০০ শুবা মপোক কুমওন য়াম্না চাউনা পাঙথোকখি। থৌদোক অসিগা মরী লৈননা 'রূপ রাগ' না রবীন্দ্রসঙ্গীত কয়া থূদোল তৌখি। ৺হরিচরণ, এ· শ্যাম শর্ম্মা, শ্রীমতী এম· কে· বিনোদিনী দেবীনচিংবনা মৈতৈরোন্দা হন্দোকুনা 'রূপ রাগ' গী কলাকারশিং ঈশৈ কয়া শকখি। মসিগী মতাঙদা ঐখোয়না বাংলা ওস্তোক্লা হৈপ্রবা, ঈশৈ-জগোয়, কলাবুসু য়াম্না মুংশিজাখিবা মাইবম হরিচরণবু কাউথোকপা চৃমদে। মতমচুদা শকখিবা, রবীন্দ্রনাথকী ঈশৈ "নদোম চৎলু নদোম চৎলু" অসি হৌজিক ফওবা কাউনা ওমদ্রি। পুন্সিগী ওইনসু কাউরয়োই। মরমদি ঈশৈ অসিনা ঐগী

পুন্সিগী লমজীং মৈরা অমা ওইরি। ঈশৈ অসিগী মমুংগী অর্থদি-নগনা কৌরুবদা তাত্রবা, নগনা করিগুম্বা থবক অমা তৌবা পামজহনা মীওেন্দা তৌমিন্নসি হায়হনা হৌরুবদা য়ারক্‌্‌বদি নীংবা কারগনু—"নদোম চৎলু, নদোম চৎলুনা।"

ঐগী পুন্সিদা অনৌবা, অকবা থবক কয়া তৌনীংবা পোকখি। পৈশা, শোগৎপিবা, মরুপ মপাঙশিংগী মতেঙ অমত্তা ফংখিদবা য়াওই। মতমত্তা নীংশিংলকই ঈশৈ অসি—"নদোম চৎলু।" ঐ হৌজিকসু চেৎনা থজরি—ঐনা কৌজবদা তাদ্রিবদি ইতোমতা চৎকনি, কনাবুসু হৌরোই। রবীন্দ্রনাথকী সেন্ত্রিনেরী অহুদা রূপমহলগী 'রক্তকরবী', এম দি য়ুগী 'বিসর্সন' অমসুং দান্সগ্রামা 'চিত্রাঙ্গদা' য়েংবা ফংজখি। থোদোক অহু অতাওবনি, অমুক হন্না লাকনি হায়বা থাজদ্রে। মতুংদা, রবীন্দ্র-সঙ্গীততা ওাওজবা মীশক অনী থেংনখি—অমন', কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্র অহুগা অতোপ্পা অমনা ওজা আই আর বাবু সিংহ। মথোয়গী য়ুমদা রবীন্দ্রসঙ্গীত কয়া তাখি। কবি সমরেন্দ্রদি ঈশৈসু শকপা হৈ, ঈশৈ ময়েকসু চীনফা পুই। মতম অহুদগী হৌনা শান্তিদেব ঘোস, সুচিত্রা মিত্রগী কেসেত কয়া তাহুনা লাকখি। রবীন্দ্রসঙ্গীত শকপা ময়ামগী মনুংদা শান্তিদেব ঘোসকা অতৈগা মান্নদে। মাগী মওগ খোঙ্গেলগী যাহু, মহাও অমা য়াওই। থম্মোর হেক্তা লুপশিন্না শকপা ওম্বা মওং অমা লৈ। অঙকপা কলাকার অমনি। মাবু 'legendary Rabindrasangeet singer'—লাইওম্বা অঙকপা শৈশকপা অমনি হায়না লৌনৈ।

রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরদি (১৮৬১–১৯৪১) লাইপোক্কি। মানা ইরমদবা সাহিত্যগী লৈচল লৈতে—সাহিত্যগী মখল খুদীংমক্তা খুৎ থারম্মী। অগোয়, ঈশৈ, কলা-বিদ্যাগুনা শোরুম্মী। শিক্ষাগী লমদসু অচৌবা দান তৌরম্মী। মসিগী মহাক অচৌবা ফিলোসোফর অমনি।

মঙোন্দা নোংচুপ অমসুং নোংপোক অনীমক্কী ঈচেল থিল্লি। মাগী সাহিত্য অমসুং কলাগী অবদান ময়াম অসিগী মরুংদা 'রবীন্দ্রসঙ্গীত' অসিসু অমনি। ভারতকী ম্যুজিক্তা রবীন্দ্রনাথকী আচৌবা মফম অমা কন্দুনা লৈরি। রবীন্দ্রনাথনা ঈশৈ লীশীং অনী হেন্না ইরম্মী। ঈশৈশিং অসি মানা স্বর পানবা ঙাক্তনি। মসিবু ঙসি 'রবীন্দ্রসঙ্গীত' হায়না খঙনরি। মানা ঈশৈ ইবা হৌখিবা অসি মশামক্তা বাল্মিকী শাহনা কুমখিবা 'বাল্মিকী প্রতিভা' কৌবা ম্যুজিকেল প্লে অমুদগীনি। মসি ঈশৈ লীলানি, ঈশৈ য়াম্না য়াওই। লীলা অসি, তুংদা 'রমায়ণ' ইরকদোক্লিবা হুরানবা ওইরম্বা বাল্মিকীনা কালিগী মফমদা বলি তৌহনা হাংকে তৌবা হুগীমচা অমা কনবিখি। হুগীমচা অসি সরস্বতীনা ওনবনি, বাল্মিকীগী থম্মোয় য়াকায়ক্লবা লাকপনি। বর পীবা ওইনা দেবী সরস্বতীনা হায়খি—"The music of pity which melted your stony heart shall become your voice of music of humanity softening and chastening a million hearts. Your voice shall resound from land to land and many poets will echo your songs." য়াম্না অর্থ লৈবা বাহৈনি।

পণ্ডিতশিংনা বেঙ্গলী ম্যুজিক অসি খৃ. কু. ১৭৫৭ তগী হৌই হায়না লৌনৈ। অঙনবা মতংদা মঙ্গল কাব্য, পদাৱলী, কীর্তনগী ঈশৈশিং অসিনি। অহুদগী মথং মথং লাক্তুনা ২০ শুবা শতাব্দীদা বেঙ্গলীগী আধুনিক ঈশৈ লাকই। মসিদা অনৌবা লম্বী অমা ফাংতুনা অনৌবা শৈশক মওং অমা হৌদোক্লিবদি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনি। মহাক্না ম্যুজিকী লমদা অনৌবা কয়া হৌদোকখী। মানা ক্লাসিকেল অমসুং ফোক্কী ঈশৈদগী মচাক কয়া লৌরগা মাগী খুৎশেমগা চানবা য়েংহনা অনৌবা ঈশৈ কয়া শেমখী। মহাক্না নোংচুপকী ম্যুজিকী

মে:লোদি ফাওবা লৌহুনা শীজিন্নরম্মী। মহাক য়ুরোপকী ম্যুজিক খওভি অমসুং হৈ। মহাক্না Herbert Spencer না ইবা "The Origin and Function of Music" পাহুনা নৈনরম্মী। মানা ভারত অমসুং য়ুরোপকী ঈশৈগী মওং অনী অসি য়ানশিন্নবা হোৎ-নরম্মী। হৌজিক ভারত বাংমগী ঈশৈগী মরমদা হৈরবা কয়ানা রবীন্দ্রসঙ্গীত অসি নোংচুপকী ম্যুজিকী মীৎয়েংদগী কন্না নৈনরি। রবী শঙ্করনা রবীন্দ্রনাথকী 'মুক্ত ধারা' হায়বা শৈরেং অদু ভারত অমসুং য়ুরোপকী ম্যুজিক অনী য়ানশিন্নবা মওংদা উৎখ্রে। রবীন্দ্রসঙ্গীতকী তোপ্পা ফজবদি ঈশৈ মরেকী ফজবা কবিতাগা ঈশৈগী মুদকা (mood) থায়দোক্নবা য়াদবা, musical mode অমসুং poetic mood অনী অসি অমত্তা ওইনা থাদোক্নবা য়াদনা পুনশিনবা অসিনি। মাগী বাহৈগী ম্যুজিক ( The music of words ) অসি মুন্না খঙদ্রবদি রবীন্দ্রসঙ্গীত খঙবা ঙম্মোই হায়নৈ। রবীন্দ্রনাথকী খো:ঙ্হোক অমসুং বাহৈগী যাদু অসিদি অঙকপনি।

রবীন্দ্রসঙ্গীতকী শৈশকপা মমিং চৎলবা কলাকা'র কয়া লৈখ্রে। মখোয়গী মনুংদা তোমখিল ওইনা কাওখিবদি হন্দক্তা নোঙ্গাপ্রবা শান্তিদেব ঘোসনি। মহাক খৃ. কু. ১৯১০ দা হৌজিকী বাংলাদেশকী মনুংদা লৈবা কোমিলা ডিস্ট্রিক্তা পোকপনি। অপোকপা অমসুং অপোকপীগী মমিং মথংশীংনা কালিমোহন অমসুং মোনোরামা দেবী কৌই। মাগী অপোকপা অসি গুরুদেব রবীন্দ্রনাথকী মরূপ অমসুং মতুং ইনবা মীশক অমসুনি। মহাক শ্রীনিকেতনগী এদমিনিস্ত্রেতর ওইরম্মী। মরু ওইবা থবক্‌' খুঙ্গং শেমগৎ-শাগৎপগী থবক তৌবনি। মানা মাগী মচানিপা শান্তিদেব ঘোসপু চহী ৬ শুবদা শান্তিনিকেতন্দা পুরকখি। অহানবদা মাগী মমিং শান্তিময় কৌরম্মী। রবীন্দ্রনাথনা 'শান্তিদেব' হায়না হুংশিন্না কৌবিখি। অহুদগী মাগী মমিং শান্তিদেব ঘো:স হায়না খঙনখ্রে।

শান্তিদেব ঘোসনা গুরুদেবগী আশ্রমগী বিদ্যালয়দা মহৈ তম্বা হৌরম্মী। গুরুদেব মশামক্না মশোন্দা ঈশৈ, জগোয় অমসুং লীলা তম্বিরম্মী। দিনেন্দ্রনাথ ঠাকুরনসু মশোন্দা বিদ্যা কয়া তম্বী। বিদ্যাশিং অসিদা শান্তিদেবগী হৈ-শিংবা অমু মতীক চানা উৎলম্মী। মাগী পোকপদগী পীথোক্লকপা মগুণ অমা য়াওরম্মী। অদুদগী গুরুদেবনা মাগী জগোয় ঈশৈ, লীলা কয়া পুথোকপা, শেম-শাবদা মতেঙ পাংহল্লম্মী। চাযরিবা হীরমশিং অসিদা মহাক য়াম্না হৈ-শিংলবা মীশক অমা ওইরম্মী। রবীন্দ্রনাথনা মাগা লোয়নননা জগোয়গী কাণ্ডবু অমা শিংথৎলম্মী। জগোয়গী কাংবু অসিনা ভারতকী মফম কয়াদা চৎতুনা জগোয়-ঈশৈ কয়া উৎলম্মী। ভারতকী মাংমদসু — বালি, জাভা, থাইলেন্দ, শ্রীলঙ্কা, রসিয়া, য়ু কে, জপানচিংবা মফম কয়াদা কোয়রম্মী। শান্তিদেবদি এক্তর, জগোয় শাবা, ঈশৈ শকপা অমসুং থিয়েতরগী দিরেক্তর অমসুনি। রবীন্দ্রনাথকী 'তাসের ঘর', 'ফাল্গুনী' চায়রিবা দান্স দ্রামাশিং অসিদা মহাক্না শরুক য়াখি অমসুং মাগী হৈ-শিংববু মীয়াম্না থাগৎনখি। মহাক খৃ. কু. ১৯৫০ দা বিশ্বভারতীদা থবক তৌবা হৌখি। বিশ্বভারতীগী মমিং চৎলবা 'কলা ভবন'গী প্রিন্সিপাল ওইরম্মী। অদুদগী চহী খরা লৈরগা কলকত্তাগী আকাশবাণীদসু থবক তৌরম্মী। মতুংদা অমুক শান্তিনিকেতন্দা হল্লক্লম্মী। মাগী পুন্সিগী শরুক অয়াম্বদা গুরুদেবগী রবীন্দ্রসঙ্গীতকী মরুমদা লেৎচর তৌদুনা, ঈশৈ শক্লুনা মফম কয়াদা কোয়না শন্দোক্লম্মী। রবীন্দ্রসঙ্গীতকী মরমদা মাগী রেকোর্ড অমসুং কেসেত কয়া কোঙখি। আর্টিকল ১০০ গী মথক্তা ইদুনা কোঙলম্মী। মানা রবীন্দ্রসঙ্গীত, ম্যুজিকী মরমদা লাইরিক কয়া অমসু ইরম্মী। লাইরিকশিং অসি অয়াম্বনা টেক্সবুক ওইনা শীজিন্নরি। মাগী দানবু শকথংবা ওইনা—'পদ্ম ভূষণ', (ভারত সরকার); বিশ্বভারতীগী 'Desikottana'; বর্দ্ধমান বিশ্ববিদ্যালয়গী 'দিলিট'; রবীন্দ্র

ভারতকী বিশ্ববিদ্যালয়গী 'Tamraphalak'; বেষ্ট বেঙ্গল সরকারগী 'এলাউদ্দিন পুরস্কার' পীদুনা ইকায় খুম্নখি। মহাক্না লৈখিদবা অসি রবীন্দ্রসঙ্গীতকী মমিং চংলবা শৈশকপা, ঈশৈ অসিবু মীয়াম্না খঙনবা শন্দোক্লম্বা অমসুং গুরুদেবগী অচানবা শিষ্য অমা মাঙজরে। মহাক নোংমাংখ্রে অদুবু মাগী মুংশিরবা খোঞ্জেলদি লৈরেৎরে। ◘

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্নফম', ৬। ১২। ১৯৯৯

# টিকেন্দ্রজিৎ শাবা এস. নবকান্তা সিংহ

২০ শুবা শতাব্দী হাসিনা লোইশিল্লকপগী তাঞ্জাসিদ চংখ্রে মহাকপু ঐথোযবু থাদোক্রমদুনা, চংখ্রে ইতোগী শক্লাইবব এক্টর, 'টিকেন্দজিৎ শাবা' হায়ন লৈবারা খুঙনববা শোরেনশংবম নবকান্ত সিংহ, নাট্য ভূষণ। নুমিৎ অহু নীংশিংলি - দিসেম্বর ২৮, ১৯৯৯. থাংজ নুমিৎনি, থাপমহৈলগী অনৌবা লীলা "থাগৎচবি মযাম্ম খাগৎচবি" যেংগদবনি। থাংজ নুমিৎ অসিদা Dutch Film Festival গী অথন্নবা ফিলম অমম উৎকনি, যেংদবা য দে হাযহুন কৌবা লাকপদনী আশা সিনেমা হোলদা পুং ১১ না নব চংলে। অহানবা ফিলম 'Antonio' যেংজি। ওংখোরা ফজখ্রে - লুথাবী Antonio কৌবী অমগী রাবীনি - মানা শিরমদাইদ নী শিংলকপা মীরোল অহুমগী রাবীনি। ফিলমসিদা যম্ম অথ লৈনা, মঙ্গন উংলি খুঙ্গংগী পুন্সিদগী মুপপা এক্কগী খমথেংনা চাওখৎলগা মতমসিগী রাবী, ব্রাদসন অমস্থ মোদানিতি অনাগী চিংথাইনব মশক কযা বয়া। থন্দুনা যেংবিন্নে মচান্নুপী, লৈশাবী অহুনা লোম্না মচা অমা পান্মে হাযহৃনা। শতবদা লাল্লগা মচান্নুপী অহুগা পাখঙ অমগা হোত্তেল অমদা চনহল্লি। মমাহুনা মপান্দা চা ওঙ্কুনা মশু শারকদবগী মতুগী নৌপাত ভাইহুনা লৈ। মতম থবগী মতুংদা মশুন্নুগী অমা থংলে। মশুন্নুপাগী মাথা (ব্রেন্দ)

অতুদি স্নুপর ব্রেন্দ ওইরে, লাইদগী হেন্না শিংলে। মাগী চহী মতাঙতুনা মানা থঙলিবতু অঙকপা অমা ওইরে। ভাঙ্গা চারবদি ফিলম অসিগী মরমদা ইজৱকখিগে খঙ্গরি। অাফমদি, অরোইবা ফিলমতু য়েংদন ফুংথিল পুং ৪ নংনবা অমুক রূপমহলদা লীল, য়েংবা লাকই। হোল য়োবদা লীলা য়েথোক্লয়ে. মহৈ মহৈ শংকুথতুনা লৈনরম্মী। এথোন্দা হায়রকই – "ওজা নবকান্ত অতু নাবা হেনজিল্লি হায়, মতম ঙাইতুনা লৈরমাল্লে। ঐথোক্ল ময়াম চংকদৌরিবা অসিনি।" হায় লাউই. থ স্মায়দা ফুংঙাইতব তমা ফাওখি। কুমিদা গী পাউ তাই – করিগুম্বা শিব-নাবগী লাউথোক্লকপা অমত্তা থেংনদে। মথংদদি পাউ তারে – দিসেম্বর ২০,১৯৯৯. নিংথৌকাবা, কুমিদা' পুং ৫ তাবদা ওজা এস. নবকান্ত সিংহ লৈখিদ্রে। মহাক মশাগী চহী ৮১ শুক্র খু কু. ১৯১৮, মেগী ২৭ (কালেনগী ১৭ নি পানবা নিংথৌকাবা কুমিৎ) ত য়াইস্কুল চীংঙাখম লৈরক, ইম্ফালদা পোকপনি। অপোকপগী মিং চাউবা কোই অমসুং অপোকপীগী মিংনা ইবেমহল দেবী বৌই। ওজা নবকান্তনা মচা ৮ থনবী। মচানিপা লক্ষ্মিকান্ত অসিম্নু রূপমহলগী মমিং চংলন লৈবা অমনি। লক্ষ্মিনা হায় "হৌখিবা থাংজদুদা এখোয়না হোকদগী ফুংগা, খীজনা লাকপদ বাজিনা হায়রকই—কৈদৌবে লীল হৌরুবদি, চংদু লীলা শান্নকচো।" মংদি লীলাদা থরায়-হকচাং পুংলপ লপ্পা মীশক অমনি। ওহানা তিংলিহৈদা এগা মহাক কয়াদা রারী শাবগী ভাঙ্গা ফংজখি। লীলগী মহাক্তে রারী কয়া শামিন্নখি। মশা উমদে হায়দুনা হীপ্পুনা লৈরম্বা য়াওই। মহোন্দ গাড়ীগী এক্সিদেন্ট অমা থোকখি মতুদগী খংশোন শোনজিনখিবনি। মসিগী মথক্তা, মাগী মনাৎ য়াম্না ফত্তে, মপান্দা চংদুনা ওপারেসনস্ত হৌরুরবনি মমাৎ নীংথিনা উদবনা মরম ওইদুনা লীল য়াম্না কন্না ঙমখিদে। ওস্তোক্রা নরাম্বক থীরবা কলাকার অমনি।

এস ৺নবকান্ত সিংহ খৃ. কু. ১৯৩৬ কী অতুবাইদগী নাট্যগী লমদা খোঙদাবা হৌখি। খৃ. কু. ১৯৪১ দা এম দি যুদা য়াওত্তুনা নাটাগী লময়ানবা ওইরিবা নোংমাইথেম থানিল, এস ললিত, খোংব্রাম ধনচন্দ্র, হিজম ইরাবতনচিংবগা শম্নহৌবা কলাকার তমনি। মক ওইনা, নোংমাইথেম থানিল অমসুং এস ললিত সিংহদগী নাট্যগী মরমদা বিদা কয়া তমজরকখি। খৃ কু. ১৯৪৯, জান্নুয়ারীগী দগী রূপমহল খিয়েতরদা য়াওবা হৌখি। মতুদগী লীলা কয়াদা এক্তুব অমা ওইনা শরুক যাবকখি। মপুন্সিদা কোক, ঐতিহাসিক, পৌরাণিক অমসুং সামাজিক লীলা ৫০ বোম হেনবদ মখল-মথা কয়াগী শক্তম লাংলকখি। ময়াম অতুগী মনুংদ খাইদগী মমিং চৎপদি রূপমহলগী 'বীর টিকেন্দ্রজিং' লীলাদা টিকেন্দজিৎ শাবদনি। অতুনা মাবু ওসি ফাওবা 'টিকেন্দজিং শাব' হায়বগা খঙনরি। মণিপুরী কলাগী ইতিহাসতদি কনাগুম্বা কলাকার অমনা শারিবা রোল অত মীয়ামা য়াম্না পান্নরবদি মান শারিবা রোল অতুগী মমিং অওদা অতুম কৌনব চৎনৈ। অতুন ঐথোযনা থংনৈ—অভিরাম শাবা, থৌবানী শাবী, নন্দ শাবা, চৈতৈ শাবা, নোংবান শাবা অসিনচিংবা। হায়রিবা কলাকারশিং অসিগী অশেংবা মমিং অমুক কৌরুবগী দবকান ওইদ্রে অতুনা টিকেন্দ্রজিৎ শাবা হায়রগা লোইরে। অনৌবা টিকেন্দ্রজিং শাবা হায়না তমা অমুক লাক্রবোই। টিকেন্দ্রজিৎ শাবা হায়না ফংখ্রিবা মিংথোল অসি উপাধি, সার্টিফিকেত, মন-মথুম কয়াদগী হেন্নবনি। অচৌবা কলাকার অমদা লৈবাক মীয়াম্না পীরা ইকায় খুম্নরবা মিংথোল অমনি। কলাকার অমগী পুন্সিদা মসিদগী হেনব, সন্মান অমা অমুক লৈত্রবনি।

রূপমহলগী মৈত্রম ৺বীর সিংহনা ইবা 'বীর টিকেন্দ্রজিং' হায়বা লীলা অসি মণিপুরী খিয়েতরগী ইতিহাসদা অচৌবা থৌদোক অমনি। ইহান হানবা ওইনা তাং ১৩।৮।১৯৫১ দা শান্নবা হৌবদগী

খৃ কৃ ১৯৬৬ক, জানুৱারী ১ দা ১০০ শুবা শো শান্নখিবগী অচৌবা থৌরম কয়া পাঙথোকখ্রবনি। খৃ কৃ. ১৯৬৭ ডগী লীলা অসি নেংমদা শো অঙ্গম্বক উৎপা হৌখি। খৃ. কৃ. ১৯৮১দগী হৌন, লীলা অসি রূপমহলনা অস্তুম কনশিন্দুনা থমজিনবগী মহুৎতা আগষ্ট ১৩ নুমিৎ অসিদা লীলা অসি ড্রামাগী সংস্থান কয়ানা শান্নহনবা য়াখি। অস্তুন্না 'বীর টিকেন্দ্রজিৎ' লীলা অসি শান্নবদগী কাবকপা রোয়েলতি অমস্তুং তিংকং য়োনবগী শেনফমদগী অপনবা কন্দ অমা শেন্নগা হৌজিক রূপমহল থিয়েতরন চহী ৭দীংগী শুইন লূপা লৈশাং মজাগী 'মৈদম বীর এৱার্দ' পীবি। মসি মণিপুরী নাদাদা লনাই সংস্থান অমন পীবা প্রাইজদগী চাউব শেলগী মনা অমনি। রূপমহলগী 'বীর টিকেন্দ্রজিৎ' হায়বা লীলা অসি শান্নরমদ্রবদি তুসি মনিপুর সরকারনা 'অথোবগী নুমিৎ' পাংথোক্লিবা অসি তৌরমদবস্তু য়াই। লীলা অসিনা অকনবা দেশ প্রেমগী শক্তি অমা পুরকখি।

এস. নবকান্ত সিংহ মনি চংলবা ষ্টেজগী এক্টর অমা ওইবদা মাওনা মনিং চংলবা দিরেক্টর অমস্তু ওইখি। মানা খৃ কৃ. ১৯৫৫দগী ১৯৮০ ফাওবা মনুংদা লীলা ১৬ হেন্না দিরেক্সন তৌরম্মী। লীলাশিং অমুদি — শ্যাম মা, চৎলা, জেলখানা, মী পাম্মী, কাল নয়া, পুরোহিত, পান্থোইবী, মমিদা খোশানা, চীংদা শাংপা ইঙাল্লে, নিংথৌ খিব, মনাগী থম্বাল, মঙ নাওনা তাইবংনি, নরসিংহ, ইকায় খঙদনা মায়থাবা, মনাইথে হুগ্রে লৈবাক্তে অসিনচিব। মহাক তি সি তোংরাগী লীলাশিং (লদা মী চৎবা, জেল থানা, মনাইথে হুগ্রে লৈবাক্তে) বু য়াম্না ফজনা দিরেক্সন তৌবা ওন্বা মীশক ওইখি। মাগী লীলা ফজনা দিরেক্সন তৌব ওন্বা মীশক্তি এস নবকান্তনি হায়না তোংরা মশা মক্ত হায়রম্মী — "ঐগা পক্কবা দিরেক্টর, এস. নবকান্ত। শ্রীনীলমনি, শ্রীনেত্রজিৎ, শ্রীবীর, শ্রীশ্যামসুন্দরনস্তু দিরেক্সন তৌবা ফনা য়াওখি। শ্রীনবকান্তনা তৌবিবন .. ভাবোক্লা পেন্নবা হেনখি খল্লে।"

# রারীমচা ইবা এলাংবম রজনীকান্তদা নোঙ্গাখিবদা

## (Obituary)

এলাংবম রজনীকান্ত সিংহ ( তাবকে এলাংবম ) যাম্না কুইনা চহী কয়ামুক নাদন মনুষ্যগী মপান থোক্তুন লৈখিবনি। মাগী মরা-মপাই তাখিদবসু য়াম্না কুইরে। চহী তরোমগী মমাংদা, নবেম্বর ৫,১৯৯৫ দ সাহিত্য একাদেমি, নিউ দিল্লিগা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমিগ থুংশিন্নদুনা মণিপুর ষ্টেট ম্যুজিয়মদা 'মণিপুরী রারীমচাগী প্রাক্‌শোপ' অমা তৌখি। মহাক্না রজনীকান্ত চেস্তু ওইরদুনা, মীনা শোরগা য়াম্না রান। লাকখি অদুগ মাগী 'ফে, চহীং' কৌবা রারীমচা অমা পাখি। ('মতমগী মণিপুরী রারীমচা', সম্পাদক, রাজকুমার মণি সিংহ, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমি, ১৯৯৭, মসিদা য়েংবিয়ু।) মসিনা মাগী অরোয়বা মীমাঙ থোকপা থোদোক ওইরমগনি নীই। রারীমচা অসিসু মাগী ইকোন কোম্না ইবা ওইরম্বা য়াউ, তাংখিক থারি - ৫/১১/১৯৯৫ হায়না। রারীমচা অসি মাগী মহৌশাগী হৈনতরনা লৈত-লায়রগী থীমদা ইবনি। লৌউবা তোম্বা অমসুং তোম্বীশ মতৈ-মনাউনা কুমসিদি লৌ য়াম্না ফৈ, কোক্তা ফৌ খব। হাপ্পা ওল্লগনি, মথুংনা উত্তবা লৌ চাউবা ফংলনি থজ্জদুন। সুংডাইবা মঙলানগী অশাদা

ভাউজবা। অদুবু লৌ য়ৈবা নুমিত্তদা লৌবু লাক্লগা লৌইনা শোমদুনা পুথিবগী গতি লৈত্রবা খ্রারী অমনি। "তোম্বগী লৌবুক্তা লৈহৌরিবা ফৌ হায়ববু তোম্বীরৈগী মনাদা য়াল্লিবা ফৌ চবোং কদ্রমন্ত মঙাইবে। তোম্বীরৈনা মথবাক্তা মথুৎ থম্লদুনা য়াম্ন, পুক্নি নুংশিন হীক হীক কপলম্মী। তোম্ব, লৌরি মথক্তা কমথরম্মী, কপ্পিবা মাগী নুপীবু অস্নুম্না থেমলম্মী, 'নচসে নুপী মান্দেদকে' অসি হায়বগা মনাদা চিল্লিবা ফৌ চরোংতু লৌই অদুগা নুংশিনা চুপলম্মী।" মাগী খৃ. কু ১৯৮১ দ সাহিত্য একাদেমি এবাড ফংখ্রবা 'কালেন্দাগী লৈবাক্লৈ' (১৯৭৯) কৌবা খ্রারীমচাগী লাইবিক অসিনা নিংথৌল ওইরিবা খারী অসিমু হাজিরা শুবী, লায়রবী মৈতৈ নুপী অমগী খ্রারীনি। মাগী খ্রারীমচা অয়াম্বা পোলোইদা ইথা থাজদনা ওন্ন-তৈনবা থোকপা ফিভম অসি উৎলি। মসিগী টেকনিক অসি শীজন্নবদা হৈশিংই। মসি অচৌবা মাগী খ্রারীমচাশিংদগী হৌদক্লবনি।

তৌথিব জান্নুরারী ১৭, ২০০০গী অযুক অচৌবদ, মশাগী চহী ৭১ শুবদা (পোকপা-১৯২৯) মশাগী যুম এলাংবম লৈকাইদা লোঙ্গাথ্রব এলাংবম রজনীকান্ত সিংহ মণিপুরগী মমিং চংলব খ্রারীমচা ইবা অমনি। মাগী পুন্সিগী লেইরমদাই শরুক্তা মাগী মমিং তাখিদে। সাহিত্যগী জগত্তুগী ভূমিন্না পেথাখিবগুম তৌথি। অদুবু, মণিপুরগী খ্রারীমচাগী ইতিহাস হোংলকপা মতমদা খ্রারীমচা ইবা অম ওইনা মমিং য়াম্ন চংখিবা, মীপুম খুদিংমক্তা শোন্নখিবা অইবা অমা ওইখি। খন্দুনা য়েংবীয়ু, ৬সিদগী চহী ৫০ মুক্কী মমাঙ। মতুদ ওইরম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী ফিভম। মতমতুদা অইবা মশিং য়াম্লমদে, লাইরিক য়াম্না ফোঙনবমদে, পাখিনবা মীশু য়াম্লমদে। সাহিত্য তৌরিবা, কলম পায়দুনা লাইরিক ইবা মীশক থরভনি। হৌজিক ওইরিবা সাহিত্যগী ফিভম ৩সিগা ওন্নোক্ল খেন্নথ্রবা মঙ অমনি। ফিশাকোন মৎক্তা, লৈশাবী অমদি মৌনহাশিংনা

লৈকায়গী লাইরিক হৈবা নিপামচা ফাবগা লোন্না 'মাধবী পাঙ্গলগা তা-ন-রিবা মতমনি। আউট বুক পাথা চৈনরম্মী. লোন্না লোন্না পা-ন-রম্মী। হুংশিনবদা চিঠি পীব চংনরম্মী। মথুং ফজবা, লাইরিক হৈবা নুপামচাশিং নেরুগা চিঠি ইহল্লম্মী। রা. কু শীতলজিংকী 'রুহিনী' পাবদা কপ্পরিঙৈ মতমনি। মতমতুদা থোরকথি এলাংবম রজনীকান্ত সিংহ মাগী 'চীংয়া তময়া' ( রারীমচা, ১৯৫৫ ) অমসুং 'য়ুমগী মৌগ' ( রারীমচা, ১৯১৮ ) লেয়নন। খৃ. কু ১৯৬০ গী মতমগী রারীমচাগী অকনবা, অনৌবা ঈহৌ লাক্লিঙৈদা খৃ.কু. ১৯৪৭তগী ১৯৬০ গী মতমদা রারীমচাগী নিংথৌগুম, অমতা ভায়রব রারীমচা ইবা অমা ওইনা মতম অমা মমিং শেগাক কায়না পাল্লম্বা অইবনি। রা. কু. শীতলজিংকী মতুংদ ( খৃ কু ১৯৪৬ ) শ্রায়দগী মমিং চৎপা রারীমচা ইবদি রজনীকান্তনা ওইথি। শীতলজিংনা মমিং চৎপদি উপন্যাসতনি, রারীমচাদা নত্তে। রজনীকান্তগী মথুক্তা রারীমচাগী ফজবা, মওংতাবা মশক উবা ফংই। চাউরাক্লা চহী ২৫ রোমগী মমাঙদা ঐনা রজনীকান্তগী রারীমচাগী মরমদা অসুম্না ইজখি— "... রারীমচা অয়াম্বা লেখক্লা ইং ১৯১৩ দগী হৌনা মোতবুং জুনিয়র হায় স্কুলদ ওজা ওইরিঙৈদা ইখিবা ওইবনা চীংগী পুন্সি অমদি নহা ওইরিঙৈগী অপাম নুংশিগী চখিল মমি তাই। রজনীকান্ত শীতলজিৎকুম আদর্শবাদী অমা নত্তে। মাগী পুন্সিদা থেংনবা থৌদোক কয়াহ্ চম্না অমসুং ফজনা য়েকথোকপনি। নুপা-নুপীগী পম্মোয়গী মরী উৎপদা থোং নৌরবা ঈপোম অমা য়াওই। অন্না-অনাগী উচম চম্বা রানীদমু পুরিং চীশিংনবা ওম্মী। মাগী খুৎইদা পুন্সিবু থরা কুপশিন্ন য়েংশিনবা অমদি মফোঙদোক্তা য়োনা উৎপা ওম্বগী মমি তাই। রারীশিংগী মনুংদা 'থাজগী অইংবা মায়থোং', 'নুংশিবা থিবা', 'য়াউশং', 'করিনুংগী' শীংথানবা য়াই।" ( সাহিত্য নৈনরোল, ১৯৭৭ )

তাউজবা। অতুবু লৌ য়ৈবা নুমিত্তুদা লৌবু লাক্লগা লৌইনা পোমতুনা পুম্মিবগী গতি লৈবা রাবী অমনি। "তোঙ্গী লৌবুক্তা লৈহৌরিবা কৌ হায়ববু তোঙ্গীবৈগী মনাদা য়াম্লিবা কৌ চবোং ফুমত মস্থাইবে। তোঙ্গীবৈনা মথবাক্তা মথূৎ থয়তুনা য়াম্ন পুক্নি ওশিন হীক হীক কপলম্মী। তোঙ্গা লৌরি মথক্তা ফমথরম্মী, কপ্পিবা মাগী নুপাবু অসুম্না থেমলম্মী, 'নংসে নুপী মান্দেদকো' অসি হায়বগা মনাদা চিল্লিবা কৌ চরোংতু লৌই অতুগা নুংশিনা চপলম্মী।" মাগী খু. কু ১৯৮১ দ সাহিত্য একাদেমি এবার্ড ফংখ্রব 'কালেন্থাগী লৈবাক্রে' (১৯৭৯) কৌবা রারীমচাগী লাইবিক অসিনা নিংথোল ওইরিবা রারী অসিগু হাজিরা শুবী, লায়রবী মৈতৈ নুপী অমগী বাবীনি। মাগী রারীমচা অয়াম্বা পোলোইদা ইথা থাজদনা ওন্ন-তৈননা থোকপা ফিভম অসি উৎলি। মসিগী টেকনিক অসি শীজিন্নবদা হৈশিংই। মসি অভনবা মাগী রারীমচাশিংদগী হৌরক্লবনি।

হৌখিব জানুৱারী ১৭, ২০০০গী অসুক অভনবদ, মশাগী চহী ৭১ শুবদা (পোকপা-১৯২৯) মশাগী য়ুম এলাংবম লৈকাইদা লোঙ্খ্রব এলাংবম রজনীকান্ত সিংহ মণিপুরগী মমিং চংলব রারীমচা ইবা অমনি। মাগী পুন্সিগী লেত্রিরমদাই শকক্তা মাগী মমিং তাখিদে। সাহিত্যগী জগতুগী তুমিন্না পেথাখিবগুম তৌখি। অতুবু মণিপুরগী রারীমচাগী ইতিহাস হৌগৎলকপা মতমদা রারীমচ ইবা অম ওইনা মমিং য়াম্ন চংখিবা, মীপুম খুদিংমক্তা শোম্নখিবা অইবা অমা ওইখি। খন্দুনা হেংবীখু. ওসিদগী চহী ৫০ মুক্তী মমাঙ। মতুদ ওইরম্বা মণিপুরী সহিত্যগী ফিভম। মতমতুদা অইবা মশিং য়াম্নমদে, লাইরিক য়াম্না কোঙনবমদে, পাখিনবা মীসু য়াম্নমদে। সাহিত্য তৌরিবা, কলম পায়তুনা লাইরিক ইবা মীশক খরতনি। হৌজিক ওইরিবা সাহিত্যগী ফিভম অসিগা ওন্থোক্ত খেন্নগ্রবা মও অক্কনি। ফিশাকোন মথক্তা, লৈশাবী অনদি মৌনহাশিংনা

লৈকায়গী লাইরিক হৈবা নিপামচা ফাবগা লোন্না 'মাধবী পাঙল্লগা তা-ন-রিবা মতমনি । আউট বুক পাবা চৈনরম্মী. লোন্না লোন্না পা-ন-রম্মী । হুংশিনবদা চিঠি পীবা চংনবম্মী । মথুং ফজবা, লাইরিক হৈবা নুপামচাশিং নেরুগা চিঠি ইহল্লম্মী । রা কু শীতলজিংকী 'রুহিনী' পাবদা কপ্পৱিঙে মতমনি । মতমছুদা থোরকখি এলাংবম রজনীকান্ত সিংহ মাগী 'চীংয়া তময়া' ( ৱারীমচা, ১৯৫৫ ) অমস্তুং 'য়ুমগী মৌ'গা ( ৱারীমচা, ১৯৫৮ ) লে'য়নন । খৃ. কু ১৯৬০ গী মতমগী ৱারীমচাগী অকনবা, অনৌবা ঈহৌ লাক্লিঙৈদা খৃ.কু. ১৯৪৭তগী ১৯৬০ গী মতমদা ৱারীমচাগী নিংথৌগুম, অমতা ভায়রব ৱারীমচা ইবা অমা ওইনা মতম অমা মমিং শেগাক কায়না পাল্লম্বা অইবমি । রা কু. শীতলজিংকী মতুংদ ( খৃ কু ১৯৪৬ ) প্রায়দগী মমিং চৎপা ৱারীমচা ইবদি রজনীকান্তনা ওইখি । শীতলজিংনা মমিং চৎপদি উপন্যাসতনি, ৱারীমচাদা নত্তে । রজনীকান্তগী মথুন্তা ৱারীমচাগী ফজবা, মওংতাবা মশক উবা ফংই । চাউবারা চহী ২৫ বোমগী মমাঙদা ঐনা রজনীকান্তগী ৱারীমচাগী মরমদা অস্তুম্না ইজখি — "... ৱারীমচা অয়াম্বা লেখক্লা ইং ১৯১৩ দগী হৌনা মোতবুং জুনিয়র হায় স্কুলদা ওজা ওইরিঙৈদা ইখিবা ওইবনা চীংগী পুন্সি অমদি নহা ওইরিঙৈগী অপাম নুংশিগী ঈগিল মমি তাই । রজনীকান্ত শীতলজিৎকুম আদর্শবাদী অমা নত্তে । মাগী পুন্সিদ থেংনবা থৌদোক কয়াতু চম্না অমস্তুং ফজনা য়েকথোকপনি । নুপা-নুপীগী পম্মোয়গী মবী উৎপদা থোং নৌরবা ঈপোম অমা য়াওই । অরা-অনাগী ইচম চম্বা রানীদস্তু পুক্লিং চীশিংনবা ওম্মী । মাগী খুৎইদা পুন্সিবু অরা কুপশিন্না য়েংশিনবা অমদি মফোঙদোক্তা য়ৌনা উৎপা ওম্বগী মমি তাই । ৱারীশিংগী মনুংদা 'থাজগী অইবা মায়থোং', 'নুংশিবা থিবা', 'য়াউশং', 'করিনু'গী' শীংথানবা য়াই ।" ( সাহিত্য নৈনরোল, ১৯৭৭ )

রজনীকান্তন কোল্লিংউ মতম (১৯৫০-১৯৬০) অসিরাইদা সাহিত্যাগী চেফোঙ খরা কোঙনবকখি। মখোয়দি — 'মিংয়েং' (সম্পাদক, এলাংবম নীলকান্ত অমসুং সহকারী সম্পাদক, নীলবীর শাস্ত্রী, ১৯৫২), 'সাহিত্য ঈচেল' (সম্পাদক, খুমন্থেম ইবোহল, ১৯৫০), 'ঈরা' (সম্পাদক, য়েংখোম জ্যোতিন্দ্র, ১৯৬২), অসিনচিংবা। হায়রিবা চেফোঙশিং অসিদা রজনীকান্তনা রারেং-শৈরেং করা হাপখি। মথংদা 'মিংয়েং', 'ঈরা' অমসুং 'মখল মথেল'গী সম্পাদক ওইখি। শঙ্কেনবম 'নদীয়া শন্না', বা কু 'সুরেন্দ্রজিৎখোয়গা লোয়নননা অশুনবা মতমদা কবি সম্মেলন হৌদোক্লকপা কবি অমনি। মাগী শৈরেংগী মপুং ওইবা লাইবিক অমা ফোঙলমদ্রবসু মহাকপু কবি অমা ওইন অহুম শীংথানৈ। মাগী 'মঙাল অমা', 'তীর্থ যাত্রিক', 'তাজমহল', 'প্লিন্সি' হায়রিবশিং অসি মমিং চৎলবা শৈরেংশিংনি। অদুগা মাগী 'তাজমহল' হায়বা শৈরেং অসিদি কবি সম্মেলন কয়াদা তোয়না থীখিব তাজখি অমসু শৈরেং অসি মানা থরায় তানা থীখিবদু ঙসিসু নীংশিংলি। মান তওন, থীখি — "তাজমহল! মতম পুন্নমক্তা নাংখিজরব, নঙগী নুংঙৌগী মুর্ত্তি অসিনা/মাঙবা লৈত্রবা মতমগী সভ্যতা ওইরিবোইদো, অদুবু সম্রাটকীদি মীংকি পিনা চামথোক্লবা/মপুং কানা শাংখিদ্রবা লৈবাং অনদি/ননশিনখ্রেদো নঙনা মতম নাইদনা।/নঙগী মত্রবা নু ঙৌগী যজবা অসি/সম্রাটকীদি কংদ্রবা মীংকি পি ওইরিদো।"

মহাক্না খু কু ১৯৭২-৭৪ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী জেনেরেল সেক্রেটরি ওইবা মতমদা রারেং ইজরিব ঐস্ত্ পরিষদ য়াওহুন মহাক্না নকুনা লোয়নবগী তাঞ্জা ফংজখি। মহাক য়াম্না চম্বা, অক্ষব, মীশক অমনি। মহাক ঈশ্বর থাজে, লাই য়াম্ন নীংই। অযুক্ত, মন্ত্র শোন্দুনা নুমিৎ থুদিংগী সূর্য্য নমস্কার তৌই। স্বামী শিবানন্দগী লাইনীং, ধ্যান ইনবা সাধক অমনি। মথংদা মৈতৈগী মাইবা-মাইবীগী

লাইশোল-তীনশোল, ইরাং-পূজা কয়াস্ত চেৎনা থাজখি। মহাক্না রারীমচা, শৈরেং নওনা মৈতৈগী ফুঙ্গারারী, ফোক সোংস্ত য়াম্না পামজবা, খুংশিজবা মীশক অমনি। মাগী ফোঙলবা লাইরিকশিংদি— ১) চীংয়া তময়া (১৯৫৫), ২) য়ুমগী মৌ (১৯৫৮), ৩) কালেন্থাগী লৈবাক্লে (১৯৭৯), ৪) মরুপ অনী (উপন্যাস, ১৯৫৩), ৫) ঐখোয়গী যোজনা (নাটক, ১৯৬১), ৬) প্রজা রাজ (নাটক, ১৯৬১), ৭) মোইরাং পর্ব্ব (শৈরেং, ১৯৬৫), ৮) থায়নগী মণি মুক্তা (ফুঙ্গারারী) অসিনচিংবনি। খৃ কু. ১৯৯৫দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা "সাহিত্য ভূষণ" পীতুনা ইকায় খুম্নখি। মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমিগী সাহিত্যগী মনাস্ত ফংখি। খৃ. কু. ১৯৮৯দা শিলংদা লৈবা 'বঙ্গীয় সাহিত্য পরিষদ'কী গোলডন জুবিলীদা মহাকপু ইকায় খুম্নবা উৎখি। মহাক্নী শিনফমদি দি এম কলেজ, ইম্ফালদা মণিপুরীগী লেকচরর ওইনা থবক্তগী পোথাখি। অতুবু মহাক্নী হোৎনব, কনবনা ওন্না ওইরিবৈদা, জৱাহরলাল নেহরু বিশ্ববিদ্যালয় (পোষ্ট গ্রেজুয়েট), কাঞ্চিপুরগী মণিপুরদা এম এ পাস তৌখি। মীযাম্না 'থাজগী অইংবা মায়থোং' ইবা হায়না খঙনব অইবা তমস্তং সাহিত্যগী কর্মী অসি ঐখোয়বু থাদোক্লমতুনা লাইরৈবাক্তা চৎখ্রে। মগী আত্মান শান্তি ওইনা লৈখিনব ঈশ্বরগী নফমদা খুনমজরি। ▣

ডি সঙাই এক্সপ্রেস, জনুৱারী ১৯ ২০০০

# লাংমৈদোংগী মীৎ তাঙবা দিরেক্তরঃ বীরকুমার

ময়াম্না পাউ তাবিরম্লগনি, লাংমৈদোং দ্রামাতিক য়ুনিয়ন, লাংমৈদোংনা শীন-লাংদুনা পাঙথোকপা '২৪ শুবা থ.-মণিপুর দ্রামা ফেষ্টিবেল-২০০০, লোইশিনখ্রে। জানুৱারী ১০ দগী ১৬, ২০০০ ফাওবা চৎথখিবা ফেষ্টীবেল অসি মণিপুর সরকারগী আর্ট এন্দ কলচর দিপার্টমেন্ট অমসুং মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী অনীনা থৌবাংবনি। থোইদোক্লা হরাওফম অমসুং থাগৎফম থোকপদি, খুঙ্গংদা লৈবা থিয়েতরগী সংস্থান অমনা চহী খুদীংগী দ্রামা ফেষ্টিবেল পাঙথোক্লকপা অসি চহী ২৪ রক শুরকপা অসিনি। মথংগা চহীদদি চহী ২৫ শুবগী সিলবর জুবিলী পাঙথোক্লগনি। খুঙ্গংদা পাঙথোকপা দ্রামা ফেষ্টীবেলশিংগী মনুংদা লাংমৈদোংগী ফেষ্টীবেল অসি মাংং য়াম্না চৎলি অমসুং মণিপুরী থিয়েতরগী ইতিহাসতা লাংমৈদোংগী ফেষ্টিবেল অসিনা অচৌবা মফম অমা কন্দুনা লৈরগনি। অতৈ খুঙ্গংদা মায় পাক্লা দ্রামা ফেষ্টীবেল তৌবা ঙমদ্রগা করিগীদমক্তা লাংমৈদোংদা মায় পাক্লা তৌবা ঙম্লিবনো? মসিগী মরম লৈ। লাংমৈদোংদা লৈরিবা মীওইশিংনা থিয়েতরবু পাম্মী। মসিগী মথক্তা থিয়েতরদা মথায় কৎথোক্লবা মীওই কয়া লৈ। 'লাংমৈদোং দ্রামাতিক য়ুনিয়ন' (এল দি ইউ) অসি খৃ. কু. ১৯৫৫ দা মেম্বর থরনা লিংখৎখিবনি—১) এল মুহোরী,

২) এস কুলবিধু, ৩) ই শ্যাম পুর্ণ, ৪) এন ব্রজমোহন, ৫) তিঐচ শ্যামো, ৬) রাই ইবোতোম্বী। মখা তাবা ওইনা হৌজিক নন্দকিশ্বর শর্মা, রাই. মৈনো, দাঃ রাই রাধেশ্যাম, এলাংবম বীরকুমার সিংহ অমসুং অতৈ নহারোল কয়ানা ফাউন্দর মেম্বরশিংনা শাগৎচরম্বা মণ্ডলান অসি কায়দনবা কন্না হোৎনরি, ফজরবা পরম্পরা অমা ভাক্না চৎলি। অতৈ থুরংশিংদা মশাগী ড্রামা হোল লৈবা য়াদা থোক্লি, ইম্ফালগী মমিং চৎলবা থিয়েটরগী সংস্থান কয়াম্ব মশাগী ড্রামা হোল শাবা ঙম্মিরবনি। অদুবু এল দি ইউগীদি মথোয়গী ড্রামা হোল অসি অনীরক তেক্রুরফাওবদা ঙনৌবা অমা শাগৎতুনা য়াম্না মঙং তানা লৈরি। মসিদগী থঙবা ঙম্মী — লাংমৈদোংদা থিয়েটরবু পামজবা, মুংশিজবা মীওই, কলাকার শোয়দনা লৈরে। মথোয়গী মমুংদা শাংথানবা য়াবা মীশক অমদি এল দি ইউগী দিরেক্তর ওইরিবা শ্রীএলাংবা বীরকুমার অসিনি। মহাক মীৎতাঙবা দিরেক্তর অমনি।

অং মীৎতাঙবা থিয়েটরগী দিরেক্তর অমা! শ্রীবীরকুমারগী মমিং তাবা কুইরে। অহানবা ওইনা উবদি, অপুনবা শক্তম আর্টিষ্ট এসোসিয়েসননা খৃ. কৃ. ১৯৯৮ দা 'ফেষ্টীবেল ওব ব্রজচান্দস প্লেজ' তৌবা মতমদা এল দি ইউগী ওইনা 'অতিথি নোংঙালবদা হনখিনি' হায়বা লীলাসি উৎপদা মসিগী দিরেক্তর ওইরিবা শ্রীবীরকুমারবু নৈজদা কৌখৎতুনা ইকায় খুম্নবগী মতাঙদা মহাকপু মী থরনা শোরগা পুথৎলকখি। মহাক থোক্লবগদা ভালেক্না খুবাক খুখি। ঐসু মাগী মতৌদা খুবাক হেন্না হৌনা খুখি। মুমিৎতুনা মাগা উনতুনা ৱারী শান্নরীংবা পোকখি। তাঞ্জা ফংখিদে। পুক্নীংদদি থনখি— মমীৎ উদবা মানা করম্না লীলা দিরেক্সন তৌরিগবা? ঈশ্বরগী নোংদমনি, হৌখিবা জানুয়ারী ১০ দা '২৪ শুবা খা-মণিপুর ড্রামা ফেষ্টিবেল' হৌদোকপা মুমিৎতা শ্রীবীরকুমারগা উনতুনা ৱারী শাবা ফংজখি। য়াম্না মুংঙাইখি। মাগী মরমদা দাঃ রাই রাধেশ্যামনসু ৱারী কয়া তৌরকখি।

শ্রীএলাংবম বীরকুমার সিংহ ( পোকপা-ফেব্রুৱারী ১৯৩৮, লাংমৈদোং মনীং লৈকায়, পম্মৌ— খম্বৌ, পলেম—রমনী দেবী ) মমীং তাঙনা পোক্লকপা নত্তে। মশাগী চহী ৩১ রোম শুবা মতম, খৃ. কু. ১৯৬৯ গী অহুৱাইদগী মমীং উখিদবনি। থোদোক্তো য়াম্না লুংঙাইতবা, কাউওমদ্রবা অমনি। মানা জিরিদগী ইম্ফালদা খোক্লকপা খোঙকম অমদা এরোপ্লেন য়ারক্লবদগী য়াম্না থেংনা ইম্ফালদা উচিন নাচিন্না থুংখি। য়াম্না বানা হোৎনদুনা ইম্ফালদগী অমুক লাংমৈদোং তাম্না লাক্লে। য়াম্না থেঙলে। লাইবক থীরিবদি মরী-মতা অমা শিরমদুনা পোৎলোইবা য়াওদবা য়াদ্রদুনা য়াওরে। রামনঙদুনা পোৎলোইফমদা তুমথোক্লে। মথংগী অয়ুক্তা হৌগৎলকপা মতমদা মাগী ওয়থংবা মমীং অসি পাঙবা য়াদ্রে, শাথীনা নাবস্থু কাওরম্মী। ইম্ফালগী অহৈবা মীৎকী দাক্তরদা লায়েংবদা থা ৮ রোম হৌজিনখ্রে, ফবদি লৈদ্রে। মথংদা কলকত্তাদা অমসুং দিল্লীদা চৎতুনা য়েংঙি। ফৎত্রে। দিল্লীদা মতমতুদা রেতিনা ওপরেসন তৌনবা মতৌক চাবা খুংলায় লৈরমদে। অসুম্না মহাক মমীং অনীমক তাঙখি।

মমীং তাঙত্রিদ্রৈঙগী মমাঙদা ( মেট্রিক পাস তৌবা ১৯৬৩ ) দিপার্টমেন্টেল স্রামা য়ুনিভতা ( দি দি ইউ ) খৃ. কু. ১৯৬৪ দা গ্রেদ তুগী আর্টিষ্ট ওইনা থবক্তা চঙঙি। থাদা লুপা ২৫০/- তলব ফংঙি। থা ৭/৮ থবক তৌরবা মতুংদা থাদা তলব লুপা ৩৫০/- ফংদুনা গ্রেদ বানগী আর্টিষ্ট ওইরে। মীৎ তাঙবনা মরম ওইদুনা খৃ. কু. ১৯৭১ দা থবক্তগী পোৎথাখি। মহাক্না থবক্তগী পোৎথারবসু থিয়েতরগী তাইবঙদগীদি লাপথোকপা ঙমখিদে। মাগী পুন্সিদি থিয়েতরনি। কয়ম্না মাগী পুন্সি ওইরিবা থিয়েতরদগী বিদায় তৌবা ঙমগনি? লীক্লিদৈঙগী থিয়েতর পাম্না হৌরকই। মশামক্ত হেক পামজবা থিয়েতরগী মওংদি —পৌরাণিক অমসুং ফোক থিয়েতরনি। চোংথাম

"ময়ূরধ্বজগা থেংনহৌই। এন "তোম্বী সিংহ অমসুং ওজা থাইদেম বিহারী সিংহগী কোকী লীলা, বাঙাঙ-শাঙাঙ, আর্ট, এক্তিংদা থোয়দাজৈ। চহী কয়াগী মমাঙদগী এল দি ইউদা য়াওরকপনা হৌজিক ফাওবা সংস্থান অসিগী দিরেক্তর ওইরি। মহাক থিয়েতরগী দিরেক্তর অমা ওইবদা নঙনা লীলা ইবা অমসুনি। মহাক্না ইবা লীলা ২৫ রোম শুরে, ওদিও কেসেত থারগা ৩৫ হেল্লে। মানা ইবা লীলা অয়াম্বা মানা দিরেক্সন তৌবা ঙাক্তনি। মানা ইবা লীলাশিংগী মনুংদা 'তাংখুল শারম পাথঙবা' অমসুং 'কৌওইবী অকোংজাম্বা' অসি মমিং চংলি। হৌজিক হায়রিবা লীলা অনী অসি ফোঙনবা হোৎনরি হায়।

মীৎ উদ্রগা করম্না লীলা দিরেক্সন তৌবগে হায়না হংবদা মানা খুম্মী—"কলাকারশিংগী থোঞ্জেল তারগা দিরেক্সন তৌবনি। মখোয়গী মুবমেন্ত মুম্না তায়। মরু ওইনা ঐনা দিরেক্সন তৌরিবসিদি রস, বাঙাঙ-শাঙাঙনি। কলাকারশিংগী মায়থোঙদি উবা ঙমদ্রে। অদুবু ঐনা থনজবদ', রস, থোঞ্জেল, থোম্বোক, সুর চুম্মক্তবদি এক্তিং কায়রমগনি নীংঙি। এক্তিং হায়বসি থ'ম্মায়গা মরী লৈনবনি। ঐনা মীৎ তাঙলবা মতুংদা দিরেক্সন তৌবা লীলা ২/৩ দা নেষ্ট দিরেক্তরগী মনা ফংজগ্রে।" মাগী বাফম অসিদগী খঙবা ঙম্বদি—মাঙোন্দা থঙবা ঙম্বগী শক্তি অমদি লৈরে। মহৌশা ঐনা ছাত্র ওইরিঙৈগী থৌদোক অমা নীংশিংলকই। ঐনা য়ুনিবর্সিতিগী ছাত্র ওইরিঙৈদা ঐখোয়গী হোস্তেলদা ঐখোয়গা লৈমিন্নবা মরূপশিংগী মমীৎ তাঙবা মরূপ থরা লাকই। মমীৎ তাঙবা অতিথি মরূপশিংদুগা বারী শাবদা মখোয় কাশ্মীর য়েংবা চৎলুরিবনি হায়। ঐনা হংঙি—"ফজব্রা ?" মীৎ তাঙবা অতিথিশিংদুনা মায়থোঙ মকা লাম্না খুম্মকখি—"ওম্বোক্না ফজগ্রে।" ঐনা হংনীংলম্হনি—করম্না খঙলিবা, ননীৎতি উদনা।

অত্থবু মতুমক্তি হংবা ঙমখিদে। ঐনা খনখি—পানগী মীংনা উবা ফংদবা, মীং তাঙবগী মুংগী মীংনা উবা ফজরবা দৃশ্য অমা লৈরমগনি। মতুদি অঙকপা ফংনা ফজরমগনি, ঐখোয়গী পানগী মীংনা য়েৌবা ঙম্বা নত্তে।

ম্বারী শাবদা ঐনা ওজা বীরকুমারদা মখা তানা হংখি—"ওজা, থুঙ্গংগী থিয়েতর অসিবু কমদৌরিবগে? হিংবা ঙমখিগদ্রা?" ম্বান্না খাজবগা লোয়ননা শ্রীবীরকুমারনা খুমকখি—"শিবদি শুংশি শিরোই, সরকার নংত্রগা অতৈনা তেঙবাংবিরবদি। অতুগা মহৌশাগী ফীভমতুদি নংত্রে। অনৌবা লীলা য়েংবা কয়া হৈত্রি। শুমাঙ লীলা ঈশৈ লীলা থোরকপদগী অয়াম্বা নহারোল ভাবোক্তি মসিদা চংল্লে। মসিমু মতমগী ঈরাংনি।"

বাফমসি অচুম্বনি। থুঙ্গংগী থিয়েতরনা মায়োক্লরিবা সমস্যা কয়া লৈ। শুমাঙ লীলা, ঈশৈ লীলা, ভিদিও, ত্তি ভি, সিনেমা সংকপদগী লীলা য়েংবা ভাবোক্তা অচৌবা অহোংবা অমা লাকখি। চেরিত্তি শো তৌদুনা ভাবোক কয়া ফণখি। মতমগী ঈথক-ঈরাংদা তাউংনা নহারোল অয়াম্বনা থিয়েতর পাম্বা হুন্তরকই। সিনেমা য়েংবা অয়াম্বা চৎনখি। দেব-কর্ম, ফেষ্টিবেল, হরাও-বৃন্মৈ থোকপা মতম, মুমিৎ নত্তনা লীলা তোয়না উৎপা ঙমদে। থায়নগী অরিবা পৌরাণিক, ফোক্কী লীলা নত্তনা হৌজিক মতমগী চাংয়েং লীলা, অনৌবা লীলা য়েংবিনবা ভাবোক তাঙনা থোক্লি। মসিদি থুঙ্গংগী থিয়েতরগী বাকম ঙাক্কা নত্তে। অনৌবা চাংয়েং লীলাগীদি অনৌবা ভাবোক চণাল চাওখৎলবা শহর অমসুং নোংচুপগী লমদম্মুনি। থুঙ্গংগী থিয়েতরদি থুঙ্গংগী পুংসি, সমস্যাগা নকশিন্নবা ওইগদবনি। থুঙ্গংনা ইম্ফালগী মতৌ

তমগদধা নত্তে। খুঙ্গংনা ইম্ফাল, ইম্ফালনা কলকত্তা, কলকত্তানা বোম্বে অতুগা বোম্বেনা নোংচুপকী মওং মথং মথং মতৌ তম্নবা অসি তোক্কদবনি। লমদম লমদমগী লৈহাও, ঈশিং—সুংশিংকা চানবা লীলা ওইহনগদবনি। খুঙ্গংগী থিয়েত্তরগী তোপ-তোম্না সমস্যা লৈ। মসিগা লোয়ননা খুঙ্গংগী থিয়েত্তরগী কান্নবসু য়াম্না লৈ। খুঙ্গংগী থিয়েত্তর য়াম্না কম্না য়োকখৎকদবনি, কম্না হিংহনগদবনি। ◘

—নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্নফম', তাং ২৪। ১। ২০০০

## এলাংবম নীলকান্ত অমসুং মণিপুরী সংস্কৃতি

( থিবগী লম্বীদা তীর্থ যাত্রিক অমা )

হন্দক্তা লৈখিদ্রবা ( তাং ১১/২/২০০০ ), হৌজিক ফাওবদা লেপ্লা লৈতনা অল্লাবা ফোঙদোক্লরক্লিবা কবি অমসুং পণ্ডিত ওজা নীলকান্ত সিংহদি ( ১৯২৭-২০০০ ) মায়থোঙ য়াম্না লোঙবা মণিপুম চীরম-থোরম, শিন শুবা, মণিপুরী ইমাগী অতাওবা মপারী অমনি। মহাক মসুং-মতম চাদনা মশাগী চহী ৭৪ চঙলকপদা কাওনা চীকপদগী মেলে-রিয়ানা নাহুনা শিখিবনি। মহাক অমসুং মাগী লোয়নবী শ্রীমতী থোনাওজম নিংথোল এলাংবম ওংবী সুরোধোনী দেবীগা লোয়ননা আমেরিকাগী পেন সিলভানিয়া ষ্টেটকী দানবিল সহরদা ডাক্তর ওইদুনা লৈরিবা মচানিপা দিলীপকুমারগী মনাক্তা থা ৬ রোম আমেরিকা কোম্ববা চৎলুই। জুন ১৬, ১৯৯৯ দা আমেরিকাগী দমক্তা ময়ুম থা-দোক্তুনা যাত্রা তৌখি। কলিকত্তাগী মণিপুর ভবন্দা চয়োল অমরোম লৈরম্বগা জুন ২৩, ১৯৯৯ দা এয়র ইণ্ডিয়াগী টিকেটতা আমেরিকাগী-দমক্তা যাত্রা তৌখি। মণিপুর ভবনগী কাঙথল থন্দবা ফমুংদা নুমিৎ থরা য়ারেকপদগী কাওনা চীকখি। আমেরিকাদা থুংলবা মতুং নুমিৎ ১২ নিরোম লৈরগা অরুম লায়হৌ (মেলেরিয়া) না মথা৷মকক নাবা

হৌরকখি। চাওখৎলবা আমেরিকাদদি মেলেরিয়াগী লায়না অসি লৈত্রে। য়েংবদা পৈশা য়াম্না তিংখি হায়।

ওজা নীলকান্তনা মেলেরিয়ানা নাবগী মতাংদা মশামক্না খূৎই ওইনা ইতুনা থনব্রবা 'আমেরিকাগা উনবা' কৌবা লমকোয় বারীদা ময়েক শেংনা পল্লম্মী। লমকোয় বারী অসিগী অহানবা তাঙ্কক (রাহৌদোক) অদু 'সনথোঙ' (ফেব্রুয়ারি, ২০০০) দা ফোঙলে। মতাঙ অসিগী মরমদা অস্তুম্না হবা থেংনৈ। "...রাফম অমতংদি পন্দবা ইওম ওমদ্রে। অস্থুম ঙুংঙাইনা লৈবদগী জুলাই তাং ৫ গী অস্তুরাইদা হকচাংসি শাগৎলে। লায়হৌ মচানি হায়হুনা গুলি থরা য়োৎশিল্লি ফত্তে। তাং ৮ দদি শ্রীমতীগা ঐহাক্না অনীমক হকচাংসি থক থক নীক্লক্লে। ইচানিপাদা হংই—মসিবু অমুক্তা থেংনব্রিবা (ইশাগা) অরুম অপুম্না, পৃথি ফাওরবা মেলেরিয়া হায়বদু ওইরবরা? পায়হুনা য়েংই। শোয়দ্রে। দোল্লর ১০০ তিংহুনা সুমিৎ হুম্নিগী কোর্সতা গুলি ১০/১০ পাঁজে। পূক্ষ ফরে। নীংশিংলকই—কলিকতাগী মণিপুর ভবন্দা কাংথল য়াওদনা তূম্বদ, থাদোক্লমদাইদা কাং অমা-অনী চীকখি। মতুংদা শোয়ত্রে। চেক্কশিনমন্দে হায়হুনা শাউহুনা হস্পাতালগী চেফোংদা ফোংলবা সম্পাদক্তা ইবা চিঠি অমা থায়—কলিকতাগী মণিপুর ভবন্দগী মেলেরিয়া শন্দোক্লে। ফোঙ্গিরমদবস্থু য়াই। মেলেরিয়ানা নাংগী নৈবাক মচা তাবা মওং অমা লৈ। হেক চীকপগা নোঙ্কাল্লগা নাইন্দে। হৌদোংনা উচি মচা ফারগা শরাক তমনহুনা শামহল্লগা চাথোকপদৌনা মঙ্ক্লা ঈদা চংঙ্ক্রগা থাংখাং মুক্তি পোপ্পহল্লি, চৌংনহন্দে, মতৌদি হকচাং নাদনবনি হায়হুনা কলিকতদা (মণিপুর ভবন্দা) মিনরেল রাটরগী বোটল ২০ মুক থনমই।" (লা. ২৫)

শিবগী মরমদা তম্না ওমদে হায়ববু, হৌজিক্কী চাওখৎলবা মতমসিদা মেলেরিয়ানা নাহুনা শিবা হায়বসি তাবদা য়াম্না সুংঙাইখিদে। ওজা

নীলকান্তদি য়াম্না তাঙবা মহাক্কী মহুৎ শীনবদা রানা থোক্লগদবা মীশক অমনি। ঈশ্বরনা মহাকপু হিংহনবীরম্লগা মাগী মহুত্তা ঐখোয়-গুম্বা মীশক লিশিং অমা লৌশিনবিরম্লবদি য়াম্না নুংঙাইরমগদবনি। অদুবু ঈশ্বরনা মাবু লৌশিনবিগে।

মণিপুরগী সাহিত্যদা ওজা নীলকান্তগী খুদোল য়াম্না চাউই। কবি অমা ওইনা, কৃতিক অমসুং রারেং ইবা অমা ওইনা মহাক্কী মফম য়াম্না চাউনা লৈ। মসিগী মরমদা ইনবা খরসু লৈরে, মপূং ফাত্রবসু। অদুগা ওজা নীলকান্ত সিংহনা মণিপুরী জগোই, ঈশৈ, সংস্কৃতিগী মরমদা তৌরিবা খুদোলগী মরমদদি ৎসিক্কাওবা কনা অমত্তনা কুপ্না নৈনদ্রি। মণিপুরী সংস্কৃতিদা ওজা নীলকান্তগী মীৎয়েং করিনো হায়বসি ঢৌজিক্তি য়াম্না কুপ্না নৈনবা য়ারে। মরমদি হৌখিবা চহী ৫০ অসিদা মহাক্না লেপ্লা লৈতনা মণিপুরী সংস্কৃতিগী মরমদা কয়া ইরম্মী, কয়া হায়রম্মী, কয়া থিজিল্লম্মী। খৃ. বু. ১৯৬১ দগী ওজাগা ঐগা নক্না লোয়নজরকপা মহাক্কী ছাত্র অমা ওইনা (ডি এম কলেজদা ঐখোয়বু ফিলোসোফি তম্বিরকখি) অমসুং সাহিত্য সংস্কৃতিগী সংস্থান কয়াদা পূন্না থবক তৌমিন্নরকপগী খুদোংচাবা ফংজরকখিবনা মাগী রাথল, মীৎয়েং থরমহৈদি থঙবা ঙমজখি। ইদুনা থনম্বা কয়া অসি মত্তনা, সাহিত্য পরিষদকী ওফিসতা, মীটিং তৌফম কয়াদা ওজাগা রান্নী শাজবা, নৈনবা, মরৈ ভৌনবগী তাঙ্গা কয়া অমা ফংজখি। মসিদগীসু ওজাগী রাথল্লোন খরদি থঙবা ঙমজখি। ওজাদি লৈবাক্কী ওজানি, ওজাগা শন্নদবা, থঙনদবা অমত্তা লৈরম্মোই। হৌগৎলক্লিবা মীয়ামগীনি, মণিপুর অপুম্বগীনি। সাহিত্য, কলা, সংস্কৃতি, ধর্মগী থবক তৌবা খুদিং-মক্না সাহিত্য পামজবা নহারোলশিংনা ওজাবু লাইদৌনা থনখিবনি। ওজাগী ম'হৈ অমবু ঈশ্বরগী বাণী ওইনা থজহনা ওজাবু রাহৌদোক

ইনবা, লাইরিক ফোঙদোকপিনবা, বাহৈ অমা হায়বিনবা কোয়ন্তাল তান্নখি। মহাক মণিপুরগী মনুংদা খ্বায়দগী থবক চিনবা, তাইহাক্তা শংদবা মীশক অমা ওইখি।

১) মণিপুর অমসুং মণিপুরী সংস্কৃতিবু মুংশিবা মীশক অমা: ওজা নীলকান্ত মণিপুরী সংস্কৃতিবু থম্মোয় শেংনা মুংশিজবা মীশক অমনি। মণিপুরদা পোক্লগা মণিপুর অমসুং মণিপুরী সংস্কৃতিবু মুংশিদবা, মশক খঙদবা লৈতবা নত্তে। মহাক অতুগুম্বা মীশক নত্তে। মানা তত্তুনা হায়খি— 'মণিপুর নঙগীদমক বাদবা উমদে।' চায়াম পোকপী লায়রবী মমানা মচা মথান্থ মুংশিজবগুম মানা মথল-মখা য়াম্নবা সংস্কৃতিগী মচল থুদিংমক মুংশিরম্মী, মখোয়গী চাও-থংনবা খল্লম্মী, শিখরকপদা থম্মোয় শোকখি। মতমগী চৈথেংনা মাওথরক্লবা মণিপুরী সংস্কৃতিগী মশক্তা মহাক্না তত্তুনা তেংথাজখি। মণিপুরী সংস্কৃতিগী পূর্বকদি অচৌবা সভ্যতাগী মশাক্ত হায়বসি চেৎনা থাজরম্মী। ঐখোয়না মণিপুরী সংস্কৃতিগী মরমদা খিগদবা, খঙগদবা, নৈনগদবা য়াম্না বাৎলি হায়রম্মী। মপুন্স চুপ্পা মণিপুরী সংস্কৃতি নৈনহুনা লাক্লবা মীশক অসিনা কন্না লাউরম্মী — ঐখোয় মণিপুরী সংস্কৃতিগী মরমদা করিস্থ খঙদ্রি। মসি য়াম্না উরগা হায়রকপনি।

২) মণিপুর অমসুং ভারত: মণিপুরী সংস্কৃতি অসি ভারতকী অপুনবা সংস্কৃতিগী মশক অমনি হায়বসিদা চেৎনা থাজখি অমসুং প্রমাণ কয়া তৌরম্মী। মাগীদি য়াম্না পাকপা মীৎয়েংনি, অখুবা নত্তে। মহাক লমদম লমদমগী হেন্দোক্লবা রাখল (রিজনেলিজম) দা থাজদে। সংস্কৃতিদি রাজনীতি নত্তে, য়াম্না পাক্না শন্না নৈনগ-দবনি। মণিপুরী সংস্কৃতি অসি মরোল মরোল কয়া লৈরোন চন্দনা লৈরে। লৈরোন অমত্তা খঙলগা য়ারোই, পুন্না খঙগদবনি। মণি-পুরী সংস্কৃতিগী মশক শাগৎপদা প্রভাব, ঈথিল, মচাক কয়া চংল্লে। মসি অরানবনি হায়বা য়ারোই। প্রভাব কয়া চঙখ্রবসু মশাগী

তোপ-তোপ্পা মশক অমা শাগংপা ওন্মী। মসিনি মণিপুরী সংস্কৃতিগী ওন্না ফজবা মশক। জগোই রাস, সংকীর্ত্তন অসি অতোপ্পা মচাক প্রভাব কয়াদগী শাগংথিবা ওইরবসু লমদম অসিগী ঈশিং-জুংশিং, হার কয়াদগী শেমখিবা মরম্না মণিপুরী সংস্কৃতিগী তোপ-তোপ্পা খুৎশেম ওইরি। সংস্কৃতি নৈনবা মীৎ উইশিল্লগা অমম্বা কাচিন্দা ফম্নগা নৈনগদবা নত্তে। মণিপুরী সংস্কৃতি য়াম্না লিরবনি, তান্ত্রিকী সাধনা প্রভাব য়াম্না তাখি।

৩) লাই হরাওবা অমসুং নট সংকীর্ত্তন : লাই হরাওবা অমসুং নট সংকীর্ত্তন অসি ক্লাসিকেল থাক্তি জগোইনি হায়না কন্না পুথংলম্মী। মসিবু ভারতকী পণ্ডিতশিংনা খওবিদবসি অবাবনি হায়না তেংথারম্মী। মসি ঐখোয়না শোনমনবদগী তৌবনি হায়রম্মী।

৪) অরাং-নোংপোক এসিয়া : ওজা নীলকান্তনা মণিপুরী সংস্কৃতি নৈনবদা অরাং-নোংপোক এসিয়াদা মীৎয়েং থমজনা নৈনগদবনি হায়বসি মাগী অখেওবা রাখল্লোন ওইনা লাকখি। মসিদা মচাক চেৎনা থাজখি। মসিগী মায়কৈদা নৈনবা অনৌবা মশক মওাল বয়া থোক্লকনি হায়রম্মী। অসিনচিংবা কয়া।

ওজা নীলকান্তগী সংস্কৃতিগী রাখল্লোন, মীৎয়েং নৈনবদা মাগী ফোঙলবা লাইরিকশিং অসিদা নওনা মানা ইরম্বা রাহোদোক কয়া, রায়েং সেমিনার পেপর কয়া পাবা ফাই। মাদি বাংলা অমসুং সংস্কৃতসু মুন্না খঙবা মীশক অমনি। অতুনা মাবু মশক খঙনবা হোৎনবা অরায়বা নত্তে। মানা তত্তনা হায়রম্মী — মানা তৌরম্লিবা পূন্নমক অসি চুম্নগী থিবগা খোঙচৎ অমথক্তনি, মাদি চুম্নগী তীর্থ যাত্রিক অমথক্তনি। মাইল কয়া লৈরি চৎকদবা, মাইল কয়া লৈরি চৎকদবা। ◘

দি সঙাই এক্সপ্রেস, ফেব্রুয়ারী, ১৬, ২০০০

# ভূপেন হজারীকা : ভারতকী সংস্কৃতিগী রাজদূত

অন্ধবিশ্বাসনি হায়গদ্রা ! খৃ. কু. ১৯২৬, মার্চ ১ দা আসামগী সদিয়া জিলাদ এন. কে হজারীক অমসুং শান্তিপ্রিয়াগী মচানিপা ওইনা পোকখিবা ভূপেন হজারীকা অসি ঈশৈ য়াম্না হৈবা মমাগা পোকমিন্নবা মখুবাতুনা "লৈকপনি হায়না থাজনৈ। মখুনা অতুদি শিখিবা চহী ২৩ শুবে। ভূপেন হজারীকানা' পোক্লদনা হৌমিং অতুদা মাগী মমা-পোকপা মবোক্কী মমঙদা শিন্নবা মখুনা অতনা লাক্লগা মহাক ইঙুং অসিদা অমুক হনজিন্নগা পোক্লরগনি হায়রম্মী। মসিদা থাজনরিবনা অঙাং ওইরিবা ভূপেনদা ঈশৈগী ওইবা লাইপোক্কী শক্তি উবা ফংগি। মহাক্না চহী তরেং শুবদা মতোমতা তমজতুনা হারমোনিয়ম খোংবা হৌরে। মশাগী চহী ১০ শুবদনা মশানা ইজবা ঈশৈ ময়েক অমা অহানবা ওইনা শকখি মশাগী চহী ১১ শুবদনা 'ইন্দ্রমালিনী' হায়বা ফিল্ম অমুদা কুমখি। পাল্লিঙৈদগী হৌনা শঙ্করদেবনা হৌদোক্লম্বা আসামগী বৈষ্ণবকী ঈশৈশিং অপোকপী মমানা শকপদো থরায় য়াওবা, পামজনা তত্তুনা তারকখি। অঙাং ওইরিঙৈদস্থু মথোঙ-মরম খঙদনা, মনীংতম্না কোয়চং চংপা অঙাং অমা ওইনা হৌরকই। নোংমনা ঙা ফাবশিংগী মতুং ইন্দুনা ব্রহ্মপুত্র তুরেল তাম্না চংখি অতুগা মখোয়না শকপা ঈশৈশিং অতু তারগা হৈনবা শকপা তম্লম্মী। অমুক্তা ঙাওশিন্নবা

ত্রক ত্রাইভরশিংগী মতুং ইন্নখি। মখোয়না লৈরিবা শঙ মচাশিং অতুদা চঙলগা মখোয়না শক্লিবা ঈশৈশিং অতু থবায় য়াওনা তারম্মী। মথোঙ-মরম খঙদনা কোয়চৎ চৎতুনা মীনা ঈশৈ শকপা তারগা ঈশৈতু শকপা ঙম্নবা হোৎনরম্মী। মফমতুদা লৈরিবা মাররালী নুপীশিংনা শক্পা লোকগীতস্তু থরায় য়াওনা তাবা চৎলি। মাগী মওং অসিদা মমা মপানদি পাখৎপনা লোয়রে. মহাক মেত্রিক পরীক্ষা ফাওবা পাস তৌবা ঙমগনি হায়বা থাজত্রবনি। অতুবু মহাক্তি পীথোক্লকপা মগুণ অমা লোয়নবা মীশক অমনি। মমা-মপানা থাজবা অতুগী ওন্ন-তৈনবদা মহাক বি এ এম এদ, পি এচ দি, কলম্বিয়া, ইউ এস এ ওইবা ঙমখি। মহাক খৃ কু. ১৯৪৮ দগী ১৯৪৯ ফাওবা আকাশবাণী শিলং, গৌহাটি, দিল্লীগী প্রোগ্রাম একজিকুতিব ওইরম্মী। গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী খৃ কু ১৯৫৫ ফাওবা লেকচরর ওইস্মী অতুগা থবক্তগী তোকথোকখি। খৃ কু ১৯৬৭ তগী ১৯৭২ ফাওবা এম এল. এ. ওইরম্মী। খৃ কু ১৯৬৩ তগী থাগী চেফোঙ 'আমার প্রতিনিধি' গী সম্পাদক ওইরকখি। ঈশৈ ময়েক লীশিং অমা হেন্না ই। লাইব্রিক ১৫ ফোঙলে—শৈরে', রারীমচা, লমকে'য় রারী, অভোংগী য়াওনা। মহাক মায়থোঙ য়াম্না লোঙবা মণিগুম, শিনফম মংলে শুরবা মগুণ লৈরবা মীশক অমনি। মহাক ঈশৈ ময়েক ইবা, ঈশৈ শকপ, ঈশৈ লেংবা, ফিল্মগী ডিরেক্টর অমসুং প্রোডুসর, কবি অমসুং সম্পাদক লোক সঙ্গীত পামজবা মীশক অমনি। অসুক য়ামখ্রবা শিনফম অসিদা করিস্তু মোপ্তুনা মহাক্ত লোইনা ময়পুনবা ঙম্মী. করিস্তু শোৎথবা অমত্তা লৈতে। হৌজিক হৌজিক্তা ভারতকী সঙ্গীত নাটক একাদমীগী চিয়ারমেন ওইরি। অতুনা চহী ৭৪ শুরবা ভুপেন হজারীকাবু আসামী সংস্কৃতিগী হগ্গবা মকোক, ভারত সংস্কৃতিগী রাজদূত, ভারতকী লোক সঙ্গীতপু য়োকথংলিবা অচৌবা গুরু, লমজীং পুরেন অমা ওইনা শীংথানরি।

ঈশৈমা ভূপেনবু য়াই থাবগুম হেক্তা শুমহৎখি। ঈশৈদা হেক্তা পুমম্তাও ঙাওখি। ঈশৈ অসি মঙোন্দা কনা অমত্তুগী থৌইনশিন য়াওদনা হেক্তা চেম্বরকপনি। মানা পাম্বা ঈশৈদি অকক্নবা লৈতে, মকম মতম মথল জাতি খায়দে। লৈরম লৈরম্বা মফমতুগী ঈশৈদা মথৱায় লৃপ্পা হেক্তা ওর্ম্মা। থোইদোক্না অরাং নোংপোক অমস্তুং ভারতকী মফম কযাদা লৈবিব। লোক সঙ্গীতপু থৱায় তাজখি। মরায়বক ফবদগী ঈশৈ তম্লকপদি নহা ওইরিঙৈদা আসামগী মমিং চৎলবা ঈশৈগী গুরু অনীগী মফমদগীনি। মখোয়দি জ্যোতি প্রসাদ অমস্তুং বিষ্ণু প্রসাদ বিষ্ণু প্রসাদতি কেমব্রীজ, ইংলন্দদগী নোংচুপকী ম্যুজিকতা দিগ্রী ফংলব মমিং চৎলবা মীশক অমনি। মহাক পণ্ডিত অনম্বুনি। ভূপেন্না কওন কোলেজদ আই. এ. তম্লিঙৈদা বিষ্ণু প্রসাদকা থেংনখিবনি। অদুদগী মহাক্না হিন্দুস্থানী ক্লাসিকেল ম্যুজিক তমনীংমনখত্তুন বেনারসতা পোলিতিকেল সাইন্স তম্বা ওইনা চৎলম্মী। অদুবু মানা লৈবিবা বেনারস হিন্দু য়ুনিবসিতিগী হোস্তেলগী কাদা ওঝা কয়া কৌবগা ঈশৈ তম্লম্মী। মনা বেনারসতা লৈরিঙৈদা ম্যুজিক সোসাইতিগী মেম্বর ওইতুনা ঈশৈ-নোংমাইগী থৌবম কযা শীনলাওবস্তু যাওবম্মী। নোংমা, ঈশৈগী থৌবম অমদ, মমিং চংলবা গায়ক হীরাবাই বরোদকারনা ঈশৈ শক্নাবাগনি তত্তুগা অনোংবা লাললা তবলা য়ৈগবদনি; ঈশৈদি তৌপদোরে, তবলা য়ৈবদি য়ৌরক্লি। শৌল্লিবা কাৎবুনা ভূপেনদা হায়রে, কেশা-উথায় তৌত্তুন অনোংবা লালবু বিদুনা পুবক্তবা য়াদে। ভূপেন্না মাবু হিবা য়াবা খিরে। মমৈথংদা দাল মন্দিরদা যু ঙাওদুনা লৈবপ্পা ওঝাদু থেংনত্তুনা পুবকখি।

ভাবতনা নীং তম্বা ফংলবা মতুংদা (খৃ. কৃ. ১৯৪৭) সার আকবর হাইদর আলিনা আসামগী গোর্বনর ওইনা লাকখি। নোংমা ভূপেন হজারীকানা মাগী মমাঙদা ঈশৈ শকপদা পেনমনখত্তুনা গবর্নরনা

হায়খি— "ভূপেন নংগী অপাম্বা অমা হায়য়ু"। গবর্নরনা হংলিদংসিদি মনা-মথুমগী ভাবতা হায়র্বনি। ভূপেন্না খুমখি— "গৌহাটিদা রেদিও ষ্টেশন অমা হাংদোক্নবা তৌবিয়ু"। অদুদগী গবর্নরনা হোৎনদুনা খৃ. কু. ১৯৪৮ দা এ আই. আর গৌহাটী অসি হাংদোকখিবনি। ভূপেন্না খনখি রেদিও ষ্টেশন অমা হাংলবদি কলাকার ময়াম থোক্লকগনি অদুগ ঈশৈ চাউখৎপা ওন্নগনি। মসি অচুম্বনি। ভূপেন্না প্রোগ্রাম এক্জিকুটীব ওইরে। মা অমসুং মাগী কাওবুনা আসামগী ঈশৈ শকপা কলাকারশিং অমসুং মথল মখা। কয়াগী ঈশৈগী পূক্কে পুথোক্নবা হোৎনরম্মী।

মানা এ. আই. আর. গী প্রোগ্রাম একজিকুটীব ওইরবা মতুংদা (খৃ. কু. ১৯৮৯) কলম্বিয়া. অমেরিকাদা 'মাস কম্যুনিকেশন'দা রিসার্স তৌবা চংলম্মী। মানা তৌরিবা রিসার্সকী হৈরম্না "Project Development Through Cinema" হায়রবসিনি। মাস কম্যুনিকেশনগী কান্নব কয়া কুপ নৈনরকখি। মানা আমেরিকাদা লৈরিঙৈদা খ্বায়দগী মকওইবা থৌদোক অমসু ভতোকবা লাকখিবদি মমিং চৎলবা ঈশৈ শকপা Paul Robson গা থেংনদুনা লেয়নবা ফংখিবা অসিনি। Paul Robson বু মানা মগী গুরু ওইনা খনজখি, খৃ. কু. ১৯৪৯ দগী ১৯৫৫ ফাওবা নকশিন্না লেয়নখি, খঙনখি। Paul Robson হসিদি সরকারনা য়াদবা. সংস্থাগী স স্থানশিংনা ঈশৈকপা, মথোংথুব্রবা শৈশকপা অমনি। অচৌবা ফয়াইবা, সরকারগী অচৌ-অশাংশিংনা মাবু শন্নদনবা হোংনৈ। মরমদি, মাদি সরকারগী মায়োক্তা, আমেরিকাগী পুম্নবা সোসিয়েল সিষ্টেম অদুবু য়াম্না শাথীনা শৌথদুনা, ক্লন্দুনা ঈশৈ শকপা অশাওবা নিপা অমনি। মহক করিসু থৌশাবিদে, লৈরক-কোনশাংদা, মীয়াম ভিনবা মরক্তা মাগী অশাওবদু ঈশৈদা তৈথরদুনা ঈশৈ শকপা কোয়চং চৎলি। মাগুম্না শাওরবা নহারোল

লীশিং লীশিংনা মাগী মতুং কোয়ইন ইন্নরুনা চংলি। ভূপেন হাজারিকাসু মাগী মতুং কোয়ইন ইন্নরম্মী। খোদোক অদু ভূপেন্না মাগী পুন্সিদা শুককাউ কাউবা ওমখিদে। মসিনা মাগী পুন্সিদা, রাখন্দা অহোংবা অমা লাকখি। Paul Robson গী মতৌগুম্না মহাকসু মীয়াম্না পানরবা, মীয়ামগী ঈশৈ শকপা অমা ওইবা পামখি। মরম অদুন মানা জর্নেলিষ্ট অমা ওইগে খল্লম্মতু তোকখোক্তুনা মীয়ামগী folk singer অমা ওইগে খনখি অমসুং মাগী অপাম্বা অসি পাঙথোকপা ওমখি। মতুংদা মানা ভারতকী ফোক সোং, লোক সঙ্গীত কয়া কপ্প খিজিনখি। মসিবু ফিল্মগী ঈশৈ কয়াদা পান্দুনা শক্লকখি। ভারতকী সিনেমাগী লমদম মাবু খৃ. স. ১৯৯৩ দা 'দাদা ফালকে এবার্ড' পীড়না ইকায়খুম্নখিব অসি চুন্নগী ম্যুজিক ডিরেক্টর অমসুং কমপোজর অমা ওইবগী পীবা নত্তে ভারতকী লোক সঙ্গীতপু মশক থাকপা, শন্দোকপা অমসুং যোকখৎপগী খুদোলবু মশক খংহ্নুনা পীরনি। মাগী 'রুদালী' গী ম্যুজিক অয়াম্বা আসামগী অমসুং রাজস্থাননী ফোক সোংদা মুক্ষম ওইরনি। ভূস্তুম্না এক পল, লোতি মাটি, চমেলী মেমসাহেব, কবি ও কমল, পপিয়া অসিনচিংবা আসামী, বেঙ্গলী অমসুং হিন্দী, ফিল্মশিংদা ফোক অমসুং ট্রাইবেল ম্যুজিক কয়া শিজিন্নি। রুদালী'দা ম্যুজিক্কীদমক্তা জাপান্দা পাঙথোরখিবা Asia Pacific International Film Festival দা বেষ্ট ম্যুজিক ডাইরেক্টরগী মনা ফংখি। মানা জাপান্দা চংপা মতমদা মখোয়গী মায়ান্দা হন্দোক্তুনা ঈশৈ শকপদা তোলদা তিল্লম্লিবা ভাবোক পুম্নমক্তা লেপথংতুনা ইকায়খুম্নবা উৎলকই। ঈশৈ অসি থা ও কী মমাঙদা মখোয়না লোইনা তমদুনা ফারম্মী। মখোয়সু শকপা য়াওরকই। অপুম্ন কলাকার অমবু মীয়াম্না খঙবিবা অমসুং ইকায় খুম্নবা অসি কয়াদা নুংঙাইপ্রবা!

খৃ. কু. ১৯৫৫ দা গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী লেকচরর ওইবা তোকখোক্লগা ( মতম থন্না ওইরম্বনি ) ফিল্মগী সংসারদা. ফিল্ম মেকিং অমস্তুং ম্যুজিক্তা মপুংফানা চঙখি। আসামী, বেঙ্গালী অমস্তুং হিন্দী ফিল্মশিং পুন্নমক্তা ঈশৈ শকখি, ঈশৈ লেংগি অমস্তুং মমিং চংলবা ঈশৈ কয়া ইখি। মাগী ঈশৈ অমস্তুং ঈশৈ ময়েক কয়া মী কয়ানা ঙসি ফাওবা কাউবা লৈতনা হংলি, শক্লি, শোল্লি ; কাউহৌমদবা স্নুরগী ঈপোম্না থম্মোয় থুমহৎলি। ভূপেন হাজারিকান ইবা মীওইবগী নীংতম্বা অমস্তুং অচৌ মচা চপ মান্নে হায়বা রাখল কেংঙদোকপা আসামী ঈশৈশিংগী মরমদা বিবিঞ্চি কুমার বরুয়ানা ইরি "... ভূপেন হাজারীকানা লেংবা ঈশৈশিং অনৌবা রাখলসিগা য়াম্না মৰী লৈনৈ অমস্তুং থায়নগী পথাপ, শাথেক শাহৌ, স্নুপ, পুন্নমক থাদোক্তুনা অনৌবা মওংসিদা মায় পাক্না চৎথরকখি। বেলগাড়ীগী থবক তৌবা অচম্বা মীগী কল্লক্লিংঙাই ওইদ্রবা পুস্নিবু উৎপা মাগী ঈশৈ 'ঝট ঝট রেল চলে' ; ন্নুং থুগাইবশিংগী অরাবা পুস্নি উৎপা ঈশৈ— 'ভাঙ ভাঙ শিল ভাঙোট,'. নংত্রগা দোলাই পুবশিংগী ইকায়রবা অরাবগী ঈশৈ 'হে দোল, হে দোল। বড় মানুষের দোলা', অসিনচিংবা ঈশৈশিং অসি তাঙকপা ফংনা ফজে। মসিগী মথক্তা লাইবক গীবা চা ফাবশিংগীদমক শকপা ঈশৈ — 'রঙ্গমন মাছলোই গোল' অমস্তুং চা বাগানগী শিন্মীশিংগী অরাব বাৰী ঈশৈ - 'এটি কলি দুটি পতা রতনপুর বাগিচায়' অসিনচি বনি। ঈশৈশিং অসিনা ইচম চম্বা মীওইশিংগী মতীক-মগুণবু শৈথাবী হায়বসি উৎলি। ভূপেন হাজারীকাগী ঈশৈনা লৈথা তারবা নৈহৎপিরবা, লায়বকশিংগী মবক্তা অনৌবা রাখল ময়োল চোংহল্লি। মসিগা লোয়ননা থায়নগী খুৎলং ঈশৈ অমস্তুং বাউলগী ঈশৈ খঙ্গং খুদিংদা শরুরিবা অসিদা মাগী ঈশৈগী মমি য়াম্না তাই।" ( আসামীয়া সাহিত্যগী ইতিহাস,

মণিপুরীদা হন্দোকপা — ই. চন্দ্র সিংহ। ১৯৯৫, না (১১৫)। মাগী অচৌবা মঙলান অমদি ফোক কলচরগী ওইবা তোঞ্জায়বা অচৌবা ইন্সতিত্যুসন অমা লিংখৎপনি। খৃ. কু. ১৯৪০ দগী মঙলক্লবা মঙলানসি হৌজিক ফাওবা থাদোকত্রি। অদুগা ফিল্ম অসি মানা ঈরাং-কুম্মৈ অম ওইনা লৌবা ঙমদে, য়াম্না লুনা খনজে। মাগী অচেৎপা রাখন্দি ফিল্ম অসি জাতিগী সংস্কৃতি অমসুং ভেলুবু উৎনবা কান্নরবা কলা অমনি হায়বসিনি। ফিল্মগী পাম্বৈনা অরাং-নোংপোক লমদমগী সংস্কৃতিবু অমত্তা ওইনা পুনশিনবা ঙমগনি হায়বসিদা মানা চেৎনা থাজৈ।

মাগী মশাগী মবমদা কয়া হায়গন্দবা, রা ভাঙবদা ইকায় থিগনবা মানবা, মী কয়া তিন্নগন্দবা, নুপীদোন তৌবা মওং মানবগুম তৌবা, নাতোন শুমাঙ ময়ায়দা কোই খজিক থাকপা, ঐ পি অমা থাদবা অচৌবা কলাকার অসিগী মীৎয়ে অমসুং রাখন্দি য়াম্না পাক চাউই। মহাক্না Plural Identity দা থাজৈ। মানা হায়— "ঐনা আসামদা লৈরিঙৈদা আসামীনি, বেঙ্গলদা লৈরগা অরাং-নোংপোক্কী ইন্দিয়ান অমনি, ইংলন্দদা চৎলগা এসিয়াননি। ঐথোয় প্লুরেল আইদেন্টিটিদা থাজগদবনি।" মানা অরাং-নোংপোক্কা থোক্নিবা পেন্দবগী খোদোবশিং অসি তৌখিবা সরকার পায়বশিংনা থোকহল্লম্বনি হায়না ফুংঙাইত্তবা ফোঙদোকখি। মহাক কলাবু কারবাবদৌনা লালোনবা য়ানিংদবা, কলাবু রাংনা পূজা তৌজবা অমসুং মীয়ামদা মসিগী অর্থ হন্নবা কন্না হোৎনরিবা কলাগী পুজারী অমনি। মনা মথুম কয়ানা লৈতেংলবা কলাকার অসিনা (The President's Medal, National Award for Music, Padma Shri, Sangeet Natak Akademi Award, Man of the Year Award, Indira

Gandhi Award, Ritwick Ghatak Award for best Music) সংগীত নাটক একাদমীগী চিন্নারমেন অমা ওইনা মানা হায়খি –

"It is under my leadership that this institution will move into the 21st century. I will give importance to the preservation, and documentation to the high art produced in the 20th century. I would also like to reward the deserving artistes." ▣

– সোংম্নাই পণ্ডিত, 'পোক্নফম', ১।২।১৩

## মণিপুরগী অহানবা এম এ দ্বিজমনি শর্ম্মা নোঙ্গাখিবদা

( শিক্ষা অমসুং সংস্কৃতিগী অচৌবা ভাকলো অমা তুখ্রে )

চন্দক্কী অনৌবা চহীচা, অনৌবা মিলিনিয়ম অসিবু করিনো ? মৌশি-মীনাগী পাউ মথং মথং ভাল্লিবসিবো। কুইদ্রি, ওজা নীলকান্ত লৈখিদবগী অল্লাবা কোকদ্রি, তাং ২৪।২।২০০০ দা মাগী শ্রদ্ধ লোইখিবদা মচাম্নরি। মসিগী মুমিৎ মরানিগী মতুংদা তাং ২৮।২।২০০০ গী ফু-খিল পুং ৩ তাবদা অজ্ঞা দ্বিজমণি দেব শর্ম্মা লৈখিদ্রে হায়বগী পাউ অসি তাং ২৯।২।২০০০ গী খবরদা ফোঙলকপা থেংনৈ। মাদি অহল যাম্না ওইববনি, মনুং-মতম চাদনা শিবা হায়বতমক্তি থোক্লে, শিবদি মহৌশানি খন্দুনা ফি শেংচিল্লগা মাগী য়ুম খ্বায় ব্রহ্মপুর, নাগা মপান, ইম্ফালদা অয়ুক ঙন্না হংবা চংলি। মী ইতাক তাক-তুম তৌই, শিবগী মী য়াম্না তিনবা থোংপা পোইনা তৌরমদে। পুক্লুংদা খল্লি, খবরগী পাউদুবু লাল্লব্রা ? লানবদি ওইরমদ্রে, সংস্কার তৌরমদবনি, ঐনা খঙদতুনা তৌবনি। মাগী মচানিপা অতোনবা সুধানসু শেখর অসি আইরলেন্দা ক্লিন য়ুনিভর্সিটিদা ওজা ওইরি হায়। মচানিপা ঙাইবা ওইরম্মে। মথং মথং মী লাক্লরে, সংস্কারগী থৌরাঙ তৌরে

খৃ. কু. ১৯০২, আগষ্ট ১৯ দা পোকখিবা, য়াম্না শাংনা চহী ৯৮ হিংলম্বা অজ্ঞা দ্বিজমণি দেব শর্ম্মাবু মিত্তো শং শং ঊরকখি অমসুং মাগা লোয়নরকখিবা, থেংনরকখিবা, তাখিবা ভারী ময়াম মথং মথং নীংশিংলকই। ঐহাক য়াম্না নহা ওইনা খৃ. কু. ১৯৬৯ দা মণিপুরগী সাহিত্য পরিষদতা য়াওখি। খৃ. কু. ১৯৮৩ দগী টার্ম অনীরক, চহী মরী অসিগী জেনরেল সেক্রেটরিসু ওইরম্মী। মসিদগী অজ্ঞানা ঐবু সাহিত্য পামজবা নহা অমমি হায়বসি খঙবিখি। মসিগী মথক্তা ঐগী পাবুং নোংমাইথেম ৺ব্রজবিধু সিংহ, বাদ্য ভূষন অসি পুং-ঈশৈ তৌবা মীশক অমা ওইবনা পাবুংগী মায়কৈদগীসু ঐবু মুংশিনা তৌবি। মরমদি, নোঙ্গাপ্রবা অজ্ঞা দ্বিজমণিদি সঙ্গীত প্রেমী অমনি। মহাক থাংমৈবন্দগী অজ্ঞা গোপিমোহন শর্ম্মাদগী হিন্দুস্থানী সঙ্গীত তমদুনা হিন্দুস্থানী ক্লাসিকেল ম্যুজিকী ঈশৈ শকপা মীশক অমসু ওইখি। নট সংকীর্ত্তনগী ঈশৈসু শকই। মরুপ-মপাংগী, খুনা-চাম্বগী কর্ম দা পালা ওইনা ঈশৈ শকপা য়াওই। সঙ্গীত অসি য়াম্না পামজবা মীশক অমনি। মহাক্না সরকারগী কম পায়রিঙৈদা (এডভাইজর ওইরিঙৈদা ওইরম্বা য়াই), অজ্ঞা মধু শর্ম্মাগা ৺মেজোরগা লক্ষ্ণৌদা হিন্দুস্থানী ম্যুজিক অমসুং তবলা তম্বা থারম্মী। মণিপুর ম্যুজিক কলেজ লিংখৎনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। হৌজিক মানা অচৌবা শেনফম অমা দান তৌবিরমদুনা গবর্ণমেন্ট ম্যুজিক কলেজগী অচৌবা শঙ অমা আর্ট এণ্ড কলচর ডিপার্টমেন্টকী মফমদা শাবা লোইগদবা খজিক্তা মঙায়রবনি। মসিদা শঙ্গারগা নোঙ্গাপ্রবসু ফগদবনি। সঙ্গীত চাউখৎনবা হোৎনবদা অজ্ঞা দ্বিজমণিগী অচৌবা খুদোল লৈখি। অদুনা মাবু মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা খৃ. কু. ১৯৩৭ দা 'সঙ্গীত রত্ন' পীদুনা ইকায় খুম্নখি। মাগী খ্বায়দগী মমল য়াম্বা, শীংথানবা মাবা অচৌবা অবদান্দি শিক্ষাগী মায়কৈদনি। মরমদি মহাক্না য়াম্না মানা

লাইব্রেরি তম্মকখি। ম'না ছাত্র ওইরিবৈগী পুন্সিদা লাইব্রেরি তমফম স্কুল লৈরবগী টেক্সবুক কংদবগী, সরকারনা থরাম্ব স্কলবিদবগী অর-অনা, মুঙাইতবা অমসুং শাউনিংবা কয়া মশামক্না হকথেংননা লাকখি-বনি। মসিগী অরাবা অসি থরমথৈদা ওইরবসু কোক্লবা হেংনগে হায়বসি মহাকী অচংবা পুক্নিংগী ফিরেল ওইখি। মহাক খৃ. কু. ১৯২২ দা মেট্রিক পাস তৌখি। পরীক্ষাদা মা. কু সেন্ত্রসনানা ফার্ষ্ট তারগা মানা সেকেণ্ড তাখি। ফার্ষ্ট দিভিজন্দা মী ১৭ থক পাস তৌই। মসিগী মতুংদা মরীথক স্কোলারশিপ পীদুনা কলেজ চংখি। মতমদুদা মণিপুরগী শেল-থুমগী ফিভম য়াম্না ফৎলমদে; স্কোলারশিপ পীরবদি মহৈ তম্বা ঙমমদে খৃ. কু. ১৯২৭ দা কলিকতা বিশ্ববিদ্যালয়গী মথাদা এম এ ( সংস্কৃত ) পাস তৌখি। অদুগা ডিগ্রি অসি ফংবা মহাক্না অহানবা মৈতৈ মচা ওইখি। মতুংদা মহাক খৃ কু. ১৯২৮ দা এডুকেসন ডিপার্টমেন্টতা থবক তৌখি। মাগী পুন্সিদা ওজা ওইখিবদি দি এম কলেজ লিংখৎপা হৌরকপগী মতম খৃ. কু. ১৯৪৬/৪৭ কী মতাংদা চহী অমা মথংয়েংম ওজা ওইখিবা হৈরি। ঙসিফমক্তি দি এম কলেজ অসি মহাক্না মপুংফৈনা কন্না হোৎনদুনা য়াম্না রনা লিংখৎখিবনি। মহাকী য়াংম অসি ম'না উরম্বা 'মাই রিমিনিস-সেন্সেস' হায়বা লাইব্রেরি মচা অদুদা মযেক শেংনা পনবা থেংনৈ। মসিগী মমাঙদা ম'না মণিপুরগী অহানবা হাইস্কুল মণিপুর ইন্সটিট্যু-শন (হৌজিক সি. সি. হায়র সেকেণ্ডরী স্কুল), লিংখৎনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। মথং মথং ওইনা ইয়োর হাই স্কুল ( তোম্বীসনা হাই ইংলিস স্কুল ), রামলাল পাল অমসুং তম্ফাসনা গার্লস স্কুল লিংখৎনবা হোৎনবদসু মরুওইবা থৌদাং য়াখি। মণিপুরদা শিক্ষা শন্দোক্লবা হেৎনবদা ওবায় হকচাং য়াওনা হোৎনজরিবা মীশক অসিবু সরকারনা লাম্না লৌখি। সরকারগী পোলিসিগী মায়োক্তা থবক তৌই হায়বগীদমক্তা মাবু মফম-মতম চাদনা খৃ. কু. ১৯৪৩ দা থবক্তগী পোন্থাহনখি। অদুবু মাগী থবক্তি লেপ্লা

লৈতে। মহাক্না দান তৌহুনা খৃ. কু. ১৯৬৫ দা মমগী মিংদা মণিপুরগী অহানবা ঘনশ্যিয়া ব্রমেন্স কলেজ অসি লিংখৎখি। খৃ. কু. ১৯৮৩ দা দ্বিজমণি দেব শর্ম্মা চেরিটেবল ট্রষ্ট লিংখৎতুনা লায়রবা ছাত্রশিংদা স্কোলারশিপ পীনুনা মহৈ তমহল্লি। খৃ. কু. ১৯৮৭ তা মহাক্না দান তৌনুনা মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়দা 'দ্বিজমণি চিয়ার লিংখৎখি অমসুং মণিপুরী লোল, সাহিত্যগী লমদা অরাংবা থাক্তী রিসার্স তৌহন্নবা হোৎনখ।

মহাক্না য়াম্না পামজরম্বা অমনা মণিপুরদা সংস্কৃত শিক্ষা শন্দোকপা অসিনি। মশামকম্ব সংস্কৃত পণ্ডিত অমনি। ভুসিদগী চহী ৬০ গী মমাঙদা তাং ৫।৮।১৯২০ দা মহাক্না ব্রাহ্মন সম্মেলন কৌবা সভা লিংখৎতুনা ব্রাহ্মনশিংদা মতৌক চাদা সংস্কৃত শিক্ষা পীনবা হোৎনরক-খ্রবনি। হৌজক্না অমুক সংস্কৃত অসি য়াম্না শিংথরক্লে। মসদা মথয় য় য়াম্না মুংঙাইখিদে মহাক্না সংস্কৃত কলেজগী শঙ শান্না অমসুং অতৈ চাউখৎলেবা থবক তৌনবা চহীগী লুপা লাক্ষ অমা পীগে হায়না লাউপেংক্লম্মী মাগী অপাম্নবাদ হৌজক লেপ্লবা সংস্কৃত ব চ জ অসি সরকারনা লৌশিনবনি। সরকারনা মাগী রাযম অসি য়ারকপা য়াই হায়না নীংই।

মণিপুরী সাহিত্যদা অক্ষ 'দ্বিজমণি দেব শর্ম্মাগী অহৌবা দানি মণিপুরী সাহিত্য পারিষদ লিংখৎলবা হোৎনদা লৌরম্বা মরুওইবা থোদাং অতুনি। মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতগী মায়কদগী লিরবা অমসুং মরুওইবা সংস্থান অসিগী মহাক্না মরুওইবা থোদাং লৌখি। (লিংখৎপা ১৯৩৫)। চাউবা, নবদ্বীপচন্দ্র, অঙাংহল, দরেন্দ্রজিৎ, ইরাবত-চিংবান খুৎমাবশিংদা হৌয়ননা মণিপুরী সাহিত্য অমসুং লোন চাউখৎ-নবা হোৎনখি। খৃ কু. ১৯৩৮, ১৯৪৮, ১৯৬৯, ১৯৫৪ দা পারিষদকী সভাপতি ওইখি। মসিদসু নত্তুনা মণিপুর হিন্দী পরিষদ, মণিপুর সংস্কৃত পরিষদনাচিংবা সংস্থানশিংগী অকনবা হদক কয়া তৌরম্মী।

মহাক্না মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা মরুওইনা পূক্নিং চংবিবদি লোলগী মরুপদা নৈ ঐখোয়গী লোল অসি অরাংবা থাক্তা পুখৎনবা কন্না হোৎনরম্মী অমসুং মসিগা মরী লৈননা লাইরিক কয়া ফোঙদম্মী। মসিং পনবা য়াবশিংদি ১) এঙ্গলো মণিপুরী ডিক্সনারী, ২) হিন্দী মণিপুরী ইংলিশ ডিক্সনারী, ৩) মণিপুরী ব্যাকরণ, ৪) অলঙ্কার শাস্ত্র ৫) সাহিত্য মীমাংসা, ৬) ডিক্সনারী ওফ ইংলিশ ইডিয়মস এন্দ ফ্রেজেস, ৭) ঐগী পুন্সিগী নীংশিংবা খরা,—অসিনচিংবা। মানা হিং-লিহৈদা মন—মথুম, উপাধি কয়া পীখুনা ইকায় খুম্নখি। পনবা য়াবা খরদ ১) সঙ্গীত রত্ন (মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ), ২) ফেলো (মণিপুর ষ্টেট একাদমী, ১৯৮৬), ৩) Honoris Causa (মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়, ১৯৮৯), ৪) স্বর্ণ জয়ন্তী বিশেষ সম্মান (মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ১৯৮৫) অসিনচিংবা।

অদুবা 'দ্বিতীয়' দেব শর্মা' মথুং যাম্না লৈবা, অহকপা পার্সো-নেলিটি অমনি। মহাক বুদ্ধি য়াম্না কুপ্পী, য়াম্না হৈশিই, মবৈ য়াম্না শৌগদ্ধি, মাবু যাহনবা, থাক্কহৈনা চৎথব নত্তে। পোৎ অমগী কৎনা শরুক মন্নং তনহিল্লা উৎনবা মীনি। মাগী হৈশা চীক্পা, চেকশিনবগী বাবৌদি মপান নৎ হৈদনা হৈরো। অদুবু মহাক্না যাম্না যজবা নীতি, অচাংবা পান্দম অমদি লৈ। মচু পুখগী থোক্না চৎখি। ঈশ্বরবু থাজবা, মজাতিবু নুংশিবা, শিক্ষা অমসুং লোল চাউখৎনবা হোৎনবদা মহাক্না পাম্মুনা থংখিদে। সমাজসিদা মজাতিগী খন্দবা পেশা পায়না নীওই কয়া লৈরে। মহাক অদুগুম্বা মীশক অমদি ওইখিদে। মাগী পুকচেল চাউবা, কৎথোকপা, করিগুম্বা নীতি অমদা থাজনা হিংখিবা মীশক অসি অতাওবনি। হৌজিক মণিপুরদা মাগুম্বা মীশক য়াম্না দরকার ওইরি। ❑

ডি সঙাই এক্সপ্রেস, ১।৩।২০০০

# তাংখুল মচা শৈশকপা —রিউবেন মশাংভা

## নাগা ফোক ব্লুজ হোদোকপা কলাকার অমা

চহী ৩৯ শুরবা (পোকপা ১৯৬১, জুন ২১), উখ্রুলগী চোইথার খুন্দা পোকপা, তাংখুল মচা রিউবেন মশাংভাগী (Reuben Mashangva) মমিং থরা থরা তাথিবগুম লৌই। মহাক মণিপুরী কিলম 'মায়োংখিগী মচা' অমসুং লোকেন্দ্র অরাম্বমগী কৌলা 'মেকবেদ' তা ম্যুজিককী শরুক্তা মরু ওইবা থৌদাং য়াখি হায়। হৌজিককী মতমগী নহারোলশিংনা য়াম্না পাম্লিবা ৱেষ্টর্ন ম্যুজিককী চাউরবা ফাই-বন্দা ঐনা কয়া খোয়দারক্লনা রিউবেনবু মশক মুন্না থিজিল্লবা নমগ্রি। অদুবু যাদি আমেরিকা অমসুং নোংচুপকী লমশিংদা য়াম্না পাম্লিবা হৌজিক মতমগী Blues কী মমিং চংলবা শৈশকপা অমনি। চুনগী শৈশকপা অমা ওইবদা নত্তনা ট্রাইবেল ফোক ম্যুজিকপু (মরু ওইনা তাংখুল ফোক ম্যুজিক) মুন্না থিজিল্লগা, নোংচুপকী Blues গা তাংখুলগী ফোক সোংগা য়ানশিন্নদুনা নৌবা তোপ্পা শেমলবা 'নাগা ফোক ব্লুজ' কৌবা অনৌবা শৈশক অমা হৌদোক্লিবা, য়াম্না ইনোভেতিব ওইরবা ম্যুজিক কম্পোজর অমসুনি। মাগী চহী কয়াগী হোৎনজমল, চাংয়েং, তপস্যা অমসুং সাধনা মায় পাক্লে। থাজবু লৈচিন্না থুমজিল্লগা

লোংশীন্দুনা থম্বা য়াম্নবগুম মাগী মিংচৎ মবা ফোংলক্লে। ভারতকী অচৌবা 'Great Indian Rock'—কনসর্ততা রিউবেন মশাংভাগী মমিং তত্তনা শোম্নরক্লে — অবাং-নোংপোক লমদমগী থবান্থিচাকতো কদায়দা চৎখ্রে হায়দুনা কোয়ন্তান তাক্লরক্লে। মণিপুর ইমাগী মপাম্বী, তাংখুল মচা রিউবেনবু খৃ. কু. ২০০০, ফেব্রুয়ারী ২৭-২৮ দা দিল্লীদা পাঙথোকখিবা ঈশৈগী অচৌবা কুম্মৈদা ভারত পুম্নগী শৈশকপা মকোক তরা থনবগী মনুংদা মহাকসু অমা ওইনা খল্লক্লে। অসিগুম্বা সন্মান অসি ফংবা নোংপোক ভারতকী অহানবা মীশক মহাক্না ওইরে। মহাক্না মণিপুরগী ইজ্জৎ পুরক্লে। মহাক্না তাংখুলগী মুংশিরবা লোক সঙ্গীতপু পৃথিবীদা শন্দোকখ্রে। ভারত অপুম্বদা ইনাক খুল্লবা চীংমী-শিংগী হায়দগী লৈজরক্লবা ইথনিক ম্যুজিক্কী যজববু লৌহৌন্দা মশক খঙহন্দুনা মীংকপ থোকহনখ্রে। মগুণ লৈবা তাংখুল ফোক ব্লুজ সিঙ্গর অমা মণিপুরদা হিংলি হায়বসি চপ চানা উংখ্রে।

রিউবেন মশাংভাগী শামু ময়াগুম থিন্দোক্লক্লিবা মিংচৎ অসি ঈশ্বরনা হেক্তা পীরকপা নত্তে অদুগা তম্ফা খুদোপ য়াইওইবা অমা লমখাওদা থেংনদুনা হেক্তা খংহৌদনা মরায়বক থম্বাল শাৎলকপা নত্তে। মাগী অখাঙকনবা, নীংহম্বা লৈতনা হোৎনবা, মথোয়গী ফোক ম্যুজিকপু থম্মোয় শেংনা মুংশিবদগী ফংজরকপা ফলনি। নহারোল অয়াম্বনা মতমগী ঈরাং অমসুং ফেশন, নোংচুপকী অহোংবা হরাও-কুম্মৈনা য়াই থাখ্রবা মতমদা, তাংখুল মচা অসিনা মপানাং মপুনাংকী থোজেল লীরুবিবা অমসুং মথোয়গী সংস্কৃতিগী হৌরকফম মরুদা চঙদুনা মসিদা লৈরিবা ফজববু মায়খুম হাংদোকবা হেংনরিবা অসি য়াম্না থাগৎনীংঙাইনি অমসুং মহাক্কী মতৌ নহারোলশিংনা তমজনকমনি। মাগী মমিং চৎলবা ঈশৈ 'Chonkhom Philava (Lady Chonkhom) অসি চহী ১০ চঙনা শেমখিবা ঈশৈনি—

হন্না হন্না কয়ারক হোৎনজুনা ফোকী ঈশৈগা ব্লুজগা য়ানশিন্নবা হোৎনখিবনি। মহাক হৌজিক্কি ভারতকী খ্বাইদগী মমিং চৎলবা folk–fusion singer অমা ওইরে। পি ইউ সি পাস তৌহৌদবা, মশাগী শেন্থোক লৈত্তবা ( চহী ৫ খক খৃ. কু. ১৯৮৭ তগী ১৯৯২ ফাওবা প্রাইভেত বেঙ্ক অমগী কর্ম্মচারী ওইরগা থবক্তগী তোক্লে ), ঈশৈদা পুংলুপ লুপ্লুনা লৈরবা, মাগী মুপীন ( এচ এস হেপ্পি রিউবেন কোইং, মচানুপী ৩ লৈরে ) থাক্তনা হিংলিবা কলাকার অমনি হায়বা য়াই। মাগী মুপী প্রাইভেত স্কুল অমগী ওজা ওইরি। রিউবেনদি ডাইহাক লৈতনা লংকৈদা চৎলি, চৎথোক–চৎশিন্দা পৈশা য়াম্না তিংডি। ঈশৈ শকপগী শিনফম অসিদা পৈশা য়াম্না ফংবা নত্তে। অদুবু পুম্নমক থাদোক্লগা মানা পামজবা ঈশৈসিদা ডাওজুনা লৈরি। তশেংনমক অশেংবা কলাকার অমনি।

মহাক অহানবা খৃষ্টিয়ানগী লাইশোল ঈশৈশিং পাম্না শক্লকই। অদুদগী লাইনা ঈনশিল্লকপগুম খৃ. কু. ১৯৮৪ গী অদুবাইদগী মাগী য়াখলদা মপা–মপুশিংগী তাংখুল ফোক সোং ক্লাস ওংগে খল্লকখি। মাগী ময়াম্বা থোকপা শান্দাদগী ফোক সোং তম্বা হৌরে। অদুদগী মথং মথং ওইনা ষ্টিংকেন অংকাং (লুংযুদগী), শাংফাম (লুংশাংদগী) এসাং অখোথিং অসিনচিংবদগী ঈশৈ অমত্তং ফোক ইন্স্ত্রুমেন্ত কয়া তমলে, নৈনবা য়াবা কয়া নৈনরে। মহাক মথোয়গী তিংতৈলা কৌবা মৈতৈগী পেনাগুম্বা যন্ত্র অসি যজনা খোংবা ডম্মী। অদুগা নোংচুপকী ম্যুজিক্লা কেসেত অমুম ফারগা মতোমতা শকপা তমজখিবনি। মহাক রোক, পোপনচিংবা ঈশৈশিংদা খোয়দাবা, মুংডাইবা ডমদে। মখোয় অসি ডাইহাকী কেশমি হায়না লৌই। জাজ (Jazz) গী শৈশক অসিদসু পুক্নীং চঙংলু য়াদে। মহাক্না হেক্তা ডাওজবদি ব্লুজ অসিনি। মসিদসু নেগ্রোশিংনা শকপা Black Blues না

হেন্না পাময়ে, অনৌবা থোক্লকপা White Blues অসি থোন্নলাদে। Blues গী অযাম্বা শৈশকপশিং— B. B. King, Bob Dylan John Lee, SR Voughan, John Mayal, Eric Elapton অসিনচিংবা অসি মাগী গুরুশিংনি। মথোয়গী ঈশৈশিং তত্তনা তায়।

Blues হায়বসি জাজগী শাদৈগী মনুং চনবা শৈশক অমনি। ২০ শুবা শতাব্দীগী অহানবা চহী তরাগী মতমদা হৌরকখিবনি। মসি নেগ্রোশিংগী থবক শূবা অমসুং ধর্ম, আধ্যাত্মীকা মরী লৈনবা শৈশক ওইনা হৌরকপনি। নেগ্রোগী ম্যুজিকসিয়ান W. C. Handy না খৃ. কু. ১৯০৯ দা 'Memphis Blues' হায়না ইরগা খৃ. কু. ১৯১১ দা কোংভি। মসিনা অহানবা ব্লুজগী ঈশৈনি। তালছন্দ (measure) ১২ গী মওংদা শকপা ঈশৈ অসি ragtime দগী য়াম্না হেন্না তপ্পী, দান্স ম্যুজিকী শরুম লৌরিবা Jazz গী শাদৈদা লৈরিবা blues, swing, jive, beloop অসিনচিংবগী মনুংদা শাইদগী ঈংনা চুংশিবা শৈশকি Blues হায়রিবসিনি। মরম অসিমক্তা ব্লুজগা তাংখুলগী ফোক সোংগা য়াম্নমক নকশীন্নবা তিনশিন্নবা য়াংরিংনি। রিউবেননা হায় — "তাংখুলগী ফোক সোং অসি য়াম্না তপ্পা, ঈংনা চিংদগা শকই। ময়েক্তা মুংঙাইরবসু শৈশক্তদি অরাবা সুর মাংই। এথোয়গীদি শাকু থূদোং, চহী চুপ্পা ঈশৈ লৈ। অদুগা ব্লুজগী শৈশক অসিসু ত্রেজিক, অরাবা য়াখল ফোংদোকপা, য়াম্না ঈংবা তপ্পা অমনি। অদুনা শৈশক অনী অসিগী মান্নবা কয়া লৈ।" অদুনা রিউবেন মশাংভনা তাংখুল ফোক সোংদা য়ুম্ফম ওইরগা ব্লুজগী শৈশক কয়া কম্পোজ তৌখি। মাগী ১ | Green Green Home, ২ | My land and people, ৩ | Tears rolling down, ৪ | Today materialism অসিনচিংবা অসি মমিং য়াম্না চংলি। মহাক প্রকৃতি, উপাল-বাপাল, মহৌশাবু মুংশিজবা, ঈশ্বরবু থাজবা অমসুং শান্তি

পামজবা শৈশকপনি। মসিগী মমি মাগী ঈশৈশিংদা ময়েক শেংনা তাবা থেংনৈ। মানা হায়—"হৌজিক্কী মতমদা মৈতাল লৌনবগীদমক্তা উ কয়া মক্ত ফুক্না য়ানথংলি। মহৌশাগী ইপা-ইপুশিংনদি উগী মক্নদা কৈদৌঙৈদা য়ান্দে, মসা-মন্নেঙ য়ানবা ঙাক্তনি। মৈতাল বোন্না থরগীদমক উ তাতা গাড়ী মপোং মপোং মাংডহল্লবনি।" মসিদগী মানা ইন্নকই— 'Green Green Home'। মসি ইনবাইরে'নমেন্টকা মরী লৈনবা য়াম্না ফজবা ঈশৈ অমা ওইরি।

রিউবেন মশাংভাদি চুম্নগী শৈশকপা অমা ওইবদা নত্তে। মহাক সোসিয়েল ৱার্কর, এক্তিবিষ্ট অমনি। মানা নাগাগী কলচর চাওখংনবা সংস্থান কয়া লিংখংলি; ত্রাইবেল ম্যুজিয়মসু লিংখংলি, জগোয়-ঈশৈ, ফেশন শো, ফেষ্টিবেল কয়া শীল্লি; ভারতকী মফম কয়াদা পাঙথোকপা ঈশৈগী কনসর্ত, ফেষ্টিবেল কয়াদা ওতনা শরুক য়াই। য়াগী মরুওইবা পান্দমদি চৌংমীশিংগী ফোক ম্যুজিক ময়াম অসি পৃথিবীদা মশক তাকপগা লোয়ননা মশাগী জাতিগী অশেংবা আইদেন্তিতিবু থিবা অমসুং থঙহনবনি। ঈশৈ শকপা মতমদা তাংখুলগী ত্রেদিসনেল দ্রেশ শেংলি অমসুং মহৌশাগী শমকক ককই। হেক্তা য়েংবদা থঙি— রিউবেন মশাংভা। মানা ঈশৈ শক্না শক্না আইদেন্তিতি ঙাক্লি। ▣

নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্নফম', —তাং ৩। ৪। ২০০০

# মোইরাংথেম কুল সিংহ

( বাঁশিনা মাগী থবায়-হকচাংশিং, পুন্সিমকশিং )

কোংবা নোংথোম্বম লৈকায়, ইম্ফালদা, খৃ. কু. ১৯৫২, আগষ্ট ৯ দা পোকখিবা শ্রীমোইরাংথেম কুল সিংহ ( মযামা 'বাঁশি কুল' নত্রগা 'কুল বাঁশি' হায়না খঙনবা ) কলাকার অসিগী মমিংদি তারস্বা য়ারে অদুগা মাগী মশক্তি খঙলমগনি, উরমগনি, হায়বা কয়া থাজদে। মরমদি, মাদি এক্তর, এক্ট্রেস, নায়ক, নায়িকাশিংগুম স্তেজদা কুমহৌনা ভাবোক মীয়ামা অঙানবা মৈঙাদা, যজনা শক শেমহনা খোল্লকপা, ইকোং ফোংনা উবা ফংবা মীশক অমা নত্তে। স্তেজ মরুমদা লৈবা ম্যাজিকশিয়ান, ম্যাজিক দিরেক্তর অমনি। মাগী পুন্সিন্থ স্তেজ মরুমশুম, নারক্তা শাংপী লৈরাংগী মতৌগুম্না মীনা খঙবিদনা অমম্মং খঙবিবগী থোইনা মিকাক্লবা তৌদনা ঈংনা-তপ্না, ঈচেল পীক্লা চেন্থরিবা মওং অমনি। মাগা কুইনা লোয়নরক্লবী, মমিং চংলবী জগোয শাবী কুমারী সুর্য্যমুখী দেবীনা হায়—"তাদা কলদি অঙাওবা, অকনবা ঈচেল নত্তে, ঈংনা-তপ্না লিরি-খোইরিনা চেনবা ঈচেল মচা অমগুম্বনি।" মসি অচুম্বনি। মাগী সঙ্গীতকী পুন্সিন্থ অতপ্না শান্তিগী মশক্তি, মীঙোন্দা কায়দবা, লানজদবা, চম্না হিংজবা, চম্না চৎচবা

মীওই অমনি। মাগা নক্লরুবা মীনা মাবু সুংশিদবা ঙম্মোই। ভা কুলগা খংনরম্মী, মাগা শাউনরম্মী হায়বা মীশকশিং অহুদি ফারগা দাক্তরবু লায়েংহনবা য়ারে। অসিগুম্বা কলাকার ক্ল কমদৌনা হৌরকখি? মাগী পুন্সিগী শাংলবা ইতিহাসতা থেংনরকখি অৱা-অনা কয়া, থুদোাংথীরবা তমথীরবা থোদোক-বাথোক কয়া কয়া। অকনবা পুন্সিগী লান্থেং, নীংহন্নদবা, হোৎনবা কনবা, অচেৎপা বাশক অমস্তুং সাধনানা মাবু লমজীংলকখি। কলাকার অমগী পুন্সিদি লান্থেং অমস্তুং সাধনা অনীনা তুরেলগী তোর্ব্বান অনৌগুম ঈচেল অহু চেকশীন্না ঙাক-শেন্দ্রবদি নীংখায়নীংঙাই য়াম্না ওই।

করিনো থওদে—ক্ল য়াম্না পীক্লিঙৈদগী হৌনা বাঁশিদা ঙাওরকই। বাঁশি তাবা য়াদে, বাঁশি থোক্লেল তাবদা পূমঙাও হেক্তা ঙাওবা ঙাংনি। মশাগী চহী ৬ শুরম্নগদ্রা থওদে, নোংমা 'গোপাল কৃষ্ণ' হায়বা ফিলমহু য়েংঙি। শ্রীকৃষ্ণনা বাঁশি খোংলগা শন ময়াম হৌই-জিনবা অহু উরগা মাস্থ বাঁশি য়াম্না খোংনীংলকখি। ময়ুম য়োরে। মমাদা বাঁশি পীয়ু হায়দুনা নিংঙাই তৌরে। কদায়দগীনো অমা খিরগা পীরে। কাম্মে, হৌদ্রে, ফজনা মখোল থোক্কে। বাঁশিহু শাউমনগ্রহুনা থুগাইরে (মধুমঙ্গলনা ফিলমহুদা মানা কৃষ্ণগী মতৌ তমহুনা বাঁশি খোংবদা শন ময়াম অহু লাকপিদবদা শাউহুনা বাঁশি থুগাই-বগুম) খৃ: ক্ল: ১৯৪৪ দা রূপমহল থিয়েতরনা শারবা 'মাইন্থ পেমচা' য়েংঙি। লীলাহুদা বাহেংবম শেলুংবনা বাঁশি খোংঙি। মহু ভারুরগা মাগী থম্মোয়দা চপ য়ুংনা থনখিবা, বাশকখিবা অমা লৈ—মাস্থ রূপমহলগী বাঁশি অমুক্তংখি খোংগে। নোংমা লান মহুংদা মথোয় লৈকায়দা মর্ব্বাক জগোয়গুম্বা অমা তৌই। (লানন্থংদদি হুমিদাংদা কূম্মে তৌহন্দে, ব্রেক আউত তৌই, মুংখিলদা ওইনা তৌহল্লি) মহুদা থাংজম লৈরক্তা লৈবা অজ্ঞা তোম্বা শর্ম্মানা (অজ্ঞানীংতেক)

বাঁশি খোংঙি। মচু ভাবদা পুক্নীং চুপ্লে। অচুদগী অজ্ঞা তোঙ্গদা বাঁশি খোংবা তম্বা চৎলি। মাগী ওজাগী তুং ইলহন্দুনা এরিয়ান খিয়েতরদা কৎলবু খরা খরা পুবী। খজিক খজিক খোংবা হৌরে।

অসোমদা মাবু পোকপা পম্হৌদি কমদৌরি? (পম্হৌ-এম চূড়' সিংহ)। লৌ উবগী খবক ভৌই। য়ুম শাই। জুগালীমু ওই। রূপমহলগী শঙ শাবা য়াওরকই। কারবারমু তৌই, বর্মাদা লপ্লোনবা চৎলি, কুইনা লৈবা য়াওই। য়াম্না শাউগনবা, কিংবা মীশক অমনি। খু.কৎ. ১৯৫৪, আগষ্ট ১৯দা লৈ'ঙাখি)। মচানা বাঁশি খোংবা অসি মাদি শুকয়া য়াদে, য়াম্না শাউই। মচা কুলনা বাঁশি খোংবা উরগা বাঁশিদু মুল্লগা থুগাই, লাক্নুনা লংথোকই। য়াম্না শাখিবা মীনি। নোংমা মপানা শাউনা হায়—"হায়, কৎলা নঙ বাঁশি খোংগেরা লাইরিক তমগেরা, বাঁশি খোংগে হায়রবদি লাইরিক তম্বা তোক্লো।" লাইরিকশিংদু শুমাঙদা লোইনা লংখাইখি। মুমিৎ অচুদগী লাইরিক তম্বা ভোক্লে। ক্লাস সিক্স কারমদাইদা তোকপনি। অচুদগী কুরীৎ তৃবা ভয়ে। মপানা শাউবগী মরম অমা লে। কৎলদি অঙাং ওইরিবৈদগী মশা য়াম্না ফত্তে, নাগল্লি। বাঁশি খোংলবদি স্বর য়াম্না শাম্নবা মরম্না মশা শোকনি খল্লি। মচানুপামু মথমুনি। (মচানুপী, কৎলগী মচে খম্বালশংবী দেবী কৌবা অমগা অনীথক্কনি)। চূড়াগী মনাকোংদা বাঁশিগী মুংশিবা খোঞ্জেল চৎবা ঙমখিদে, সঙ্গীত করিনো থঙখিদে। মানা শুপ্পতগী উখি—মচানুপাগী মথ্বায়, শোল্লবা হকচাং। বাঁশি খোংবনা মী ওইবা ঙমগনি হায়বা থাজবা ঙমখিদে। (ওজা কৎল মশা য়াম্না ফত্তে, আজমানা নাখি, মশা পীকই, শোল্লি-শোল্লি তৌহনতা লৈখি)। মপাবুং চূড়া অহল ওইশিল্লক্লে, মানা খাম্বা য়াদনা মচানা ঙমজনা বাঁশি খোংবা অমা ওইগ্লে। মথ্বায়দা নীংঙমক্করে। শিগদবা মুমিৎ চুমলিত্তা ভায়রবদা

মচা কৎল কৌশিল্লগা মমীৎতগী মপি শীন্থরহুনা হায়খি—“ইবুংঙো, ইপানা নঙবু য়াম্না নুংশি। ঐগীদি নহাক নতোমতনি। নঙগী নশা য়াম্না শোনবহুদা ইপানা খিংবনি। ঙসিদি ইপানা মঙবু খিংলরোই, খিংবা ঙমদ্রে। অহুবু ইপা রা খরা হ'য়রমগে মুম্না তাউ—।” মপানা শিন্নরম্বা অরুবা রাফমশিং অহুদি—(১) শিনফমসিদা চৎলবদি হন্দোকপা শুকরা য়ারোই, শিত্রিবফাওবা বঁাশি খোংলবগি; (২) ব'াশি হায়বসি শ্রীকৃষ্ণগী খুৎলায়নি। অহুনা ব'াশি পায়রবদি মীনম্বা ঙাওবা য়াদে; (৩) বঁাশি খোংবগী মমক্তা পৈশা মন্তীরুবা য়াদে…। মসি মন্ত্রনি। কৎলনা মপাগী য়াথং কীগাউ শানা য়াজরে। মপা-বুংনা শিরমদাইদা তাকপিরম্বা' রাফমশিং ঙাক্লা চৎখি। নুংশিরবা মপাহু শিরমদাইদা উনহোদে, রিহাসে'ল তৌরিহৈদা শুমাংদা পুখোক্লম্বনা হাল্লে। অপোকপী পলেমম্থ (চিন্নাংখোম্বী দেবী) লন্দন্দা চৎলিহৈদা কায়নখিবনি। বুল, নঙগী লাইবক অসিবু করিনো? শিরমদাইদা পলেম-পম্ভৌ অনীমক উনগন্থ হায়না তমথ্রবরা?

কৈশামথোংগী রূপচন্দ্র, থাঙ্গপাৎ মপানগী ওজা গুলাপ, মচে লৌবা মবায় মঙ্গিদগী ফুরীৎ তুবা তল্লে। কয়া খোয়জঙদে। মাদি বঁাশি অমা থাদে, কোয়পু পুহুনা চৎলি। ফুরীৎ তুবগী অহাঙবা মতমদা বঁাশি খোংহুনা শান্নে। ওজা রূপচন্দ্রনা লাউরকই—“হায় অঙাং, ফুরীৎ তুগেরা বঁাশি খোংগেরা? ব'াশি খোংগে হায়রবদি সিদা লাক্লম্থ চৎলো।” ফুরীৎ তুবা তোক্লে।

খৃ. কৎ. ১৯৪৭ তনি। এম দি ইউদা ব'াশি খোংবা রাওজগে হায়হুনা দরখাস্ত অমা থাই। চান্দম গোপালনা ম্যুজিকী ইন-চার্জ ওইরি। মাবু ত্রিপুরা ক্লৎত (মথূল ৭ হুৎপা, য়ুংনা খোংবা, মখোল নুংশিবা ব'াশিনি) খোংহল্লি। এম দি ইউদা য়াওহল্লে। যন্ত্র থাং-দোক-থাংজিন তৌহল্লি। চান্দম গোপালনা থরম্থ তব্বিরে। পুন্সিগী

অহানবা ওইনা খৃ· কৄ· ১৯৪৮ দা এম দি ইউনা এক্সেস য়ুনিয়ন হোলদা শান্নবা 'মাইন্নু পেমচা' লীলাদা বাঁশি খোংথি। মসিদা মানা মুংঙাইজখিবদি অঙকপনি। মতমতুদা যন্ত্র খোংবা অমদা লুপা ওপী। মাগী পুন্সিদা অহানবা ওইনা বাঁশি খোংবগী মমল লুপা ও কংজখি। মানা মহৌশা বাশকখিবা, পামজখিবা মণ্ডলান্দো-রূপমহলদা বাঁশি অমুক্তা খোংগে হায়বদো। মতুগী তাঞ্জা অমা লাক্লে। রূপ-মহলগী বাঁশি খোংবা ওজা শেলুংবা ঈশৈ শকপা গায়ক অমসুনি। মহাক লীলা অমদা ঈশৈ শকপা তারে অতুনা কৄলবু বাঁশি থম্না খোংঙৄবাও হায়বগী পাউ অমা চেন্নক্লে। মুমিৎতু এম দি ইউগীসু 'মাথুর' শান্নগনি, কাং মনুংনি, কৄলনা বাঁশি খোংগদৌরিবনি। কমদৌনি? মুমিৎতো নোংসু য়াম্না ভাই। অঙ্গা কৄপ্পোদা লোম্না শিন্নরম্লগা নোং মরক্তৄদা রূপমহল তাম্না চেন্নকখি। মুমিৎতুদা রূপ-মহলগী বাঁশি খোংখি। পুন্সিগী মীংজরকপা অপাম্বা অমা থুংজরে। অতুদগী খৃ· কৄ· ১৯৫০ দগী রূপমহলদা য়াওরে।

খৃ· কৄ· ১৯৫৪ দগী ১৯৫৬ ফাওবা অসি আসাম অমসুং ৱেষ্ট বেঙ্গল মফম কয়া কোয়চৎ চৎতুনা জগোয় উৎপা মতমনি। কাওবু অতুদা খিয়াম তরুনকৄমার, মাগী মুপী বিকাসিনী, মুধীর, লাইশ্রম গৌরহরিনচিংবা মমিং চৎলবা কলাকার কয়া য়াওরি। গুহাতিগী কপয়ন সিনেমাগী প্রোপাইতর ভবানী বরুরানা মেনেজর ওইতুনা শীনবনি। কলকত্তাদা শো উৎলি—মফম কয়াদা কোয়চৎ চৎলি। মসিদা থেংনরকখিবা অরা-মুংঙাই, খুদোংচীবা কয়া অতু এরেঞ্জর হিন্তবী অমদগী করিস্তু তাবোই। কলকত্তাদা নায়ুর কৌবা অসনা প্রোগ্রাম শীনবা, পৈশা মাঙবা, মাদ্রাজী হোতেলদা কলাকার ময়াম থম জিল্লম্লগা চেনখিবা, হোতেলদগী নাম্থোক্লকপা; জলপাইগুরিদা লৈরিঙৈদা কুলনা তোরুরাইকোটকী মফমদগী ক্লাসিকেল ম্যাজিক তন্বা; জলপাইগুরিদা লৈরিঙৈদা মাবু কন্ত্রেক্তর হান্নিবা, লম্বী শেম্নিংই,

কয়লাস থ'রিভৈবা মহৈরোয় ময়াম্না উথিবা, ইকায়খবদগী থবক তৌকপা, মৈশা মৈরক্ত্রুনা শুপগী লুপা ২৫/- ফংনবা বাংলাদেশ বোর্দরদা মৈবা হলদি বাড়ীদা শো উৎপা চৎপা, ইরোই তোংহনা নোং মরক্তা চৎপা, মৈখোমদা পুৎথবদগী ইরোইগী মহুৎ শিন্দুনা গাড়ী চিংবদগী ৱংথুবা, ফুরীৎ-খোঙ্গ্রাও শেৎনীংঙাই মৈরক্ত্রবদা মীওংম্ফগী সেন্দল ৱায়রগা চেন্নকপা, নবদ্বীপ অমস্তং এলহাবাদতা বাঁশি সোলো খোংবা ভাবোক্লা থাগৎনখিবা—কাউডরফেবা বারী কয়ানি।

অয়ানা পন্দুপ লোইরে। খৃ: ক: ১৯৬১, মে থাদা দান্স একাদেমীদা এসিষ্টেন্ট ইন্সক্রাক্টেলিষ্ট ওইনা থাদা লুপা ৮০/- ফংদুনা থবক তৌখি। (খৃ. ক. ১৯৯০, আগষ্ট ১৩ দা থবক্তগী পোৎথাখি) মসিগী মমাঙদা ওজা কলনা দান্স একাদেমীগী ইন্তরবিয়ু অনীরক য়াওহবনি থনবা য়ারবদা থনখিদে। হন্দক্তি ইন্তরবিয়ু তৌদনা থবক থম্লে হায়দুনা চিঠি অমা থারকপনি। অহাননদা মানা দন্স একাদেমীদা ম্যুজিকী খিওয়ী তখিরম্মী। ওজা কলদি বাঁশিদা নত্তনা ভাইওলিন্নচিংবা হৈ যন্ত্রসু খোংবা ঙম্মী। খৃ. ক. ১৯৭৫ দা মণিপুরী বেলে য়ুনিত হাংবদগী বেলে কয়াগী ম্যুজিক দিরেক্তর ওইরকখি। মাগী পুন্সিদা পুন্না (অতৈ সংস্থানগীসু থারগা) বেলে ২৫ গী ময়াদা ম্যুজিক দিরেক্তর ওইদুনা মণিপুরী ম্যুজিক্তা অচৌবা খুদোল তৌবিখি। মসিগী মথক্তা কেসেতকী ম্যুজিক দিরেক্তর ওইখি; এ আই আর ইম্ফালদা বাঁশি খোংখি, জগোয় মরূপ, পার্ফোর্মিং আর্টস সেণ্টরগীসু মানা ম্যুজিক দিরেক্তর ওইবা য়াওখি। য়েংবদা শোল্লিবী মানবা ওজা কস থবক্তদি হংচাবনি, মপাগী লিংজেল লৌই। থবক্তা চেকশীল্লি, মত্তম কায়বা য়াদে, অচেৎপা ৱারক, কন্ট্রোল তৌই। ম্যুজিকী নোতেসন তৌনদা য়াম্না হৈ-শিংই। (মসি মাগী ওজা এল .গারহরিদগীসু তমহৌবনি ' হলা ভবন্দগী তম্বা হৌরকথবনি) ওজা কলনা হায়খি—"ম্যুজিক্তি য়াম্না লুই। ঈশৈদোনা অর্থ য়াওবা নত্তে। জগোয়শিংসি মথায় হাপ্পনি,

মচু শঙবনি।" মানা ম্যাজিক কম্পেংজ তৌখিবা মমিং চৎলশা বেলেশিংদি- ভাগ্যচন্দ্র, কবুই কৈওইবা, খোইবী, কৈবুল লমজাও, তুপী লান, রামায়ণ, লৈ লাংবা অসিনচিংবা অসিনি। মহাক মণিপুরগী অতাওবা ম্যাজিক দিবেক্তর অমনি। শ্রীমতী এম কে বিনোদিনী না হায়—"কনুনা খোংবা বাঁশিগা অচৌবা মাংদবনি। মাগীদি য়াম্না নুংশিবা মেলোদি অমা য়াওবনি।" মতম কনুইনা ওজা কনুগী বাঁশি নীংশিংহুনা লৈহৌরগনি। ◻

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্নফম', ৮।৫।২০০০

# নিংথৌ শাবা হঞ্জবম নীলমণি শর্ম্মনা নোঙ্গাখিবদা

( মমিং চংলবা এক্তর অমবু নীংশিংজরি )

অজ্ঞা নীলমণি – য়েংবদ চীং-লেম্মী, ঙৌরোক ঙৌরতুনা ঝাং চাউই, শাবান-মূর্ত্তি মশক-মতৌ ফজৈ, মকোক তাঙডি, ঝা ঙাঙবদ। মঙক হাই, নিংথৌদা-নিংথৌ মাল্লি। চহী শাংনা লীলাদা নিংথৌ, অঙন-অথৌ অস্থুম শাতুনা লাকপনা অমুক হুমিদাংগী পুন্সিদা, চুন্নগী ঝাৱী রাত্তায় শাবদা নিংথৌগী স্বভাবতা অস্থুম লৈ। মচানুপীশিংবু নিংথৌগী মচানুপীনি হায়বগী ভাবতা লোয়নৈ। লীলা ফম্বাকথক অমস্থং তাইবঙ ফম্বাকথক অনীমক্তা চপ মান্নবা নিংথৌ ওইনা, পুন্সি লেনথ্রবা, লীলাগী নিংথৌ শাবদা মমিং য়াম্না চংখিবা, থোইদোক্লা 'গুরু শাবা' হায়না লৈবাক শাংনা শকখঙনথ্রবা শ্রীহঞ্জবম নীলমণি শর্ম্মা হৌখিবা আগষ্ট ১০, ২০০০, শগোলশেন নুমিংকী নুংথিল পুং ৫.৪৫ তাবদা মশাগী ময়ূম উরিপোক তাউরাংবম লৈকায়, ইম্ফালদা মশাগী চহী ৮৪ চঙ-লকপদা নোঙ্গাখ্রে। (পোকপা – মে ২২, ১৯১৭; অপোকপা চন্দ্রহাস শর্ম্মা; অপোকপী – পদ্মাবতী দেবী; পোকপদি উরিপোক খ্বাই ব্রহ্মপুর, চক্রিকোন, ইম্ফালদা পোকই; কোম্মা ইখোল লৈরগা হোংদোকখিবনি)।

চহী য়ামশিল্লকপা, শোঙ্গিল্লকপদগী লীলা-ফলা য়াওবা ঙমদনা লৈরকপা চহী ফনা কুইরে। লাইবক থীবদগী মাগী লোয়নবী ইবেমহল

দেবীস্থ মাগী মাও থাহুনা শিখিব চহী ১২ বোম হেল্লে। মাগী লোয়নগী অরিবম নিঙোল ইবেমহল দেবী (১৯১১-১৯৮৮) মার্ব্বাক জগোয়, পাসথেলানচিংবা য়াওবকপগ। লোয়নন এম দি ইউগী 'সাবিত্রী সত্যবান' 'বিল্বমঙ্গল', 'খম্বান' নচিবা লীলাদা শকক য়ারকথবী অভিনেত্রী অমনি। পাথ ওইনা চীক্ত পুন্সি লেপ্লরবগি। ঈশ্বরগা নোংদম বনানা খঙবা ঙমগনি! মচাস্থ নুপা ঙাক্তনি, পিবা অমত্তা য়াওদে। মচানুপী মবিগী মতুংদা মচানুপী অহলদি (সাবিত্রী দেবী) লৈখিদ্রে। অতৈ মচানুপী অহুম থনম্মী তিলোত্তমা, ইবেতোম্বী অমসুং সুহাসিনী। অদুবু নীলমণি শর্ম্মনা মচানুপীশিংবু য়াম্না নুনা ভৌরখি অমসুং মচানুপীশিংনস্থ মপানুংবু নুংশা চান্না সেবা তৌজখি। ঈংনা তপা, শান্তি ওইনা হিংখিবা পুন্সি তম ওইখি। লৈখিদব অত্তুস্থ য়ায় কুইনা ফমশেন্নত্তুনা নাখিব নত্তে। জ্ঞান মাঙবা, বুদ্ধি চেইবা, পেং চোইবা তৌখিদে। থ মথায অমবোমসি বন্না নাব হৌনবখি। মখাও-মথুৎ পোমখংলি, ওবাক সুল্লি। তুম্বা শুবয়া যাখিদে তম্নব, হুদাক কার্য্য অত্তুবু চিংতথবা তুংগা হেক্তা হৌগংলি। অসিগুম্বা তম্বা য়াদবা মতমসিদা অঙা নীলমণিন নাংশিংলকই মানা মহৌশা। কুমখিবা লীলাগী ওনিকা (বোল) কয় অত্তুগা কাউমদ্রবা দাইলোগ কয়াদো ঙাংঙলকই। মাদি দাইলোগ অয়াম্বা মচীন্দা লোইনা পুই। নীলমণিগী য়াবা পুন্সিগী লোইবমদাই তাক্তা, অংশেংনা কলাকাব অমা ওইনা একত্তব অসিনা মমীংতগী পিবাং শীন্থবখ্রং। মসুং মথক্তা লীলাগী দাইলোগ কয়া ঙাংখি। করিগুম্বদস্থ ঈশৈ শরুবখি 'গৌরলীলা'গী নবকীর্ত্তনগী ঈশৈ। শিবমদাইগী মতমফাওবা লীলাগী রাখলদা অতুম লৈখি।

মশাগী চহী ১৬/১৭ শুবদ লীলা যাওবা হৌবে। য়াওরিবনা উনিপোক্তা লৈব 'ইম্ফাল থিয়েতব' দনি। সংস্থান অসি চড়াচান্দ মহারাজগী মতমদ, মহারাজগী পুজারী ওইরম্বা, নিংথৌ ঙম্বা ঙম্ব-

শক্তি লৈখ্রব। অচ্ছা পরীক্ষাগী চক্রিকোনগী মান্দবতা শান্নরম্বদগী হৌটিক্কী গান্ধী ঘাট অসিদা হোল শাদ্লুন, লান মমাঙদা লীলা কয়া শান্নখি। তিকেৎ মমল শিকি লৌবসিনা শো অমদা লুপা ৫০ হেন্না তাবা য়াওই। 'ইম্ফাল থিয়েটর' হোলসিদা শান্নখিব, নীলমণি শর্ম্মনা কুমথিবা লীলাশিং খবদি - (১) রানা প্রতাব (মমর), (২) উরীরৈ-মাধবী (শশী), (৩) বসন্ত বিমোলা (কামিনী), (৪) সভা পর্ব্ব (উত্তর) অসিনচিংবনি। চোংথাম ময়ুরধ্বজ সিংহনা ঙৈগে কপা অমসুং দিরেক্সন তৌবা 'উরীরৈ মাধবী' গী শশী শাবদা নীলমণি শর্ম্ম। মমিং য়ান্না চৎখি। মীনা মাবু শশী শাব হায়না কৌনবা য়াওই, চোংথাম ময়ুরধ্বজ সিংহ অসি নীলমণি শর্ম্মগী থিয়েতরগী আদি গুরুনি। মঙোন্দগী লীলাগী মরমদা কয়া তমখি। মথংদ, এম দি ইউ য়াওরবা মতুংদা এস ললিত অমসুং খোংদ্রাম ধনচন্দ্রনা মাগী লীলাগী ওজা ওইখি। মখোয়গী মফমদগী অভিনয়নচিংবা কয়া তমখি। এস ললিত অমসুং ধনচন্দ্রনা শারম্বা দোল,পাত' কয়াস্থ মহাক্না শাখি।

খৃ. কু. ১৯৪৫ দা এম দি ইউদা য়াওখি। সংস্থান অসিদা শান্নখিবা লীলা ৮০ গী মথক্তা মহাক্না শরুক য়াখি। মক ওইবা ভূমিকান, চংব তপ্প, পূকচেল চাউবা নিংথৌ শাবনি। অসিগুম্ব নিংথৌ শাবদা য়ান্না মানবা, পকচবদগী মাবু মমৈথংদা 'নিংথৌ শাবা' হায়না খঙনখি। 'সাহেব শাবা' হায়বদি মহারাজ বোধচন্দ্রনা থোক্লম্বনি। খৃ. কু ১৯৪৩, নাগা তুরেলগী ঈশিং থিংগৎলগা তৌখিবা নৈকাথেলাদা নীলমণি শর্ম্মনা সাহেবকী কিজেৎ শেংলগা হিমায়দা তোংহনা সাহেবকী থৃৎ ওইন থোকখি। সাহেবকী থৃংন থোক্তখি। হিদান্নব অসিবু য়েংলিবা বোধচন্দ্র মহারাজনা পেল্লহুনা মঙোন্দা লুপা ৫০/ মনা পীখি অদুগা মতুংদা 'সাহেব শাবা' হায়না ভুংশিনা কৌখি। এম দি ইউদা শান্নবা লীলাশিংদ নীলমণি শর্ম্মনা বুমথিবা মমিং চংলবা লীলা খবদি— (১) সাবিত্রী-সত্যবান (নারদ), (২) নরসিংহ (অব্বা সন্দার), (৩) নিমাই সন্ন্যাস

(জগনাথ মিশ্র), (৪) কৃষ্ণ মাথুর (নন্দ নিংথৌ) (৫) ময়া সংসার (পুলিস আই পি), (৬) গান্ধী নীতি (গোবর্দ্ধন) (৭) বিসর্জন (নিংথৌ গোবিন্দ মাণিক্য) (৮) বসন্ত পঞ্চমী (ধর্ম্মবীর), (৯) ম.ইন্নু পেমচা (ব্রহ্মাণ রঙন), (১০) মোইরাং থোইবী (মোইরাং নিংথৌ, কবো নিংথৌ)) (১১) তেন্নুলাইজিংলেম্বী (লাইজিং নিংথৌ), (১২) সনুলেম্বী (লাইজিং নিংথৌ), (১৩) কেগে লমজা (লাইজিং নিংথৌ) (১৪) খম্বা থোইবী (মোইরাং নিংথৌ) (১৫) কর্ণার্জ্জুন (যুধিষ্ঠির) (১৬) উত্তরা (যুধিষ্ঠির) (১৭) য়াইবিপোক খম্বালম্বা (গম্ভীর সিংহ নিংথৌ) (১৮) মথোযম্মু মীনি (কমল) (১৯) বামের সুমতী (শ্যামলাল) (২০) আলেকজেন্দর (পুরু নিংথৌ) (২১) চন্দ্রগুপ্ত (সলুকাস) (২২) কারাগর (বাসুদেব) (২৩) কৃষ্ণ অবতার (নন্দ নিংথৌ)) (২৪) পুরাণ মৈথাবা (শান্তিদাস) (২৫) গরিবনিরাজ (গরিবনিৱাজ মহারাজ) (২৬) বীর টিকেন্দ্রজিৎ (সুরচন্দ্র মহারাজ) অসিনচিংবা লীলাগী এক্তর অমা ওইবদা নত্তনা নীলমণিনা থোংম্রাম ধনচন্দ্রনা নোঙ্গাওবা মতুংদা এম দি ইউগী সভাপতি ওইনা তাম্ম ২'২ বক ( ১৯৭০ ৭১, ১৯৭৪ ৭৫ ) থবক তৌরম্মী। মাগী থৱায় য়াওবা, ঊংবা তম্মা, পুকচেল শেংবা, মীচোম্দা লান্দংগী দমক্তা ওসি ফাওবা শোম্নবি। মহাক্তি মতম পুম্নমক্তা এম দি ইউগী মনিং চংলবা কলাকার অমসুং ওর্গেনাইজর অমা ওইনা লৈহৌরগনি।

নীলমণি শর্ম্মদি এক্টিয়ান ফিয়েতরগী লীলাদসু শরুক য়ানি। সেক্রেতরী অর্নানা য়ানবগী মতুং ইন্না এম দি ইউদগী অয়াবা লৌরগা এক্টিয়ানগী (১) মধু মালতি (গরিবনিৱাজ) (২) ভাগ্যচন্দ্র (আসাম নিংথৌ), (৩) বক্রুবাহন (হিন্দীদা শান্নবা, কৃষ্ণ), লীলাশিং অসিদা শরুক য়াখি। মণিপুরী ফিলমগী লমদসু নীলমণিগী দান শীথানবা যাউ মহাক ফিলমগী কলাকার অমসুনি। অজ্ঞানা ফিলমগী— (১) খোঞ্জেল (১৯৮১), (২) পাপ (১৯৯১), (৩) খম্বা-থোইবী (১৯৯৭) অমসুং এক্স সিনে প্রদক্সনগী 'শম্বল রাংমদা" ফিলমশিং অসিদসু

শরুক য়াখি। মসিগী মথক্তা, মণিপুর ফিলম দিবলপমেন্ত কোর্পো-রেসনগী একজিক্যুতিব মেম্বরসু ওইরম্মী। ফিলমগী কলাকার অম ওইনা মাগী অবদানবু মশক খঙলহনা ভারতকী এন এফ দি সি লিমিতেদকী থৌশীল মখাদা পীবা 'Cine Artistes Welfare Fund of India' হায়বসিগী তেঙবাং ওইনা খৃ কু. ১৯৯৬ তগী অহৌবা পুন্সি ফাওবা থাদা লুপা ৬৫০/- পেন্সিল ফংখি।

থবক্তি ষ্টেট বেঙ্ক ওব ইন্দিয়াগী কেসিয়ার ওইরম্মী, খৃ কু ১৯৮১ দা থবক্তুগী পোৎথাখি। অহানবদা ত্রেডরীদা থবক তৌরম্বনি। অদুবু পুন্সিগী অপাম্বা শিনফমদি লীলানি, কলাকার অমসুং এক্তর ওইবনি শিরমদাই মীকুপ ফাওবা মানা পামজবা এক্তরদু ওইনা তোকখিদবনি। এম দি ইউগী লীলাগী ঈশৈ জগোয়গী শরুক পুরম্মী অমসুং লীলাগী এক্ত্রেস মাগী নুপী ইবেমহলগা। পুন্সিগী খোঙলোয় ওইনা কলাম পুন্সি অমা শাগৎতুনা লৈমিন্নরকখিবনি। পামজবা কলাগী পুন্সিদা হৌরক্লগা কলাগী পুন্সি অসিমক্তদা পুন্সি লোমখি। মাগী মগুণ অমসুং অবদান শকখঙলহনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা 'নাট্য ভূষণ' (১৯৮৩), ২) মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী অৱার্দ (১৯৮৬), ৩) রূপমহলগী 'মৈত্রম বীর অৱার্দ' (১৯৯৬), ৪) এম দি ইউগী গম্ভিনী আৱার্দ (১৯৮৬) ৫) এম এফ দি সি, মণিপুরগী 'সার্তিফিকেত ওফ ওনর' (১৯৯৬) পীদুনা ইকায় খুম্নখি। লাই য়াম্না নীংবা; মৈতৈগী এস্কাম অমগী চপচাবী লীচৎ শাজৎ, পুন্সি মহিংদা হিংখিবা, কেবা, লূবা নানজবা পামজবা কলাকার অসি ঐখোয়বু থাদোক্লম্লগা চৎখ্রে! ঈশ্বরনা মাবু লৌশীনবিবা ওইসনু। মাগী আত্মানা শান্তি ওইনা লৈব ওইসনু। করিগুম্বা মথংগী মপোক্তা অমুক পোক্লক্লবদি মহাক শোয়দ-নমক্কী অচৌবা কলাকার অমা ওইনা পোক্লকপা ওইসনু। ▣

— নোংমাই পণ্ডিত, 'পোক্নফম', ১৭। ৮। ২০০০

# মণিপুরী সাহিত্যদা অরাম্বম সমরেন্দ্রগী খুদোল

মৈনো লৈবক! মতম অমদা মৈনো লৈবকপু 'বিদ্যা নগর' (মইগী লৈকায় নংত্রগা লৈরক) হায়রগা খঙনবা তাঙ্কক অমা লৈরম্মী। মরমদি, মৈনো লৈরক (লৈকায়) অসিদা লৈবক্লা শকখঙনরবা, মতীক-মগুণ লৈবা মীশক কয়া লৈরম্মী। মখোয় লৈবাক শাংনা কাওনিবা মীশক ডাক্তনি। শ্রীমতী এম কে বিনোদিনী দেবীনা য়াইস্কলদ লৈরিব 'য়াইস' কয়া পুথোক্লবা হোৎনবি। অসিগুম্বা য়াইস কয়া খ্বাই মায়কৈদসু রাংপ নত্তে। লৈবি খ্বাইগীসু 'মুক্তা' কয়া অমা অসিগুম্বা মুক্তা কয়া মৈনো লৈরক্তা পুন্না লৈরম্মী মতম অমদা। মখোয় খরদি অরাম্বম মৈনো বাবু (রামলাল, পুলিস সব-ইন্সপেক্টর। মাগী মমিং লৌদুনা থোনখি 'মৈনো লৈবক' অমসুং 'মৈনো থোং'। (মহাক অরাম্বম সমরেন্দ্রগী মপ্রবোক্নি), পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্মা, বিদ্যা বল্লভ, অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ, বি এ, কবি বঃ (অরাম্বম সমরেন্দ্রগী অপোকপা), থুমজাউপুরেন, অরাম্বম ইবোতোম্বী, খুমন্থেম মধুমঙ্গল, ওজ কোইবেং, খুমন্থেম কাউমচা, হাও সাহেব, মুতুম বাধেশ্যাম, ওস্তাদ শম্বো অসিনচিংবা বয়। অসিগুম্বা লৈবক্তা লৈবা, অরাম্বমগী মমিং চংলবা, কলচর তৌবা ইমুংদা অরাম্বম সমরেন্দ্র পোকখি। মাগী অপোকপা দরেন্দ্রজিৎ সিংহদি মমাগী পুবনুংদা লৈরিঙৈদা অপোকপা

(মৈনো বাবু) কায়নখিবনি। দরেন্দ্রজিৎ সিংহস্থ নোনা মশাগী চহী ৩৬ শুবদা শিখি। অপোকপী যামিনী দেবীনা লুখ্রাবী ওইনা মচা অহুম য়ানা য়োক্লকখি। মৈবু ফিনা কৃপ্তুনা থম্বা য়াত্রা? মতীক চাবা মপাগী মতীক চাবা মপারী ওইনা সমরেন্দ্রগী মগুণ লোৎপা য়াদনা ভাঙ্খোক্লকখি। হন্দক্তা সহীদ অমা ওইনা মৈতৈগী পাথো অথোবা অমগী থৃৎশিদা মখায থাখি। মাগী থৃৎশিসিদা য়াওরি- মৈতৈগী পরম্পরাগী মত্রুবা লিংজেল, শিবা কিদবা থৌনা, অচুম্বা অমস্তুং মরৈবাক্কীদমক্তা থরাযন, পোস্থা ওইবা রাংলবা ভাগ অমস্তু বলিদানগী মশক অমা। ইমাগী ভম্পাক্তা চাটরম্বা মাগী শেংলবা, অঙাঙবা ঈখেংনা ওইরে ওসিদি মতম পুন্নমক্কী পাউখোঙ, লোইনাই-ত্রবা লমজাংগী মৈরা অমস্তুং মীকপ থোক্তনা নীংঙাইদনা তুমখূল তাল্লিব নহারোলশিংগী য়াকৈ-শৈবোল। নহাক্না চৎখিৎসে ওঙ্খোক্না পাম্মুই, য়াম্না নীংঙমহৌদে, হায়নীংঙাই লৈতনা মাঙজে। ওঙ্খোক্না মতম চাদে।

অরাম্বম সমরেন্দ্রগী (১৯৩২-২০০০) পুন্সি অসি মন্নং অমস্তুং মপান অনী থোকই। মাগী পুন্সিগী মরমদা ঐখোযনা মন্না থচবা ঙমদে। অতুগা থোইনম্মু থঙনীংলুদে। সহিত্যগী মীওই অম ওইন চৎকার ওইরিবদি মাগী পানগী শক্তম, সমাজগী পুন্সি অমস্তুং মাগী সাহিত্য, থবকশিং অসিনি। সমরেন্দ্রদি অপোকপগী মতৌহন রা কয়া ঙাঙগন্দে, মশাগী মরমদস্থু কয়া হায়গন্দবা মীশক্নি। অতুবু চহী ১৯ গী মমাঙদা, থিয়েতরগী ইংরাজী চেংফাঙ ‘Enact’ (১৭১/১৭৩, জুলাই-আগষ্ট, ১৯৮১) দা কবি শ্রীবীরেন্না সমরেন্দ্রগী মরমদা তৌবা ইন্তুরবিয়ু অমা থেংনৈ। মসিনা মাগী অহানবা ইন্তুরবিয়ুনি। অহানবা ওইনা মাগী পুন্সিগী মরমদা, মাগী থৃৎই, সাহিত গী মীৎয়েংগী মরমদা রাগম থরা হায়বা থেংনৈ। মথংদা অথোকপন খোলচন্দ্রনা

ভৌবা অশাঙব। ইন্দ্রবিয়ু অমা 'সাহিত্য' দা ফোঙখি। মসিনা ঙনীঙব। ইন্দ্রবিয়ুনি। ইন্দ্রবিযু অনী অসি নত্তনা মশাগী মরমদা চায়বা অতৈ কয়া খেংনজিল্লি।

ইবা হৌবদি, স্কুলদা তম্লিরিঙেদা শৈরেং মচা-মশৄ খরা ই। হারী মচা থরম্বু ইগে হোৎনৈ। মায় পাকখিদে। বি এ পাস তৌরবা মতুংদা লীলা ইনবা কন্না হোৎনখি। মতুদম্বু মায় পাকখিদে। অতুগা ঈশৈ ময়েক ইবদদি মায় পাকখি। খৃ কু. ১৯৫০ গী মতমদা মানা ইবা ঈশৈ ময়েক কয়া আকাশবাণী ইম্ফালদা শন্দোকখি। মহাক এ আই আর, ইম্ফালনা য়ারবা ঈশৈ ময়েক ইবা অমনি। মাগী ঈশৈ ময়েকশিংগী মখুংদা ঙসিম্বু শোন্নরি — "নোংঙমদ্রবা ঐগী থম্মোয়না/ নাংশিংগন্না য়াদে।" অসিনচিংবা কয়া। ময়েক অসি শ্রীঅবিরম শর্মানা শকখি। তশেংনা, য়াম্না থরায় য়াঙনা লীলা ইবা হৌখিবদি খৃ. কু. ১৯৬৭-৬৮ গী মতুংদগীনি। মসিগী মমাঙদা, শ্যাম শর্মা, পহারী, রবীন্দ্র শর্মা, সমরেন্দ্র, ফলেন্দ, একেন্নচিংবনা কন্না হোৎনদুনা 'অমেটিয়র আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন' কৌবা সংস্থান অমা লিংখৎলুনা এরিয়ান থিয়েতরদা লীলা কয়া শোখি। লীলাশিংগী মনুংদা খুরাইজম ফলেন্দ্রনা ইবা 'চৈতন্য মহাপ্রভু', 'মেকবেদ' পনবা য়াই। সমরেন্দ্রম্বু মেকদফলচিংবা পার্ট মচ শাদুনা লীলা কুম্বা য়াঙই। লীলাদা ফুরবদা মাগী মনাঙোন শুৎপগী হারী কয়া লৈরি। হায়রিবা অমেটিয়র আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন' গী কলাকারশিং অসি মমৈথংদা পুন্না এরিয়ান থিয়েটরদা য়াওখি।

মাগী অহানবা মপূং ফাবা লীলাদি, বি এ পাস তৌরবা মতুংদা ইবা ঐতিহাসিক নাটক 'চহী তরেৎ খুন্তাকপা' অসিনি। শান্নবদি এরিয়ান থিয়েতরনা খৃ. কু. ১৯৭৮ গী মতমদা শান্নখি। অতুগা মাগী অহানবা মায় পাকপা লীলাদি খৃ. কু. ১৯৬৭ তা ইবা 'হিংনবা হিংবা'

অসিনি। মানা চহী ৬ অন্দবগী উন্দদা লৈবিবৈদস্ত লীলা অনী ইখি। অস্তন্না মথং মথং লেপ্তুনা লীল। ইরকপনা মাগী পুন্সিদা লীল, ৩০ হেন্না ইরম্মী। (চপ চাবা খঙবা ঙমত্রি। কনাগুম্বনা ৪২ ইরম্মী হায়বা থেংনৈ।) সমরেন্দ্রনা রেদিও প্লে কয়াস্ত ইরম্মী অমস্তুং মহ আকাশবাণী, ইম্ফালদা শন্দোকখি। রেদিও প্লেশিংগী মনুংদা- জজ্ সাহেবগী ইমুং, সেক্রেতরী. তীর্থ যাত্রা, লৈপাক্লে অসিনচিংবনি। অয়াম্বা রেদিও প্লেশিং অসি মানা অমুক হেক্ত প্লে ওইনা ওস্লোকই। মহাক দ্রামা নত্তনা অতৈ সাহিত্যগী লৈচল হমত্তুদা খুৎ থাবমদে। থিয়েতর অমস্তুং শুমাঙ্ লীলাদা মথায় পুংপুং লপখি। মতাঙ অমদা হায়রম্মী—"থিয়েতরনা ঐগী পুন্সিনি।" মান হিংলিবৈগী পুন্সিদা মনিপুরগী শুমাংথানরবা লীলা ইবা অম ওইখি। জাতিগী থাক য়োনা মাগী লীলাদা মনা-মথুম কয়া পীতুনা ইকায় খুম্নখি। সমরেন্দ্রদি জি সি তোংবাগী মতুংদা লাকপা মনিপুরগী খাড়দগী চাউবা দ্রামাটিষ্ট অমনি। মাগী লীলাশিংন ইমোশন্দা য়েত্না ভাবোক অমস্তুং অপান্ন-শিংবু কপহন-নৌথহনবগী মতুংতা, অপাবশিগী বৃদ্ধিদা য়েত্নুনা মীকপ থংথোক থোকহল্লি অত্তুগা ঐখোয়গী সিস্তেম অসিগী অরানবা মশক অসি অথোবা বৃদ্ধি অমস্তুং মরৈগী মতেঙনা মায়েক শেংনা উৎলম্মী। হৌজিক মতমগী মণিপুরী দ্রামাদদি সমরেন্দ্র অকনব, শক্তি লৈবা খোঙ্জেল অমনি। খুৎই, মাকোঙদোক অমস্তুং স্তাইলদা তোপ্পা লৈরিবা অহৈবা অমনি।

মাগী 'শকখঙদ্রবা লান্মী' অসি মাগী তুংগী পুন্সিবু খঙভরহুনা হান্না ইথোক্লম্লবা লীলা অমরা? মাগী শিথ্রিবা মীশি, খল্লম্লিবা রাখল অসিগা লীলা অসিগা মান্নবা কয়া উবা ফংডি। লীল। অসিদা খৃ. কু. ১৮২৩–২৪ গী মতমগী মনিপুরবু অরানা মায়থীবা পীতুনা খুতুম চন্দুনা লৈরবা মতমদা মচা মচীদা মরৈবাক শুংশিজবা মাওই কাঙ-লুপ মচা মচানা অরাগী মথক্তা লান তৌবা উৎলি। কাঙলুপ মচাশিং

অমত্তা পুনশিনবা য়াদে। অতৈবগী মহুৎ শিল্পিব, থোইব, কৌশ প্রোটাগোনিষ্ট অসিনা অমত্তা ওইনা পুনশিল্লগা লাম্নেংনবা পাম্বা ফোঙদোকই অমম্লুং পুনশিন্ননবা কন্ন, হোৎনৈ। লাইবক থীবদি মচাকপু নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎখি। থোইবনা হায়—"ইরৈবাক নীংতম্বগী লান অসি পুন্না শোক্নমিন্নসি। ঐখোয় কাঙলূপ মচা মচা মবনাই ওইনা লান শোক্লবসি খ্বায়দগী লানবনি। পুনশিল্লগা তেঙ্গেল অমা ফাবা যাববনি নীংতম্বগী মৈবী মুৎহনবা য়াদবনি। থৌনা ফবা মচা পোকপা মমানা কৈদৌঙৈদম্ম মীখা পোনবা হৌনদে। ইবৈবাক্কীদমক্তা নীংতম লান্দা থন্নায় কৎপদগী হেন্না য়াইফথোইবা মীওইপোক্কী কবি লৈ।"

সমরেন্দ্রগী পুন্সিগী মীৎয়েংগী মরমদা অম্মা ইবি - "সমরেন্দ্রনা মীওইবা অসি নীওম্না হিংহন্নীঙি, পুন্সি অসিদা হিংবগী মুংঙাইবত্ত যংহন্নীঙি। মীওইবা অসি হিংবগী অর্থ থোক্না হিংগদবনি হায়বসি মহাক্কী রাখলগী মরুনি। অদুবু সমাজ অসিদা চংনবিবা সিস্তেম অসিনা মীগা মীগা মান্নহন্দবসিদা মহাক্না থম্মোয় শোক্না মুংঙাইতে।" (খোমজীল্লবা মণিপুরী লীলা মচাশিং, সাহিত্য একাদমী ১৯৯৭)। অদুনা সমাজদা লৈবিবা খুদোংচাবা ফংলিবা মিদল ক্লাসকী মীওইশিংগী অবানবা মীৎয়েং চুমথোকপা, মশাবু মশক খঙজহনবা, অশেংবা সমাজ অমগী রাখল খন্নহনব হায়বসি মাগী ড্রামাগী থুংফোঙদোরি। চংথ্রে ঙসিদি লৌল অইবসি। মাগী কোঙড্রিবা য়ামথ্রবা লীলাশিং অসি ফোঙদোক্নবা তৌবনা মাবু নীংশিংবগী চপ চাবা থৌদাং ওইগনি নীঙি ▣

# অরাম্বম সমরেন্দ্র সিংহ

১) পোকপা : জুলাই ১১, ১৯৩৫: মার্চ ১, ১৯৩৮ (একাদেমীক এজ), ২) পোকফম : শগোলবন্দ মৈনো লৈবক, ইম্ফাল, ৩) অপোকপা : অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎ সিংহ (৮।৮।১৯০৮—৩১।৮।১৯৪৪), বি এ. (১৯৩১), হেদ মাস্তর, ইমোর হায় স্কুল (হৌজিক্কী তোম্বীসনা হায় স্কুল), থবক্তগী

পোৎথাবা— ১৯৩৮, ইরম্ব। ড্রামাশিং— শাহজহান, মোইরাং থোইবী, ভাগ্যচন্দ্র, কৌরব পরাজয়, নর-গন্ধীর, কংশ বধ (খণ্ডকাব্য), হোলিগী ঈশৈ, বাসক শৈষ্যা, শৈরেং খরা, হারৈ মায়ে ( অতোম্বাপুনা ইবদগী ইংরাজিগী অনুবাদ ), সম্পাদক – ললিত মঞ্জরী পত্রিকা, কার্য্যকারী মেম্বর —মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ৪) অপোকপী : লোংজম নিঙোল যামিনী দেবী, ৫) মচীন-মনাও : অরাম্বম সমরেন্দ্র, অরাম্বম লোকেন্দ্র, অরাম্বম নিঙোল শান্তিবালা দেবী, ৬) মপাপোকপা মপূবোক : অরাম্বম রামলাল (মৈনো বাবু, সব ইন্সপেক্টর ওব পুলিস, ৭) মবেনবোক : মহারাজ কুমারী খোমদোনসনা দেবী, ৮) মেত্রিক : ১৯৫৪ (জোনষ্টোন স্কুলগী মহৈরোয়), ৯) বি এ : ১৯৫৮ (গৌহাতি বিশ্ববিদ্যালয়), ১০) এম এ : ১৯৬৩ (পুনা বিশ্ববিদ্যালয়, পোলিতিকেল সাইন্স), ১১) ওজা ওইবা : এসিসতেন্ত তিচর, সি সি হায়স্কুল ( ১৯৫০-৬০ ), ১২) অন্দর-গ্রাউন্দদা চঙবা—জুন ৩০, ১৯৬৯—মে ৩০, ১৯৭৫, ১৩) লুহোংবা : মে ৩০, ১৯৭৭ [ শ্রীমতী ইবেমহল (মেমচৌবী)], ১৪) মচাশিং : য়োইমরাই, নোংড্রেন, লুবাংলেন, নোংপোক, ১৫) এন সি সি : দি এম কলেজগী মহৈরোয় ওইরিঙৈদা অহানবা লিংখৎপা কাঙবুদা য়াওই, বেষ্ট কেদেত ওইখি, ১৬) থিয়েতরগী লমদা : অহানবদা, অমেটিয়র আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন্দা য়াওই, মথংদা ১৯৬৪ দগী এরিয়ান থিয়েতরদা য়াওই; মসিগী জে. সে. অমম্সুং প্রেসিদেন্ত ওইখি, ১৭) সংস্থানশিং : কার্য্যকারী মেম্বর, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, জে সে, অতোম্বাপু বিসার্স সেন্তর, প্রেসিদেন্ত, ওল মণিপুর প্লেরাইতস এসোসিয়েসন, মেম্বর, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী, মেম্বর, নোর্থ ইষ্ট জোন কলচরেল সেন্তর, দিমাপুর ভাইস প্রেসিদেন্ত, মণিপুরী রাইতর্স এসোসিয়েসন, ইম্ফাল, ১৮) ফোঙলবা ড্রামাশিং : ১) জজ্ সাহেবগী ইমুং (১৯৭০), ২) তীর্থ যাত্রা (১৯৭৫), লীলা অসিদগী অহানবা মণিপুরী ফিলম 'মতমগী মণিপুর' নমথোকখি।, ৩) কারবার (১৯৭_) ৪) দশা (১৯৭৮), ৫) য়েন্নীংথাগী

ঈশৈ, ৬) লৈপাক্লে, ৭) শকখঙদবা লান্মী (১৯৭৮), ৮) ড্রামা অনী (১৯৯৮)।

১৯) মনা-মথৌ : ১) সাহিত্য একাদমী অৱার্দ (১৯৯৫, লৈপাক্লে) ২) মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী অৱার্দ, ১৯৮১, দশা, ৩) যামিনী সুন্দর গুহ গোল্ড মেদল, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, লৈপাক্লে, ১৯৯৫; ভারতীয় দলিত সাহিত্য একাদমী, নিয়ু দিল্লীনা চীংহুংগী থরাই অসিদা দা: অমবেদকর ফেলো পীখি, ১৯৯১, সার্তিফিকেত শুব ওনর, মণিপুর, ২০) পুন্না ইরম্বা ড্রামাশিং : চপ চাবা খঙদে, ৩০গী মথক শুইগনি, ২১) অতৈ অতৈ : ঈশৈ ময়েক, রেদিও প্লে ই, সেমিনারদা চে পাই, চেফোঙশিংদ রারে' কয়া ই; ইঙ্গাং নাপী থাবগী ফার্ম তৌই, ২২) শিবা : জুন ১০, ২০০০, থাংজ, খুরাই নাঙৈবম লৈকায়দা সেমিনারা য়াওরিবৈদা মশক খঙদবা নুপা অমনা নোংমৈন, কাপ্পুনা হাংখি।

-নোংমাই পণ্ডিত 'পোক্নফম' তাং ১৯। ৬। ২০০০

## 'সঙ্গীত রত্ন' ফুরাইলাৎপম দেবকিশোর শর্মা নোঙ্গাখ্রে

(সঙ্গীতকী থঙ-হৈরবা কলাকার অমা মাঙজরে)

সঙ্গীতা ভাওজবা, পামজবা অমসুং মসিগী বিদ্যাদা লাইগুন্না কাওগ্রবা কলাকারশিংগী পুন্সি রারী ওসিকাওবা কাউবা লৈতনা শোন্নরি। তানসেন অমসুং মাগী গুরু স্বামী হরিদাস, বৈজু বাউরা কনানা কাউবা ঙমগনি! নিংথৌরেল আকবর শাহনা স্বামী হরিদাসকী ঈশৈ তানবা মাগী আশ্রম তান্না কোয়থি খিবা লাকখিবনি। শীকথ্রবা মণিপুরদসু নটকী ঈশৈ শকপদা কাওখিবা মেরী শেন্দ্রুংবা লাইপোক লৈখি, মাগী ঈশৈ তাবদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা ভাওরতুনা মাবু জেলদগী থাদোকখিবনি। ২০ শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপগী মতমদা লাকখি ওস্তাদ থম্বৌ, সঙ্গীতাচার্য্য। ময়ুমদগী লোন্না চেনথ্রগা য়াম্না রানা হিন্দুস্থানী শাস্ত্রীয় সঙ্গিত তম্মুবনি। মহাক্কি আসাম অমসুং বেঙ্গল য়ৌনা মমিং চৎখিবা অত্তাওবা ওস্তাদ অমনি। অস্তাদ থম্বৌগী সেমক্লি হৌখিবা আগষ্ট ১৬, ২০০০, য়ুমশকৈশগী নুমিদাং পুং ৭.৬০ তাবদা তাইবঙপানবা থাদোকখ্রবা ফুরাইলাৎপম ৺ দেবকিশোর শর্মা (পোকপা—খৃ. কু ১৯২১, জানুৱারী ১৮, লৈবাকপোকপা, শগোলবন্দ মৈনো লৈরক, ইম্ফাল) ঈশৈ তম্লিবসি মপাবুং পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু

শর্ম্মা, (১৮৮৯-১৯৬৩) থঙহন্দনা লোক্তা তম্বিবনি। মপাবুং অতোম্বাপু শর্ম্মা, বিদ্যারত্ন, গবেষণা শিরোমণি হিদি মচাহৌপনা ইশৈ তৌবা অসি পাম্মদে, মসি সঙ্গীতপু খুংশিনবা নত্তে, মচাবু সংস্কৃত, জ্যোতিষ শাস্ত্র, বাংলাগী লাইরিক য়াম্না তমঃমীংগ, তৈঃমীংগ। মরমদ মহাক মমিং চৎলবা সংস্কৃত পণ্ডিত অমনি, চূড়াচান্দ মহারাজগী মতমগী সনাকোন্থংগী শ্রীগোবিন্দগী ব্রহ্মসভাগী রতন ওইদুনা রাজপণ্ডিত ওই-রম্মী। জোনষ্টোন হায় স্কুলগী সংস্কৃত তম্বিবা ওজাসু ওইরম্মী। অদুনা মতোংদা সংস্কৃত হৈবা মচাসুপা অমা ওইহনদনা পামখি। অদুবু সঙ্গীতকী অপাম্বা অসিদ শাথীনা মরাই বম্মা হাণ্ডনা জাৎ অমনি। মানা পানজারবা সঙ্গীত অসি মহুদ থম্বোগী মথমকী নাংথিজনা তমজখি। মসিগী ফলনা দেবকিশোর শর্ম্মানা গভর্ণমেণ্ট ম্যুজিক কলেজগী হৌদোকপা প্রিন্সিপাল ওইখি। মসি অহানবদা 'মণিপুর সঙ্গীত মহাবিদ্যালয়' কৌদুনা মহাক মাথনা লিংখৎখিবনি হৌজিক মসি 'বামমুকুণ্ড গভর্ণমেণ্ট ম্যুজিক কলেজ' কৌরে। হৌ-জিক ফাওবা চুংভাইদনা শেংলৌবা অমদি 'জায়ার হাইস্কুল' দা (তোঙ্গীসনা হায়স্কুল) ক্লাস তেন ফাওনা তমহৌবা অদুগা মেট্রিক্ পাস তৌত্তৌদবা অমা দেবকিশোরবু, সঙ্গীত মহাবিদ্যালয় অসিবু সরকারনা লৌশিনবা মতমদা এদজুকেসনেল কালিফিকেসন শুদে হায়দুনা মাবু প্রিন্সিপাল ওইবা য়াহনখিদে। মতম অদুগী সরকারনা 'ভাতখান্দে ম্যুজিক কলেজ' দা মমিং ইবা হৈত্তবা ওস্তাদ কয়া ওজা ওইরি হায়নসি থঙবা ওমখিদে।

মপাবুং পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মাগী য়ুম অমসুং মান্দব অসি মতম অদুদা, লৈবাক্কী মমিং চৎলবা কলাকার, লাইরিক-লাইশু হৈবা মীওই কয়া পুনখম, তিন্নখম অচৌবা সংস্কৃতিগী কেন্দ্র অমনি। চুম্নগী কেন্দ্র অমা নত্তে, অচৌবা ইন্সটিটুসন অমনি হায়বা য়াই। মফম অসিদা পণ্ডিতরাজনা খৃ: কু: ১৯৩০ দা 'চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস' কৌবা

মণিপুরগী ইহান হানবা প্রাইবেত প্রেস অমা লিংখৎখি। মসিদা মণিপুরগী অহানবা খবর 'দৈনিক মণিপুর' (১৯৩৫) ফোঙখি অমসুং অতৈ চেফোং কয়াসু ফোঙখি। সহধর্ম্মিনীগী (শিজগুরুময়ুম নিঙোল ভাগ্যবতী দেবী, দেবকিশোরগী অপোবগী) মিংদা প্রেসকী ওফিসকী মমিং 'ভাগ্যবতী কার্য্যালয়' থোন্দুনা 'ভাগ্যবতী পত্রিকা', 'ভাগ্যবতী মাসিক পত্রিকা', 'ভাগ্যবতী ললিত কলা' ফোঙখি। (চেফোংশিং অসিগী মতুংদা, খৃ. কু. ১৯৪৬ তা ফোঙবা, থাথায়গী ম্যুজিকী চেফোং 'ভাগ্যবতী ললিত পত্রিকা' অসিগী সম্পাদক দেবকিশোর শর্ম্মনা ওইখি। মসিগী মথক্তা দেবকিশোর শর্ম্মনা 'ভাগ্যবতী পঞ্চাঙ্গ' কৌবা য়াম্না মমিং চৎপা পঞ্জিকা অসিগী সম্পাদকসু ওইখি।) অতোম্বাপুগী মফম অসিদা চেফোং, লাইরিক-লাইশু কয়া ফোংবদা নত্তনা খৃ. কু. ১৯৩৫, সেপ্তেম্বর ২৩ দা লিংখৎখিবা 'এরিয়ান থিয়েতর' গী অহানবা ফোঙবা 'বিজয়া' কৌবা লীলা অসি অতোম্বাপু শর্ম্মগী মান্দবতা শান্নখিবনি। দেবকিশোর শর্ম্মসু এরিয়ান থিয়েতরগী ম্যুজিক দিরেক্টর ওইখি। ওস্তাদ খম্বোগী মতুংদা মহাক্না 'চরাইরোংবা', 'শিজলাইওইবী' নাচিংবা লীলা কয়াগী ম্যুজিক পানখি। অদুগা 'কুঞ্জমালা', 'ভাগ্যচন্দ্র' নাচিংবা লীলাশিংদা পার্ত লৌদুনা লীলা কুমখি। পণ্ডিতরাজগী য়ুম অসিদা 'ইন্দিয়ান নেসনেল কংগ্রেস' কী ওফিস মতম কুইনা ওইরম্মী। কংগ্রেসকী অহানবা মীফম অদু পণ্ডিতরাজগী মান্দবতা ফমখি। দেবকিশোরসু কংগ্রেসকী কমী অমসুং মেম্বর ওইখি। অসুম্না অঙাং ওইরিঙৈদগী চৌনা মাগী য়ুমদা কলা-সংস্কৃতিগী থবক-থৌরম, মীওইশিংগা তোংনা-শম্নদুনা চৌরকখি। মতম অদুগী মমিং চৎলবা ওজাশিং—গুরু অমুবী, রুপু তোম্বা, গুরু অমুদোন, কোংজেং তোয়াইমা, তাওবম তোম্বা, হুইরেম লালা, সোরোখাইবম পাকা, রা. কু. অকেসনা চুংখাম থম্বালঙৌ অসিনচিংবা কয়াগা লোয়নবা অমসুং শম্নবগী খুদোং-চাবা কয়া ফংলকখি। মমৈথংদাদ পণ্ডিতরাজনা জগোয়-ঈশৈশিংগা মরী লৈনবা লাইরিক-লাইশু কয়া ইরকপা মতমদা মচানুপা অহল

দেবকিশোরগা তান্নখি, মতেঙ লৌখি অমসুং ইমিন্নবা য়াওখি। (পণ্ডিতরাজনা মচানুপা ৩, মচানুপী ৫ পোক্লম্মী। মাগী মচানুপা অহল দ্বিজমণি শর্মাদি নৌনা শিখি। অদুনা অনীশুবা মচা দেবকিশোরনা মচানুপা অহল শক্না লাকখি)।

মশাগী চহী ১০ শুবদগী দেবকিশোর শর্মানা মপাবুংগী মফমদগী জ্যোতিষ শাস্ত্র, সংস্কৃত ব্যাকরণ, স্মৃতি, অষ্টকাল অসিনচিংবা তম্লকখি। অদুবু মপাবুংনা হৈরিবা সংস্কৃতকী মহৈ অদুগী থাক য়ৌনদি কাখৎপা উমখিদে। মরমদি, মহাক্কি মপুং ওইনা সঙ্গীত্তা চঙখি, মসিদা ভাওজখি। অদুম ওইনমক দেবকিশোর শর্মানা মপুং ফানা হৈহৌবা বিদ্যাদি জ্যোতিষ শাস্ত্র অসিনি। হিংলিঙৈগী মতমদা মহাক মমিং চৎপা পাঞ্জি অমা ওইখি। মহাক্কি পুন্না অ্যাষ্ট্রোলোজি অমসুং অ্যাষ্ট্রোনোমী অনীমক হৈ। অদুনা 'ভাগ্যবতী পঞ্চাঙ্গ' দা নেসনেল কেলেন্দর রিফোর্ম কমিতিগী মতুংইন্না অকুপ্পা ঈ-পাউ, অঙ্ক কয়া চাপ্পগা লোয়ননা মৈতৈগী চৎনবী শিরিকাগী রারোল কয়াসু হংগ্লা উৎখী। 'ভাগ্যবতী পঞ্চাঙ্গ' গী অকুপ্পা অঙ্ক হোৎপদা থা তকৎলোম চঙভি। অঙ্ক হেৎলুবগী মরোক ভাওদুনা, নাকোং ওংদুনা ক্লমিং কয়ানিরোম লৈ। হন্দকী মহাক্কী শিবগী খোঙফম অসিগী মতাংদসু মানা তক্তুনা মাঙজৌননা হায়রম্মী—"হন্দাক্কি ঐহাক য়াররোই। শিংবগী খোঙফম লাক্লে।" লৈখিদবা অদুসু বুদ্ধি চোইবগী লায়না অমদগীনি। এপ্রিল, ২০০০ গী অহুরাইদগী নাবা খবা .হারে। বাখল চোইবা, জ্ঞান মাঙবা, হকচাং চোকথবগী লায়না মওং অমনি। নারিঙৈদসু অয়াম্বা মতমদা পাঞ্জিগী, জ্যোতিষকী মরমদা বাখল লুপ্তনা লৈখি। হিংলিঙৈ, জ্ঞান তারিঙৈ মতমদা মচানুপা অমত্তা পোকচবা বিমোলকিশোর শর্মাদা (লোয়নবীনা সত্যভামা দেবী কৌই) ওক্তুনা হায়রম্মী—"...ঐখোয়দি বিষ্ণু মন্দির লাংখিবা, বিষ্ণু পূজা তৌখিবা ভানু নরায়ণগী মচামশুনি। ঐখোয়দি জ্যোতিষ হায়না হৈবা শাগৈনি। অদুনা নহাক্সু জ্যোতিষ বিদ্যা অসি হৈনবা তমশিল্লু।" লাই য়াম্না থাজবা, বামোন

পুরোহিতকী থবকসু তৌখিবা দেবকিশোর শম্বুনা মানা পামজবা সঙ্গীতকী পুন্সিদা চপ চানা চৎতুনা পুন্সিগী অরোইবা মতম ফাওবা কলাকার অমা ওইনা হিংখি। অতল য়াম্না ওইরক্রবা মতম ফাওবা সন্ধ্যাগী মতমদা নুমিৎ খুদীংগী রিয়াজ তৌবা তোকখিদে। মচা-মসুশিংদা হায়রম্মী—"ঐনা রিয়াজ তৌরিবৈদা থুগাইরক্লমু। মুন মৈ চাকপা নত্তনা করি অমত্তা তাক্লকনু।"

শাস্ত্রীয় সঙ্গীৎকী লমদদা নত্তনা দেবকিশোরনা মণিপুরগী নট সংকীর্তনগী মরমদসু য়াম্না থিজিল্লম্মী। হীরমসিদা থিজিন্দুনা ইরকপা রারেং কয়া ফোঙখি। মহাক্না মণিপুরগী নট সঙ্গীত অসি য়াম্না রাংগা থাকী কলা অমনি হায়না তত্তনা হায়রম্মী। মসিগী ৎিসাস তৌদুনা 'নট সঙ্গীত পদ্ধতী' কৌদুনা ভোল্যুম ৩ থোক্না ইবা হোৎনখম্মী। অদুগা মণিপুরী জগোয়গী মতাঙদা 'ভঙ্গী রুনাম পরেং', 'ভঙ্গী খুরুম্বা পরেং', 'গোষ্ঠ ভঙ্গী' অসিগী খৃ. কু. ১৯৫৫ দা নোতেসন তৌবা লোইরম্মে। অদুগা মানা য়াম্না পামজবা 'গীতগোবিন্দ' ঈশৈ নোতেসন তৌদুনা ছাপা তৌবা হোৎরম্মে। ওস্তাদ থম্বোগী ঘার'না শৈশক্তা মহাক্না গীতগোবিন্দ পালা লিংখৎতুনা মণিপুর, আসাম, নবদ্বিপনাচংবা মফম কয়াদা শকখি। মসি ঈশৈগী লমদা মাগী অচোবা অবদান অমনি। মসিগী মমাঙদা নৃত্যাশ্রমগী ম্যুজিক দিরেক্টর ওইরম্মী অদুগা 'চিত্রাঙ্গদা' ম্যুজিক দিরেক্টরসু মহাক্না ওইখি। মহাক্না সেক্রেটরী ওইনা 'অল ইন্দিয়া ম্যুজিক কনফরেন্স' কয়া পাঙথোকখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী 'সঙ্গীত রত্ন (১৯৯৬), ষ্টেট কলা একাদেমীগী 'ফেলো' (১৯৯৬) অসিনচিংবা উপাধি কয়ানা লৈত্তেংগ্রবা কলাকার অসিনা সঙ্গীতকা মরী লৈনবা সংস্থান কয়াগা শম্নদুনা থবক কয়া তৌরম্মী। মানা নট সঙ্গীত অমসুং হিন্দুস্থানী সঙ্গীত চাওখৎনবা হোৎনবদা তৌরম্বিবা অবদান অসি মতম চুপ্পগী ওইনা লৈহৌরগনি। ◻

—নোংমাই পণ্ডিত, 'পোকনম', তা' ২১। ৮। ২০০০

# অইবা

প্রো (ডা) নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ, মণিপুরগী মমিং চংলবা কৃতিক, বারেং ইবা অমসুং কলমনিষ্ট (খৃ. কু. ১৯৪২, মার্চ ২২, শজিবু ৫ নি পানবা নোংমাইহিজিং, একাদেমিক এজ—১/৩/১৯৪৪), কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকায়, ইম্ফাল, অপোকপা নোংমাইথেম ব্রজবিধু সিংহ, ব্যস্য ভূষণ; অপোকপী—সনামতুম দেবী, নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল হৌগৎলকপা মেম্বর; সমিতিগী জেনেরেল সেক্রেটরী (১৯৬৮) অমসুং সভাপতি (১৯৯২ অমসুং ১৯৯৬), মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী জেনেরেল সেক্রেটরী (১৯৮৩-৮৪ অমসুং ১৯৮৪-৮৫); রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী হৌদোক্লকপা মেম্বর অমসুং সভাপতি (২০০১); সাহিত্য একাদমী, নিউ দিল্লিগী এদভাইজরী বোর্ড ফোর মণিপুরীগী মেম্বর (১৯৭২), সাহিত্য একাদমীগী জেনেরেল কাউন্সিলগী মেম্বর (১৯৯৭), মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী জেনেরেল কাউন্সিলগী মেম্বর ওইরম্মী অমসুং হৌজিকসু ওইরি; ইষ্টর্ন জোনেল কলচরেল সেন্টর, কোলকাতাগী একজিক্যুটিব মেম্বর ওইরম্মী অমসুং হৌজিক জেনেরেল কাউন্সিলগী মেম্বর ওইরি; নোর্থ ইষ্ট জোন কলচরেল সেন্টর, দিমাপুরগী মেম্বর; কে. কে. বিরলা ফাউন্দেশনগী ভাষা সমিতিগী মেম্বর (১৯৯৪), নেশনেল বুক ট্রষ্ট, ইন্দিয়া, এদিটোরিয়েল এদভাইজর (১৯৯৮), *'সাহিত্য'*গী সম্পাদক (১৯৮৫), *"সাহিত্যগী পাউ"* অহানবা সম্পাদক (১৯৯১) অমসুং অতৈ নীংশিং চেফোঙ কয়াগী সম্পাদক ওইখি; *'জলকেতা ইরাবত'*, *'জহেরা'*, *'থবানমিচাক অমনা কেনখিবা'* অসিনচিংবা রেডিওগী প্লে কয়া ই; খবর কয়াগী কলমনিষ্ট ওই - *'খোঙ্গাও'* (খোংনাং থাবা); *'ইম্ফাল ফ্রি প্রেস'* কী কলমনিষ্ট ওইরম্মী; *'পোক্নফম'* (নোংমাই পণ্ডিত, 'চুম্না থেবা')গী কলমনিষ্ট তাং ২১।৩।১৯৮৮ দগী হৌজিক ফাওবা ওইরি, ওঝাগী শিনফম—ইম্ফাল কোলেজদা মণিপুরীগী লেকচরর (১৯৬৭-১৯৮৫) অমসুং হৌজিক্কা মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়গী মণিপুরী দিপার্টমেন্টগী প্রোফেসর অমসুং হেদ ওইরি, ফোঙলবা লাইরিকশিং দি - ১) *মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা মীৎয়েং অমা* (১৯৮৫, সাহিত্যগী নৈনবা বারেং), ২) *মণিপুরী সাহিত্যগী বারেং খরা* (১৯৯৪, সাহিত্যগী নৈনবা বারেং); ৩) *মৈরেম বীর সিংহগী পুন্সি বারী* (২০০০, পুন্সি বারী); ৪) *অতোপ্পা খোঞ্জেল* (১৯৯৩, খোমজিনবা শৈরেং, সম্পাদক মণ্ডলগী মেম্বর); ৫) *মণিপুরী সোর্ট স্টোরিজ* (১৯৯৬, ইংরাজীদা খোমজিনবা বারী মচাশিং, সম্পাদক মণ্ডলগী মেম্বর), ৬) *মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস* (২০০১, ডা. টি এচ. ইবোহনবী সিংহগা সম্পাদক ওইবা, অসিনচিংবা।